the modern system. The third part, **Dhruva** is born of constant repetition ( ध्रुवत्वात ध्रुव संज्ञः ), being followed by the last part, âbhog. But the author of **Geeta-prakash** divides **dhatu** into three parts viz **udgraha, dhruva** and **abhog.** An **anga** which is conceived to be an essential feature of a prabandha is of six kinds viz **svara, viruda, pada, tenaka,** pâta and tala. **Svaras** are notes with their respective pitches. **Viruda** is taken to sing the qualities or create an atmosphere of valour and freedom whereas any other description is taken up by a **pada.** A **tena** means a cadence of note in order to describe qualities conducive to welfare ( **mangal** ). A **pâta** which represents a continuous limitation of sounds proceeds from percussion instruments with sounds like **dhâng, dhâng dhoopa, Dhuga** etc. A **tala** means rhythm and admits of various kinds like â**di** and **yati.** This classification is also supported by **Samgeet-Parijata.** A **jati** ( genus ) is divided into 5 sections depending on the number of limbs each possesses and they are : **medini, nandini, deepini, pavani** and **târâvali.** With charecteristic humility the author submits that the kinds of **raga, tala, vadya** and **prabandha** are endless on earth, According to **Harinaayaka** 26 kinds of prabandha may be taken up and they are : **Panchataleswar, Varna asvara, ankacharini, svarartha, matrika, ragakadamba,** etc. The author, then divides **Suda-prabandha** into two classes viz **Suddha** (pure) and **Salaga** or **chhayalaga** ( mixed ), the latter being compelled to bear the imprint of **suddha.** According to **Damodara** and **Pancham-sura-samhita, chhayalaga-suda** or the combination of both chhayalag and suddha, admits of 9 types viz, Dhruva, Mantha, Pratimantha, Nihsâruka, Râsak, Prati-tala, Ektalika, Yati and Jhoomari, each of which has again another classification into further subgroups. **Harlnayaka,** quoting the authority of **Samgeet-Ratnakar** divides **Suda** into, **dhruva, mantha, pratimantha, addatala, prativas, ektali,** most of which are seldom used now and better replaced by much popular 9

**Sudas** like **âdi**, **yati**, **nihsaru**, **adda**, **triputa**, **roopaka**, **jhampaka**, **mantha** and **ektali**. The author, then, takes up a through discussion of these Sudda-talas and classifies them in the light of **dhruva-lakshna**, **mantha-lakshna** or a combination of both. This discussion is concluded with an analysis of the limbs of tala ( talânga ) and a description of about 101 talas as used by the experts now.

The concluding portion of the chapter is an elaborate analysis of **kshudra geet** which is defined as a combination of tala and dhatu and introduces mainly **vakya** ( verse ), even through there is a predominance of **dhruva** and **mantha** lakshhanans. It admits of 4 kinds viz. **Chitrapada**, **Chitrakala**, **Chruvap uda** and **Panchali** There is also a discussion about the qualities of a song ( geet ) which should consist of **graha**, **laya**, **yati** and **mâna** in their beautiful combinations, beautiful raga, gamaka, intelligible meaning and different kinds of **tena**, **svara** and **patakshara**.

## CHAPTER VI

The author, here, takes up some illustrations of **prabandha-gana** from the padavalis, starting with a **mangalacharana** from poet Govinda Das and introducing the well-known **Kunjabiharyastakam** of the same poet. A slight touch is made on **astakala**, after **sanatkungtantra** and also the traditional 3 **nayikabhadas** and from types of **shringâra-rasa**, requesting the curious readers to go to **Vishagdha-madhob** and **Ujjvala-nilamani** for a detailed discussion. The play of **Kunja-râsa** in the dead of night ( **mahanishâ** ) is introduced after **Govinda-leelamrita**, followed by a description about the **Vasanta-râs** played during the day ( **diba** ) after **Samgeet-Madhava**. The same râs played in the night also is described with songs sung in the ragas like Kalyan, Veloyari, Shri, which is indeed an exquisite choice of songs of deep beauty. The festivals of **Jhoola** and **Vasanta-utsab** are then described

after **Ananda-vrindavan champu** of Kavikarnapur Goswami and **Govinda-leelamrita,** introducing **ragas** like **ashavari** and **vasanta.** With deep piety, the author proves the eternal play at Vrindavan with the help of such works as **Rudra-yamala** wherein Rudra describes the glory of Vrindavan to Gouri and **Narada-pancharatra.**

## CHAPTER VII

In the traditional Vaishnava form of prayer, the author concludes his discussions with a selection of **prabandha-gâna** based on Râsa-vihara of Lord Krishna and the Gopis. The description of Raga is given after the work, **Rasollasa-tantra,** followed by selections from **Geetavali, padavali, Alankar-Koustubha** and **Govinda-leelamrita** which are all deeply moving. Not satisfied with these, the author also bows down and sings and prays at the feet of the Lord :

श्रीराधिकाराधिकाढ्यं कृष्णचन्द्रमुपास्महे ॥
श्रीराधाकृष्णदासोहं प्रार्थयेजन्म जन्मनि
राधाकृष्ण सुधासिन्धु रासगंगातरंगमे ।
अवगाह्य मनोहंस विहरन्तं यथासुखं ॥

The sequence of this leela is then described, strictly after the Vaishnava way, ending with a few lines in raga **Dhanshri** wherein it is stated that free only the grace of the Lord enables a devotee to attain His feet—**कृपैकसाध्यो भगवतोलाभ :**

The aspect of **Nâma** is then taken up, after **Gopal Bhatta.** This is all prayer and dedication to the various forms and names of the Lord, which are done by a great devotee in the height of piety, which also includes a prayer to Sri Krishna Chaitanya of Bengal. Salutations are also offered to Rajarshi Bhagyachandra, the great devotee, of Manipur and then to his great son, King Gambhir Singh at whose order the compilation was done

by the author in all humility. The author concludes his work with a **prarthnastakam** to Sri Guru-Krishna and prays that this self composed **astaka** be a way for realisation for the devotees in this Kali-yuga :

इदं हृद्वर्षेण प्रार्थितमेव पद्याष्टकं
गुरोश्चारण माधुरोस्मरण विक्रियो यः पठेत ॥
सत्यस्य करुणार्णव कृपण वत्सलो यः प्रभु:
करोति करुणां वरां कलिकृतापराधस्यहि ॥ १०८८

D. M. College, Imphal, — *Prof*. E. NILAKANTA SINGH

*September, 1968*

# শ্রীকৃষ্ণরস-সঙ্গীত-সংগ্রহঃ

## শ্রীরাধাকৃষ্ণাভ্যাং নমঃ

গোকুলানন্দ গোবিন্দ গোষ্ঠেন্দ্রকুলচন্দ্রমঃ।
প্রাণেশ সুন্দরোত্তম ( ত্তংস ) নাগরাণাং শিরোমণে ।। ১
বৃন্দাবনবিধো গোষ্ঠযুবরাজ মনোহর।
শ্রীরাধিকা প্রাণবন্ধো কৃষ্ণচন্দ্র প্রসীদমে ।। ২
বিদ্যানন্দোদয়ো যস্য মকরন্দস্য বিন্দুবৎ।
তদ্‌গোবিন্দ পদদ্বন্দ্বমরবিন্দ-মুপাস্মহে । ৩
চিদানন্দরসোল্লাসনিদানং শ্যামসুন্দরং।
বন্দে বৃন্দাবনাধীশং গোবিন্দমহমাশ্রয়ে ।। ৪
মদেকবন্ধো মৎস্বামিন্ মদ্‌গুরো মদ্ধন।
মন্নিস্তারক মদ্ভাগ্য মদানন্দ নমোঽস্তুতে ।। ৫

---

শ্রীরাধাকৃষ্ণ আনবু খুরুমজে –

গোকুলগী নুংঙাইনবা ওইবা, পৃথিবীগী—বেদগী পান্ত ওইবা, গোকুলগী মপু ওইবা. নন্দলাইগেগী থা ওইবা, থরায়গী মপু ওইবা, ফজব পুন্নমক্তগী থোইদোকপা, নায়কশিংগী মকোক ওইবা, বৃন্দাবনগী থা অমদি ব্রজগী যুবরাজ ওইবা, পুক্নিঙ্ হুবা নিঙ্থিবা— শ্রীরাধিকাগী চায়থোইবা হে কৃষ্ণচন্দ্র ! ননাইবু চানবীয়ু ।। ১-২

লৈগী লৈহৌ মরীকুম্না জ্ঞানগী নুংঙাইবা পীনহৈবা অদুগুম্বা শ্রীগোবিন্দগী মথোঙ্ থম্বাল অনিবু ঐনা খুরুমজে ।। ৩

নিত্যজ্ঞানগী মশক ওইবা, রস পুন্নমক্কী হৌফম ওইবা, বৃন্দাবনগী মবুংঙো ওইবা অদুগুম্বা কুচু শংবানবা, নিঙ্থিজবা শ্রীগোবিন্দবু ঐনা চঙ্জরি ।। ৪

চঙ্বা শিবা অনিমক্তা অমত্তা ভায়বা লেঙ্দবা মরূপ ওইবীবা, মতম পুন্নমক্তস্থ থানবা লৈতনা ঐগী লোয়নজবা ওইরিবা, ঐবু অথোইবা লন পীনবীবা, সংসারগী অবা-বদগী ঐবু লানবিনবা ওইবা, ঐগী লাইবক ফবা অমদি নুংঙাইজনবগী মশকসু ওইরিবা অদুগুম্বা শ্রীগুরুবু ঐনা খুরুমজে ।। ৫

ভবতাধিষ্ঠিতাঃ সর্ব্বা ( র্ব্বে ) সচ্চিদানন্দরূপিণা ।
ত্বমেব কথ্যসে সদ্ভিস্তস্মৈ তুভ্যং নমোনমঃ ।। ৬
সর্ব্বশাস্ত্রাব্ধি পীযুষ সর্ব্ববেদৈক সৎফল ।
সর্ব্বসিদ্ধান্তরত্নাঢ্য সর্ব্বলোকৈক দৃক্প্রদ ।। ৭
অসাধুসাধুতাদায়িন্নপি নীচোচ্চতাকর ।
হা নমুঞ্চ কদাচিন্মাং প্রেম্নাহৃৎকণ্ঠয়োঃস্ফুর ।। ৮
যস্য কৃপালবেনৈব ভক্তিসিদ্ধান্তবিদ্ভবেৎ ।
তমহং শ্রীগুরুং বন্দে করুণেক্ষণদর্শিনম্ ।। ৯
অদ্বৈতাচার্য্য সংশ্লাঘিন্ সার্ব্বভৌমাভিনন্দক ।
রামানন্দকৃত প্রীতে সর্ব্ববৈষ্ণব বান্ধবঃ ।। ১০
আজানুবাহোস্মেরাস্য নীলাচল বিভূষণ ।
জগৎপ্রবর্ত্তিত স্বাদু ভগবন্নামকীর্ত্তন ।। ১১
শ্রীমচ্চৈতন্যদেব ত্বাং বন্দে গৌরাঙ্গসুন্দর ।
শচীনন্দন মাং ত্রাহি যতিচূড়ামণে প্রভো ।। ১২
শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যঘনং প্রপদ্যে
সপদ্যপধ্বস্ততমঃ প্রপঞ্চম্ ।।

---

সৎ-চিৎ-আনন্দগী মশক ওইবা, পূন্নমক্তা শীনবা-থুংনা-লৈবা-ঈশ্বর অদুমক্কি হায়না সাধুশিংনা শোয়রিবা অদুগুম্বা শ্রীগুরুবু ঐনা খুরুমজৈ ।। ৬

শাস্ত্র-সমুদ্রগী অমৃত ওইবা—বেদ খিবীকীসু অরেপ্পা ফল ওইবা, শাস্ত্রগী সিদ্ধান্তনা-মণিমুক্তাগী মশক ওইনা লল্লোইনবা, মরোল অহন্মকপু কমাজংবীরিবা ।। ৭

ফত্তবা মীবু ফহনবীবা, অতোনববুসু চিংখংশিরিবও, ননাইবু করিগুম্বদা থাদোক-শিগনু—ননাইগী কণ্ঠদা অমদি থম্মোইদা নঙগী প্রেমনা ভাঙ্হোর্কাশিনু ।। ৮

মাগী কৃপা মরীক অমত্তনা ভক্তিগী মশক লায়না থঙহনবীবা, মতম পূন্নমক্তা থৌজানগী মিৎয়েংতনা য়েংবীবা অদুগুম্বা শ্রীগুরুবু ঐনা খুরুমজৈ ।। ৯

অদ্বৈতাচার্য্যনা লৈশী লৈথোক্লবা, সার্ব্বভৌমনসু নগুণ শকচবা, হে রামানন্দবু পেনহনবীবা, বৈষ্ণব খিবীক্কী চায়থোইবা ।। ১০

পাম্বোমনা খুকউ মনাক য়োনা চোংবা, মোমোন-নোকপা মায়থোংনা লৈতেংবা, নীলাচলগী ফজবা হেনহনবীবা, থুম্নবা শ্রীভগবানগী নাম-সঙ্কীর্ত্তননা মরম ওইদুনা তাইবঙ-পানববু ভগবৎ ভক্তিদা থাজবা পোকহনবীবা ।। ১১

নিঙথিবা-ফজবা-অঙোবা কুচুনা লৈতেংবা হে শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যদেব ঈবুংঙো ! ননাইনা খুরুমজৈ ; সন্ন্যাসীশিংগী চূড়িংবা ওইবা, হে শচী নন্দন প্রভু ননাইবু কনবীয় ।। ১২

সংসার মায়াগী অমম্বদগী থুদক্তা বনবীহেবা, জ্ঞানগী মূর্ত্তি ওইবা হে কৃষ্ণচৈতন্য !

পঞ্চেষু কোট্যর্ব্বুদ কান্তি ধারা
পরম্পরা-প্যায়িত সর্ব্ববিশ্বম্ ।। ১৩

নত্বা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যং সর্ব্বমঙ্গল মঙ্গলম্ ।
গায়কানাং প্রমোদায় সঙ্গীত সংগ্রহম্ ব্রুবে ।। ১৪

শরীরং সুরূপং কলা বা কলত্রম্
ধনং মেরুতুল্যং বচশ্চারুচিত্রম্ ।।
মনো নৈব লগ্নং যশোদাকিশোরে
ততঃ কিং ততঃ কিং ততঃ কিং ততঃ কিং ।। ১৫

ন কবির্ম্মুরজিৎ কবিরিত্যাদি চ সতাং গিরা ।
শ্রীকৃষ্ণ-কেলিলাবণ্য-বর্ণনোৎকর্ষ হেতবে ।। ১৬

কাপ্যত্র চিন্তা নাস্তিহ্যপ্যপূতঃ পুতত্বামিয়াং ।
মাংমদীয়মতং তস্মৈ দত্ত্বা লিখামি কেবলম্ ।
যামস্মিন্ প্রেরিতেশস্য মহদাস্থা পরং ধনম্ ।। ১৭

ইতি শ্রীকৃষ্ণরস সঙ্গীত সংগ্রহে শ্রীকৃষ্ণাদিনাম সঙ্কীর্ত্তন পূর্ব্বকং তত্ত্বপ্রশংসনং নাম প্রথম প্রকরণং ।

---

ননাইনা চঙ্জরি। নঙগী নিঙথিবা নঙাল-নশেক্না কামদেব অর্ব্বুদ-কোটি অমদগীস্থ হেনবা, তাইবঙপানবা পূম্নমকপু মথং মথং ম্নোকথংপিরক্রিবা, মঙ্গল পূম্নমক্কী মশক ওইবা অতগুম্বা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যবু খুকমঙ্গদুনা ঈশ-শকপশিংগী থুদোং চানবগীদমক সঙ্গীত-সংগ্রহবু হায়জবক্কে।। ১৩-১৪

মশক ফজবা, মহৈ মশিন লৈবা, মশক ফজবী নুপীগী মপু ওইবা, সনজিঙগা মান্নবা মরুল লৈবা অমসুং বাঙাঙ শাঙাঙদা চিত্রকাব্যগী মগুণ চেনবা—অদিগুম্বা গুণ থিবীক্রম্ন তিন্নসনু—যশোদাগী মচা ওইবা শ্রীকৃষ্ণদা মপূক্কিঙবু হাপত্রবদি মী অদুনা গুণ পূম্নমক অদু চেন্নবগী কবিবু কান্নবগে, কন্নিবু কান্নবগে ? ১৫

সাধুশিংনা হায়—শ্রীকৃষ্ণগী মরমদা ওইবা কবি নত্রবদি কনাবুসু কবি কৌনদে। অদুনা শ্রীকৃষ্ণগী নিঙথিবা লীলা-বর্ণন তৌজবদা অথোইবা অমা ওইনবগীদমক্তি ঐনা থৌশাজকদে, মরমদি—অশোয়বা রাওরম্নবস্থ অদুম্মক অচুম্বা ওইরকপনা। অথোইবা লনগী মশক ওইরবা মপুগী হিক্তোকফত্রবা যাথংনা ঐবু থবক অসি পাঙথোক্নবা থৌদাবীবা মতুং-ইন্না ঐগী আত্মা অমগুং লৈজবা থিযীক শ্রীগোবিন্দদা কথোকচন্নগা ঐনা চুম্নগী ইজবা হায়বা অদুতং তৌজরক্কে।। ১৬ ১৭

শ্রীকৃষ্ণরস সঙ্গীত-সংগ্রহদা শ্রীকৃষ্ণনচিংবগী নামকীর্ত্তন তৌজবনা মাঙওইনদুনা মথোয়বু খুরুমজবা হায়বা অহানবা মতাং অদু লোইরে ।।

# অথ দ্বিতীয়প্রকরণং

অথ সংক্ষেপেনাদৌ সঙ্গীতাদি লক্ষণং জ্ঞাপক-প্রকারং বক্তুং পুনর্মঙ্গলমাচরতি।

যস্য ব্যাসসমাসাভ্যাং শব্দার্থনয় নির্মিতিঃ।
বিদ্বদ্ব্যামোহজননী শব্দব্রহ্ম নতোঽস্মিতৎ॥ ১৮
নৃত্যং গীতঞ্চ বাদ্যঞ্চ স্বরান্ গ্রামাংশ্চ মূর্চ্ছনাঃ।
রাগান্ হস্তকতালাংশ্চ যানম্বা ব্যসৃজৎ পুরা॥ ১৯
সপ্ত স্বরাস্ত্রয়ো গ্রামা মূর্চ্ছনাস্ত্বেকবিংশতিঃ।
রাগা দ্বিচত্বারিংশচ্চ চত্বারিংশচ্চ হস্তকা॥ ২০
ভাগ্যতো যদি জানাতি শ্রীশ্রীদামোদরাজ্ঞয়া।
জানাতি সপ্তশতিকং মানমেতেষু কোবিদঃ॥ ২১
গীতং বাদ্যং নর্ত্তনঞ্চ ত্রয়ং সঙ্গীতমুচ্যতে।
মার্গিক দেশিভেদেন * সঙ্গীতং দ্বিবিধং মতম্॥ ২২

**সঙ্গীতসারেচ।**

অথ সঙ্গীতং দ্বিবিধমাহ—

মার্গদেশী বিভাগেন সঙ্গীতং দ্বিবিধং মতম্।
স্বর্গে মার্গাশ্রিতং দেশাশ্রিতং ভূতলরঞ্জিতম্॥ ২৩

---

মথংদা সঙ্গীতনচিংবগী লক্ষণ থৎকনবা মরমশিং অদু শরুপ্পা হায়রক্কবগীদমক অমুক হন্না মঙ্গলাচরণ (১) তৌজরি—

ব্যাসকা মাপ্পরবা পণ্ডিতশিংমক্তা অশেংবা অর্থ তাকপা ও দজুনা ওকপনা কেপ্পকপা অদুগুম্বা শব্দগী মশক ওইবা ব্রহ্মবু ঐনা খুরুমজৈ॥ ১৮

মমাঙেংদা চৎানা নৃত্য, গীত, বাদ্য, স্বর, গ্রাম, মূর্চ্ছনা, রাগ অমসুং তাল শেমখি॥ ১৯

পূম্মক্তা স্বর মথল তরেৎ গ্রাম অহুম অদুগা মূর্চ্ছনা-না কুনমাথোইনি। রাগনা নিফুনিথোইনি অদুগা হস্তকনা নিফুনি॥ ২০

শ্রীকৃষ্ণগী কৃপা লৈবা মরাইবক ফবা (পরম অসিদসু হৈশিংলবা) পণ্ডিতশিংনদি মথল চাতরেৎ (৭০০) শুই হায়না খঙ্গনৈ॥ ২১

**সঙ্গীত**— পুং-ঈশৈ-জগোই অহুম অসি পুম্বা সঙ্গীত কৌই। সঙ্গীত মথল অনিনি মহুদি—'**মার্গী**' অমসুং '**দেশী**'॥ ২২

সঙ্গীত-সারদা হায়রি— সঙ্গীত মথল অনিনি—'মার্গী' অমসুং 'দেশী'। স্বর্গদা মার্গী অদুগা পৃথ্বীদনা 'দেশী' না নুংঙাইবা পীরি॥ ২৩

---

* মার্গ দেশী বিভেদেন—পাঠান্তরং

(১) মঙ্গলাচরণ—তৌবকদবা থবক্তো অকায়বা লাক্তনবা গুরু, বৈষ্ণবনচিংনবু হায়না খুরুমগী থবক তৌবনু মঙ্গলাচরণ কৌই।

**পারিজাতে—**

মার্গ দেশীয় ভেদেন দ্বিধা সঙ্গীতমুচ্যতে।
বেধা মার্গাখ্য সঙ্গীতং ভরতায়াব্রবীৎ স্বয়ং ।। ২৪
ব্রহ্মণোহধীত্য ভরতঃ সঙ্গীতং মার্গ সংজ্ঞিতম্ ।
অপ্সরোভিশ্চ গন্ধর্ব্বৈঃ শম্ভোরগ্রে প্রযুক্তবান্ ।। ইতি ২৫
তদ্দেশীয়মিতি প্রাহুঃ সঙ্গীতং দেশ ভেদতঃ।

**কিঞ্চ—**

তত্র দেশস্থযারীত্যা যৎ স্যাল্লোকানুরঞ্জকং।
দেশে দেশেতু সঙ্গীতং তদ্দেশীয়মিতীর্য্যতে ।। ২৬
মহাদেবস্য পুরতস্তন্মার্গাখ্যং বিমুক্তিদং।
দেশে দেশেতু সঙ্গীতং তদ্দেশীত্যভিধীয়তে ।। ২৭
গীতবাদিত্র নৃত্যানাং রক্তিঃ সাধারণো গুণঃ।
অতোরক্তি বিহীনং যন্নতৎ সঙ্গীতমুচ্যতে ।। ২৮

গীতংবাদ্যঞ্চ নাদাত্মকং। গীতং বাদ্যাধীনং। নৃত্যঞ্চ। নাদাদ্বর্ণঃ। বর্ণাৎ পদং পদাদ্বাক্যং। নাদো দ্বিবিধঃ। অনাহতো আহতশ্চ। অনাহতস্তু গুরোরুপদিষ্টমার্গেণ মুনীনাং মুক্তিদঃ। আহতস্তু লোক-রঞ্জকঃ শ্রুত্যাদিদ্বারা ভবরঞ্জকশ্চ ।।

---

**মার্গী**—সঙ্গীত পারিজাতনা হায়রনা—'মার্গী-দেশী' হায়না সঙ্গীতপু মথম অনি থোক্না থায়নি। ব্রহ্মা মখামক্তা ভরতনা তম্বীখিবা 'মার্গ' সঙ্গীতপু 'মার্গী' হায়না খঙনৈ। ভরতনা মদুবু অপ্সরা অমসুং গন্ধর্বশিং লোয়ননা মহাদেবগী মাংদা উৎখি। অদুগা মথক্তা হায়গুবা 'দেশী' হায়রব সঙ্গীত অদুদি দেশ দেশকী তোঙানৈ ।। ২৪-২৫

**দেশী**—লৈবাক লৈবাক শিংদুগী মাগী মাগী চৎনবী ওইনা লৈনরিবা মযামগী পুংচাইমিন্ননবা ওইবা সঙ্গীত মখল অদুবুনা 'দেশী' হায়না কৌই। ২৬

মহাদেবগী মাংদা পাংথোকপিবা, মুক্তি পীবা সঙ্গীত অদুনা 'মার্গী' কৌই: অদুগা লৈবাক লৈবাক্কী চৎনবী মতুংইন্না শেমখিবা সঙ্গীত-মখল অদুবুনা 'দেশী' হায়না খঙনৈ ।। ২৭

পুং-ঈশৈ-জগোইগী মথাক্তা ওইবা মগুণ হায়ববু মীবু পাম্নহনবনি। মীনবু পামহনবদি মদুবু সঙ্গীত কৌকবা য়াদে ।। ২৮

পুং-ঈশৈ (গীত-বাদ্য) দি শব্দ (নাদ) না মপুং ওই, ঈশৈদি পুংগী মথা পোল্লি; জগোইসু অদুমণায়।

নাদ (মখোল) দগী বর্ণ (ময়েক নত্রগা খোংগোক), বর্ণদগী পদ (ৱাহৈ), পদদগী বাক্য (ৱাহৈ পরেং) থোকই। নাদ মখল অনিনি—'অনাহত' অমসুং 'আহত'।

নাদবিদ্যাং পরাংবিদ্যাং ( লধ্বা ? ) সরস্বত্যাঃ প্রসাদতঃ ।
কম্বল ' শ্বতরৌ নাগৌ শম্ভোঃ কুণ্ডলতাং গতৌ ।। ২৯
পশুঃ শিশুর্মৃগো বাপি নাদেন পরিতুষ্যতি ।
অতো নাদস্য মাহাত্ম্যং ব্যাখ্যাতুং কেন শক্যতে ।। ৩০
নাদাব্ধেস্তু পরং পারং ন জানাতি সরস্বতী ।
অদ্যাপি মজ্জন ভয়াত্তুম্বং বহতি বক্ষসি ।। ৩১

এবমেব প্রকারান্তরেণাপি সঙ্গীত সারে । তত্র প্রথমতউদ্দিষ্টত্বেন গীতস্য বক্ষ্যমাণত্বয়া নাদংবিনা তদনুপপত্তেঃ ।

প্রথমং নাদমাহ । তদুক্তং—

ন নাদেন বিনা গীতং ন নাদেন বিনা স্বরঃ ।
ন নাদেন বিনা রাগস্তস্মান্নাদাত্মকং জগৎ ।। ৩২
ন নাদেন বিনা জ্ঞানং ন নাদেন বিনা শিবঃ ।
নাদরূপং পরং জ্যোতির্নাদ রূপং ( রূপী ) স্বয়ং হরিঃ ।। ৩৩

---

গুরুনা অমজিংবীবা অম্বীদা চত্ত্না মুনিশিংগী অরানবা খুবম ফংনবা ওইবা অদুগুম্বা নাদ মখল অদুর 'অনাহত' কৌই । অদুগা তাইবঙ মীওয়গী পেন্নবা তৌবদা শীজিন্নবা—নাকোংনা তাদুনা তাইবং পানবদু পেনচন্নিবা নাদ অদুনা 'আহত' হায়না কৌই ।।

অসিগুম্বা থোইদোক তেম্মোন্নবা নাদবিদ্যাবু সরস্বতীগী থৌজাল্দগী ফংজদুনা কম্বল অমসুং অশ্বতর কৌবা লিন অনিনা মহাদেবগী নাকোংদা কুণ্ডল ওইনা লৈজর ফংখি ।। ২৯

শজি-শঙাইনচিংবা শা অমদি অঙাং ফাওবনা নাদ ধ্বনিদা পেন্নবা ওই । অসিগুম্বা নাদ অসিগী মগুণবু কনানা শীংথান্নবা ঙমগনি ? ৩০

সরস্বতীমকসু অসিগুম্বা নাদ সমুদ্রগী অরোইবা ঙমখৈ ফংবা ঙমখিদে । নাদ-সমুদ্রদা লুপখিগনি হায়না কিবনা ওসি ফাওবদা সরস্বতীনা থবাক্তা তুম্বা ( বীণা ) কোন্নি । ৩১

অসিগুমদুনা সঙ্গীত-সারদা অতোপ্পা মওংদ অমসু হায়রি মদুদি, অহানবদা উৎখ্রবা গীত অসিগী মরম মখাদনু হায়রকখিগদৌরি, অদুবু নাদ নত্তনদি মদুগী হৌরককম লৈতবদগী অহানবদা নাদগী মরম হায়রি মদুদি—

নাদ নত্তনা গীত ( ঈশৈ ) থোকপা য়াদে, নাদ নত্তনা স্বর থোক্কে । নাদ য়াওদনা রাগ ওইবা য়াদে—মরম অদুনা তাইবঙপানবা পুম্নমক অসি নাদগী মশক্তি ।। ৩২

নাদ নত্তনা জ্ঞান পোক্কে, নাদ নত্তনা শিব ( মহাদেব ) সু শিব ওইবা য়াদে । নাদগী মশক্তি পরব্রহ্মমক্তি, হরিমকসু নাদগী মশক্তি ।। ৩৩

## তদুৎপত্তিকারণমাহ

আত্মা বিবক্ষ্যমাণোঽয়ং মনঃ প্রেরয়তে যতঃ।
দেহস্থং বহ্নিমাহন্তি স প্রেরয়তি মারুতং ॥ ৩৪
না কারঃ প্রাণবায়ুঃ স্যাদ্দকারোহব্যবাহনঃ।
তাভ্যামুৎপদ্যতে যস্মাত্তস্মান্নাদোঽয়মুচ্যতে ৷৷ ৩৫
ব্যবহারেত্বসৌ নাদঃ প্রোচ্যতে ত্রিবিধো বুধৈঃ।
মন্দ্রো হৃদিস্থিতঃ কণ্ঠে মধ্যস্তারশ্চ মূর্দ্ধণি।
দ্বিগুণঃ কিলমানেন পূর্ব্বস্মাদুত্তরোত্তরঃ ॥ ৩৬

## কোহলীয়েতু

আহতোঽনাহতশ্চেতি স নাদো দ্বিবিধো মতঃ।
যত্রোভয়শ্চ সংযোগ (ঃ) আহতঃ স প্রকীর্ত্তিতঃ ৷৷ ৩৭
আকাশ সম্ভবো নাদস্তথানাহতঃ উচ্যতে।
আহতং নাদমাকৃষ্য তথানাহত সংজ্ঞকাৎ
তং নাদং সপ্তধা কার্যীত্বথা ষড়্জাদিভিঃ স্বরৈঃ ॥ ৩৮

ইতি বস্তুতস্তু - ( মুক্তাবল্যাং )

আকাশাগ্নিমরুজ্জাতো নাভেরূর্দ্ধং সমুচ্চরন্।
মুখেঽভিব্যক্তিমায়াতি যঃ স নাদঃ প্রকীর্ত্তিতঃ ॥ ৩৯

---

হৃজীক নাদগী হোৱবকম হায়রি—

মখোল থোক্লিঙলবদা আত্মা (ঐ নত্রগা জীব) না পূক্লিঙদা ঊমশিল্লি, মথংদা পূক্লিঙনা হকচাংদা মৈবা মৈ অদুবু মাকায়হল্লই, মৈনা নুংশিৎ পোকহল্লি ॥ ৩৪

'না' হায়বা ময়েক্লা প্রাণবায়ুনি, 'দ' হায়বা ময়েক্লা মৈগী মশক্তি। অনি অসিনা তিন্নজনা (প্রাণ-মৈ) থোকই হায়জনা মসিবু 'নাদ' হায়না খঙৈ ॥ ৩৫

শীজিন্নরকপা মহমদদি নাদ অসি মখল অহুম শুই হায়না পণ্ডিতশিংনা হায়, মতুদি— হৃদি (থম্মোই) দা লৈরগা মসিবু 'মন্দ্র'. কণ্ঠ (খোজেঙ) দা লৈরগা 'মধ্য' অতুগা মূর্দ্ধ (লবাই-লেম্ফ্) দা লৈরগনা 'তার' হায়না কৌই। অহুম অসিগী থোয়োক্তি মথা মথানা মখক মথক্তগী মচাং শক্তক অনি অনি অসুম হেনগৎলকই। ৩৬

কোহলনা হায়—নাদ মখল অনিনি—'আহত' অমসুং 'অনাহত'। অনিমক্লা থিন্নরগা 'আহত' হায়বসি ওই অদুগা 'অনাহত' হায়বসিদ আকাশতগী থোকপনি। অনাহতদগী চিংথোক্লকপা আহত হায়বা নাদ অদুদি ষড়্জনচিংবা স্বর মখল তরেৎ থোক্লা থায়দোকই ॥ ৩৭-৩৮

অশেংবমাক্ত ( মুক্তাবলীদা হায়বা মতুংইন্না )—

আকাশ-মৈ-নুংশিৎ অহুম অসিদগী পোক্লকপা থোয়দো মখক্লা কাখৎলক্না চিনদা

সশ্চ প্রাণিভবোঽপ্রাণিভবশ্চোভয় সম্ভবঃ।
আদ্যঃ কায়ভবো বীণা সম্ভবস্তু দ্বিতীয়কঃ ।। ৪০
তৃতীয়শ্চাপি বংশাদি সম্ভবো স ত্রিধা মতঃ ।। ইতি ৪১
বীণাবাদন তত্ত্বজ্ঞঃ শ্রুতি জাতি বিশারদঃ।
তালজ্ঞশ্চা প্রয়াসেন মোক্ষমার্গং স গচ্ছতি ।। ৪২
আত্মনা প্রেরিতং চিত্তং বহ্নিমাহন্তি দেহজং।
ব্রহ্ম গ্রন্থিস্থিতং প্রাণং স প্রেরয়তি পাবকঃ ।। ৪৩
পাবক প্রেরিতঃ সোঽথ ক্রমাদূর্দ্ধপথে চরন্।
অতিসূক্ষ্মধ্বনিং নাভৌ হৃদি সূক্ষ্মং গলে পুনঃ ।। ৪৪
পুষ্টং শীর্ষে ত্বপুষ্টঞ্চ কৃত্রিমং বদনে তথা।
আবির্ভাবয়তীত্যেবং পঞ্চধা কীর্ত্ত্যতে বুধৈঃ।
নাকারং প্রাণনামানং দকারমনলং বিদুঃ।। ৪৫
( জাতঃ প্রাণাগ্নি সংযোগাত্তেন নাদোঽভিধীয়তে ) ।।

---

ফোংদোরক্রিবা মখোল অদুবু 'নাদ' হায়না কৌই। মসি থবায় পানবদগী থোকপা, থবায় পান্দবদগী থোকপা অমসুং থবায় পানবা-পান্দবা অনিমক্না তিন্নদুনা থোকপা অসুম্না মখল অহুম থোক্না থায়রি। অহানবগী অ'সনা থবায় পানবা হকচাংদগী, অনিশুবনা বীণান-চিংবা যন্ত্রদগী থোকই। অহুমশুবা আসনা বাঁশিনাচিংবদগী থোকই— অসুম তোঠনা মখল অহুম ওই ।। ৩৯-৪১

বীণা খোংবদা হৈশিংলবা, শ্রুতি জাতিসু খঙলবা, তালসু মনিঙ তৌনা শীজিন্নবা ঙম্নবা অদুগুম্বা মী অদুদি ইরায় লায়না অরানবা খুবম ফংই ।। ৪২

আত্মা ( ঐ নত্রগা জীব ) না পুরিবদা ঈনাশিন্দুনা হকচাংদা লৈবা মৈ ফৌগৎলি। মৈনা ব্রহ্মগ্রন্থিদা ( খোয়দৌ মথাদা ) লৈবা প্রাণ কৌবা থবায়পুবা মুংশিংপু পোকহল্লি ।। ৪৩

মুংশিং অডুনা খোয়দোদা, থম্মোইদা অমসুং খৌজেঙদা মথং মথং অসুম কাথৎ-লক্না পীক্রবা মখোল অমা থোকহল্লকই ।। ৪৪

মখোল অসিনা কোক্তোম ( লযাই লেক্ ) য়ৌরগা চাউংখোয়কই অমসুং শেমদোক শাদোক্লগা পীকশিন্না চান্দা অমুক থোক্লকই। অসুম তৌনা থোক্লকপা মখোল অসিবু পণ্ডিতশিংনা মখল মঙা ওই হায়। 'ন' হায়বনা থবায় পুবা মুংশিং, 'দ' হায়বনা মৈবু খঙনৈ। ( অসুম তৌনা মৈ-মুংশিং অনি তিন্নদুনা থোক্লকপা মখোল অদুবু 'নাদ' হায়না খঙনৈ ) ।। ৪৫

**অথ বায়ুঃ—**

প্রণাপানৌ তথা ব্যানঃ সমানোদান সংজ্ঞকৌ।
নাগঃ কূর্ম্মশ্চ কৃকরো দেবদত্তো ধনঞ্জয়ঃ॥ ৪৬
তেষাং মুখ্যতমঃ প্রাণো নাভিদেশাদধঃ স্থিতঃ।
চরত্যাস্যনাসিকায়ার্নাভৌ হৃদয় পঙ্কজে॥
শব্দোচ্চারণ নিঃশ্বাসোচ্ছ্বাস কালাদি কারণং॥ ৪৭
শিবঃ শিবা চ হর্ষেণ রহঃ সঙ্গীতমভ্যসৎ॥
ন কেনচিত্তু তজ্জ্ঞাতং ততো বেদেষধিষ্ঠিতং॥ ৪৮
ত্রৈলোক্যৈশ্বর্য্যযুক্তেন বিনোদায় বিড়ৌজসা।
সঙ্গীত প্রার্থিতো বেদাদ্বিধিঃ প্রাদুরভাবয়ৎ॥ ৪৯
ভরতং নারদং রম্ভাং হুহুং তুম্বুরু মেবচ।
পঞ্চশিষ্যাং স্ততোঽধ্যাপ্য সঙ্গীতং ব্যাদিশৎবিধিঃ॥ ৫০

তে পঞ্চশিষ্যাঃ পৃথক্ পৃথক্ গ্রন্থং কৃত্বা রম্ভাকৃতানুসারেণ শক্রঃ স্বর্গে

* প্রাণ বায়ু মখল ১০ নি মহুদি—প্রাণ, অপান, ব্যান, সমান, উদান, নাগ, কূর্ম্ম, কৃকর, দেবদত্ত অমসুং ধনঞ্জয়॥ ৪৬

থ্বায়দগী মরু ওইবা 'প্রাণ'দি খোয়দৌ মথাদা লৈ। মসিগী লম্বীদি চীন অমসুং নাতোননি; খোয়দৌ অমসুং থম্মোই লকানা চাং নাইনা স্বর হোন্দোক হোঞ্জিন তৌনবা (অমসুং খোঙ্গোক্নবা) মরুমান॥ মাসনা, বা-ঙাঙবা, স্বর হোন্দোক-হোঞ্জিন তৌবা, লোক-থুবনচিংবগী মরম ওইহল্লি॥ ৪৭

শিব-দুর্গাসু অথ্প্পা মফমদা লৈদুনা সঙ্গীতপু অভ্যাস তৌখি। মসিগী মরম অসি বেদদা নিঙথিনা যাওরবসু মদুবু কনানসু য়েনা খঙবদি ঙম্মদ্রি॥ ৪৮

মরোল অহুম্মক্কী ঐশ্বর্য্যনা তিন্নবা ইন্দ্রনা হায়জবদগী মাবু পেল্লহনবীনবগী দমক ব্রহ্মানা বেদদগী লৌদুনা সঙ্গীত হায়বসি শেমখি॥ ৪৯

অদুগী তুংদা ব্রহ্মানা ভরত, নারদ, রম্ভা, হুহু অমসুং তুম্বুরু কৌবা শিষ্য মঙামক্তা চঙখোম্না সঙ্গীতপু তম্বীখি॥ ৫০

মখোয় মঙানা অতোপ অতোপ্পা লাইরিক লেংনদুনা—রম্ভানা লেংবা লাইরিক্তা

* প্রাণশিংগী মখোঃ— ১। প্রাণ—চীন অমসুং নাতোন্দা থোকপা মুংশিং। ২। অপান—হকচাংগী ফত্তবা পোৎপু মথাবোমদা পুথবা মুংশিং; ৩। ব্যান—হকচাং শীনবা থুংনা লৈবা, নোয়থৎ চাউখৎহনবা মুংশিং; ৪। সমান—খোয়দৌদা লৈবা—চাবা থকপা তুমহনবা মুংশিং; ৫। উদান—খৌজেঙদা লৈবা খোঞ্জেল থোকহনবা মুংশিং; ৬। নাগ—ওথোকপগী থবক তৌহনবা মুংশিং, ৭। কূর্ম্ম—মিৎ উইশিনহনবা—তুমথহনবা মুংশিং; ৮। কৃকর—অরাম খোবাং পোকহনবা মুংশিং; ৯। দেবদত্ত—হকচাংবু কামথৎহনবা মুংশিং; ১০। ধনঞ্জয়—শিংলী-নাউয়াঁদা চেৎনা লৈবা মুংশিং। মসিদি শিরবা ফাওবদা হকচাংবু থাদোক্তবা মুংশিং অমনি।

নাট্যানুষ্ঠানমকরোৎ। হুহুঃ পাতালে নারদোভরতশ্চ ভূতলে। জ্ঞানবলেন ভরতাদয়ো মনসাভদ্রং নাম নাট্যং চক্রুঃ। অব্যাহত গতিঃ স পাতালে স্বর্গে ভূমৌ গীতস্যানুষ্ঠানেন সর্ব্বানতোষয়ৎ। তস্য সুভদ্রাদি পুত্রপৌত্রাদি ক্রমেণ সর্ব্বত্র সঙ্গীত প্রচারমভূৎ।

**অথ সঙ্গীতোৎপত্তিমাহ।** সঙ্গীতসারেচ।

পুরা চতুর্ণাং বেদানাং সারমাকৃষ্য পদ্মভূঃ।
ইদন্ত ( ইমংতু ) পঞ্চমং বেদং সঙ্গীতাখ্যমকল্পয়ৎ।। ৫১

**কস্মাৎ কিং জাতমিত্যাহ**

ঋগ্‌ভ্যো বাচ্যমভূদ্গীতং সামভ্যঃ সমপদ্যতে।
যজুর্ভ্যোঽভিনয়া জাতা রসাশ্চাথর্ব্বণা স্মৃতাঃ।। ৫২

**সম্প্রদায়শুদ্ধিমাহ**

ব্রহ্মেশ নন্দি ভরত দুর্গা নারদ কোহলাঃ।
দশাস্য বায়ু রম্ভাদ্যাঃ সঙ্গীতস্য প্রচারকাঃ।। ৫৩

**প্রাশস্ত্যমাহ**

শ্রুতি স্মৃত্যাদি সাহিত্য নানাশাস্ত্রবিদোঽপিচ।
সঙ্গীতং যেন জানন্তি তে দ্বি পাদামৃগাঃ স্মৃতাঃ।। ৫৪

---

ইন্দ্রনা স্বর্গদা নাট্য ( লীলা ) তৌখি, হুহুনা পাতালদা শন্দোকখি। নারদ অমসুং ভরত অনিনা পৃথিবীদা শন্দোকখি। ভরতনচিংবনা জ্ঞানগী পান্থৈনা 'মনসাভদ্র' কৌবা নাট্য অমা পুথোকখি। য়োনিঙবা মক্ষম য়োবদা কনানসু অপনবা পীবা উমদবা ভরতনা স্বর্গ, পাতাল অমসুং পৃথিবীদা লৈবা মী-লাই-পুম্নমকপু সঙ্গীতনা পেকহনখি। অদুগা সুভদ্রন-চিংবা মচামশুশিংনা মফম পুম্নমক্তা মথং মথং সঙ্গীতপু শন্দোকখি।

মথংদা সঙ্গীতকী হৌরকপা হায়রি—সঙ্গীত-সারনা হায়—মমাংঙদা ব্রহ্মানা বেদ মরিমকী মচি গুইবমথৈ লৌখত্তুনা 'সঙ্গীত' হায়না খঙনবা মঙাগুবা-বেদ অমা শেমখি।। ৫১

কররদগী করি লৌখিবগে হায়রবু—ঋগ্বেদদগী অর্থ (বাঙাঙব) গী শক্তক, সামবেদদগী ঈশৈ, যজুর্ব্বেদদগী অভিনয় অমসুং অথর্ব্ব বেদদগী রসকী শক্তক লৌখি।। ৫২

মসিগী মথং মথং মথাঙ শমথরকপদি—

ব্রহ্মা, মহাদেব, নান্দ, ভরত, দুর্গা, নারদ, কোহল, দশাস্য, বায়ু অমসুং রম্ভানচিংবা অসিনি।। ৫৩

**সঙ্গীতকী মশুপদি—**

শ্রুতি, স্মৃতি, সাহিত্যনচিংবা অন্যান্য শাস্ত্র হৈরবসু সঙ্গীতপু হৈত্রবদি মখোয় অদু মখোঙ অনি পানবা শা-গা অমত্তনি।। ৫৪

সঙ্গীত দামোদরে।

সঙ্গীত কলরমোণ শ্রুখং যস্য ন চেতসি।
মনুষ্যো বৃষভো লোকে বিধিনৈব স বঞ্চিতঃ॥ ৫৫

প্রয়োজনমাহ

ত্রিবর্গ ফলদাঃ সর্ব্বে দান যজ্ঞস্তপাদয়ঃ।
একং সঙ্গীতবিজ্ঞাতং চতুর্বর্গ ফলপ্রদং॥ ৫৬

দামোদরে—

পরমানন্দ বিবর্দ্ধনমভিমত ফলদং বশীকরণং।
সকল জন চিত্তহরণং বিমুক্তিবীজং পরং গীতং॥ ৫৭

কিং স্বরূপমিত্যাহ সঙ্গীত পারিজাতে।—

গীতবাদিত্র নৃত্যানাং ত্রয়ং সঙ্গীতমুচ্যতে।
গানস্যাত্র প্রধানত্বাৎ তৎ সঙ্গীতমিতীরিতং॥ ৫৮

শিরোমনৌ

গীতবাদ্যে উভে এব সঙ্গীতমিতি কেচন।
তত্রির্থ্যঙ নরদেবাদি মনোহারি প্রকীর্ত্তিতং॥ ইতি॥ ৫৯

---

সঙ্গীত দামোদরনা হায়—

সঙ্গীতকী নুংশিব্রবা মখোন্না থম্মোইদা নুংঙাইবা ফংবা ঙমদ্রবা মী অদুদি তাইবঙ-পানবা অসিদা চন্নব্রবা যণ লাবগুম্মী, মরাইবক থীবা হায়বদুসু মী অদুনা মওইরে॥ ৫৫

সঙ্গীতকী কান্নবদি—

দান, যজ্ঞ অমসুং তপ তৌবগী মহৈনা ধর্ম্ম, অর্থ অমসুং কাম—অহুম অসিত্তবু ফংহল্লি, অদুগা সঙ্গীত মখন্তবু হৈজবদা ধর্ম্ম, অর্থ, কাম, মোক্ষ মরিমকপু লায়না ফংহল্লি॥ ৫৬

দামোদরনা হায়—

অখোইবা নুংঙাইবা ফংহল্লি, অপাম্বা থুংহল্লি, মীবু খুতুম চনশিনবা ঙম্মী। মী পূম্নমক্কী থম্মোয় হূবা ঙম্মী, অয়ানবা খুবমসু য়োহল্লি। মরম অদুনা সঙ্গীত হায়বসিদি খোইদোক হেন্দোক্না কান্নবগী মখক্কি॥ ৫৭

সঙ্গীতকী মখক। সঙ্গীত—পারিজাতনা হায়—পূং, ঈশৈ, জগোই পুন্নগা সঙ্গীত কৌই। ঈশৈনা মপূং ওইবদগী মসিবু সঙ্গীত হায়না খঙনবনি॥ ৫৮

শিরোমণিনা হায়—

কনাগুম্বগী মত তা পূং-ঈশৈতবু সঙ্গীত কৌই হায়। মসিনা, মী, লাই অমদি শা-উচেক্কচিংববু পূক্নিঙ-হূবমথৈ নুংঙাইবা ফংহল্লি॥ ৫৯

দামোদরে

গীতেন হরিণাবদ্ধং প্রাপ্নুবন্ত্যপি পক্ষিণঃ।
বলাদায়ান্তি ফণিনঃ শিশবো ন রুদন্তি চ॥ ৬০

পারিজাতেঽপি

দোলায়াং শায়িতো বালো রুদন্নাস্তে যদা কচিৎ।
তদা গীতামৃতং পীত্বা হর্ষোৎকর্ষং প্রপদ্যতে॥ ৬১
ক্রুদ্ধো বিষং বমন্ সর্পঃ ফণামান্দোলয়ন্ মুহুঃ।
গানং জাঙ্গলিকাচ্ছ্রুত্বা হর্ষোৎকর্ষং প্রপদ্যতে॥ ৬২
মৃগঃ সোঽপি তৃণাহারো বিচরন্নটবীংতদা ( সদা )।
লুব্ধকাদপি সঙ্গীতং শ্রুত্বা প্রাণান্ প্রপদ্যতে॥ ৬৩

বিষ্ণুপুরাণেঽপি

কাব্যালাপাশ্চ যে কেচিৎ গীতকান্যখিলান্যপি।
শব্দমূর্ত্তিধরস্যৈতে বিষ্ণোরংশা মহাত্মনঃ॥ ৬৪

তত্রাবি—

দেবস্তমানবো গানং বাদ্যং নৃত্যমিতিপ্রিয়ং।
কুর্য্যাদ্বিষ্ণোঃ প্রসাদার্থমিতি শাস্ত্রে প্রকীর্ত্তিতং॥ ৬৫

---

দামোদরনা হায়—

ঈশৈনা শজি অমসুং উচেকপু ফাবা ওম্মী, উরক্তা লৈবা লিনস্থ নমতুনা থোরকই, অঙাং কাওবনা কপ্পা তোকই॥ ৬০

পারিজাততস্থ হায়—

নাউশুমদা হিপ্লিবা অঙাংনা কপ্লিগুম্বদা কপ্লবস্থ নুংশিবা নাউশুম ঈশৈ তাবগা হরাউই॥ ৬১ মহু চেনবা লিনমক্তা শাউরদা তোক্তনা হরাউনা হন্না হন্না জগোই শায়কই॥ নারক্তা লৈবা জীবশিংস্থ ঈশৈ তাংগা হরাউবা ফংই॥ ৬২ বনদা শজীক চায়স্বা শজিস্থ শাতানবগী ঈশৈ তাবদা ভঙ্গংখিদুন মথবায় মাঙনবা ওইরকই॥ ৬৩

বিষ্ণুপুরাণদসু হায়রি—

কাব্য আলাপনচিংবা ঈশৈগী অতোপ অতোপ্পা মওঙ্ পুম্নমক, শব্দগী মূর্ত্তি ওইরবা শ্রীবিষ্ণুগী মতিক চাউরবা অংশ মক্তনি। লাইশিংনস্থ তাইবঙ্ মীনা ঈশৈ শকপা, পুং-যৈবা অমস্তং জগোই শাবা অসিবু য়াম্না পাম্মী। মসিবু, বিষ্ণুনা পেনবানবগী দমক শেমখিবনি হায়না শাস্ত্রনা হায়রি॥ ৬৪-৬৫

নাহং বসামি বৈকুণ্ঠে যোগিনাং হৃদয়ে নবৈ ( চ )।
মদ্ভক্তা যত্র গায়ন্তি তত্র তিষ্ঠামি নারদ ॥ ৬৬
শৃণ্বন্ ( গায়ন্ ) সুভদ্রাণি রথাঙ্গপাণে—
জন্মানি কর্ম্মানি চ যানি লোকে।
গীতানি নামানি তদর্থকানি
গায়ন্ বিলজ্জো বিচরেদসঙ্গঃ ॥ ৬৭
বিষ্ণু নামানি পুণ্যানি সুস্বরৈ রচিতানি চেৎ।
ভবন্তি সামতুল্যানি কীর্ত্তিতানি মনীষিভিঃ ॥ ৬৮

## অথ গীতং

তল্লক্ষণংত্বাচার্য্যানাং মতভেদাৎ বহুধা। তত্রাপি বহুসম্মতমেবোচ্যতে।

### সঙ্গীত সারে

গীতং রঞ্জকৈ ( কং ) ধাতু মাতু সহিতমিতি।
গীতস্যাবয়বো ধাতু রাগাদির্মাতুরুচ্যতে ॥ ৬৯

### সঙ্গীত কৌমুদ্যাং—

রাগৈবিরচিতং গীতমিতি।

---

হে নারদ! ঐদি বৈকুণ্ঠ অমদি যোগিশিংগী থম্মোইদসু লৈতে। ঐগী ভক্তশিংনা ঈশৈ শকপা মফম অদুতদা লেঙদনা লৈ ॥ ৬৬

মরম অদুনা পুণ্যগী মশক ওইরবা শ্রীকৃষ্ণগী পোকপা অমদি মহাক্কী লীলানচিংবা অদুবু শকচ শোঞ্জবা অর্মদি অতোপ্পদা মগুণ খঙহনবনচিংবা তৌবা মীশিং অদুদি মীয়মলেন অসিদা মায়া-পূম্নমক থাদোক্ক্না ( ঈকাই ঈকিনচিংবা পূম্নমক থাদোক্ক্না ) নায়তোম ওইনা মশাগী লম্বীদা অদুম মথন্তা চৎচগদবা ওই ॥ ৬৭

পুণ্যগী মশক ওইরবা বিষ্ণুগী নামবু, সঙ্গীতকী নিয়ম কায়দনা নিঙথিনা শকচ-শোঞ্জরবা মী অদুদি সামবেদমক্কা মান্নৈ হায়না মুনিশিংনা শীংথানৈ ॥ ৬৮

### মথংদা ঈশৈগী মরম হায়রি—

ঈশৈগী লক্ষণদি গুরুশিংগী মত তিন্নদবদগী মথল মথা য়াম্না থোকখ্রে। অদুম ওইনমক অয়াম্বনা লৌখৎনবা মত খরদং ইজরক্কে—

সঙ্গীত-সারদা হায়—

নুংঙাইবগী মশক ওইবা, ধাতু-মাতু য়াওবা ঈশৈবু অশেংবা গীত হায়না কৌই। ধাতুনা ঈশৈগী মরু ওইবা পোৎচঙনি, মাতুনা রাগগী মশক্নি ॥ ৬৯

সঙ্গীত কৌমুদীনা হায়বনা—'রাগ ময়াম্না শেম্বা অদুবু গীত ( ঈশৈ ) কৌই।'

গীতপ্রকাশেতু—

রঞ্জক স্বরসন্দর্ভো গীতমিতি ॥ ১০

বস্তুতস্তু নারদ সংহিতায়াং—

ধাতু মাতু সমাযুক্তং গীতমিত্যভিধীয়তে।

তত্র নাদাত্মকং গেয়ং ধাতুরিত্যভিধীয়তে ॥ ১১

গুণাদি ধারণাদ্ধাতুর্গীতাবয়ব এব সঃ।

গুণালঙ্কার বাক্যেষু রঞ্জকৌজস্বিতা যদি।

মাতুঃ স গদিতস্তজ্ঞৈর্মানবস্য প্রমোদনাৎ ॥ ১২

নাদাত্মকমিতি—নাদএব আত্মাস্বরূপং যস্য তৎ।

অত্র নাদপদেন নাদ জন্যানাং শ্রুতিস্বরাণাং গ্রহণং ॥

যদুক্তং—

নাদাচ্চ শ্রুতয়ো জাতাস্তাভ্যঃ ষড়্জাদয়স্বরাঃ।

তেভ্যঃ স্যুর্মূর্চ্ছনাস্তাভ্যস্তানাখ্যাগ্রাম সম্ভবা ॥ ১৩

কচিচ্ছাস্ত্রে কশ্চিৎ বিশেষ প্রকারো দৃশ্যতে।

ধাতু মাত্রা সমাযোগো গীতমিত্যভিধীয়তে।

তত্র নাদাত্মকো ধাতুর্মাত্রাত্বক্ষর সঞ্চয়ঃ ॥ ১৪

---

অদুগা গীত-প্রকাশনদি 'তাবদা নুংঙাইবা, অচুম্বা স্বরশিংনা শেম্বা অদুবু গীত কৌই'—অম্বয়া হায় ॥ ১০

অশেংবদি—নারদ সংহিতানা হায়—

ধাতু-মাতু য়াওনা শকপা অদুবু 'গীত' কৌই। ধাতু হায়বসিদি নাদমক্তী মশক্তি হায়না খঙনৈ ॥ ১১

ধাতু। গুণ-অলঙ্কারনচিংবা চেনবদগী ধাতুনা গীতকী মচাক ওই।

মাতু। গুণালঙ্কার চেনবা বাক্যশিং অদুদা য়াম্না পায়হনবা—নুংঙাইহনবনা অমুক্তা থোমজিল্লবদি মদুনা মীবু পেলহল্লি হায়দুনা ঈশৈ হৈবশিংনা মদুবু 'মাতু' হায়না খঙনৈ ॥ ০২

মথক্তী শ্লোক-তা হায়রিবা 'নাদাত্মক' হায়বা বাহৈ অসিগী অর্থদি নাদ অদুমক্তা মশক ওইবা হায়বনি। মসিবু, নাদদগী পোক্লকপা শ্রুতি অমদি স্বর থিবীক অদুমকপুনি খঙনগনি।

শন্দোকপা মরোন্দি—

নাদ দগী শ্রুতি, শ্রুতিদগী ষড়্জনচিংবা স্বর, স্বরদগী মূর্চ্ছনা অমসুং মূর্চ্ছনাদগী তানগী মশক ওইবা গ্রাম পোক্লকই ॥ ১৩

কয়িগুম্বা শাস্ত্র অমদদি থোইদোকপা মরম খরা অমুক উবা ফংই মদুদি—

ধাতু-মাত্রা অনি চাং মান্নবা তিন্নববু গীত কৌই। ধাতুনা নাদগী মশক্তি অদুগা মাত্রা হায়বনা ময়েক ময়াম তিন্নদুনা থোকপনি। ১৭

ঊর্দ্ধাধো হৃদয়স্থানান্মারুতঃ প্রাণ সংগতঃ।
ব্রহ্মরন্ধ্রাৎ পতন্ বক্ত্রান্নাদ আবির্ভবত্যসৌ ॥ ৭৫

### অথ গায়কলক্ষণমাহ

ব্যক্তং শুদ্ধং যথাশাস্ত্রং দোষাষ্টকবিবর্জিতং।
স কণ্ঠধ্বনিনা নিত্যং যো গায়তি স গায়কঃ ॥ ৭৫

### অষ্টদূষণং

তির্য্যগুৎফুল্লগলতা চক্ষুরানন মীলনং
ঊর্দ্ধাধাদৃক্‌শিরঃকম্পঃ প্রহরদ্গান দূষণং ॥ ৭৬

### বাদ্যবাদকলক্ষণমাহ

অদীর্ঘমুচ্চাঙ্গুলি তীক্ষ্ণবুদ্ধিঃ পরিস্ফুরদ্বাহুক পদ্মপাণি।
অব্যঙ্গসদ্বেশ সুশীলচেষ্টঃ সদ্দান্ গুণজ্ঞৈঃ কথিতোমৃদঙ্গী ॥ ৭৭

### গান-শ্রোতৃ-পাত্রবৈশিষ্ট্য-মাহ—

সমী ক্ষমাবান্ সরলী রসজ্ঞ—
ঈক্ষাপটুর্মঞ্জুল পাঠবিজ্ঞঃ।

---

থম্মোইগী থক-থা-দগী খোরুকপা শুংশংনা প্রাণ বায়ুগা তিন্নতুনা লবাই-লেন্ফ্ যৌনা হাইগংলুরগা অনক কুমথরক্না (হাইথরক্না) চীন্দা 'নাদ' হায়বসি ওইনা খোরুকই ॥ ৭৫

হুজীক্তি ঈশৈ শকপগী লক্ষণ হায়রি

শাস্ত্রনা হায়বা ঈশৈ শকপগী দোষ মথল নিপাল অহু য়াওদবা, মীগী মতেং য়াওদনা মথন্তগী খোঞ্জেলনা ময়েক শেংনা ঈশৈ শকপা মী অদুবু অশেংবা ঈশৈ শকপা মী কৌই ॥ ৭৫

দোষ মথল নিপানগী মশক্তি—

ভক-পৈবা, খোরী পোঙথোকপা, মিৎ উইশিনবা, মক লুকপা, মথক মথাদা য়েংবা নত্রগা ভক হাইবা, কোক হাইবা অমদি স্বর তংপা ॥ ৭৬

পুংয়েবগী লক্ষণ হায়রি—

শাংদবা, খুংচা-পোবা, বুদ্ধি থোবা, পাম্বোম তাবা ফজবা, মখুৎ-থম্বাল-মানবা, মখোঙ, মখুৎনচিংবা তেঙ্ক-কায়দবা, ফিজেৎ নিঙথিবা, লমচৎ ফজবা, পূকচেন শেংবা— অসিনচিংবা গুণনা লৈতোংবা অদুবু গুণ-লৈবশিংনা পুংয়েবা কৌনৈ ॥ ৭৭

ঈশৈ তাবা হৈবা মীগী লক্ষণ হায়রি—

পূকচেল লাকপা ওম্বা, ভাকপিহৈবা, পূকচেলতিংবা, রস খঙবা, য়েংবা হৈবা, হায়দোক শক্তোক্লকপা ঈশৈগী ময়েক শেংনা খঙবা ওম্বা, সঙ্গীত শাস্ত্রদা হৈশিংবা অমদি

সঙ্গীতশাস্ত্রে কুশলো বিদগ্ধঃ
পাত্রোত্তমোঽয়ং কিল নৃত্যশাস্ত্রে ।। ৭৮

**স্বরাঃ—**

( স্বরা ) মত্তময়ূরাদিবদ্ধলয়াঃ ষড়্‌জাদয়ঃ সপ্ত ।
তদুক্তং রঞ্জকাঃ শ্রোতৃচিত্তানাং স্বরাঃ সপ্তবিধা মতাঃ ।। ৭৯

**তদুক্তং সঙ্গীত সারে—**

শ্রুত্যনন্তরং ভাবী যঃ স্নিগ্ধোঽনুরণনাত্মকঃ
স্বতো রঞ্জয়তি শ্রোতৃশ্চিত্তং স স্বর উচ্যতে ।। ৮০

**অপিচ**

স্নিগ্ধশ্চ রঞ্জকশ্চাসৌ স্বর ইত্যভিধীয়তে ।
স্বয়ং যো রাজতে নাদঃ স স্বরঃ পরিকীর্ত্তিতঃ ।। ৮১
প্রথম শ্রবণাচ্ছব্দঃ শ্রূয়তে হ্রস্বমাত্রকঃ ।
সা শ্রুতিঃ সংপরিজ্ঞেয়া স্বরাবয়ব লক্ষণা ।। ৮২

**এবং সঙ্গীত সারেচ**

দ্বাবিংশতিস্তির্য্যগূর্দ্ধা নাড্যো হৃদয়মাশ্রিতাঃ ।
তা যাবত্যস্তু শ্রুতয়স্তাবত্যঃ পরিকীর্ত্তিতাঃ ।। ৮৩

---

নায়ক-নায়িকা-ভেদগী মরম মুন্না খঙবা—গুণশিং অসি চেনবা মীবু নৃত্য-শাস্ত্রদা অখোইবা পাত্র ( ভাবক ) নি হায়না শীংখানৈ ।। ৭৮

**স্বর লক্ষণ—**

ময়াই কারবা বাহোংনচিংবগী খোঞ্জেলগুম্বা ষড়্‌জনচিংবা মখল তরেৎপু স্বর হায়না কৌই । অতাবা মীগী থম্মোই হুনবা ওইবা অসিগুম্বা স্বর অসি মখল তরেৎনি ।। ৭৯

সঙ্গীত সারদা হায়রি—

হেক তাবদা খোঙ্গোক অদুতনা অতাবা মীগী থম্মোইদা অপেনবা নুংঙাইবা পোকহনবা-গুম্বা অদুবু 'স্বর' হায়না কৌই ।। ৮০

অতগা অমরোমদা অখোৎপা অমেঙবনা তিনবা, অপেনবা নুংঙাইবা পোকহনবা অদুবু স্বর কৌই হায়রি । কনাগীসু মতেং য়াওদনা মথন্তা হায়দোরকপা য়াবা খোনথম অদুবু 'স্বর' হায়না কৌই ।। ৮১

শ্রুতিগী লক্ষণ—

অহানবা হেক তাবদা স্বর অসি হ্রস্ব ওইনা তায়, মদুবু 'শ্রুতি' কৌই । অসিগুম্বা শ্রুতি অসিনা স্বরগী অখোইবা মচাকনি ।। ৮২

সঙ্গীত সারদসু হায়রি—

অখোয়বা শিংলী তুম্নিথোইখক মথক লোমদা লাক্তুনা থম্মোইগা শম্নৈ । মখোয় অসিদা থোক্নকপা স্বরশিং অদুবু শ্রুতি হায়না কৌই ।। ৮৩

ক্রমাদুচ্চোচ্চতাযুক্তা বীণাদাবেব লক্ষিতাঃ।
কণ্ঠাদিহৃষ্টে কণ্ঠে যত্তাসাং ব্যক্তির্নজায়তে ।। ৮৪

তাশ্চ

চতস্রঃ পঞ্চমে ষড়্জে মধ্যমে শ্রুতয়ো মতাঃ
ঋষভে ধৈবতে তিস্রো দ্বে গান্ধারে নিষাদকে ।। ৮৫

কিং নামিকাস্তা ইত্যাহ—

নান্দী বিশালা সুমুখী বিচিত্রা ষড়্জজাঃ স্মৃতাঃ।
চিত্রা ঘনা চালনিকা ঋষভে তিস্র ঈরিতাঃ ।। ৮৬
গান্ধারে সরঘামালা মধ্যমে মাগধী শিবা।
মাতঙ্গিকা চ মৈত্রেয়ী চতস্রঃ পরিকীর্ত্তিতাঃ ।। ৮৭
বালা কলা কলরবা শাঙ্গিকাপি চ পঞ্চমে।
মাত্রা রসামৃতা চেতি তিস্রোধৈবত নামণি ।। ৮৮
নিষাদ নাম্নি দ্বে চ বিজয়া মধুকর্য্যপি।
ইতি স্বরাণাং শ্রুতয়ো দ্বাবিংশতিরুদাহৃতাঃ ।। ৮৯

স্বরাণামিত্যত্র পুত্রানাং পিতা ইতিবৎ জন্যজনক সম্বন্ধে ষষ্ঠী।
স্বরাণাং জনিকা ইত্যর্থঃ। বস্তুতস্তু স্বরূপং জ্ঞাতুমশক্যং ।।

---

মীগী খোঞ্জেন্দদি লোক-নচিংবা চেনবদগী ২২ অসিগী খুদিঙমক্কী মখোল চুম্না খোকহনবা ঙমদে। বীণা যন্ত্রদদি মথং মথং বাংথৎলকপা মসিগী মওঙ অহু শেংনা কোংদোকপা ঙম্মী ।। ৮৪

মখোয় অসিগী লৈক্ষমদি—

পঞ্চম, ষড়জ অমসুং মধ্যমদা ৪। ৪, ঋষভ, ধৈবতদনা ৩। ৩, অতুগা গান্ধার, নিষাদ অনিদমা ২। ২ লৈ ।। ৮৫

মখোয় অহুগী মমিংশিংদি—

নান্দী, বিশালা, সুমুখী, বিচিত্রা মরি অনিনা ষড়্জদগী ; চিত্রা, ঘনা, চালনিকা অহুম অসিনা ঋষভদগী ; সরঘা, মালা, অনিনা গান্ধারদগী : মাগধী, শিবা, মাতঙ্গিকা অমসুং মৈত্রেয়ী মরি অসিনা মধ্যমদগী ; পঞ্চমদগীনা বালা, কালা, কলরবা, শাঙ্গিকা ; ধৈবতদগীনা—মাত্রা, রসা, অমৃতা ; অতুগা নিষদকীনা—বিজয়া, মধুকৃর্ষী অনি অসিনি ।। স্বরগী শ্রুতি ২২ দি তাক্লিবাশিং অসিনি ।। ৮৬-৮৯

স্বরগা শ্রুতিগা অনিমক মপা অমদি মচা হায়বদি পোকহল্লিবা অমদি পোক্লকপা পোৎকুম্না স্বরদগী শ্রুতি পোকপনি হায়বা খণ্ডননবা মথক্কী মূল শ্লোক অসিদা অনি অসিগী মরী তাকপদা ষষ্ঠী বিভক্তি থমলিবনি। অসিগুম্বা শ্রুতিশিং অসিগী অশেংবা মশাক্তি কনানসু খঙবা ঙমদে মহুদি—

তদুক্তং

শ্রুতি স্থানে স্বরান্ বক্তুং নালং ব্রহ্মাপি তত্ত্বতঃ।
জলেষু চরতাং মার্গো মীনানাং নোপলভ্যতে ॥ ১০
গগণে পক্ষিণাং যদ্বৎ তদ্বৎ স্বরগতা শ্রুতিঃ।
শ্রুতির্নাদবলাৎ প্রোক্তা তদাদ্যাচ কলামতা ॥ ১১
যথাতৈলগতঃ সর্পির্যথা কাষ্ঠগতোঽনলঃ ॥ ১২
অসাধারণেন বিশেষেত্যর্থঃ ॥
জ্ঞায়তেঽত্রোপদেশেন তথা স্বরগতা শ্রুতিঃ।
বীণাদেস্তু শ্রুতিজ্ঞানং স্বরজ্ঞানন্তু বংশজং ॥ ইতি ১৩

অপরঞ্চ

সমশ্রুতীনামেতেষু স্বরাণাং যাস্তু ভেদিকাঃ।
প্রয়োগবিধুরত্বেন তানোক্তাঃ শ্রুতিজাতয়ঃ ॥ ১৪

শ্রুতিসংখ্যাচোক্তা

চতুশ্চতুশ্চতুশ্চৈব ষড়্জমধ্যম পঞ্চমাঃ
দ্বে দ্বে নিষাদ-গান্ধারৌ ত্রিস্ত্রিঋষভধৈবতাবিতি ॥ ১৫
দ্বাবিংশতিঃ।
তে ত্রিধাস্যুর্মন্দ্র-মধ্য-তার-ভাবং সমাশ্রিতাঃ।
ত্রীণি স্থানানি তেষাং হি হৃদি মন্দ্রোঽভিধীয়তে।

---

শ্রুতিগা স্বরগা লৈনবা মন্নী অদুগী অশেংবা মশক্তি ব্রহ্মামক্সু হায়ভমদে। ঈশিংদা কনানসু ভাগী লম্বী খঙবা ভমদে ॥ ১০

(ঈশিংদা ভা-না চৎপগী লম্বী অমদি) নোংমদোন্দা উচেক্কা পাইদুনা চৎপদা করিগুম্বা খঙনবা মমি লৈতে—অদুগুমদুনা স্বরগা শ্রুতিগা লৈনবা মরিসু অদুনি। শ্রুতিনা নাদ-গী পাংগলনি, অসুম্না মপাংগল লৈরবদা মদুবু 'কলা' হায়না খঙনখয়ে ॥ ১১

থাউদা ঘি-গী শক্তক, উ দা মৈগী শক্তক মাওই হায়বসি তাক্লবতদা খঙবা ভম্বগুম্না স্বরদা শ্রুতিগী লৈফম অদুসু তাক্লগাদ খঙনবা ভম্মী। বীণানচিংবা মরীপানবা যন্ত্রনা শ্রুতিবু খঙহল্লি অদুগা বাঁশীনচিংবনা স্বর তাকপা ভম্মী ॥ ১২—১৩

অদুগা মান্নবা শ্রুতিশিংদা স্বরদি থেম্নবা অদুগুম্বা শ্রুতিজাতিশিং অদুদি চাউথোক-মনখিগদবদগী হায়রে ॥ ১৪

শ্রুতিগী মশীং হায়রি –

ষড়্জ, মধ্যম, পঞ্চমদা ৪। ৪, গান্ধার, নিষাদদা ২।২, ঋষভধৈবতদা ৩। ৩— অসুম্না পুম্নমক্না ২২ নি ॥ ১৫

শ্রুতি ২২ অসিগী অমমম্ব অমুক ৩। ৩ থোক্না থায়ম্নি মদুদি—মন্দ্র, মধ্য অমসুং

কণ্ঠমধ্যে মূর্দ্ধি তারো দ্বিগুণমুত্তরোত্তরং ॥ ৯৬

**এতেষাং ব্যুৎপত্তিমাহ যথা—**

নাসাং কণ্ঠমুরস্তালু জিহ্বাং দন্তাংশ্চ সংস্পৃশন্ ।
ষড় ভ্যঃ সংজায়তে যস্মাৎ তস্মাচ্ছড়্জ ইতি স্মৃতঃ ॥ ৯৭

**দামোদরস্ত্বন্যথাহ**

বায়ুঃ সংমূর্চ্ছিতো নাভের্নাভ্যাশ্চ হৃদয়স্য চ ।
পার্শ্বয়োর্মস্তকস্যাপি ষণ্ণাং ষড়্জ প্রজায়তে ॥ ইতি ॥ ৯৮
নাভিমূলাদ্‌যদা বায়ুরুত্থিতঃ কুরুতে ধ্বনিং ।
ঋষভস্যেতি নির্যাতি হেলয়া ঋষভঃ স্মৃতঃ ॥ ৯৯
নাভি ( ভেঃ ) সমুদ্‌গতো বায়ুর্গল শ্রোত্রে চ চালয়ন্ ।
সশব্দং যেন নির্যাতি গান্ধারস্তেন কথ্যতে ॥ ১০০
মধ্যমো মধ্যম-স্থানাচ্ছরীরস্যোপজায়তে ।
নাভিমূলাচ্চ গম্ভীরঃ কিঞ্চিত্তারঃ স্বভাবতঃ ॥ ১০১
প্রাণোঽপানঃ সমানশ্চোদান ব্যান এব চ ।
এতেষাং সমবায়েন জায়তে পঞ্চমঃ স্বরঃ ॥ ১০২

---

তার। মখোয় অহুম অসিগী লেফমদ—থম্মোইদা 'মন্দ্র', খোজেঙদা 'মধ্য' অমসুং লবাই-লেম্ফদনা 'তার' হায়বসি নৈ। অকোন অকোনবনা মথক মথক্তগী শক্তক ২। ২ হেন্না বাংথংলকই ॥ ৯৬

মখোয়গী হৌরককমদি—

নাতোন, খোরী, থবাক, চৌ, লৈয়েঙ অমসুং য়া—মকম তরুকমক অসি খোক্লা খোক্লকই কায়না 'ষড়্জ' হায়না কৌবনি ॥ ৯৭

দামোদরনদি অতোপ্পা অমা ওইনা হায় মতুদি—

১। খোয়দো মথাদগী হৌরক্লগা নুংশিৎনা অহানবদা ২। খোয়দোদা থেংই, মথংদা ৩। থম্মোই য়োর্ক, ৪, ৫। থম্মোইদগী নাকুথং অনিমক্তা শীন্দোকই, অদোইবদনা ৬। কোক্তা হাইগংলি—অমুম্না মকম তরুক্তগী খোকই হায়তুনা 'ষড়্জ' কৌই ॥ ৯৮

**ঋষভ।** খোয়দো মথাদগী নুংশিৎনা পুথংলকপা খোঞ্জেল অদুবু লায়না খোক্লকই হায়তুনা 'ঋষভ' হায়না কৌই। ৯৯

**গান্ধার।** খোয়দোদগী কাখৎলক্তনা নুংশিৎনা খোরী অমসুং নাকোঙ অনিমক্তা থৈরগা খোক্লকপা মখোল অদুবু 'গান্ধার' হায়না কৌই ॥ ১০০

**মধ্যম।** মধ্যমদি হকচাংগী ময়ায়থংবা শরুক্তগী খোকই। খোয়দো-মথাদগী খোক্লকপনা মসি মশানা লুম্বী হাইফেৎনু ৱাংই ॥ ১০১

**পঞ্চম।** প্রাণ, অপান, সমান, উদান, ব্যান—প্রাণ-বায়ু মঙা অসিনা তিন্নতুনা খোকপবু 'পঞ্চম স্বর' হায়না কৌই ॥ ১০২

গত্বা নাভেরধোভাগং বস্তিং প্রাপ্যোর্দ্ধগঃ পুনঃ।
ধাবন্নিব চ যো ধাতি কণ্ঠদেশং স ধৈবতঃ॥ ১০৩
ষড়্জাদয়ঃ ষড়েতেহত্র স্বরাঃ সর্ব্বে মনোহরাঃ।
নিষীদন্তি যতো লোকে নিষাদস্তেন কথ্যতে॥ ১০৪

**তৎসাম্যধ্বনি কথনে তদ্রূপমাহ—**

ময়ূরঃ ষড়্জমাখ্যাতি ঋষভং বক্তি চাতকঃ।
ছাগো গান্ধারমাচষ্টে ক্রৌঞ্চো বদতি মধ্যমং॥ ১০৫
কোকিলঃ পঞ্চমং ব্রূতে ভেকো বদতি ধৈবতং।
নিষাদং ভাষতে হস্তীত্যেতৎ ব্রহ্মাদি-সম্মতং। ১০৬

**দামোদরস্ত্বাহ**

ময়ূর-বৃষভচ্ছাগ-ক্রৌঞ্চ-কোকিল বাজিনঃ।
মাতঙ্গশ্চ ক্রমেণাহুঃ স্বরানেতান্ স্বতুর্গমান্॥ ১০৭

**কিঞ্চ—**

তে বাদি-সম্বাদি-বিবাদ্যনুবাদ্যভিধা পুনঃ।
স্বরাশ্চতুর্ব্বিধাঃ প্রোক্তাস্তত্র বাদী স কথ্যতে॥ ১০৮

---

**ধৈবত।** খোয়দৌ মখা তান্না চৎলুরগা অমুক হাইগৎলক্কনা খৌয়ী যৌরকপা খোম্বোক অদুবু 'ধৈবত' হায়না কৌই॥ ১০৩

**নিষাদ।** অসিগুম্বা ষড়্জনচিংবা স্বর অদ্ধকমক অসিগা তিন্নদুনা পৃক্তিঙ্ হূবা মওঙ্ অমা থোকহল্লিবা স্বর অদুবুনা 'নিষাদ' হায়না কৌই॥ ১০৪

স্বরশিংগী খোম্বোক্কা মান্নবা খঙ্নবা তাকনি—ষড়্জদি মাহোংনা খোংবগা মান্নে। অসুম্না ঋষভদা নোংগৌবী, গান্ধারদনা হামেঙ্, মধ্যমনা উরোক (ক্রৌঞ্চ)—মখোয় অসিনা খোংবগা মান্নে॥ ১০৫

মওঙ্ অসিগুম্না পঞ্চমনা কোকিল, ধৈবতনা হঙোই, নিষাদনা শামুনা খেকপা মখোলগা মান্নে। হায়ব্রিবসি ব্রহ্মাদিনা য়ানরবা বাকমনি॥ ১০৬

দামোদরনা হায়বদি—

মাহোং, যণ-লাবা, হামেঙ্, উরোক (ক্রৌঞ্চ), কোকিল, শগোল, শামু—মখোয় অসিগী মথং মনাউ নাইনা খেন্নবা খোম্বোকশিং অসিগুম্না স্বরশিংগী খোম্বোকসু থেন্নে। অসিগুম্বা স্বরগী খোম্বোকশিং অসিদি খঙ্বদা লুনা থোকই॥ ১০৭

অদুগা মখোয় অসি বাদী সম্বাদী, বিবাদী, অনুবাদী হায়না অমুক মথল ৪ থোক্না থান্নদোকনি। অসিগুম্বা স্বর মথং মরি অসিগী মনুংদা অহানবদা বাদী-স্বরগী মথক তাকনি॥ ১০৮

প্রচুরো যঃ প্রয়োগেষু বক্তি রাগাদি নিশ্চয়ং ।
সমশ্রুতিশ্চ সম্বাদী পঞ্চমস্য নমঃ ক্বচিৎ ।। ১০৯
গ-নী বিবাদিনৌ স্যাতাং রিধয়োর্বাপি তৌ তয়োঃ ।
অনুবাদী ভবেচ্ছেষ ইতি দত্তিল সম্মতং ।। ১১০

**অন্বার্থঃ —**

যঃ প্রয়োগেষু প্রচুরো বহুলঃ সন্ রাগাদি নিশ্চয়ং কথয়তি, বহুধা প্রোক্তো-ঽমুকরাগোঽয়মিতি নির্ণয়ং করোতি, স বাদী-স্বরঃ, পঞ্চমস্য সমশ্রুতিস্তুল্যশ্রুতির্যঃ স্বরঃ স সম্বাদী, ক্বচিন্নমঃ কোঽর্থঃ, যো মধ্যমস্বরঃ ক্বচিৎ সম্বাদী ন ভবতি। গ নী গান্ধারনিষাদৌ। রিধয়োঃ ঋষভ ধৈবতয়োঃ বিবাদিনৌ শত্রু ভবতঃ। বেতি পক্ষান্তরে, তৌ ঋষভ-ধৈবতৌ তয়োঃ গান্ধার-নিষাদয়োঃ বিবাদিনৌ ভবতঃ। শেষঃ এতেভ্যোঽবশিষ্টো যে স্বরাস্তেঽনুবাদি-স্বরা ভবন্তি।

**কিঞ্চ**

বাদী নৃপস্তথা পাত্রঃ সম্বাদ্যথ বিবাদ্যরিঃ।
অনুবাদী ত্বনুচরো রাজ্ঞঃ পাত্রস্য চেরিতঃ।। ১১১

---

য়েংগদবা—মথংগী শ্লোক নং ১০৯—১১০ অনি অসিগী অর্থদি মথাদা সংস্কৃতনা অদুম্মক তাক্লকপনা মথোম্বগী দমক তোপ্পা অমুক ত'ক্লবদা হঞ্জিনবা মওং লৈবগনি থন্দুনা 'অন্বার্থ' হায়বদগী হৌনা তাকাল মধুদি—

**বাদী** - রাগনাচংবা শংকোক্লকপদা মশীং য়াম্না শিংদিম্নবা, শক্লিবা রাগ অদুগী মশক খঙহনবা অদুগুম্বা স্বর অদুবু 'বাদিস্বর' হায়না কৌই।

**সম্বাদী**—মধ্যম স্বরদি য়াওদবা, পঞ্চমস্বরগী শ্রুতিগা মান্নবা স্বর অদুবু সম্বাদী' হায়না কৌই। মধ্যমনা সম্বাদী থক ওইবা য়াদে।

**বিবাদী**—ঋষভগা ধৈবতগা, গান্ধারগা নিষাদ-গা অনি অসি মরৈ মরৈ য়েংথীনবদগী মথোম্নবু 'বিবাদি-স্বর' হায়না কৌই।

**অনুবাদী**- মথক্কী স্বর মথম অহুম অসিদগী লেমহৌবা স্বরমথৈ অদুবু 'অনুবাদিস্বর' হায়না কৌই।

মথোম্ন অনিগী খেন্নবা তাকলি—

বাদীনা স্বরগী নিংথৌনি, সম্বাদীনা মন্ত্রীনি, বিবাদীনা য়েক্নবনি অদুগা অনুবাদীনা বাদী-সম্বাদী অনিগী মনাইনি।। ১১১

বাদি-সম্বাদিনোরনুবাদী অনুচর ইত্যর্থঃ।
শ্রুতিভ্যঃ স্যুঃ স্বরাঃ ষড়্‌ জর্ষভ গান্ধার মধ্যমাঃ।
পঞ্চমো ধৈবতশ্চাথ নিষাদ ইতি সপ্তমে॥ ১১২
তেষাং সংজ্ঞাঃ স ঋ গ ম প ধ নীত্যপরা মতাঃ।

**সঙ্গীতদর্পনে**

শ্রুতিরিত্যুচ্যতে ভেদাস্তস্যাং দ্বাবিংশতির্মতাঃ।
তদভিব্যক্তয়ে নাড়ীস্থিতির্দেহে নিরূপ্যতে॥ ১১৩
ইড়া বামে স্থিতা নাড়ী দক্ষিণে পিঙ্গলা তথা।
হৃদি নাড়ী সুষুম্না তু (সা) ব্রহ্মরন্ধ্রাবধিস্থিতা॥ ১১৪

**অথ শ্রুতয়ঃ**

তীব্রা কুমুদ্বতী মন্দা ছন্দোবত্যস্তু ষড়্‌জগাঃ।
দয়াবতী রঞ্জনী চ রক্তিকা ঋষভে স্থিতাঃ॥ ১১৫
রৌদ্রী ক্রোধা চ গান্ধারে বজ্রিকাথ প্রসারিণী।
প্রীতিশ্চ মার্জনীত্যেতাঃ শ্রুতয়ো মধ্যমাশ্রিতাঃ॥ ১১৬
ক্ষিতী রক্তা চ সন্দীপিন্যালাপিন্যথ পঞ্চমে।
নন্দিনী রোহিনী রাম্যেত্যেতা ধৈবত সংশ্রয়াঃ। ১১৭
উগ্রা চ ক্ষোমিনী (ক্ষোভিনী) তি দ্বে নিষাদে বসতঃ শ্রুতী॥ ১১৮

---

শ্রুতি স্বর মখল তরেংনি মতুংদি—ষড়্‌জ, ঋষভ, গান্ধার, মধ্যম, পঞ্চম, ধৈবত অমসুং নিষাদ। তরেং অসিবু থঙ্গনবা অখল্লা মমিংদি—স, ঋ, গ, ম, প ধ, নি অসিনি॥ ১১২

সঙ্গীতদর্পণনা হায়—

শ্রুতি মখল ২২ গী তেংঙান তোঙানবা খাম্নোক্তি চক্চাংগী শিংলোদা তাকই॥ ১১৩

'ইড়া' কৌবা শিংলোনা চক্চাংগী ওয়দা, "পিঙ্গলা" কৌবা শিংলোনা য়েৎতা লৈ। অতুগা থম্মোই-নকাদা (ময়ায়) লৈবা 'সুষুম্না' কৌবা শিংলী অদুদি মবাই-লেম্ফ্ কাওবা থুংনা লৈ॥ ১১৪

শ্রুতিগী মরম

ষড়্‌জগী শ্রুতি—তীব্রা, কুমুদ্বতী, মন্দা, ছন্দোবতী।
ঋষভগী ,, —দয়াবতী, রঞ্জনী, রক্তিকা।
গান্ধারগী ,, —রৌদ্রী, ক্রোধা।
মধ্যমগী ,, —বজ্রিকা, প্রসারিণী, প্রীতি, মার্জনী।
পঞ্চমগী ,, —ক্ষিতী, রক্তা, সন্দীপিনী, আলাপিনী।
ধৈবত ,, —নন্দিনী, রোহিনী, রাম্যা।
নিষাদ ,, —উগ্রা, ক্ষোমিনী (ক্ষোভিণী)॥ ১১৫-১১৮

## তত্রৈব সঙ্গীতদর্পণে

সপ্তক্রমাৎ যদা হীনাঃ স্বরৈঃ স ঋ প সপ্তমৈঃ।
তদাষ্টাবিংশতিস্তালাঃ ( নাঃ ? ) ষাড়বা পরিকীর্ত্তিতাঃ ।। ১১৯
যদাতু মধ্যমগ্রামে মূর্চ্ছনা স ঋ গ রহিতাঃ ( গোজ্ঝিতাঃ )।
সপ্তক্রমাৎযদা তালাঃ ( নাঃ ? ) স্যুস্তদাত্বেকবিংশতিঃ। ১২০
এবমেকোনপঞ্চাশন্মিলিতাঃ ষাড়বা মতাঃ।
স্বরস্য কম্পো গমকাঃ শ্রোতৃশ্চিত্ত সুখাবহা ।। ১২১

### অথ গ্রামঃ

গ্রাম লক্ষণঞ্চোক্তং সংগীতদর্পণে –

যথা কুটুম্বিনঃ সর্ব্বেপ্যেকীভূতা ভবন্তিহি।
তথা স্বরানাং সন্দোহো গ্রাম ইত্যভিধীয়তে ।। ১২২
ষড়্জ-গ্রামো ভবেদাদ্যো মধ্যমগ্রাম এবচ।
গান্ধারগ্রাম ইত্যেতদ্গ্রামত্রয় মুদাহৃতং। ১২৩
নন্দাবর্ত্তোঽথ জীমূতঃ সুভদ্রো গ্রামকাস্ত্রয়ঃ।
ষড়্জ-মধ্যম গান্ধারস্ত্রয়ানাং জন্মহেতবঃ ।। ১২৪

---

তান

সঙ্গীতদর্পণনা অমুক হায়রদি –

স্বর তরেৎ অসিদা মথং মথং স রি প অহুম অসি য়াওদনা শেম্বা স্বরবু তরেৎলক অমুক শোরবদি পূন্না 'তান' ২৮ থক শুই। মসিবু 'ষাড়ব', হায়না কৌই ।। ১১৯

মধ্যম গ্রামগী মূর্চ্ছনাদা স রি গ য়াওদে, অদুগা তান্না ২১ নি। মথক্কী তান ২৮ অমসুং ২১ অনি অসি তিন্নরগা পূন্না তান ৪৯ শুই—মখোয় আসিবু 'ষাড়ব' হায়না কৌই ।। ১২০

গমক— তাবদা থম্মোই পেমনবা ওইনা স্বর নিকপবু 'গমক' হায়না কৌই ।। ১২১

গ্রাম—সঙ্গীত দর্পণদা মসিগী লক্ষণ হায়রি মতুদি—মপা-মচানচিংবা শাগে নাত্তে মরাম পূন্না লৈমিন্নবগুম্না স্বরগী মপেনা পূম্না লৈববু 'গ্রাম' হায়না কৌই ।। ১২২

গ্রাম মথল অহুমনি মতুদি – ষড়্জ, মধ্যম অমসুং গান্ধার ।।

গ্রাম অহুম অসিবু মথংশিংনা নন্দাবর্ত্ত, জীমূত অমসুং সুভদ্র হায়না খঙৈ। ষড়্জ, মধ্যম, অমসুং গান্ধার—স্বর অহুমনা মখোয়গী পোকফমনি ।। ১২৪

**সঙ্গীত সারেচ—**

গ্রামস্বরানামতি সূক্ষ্মভাব
সংযোজনং স্থানকুলং ত্রিধা সঃ।
ষড়্জস্তথা মধ্যম এব ভূম্যাং
গান্ধারনামা কিল দেবলোকে। ১২৫

**দামোদরে**

ষড়্জগ্রামো ভবেদত্র মধ্যমগ্রাম এব চ।
সুরলোকেচ গান্ধারগ্রামঃ প্রচরতি ধ্রুবং ॥ ১২৬

**সঙ্গীতদর্পনেচ**

গ্রামঃ স্বরসমূহঃ স্যান্মূর্চ্ছনাদেঃ সমাশ্রয়ঃ।
গান্ধারগ্রামমাচষ্ট তদা তং নারদো মুনিঃ ॥ ১২৭
প্রবর্ত্ততে স্বর্গলোকে গ্রামোঽসৌ ন মহীতলে ॥ ১২৮

**পারিজাতে**

অথ গ্রামাস্ত্রয়ঃ প্রোক্তাঃ স্বরসন্দোহরূপিণঃ।
ষড়্জ মধ্যম গান্ধার সংজ্ঞাভিষ্টে সমন্বিতাঃ ॥
মূর্চ্ছানাধারভূতাস্তে ষড়্জগ্রামস্ত্রিষুত্তমঃ। ১২৯

সঙ্গীত সারদসু হায়রি—

স্বর মপৈগী কুপশিন্না লৈবা অপূনবা মশকপু গ্রাম কৌই। মহু মথল অহমনি। মহুগী মরক্তা ষড়্জ, মধ্যমনা পৃথিবীদা, অহুগা গান্ধার গ্রামনা লাইরৈবাক্তা চৎনৈ ॥ ১২৫

দামোদরনা হায়—

ষড়্জ অমসুং মধ্যমনা পৃথিবীদা, গান্ধার গ্রামনা স্বর্গদা চৎনৈ ॥ ১২৬

সঙ্গীতদর্পনদসু চাম্ব মহুদি—

মূর্চ্ছনাশিংগী তুংফম ওইবা স্বরগী মপৈবু গ্রাম হায়না কৌই। গান্ধার গ্রাম হায়বহুদি স্বর্গদা চৎনৈ, পৃথিবীদা চৎদে অসুম্না নারদ মুনিনা হায় ॥ ১২৭-২৮

পারিজাতনা হায়—

স্বরমপৈগী মশক ওইবা, ষড়্জ, মধ্যম অমসুং গান্ধার হায়না থঙনবা গ্রাম অহুমগী বা, মথক্তা হায়রে। অসিগুম্বা মূর্চ্ছনাশিংগী তুংফম ওইবা গ্রামশিং অসিগী মরক্তা ষড়্জ-গ্রামনা অথোইবনি ॥ ১২৯

**অথ গ্রামাস্ত্রয়মূর্চ্ছনা আহ**

ষ ঋ গ ম প ধানিশ্চ মপৌ ধ নি ষ ঋ গ চ।

গ ম পা ধ নি সা ঋশ্চ গ্রাম ত্রিতয় মূর্চ্ছনাঃ ॥ ১৩০

**অপরঞ্চ**

সপ্তৈব মূর্চ্ছনাশ্চাত্র প্রতি গ্রামং প্রকীর্ত্তিতাঃ।

আদি দ্বি ত্রি চতুঃ পঞ্চষট্ সপ্তস্বপিতা মতাঃ ॥ ১৩১

**তৎ প্রস্তার ক্রমঃ**

ষড়্জান্নিষাদান্তং নেস্ত ধান্তং ধাৎপান্তমিষ্যতে।

পান্মান্তং মধ্যমাদগান্তং গান্ধারাদৃষভান্তকং ॥

ঋষভাৎ ষান্তমিত্যাহুঃ ষড়্জগ্রামস্য মূর্চ্ছনাঃ ॥ ১৩২

**তদুদাহরণং**

ষ ঋ গ ম প ধ নি চ। নি ষ ঋ গ ম প ধ চ।

ধ নি ষ ঋ গ ম প চ। প ধ নি ষ ঋ গ ম চ।

ম প ধ নি ষ ঋ গ চ। গ ম প ধ নি ষ ঋ চ।

ঋগ মপ ধনি ষচ। ইতি ষড়্জগ্রাম মূর্চ্ছনাঃ।

গ্রাম অহমগী মূর্চ্ছনা হায়রি—

ষড়্জগী— স রি গ ম প ধ নি। মধ্যমগী – ম প ধ নি স রি গ। গান্ধারগীনা— গ ম প ধ নি স রি ॥ ১৩০

অতোপ্পা অমনা—

গ্রাম খুদিঙ্গী মূর্চ্ছনা ৭। ৭ লৈ মহুদি—অহানবা, অনিত্তবা, অহুমগুবা, মরিত্তবা, মঙাত্তবা, তরুকত্তবা অমসুং তরেৎত্তবা ॥ ১৩১

মতুগী শন্দোকপা মওঙশিংদি—

ষড়্জগ্রামগী মূর্চ্ছনা—ষড়্জদগী নিষাদনা লোইবা, নিষাদ-দগী ধৈবতমা লোম্বা, ধৈবতদগী পঞ্চমনা লোইবা, পঞ্চমদগী মধ্যমনা লোইবা, মধ্যমদগী গান্ধারনা লোইবা, গান্ধারদগী ঋষভনা লোম্বা, ঋষভ-দগী ষড়্জনা লোইবা—মওঙ অসিনি ॥ ১৩২

খুদমদি—

স রি গ ম প ধ নি। নি স রি গ ম প ধ। ধ নি স রি গ ম প।

প ধ নি স রি গ ম। ম প ধ নি স রি গ। গ ম প ধ নি স রি।

রি গ ম প ধ নি স। মসি ষড়্জ গ্রামগী মূর্চ্ছনানি।

---

—৭ অসিবু রি ওইনমু ইনৈ।

**অথোচ্যতে সুবোধায় মধ্যম গ্রাম মূর্চ্ছনাঃ**

মাদগান্তং গাচ্চর্ষভান্তমৃষভাং সান্তমিষ্যতে।
সান্নান্তং নৈর্ধৈবতান্তং ধ্বাৎপান্তংপাচ্চমান্তকং ॥ ১৩৩

**এতদুদাহরণং**

ম প ধ নি ষ ঋ গ চ। গ ম প ধ নি ষ ঋ চ।
ঋ গ ম প ধ নি ষ চ। ষ ঋ গ ম প ধ নি চ।
নি ষ ঋ গ ম প ধ চ। ধ নি ষ ঋ গ ম প চ।
প ধ নি ষ ঋ গ ম চ। ইতি মধ্যমগ্রামমূর্চ্ছনাঃ।

**আদৌ গকারো যত্রাস্তি গান্ধার গ্রাম মূর্চ্ছনাঃ ॥ ১৩৪**

**তদুদাহরণং**

গ ম প ধ নি ষ ঋ চ। ঋ গ ম প ধ নি ষ চ।
ষ ঋ গ ম প ধ নি চ। নি ষ ঋ গ ম প ধ চ।
ধ নি ষ ঋ গ ম প চ। প ধ নি ষ ঋ গ ম চ।
ম প ধ নি য রি গ চ। ইতি গান্ধারগ্রামমূর্চ্ছনাঃ।

হৌজীক মধ্যম গ্রামগী মূর্চ্ছনা অমুক হায়রি—

ম-দগী গনা লোম্বা. গ-দগী রিনা লোইবা, রি-দগী সনা লোইবা, স-দগী নিনা লোইবা, নি-দগী ধনা লোইবা, ধ-দগী প-না লোইবা অমসুং প-দগী ম-না লোইবা অসিনি ॥ ১৩৩

মসিগী খূদমদি—

ম প ধ নি স রি গ। গ ম প ধ নি স রি। রি গ ম প ধ নি স।
স রি গ ম প ধ নি। নি স রি গ ম প ধ। ধ নি স রি গ ম প।
প ধ নি স রি গ ম। অসিনা মধ্যম গ্রামগী মূর্চ্ছনাশিংনি।

**গান্ধারগ্রামগী মূর্চ্ছনা—**

গ কারনা হৌরবদি মদু গান্ধার গ্রামগী মূর্চ্ছনানি ॥ ১৩৪

খূদমদি—

গ ম প ধ নি স রি। রি গ ম প ধ নি স।
স রি গ ম প ধ নি। নি স রি গ ম প ধ।
ধ নি স রি গ ম প। প ধ নি স রি গ ম।
ম প ধ নি স রি গ। মসিনা গান্ধার গ্রামগী মূর্চ্ছনানি।

## অথ মূর্চ্ছনাঃ

ক্রমাৎ স্বরানাং সপ্তানামারোহশ্চাবরোহণং।
সা মূর্চ্ছেত্যুচ্যতে গ্রামত্রয়ে তাঃ সপ্ত সপ্ত চ ॥ ১৩৫
স্বরাণাং মূর্চ্ছিতো যত্র রাগতাং প্রতিপদ্যতে।
মূর্চ্ছনামিতি তামাহ ভরতো গ্রাম সম্ভবাং ॥ ১৩৬

অপরঞ্চ—

যত্র স্বরো মূর্চ্ছিত এব রাগতাং,
প্রাপ্তশ্চ তামাহ মুনিশ্চ মূর্চ্ছনাং।
গ্রামোদ্ভবাস্তাঃ স্বরসপ্ত সংযুতাঃ,
স্থান ত্রয়ঃ ( য়ে ) স্যুঃ পুনরেকবিংশতিঃ ॥ ১৩৭
ষ ঋ গ ম প ধ নীতি ষড়্জগ্রামস্থ মূর্চ্ছনাঃ।
ম প ধ নি ষ ঋ গেতি মধ্যম গ্রাম মূর্চ্ছনাঃ।
গ ম প ধ নি ষ ঋীতি গান্ধার গ্রাম মূর্চ্ছনাঃ ॥ ১৩৮

অথাসাং নামানি—

ললিতা মধ্যমা চিত্রা রোহিণী চ মতঙ্গজা।
সৌবীরা বর্ণমধ্যাচ ষড়্জমধ্যাচ পঞ্চমী ॥ ১৩৯

---

মূর্চ্ছনা

স্বর তরেৎমক্কী কাখৎ কুমথ ( ৱাংখৎপা নেমথবা ) তৌবা মওঙবু 'মূর্চ্ছনা' হায়না কৌই। গ্রাম অহুমগী অমমমদা মদু ৭। ৭ লৈ ॥ ১৩৫

অসিগুম্বা গ্রামদগী থোক্লকপা-- রাগ শেম্নবগী মচাক ওইবা স্বরশিং অসিবু ভরতনা 'মূর্চ্ছনা' হায়না কৌরম্মী ॥ ১৩৬

অতোপ্পা মন্ত অমদদি—

রাগ শেম্বদা ওটরকপা স্বরগী মশক অদুবু মুনিশিংনা 'মূর্চ্ছনা' কৌই। গ্রামদগী পোক্লকপা, স্বর তরেৎনা তিনবা, মফম অহুমদা লৈবা অসিগুম্বা মূর্চ্ছনা অসিগী মশীং ২১ নি, মদুদি—

স রি গ ম প ধ নি—মসিনা সড়্জ গ্রামগী মূর্চ্ছনানি।
ম প ধ নি স রি গ—মসিনা মধ্যম গ্রামগী মূর্চ্ছনানি।
গ ম প ধ নি স রি—মসিনা গান্ধার গ্রামগী মূর্চ্ছনানি ॥ ১৩৮

মখোয় অসিগী মমিং মখং মথংদি—

১। ললিত, ২। মধ্যমা, ৩। চিত্রা, ৪। রোহিণী, ৫। মতঙ্গজা, ৬। সৌবীরা, ৭। বর্ণমধ্যা, ৮। ষড়্জ মধ্যা, ৯। পঞ্চমী, ১০। মৎসরী, ১১। মৃদুমধ্যা, ১২। শুদ্ধান্তা,

মৎসরী মৃদুমধ্যা চ শুদ্ধান্তাচ কলাবতী ।
তীব্রা রৌদ্রী তথা ব্রাহ্মী বৈষ্ণবী খেচরী বরা ॥ ১৪০
নাদবতী বিশালা চ ত্রিষু গ্রামেষু বিশ্রুতাঃ ।
একবিংশতিরিত্যুক্তা মূর্চ্ছনাশ্চন্দ্রমৌলিনা ॥ ১৪১
মূর্চ্ছনাং কলয়তি স্বরশব্দে
বংশিকাধরবিশেষ বিতানৈঃ ।
মূর্চ্ছনামনয়দনঙ্গ শরৌঘৈ-
রঙ্গনা রতিপতেরিব সেনা ॥ ১৪২

এতৎপ্রয়োজনমাহ—
শিবাগ্রে মূর্চ্ছনাং কৃত্বা ব্রহ্মহাপি বিমুচ্যতে ॥ ১৪৩

অথ তালাঃ ( নাঃ )—
মূর্চ্ছনা এব তালাঃ ( নাঃ ) স্যুঃ শুদ্ধা আরোহণাশ্রিতাঃ ॥ ১৪৪

দামোদরস্তু—
বিস্তার্য্যন্তে প্রয়োগায় মূর্চ্ছনাশেষসংশ্রয়াঃ ।
তানাস্তেঽপূ্যনপঞ্চাশৎ সপ্তস্বরসমুদ্ভবাঃ ॥ ১৪৫
তেভ্য এব ভবন্ত্যন্যে কূটতানাঃ পৃথক্ পৃথক্ ।
ভেদা বহুতরাস্তেষাং কস্তান্ কাৎস্ন্যেন বক্ষতি ॥ ১৪৬

---

১৩। কলাবতী, ১৪। তীব্রা, ১৫। রৌদ্রী, ১৬। ব্রাহ্মী, ১৭। বৈষ্ণবী, ১৮। খেচরী, ১৯। বরা, ২০। নাদবতী অমসুং ২১। বিশালা—২১ অসি গ্রাম অহুমদা লৈবা মূর্চ্ছনানি। মহাদেবনা হায়—পূন্না মূর্চ্ছনা ২১ থক তুই ॥ ১৩৯-১৪১

বাঁশীদা চীন্না কামলগা থোরকপা স্বরগী মূর্চ্ছনাশিং অদুনা কামদেবগী স্বরগুম্না থোরক্ন্না নূপী পুম্নমকপু মাগী ( কামদেব ) লান্মী ওইহল্লি হায়রবদি শুদ্ধংহল্লি ॥ ১৪২

মসিগী মগুণদি—
শিবগী মাঙদা মূর্চ্ছনা শকচয়বদি ব্রহ্মবধগী পাপমকসু কোকপা ঙম্মী ॥ ১৪৩

তানগী মরম হায়রি—
শুদ্ধা আরোহদা লৈবা মূর্চ্ছনানা 'তান' হায়বদু ওইরকই ॥ ১৪৪

দামোদরনা হায়—
মূর্চ্ছনা য়াম্না শীজিন্নদুনা 'তান'বু শন্দোক্নৈ। অসিগুম্বা স্বর তরেৎতগী থোক্লকপা তান অসি পূম্না মশীং ৪৯ থক তুই ॥ ১৪৫

মসিদগীসু হেন্দোকপা 'কূট-তান' হায়বা অতোপ অতোপ্পা তানগী মথং অতৈসু য়াম্না লৈরি। মখোয় অদুবু কনানা শন্দোক্না শীংথাক্লবা ঙমগনি ? ১৪৬

গ্রামাণাং মূর্চ্ছনানাঞ্চ তানানাং বহবো ভিদাঃ ।

প্রকৃতানুপযোগিত্বাদজ্ঞেয়ত্বাচ্চ নে রিতাঃ ॥ ১৪৭

তদুক্তং তানাধিকারে—

তানাঃ পঞ্চসহস্রাণি ত্রয়স্ত্রিংশত্তবস্ত্যমী ॥ ইতি ১৪৮

অথ বর্ণমাহ—

স্বরো গানক্রিয়ারম্ভপ্রযুক্তো বর্ণ উচ্যতে ।

স্থায্যারোহ্যবরোহীচ সঞ্চারীতি চতুর্বিধঃ ॥ ১৪৯

প্রত্যেকং লক্ষণমাহ—

স্থায়ং স্থায়ং প্রয়োগঃ স্যাদেকস্যৈব স্বরস্থ চেৎ ।

স্থায়ীবর্ণঃ স বিজ্ঞেয়ঃ পরাবন্বর্থ-সংজ্ঞি ( জ্ঞ ) কৌ ॥ ১৫০

পরৌ আরোহিস্বরোঽবরোহিস্বরশ্চ । তৌ অন্বর্থ সংজ্ঞি ( জ্ঞ ) কৌ অনুগতার্থনামানৌ । অর্থস্তু—আরোহতীত্যারোহী, অবরোহতীত্যবরোহীত্যর্থঃ ।

এতৎ সংমিশ্রণাদ্বর্ণঃ সঞ্চারীতি নিগদ্যতে ॥ ১৫১

এতেষাং স্থায্যারোহাবরোহি স্বরাণাং—

বর্ণাভবন্ত্যলঙ্কারা রচনায়া বিশেষতঃ ॥ ১৫২

---

গ্রাম, মূর্চ্ছনা অমসুং তানগী মখলদি মখল মখেল য়ামখরে, মদু পূম্নমক অতৃদি লাইরিক অসিগা চানদবগা, খঙজদবগনা ময়ম ওইত্রনা ইজদ্রে ॥ ১৪৭

তানাধিকারনা হায় মতুদি—পূন্না তান লীশীং মঙাগা কুন্থ্রাহুমদোই শুই ॥ ১৪৮

হৃজীক বর্ণগী ময়ম হায়রি—

ঈশৈ শকপা হৌবদা শীজিন্নরিবা স্বর অদুবু 'বর্ণ' কৌই । বর্ণ মরিনি মতুদি—স্থায়ী, আরোহী, অবরোহী অমসুং সঞ্চারী ॥ ১৪৯

মখোয় খুদিংমক্কী মওঙদি—

স্থায়ী—ময়ক থায়না থায়না স্বর অমত্তনা অস্থুম হৃজিন্না হায়হুনা লৈববু 'স্থায়ীবর্ণ' কৌই ॥ ১৫০

মথাগী থংনবা অনি অসিদি অর্থগা চপ চানৈ মতুদি 'আরোহী, অবরোহী' ।

আরোহী—মথং মথং থাংখৎখিববু আরোহী কৌই । অমসুং

অবরোহী—অথাংবদগী মথং মথং অস্থুম নেমথরকপবুনা 'অবরোহী' কৌই । অর্থগা চান্নবা মমিংমক্তনি—অকাবী অকুম্বী হায়বগুম্বনি ।

সঞ্চারী—মথক্কী স্থায়ী, আরোহী, অবরোহী হায়বা অহুম অসিনা তিন্নরগা 'সঞ্চারীবর্ণ' ওইরকই ॥ ১৫১

অসিগুম্বা বর্ণ অসিদি থোইদোক্না অলঙ্কার শেম্বা মতমদা শীজিন্নৈ ॥ ১৫২

তত্রচ—

ষড়্‌বিংশতিঃ স্থায়িনশ্চারোহিণো দ্বাদশৈবতু।
সঞ্চারিণো দ্বাদশৈব দ্বাদশৈবাবরোহিণঃ ॥ ১৫৩
ইতি প্রসিদ্ধালঙ্কারা দ্বাষষ্টিঃ পরিকীর্ত্তিতাঃ।
গ্রন্থবিস্তার-ভীতেন ময়ানেহ প্রকীর্ত্তিতাঃ ॥ ১৫৪

অলঙ্কার-প্রয়োজনমাহ—

স্বরজ্ঞানে দৃঢ়াভ্যাসো রক্তি (ক্তি) লাভশ্চ জায়তে।
বর্ণগান (জ্ঞান)-বিচিত্রত্বমলঙ্কারপ্রয়োজনং ॥ ১৫৫

গ্রহস্বরমাহ—

স গ্রহস্বর ইত্যুক্তো যো গীতাদৌ সমর্পিতঃ ॥ ১৫৬

অংশস্বরমাহ—

বহুলত্বং প্রয়োগেষু যস্য সোঽংশস্বরঃ স্মৃতঃ। *
যো রক্তি ( ক্তি ) ব্যঞ্জকো গেয়ে যস্য সর্ব্বেঽনুগামিনঃ ॥ ১৫৭
যঃ স্বয়ং গ্রহতাং যাত ন্যাসাদীনাং প্রয়োগতঃ।
যস্য সর্ব্বত্র বাহুল্যং স বাদ্যাংশো নৃপোপমঃ ॥ ১৫৮

---

অলঙ্কারগী মরম হায়রি—

স্থায়ী অলঙ্কার ২৬, আরোহী অবরোহী অমসুং সঞ্চারীশিনা ১২। ১২ নি অদুনা পূম্না অলঙ্কার ৬২ শুই। লাইরিক চাউমনগদবদগী মহ্ন পূম্নমক্তি ইত্রে ॥ ১৫৩-১৫৪

† অলঙ্কারগী কান্নবদি—

অচেৎপা অভ্যাসনা মরম ওইদুনা স্বরজ্ঞান মতিক চানা লৈরবদা বর্ণ শকপা মতমদা অঙকপা ফংহল্লিবদু 'অলঙ্কার'গী মত্তেংননি ॥ ১৫৫

গ্রহস্বরগী মরম হায়রি—

ঈশৈ শকপদা অহানবা হৌবা স্বর অদুবু 'গ্রহস্বর' কৌই ॥ ১৫৬

অংশস্বরগী মরম হায়রি—

ঈশৈদা খ্বায়দগী হেন্না য়াম্না শীজিন্নবা স্বরবু অংশস্বর' কৌই। ঈশৈ-শকপা মতমদা মীনা পায়নবা স্বর খিবীক্না তুংইন্নবা ন্যাসনচিংবনা শেম্বা অদুগুম্বা স্বর অদুবু গ্রহ হায়নৈ। গ্রহ অসিনা য়ামখোরক্তনা ওইরকপা বাদীগী অংশনা নিংথৌগুম্না প্রধান ( অখোইবা ) ওইরকই ॥ ১৫৭-৫৮

---

* অরিবা থূৎহী লাইরিকক্তদি মসিগী মথংদা 'ন্যাসন্বর' হেক্তুমক লৈ। অহমশুবা থূৎইদনা চুম্না লৈ, মহ্ন ইরিবা ক্রম অসিনি।

† অলঙ্কার। সঙ্গীত-রত্নাকরনা হায়—'বিশিষ্টবর্ণ সন্দর্ভ অলঙ্কারং প্রচক্ষতে'। অকক্নবা মতমগী মন্নুং-চনবা বর্ণস্বরগী মপৈবু 'অলঙ্কার' কৌই। শব্দোকপা ভাবতি—নূপীগা মশাদা লৌক-কোন, ফিজেৎ লৈত্তেংবা লৈতেংনবগুম 'অলঙ্কার'না ঈ শৈগী লৈতেং শুই। থা থোক্তবা অহিংগুম, লৈশাংতবা উরাগুম অমদি ঈচেল্ল থুকপ্রবা তুরেনগুম, অলঙ্কার য়াওদবা ঈশেদি ফজবা ওইদে।

বাদী রাগাদি-নিশ্চয়কর্ত্তেতি গীতপ্রকাশকারঃ। যঃ স্বয়ং গ্রহত্বাং যাত ইত্যনেন অংশস্বরস্যৈব গ্রহস্বরকারণত্বমিত্যর্থঃ।

অতএব মাঘে—

অনল্পত্বাৎ প্রধানত্বাদংশস্যেবৈতরে স্বরাঃ।

বিজিগীষোর্নৃপতয়ঃ প্রয়ান্তি পরিচারতামিতি॥ ১৫৯

অপরঞ্চ—

রাগাণাং জীবভূতা যে প্রোক্তাস্তেঽংশস্বরা বুধৈঃ॥ ইতি॥ ১৬০

ন্যাসস্বরমাহ—

ন্যাসস্বরস্তু স প্রোক্তো যো গীতাদি সমাপ্তিকৃৎ॥ ১৬১

জাতিমাহ—

যস্যা রাগযোনি (জনি) স্তু জাতিরিহ সা রাগস্য মাতাপি (তা) সা।

শুদ্ধাখ্যা বিকৃতাদ্বয়োশ্চ মিলনাৎ সংকীর্ণকাচ ত্রিধা॥ ইতি॥ ১৬২

কিঞ্চ

শুদ্ধাঃ স্যুর্জাতয়ঃ সপ্ত তাঃ ষড়্জাদি-স্বরাভিদাঃ।

তা এব বিকৃতাঃ শেষা জাতা বিকৃতি-সঙ্করাৎ॥ ১৬৩

ইতি দ্বিধেত্যন্যে॥

---

গীত-প্রকাশ কারনা হায় মতৌদি—অংশ স্বরনা বাদী স্বর অমদি রাগনচিংবগী মথক লেপ্পী হায়বদি— অংশস্বরনা গ্রহস্বরগী হৌকমনি।

মাঘ-কাব্যদা হায়—

মরাং কায়বদগী অমসুং মকোক ওইনা লৈবদগী অতোপ্পা স্বর পুম্নমক অংশস্বরগী মখা থাবা ওাকনি। অশোনবনা অকনবা নিংথৌগী মখা পোন্না লৈবগুম্বনি। ১৫৯

অতোপ্পা মওুণ অমসু হায়রি মতৌদি—

অখওু-অহৈশিংনা হায়—অংশস্বরনা রাগশিংগী থবায়নি॥ ১৬০

ন্যাসস্বরগী মরম হায়রি—

ঈশৈ শকপা লোইশিন্নকপদা অরোইবা শাজিন্নবা স্বরবু 'ন্যাসস্বর' হায়না কৌই॥ ১৬১

জাতিগী মরম হায়রি—

রাগগী হৌরককমবু 'জাতি' কৌই। অদুনা জাতিবু রাগগী মমা (মপা) নি হায়নৈ। জাতি মখল অহুমনি মতৌদি—শুদ্ধা, বিকৃতা, অমসুং সংকীর্ণ। সংকীর্ণ হায়বসি শুদ্ধা, বিকৃতা অনিনা তিন্নদুনা থোকই॥ ১৬২

শুদ্ধা জাতি মখল তরেৎনি মতৌদি, ষড়্জনচিংবা স্বরশিং অসিনি। অদুগুমদনা মখক ওল্লকপনা 'বিকৃতজাতি' কৌই। বিকৃত অনিদি সংকীর্ণগসু তিম্নবদগী মখল অনি ওই হায়, হায়বদি সংকীর্ণসু বিকৃত মখল অমনি হায়বনি॥ ১৬৩

তদুক্তং হরিনায়কেন—

শুদ্ধাভিবিকৃতাভিশ্চ মিলিতা জাতয়ঃ পুনঃ।
অষ্টাদশ সমুদিষ্টাস্তা রাগাণাঞ্চ মাতরঃ ॥ ১৬৪

ইতি অয়মেব পঠ্যঃ ( পক্ষঃ ) প্রাধাণ্যাদেব ( প্রধাণ ইব ) প্রতিভাতি যতঃ প্রাচীনাচার্য্যৈরঙ্গীকৃতঃ ॥

তদুক্তং নিবন্ধান্তরে—

ষাড়্জার্ষভীচ গান্ধারী মাধ্যমী পাঞ্চমী তথা।
ধৈবতী চাথ নৈষাদী সপ্তৈতাঃ শুদ্ধজাতয়ঃ ॥ ১৬৫
স্যাৎ ষড়্জকৈশিকী ষড়্জমধ্যমা চ ততঃ পরং।
গান্ধার-পঞ্চম্যান্ধ্রী ( ন্ধ্রী ) চ ষড়্জোদীচ্যবতী তথা ॥ ১৬৬
কার্ম্মাবরী নন্দয়ন্তী গান্ধারোদীচ্যবাপি চ।
মধ্যমোদীচ্য বা রক্তগান্ধারী কৈশিকীত্যপি ॥ ১৬৭
এবমেকাদশ প্রোক্তা বিকৃতা ভরতাদিভিঃ।
শুদ্ধাঃ সিদ্ধা বিকৃতানামথ হেতূন্ প্রচক্ষ্মহে ॥ ১৬৮
ষড়্জ-গান্ধারিকা-যোগাজ্জায়তে ষড়্জকৈশিকী ॥ ১৬৯
ইত্যেতদ্বাহুল্যভয়ান্নোক্তং ॥

হরিনায়কনা হায়—

শুদ্ধাগা বিকৃতাগা তিন্নরগা জাতি মখল ১৮ শুই, মতনা রাগশিংগী মমানি ॥ হায়বদি মানা অথোইবা ওইনা লৈবদগী থায়নগী গুরুশিংনস্থ লোৌথৎনবীরম্মী ॥ ১৬৪

অতোপ্পা লাইরিক্তস্থ হায়রি মতুদি—

শুদ্ধ-জাতি তরেৎনি—ষড়্জা, ঋষভী, গান্ধারী, মাধ্যমী, পাঞ্চমী, ধৈবতী অমসুং নৈষাদী ॥ ১৬৫

বিকৃত-জাতিনা মখল ১১ নি মতুদি—ষড়্জ-কৈশিকী, ষড়্জ-মধ্যমা, গান্ধার-পঞ্চমা, আন্ধ্রী ( ন্ধ্রী ), ষড়্জ-উদীচ্যবতী, কার্ম্মাবরী, নন্দয়ন্তী, গান্ধারউদীচ্য, মধ্যমোদীচ্য, রক্তগান্ধারী, অমসুং কৈশিকী ॥ ১৬৭

অসুমতোনা ভরতনচিংবনা বিকৃতজাতি ১১ নি হায়রম্মা। হৌজীক শুদ্ধা, সিদ্ধা বিকৃতাগী হৌরকফম হায়রি মতুদি—ষড়্জ-গান্ধারী অনি তিন্নরগা ষড়্জ-কৈশিকী থোকই ॥ ১৬৮-১৬৯

অসি নত্তবা অতৈদি চাউমনখিগদবদগী ইত্রে ॥

**অথাসাং গ্রামসম্বন্ধমাহ**

ষাড়্‌জার্ষভী ধৈবতী চ নৈষাদী ষড়্‌জকৈশিকী ইত্যাদি
ষড়্‌জগ্রামোদ্ভবাঃ সপ্ত-জাতয়ঃ। গান্ধারী রক্তগান্ধারী
গান্ধারোদীচ্যোত্যেকাদশ জাতয়ো মধ্যম গ্রামোদ্ভবাঃ।

ইত্যষ্টাদশ।

শ্রুতিমারভ্য জাত্যন্তং ময়া যদ্যৎ ( যদ্‌যৎ ) সমীরিতং।
তত্তদ্বীণাস্বেব কিঞ্চিৎ বুধৈর্জ্ঞেয়ং ন চান্যতঃ॥ ১৭০
উদ্দিষ্টনষ্টপ্রস্তারখণ্ডমেরুমুখং তু যৎ।
সঙ্গীতানুপযুক্তত্বান্নোক্তং তৎ কৌতুকং পরং॥ ১৭১
প্রকরণেঽস্মিন্নমুক্তানাং গ্রন্থভূয়স্ত্ব ভীতিতঃ।
দিঙ্মাত্রঞ্চ বক্ষ্যামি কচিচ্ছাস্ত্রস্থরীতিতঃ॥ ১৭২
পরমানন্দ-সন্দোহঃ কৃষ্ণনামাদি কীর্ত্তনে ( নাৎ )।
তদর্থমেব লিখিতং পূর্ব্বাচার্য্যমতং পরং॥ ১৭৩

ইতি শ্রীকৃষ্ণরস-সঙ্গীত-সংগ্রহে শ্রীগুরু-কৃষ্ণ-চৈতন্যনামোচ্চারণাদেবোদ্ভূতে নাম-গুণ-লীলা-লাবণ্য-গানবিদ্যা কিঞ্চিজ্‌জ্ঞান-সৌষ্ঠবাথকৃতে শ্রীগোবিন্দ পদার-

মথোয় অসিগা গ্রামগা নৈনবা মরী হায়রি—

ষড় জা, ঋষভী, ধৈবতী, নৈষাদী অমসুং ষড় জ-কৈশকীনচিংবা জাতি তরেৎ অসি ষড়্‌জ-গ্রামদগী থোকপনি। গান্ধারী, রক্ত-গান্ধারী, গান্ধারউদীচ্যনচিংবা জাতি তরা-মাথোইনা মধ্যম গ্রামদগী থোকপনি। মরম অহুনা পুম্না ১৮ শুই।

ঐনা মথক্তা হায়খ্রিবা শ্রুতিদগীনা জাতি ফাওবা অসি বীণা-যন্ত্রশিংদদি খরদং খঙনবা ঙম্মী, অতোপ্পা অমনদি ঙমদে॥ ১৭০

উদ্দিষ্ট, নষ্ট, প্রস্তার, খণ্ড, মেরুমুখ হায়না নৈরিবা অতৈ খরা অহুদি ঈশৈগা মতিক চানদবদগী ইত্রে, চুম্নগী মথিং পনবদা নুংঙাইগদবা মত্তায়রে॥ ১৭১

লাইরিক চাউথোকখিগনি হায়না কিবদগী মতাং অসিদা চুম্নগী সমজিংনবা ওইনা শাস্ত্রগী মত খরদং হায়জবতনি॥ ১৭২

শ্রীকৃষ্ণগী নাম শোঙ্গবনা অথোইবা নুংঙাইবনি খঙ্গদুনা অহুঙ্গা নুংঙাইবা অহু ফংজনবগীদমক্তা মথক্তী লাইগুরুশিংগী মত মতুং ইন্না তুক ইজবতনি॥ ১৭৩

শ্রীকৃষ্ণরস-সঙ্গীত-সংগ্রহদা শ্রীগুরু-কৃষ্ণ-চৈতন্যগী নাম শোঙ্গবদগী কংজবা ইবুংঙো মাগী নাম-গুণ অমদি নিঙখিবা লীলানচিংবগী ঈশৈবু খরদং শকচ-শোঙ্গবা ঙমজনবগীদমক শ্রীগোবিন্দগী খুন্না-খম্বান্দা-খোইমু ওইনা অমৃত চুপচরিবা, হৈশিংলবা—অথোইবা মনাই ওইবা ইনিংথৌগী য়াথং মতুং ইন্না শাস্ত্র অসিগী লীজিন্নবগী মওঙ অমসুং অশেংবা মথক

বিন্দ-মধুপ-পরমচতুর ভাগবতেন প্রভুনাদিষ্টেঽস্য শাস্ত্রস্য ব্যবহারোদ্দিষ্ট লক্ষণ পরীক্ষা প্রয়োজন নিরূপণং নাম প্রকরণং দ্বিতীয়ং ॥ ০ ॥

# অথ তৃতীয়ং প্রকরণং

## অথ রাগঃ—

যোঽয়ং ধ্বনি বিশেষস্তু স্বরবর্ণ-বিভূষিতঃ।
রঞ্জকো জনচিত্তানাং স রাগঃ কথিতো বুধৈঃ ॥ ১৭৪

শ্রীনারদকৃত-পঞ্চমসারসংহিতায়াং রাসলীলায়াঃ প্রসঙ্গে রাগাণাং নির্ণয়ো যথা—

শ্রীবৃন্দাবনচন্দ্রস্য সংগীতৈক বিলাসিনঃ।
গোপ্যঃ ষোড়ষসাহস্র সংখ্যা বেণুরবাগতাঃ ॥ ১৭৫
সঙ্গীত বাদ্যং মুরলীং স্বয়ং কৃষ্ণোঽতি সেবতে।
আবির্বভূব গোপীষু-সৈবেয়ং হরিলীলয়া ॥ ১৭৬
গোপীভির্গীতমারব্ধমেকৈকং প্রিয়সন্নিধৌ।
তেন জাতানি রাগাণাং সহস্রাণি তু ষোড়শঃ ॥ ১৭৭

---

তাকপা, খণ্ডবা-খণ্ডদবা চাং য়েংবা অমদি মসিগী কান্নবা তাকপা হায়না কৌবা অনি শুবা মতাং অদু লোইরে ॥ ০ ॥

### অহুমশুবা মতাং

### রাগ

স্বরবর্ণনা লৈতেংবা. মীগী পূক্নীঙ হুনবগী মখক ওইবা খোইদোকপা খোঙ্হোক অদুবু পণ্ডিতশিংনা 'রাগ' হায়না কৌনৈ ॥ ১৭৪

শ্রীনারদনা লেংবা 'পঞ্চম-সার-সংহিতা' কৌবা লাইরিক্তা রাস লীলাগী মতাংদা য়াওবা রাগগী মখক অদু হায়রি মত্তদি—

শ্রীকৃষ্ণগী বেণুনাদ তাহনা লাক্লবা গোপী লৈশিং ১৬ কী মাঙদা, মৈগৈ জগোই পায়রবা শ্রীকৃষ্ণমক্তা গোপীশিং অতগী মরক্তা লৈরগা পুং-খেল য়ৈহনা, মৈগৈ শক্তুনা অমদি মুরলী খোঙ্হুনা মখোয় অদুবু পেলহনবীখি ॥ ১৭৫-৭৬

শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা গোপীশিংনু অমমম ওইনা মৈগৈ শকপা হৌনখি। মতম অমুক্তা মখোয় শুদিঙমক্তা রাগ অমমম হৌনখিবদগী পুম্না রাগ লীশাং ১৬ তথি ॥ ১৭৭

**সঙ্গীত সারেচ**

তাবন্ত এব রাগাঃ স্যুর্যাবত্যো জীবজাতয়ঃ ।
তেষু ষোড়শ-সাহস্রং পুরা গোপীকৃতাবয়াঃ ॥ ১৭৮
মেরোরপ্যন্তরে পূর্ব্বে পশ্চিমে দক্ষিণে তথা ।
সমুদ্রকচ্ছে যে দেশাস্তত্রামীষাং প্রচারণা ॥ ১৭৯
স্বর্গে মর্ত্ত্যেচ পাতালে তত্রৈবাং চ প্রচারণা ।
ভারতে যে চ ভূভাগাঃ পারম্পর্য্যোপদেশতঃ ॥ ১৮০
রাগাঃ ষড়থ-রাগিণ্যঃ ষট্‌ত্রিংশৎ খ্যাতিমাগতাঃ ।
হুঙ্কারপ্রসবাঃ সর্ব্বে যথা বেদেতু ( যু ) ও-মিতি ॥ ১৮১
হারীতেনাদি বর্ণাস্তু প্রোত্থাপ্যন্তে * শনৈঃ শনৈঃ ।
প্রথমে রঙ্গলীলায়াং গীয়ন্তে গানকোবিদৈঃ ॥ ১৮২
হা বর্ণেতু ( চ ) গণাধ্যক্ষো রীবর্ণে কেশবঃ স্বয়ং ।
তে বর্ণে সংস্থিতো ব্রহ্মা না বর্ণে চ শিবঃ স্বয়ং । ১৮৩

**এবমুক্তং নারদপঞ্চমসার সংহিতায়াঞ্চ—**

যৈস্তু চেতাংসি রজ্যন্তে জগৎত্রিতয় বর্ত্তিনাং ।
তে রাগা ইতি কথ্যন্তে মুনিভি র্ভরতাদিভিঃ ॥ ১৮৪

---

সঙ্গীতসারদগী হায়রি—

থবায়-পানবা পূম্নমক্তস্ রাগ হায়বসি লৈ, অহুমদি ওইরগা গোপী লীশীং ১৬ না শরুখিবা রাগ অসিনা পূম্নমকতুদগী অথোইবনি ॥ ১৭৮

মেরু ( শমজীং ) গী খা-লাং, নোংপোক-নোংচূপ অমস্তুং সমুদ্র মপান্দা লৈবা লৈবাক পূম্নমক্তা অসিগুম্বা রাগ অসি শীনবা থুংনা শন্দোকখি ॥ ১৭৯

স্বর্গ, মর্ত্ত্য, পাতালদসু মসি শন্দোকখি । মুনিশিংনা তাকপিরবা মতুংইন্না ভারতবর্ষ হায়বা লমদমদা রাগপুরুষ ( রাগ নিপা ) ৬, রাগিণী ( রাগ নূপী ) ৩৬ নি হায়না শীংথানৈ ।

রাগ হায়বসি হুঙ্কারদগী থোকখি, বেদনা মসিবু 'ওম্' হায়না থঙনৈ ॥ ১৮০-৮১

ঈশৈ শকপশিংনা মাগুবনচিংবা কুম্মৈ তৌকমদা 'হা রী তেনা' অসিনচিংবা বর্ণশিং অসি অহানবদা হন্না হন্না শকদবনি ॥ ১৮২

হা বর্ণনা গণেশ, রী-না কৃষ্ণ, তে-না ব্রহ্মা অমসুং না-বর্ণনা শিবগী মশক্নি ॥ ১৮৩

অসিগুমতুনা নারদ পঞ্চমসার সংহিতাদসু হায়রি—

মরোল অহুম্মক্তা লৈবা থবায়-পানবশিংবু পেনহল্লিবা অদুবু ভরতনচিংবা মুনিশিংনা 'রাগ' হায়না কৌই ॥ ১৮৪

---

* প্রথ্যাপ্যন্তে—পাঠান্তরং

সঙ্গীতমারভং কৃষ্ণোমুরলীনাদ মোহিতং।
গোপীভির্গীতমারব্ধামেকৈকং কৃষ্ণসন্নিধৌ॥ ১৮৫
তেন জাতানি রাগণাং সহস্রাণিতু ষোড়শ।
এষু রাগেষু ষট্‌ত্রিংশদ্রাগা জগতি বিশ্রুতাঃ॥ ১৮৬
সন্তি মেরোশ্চতুর্দ্দিক্ষু সর্ব্বে তেহপীতি কৈচন॥ ১৮৭

**সীঙ্গতদামোদরে—**

অঙ্গ বঙ্গ কলিঙ্গ তেলঙ্গ ভূলিঙ্গ হারঙ্গ সুরঙ্গ যুপলঙ্গ চ খেলঙ্গ (১) সৌবীর কীর কাশ্মীর নাভীর (নাহীর) সিন্ধু জালন্ধর মগ মগধ নিষধ মলয় হীহয় (২) গজান্ধয় মালব জালব মরু মুরু চোলোৎকল কুন্তল সিংহল হরিকেল কেরল কোশল (৩) মল্লিবার মল্ল ভল্ল (৪) সৌবিন্দ (৫) মল্লরাত কিংযাত, (৬) গুল্লরাত, (৭) গুল্লর কিঞ্চল কালঞ্জর গৌড়, দ্রাবীড় ওড্র (৮) আয়ুর্ব্বেদী চেদি কাঞ্চী কুঞ্চিকা পঞ্চাল (৯) সুরাষ্ট্র মহারাষ্ট্র (১০) লবর লোহাবর (১১) খষর রণশ কীকশ শবরূপ কামরূপ হরিগর্ভ বিদর্ভ তুর্ম্মট বট কীকট দোরঙ্গণ টঙ্গণ লাট ভোট করাট করহাট কর্ণাট কুন্তি কাবন্তী (১২) কালকাজ কান্যকুব্জ ভোজ কাম্বোজ ভেজি তুখার বিহার বলীহার রাজগেহ বিদেহ বাহ্লীক চঞ্চরীক ত্রিগর্ত্তানর্ত্তাদি দেশেষু রাগাঃ প্রচরন্তীতি।

---

শ্রীকৃষ্ণনা মুরলীনাদ তোদ্রনা অঙকপা ফংলবা ঈশৈ শকখি। গোপীশিংনসু কৃষ্ণগী নাক্তা অময়মতা ওইনা ঈশৈ শকবা হৌখি॥ ১৮৫

অসুম তোদ্রনা রাগ লীশীংতরাতরূক (১৬,০০০) থোকখি। ময়াম অসিগী মরক্তা তাইবঙ পানবা অসিদদি রাগ ৩৬ তগী বা তাবা ফংই॥ ১৮৬

সনজোংগী মায়কৈ মরিমক্তা মখোয় অসি চাইথোকতুনা লৈখি॥ ১৮৭

সঙ্গীতদামোদরনা হায়—

অঙ্গ, বঙ্গ, কলিঙ্গ, তেলঙ্গ, ভূলিঙ্গ, হারঙ্গ, সুরঙ্গ, যুপলঙ্গ, খেলঙ্গ সৌবীর, কীর, কাশ্মীর, নাভীর (নাহীর), সিন্ধু, জালন্ধর, মগ, মগধ, নিষধ, মলয়, হীহয়, গজান্ধয়, মালব, জালব, মরু, মুরু, চোল, উৎকল, কুন্তল, সিংহল, হরিকেল, কেরল, কোশল, মল্লিবার, মল্ল, ভল্ল, সৌবিন্দ মল্লরাত, কিংযাত, গুল্লরাত, গুজ্বর, কিঞ্চল, কালঞ্জর, গৌড়, দ্রাবীড়, ওড্র, আয়ুর্ব্বেদী, চেদি, কাঞ্চী, কুঞ্চীকা, পঞ্চাল, সুরাষ্ট্র, মহারাষ্ট্র, লবর, লোহাবর, খষর, রনশ, কীকশ, শবরূপ, কামরূপ, হরিগর্ভ, বিদর্ভ, দুর্ম্মট, বট, কীকট, দোরঙ্গণ, টঙ্গণ, লাট, ভোট, করাট, করহাট, কর্ণাট, কুন্তি, কালকাজ, কান্যকুব্জ, ভোজ, কাম্বোজ, ভেজি, তুখার, বিহার, বলীহার, রাজগেহ, বিদেহ, বাহ্লীক, চঞ্চরীক, ত্রিগর্ত্ত, আনর্ত্ত—অসিনচিংবা দেশশিং অসিদা মথক্কী রাগশিং অদু চৎনৈ॥

---

(১) লেখাঙ্গ, (২) গজাহ্বয়, (৩) মল্লিবাল, (৪) সৌবিল্ল, (৫) বাট, (৬) গুল্লরাত, (৭) কুল্লর (৮) আস্তর্ব্বেদী, (৯) সৌরাষ্ট্র, (১০) শবর, (১১) খশ, (১২) কনকাজ।

**অথ প্রাশস্ত্যমাহ পঞ্চমসার সংহিতায়াং—**

শিবশক্তিময়ো রাগঃ পরপ্রেমরসার্ণবঃ।
যস্য শ্রবণমাত্রেণ বিষ্ণুরাদ্রবিতোঽভবৎ ॥ ১৮৮
তা শব্দেনোচ্যতে গৌরী না শব্দেনোচ্যতে হরঃ।
তানেতিশব্দা হুঙ্কারাৎ প্রোপ্যাপ্যস্তে শনৈঃ শনৈঃ ॥ ১৮৯
তত্তৎকালং স্বরৈজ্ঞাত্বা দম্পত্যোর্মেলনং বুধঃ।
উভয়োর্জ্ঞান মাত্রেণ ত্রৈলোক্য বশমানয়েৎ ॥ ১৯০

**অথ পুংস্ত্রীভেদেন রাগানাহ দামোদর :—**

রাগাঃ ষড়েবতু প্রোক্তা রাগিণ্যস্ত্রিংশদেবহি।
ভৈরবোঽথ বসন্তশ্চ রাগো মালব কৌশিকি ( কৈশিকী ) ॥১৯১
শ্রীরাগো মেঘরাগশ্চ নটনারায়ণস্তথা।
এতে পুমাংসঃ ষড্রাগাঃ ক্রমাত্তদ্রাগিণীর্ব্রুবে ॥ ১৯২
ভৈরবী কৌশিকা চৈব ভাষা বেলাবলী তথা।
বঙ্গালী চেতি রাগিণ্যো ভৈরবস্যেহ বল্লভাঃ ॥ ১৯৩
আন্দোলিতাচ দেশাখ্যা লোলা প্রথম মঞ্জরী।
মল্লারী চেতি রাগিণ্যো বসন্তস্য সদানুগাঃ ॥ ১৯৪

---

পঞ্চম সার-সংহিতাদা হায়বা মতুংইন্না হুজিক রাগশী মরমদা থোইদোকপা থরদং হায়রি মহুদি—

রাগ হায়বসি শিব অমদি দুর্গাগী মশক্তি—অথোইবা প্রেম-রসকী-সমুদ্রনি। মসি হেক তাবদা বিষ্ণুনা মহী চেংহোকখি ॥ ১৮৮

'তা' শব্দনা দুর্গা, 'না' শব্দনা মহাদেবনি হায়নৈ। 'তা-না' হায়বা শব্দ অনি অসি তপ্না তপ্না ভুংতুনা ঈশৈ শক্পা হোৌগৎকদবনি ॥ ১৮৯

অনি অসিগী মাগী মাগী মতমগী হৌনবী স্বর মশক খঙনা হায়বদি অতেম্ব অশাংনচিংবগী মশক মুন্না খঙবা ঈশৈ হৈবশিংনা শিব-পার্ব্বতা অনিগী মিলন হেক ওইহনবদা মী অহনা ময়োল অহুম্মকপু খুদুম চনশিনবা ঙম্মী ॥ ১৯০

মথংদা দামোদরনা রাগবু নিপা নুপী খায়দোক্তনা হায়রি মহুদি –

রাগনিপা ৬, রাগনুপী ( রাগিণী ) ৩০ নি। রাগনিপাশিংদি—ভৈরব, বসন্ত, মালব-কৌশিক, শ্রীরাগ, মেঘরাগ, অমসুং নটনারায়ণ—তরূক অসিনি ॥ ১৯২

ভৈরবকী রাগিণীশিংদি—ভৈরবী, কৌশিকী, ভাষা, বেলাবলী অমসুং বঙ্গালী—মসি অসি ভৈরবকী চায়বী রাগিণীশিংনি ॥ ১৯৩

বসন্তগী রাগিণীশিংদি – আন্দোলিতা, দেশাখ্যা, লোলা, প্রথম মঞ্জরী, মল্লারী ॥ ১৯৪

গৌরী গোণ্ডকিরী চৈব বরাড়ী চ ক্রমাবতী।
কর্ণাটী চেতি রাগিণ্যঃ প্রিয়া মালব কৌশিকে ॥ ১৯৫
গান্ধারী দেবগান্ধারী মালবশ্রী চ শাবরী।
রামকির্য্যপি রাগিণ্যঃ শ্রীরাগস্য প্রিয়া ইমাঃ ॥ ১৯৬
ললিতা মানসী গৌরী নাটী দেবকিরী তথা।
মেঘরাগস্য রাগিণ্যো ভবন্তীমাঃ সুবল্লভাঃ ॥ ১৯৭
তারামণিস্তথাভীরী কামোদী গুজ্জরী তথা।
ককুভা চেতি রাগিণ্যো নটনারায়ণ প্রিয়াঃ ॥ ১৯৮

পঞ্চম সার সংহিতায়াস্তু—
রাগাঃ ষড়থরাগিণ্যঃ ষট্‌ত্রিংশচ্চারুবিগ্রহাঃ। ১৯৯

তত্ররাগাঃ—
আদৌ মালবরাগেন্দ্রস্ততো মল্লার সংজ্ঞকঃ।
শ্রীরাগস্তস্য পশ্চাত্তু বসন্তস্তদনন্তরং ॥ ২০০
হিল্লোলশ্চাথ কর্ণাট এতে রাগাঃ ষড়ীরিতাঃ।
পুরুষা বস্ত্র ( রত্ন ) ভূষাঢ্যা রাগাঃ বল্লালবাদয়ঃ। ২০১
প্রদোষকালতুষ্টাস্তে রজন্যাং গান গোচরাঃ।
দশদণ্ডাৎ পরং রাত্রৌ সর্ব্বেষাং গানমীরিতং। ২০২

---

মালব কৌশিকগী রাগিণীশিংদি—গৌরী, গোণ্ডকিরী, বরাড়ী, ক্রমাবতী অমসুং কর্ণাটী ॥ ১৯৫
শ্রীরাগগী ,, —গান্ধারী, দেবগান্ধারী, মালবশ্রী, শাবরী অমসুং রামকিরী ॥১৯৬
মেঘরাগগী ,, —ললিতা, মানসী, গৌরী, নাটী, দেবকিরী ॥ ১৯৭
নটনারায়ণগী রাগিণীশিংদি—তারামণি, আভিরী, কামোদী, গুজ্জরী, ককুভা ॥ ১৯৮

পঞ্চম-সার-সংহিতাদদি অসুম্না লৈ মতুদি—রাগ পুরুষ ৬ অদুগা রাগিণীনা ৩৬নি ॥ ১৯৯

রাগ পুরুষ ৬ কি মমিংদি—মালব, মল্লার, শ্রীরাগ, বসন্ত, হিল্লোল, কর্ণাট অমিনি। মখোয় অসিগী মনুংদা 'মালব'পু রাগগী নিংথৌনি হায়রি। অসুম্না নিঙথিনা ফিজেৎ লৈতেংলবা 'মালব'নচিংবা রাগপুরুষ তরক্নি ॥ ২০০-২০১

রাচণ্ডবদগীনা অহিংগী অহানবা শরুক ফাওবা অদু ঊধৈ শকপদা দোষ লৈ, দণ্ড ১০গী মতুংদগীদি রাগশিং অসি শকপা য়াই ॥ ২০২

মেঘমল্লার রাগস্য গানং বর্ষাসু সর্ব্বদা ।
শ্রীপঞ্চম্যাঃ সমাসাদ্য যাবৎ স্যাচ্ছয়নং হরেঃ ॥ ২০৩

শ্রীপঞ্চম্যাং সমারভ্য যাবজ্জন্মোচ্ছবংহরেরিত্তিবাপাঠঃ ।
রাগরত্নাকরাদৌ তথা দৃষ্টত্বাৎ তাবদ্বসন্তরাগস্য গানমুক্তং মনীষিভিঃ ।

সর্ব্বেষামেব রাগাণাং রাগিণীনাঞ্চ সর্ব্বশঃ
রঙ্গভূমৌ নৃপাজ্ঞায়াং কালদোষো ন বিদ্যতে ॥ ২০৪

রাগঞ্চেদালপেৎ পূর্ব্বং তৎ পত্নীং তদনন্তরং ।
নান্যপত্নী প্রগাতব্যা নৃপাজ্ঞায়াং নদূষনং ॥ ২০৫

অতএবাস্যানভিপ্রয়োজনত্বাৎ হরিনায়কাদিভির্নলিখিতং । তত্রবিরোধস্তু কল্লান্তরাভি প্রায়েণ পরিহরণীয়ঃ ।

কিঞ্চ—

দেশে দেশে ভিন্ন নাম্নাং রাগাণাংতত্ত্বনির্ণয়ং ।
কোঽপি কর্ত্তুং ন শক্নোতি নিরণাম্নি নতন্ময়া ॥ ২০৬

তথাপি
সঙ্গীতসার-হরিনায়ক-রত্নমালা-গীতপ্রকাশ পরিদর্শিতবর্ত্মনৈব ।

---

মেঘমল্লার হায়বা রাগ অসিদি নোংজু-থাগী মতম পূম্নমক্তা শক্কদবনি। শ্রীপঞ্চমীদগী হৌদুনা হরিশয়ন ফাওবা অদুগা মত অমদনা শ্রীপঞ্চমীদগীনা কৃষ্ণজন্ম ফাওবদা বসন্তরাগ শক্কনি হায়না রাগরত্নাকরনচিংবনা হায় হায়না পণ্ডিতশিংনা লৌখৎনৈ ॥ ২০৩

নিংথৌগী য়াথংবু কংলবদি ঈশৈ শকপদা রাগ-রাগিণী পূম্নমক অসিগী মতম কায়বা কায়দবগী দোষ লৈতে ॥ ২০৪

অহানবদা রাগ আলাপ তৌগনি, মথংদনা রাগ অদুমক্কী রাগিণী শক্কনি। অতোপ্পা রাগ অমগী রাগিণী লামথিন্দুনা শককদে, অদুমকপু নিংথৌগী য়াথং কংলবদি দোষ লৈতে ॥ ২০৫

ময়ম অদুনা থোইনা কায়দবদগী হরিনায়ক-নচিংবা কবিশিংনসু ইরমদে। অতোপ্পা কল্প অমদা তৌনরবমক ওইরবসু মদু মতমগা চুনয়কবা থোক্লবদি থাদোক্নগদবনি।

অদুগা অমদি—

লৈবাক লৈবাক খুদিঙমক্কী চৎনবী রাগগী মশক্তি কনানসু শেংনা খঙনদবনা ঐনস্থ লেপ্পা ঢমদ্রে ॥ ২০৭

অদুম ওইনমক সঙ্গীত সার, হরিনায়ক, রত্নমালা, গীত-প্রকাশনচিংবনা উৎলথা লমী মেংদুনা থরদংদি হায়জয়কে—

বিজ্ঞৈঃ সদৈব রসিকৈশ্চ বিচার্য্যভূয়ো
দেশানুগুণ্যা বিধিনা হি বিবিচ্যতে তৎ ।। ২০৭

স্থানান্তরে বক্ষ্যমানোঽপি প্রসঙ্গাদত্র প্রতিদেশং ভিন্নতয়া কচিৎদৃষ্টত্বাৎ তদ্বিবেকায় শিশুবোধায় চ তেষাং রাগাণাং গানসময়ো লিখ্যতে—

তত্রদামোদরে—

প্রাতর্গেয়াস্তু দেশাখ্যো ললিতঃ পঠমঞ্জরী ।
বিভাসা ভৈরবী চৈব কামোদো গণ্ডকীর্য্যপি ।। ২০৮
একাবরাড়ী মধ্যাহ্নে সায়ং কর্ণাট মালবৌ ।
নাটশ্চৈব বিশেষেণ শেষা গেয়াস্তু সর্ব্বদা ।। ২০৯
হিন্দোলশ্চ বসন্তশ্চ বসন্তে রঞ্জকাবুভৌ ( রক্তিদায়কঃ ) ।
নাটো গৌড়ীবরাড়ী চ গুঞ্জরী দেশিরেব চ ।। ২১০
পূর্ব্বাহ্নে গানমেতেষাং নিষিদ্ধমিতি তদ্বিদঃ ।
নৈবাপরাহ্নে গাতব্যৌ ভৈরবী ললিতৌ কচিৎ ।। ২১১

নারদপঞ্চমসার সংহিতায়াং—

বিভাষা ললিতা চৈব কামোদী পঠমঞ্জরী ।
রামকেরী রামকিরী বেলরী চৈব গুঞ্জরী ।। ২১২

---

রস খঙবা অশিংবশিংনা মতম পূম্নমক্তা হন্না হন্না বিচার তৌনরগা লেপ্নখিবা দেশ দেশকী চৎনবী অদু খাইদোক্না হায়জরক্কে ।। ২০৭

মথাদসু হায়রকখিগনি'দি হায়ববু মতাং ওইবদগী থাদোক্লিঙদজুনা দেশ-দেশকী থেম্নবা থম্না উবদগী মদু খাইদোক্নবগীদমক অমদি অঙাংশিংনা খঙজনবগীদমক রাগশিংগী শকদবা মতম ইরক্কে—

দামোদরনা হায়—

দেশাখ্য. ললিত, পঠমঞ্জরী, বিভাষা. ভৈরবী, কামোদা, গন্ধকিরী—মথোয় অসি অয়ুক্তা শকনি ।। ২০৮

অসুম তৌত্রনা বরাড়ীনা নুমিৎ য়ুংবা মতমদা মথন্তা অত্তগা কর্ণাট, মালব অনিনা নুমিদাংবাইরমদা ( য়াচঙবদা ) শকনি । নাট অমসুং লেমহৌরিবা অতৈ পূম্নমক অত্তদি মতম পূম্নমক্তা শকপা য়াই ।। ২০৯

হিন্দোল, বসন্ত অনিনা বসন্ত মতমদা য়াম্না চূনৈ । নাট, গৌড়ী, বরাড়ী, গুঞ্জরী ( জ ? ), অমসুং দেশী—মথোয় অসিদি অথঙবশিংনা অয়ুক্তা ( পুং ৯ ফাওবদা ) শক্লদে । অসিগুমজুনা নুংথিলগী মতমদা ( নুমিদাংবাইরম ফাওবদা ) ভৈরবীগা ললিতাগদি কনিগুবদম্ন শকপা য়াদে ।। ২১০-২১১

নারদ-পঞ্চম-সার সংহিতাদা হায়রবদি—বিভাষা, ললিতা, কামোদ, পঠমঞ্জরী,

দেশকারী চ সুভগা পঞ্চমী চ গড়া তুড়ী।
ভৈরবীচাপি কৌমারী রাগিণ্যো দশপঞ্চ চ ॥ ২১৩
এতাঃ পূর্ব্বাহ্নকালে চ গীয়ন্তে গানকোবিদৈঃ ( গায়নোত্তমৈঃ )
এতেষাং বিপরীতেন মন্দভাগ্যাঃ প্রগায়নঃ ॥ ২১৪
বরাড়ী মায়ূরী কোড়া বৈরাগী চাপি ধানসী।
বেলাবলী মারহট্টি সপ্তৈতা রাগ যোষিতঃ ॥ ২১৫
গেয়া মধ্যাহ্নকালেচ যথা ভরত ভাষিতং।
গান্ধারী দীপিকাচৈব কল্যাণী প্রবরা ( পুরবী ) তথা ॥ ২১৬
আশাবরী কানড়া চ গৌরী কেদার পাহিড়াঃ।
মাধবী মানসী নাটী ভূপালী সিন্ধুরা তথা ॥ ২১৭
সায়াহ্নে রাগিণীরেতাঃ প্রগায়ন্তি মনীষিণঃ।
মেঘমল্লার রাগস্য গানং বর্ষাসু সর্ব্বদা ॥ ২১৮

দক্ষিণাত্যাস্তু কোহলনাম গ্রন্থাং পঠন্তি।

দেশাখ্যা ভৈরবী-শুদ্ধা সারঙ্গাখ্যাচ ভৈরবী।
দেবক্রী রক্তহংসাচ মাহুলা রক্তরঞ্জিকা ॥ ২১৯
এতাঃ সূর্য্যাংশতো জাতাঃ সায়ংকালেষু নিন্দিতাঃ।
প্রভাতে যেন গীয়ন্তে স নরঃ সুখ মেধতে ॥ ২২০

রামকেরী, রামকিরী, বেলরী, (বেলোয়ারী ?) গুপ্তরী ( গুজ্জ ? ), দেশকারী, সুভগা, পঞ্চমী, গড়া, তুড়ী, ভৈরবী, কৌমারী,—রাগিণী ১৫ অসিদি ঊৈশেগী ময়ম খঙবশিংনা অয়ুক্কা শক্লে। হায়রিবা মথোয়গী মতম অসি থুগায়না শক্লবদি অবাবা ফংই ॥ ২১৩-২১৪

অহুগা বরাড়ী, মায়ুরী, কোড়া, বৈরাগী, ধানসী, বেলাবলী, মারহট্টী ( হাটী ? ) হায়বা রাগিণী তরেৎ অসিদি নুমিৎয়ুংবা মতমদসু শকপা য়াই হায়না ভরতনা হায়রম্মী।

য়াচঙবদা ( নুমিৎ তাম্রগা ) শকদবা রাগিণীশিংদি—

গান্ধারী, দীপিকা, কল্যাণী, প্রবরা ( পুরবী ), আশাবরী, কানড়া, গৌড়ী, কেদার, পাহিড়া, মাধবী, মানসী, নাটী, ভূপালী, সিন্ধুরা— মথোয় অসিনি ॥ ২১৫-২১৭

মেঘমল্লারনা নোংজুথাগী মতম পুম্নমক্তা শকনি ॥ ২১৮

দক্ষিণাত্যদদি কোহল হায়না কৌবা লাইরিক অদু চৎনৈ—

দেশাখ্যা, শুদ্ধা-ভৈরবী, সারঙ্গা, ভৈরবী, দেবকিরী, রক্তহংসা, মাহুলা, রক্তরঞ্জী— মথোয় অসিদি নুমিৎ মচান্দগী পোকপা ওইবনা য়াচঙবা মতমদদি ( অহিংদদি ) শক্লদে। হায়রিবা রাগশিং অসিবু অয়ুক্কী মতমদা শকচবা মী অদুদি নুংঙাই য়াইফবা ফংই। ২১৯-২২০

শুদ্ধা নট্টা চ সারঙ্গী শুদ্ধ-নট্টবরালিকা ।
দ্রাবন্তী চ তথা নাগররঞ্জিকা নাগরালিকা ।। ২২১
ছায়াগোলী তথাচান্যা বাহুল্যান্দোলিতা তথা ।
মল্লারিকা তথাচ্ছায়া গৌণী কর্ণাটকাহ্বয় ।। ২২২
গোলোমা মানকশ্চৈব রামক্রিয়স্তথৈবচ ।
ছায়ারাগ কৃতে রঞ্জাবচ্ছায়া সর্ব্ববালিকা । ২২৩
কর্ণাট ভূপবঙ্গাল ইত্যেতে চন্দ্রমোহংশুকাঃ ।
এতে রাগা বিশেষেণ প্রাতঃ কালেষু নিন্দিতাঃ ।। ২২৪
সায়মেবাস্ত গানেন মহতীং শ্রিয়মপ্নুয়াৎ ।। ইতি ২২৫

**কিঞ্চ--**

**শ্রীগীতগোবিন্দটীকায়াং লক্ষণ-ভট্টঃ—**

প্রাতর্গুণ্ডকিরী সদাসনস্থা দেশাখ্যকা গুর্জরী ।
মধ্যাহ্নেঽপিচ তদ্বয়মথোবা কর্ণাট নাটাদয়ঃ ।। ২২৬
সায়ং মালবিক কৃতে সুধিয়ো গায়ন্তি সায়ন্তনে ।
সারঙ্গং পুরৈব গৌরমম্বরং প্রত্যুষতো ভৈরবীং ।। ২২৭

**সঙ্গীত কৌমুদ্যাং—**

তাবদ্বসন্তো গীয়েত প্রভাতে ভৈরবাদিকং ।
মধ্যাহ্নেতু বরাড়্যাদেঃ সায়ং কর্ণাট নাটয়োঃ ।। ২২৮

---

অদুগা শুদ্ধা, নট্টা, সারঙ্গী, শুদ্ধ-নট্ট বরালী, দ্রাবন্তী, নাগরঞ্জা, নাগরালী, ছায়া-গোলী, বাহুলী, আন্দোলিতা, মল্লারিকা, ছায়া, গৌণী, কর্ণাটক, গোলোমা, মানক, রামকিরী, ছায়ারাগ, রঞ্জাবচ্ছায়া, সর্ববালিকা, কর্ণাট, অমসুং ভূপবঙ্গাল—মখোয় আসনা থা-দগী পোকপনি । মরম অদুনা মখোয় অসিদি অয়ুক্কী মতমদা শকপা য়াদে । নুমিৎ তারগা (অহিংদা) শরুবদি লন-থুম য়রাং কায়না ফংই ।। ২২১-২২৫

অদুগা গীত গোবিন্দগী টীকাদা লক্ষণ-ভট্টনা হায়রিবদি— অয়ুক্তা গণ্ডকিরী, দেশাখ্যা, গুর্জরী অসি শরুনি । নুমিৎ য়ুংবা মতমদনা 'কর্ণাট' অমসুং 'নাট' অনি অসি শরুনি ।। ২২৬

য়াচন্তবদনা অথওবশিংনা মালবিকা শক্নে অদুগা 'সারঙ্গ'না নুমিদাংবাইরমদা, 'ভৈরবী' না অয়ুক অঙনবদা শক্নে ।। ২২৭

সঙ্গীত কৌমুদীনা হায়রনা—

বসন্ত হেক লোইরিবা ফাওবদি অয়ুক্তা ভৈরব রাগনচিংবা শরুনি । নুমিৎ য়ুংবদা

শ্রীরাগমালবাদেস্তু গানে দোষো ন বিদ্যতে। ইতি ২২৯
ইন্দ্রপূজাং সমাসাদ্য যাবৎ গিরিসুতার্চ্চনম্।
তাবদেব সমুদ্দিষ্টং গানং বৈ মালবশ্রিয়ঃ॥ ২৩০
একস্তু বহুধাচার্য্যৈর্গানকালঃ সমীরিতঃ।
যস্মিন্দেশে যদাশিষ্টং গীতবিজ্ঞস্তথা চরেৎ॥ ২৩১

## অকালগানে দোষমাহ—

সময়োল্লঙ্ঘনং গানে সর্ব্বনাশকরং ধ্রুবং॥

## অথাপরাধাভাবমাহ—

শ্রেণীবদ্ধে নৃপাজ্ঞায়াং রঙ্গভূমৌ ন দোষদং (দূষনং)॥ ২৩২
পরিদোষশমনং পরিহারমাহ, কোহলীয়ে—
লোভান্মোহাচ্চ যে কেচিৎ গায়ন্তি চ বিয়োগতঃ।
সুরসা গুর্জ্জরী তেষাং দোষং হন্তীতি কথ্যতে॥ ২৩৩

## অন্যত্রাপি—

অবেলারাগমাকর্ণ্য তস্য দোষ প্রশান্তয়ে।

---

বরাড়ীনচিংবা অদুগা য়াচঙবদনা কর্ণাট, নাট অনি শক্কনি। শ্রীরাগ অমসুং মালব—রাগ অনি অসিদি শকনিঙবা মতমদা শকপা য়াই, দোষ লৈতে॥ ২২৮-২৯ *

ইন্দ্রপূজাদগীনা দেবী-পূজা মতম ফাওবদা মালব অমসুং শ্রীরাগ অনি অসি শকপা য়াই। অদুম ওইনমক অয়াম্বা গুরুশিংনা ঈশৈগী মতম তাকপদা হায় মদুদি—লৈবাক লৈবাকী মাগী মাগী ঈশৈ তৌবা ওজাশিংনা তৌনরকপা চংনবী অদু অদুম্মক ঙাক্লগদবনি॥ ২৩০-৩১

**মতম চাদনা ঈশৈ শকপগী দোষ হায়রি—**

ঈশৈদা রাগগী মতম থুগায়রবদি লেপ্লমক অমাঙবা থোকই। অদুগা রঙ্গভূমিদা পাম্বেং লেপ্লরবদা নিংথৌগী য়াথং ফংলবদি মতম চাত্রবমকসু দোষকী মশক ওইদে॥ ২৩২

কোহলগী মত মতুং ইন্না দোষ কোক্লবা পাম্বৈ হায়রি মদুদি—

অপাম্বা অমদি মিহৌবদগী নত্রগা ভুল তৌবদগী কনাগুম্বনা মতম চাদনা ঈশৈ শকলুররবদি—সুরসা অমদি গুর্জ্জরী শক্লগা মদুগী দোষ কোকই॥ ২৩৩

**অতোপ্পা মত অমদনা—**

মতম চাদনা শকপা রাগ তারগা মদুগী দোষ কোক্লবগীদমক হরি অমসুং মহাদেববু খুরুমজগদবনি। মদুম তৌরবদি অহোবা, ময়াম অমসুং অরোইবা মতাং অহুম্মক্তা

ঈশানঞ্চ হরিং স্তুত্বা মধ্যমাদিমনন্তরং।
গায়েদ্বা শৃণুয়াদ্বাপি সোঽস্মাদ্দোষাদ্বিমুচ্যতে ॥ ২৩৪
অকালগানে প্রায়শ্চিত্তং অনয়োরন্তরং কুর্য্যাদিত্যর্থঃ।

রত্নমালায়াং—

বসন্তো রামকেরী চ গুজ্জরী সুরসাঃপিচ।
সর্ব্বস্মিন্ গীয়তে কালেনৈব দোষোঽভিজায়তে ॥ ২৩৫

পঞ্চমসার সংহিতায়ান্তু—

মালবশ্চৈব মল্লারঃ শ্রীরাগশ্চ বসন্তকঃ।
হিল্লোলশ্চাথ কর্ণাটঃ ষট্ পুংরাগাঃ প্রকীর্ত্তিতাঃ ॥ ২৩৬
ধানসী মানসী রামকেরী চ সিন্ধুড়া তথা।
আসাবরী ভৈরবী চ মালবস্য প্রিয়া ইমাঃ ॥ ২৩৭
বেলাবলীচ প্রবরা কানড়া মাধবী তথা।
কোড়ী কেদারিকা চৈব মল্লারস্য প্রিয়া ইমাঃ ॥ ২৩৮
বেলোয়ারী ( বেলাপারী ) চ গৌরী চ গান্ধারী শুভগা তথা
কৌমারী চৈব বৈরাগী ( টী ) শ্রীরাগস্য প্রিয়া ইমাঃ ॥ ২৩৯
তোড়ী চ পঞ্চমী চৈব ললিতা পঠমঞ্জরী।

---

লানথিবা অদু—মদুবু শকপা মী অমদি তাগ্নিবা ভাবক অনিমক্তা দোষ কোকই ॥ ২৩৪

মতম চাদনা শকপা ঈশৈগী দোষ কোক্লবগীদমক্তি লাই অনি অসিগী মরক্তা অমদি থুক্নমদবা য়াদে হায়বনি হায়বসি খওগদবনি।

রত্নমালাদা হায়রি—

বসন্ত, রামকেরী, গুজ্জরী, সুরসা—মখোয় অসিদি শক্লিঙবা মতমদা শকপা য়াই দোষ লৈতে ॥ ২৩৫

পঞ্চম-সার-সংহিতাদদি অশুম্না হায়—

রাগ-পুরুষ ৬ নি মহুদি—মালব, মল্লার, শ্রীরাগ, বসন্ত, হিল্লোল অমস্তুং কর্ণাট ॥ ২৩৬

মখোয় অসিগী রাগিণীশিংদি—

১। মালবকী—ধানসী, মানসী, রামকেরী সিন্ধুড়া, আসাবরী, ভৈরবী ॥ ২৩৭
২। মল্লারগী—বেলাবলী, প্রবরা, কানড়া, মাধবী, কোড়ী, কেদারিকা ॥ ২৩৮
৩। শ্রীরাগগী—বেলোয়ারী, গৌরী, গান্ধারী, শুভগা, কৌমারী, বৈরাগী ॥ ২৩৯

গুর্জরী চ বিভাষা চ বসন্তস্য প্রিয়া ইমাঃ ।। ২৪০
মায়ুরী দীপিকাচৈব দেশকারী চ পাহিড়া ।
বরাড়ী মারহট্টীচ এতা হিল্লোল যোষিতাঃ ।। ২৪১
নাটিকা চাথ ভূপালী রামকেরী গড়া তথা ।
কামোদী চাথ কল্যাণী কর্ণাটস্য প্রিয়া ইমাঃ ।।২৪২

মম্মঠা (টা) চার্য্যকৃত সঙ্গীত মালায়াং—

কর্ণাট-নাট-মল্লারা দেশাখ্যো মালবস্তথা ।
বসন্তশ্চেতি পুংরাগাঃ রাগজ্ঞৈঃ ষট্প্রকীর্ত্তিতাঃ ।। ২৪৩
চন্দনী মালবী শ্রীশ্চ সিন্ধু বেলাবলী তথা ।
প্রপাতনী বিভাষাখ্যা কর্ণাটস্যৈব নায়িকাঃ ।। ২৪৪
কাম্যোজী ( কাম্বোজী ) নাটভাষাখ্যা নাটিকা গুণমঞ্জরী ।
শেখরী মুখরী চেতি নাটদারাঃ প্রকীর্ত্তিতাঃ ।। ২৪৫
মল্লারী ললিতা চেতি তথা প্রাচিনমঞ্জরী ।
মধুকারী তুষ্কারী দেশী মল্লার-বল্লভাঃ ।। ২৪৬
গুঞ্জরী ( র্জ ) রামকেরী চ গোণ্ডকেরী সুরেহিকা ।
ধানসী চ বরাড়ী চ দেশাখ্যস্যৈব নায়িকাঃ ।। ২৪৭
সিরী ( শ্রী ) কেদার-সংজ্ঞাচ মেঘমার্জ্জনিকা তথা ।

৪ । বসন্তগী—তোডী, পঞ্চমী, ললিতা, পঠমঞ্জরী, গুর্জরী, বিভাষা ।। ২৪০
৫ । হিল্লোলগী—মায়ুরী, দীপিকা, দেশকারী, পাহিড়া, বরাডী, মারহাটী ।। ২৪১
৬ । কর্ণাটকী—নাটিকা, ভূপালী, রামকেরী ( ? ), গড়া, কামোদী, কল্যাণী ।। ২৪২

মম্মঠা ( টা ) চার্য্যনা লেংবা সঙ্গীত মালা কৌবা লাইরিকদি—
রাগগী ময়ম খণ্ডবশিংনা রাগ-পুরুষ ৬ নি হায় মত্রদি—কর্ণাট, নাট, মল্লার, দেশাখ্য, মালব অমসুং বসন্ত ।। ২৪৩
মাগী মন্ত-তা রাগিণীশিংগী মমিংদি—
১ । কর্ণাটকী—চন্দনী, মালবী, শ্রী, সিন্ধু বেলাবলী, প্রপাতনী, বিভাষা ।। ২৪৪
২ । নাট-গী কাম্বোজী, নাটভাষা, নাটিকা, গুণমঞ্জরী, শেখরী, মুখরী ।। ২৪৫
৩ । মল্লারগী—মল্লারী, ললিতা, প্রাচীনমঞ্জরী, মধুকারী, তুষ্কারী দেশী ।। ২৪৬
৪ । দেশাখ্য-গী—গুঞ্জরী রামকেরী, গোণ্ডকেরী, সুরেহিকা, ধানসী, বরাড়ী ।। ২৪৭

কঙ্কুশ্চিন্তা চ নবনী মালবস্যাবলা মতাঃ ।। ২৪৮
ভৈরবী রঙ্গহারী চ মেঘতালা সুপঞ্চমী।
অম্রা তোড়িকা গৌড়ী বসন্তস্যৈব নায়িকাঃ ।। ২৪৯

কেচিত্তু পুংরাগা অষ্টাবিত্যাহুঃ। তদুক্তং সঙ্গীত-কৌমুদ্যাং—

ভৈরবো ভূপতিশ্চৈব শ্রীরাগঃ পঠমঞ্জরী
বাসন্তিকাশ্চ ভূপালঃ সারঙ্গো মালবস্তথা
এতে সঙ্গীতশাস্ত্রজ্ঞৈঃ পুমাংস-শ্চাষ্ট কীর্ত্তিতাঃ ।। ২৫০

দক্ষিণাত্যনিবন্ধে রাগবিবেকে—

ভৈরবশ্চাথ ভূপালঃ শ্রীরাগঃ পঠমঞ্জরী।
বাসন্তী মালবশ্চৈব বঙ্গালো নাটকস্তথা ।। ২৫১
এতেঽষ্টরাগাঃ কথিতাঃ পুংরাগা ইতি সুরিভিরিতি। ২৫২
সম্পূর্ণাঃ ষাড়বাশ্চৈব ঔড়বশ্চেতি তে ত্রিধা।
সম্পূর্ণাস্তেতু য তত্র জায়ন্তে সপ্তভিঃ স্বরৈ ।। ২৫৩

কে তে ইত্যাহ—

শ্রীরাগ নট কর্ণাট রেবগুপ্ত বসন্তকাঃ।
শুদ্ধভৈরব বঙ্গাল সোমরাগাস্ত (ম্র) পঞ্চমাঃ ।। ২৫৪
কামোদা মেঘরাগশ্চ তথা দ্রাবীড় গৌড়কঃ।
বরাড়ী (টী) গুজ্জরী তোড়ী মালবঃ শ্রীশ্চ সৈন্ধবী ।। ২৫৫

---

৫। মালব-গী—শ্রী, কেদার, মেঘমার্জ্জনী, কঙ্ক, চিন্তা, নবনী ।। ২৪৮

৬। বসন্তগী—ভৈরবী, রঙ্গহারী, মেঘতালা, সুপঞ্চমী, আম্রতোড়ী, গৌড়ী ।। ২৪৯

কনাগুম্বনী মত অমদনা রাগ-পূরুষ ৮ শুট হায়। মদু সঙ্গীত কৌমুদীদা হায়রি মদুদি—

ঈশৈ হৈবশিংনা রাগ পুরুষ ৮ শুই হায় মদুদি—ভৈরব, ভূপতি, শ্রীরাগ, পঠমঞ্জরী, বাসন্তী, ভূপাল, সারঙ্গ, মালব—মখোয় অসিনি ।। ২৫০

দক্ষিণাত্য-নিবন্ধদা রাগবিবেকতা হায়রিবদি — ভৈরব, ভূপাল, শ্রীরাগ, পঠমঞ্জরী, বাসন্তা, মালব, বঙ্গাল, নাটক—কৌবা রাগ পুরুষ ৮ থক লৈ হায়না পণ্ডিতশিংনা হায় ।।২৫১-৫২

রাগ মখল অহুম শুই মদুদি—সম্পূর্ণ, ষাডব, ঔড়ব।
অহুম অসিগী মনুংদা অহানবগী সম্পূর্ণ অসিদি স্বর তরেৎমক্তা শাই ।। ২৫৩

সম্পূর্ণ রাগশিংদি—

শ্রীরাগ, নট, কর্ণাট, রেবগুপ্ত বসন্ত, শুদ্ধভৈরব, বঙ্গাল, সোমরাগ, আম্রপঞ্চম, কামোদ, মেঘরাগ, দ্রাবীড়, গৌড়, বরাড়ী, গুজ্জরা, তোড়ী, মালব, শ্রী, সৈন্ধবী,

দেবক্রী চৈব রামক্রী তথা প্রথম মঞ্জরী।
নট্টা বেলাবলী গৌরীত্যাদ্যাঃ সম্পূর্ণকা মতা॥ ২৫৬
আদি পদেন অন্যেঽপি নাটাদ্যা গৃহ্যন্তে।

**তদুক্তং সঙ্গীত সারে—**

নাটঘণ্টারবৌ নটনারায়ণক ভূপতিঃ।
শঙ্করাভরণশ্চেতি পূর্ণরাগা ইমেমতঃ॥ ২৫৭

**এতদ্গান ফলমাহ কোহলঃ—**

আয়ুর্ধর্ম্ম যশঃ কীর্ত্তি বৃদ্ধি সৌখ্য ধনানি চ।
রাজ্যাভি বৃদ্ধিসন্তানঃ পূর্ণরাগেষু জায়তে॥ ইতি ২৫৮

**এষামুক্ত ক্রমেণ ফল লক্ষণ মাহ—**

**শ্রীরাগঃ—**

জাতিন্যাস-গ্রহ-গ্রামাংশ * ষড়্জালাপপঞ্চমঃ।
শৃঙ্গারবীরয়োর্জ্ঞেয়ঃ শ্রীরাগো গীতকোবিদৈঃ॥ ২৫৯

**অস্যার্থঃ—**

ষড়্জেতি ষড়্জ স্বরঃ। স্বরোনাম শ্রুত্যানন্তরমনুরণনং।

---

দেবকিরী, রামকেরী, প্রথমমঞ্জরী, নট্টা, বেলাবলী, গৌরী—অসিনচিংবানি। অসিনচিংবা হায়বা বাহৈ অসিনা 'নাট' নচিংবা অতৈবুসু খঙনগনি॥ ২৫৫-৫৬

বাফম অসিগী মরীদা সঙ্গীত-সারনা হায়বদি —

নাট, ঘন্টারব, নটনারায়ণ, ভূপতি শঙ্করাভরণ—মখোয় অসিসু পূর্ণরাগমক্তনি॥ ২৫৭

## পূর্ণরাগ শকপগী ফল

কোহলনা হায়—

পূর্ণ-রাগ শক্লগা পুন্নীবা, ধর্ম্ম অমদি মিংচৎ চাওখৎপা, লৌশিং হেনগৎপা, মরূপ-অকবা ফংবা, লন চাওখৎপা লৈবাক কংবা (লৌরী য়ৃফম), মচা মশূনচিংবা হেনগৎলকপা ওই॥ ২৫৮

হন্নীক মথং মনাউ নাইনা রাগশিংগী লক্ষণ হায়রকলি—

শ্রীরাগ—জাতি, ন্যাস, গ্রহ, গ্রাম, অংশ—ষড়্জনি, পঞ্চমদা আলাপ তৌগনি। ঈশৈ হৈবশিংনা মসিবু শৃঙ্গার-বীর অনিমক্তা শকনি॥ ২৫৯

মসিগী অর্থদি—ষড়্জ হায়বদি ষড়্জ স্বরবু খঙনগনি। তাবদা পুক্নীঙ হূনবা ওইববু 'স্বর' কৌই। স্বরগী অহানবা হৌবদা লৈরিবা বাহৈদি মখকশিংবু 'শ্রুতি'

---

* ষড়্জালপঞ্চমঃ—পাঠান্তরং

শ্রুতির্নাম স্বরারম্ভকাবয়ব শব্দ বিশেষঃ।
শৃঙ্গারেতি—শৃঙ্গারহাস্যকরুণ-রৌদ্রবীরভয়ানকাঃ।
বীভৎসাদ্ভুত শান্তাশ্চ নবনাট্যে রসাঃ স্মৃতাঃ॥

অথ দামোদর কনকাঙ্কুর নারদসংহিতা চন্দ্রিকা রত্নমালাদিষু নির্ণীতাঃ মূর্ত্তয়ো যথাস্থানমুৎকীর্ত্যন্তে॥

**নারদ সংহিতায়াং—**

লীলাবিহারেণ বনান্তরেণ চিন্বন্ প্রসূনানি বধূসহায়ঃ।
বিলাসি বেশোঽসিতদিব্য-মূর্ত্তিঃ শ্রীরাগ এষঃ প্রথিতঃ পৃথিব্যাং॥ ২৬০

**অথ নটঃ —**

শ্রীরাগবৎ তথা নট্টঃ কিন্তু নৈষোঽল্প পঞ্চমঃ।
ধা রি তারো নিমন্দ্রশ্চ গমকৈরুৎকটৈর্যুতঃ *॥ ২৬১

শ্রীরাগবদিতি—শ্রীরাগো যথা জাত্যাদিষু ষড়্জন্তত্যর্থঃ।
বিশেষস্তু—ধৈবত ঋষভয়োস্তারঃ নিষাদে মন্দ্রঃ এবমেব।
বক্ষ্যমাণ রাগেষু বোদ্ধব্যং॥

কৌই॥ নাট্যদা রস মথল ৯ থোক্না থায়দোক্নি মদুদি—শৃঙ্গার, হাস্য, করুণ, রৌদ্র, বীর, ভয়ানক, বীভৎস, অদ্ভুত অমসুং শান্ত।

মথংদা দামোদর, কনকাঙ্কুর, নারদ-সংহিতা, চন্দ্রিকা অমসুং রত্নমালানচিংবগী মত মতুং ইন্না মতাং চানা চানা রাগগী মশক মওঙ হায়রকে—

নারদ সংহিতানা হায়—( শ্রীরাগগী মূর্ত্তি )—

কুচু শংবানবা, কিজেৎ নিঙথিবা, মাগী চান্নবী ( রাগিণী ) গা লোয়নবা বন বনদা কোয়না লৈ থিবা, শাবান-মূর্ত্তি ফজবা—অদুগুম্বা মহাক অদু পৃথিবীদা 'শ্রীরাগ' হায়না ফাওই॥ ২৬০

নট্ট—নটরাগসু শ্রীরাগগুম্মী, অদুগা অল্পপঞ্চমদি নত্তে। ধা, রি অনিনা তার স্বরনি অদুগা নি না মন্দ্রনি, অকনবা গমক তৌগনি॥ ২৬১

শ্রীরাগগুম্মী হায়বগী অর্থদি, শ্রীরাগগুম্না জাতি ন্যাস গ্রহনচিংবা ষড়্জনি হায়বনি। থোইদোকপাদ ধৈবত, ঋষভ অনিনা তার স্বরনি, নিষাদনা মন্দ্রনি। মথাদা হায়রকদৌরিবা রাগশিং অপিদসু মওঙ অসুম্না অদুম্মক খঙনগনি—

* নৈষোল্পমধ্যম ইতি, সরিতার ইতি চ—পাঠান্তরং

* অঙ্কাম্বুবধব ঋজুভাং নয়নবালাং শুকদ্যুতিঃ।
আসনস্থো যুবা চারুবেশো নটশ্চ বাহুজঃ॥ ২৬২

**অথ কর্ণাটঃ—**

কর্ণাটস্তদ্বদাখ্যাতো নিন্যাসো গ্রহাংশকঃ (গ্রহণাংশকঃ)॥ ২৬৩

**মূর্ত্তিস্তু—**

কৃপাণপাণির্গজদন্তখণ্ডমেকং বহন্ দক্ষিণকর্ণপূরং।
সংস্তূয়মানঃ সুরচারণৌঘৈঃ কর্ণাটরাগঃ শিখিকণ্ঠনীলঃ॥ ২৬৪

**নারদ সংহিতায়ান্তু ন্যথাদৃশ্যতে—**

কৃপাণপাণিস্তুরগাধিরূঢ়ঃ
ময়ূরকণ্ঠোপকণ্ঠকান্তিঃ (১)
*স্ফুরৎ সিতোষ্ঠাধরকঃ প্রয়াতি (২)
কর্ণাটরাগো হরিণান্ বিহন্তুং॥ ২৬৫

---

নটগী মূর্ত্তি—ক্ষেত্রিনি, নিঙথিনা ফিজেৎ লৈতেংই, মতম্বাক্তা মশাগী চান্নবী পমচুনা য়াঙভিংনা আসনদা ফম্মী, অনৌবা হূমিৎ মডাংগুম মডান চেল্লি॥ ২৬২

কর্ণাট—কর্ণাট রাগসু শ্রীরাগগুম্মী। নিষাদদা ন্যাস, গ্রহ, অংশ লৈগনি॥ ২৬৩

মাগী মূর্ত্তিদ - খুত্তা থাঙথাং পায়, য়েংকৌ নাকোঙদা শামু ময়া মচেৎ অমা লৈজেং ওইনৈ, লাইগী চরণিংনা মতুংইন্দুনা মাগী মশক তাকই, কুচুনা বাহোং মঙকুম শংই॥ ২৬৪

নারদ সংহিতাদদি অতোপ্পা অমা ওইনা লৈ মচুদি—

থাঙথাং পায়, শগোল তোংই, থোরৌদা বাহোং মঙক মচু মাল্লি, চৌনবান্দা মোমোন নোকই, মৃগয়াদা শজিবু কোয়না তাল্লি॥ ২৬৫

---

*ভ্রাম্যৎসমুত্তুংগ তুবঙ্গরূঢ়ঃ স্বর্ণদ্যুতিঃ শুদ্ধগতিঃ প্রবরঃ।
বিপক্ষরক্তাক্ত কৃপাণপাণিঃ সংগ্রামচারী কিল নটরাগঃ॥ রাগ ও রূপ

সনাগী মঙাল চেনবা, অরাংবা শগোল তোংদুনা লানফমদা চুমথ্রিঙ থোজিনবা, যেক্রবগী-ঈ-ঠৈবা থাঙথাং পায়দুনা লানফমদা কোয়না চৎপা অদুবু 'নটরাগ' হায়না কৌই।

## পাঠান্তরানি—

(১) ময়ূরকণ্ঠোপম দেহকান্তিঃ স্ফুরৎ সিতোষ্ঠাধরঃ।
কুচুনা বাহোং মঙক মচু মাল্লি, অতৌবা কোযেৎ সেংলি।

(২) স্ফুরৎসিতস্নিগ্ধরস প্রশান্তং কর্ণাটরাগো হরিতাল বর্ণঃ॥
ঈংই-তপই, নিঙথিনা মোমোন নোকই কর্ণাট রাগদি নাপু মচুনা মশাগী কুচুনি।

অথরেবগুপ্তঃ—

*রেবগুপ্তো রিগ্রহাংশো মান্তো ( মধ্যমান্ত ) ঋভোজ্ঝিতঃ ॥ ২৬৬

মূর্ত্তিস্তন্নিবন্ধান্তরে—

অঙ্কে নিষণ্ণাং সুরতাতিখিন্নাম্

আশ্বাসয়ন্ স্বাঞ্চল বীজনেন।

সীমন্তিনীং শ্বাস চলৎ কুচাগ্রাং

সুবর্ণকান্তিঃ কিল রেবগুপ্তঃ ॥ ২৬৭

অথ বসন্তঃ—

ষড়্জমাধ্যমিকাজ্জাতঃ ষড়্জন্যাস গ্রহাংশকঃ।

গেয়ো বসন্তরাগোঽয়ং বসন্তসময়ে বুধৈঃ ॥ ২৬৮

মূর্ত্তিস্তু—

শিখণ্ডি বর্হচয়বদ্ধ-চূড়ঃ

পুষ্ণন্ পিকং ( পিকপ্রিয়ং ) চূতলতাঙ্কুরেণ।

ভ্রমন্ মুদাবামমনোজ্ঞমূর্ত্তিঃ

মত্তো মতঙ্গঃ স বসন্ত রাগঃ। ২৬৯

---

রেবগুপ্ত—গ্রহ অংশনা রি, ন্যাসনা মধ্যমনি, ঋষভদগী লোকপনি ॥ ২৬৬

অতোপ্পা লাইরিক্তা হায়বা মাগী মূর্ত্তিদি—

কুচুনা সনা অহিংবনি,—শৃঙ্গাররসতা হকচিনমনবদগী মথা চোকথরবী, মথম শিংগ্রেঙ থায়বী, নুংশায়র ফূইনা হোন্দদা মংবাক টনোম নোঙ্বী অহুঙবী চান্নবীবু ব ভম্বাক্তা শম্লগা মথাংগী ফীজিনা হুমাই হুথীবা—মসিনা রেবগুপ্তগী মথক্কি ॥ ২৬৭

বসন্তরাগ—ষড়্জমধ্যমদগী লোকপনি, ন্যাস, গ্রহ, আংশসু ষড়্জনি, অথঙবশিংনা মসিবু বসন্ত মতমদা শক্লে ॥ ২৬৮

মূর্ত্তিদি—

মাহোং মতুনা কোক্তী কৈংতেং ওইনবা, হৈনৌ-মপান-অপোম্বা পীজহুনা কোকিলবু য়োকপা, কোয়না নুংঙাইনা চৎপা, পূম্নিঙ হূনবা মশক ওইবা. ময়াই কাবা-শায়ুঙম নিঙথিজবা—মসিবু বসন্তরাগ কৌই ॥ ২৬৯

---

* রেবগুপ্তস্তথা ষড়্জমধ্যমর্ষভিকোদ্ভবঃ

রিগ্রহাংশো মধ্যমান্তো রসেবীরেনিযুজ্যতে— ইতি পাঠান্তরং

ষড়্জ মধ্যমঋষভদগী থোক্কই, রিনা গ্রহ অংশনি, মধ্যমনা ন্যাসনি, বীররসতা শকনি।

**নারদ সংহিতায়ান্ত—**

চূতাঙ্কুরৈরেব কৃতাবতংসো
বিঘূর্ণমানারুণনেত্রপদ্মঃ।
পীতাম্বরঃ কাঞ্চন চারুদেহো
বসন্তরাগো যুবতিপ্রিয়শ্চ ।। ২৭০

**অথ শুদ্ধভৈরবঃ—**

ধৈবতাংশ গ্রহন্যাসযুক্তঃ স্যাচ্ছুদ্ধভৈরবঃ।
সকম্প-মন্দ্র-গান্ধার-গেয়ো মধ্যাহ্নতঃ পরং ।। ২৭১

**মূর্ত্তিস্তনিবন্ধান্তরে—**

স চন্দ্রহাসং কলকংদধানো
নিবদ্ধকক্ষো (নিলীনকণ্ঠো অথবা বক্ষো) দৃঢ়বদ্ধচূড়ঃ।
চারিবিতম্বন্ ( ত্রিনেত্রধারী ) বহুধাপদাতিঃ
প্রচণ্ডরূপঃ কিলভৈরবোহয়ং ।। ২৭২

অস্যস্ত ঔড়বে বক্ষ্যতে।

**অথ বঙ্গালঃ—**

বঙ্গালঃ কৌশিকাজ্জাতঃ ষড়্জন্যাস গ্রহাংশকঃ
সকম্প-মন্দ্র-গান্ধারো গেয়ঃ করুণহাস্যয়োঃ ।। ২৭৩

---

নারদ সংহিতাদা হায়বদি—

নাকোঙদা হৈনৌ মপাল চিনবা, থঙ্গাল-লৈকা মানবা-ডাংতক তৌবা মিৎনা ডাইহাক লৈতনা লৈদুনা য়েংবা, সনা অহিংবা কুচু শুমজবা, নিঙথিবা হকচাংদা সনা কীপে শেৎপা, নূপীগী জাতিনা পাম্নবা ওইবা অসিবু 'বসন্ত রাগ' হায়না কৌই ।। ২৭০

**শুদ্ধ ভৈরব**—শুদ্ধ-ভৈরবকী অংশ, গ্রহ, ন্যাসতি ধৈবতনি, মন্দ্র-গান্ধারদা কম্পন তৌদুনা মুমিৎ মুংবা মতুংদা শকনি ।। ২৭১

অতোপ্পা লাইরিক্তা হায়বা মসিগী মূর্ত্তিদি—

খাঙ চুঙ্গোয় পায়বা, কবচ লিৎপা, শম চেৎনা পুনবা, খোঙমী অাম্মী মন্নাবগী মপু ওইবা অাকিবা শকক্মা মাগী ওইবা মসিবু 'ভৈরব' হায়না কৌই ।। ২৭২

মসিগী অতোপ্পা মখক অমম্ম ঔড়বকী মখবদা য়াওরকখিগনি।

**বঙ্গাল**—বঙ্গাল হায়বা রাগ অসিদি করুণ অমসুং হাস্য রসতা শকদবনি। কৌশিকী জাতিনি। ন্যাস, গ্রহ, অংশনা ষড়্জনি—মন্দ্র-গান্ধারদা কম্পন তৌগনি ।। ২৭৩

মূর্ত্তিস্ত—

মনোজ্ঞ-মৌঞ্জী-গুণ-গুম্ফিতাঙ্গো

ততং ( স্রজং ) দধানোধরণীরুহস্ত।

চণ্ডঃ কুমারঃ কমনীয় মূর্ত্তিঃ

বঙ্গাল রাগঃ শুচিশ্যাম গানঃ (হাস্যমানঃ) ।। ২৭৪

অথ সোমরাগঃ—

*জাতিন্যাস গ্রহাংশেষু ষড়্জো বীরেঘনাগমে।

নি-তার-প-রিবাহুল্যঃ সোমরাগোঽভিধীয়তে ॥ ২৭৫

মূর্ত্তিস্ত চন্দ্রিকায়াং—

নিশ্যঙ্গনাং বক্ষসি শায়য়িত্বা

† কলঙ্কদম্ভাৎ স্মরভ ভ্রমার্ত্তাং।

স্বলংকরঃ সালসলোচনশ্রীঃ

কামী সুধা পাণ্ডুর এষ সোমঃ ।। ২৭৬

মূর্ত্তিদি—লাংগোম-মযোন্না-ভাবা থোরীনা মশাদা কোয়না য়েৎপা, উপাল ফুক্‌না পায়বা, ঈনথৎলকপা শাবান্দা অকিবা ফংবা, মশক ফজবা, কোকিলগী সুরগুম্না সুংশিবা ঈশৈ শকপা-মসিনা বঙ্গালগী মশক্তি ।। ২৭৪

**সোমরাগ**—জাতি, ন্যাস, গ্রহনা ষড়্‌জনি, নিষাদ অমসুং তারস্বরদা মরাং কায়না শকনি। নোংজু পানথাদা বীররসতা শকদবনি ।। ২৭৫

চন্দ্রিকাদা হায়বা মূর্ত্তিদি—অহিংদা, রতিগী মতমদা হৈশিংবা বাৎপদগী শাউত্‌না মাগী চান্নবীবু মথবাক্তা হিপহল্লম্বদগী চেৎনা কোল্লবা থ[illegible]লবা—নিঙথিবা ঙাজানবা মিৎয়েং য়েংবা, নুপী পামগনবা, থাবল মঙালগুম মশাগী কুচু[illegible]ইবা অসিনা 'সোমরাগগী মশক্তি ।। ২৭৬

*ষাড়্‌জী-জাতি সমুৎপন্নঃ ষড়্‌জন্যাস গ্রহাংশকঃ

নি-তার পরি বাহুল্যো রসেবীরে নিযুজ্যতে।

মেঘচ্ছায়াগমে গেয়ঃ সমরাগো মতঃ সতাং ।। পাঠান্তরং—

অর্থ—ষড়্‌জদগী পোকই, ন্যাসগ্রহ অংশনা ষড়্‌জনি, প-রি মরাং কায়হনগনি।

†গৃহীতমাল্যাং স্মরতং স্রবন্তীং—ইতি পাঠান্তরং

**অথাম্রপঞ্চমঃ—**

মান্দ্রজাতি সমুৎপন্নো মধ্যমগ্রাম গোচরঃ।

গান্ধারাংশ গ্রহন্যাসো রাগঃ স্যাদাম্রপঞ্চমঃ ।। ২৭৭

মান্দ্রজাতিস্তু নৈব। অয়মেবরামপঞ্চমোঽপ্যুচ্যতে। পঞ্চমোঽয়ং প্রসিদ্ধএব।

**মূর্ত্তিস্তত্রৈব—**

যুবাতসী সূন-সমান-কান্তিঃ

শ্রীখণ্ডপঙ্কার্দ্র সমস্তদেহঃ।

বীণা প্রবীণোঽমর-পঞ্চমোঽয়ং

গীতেন মুগ্ধীকৃত দেবরাজঃ ।।

**অথ কামোদঃ—**

কামোদঃ করুণেহাসে নি তারো বহুকম্পনঃ।

ষড়্জোজাতি গ্রহাংশেষু যামার্দ্ধেন্যাস মন্তগঃ ।। ২৭৯

( গীয়তে সদা—ইতি পাঠান্তরং )

যামাৎ প্রহরাৎ ভঙ্গগানকাল ইত্যর্থঃ ।।

**মূর্ত্তিস্তু—**

অক্ষমালাং করেধৃত্বা রসালস্তাবরী ( বসানং রৌরবীং ) ত্বচং।

জপন্ জহ্নুসুতাতীরে কামোদঃ পরিকীর্ত্তিতঃ ।। ২৮০

---

**আম্রপঞ্চম** - মন্দ্রজাতিনি, মধ্যমগ্রামদা লৈ, অংশ গ্রহ ন্যাসনা গান্ধারনি, মসিবু 'আম্রপঞ্চম' কৌই। মন্দ্র জাতিগী মরমদি মখক্তা হায়খ্রে। মসিবু 'রামপঞ্চম' সু কৌই, চুমগী পঞ্চম হায়নতসু খঙনৈ ।। ২৭৭

মূর্ত্তীদি ( চন্দ্রিকাদা হায়বা )—অতসী মপানগুম মশাগী কুচু নিমমচু হায়ফেৎ মানবা মপা পূম্বদা আ-চন্দন তৈবা, বীণা খোঙবদা হৈশিংবা নিঙথিবী ঈবৈনা ইন্দ্রবু ভুঙ্কৎপা—মসিবু 'অমরপঞ্চম' কৌই ।। ২৭৮

( অতসী—তিসি থাউ শুম্নবা অপীকপা পান্দী জাৎ অমনি। মপানা নিম মচু মাল্লি )।

**কামোদ**—নিষাদ তারনি, কম্পন য়াম্না তৌগনি। জাতি গ্রহ, অংশনা ষড়্জনি, ন্যাসনা মধ্যমনি, অয়ুক নত্রগা অহিংগী যামার্দ্ধদা ( যামার্দ্ধ—খোইমুনা শুংবা মতম—চাউরাক্তা পুং ১॥০ রোম ) করুণ অমসুং হাস্য রসতা শকনি। মত অমদনা, মতম পূম্বদা শকনি হায় ।। ২৭৯

মূর্ত্তীদি—থূত্তা ভুক্রিক পরেং পায়বা, শজি মউন শেংপা, গঙ্গা মপান্দা কন্না প্রণব জপ তৌবা অদুবু 'কামোদরাগ' কৌই ।। ২৮০

নারদ সংহিতায়াস্তু--

ভর্ত্তাসমং পাথসি হেমবর্ণা ( চাম্ভসি সঞ্চরন্তী )

পয়োবিহারেণ সরোরুহানি ।

বিচিন্বতী সৌরভমোদমানা

কামোদরাগীণ্যুদিতা বিদগ্ধৈঃ ( মুনীন্দ্রৈঃ )।। ২৮১

অথ মেঘরাগঃ—

ধীরোধাংশ গ্রহন্যাস ষড়্জধৈবতকোদ্ভবঃ ।

গেয়ো ঘনাগমে মেঘরাগোঽয়ং মন্দ্রহীনকঃ ।। ২৮২

মূর্ত্তিস্তু নিবন্ধান্তরে—

পর্য্যঙ্কে প্রিয়য়া সার্দ্ধমাসীন উপবীণয়ন ।

পীতাম্বরঃ সুভূষাঢ্যো মেঘরাগো ঘনদ্যুতিঃ ।। ২৮৩

অথদ্রাবীড়-গৌড়ঃ—

নিষদাংশ গ্রহন্যাসঃ ষড়্জ পঞ্চম সংকুলঃ ।

গেয়ো দ্রাবীড়-গৌড়োঽয়ং বীরশৃঙ্গারয়োর্নিশি ।। ২৮৪

গৌড়স্য দ্বৈবিধ্যং কোহলীয়ে । তুরস্ক-গৌড়ো দ্রাবীড়গৌড়শ্চেতি । তুরস্ক গৌড়স্তু ঔড়বে বক্ষ্যতে ।

---

নারদ সংহিতাদা হায়বা মাগী মূর্ত্তিদি—

সনা অহিংবা কুচুনা তিনবী, মপুরোয়বগা লোয়ননা ঈশিংদা শায়-শায়না কোয়না থম্বাদবু থিবী, থম্বাদগী মনম কংজবদা পেঙ্গবী—মসিনা কামোদ রাগিণীগী মশক্তি হায়না পণ্ডিতশিংনা ( মুনিশিংনা ) হায়রৈ ।। ২৮১

মেঘরাগ—মসি বীররসতা শকনি । অংশ গ্রহ ন্যাসনা ষড়্জনি, ধৈবতদগী পোক-পনি, মসিগীদি মন্দ্রস্বর লৈত্তে, নোংজু থাদা শকনি ।। ২৮২

অতোপ্পা লাইরিক্তা য়াওবা মসিগী মূর্ত্তিদি—

মশাগী চায়বীগা লোয়ননা কাংথোন মথক্তা ফমদুনা বীনা থোংবা, সনা ফীগে শেংপা, মশাগী লৈত্তেং নিঙথিজবা, অনৌবা নোংহোংগী কুচু মানবা—অসিবু মেঘরাগ হায়না কৌই ।। ২৮০

দ্রাবীড় গৌড়—অংশ গ্রহ ন্যাসনা নিষাদনি । ষড়্জ অমসুং পঞ্চম য়াম্না য়াওগনি । অচৌকপা অহিংদা বীর, শৃঙ্গার অনিমক্তা শকনি ।। ২৮৪

কোহলনা মসিবু মখল অনিনি হায় মহুদি, তুরস্ক-গৌড়, দ্রাবীড়-গৌড় । তুরস্ক-গৌড়গী মশক্তি 'ঔড়ব' কী মতাংদা তাক্লকথিগনি ।

**মুর্ত্তিস্তু নিবন্ধান্তরে—**

*অংসাপ্তকর্ণঃ শিশিরাংশুধামা
কৃকাটিকা চুম্বিতচারুচেলঃ।
স্রগ্বী জপন্ পানিধৃতাক্ষদর্ভঃ
বিপ্রো যুবা দ্রাবীড়-গৌড় এষঃ॥ ২৮৫

**অথ বরাড়ী—**

† প্রহরাদূর্দ্ধতো গেয়া ভিন্নপঞ্চম সম্ভবা।
ষড়্‌জন্যাস-গ্রহাংশেয়ং বরাড়ী ভরতোদিতাঃ॥ ২৮৬

অস্যাস্ত্রৈবিধাস্তু উদ্দেশস্থানে উক্তং। রত্নমালায়াং—শুদ্ধবরাড়ী দ্রাবীড়-বরাড়ী দেশীবরাড়ীতিভেদাৎ। কৌমুদ্যাস্তু ষাড়বমধ্যে গণিতা।

**মুর্ত্তিস্তু--**

বিনোদয়ন্তী দয়িতংচ গৌরী স্বকঙ্কণা চামরচালনেন।
কর্ণেদধানা স্বরপুষ্পগুচ্ছং বরাঙ্গনেয়ং কথিতা বরাড়ী॥ ২৮৭

---

অতোপ্পা লাইরিক্তা হায়বা মসিগী মুর্ত্তিদি—মনাকোঙনা লেংজুম য়োবা, জীক্লা মঙানশুম ঈংবা, নিঙথিবা ফিজেৎনা লৈতেংবা, লৈপয়েং শিবা, শুক্রিক অমদি কুশ মনা পায়দুনা জপ তৌবা, ব্রাহ্মণ পাখং ওইবা অদুবু দ্রাবীড়-গৌড় কৌই॥ ২৮৫

বরাড়ী—ভিন্নপঞ্চমদগী পোকই। ন্যাস, গ্রহ, অংশনা ষড়্‌জনি মুথক অমগী মথংদা শক্কদবনি। মসিবু ভরতনা 'বরাড়ী' হায়না কৌরম্মী॥ ২৮৬

রাগপী মথল তাক্লকপদা রত্নমালানদি মসিবু মথল অহুম শুই হায়—শুদ্ধবরাড়ী, দ্রাবীড়-বরাড়ী অমসুং দেশীবরাড়ী। কৌমুদীনদি মসিবু ষাড়বকী মনুং চনহল্লি। (মত অমদনা অমুক "কৌমুদ্যাংতু সা ঔড়বমধ্যে গণিতা" হায়না মসিবু ঔড়বকী মনুংদা শীংথানৈ)।

মুর্ত্তিদি—কুচু পানবী, নিঙথিবা খুজি শিবী, নাকোঙদা পারিজাত চরোং চিনবী, চামর হমতুনা মপুরোয়বু পেনহল্লিবী, নূপীলক্তপী থোইদোকপী অসিবু বরাড়ী কৌই॥ ২৮৭

---

* দেশী সুবর্ণঃ শিশিরাংশুধামা কৃকাটিকা চুম্বিত চারুবালঃ।
স্রগ্বী জপন্ পাণিধৃতাঞ্জদণ্ডো বিপ্রো যুবা দ্রাবীড়গৌড় এষঃ॥ পাঠান্তরং
অর্থ—মাহৈ থরা থৈনরমসু অর্থ অমত্তা ওইনা তৌই।

† ষড়্‌জন্যাসো গ্রহাংশৈষা হরিণায়ক সম্মতা—পাঠান্তরং

(১) নারদ সংহিতায়াংত্বন্যথা দৃশ্যতে—

কর্ণেদধানা সুরপুষ্পযুগ্মং
সুবৃত্তবক্ষোজ মনোহরাঙ্গী।
স্মেরাননা চারুবিলোলনেত্রা
গৌরাঙ্গযষ্টিঃ কথিতাবরাড়ী ।। ২৮৮

অথ গুজ্জরী—

(২) গুজ্জরী সগ্রহাংশান্তা জাতা পঞ্চম ষাড়বাং।
কচিন্মাঘস্য মাসাদৌ গেয়া শৃঙ্গারবর্দ্ধিনী ।। ২৮৯
ষাড়বঃ—ষড়্জস্বরঃ।

সঙ্গীত সারেতু—

দক্ষিণ গুজ্জরী সৌরাষ্ট্র গুজ্জরীতি ভেদদ্বয়মাহ।

রত্নমালায়াংতু দশধা গুজ্জরী প্রোক্তস্তাহ্যক্তং ( প্রোক্তেত্যাহ্যুক্তং ) তৎ প্রপঞ্চভিয়ান্ন লিখিতং ।।

মূর্ত্তিস্তু—

(৩) শ্যামা সুকেশী মলয়দ্রুমানাং মৃদুল সংপল্লব তল্পযাতা।
শ্রুতেঃ স্বরাণাং দধতী বিভাগং তন্ত্রীমুখী দক্ষিণ গুজ্জরীয়ং ।। ২৯০

---

নারদ সংহিতাদদি মওঙ অমা ওইনা লৈ মহুদি—মশক মতৌ ফজবী, খিক-খা ফবী, নাকোঙদা পারিজাত লৈ চিনবী, মোংমোন মোকপী, মীংমেং ওথকপী, কুচু পানবী শাবান তেঙ্কেণ্ডম চুম্বী—মসিবু বরাড়ী কৌই ।। ২৮৮

গুজ্জরী—পঞ্চম ষাড়বতগী পোকপনি, গ্রহ, অংশ, ন্যাসনা 'স' নি। করিগুম্বদা মসিবু শ্রীপঞ্চমী য়ৌদ্রিঙৈদা শক্নে। শৃঙ্গার রস হেনগৎহনবীনি। মূল শ্লোক্তা 'ষাড়ব' হায়বসি ষড়্জস্বরবু হায়রিবনি ।। ২৮৯

সঙ্গীত সারদদি মসিগী মথল অনিনি হায় মহুদি— দক্ষিণ গুজ্জরী অমসুং সৌরাষ্ট্র গুজ্জরী। অদুগা রত্নমালানদি অমুক মসিবু মথল ১০ নি হায়রি। শাইরিক চাউমন-খিগদবদগী মহুদি ইদ্রে।

মূর্ত্তিদি—কুচু শংবানবী, মশম শাংবী, চন্দন মনা অনৌবনা-খেপ্পা খোংলবা মোম্পাক মথক্তা ফমদুনা শ্রুতি অমদি স্বরগী মথল খায়দোকতুনা বীণা খোংবদা মুংঙাইজবী অদুবু 'দক্ষিণগুজ্জরী' হায়না কৌই ।। ২৯০

---

(১) বিচ্ছেদ্যমানাশ্রুকুলা মদাক্ষী সানীল চীরা ধরণীং লুঠন্তী।
প্রেমানুরাগং সততং স্মরন্তি কৃশাঙ্গযষ্টিঃ কথিতা বরাড়ী ।। পাঠান্তরং

মিৎতা পি মরীক শিন্ধবী, ফি অশংবা শেৎপী, চান্নবগী নুংশি রাধল থনবদা লৈমায়দা হিকথবী, মশা তবা তবাবী অসিনা বরাড়ীগী মশক্নি।

(২) গুজ্জরী রি গ্রহান্তা চ জাতা পঞ্চষাড়বা—ইতি পাঠান্তরং

(৩) শ্যামা—মসি রত্তি শাস্ত্রনা নুপীগী মথল পায়দোকপদা য়াওরিবা 'শ্যামা-স্ত্রী' হায়বদু ওইনা লৌবসু য়াই।

**নারদ সংহিতায়ান্ত—**

কর্ণোৎপলা-সঙ্গি মধুব্রতানাং
সংশৃণ্বতী মঞ্জুল কূজিতানি।
কান্তান্তিকং গন্তুমনাঃ প্রদোষে
সা গুজ্জরী বেশকলাঞ্চিতাঙ্গী ॥ ২৯১

**অথ তোড়ী—**

মধ্যমাংশে গ্রহন্যাসা তোড়িকা শুদ্ধষাড়বাৎ।
জাতা মধ্যাহ্নসময়ে গেয়া শৃঙ্গারবীরয়োঃ ॥ ২৯২

**মূর্ত্তিস্তু—**

উন্নিদ্রপঙ্কেরুহ চারুনেত্রা
* কুরঙ্গসারং কলয়ামাঙ্কুরেণ।
সম্ভাবয়ন্তী ( সম্ভাষয়ন্তী ) বিপিনোপকণ্ঠে
তোড়ীয়মিন্দীবরদামবল্লী ॥ ২৯৩

**অথ মালবশ্রীঃ—**

মালবশ্রীঃ শরদ্দেয়া জাতা মালব-কৌশকাৎ।
এষা ষড়্জগ্রহন্যাসা পার্ব্বতী প্রীতিকারিণী ॥ ২৯৪

---

নারদ সংহিতাদা হায়বা অতোপ্পা মূর্ত্তিদি—

খাপ-লৈতেং-থম্বাম্বা-ইনবা-খোইমুনা পুংশিনা ওংবত্র তানা তানা, য়াচঙবা মতুংদা, চারবগী মনাক্তা চৎকদবগী নিঙখিনা ফিজেৎ লৈতেং কোয়িবী অদুবু 'গুজ্জরী' হায়না কৌই ॥ ২৯১

তোড়ী—শুদ্ধ-ষাড়বতগী পোকপনি। অংশ, গ্রহ, ন্যাস স্বরনা মধ্যমনি। বীর, শৃঙ্গার অনিমক্তা চুমিৎ যুংবা মতমদা শকনি ॥ ২৯২

মূর্তিদি—মিৎনা পোমশাৎনবা থম্বাল মানবী, খুত্তা হানৌ পায়ছনা বন মনাক্তা শজিবু কৌয়িবী, থম্বাল অশংবা পরেং শিবী অদুবু 'তোড়ী' হায়না কৌই। অথ অমদনা —হানৌ পায়ছনা শজীবু কোলগা বন মনাক্তা অত্তেপ্পগা কৌনা ঙাওনয়িবী হায়না লৌবস্থ য়াই। ২৯৩

মালবশ্রী—মসি মালব কৌশিক জাতিনি, শরৎ থাদা শকদবনি। গ্রহ অমসুং ন্যাস স্বরনা ষড়্জনি। দুর্গানা পেনবিনবা পূজা কৎপীনি ॥ ২৯৪

---

* কুরঙ্গনাভিং দধতি করেণ—পাঠান্তরং
মসিদনা কস্তুরী শাজিবু খৎনবরে।

আর্ষভী বর্জিতাঃ শুদ্ধজাতয়ঃ কৌশিকী জাতি বাচ্যাঃ। প্রমাণমুক্তং জাতিবিবেচনাবসরে ॥

মূর্ত্তিস্তু—

নীলারবিন্দস্য দলানি বালা
বিভাবয়ন্তী তনু হেমযষ্টিঃ।
মূহুর ( মহুর ) বৃক্ষস্য তলে নিষন্না
শোণা মৃহুর্মানসিকা প্রদিষ্টা ॥ ২৯৫

নারদ সংহিতায়ান্তু—

করাবধূতাম্বুজযুগ্মরম্যা
ইতস্ততশ্চারু বিলোকয়ন্তী।
কণ্ঠস্ফুরন্মৌক্তিক চারুহারা
সা মালবশ্রীঃ কথিতা বিচিত্রা ॥ ২৯৬
মালবশ্রীরিয়মেব মানসাত্যুচ্যতে।

অথ সৈন্ধবী—

সৈন্ধবী পঞ্চমাজ্জাত গ্রহাংশন্যাস পঞ্চমা।
মধ্যাহ্নাদূর্দ্ধতো গেয়া শৃঙ্গারে করুণেঽপিচ ॥ ২৯৭
সৈন্ধবী সিন্ধুড়েতি প্রসিদ্ধা।

---

ঋষভ য়াওদবা শুদ্ধ-জাতি শংবী অসিবু 'মালবশ্রী' হায়না কৌই। জাতিগী প্রমাণদি জাতিগী মরম নৈনবদা শথক্তা হায়প্রে।

মাগী মূর্ত্তিদি—সনাগী মুচু মানবা, শাবান কজবা, মত্তা থথাল পায়রগা নৈকা কন্নোক্তনা শায়বী, হৈ-থাগোক মখোড়দা হুংঙাইভবা য়াথল থনবা অদুবু 'মানসী' হায়না কৌই ॥ ২৯৫

নারদ সংহিতাদা হায়বদি—থম্বাল অনিথক পায়রগা হাইদুনা শায়বী, থোংনা নৌনা মায়কৈ শীন্না য়েংবী, খোয়া ( ডকশম ) দা নিঙথিবা মুক্তা পয়েংনা লৈতেংবী, য়োনা শকহেনবী অদুবু 'মালব-শ্রী' হায়না কৌই ॥ ২৯৬ মালব-শ্রী অসিবু 'মানসী' হায়নসু থঙনৈ।

সৈন্ধবী—সৈন্ধবীবু 'সিন্ধুড়া' হায়নসু থঙনৈ। মসি পঞ্চমদগী পোকই। গ্রহ, অংশ, ন্যাসনা পঞ্চমনি। নুমিৎ য়ুংবা মতুংদা শৃঙ্গার অমসুং করুণ রসতা শকনি ॥ ২৯৭

**মূর্ত্তিস্তু পঞ্চমসারসংহিতায়াং—**

* সদিন্দ্রনীলদ্যুতিরম্বুজাক্ষী
প্রবাদয়ন্তী কবিলাস যন্ত্রং।
রত্নৈর্বিচিত্রাভরণা সুকেশী
সা সিন্ধুড়া কান্ত সমীপসংস্থা।। ২৯৮

**অথ দেবকিরী—**

ষড়্জন্যাসগ্রহাংশেয়ং বীরদেবকৃতির্মতা।
অসাবৃতুষু সর্ব্বেষু গাতব্যা সময়েষু চ।। ২৯৯
ইত্যায়মেব শুদ্ধবসন্তঃ কৃষ্ণদত্তেষু।

**মূর্ত্তিস্তু—**

ভ্রমন্তি নন্দনে শ্যামা পুষ্প-প্রচয়তৎপরা।
খ্যাতা * দেবকিরীত্যেষা করাপিত সখী করা।। ৩০০

**অথ রামকিরী—**

প্রহরাদূর্দ্ধতো গেয়া ষড়্জন্যাস-গ্রহাংশকা।
ষড়্জর্ষভ * ঘনারম্ভাতজ্জৈত্রে রামকৃতির্মতা।। ৩০১

---

মূর্ত্তিদি—পঞ্চমসার সংহিতাদা হায়রি—শেংলবা ইন্দ্রনীল-মণিগুম মশাগী মঙান চেনবী, মিংম্না বম্বাল লৈবা মানবী, কপিলাস কৌবা বীণা যন্ত্র খোংবী, ফিজেৎ লৈতেং নিঙথিবী, মণিমুক্তানা লৈতেংবা, মশম ফবী, মপুরোয়বগী মনাক্তা লৈবী অদুবু 'সিন্ধুড়া' হায়না কৌই।। ২৯৮

**দেবকিরী**—গ্রহ, অংশ, ন্যাসনা ষড়্জনি, বীর রসতা শক্কনি। মসিদি ঋতু পুম্নমক্তা মতম হায়বা নাইদনা শকুবা য়াই। মসিবু 'কৃষ্ণদত্ত' নদি 'শুদ্ধবসন্ত' হায়না খঙনৈ।। ২৯৯

মূর্ত্তিদি—কুচু শংবানবী, বনদা কোয়না চত্ত্র না লৈ থিরিবী, লোয়নবী মতাগী মখুৎ পায়তুনা চৎপী অসিবু দেবকিরী হায়না কৌই।। ৩০০

**রামকিরী**—ন্যাস, গ্রহ, অংশনা ষড়্জনি, য়ুথক অমা হৌপ্রবদা শক্কদবনি। অথঙবশিংনা মসিবু নোংজুপা হৌরকপদা শক্কে।। ৩০১

---

* কীলেন্দ্রনীলদ্যুতিবম্বুজাক্ষী প্রবাদয়ন্তী চ কলাস যন্ত্রং—সঙ্গীতসারে।

* দেবকিরী অসিবু 'দেবক্রীতি' হায়নসু খঙনৈ মতুদি, 'খ্যাতা দেবক্রীতীতোষা করাপিত সখী করা' অসুমা পাঠান্তর লৈবসু থেংনৈ।

* গৃহারম্ভা—পাঠান্তরং।

মূর্ত্তিস্তু—

স্বর্ণপ্রভা ভাস্বর ভূষণাঢ্যা
নীলং নিচোলং বপুষা বহন্তী।
কান্তপদোপান্তমধিশ্রিতেঽপি
মানোন্নতা রামকিরী প্রদিষ্টা ॥ ৩০২

**অথ পঠমঞ্জরী ( প্রথম মঞ্জরী )—**

পঞ্চমাংশ গ্রহন্যাসা ধরি তারা গমোৎকটা।
শৃঙ্গারেচোৎসবে গেয়া প্রাতঃ প্রথম মঞ্জরী ॥ ৩০৩

মূর্ত্তিস্তু—

বিয়োগিনী কান্তবিশীর্ণপুষ্প-
স্রজং বহন্তী বপুষাতিমুগ্ধা।
আশ্বাস্যমানা প্রিয়য়াচ সখ্যা
বিধূসরাঙ্গী পঠমঞ্জরীয়ং ॥ ৩০৪

পঠমঞ্জরীয়মেব প্রথম মঞ্জরীত্যপ্যুচ্যতে।

**অথ নট্টা—**

নট্টা নট্টবদাখ্যাতা সকম্পান্দোলিত স্বরা।
হাস্যাদ্ভুতে চ শৃঙ্গারে গাতব্যা নিশিমঙ্গলে ॥ ৩০৫

মূর্ত্তিস্তু নিবন্ধান্তরে—

বিদেশস্থস্য কান্তস্য বৃত্তান্তমতিবিহ্বলা।
নট্টা রহিত বেশৌঘা পৃচ্ছন্তী কাকমাদরাৎ ॥ ৩০৬

---

মূর্ত্তিদি—সনাগুম মঙান চাউবী, মণিমুক্তানচিংবনা ইরং লংনা লৈতেংবী, অথংবা ফীজোম্না মথাগী কিজেং লৈতেং ওইনবী, মপু:রায়বগী মখোঙ মনাক্তা লৈরবমক্তদসু শাউবনা ময়াই কারবী অসিবু রামকিরী হায়না কৌই ॥ ৩০২

**পঠমঞ্জরী**—অংশ গ্রহ অমসুং ন্যাসস্বরনা পঞ্চ:নি, ধ স্বি না তারনি, গ ম না অকনবা স্বরদা শক্তনি। শৃঙ্গারদা অমদি উৎসবনচিংবদা ময়ুক্কী মতমদা শক্কগনি ॥ ৩০৩

মূর্ত্তিদি—কায়না মৈথা লাংবী, মপুরোয়বনা শিরস্বা লৈ-পরেংবু শিজিনরিবী ফজবা শকফম্না মাগী ওইবী, চান্নবী মতাশিংনা মাবু থেমজিল্লিবী অসিগুবী কুচু মকশিল্লবী অসিবু 'পঠমঞ্জরী' হায়না কৌই ॥ ৩০৪ ॥ পঠমঞ্জরীবু 'প্রথমমঞ্জরী' সু হায়নৈ।

**নট্টা**—নট্টরাগগা অন্মানি, অহেকপা খোঙ্হাঙদা কম্পন তৌগনি। হাস্য, অদ্ভুত অমসুং শৃঙ্গারদা, মঙ্গলগী থবক্তা, অহিংদা শক্তনি ॥ ৩০৫

অতোপ্পা লাইরিক্তা হায়বা মাগী মূর্ত্তিদি—লংকৈদা লৈরুবা মপুরোয়বগী বাথবা

**অথ বেলাবলী—**

ধৈবতাংশ'গ্রহন্যাসা সমগ্রাচ সমস্বরা ।
শৃঙ্গারে করুণে চৈব গেয়া বেলাবলী বুধৈঃ ॥ ৩০৭

**মুর্ত্তিস্তু নিবন্ধান্তরে—**

সঙ্কেতদীক্ষাং দয়িতস্য দত্ত্বা
বিভ্রবতী ভূষণমঙ্গলযষ্টেঃ ।
মুহুঃ স্মরন্তীশ্বর ( স্মর ) মিষ্টদেবং
বেলাবলী নীলসরোজকান্তিঃ ॥ ৩০৮

**নারদ সংহিতায়াস্তু—**

সঙ্কেতিতোৎফুল্ললতানিকুঞ্জে
কৃতস্থিতিঃ কান্তসমাগমায় ।
বেলাবলী চম্পকদামমৌলী
* নানাবিচিত্রাভরণানিরুক্তা ॥ ৩০৯

**অথ গৌড়ী ( রী ? )**

গ্রহাংশন্যাস ষড়্জাস্যাদ্গৌড়ীমালবকৌশিকাৎ ।
বীরশৃঙ্গারয়োর্গেয়া সকম্পান্দোলিতস্বরা ।। ৩১০

---

ঙুংবঙ নরবী, ফিজেৎ লৈতেং থোশাত্রবী, লুনা চাম্না ভোতুনা কাক-ভা মপুরোয়বগী পাউহংবী অদুবু 'নট্টা' হায়না কৌই ।। ৩০৬

**বেলাবলী**—অংশ, গ্রহ, ন্যাসনা ধৈবতনি, মন্দ্র অমদি সমস্বরনি । অথত্তবশিংনা মসিবু শৃঙ্গার অমসুং করুণ রসতা শক্লে ।। ৩০৭

মুর্ত্তিদি—( অতোপ্পা লাইরিক্তা হায় ) মাগী চায়বদা লোম্না পাউ থাগ্রগা মশাবু নিঙথিনা ফিজেৎ লৈতেংহনা নিঙজবা লাই ( কামদেব ) বু হম্না হম্না নিঙশিংজবী, থম্বাল অশংবগী কুচু ওমজবী অদুবু 'বেলাবলী' হায়না কৌই ।। ৩০৮

নারদ সংহিতাদা হায়বদি—মশানা ভোথিবা সঙ্কেত মতুংইন্না অশাংপা লৈতনা য়োম্লবা উরীগী কুঞ্জদা ফমদুনা চানববু লৈভানা ভাইদুনা লৈবী, কোক্তা লৈহাউ পম্বেং শিবী, অরাংবা ফিজেৎনা লৈতেংবী অদুবু 'বেলাবলী' হায়না কৌই ।। ৩০৯

**গৌরী**—গ্রহ অংশ ন্যাসস্বরনা ষড়্জনি, মালব কৌশিকদগী ( কৈশিক ) পোকপনি । অহেকপা স্বর কম্পনদা বীর শৃঙ্গার অনিমক্তা শকনি ।। ৩১০

---

* বিচিত্ররত্নাভরণানিযুক্তা—পাঠান্তরং ।

মূর্ত্তিস্তু—

শুচি হরিচন্দনপঙ্কৈররতিসহিতং মন্মথং পুরঃ কৃত্বা।
গৌরতনুর্বহুবিধিনা গৌরীপরিপূজয়ন্ত্যেষা ॥ ৩১১

অথ নাটঃ—

নাটো নিশি শুচৌ বীরে ষড়্‌জাংশোদগমকোৎকটঃ ॥ ৩১২
শুচৌ—শৃঙ্গারে।

মূর্ত্তিস্তু—

তুরঙ্গমস্কন্ধনিবদ্ধরাগঃ
স্বর্ণপ্রভা শোণিতশোণগাত্রঃ।
সংগ্রামভূমৌ বিচরন্ ধৃতাসিঃ
নাটোঽয়মুক্তঃ কিলকাশ্যপেন ॥ ৩১৩
শোণিতং-কুঙ্কুমং।

অথ ঘণ্টারবঃ—

ঘণ্টারবো ধৈবতজঃ প্রতাপে সর্ব্বদাপিচ ॥ ৩১৪

মূর্ত্তিস্তু--সঙ্গীতরত্নমালায়াং—

* প্রসরদি ভবরস্য (রাশ্ব) স্কন্ধমারূঢ় উচ্চৎ (চোচ্চং)
কনকরুচিরমধ্যং ধূনয়ন্ সর্ব্বলাস্য (গাত্রং)
প্রদলিত রিপুসৈন্যো ভীমঘণ্টারবেণ
স্ফুরিতকনককান্তির্ভাতি ঘণ্টারবোঽয়ং ॥ ৩১৫

---

মূর্ত্তিদি—কুচু ঙৌবী, হরি-চন্দন তৈত্নুনা মখা শেংহল্লবী রতিগা লোয়ননা হায়া কামদেববু পূজা কৎলগা মথংদা দুর্গাবু ঊড়াৎ-পূজা য়ায়া তৌজবী অদুবু 'গৌরী' হায়না কৌই ॥ ৩১১

নাট—অংশস্বরনা ষড়্‌জনি, অকনবা গমক তৌগনি, শৃঙ্গার অমসুং বীররসতা অহিংদা শকনি ॥ ৩১২

মূর্ত্তিদি—সনা অহিংবা কুচু মানবা. কুঙ্কুম চন্দন্না লৈতেংবা, খাঙখাং পায়ত্নুনা, খগোল তোংলগা লানফমদা কোয়না চৎপা—মসিবু কাশ্যপ-মুনিনা নাটরাগ কৌই হায় ॥ ৩১৩

ঘণ্টারব—ধৈবতদগী পোকই, অকল অথৌগী মরমদা মতম পুম্নমক্তা শকরবা য়াই ॥ ৩১৪

সংগীত-রত্নমালাদা হায়রবা মসিগী মূর্ত্তিদি—

অচৌবা শামু তোংত্নুনা চৎপা, সনানা খ্‌াঙ্গোয় ওইনবা, অগোই শাবওম শামুগী

---

* মসি অহানবা কংবা থুৎইদা য়াওই। অকোনবদদি য়াওরমদে।

**অথ নট্টনারায়ণঃ—**

ধৈবতাংশ গ্রহন্যাসো নট্টনারায়ণো দিবা ।। ৩১৬

**মূর্ত্তিস্তু রত্নমালায়াং—**

স্ত্রীবেশধারী পুরুষো নবীনঃ
সঙ্গীতশালে ভ্রমিমাদধানঃ ।
গায়ন্ সতালং সলয়ং মনোজ্ঞঃ
স্যান্নট্টনারায়ণ রাগ এষঃ ।। ৩১৭

**অথ ভূপতিঃ—**

মধ্যমাংশ গ্রহন্যাসো ভূপতিঃ করুণে দিবা ।। ৩১৮

**মূর্ত্তিস্তু নিবন্ধান্তরে—**

সিংহাসনগতশ্চারুশ্বেতচামরবীজিতঃ
মন্ত্রিভির্বেষ্টিতঃ শ্যামছত্রাঢ্যো রাগভূপতিঃ ।। ৩১৯

**অথ শঙ্করাভরণঃ—**

বীরেনিশি নিষাদাংশঃ শঙ্করাভরণঃ সদা ।। ৩২০

---

খোঙথাংদা মশা নোম্বা, অকিবগী মশক ওইরবা শরীক-মথোলতনা য়েক্লবা-লাম্মীবু নৈহৎপা, মশাগী মঙালনা সনা ফুদোংবা মানবা অদুবু 'ঘণ্টারব' হায়না কৌই ।। ৩১৫

**নট্টনারায়ণ**—অংশ গ্রহ ন্যাসনা ধৈবতনি, অয়ুক মুংশিন অনিমক্তা শকপা য়াই ।। ৩১৬

রত্নমালাদা হায়বা মাগী মূর্ত্তিদি—চহি নৌরিবা, নুপী ফিজেৎ শেৎপা, জগোই শঙদা চৎথোক চৎশিন তৌবা, নিঙথিবা তাল-লয়দা পূক্নিঙ হূবা ঈশৈ শকপা অদুবু 'নট্টনারায়ণ' রাগ কৌই ।। ৩১৭

**ভূপতি**—অংশ গ্রহ ন্যাস স্বয়না মধ্যমনি, অয়ুক মুংশিন্দা করুণ রসতা শকনি ।। ৩১৮

অতোপ্পা লাইরিক্তা হায়বা মসিগী মূর্ত্তিদি—সিংহাসনদা ফম্বা, অঙৌবা চামরনা থোগনবা, মন্ত্রিশিংনা কোয়শিনবা, মথক্তা অশংবা শেকপিন থানবা অদুবু 'ভূপতি' হায়না কৌই ।। ৩১৯

**শঙ্করাভরণ**—অংশ স্বরনা নিষাদনি, বীররসতা অহিংগী মতম পুম্নমক্তা শকপা য়াই ।। ৩২০

মূর্ত্তিস্তু রত্নমালায়াং—

ব্যাঘ্রচর্ম্ম শকলং পরিধানো
ভোগিহার বলয়াঙ্গদভূষঃ।
সান্দ্রভূতিপরিলিপ্তশরীরঃ
শঙ্করাভরণ ইত্যুদিরিতঃ॥ ৩২১

## অথ ষাড়বা উচ্যন্তে

অত্রচ

ষাড়বাস্তেঽভিধীয়ন্তে যে রাগাঃ ষট্স্বরোত্থিতাঃ॥ ৩২২

কে তে ইত্যাহ—

গৌড়ঃ কর্ণাট গৌড়শ্চ দেশী ধন্নাসিকা তথা।
কোলাহলাশ্চ বল্লালী দেশাখ্যা শাবরী তথা॥ ৩২৩
সম্ভাবতী ( খম্বাবতী ) হর্ষপুরী মল্লারী হুঞ্চিকা ততঃ।
ইত্যাদ্যাঃ (ষট্স্বরা রাগাঃ) ষাড়বাঃ প্রোক্তা হরিনায়ক সম্মতাঃ॥৩২৪
আদিপদেনান্যেঽপি গৃহ্যন্তে।

তদুক্তং সঙ্গীতসারে—

শ্রীকণ্ঠশ্চৈব ভোলী চ তারা সালগগৌড়কঃ।
শুদ্ধাভিরী ( মধুকিরী ) ছায়া নীলোৎপলাঽপিচ॥ ৩২৫
ইতি ষাড়বগণনে।

---

রত্নমালাদা হায়বা মাগী মূর্ত্তিদি—কৈ মউন শেৎপা, লীক, খুজী অমসুং তালনচিংবা লৈতেং পুন্নক লিন-তনা ওইনবা, হকচাংদা বিভূৎ তৈবা অসিবু 'শঙ্করাভরণ' হায়না কৌই॥ ৩২১

মথংদা ষাড়বকী মরম হায়রি—

স্বর তরুক্তা শাবা রাগবু ষাড়ব হায়না কৌই। ষাড়ব জাতিগী রাগশিংদি—

গৌড়, কর্ণাট-গৌড়, দেশী, ধন্নাসি, কোলাহলা, বল্লালী, দেশাখ্যা, শাবরী, খম্বাবতী, হর্ষপুরী, মল্লারী, হুঞ্চিকা, অসিনচিংববু হরিনায়কনা ষাড়বমক্তনি হায়॥ ৩২২-২৪ অসিনচিংবা হায়বা বাক্যে অসিনা 'শ্রীকণ্ঠ' মচিংববুসু লৌশিনগনি।

মহু সঙ্গীত সারদা হায়রি মহাদি—

শ্রীকণ্ঠ, ভোলী, তারা, সালগ-গৌড়, শুদ্ধাভিরী, ( মধুকিরী ), ছায়া, নীলোৎপলা—মখোয় অসিসু ষাড়বকী মথংদা শীংথানৈ॥ ৩২৫

**ফলমাহ কোহলঃ—**

সংগ্রামে বীরতা রূপলাবণ্যগুণ কীর্ত্তনং।
গানে ষাড়ব রাগাণাং গদিতং পূর্ব্বসূরিভিঃ ॥ ৩২৬

**ক্রমেণ লক্ষণমাহ**

**অথ গৌড়ঃ—**

নিষাদাংশ গ্রহন্যাসো গৌড়ঃ স্যাৎ পঞ্চমোজ্ঝিতঃ।
বীর শৃঙ্গারয়োর্গেয়ো দিনান্তে বিধনর্ষভঃ ( বিরলর্ষভঃ ) ॥ ৩২৭

**মূর্ত্তিস্তু নিবন্ধান্তরে—**

বিধায় শম্ভুং স্বরনিম্নগাতটে
মুদার্চ্চয়ন্ নীলসরোজসঙ্ঘৈঃ।
মনোজ্ঞ-মূর্ত্তির্দধদং সুকেশী ( ? )
কুশাসনস্থো দ্বিজ এব গৌড়ঃ ॥ ৩২৮

**অথ কর্ণাট গৌড়ঃ—**

নিষাদাংশগ্রহন্যাসযুক্তঃ পঞ্চমবর্জ্জিতঃ।
এষ কর্ণাট-গৌড়স্তু কর্ণাটবদুদাহৃতঃ ॥ ৩২৯
* কর্ণাটবদিতি কর্ণাটোক্তগানকালরসমূর্ত্যান্বিত ইত্যর্থঃ ॥

---

কোহলনা ষাড়বকী শীজিন্নফম হায়রি মহৃদি—লানগী যাত্রাদা, বীররসতা, মশক মতৌ ফজবা থাজনা অমদি মতিক মগুণ থাগত্-না শকপা মতমদা মসি শীজিন্নগনি হায়না মথক্তী আচার্য্যশিংনা হায়রম্মী ॥ ৩২৬

হন্জীক ষাড়বকী মমুংচনবা রাগশিংগী মশক মতৌ মথং মথং তাক্লকলি—

গৌড়—অংশ, গ্রহ, ন্যাসনা নিষাদনি, পঞ্চম যাওরোই, ঋষভগী শরূক য়ামলোই, হৃমিৎ তাররা মতুংদা বীর, শৃঙ্গার অনিমক্তা শকনি। গৌড়গী লক্ষণদি মসিনি ॥ ৩২৭

অতোপ্পা লাইরিক্তা হায়বা মসিগী মূর্ত্তিদি—

শাবান ফজবা, মশম ফবা, শবেং মউনগী আসন্দা ফম্বা, ব্রাহ্মণগী লাংতা পোকপা, গঙ্গা মপান্দা শিবলিঙ্গ লিংখত্-না থম্বাল অশংবনা পূজা কৎপা অদুবু 'গৌড়' হায়না কৌই ॥ ৩২৮

**কর্ণাট-গৌড়**—অংশ, গ্রহ, ন্যাসনা নিষাদ-নি, পঞ্চম যাওদে। কর্ণাট-গৌড় অসি কর্ণাটগা চপ মান্নে হায়বদি ঈশৈগী মতম, মাগী রস অমসুং মূর্ত্তিনচিংবা মতৌ পুম্নমক কর্ণাটগা অমত্তনি ॥ ৩২৯

---

* হেমদ্যুতিশ্চারুবিলোচনশ্রীঃ রুদ্রাক্ষমালা জপযুক্তপাণিঃ।
বিদ্বান্ কলা কৌশল শুদ্ধধর্ম্মা কর্ণাট-গৌড়ঃ কিল দিব্যমূর্ত্তিঃ ॥ পাঠান্তরং—

অর্থ—সনাগী ফুচু মামবা, মিৎযম নিঙ্-থিবা, খুত্তা রুদ্রাক্ষ মালা পায়রুনা জপ তৌবা, লাইরিক হৈবা কলাগী মরম খংবা, ধর্ম্মদা শেংনা লৈবা, লাইমকী মশক মানবা অসিবু 'কর্ণাট-গৌড়' কৌই।

**অথ কর্ণাট-বঙ্গালঃ—**

অত্র কর্ণাট-বঙ্গাল ইতি গীত-প্রকাশ-সঙ্গীতসারয়োর্দৃশ্যঃ

**তৎস্বরূপস্তু—**

গান্ধারাংশ-গ্রহন্যাসঃ ষড়্জপঞ্চম বর্জিতঃ।
এষঃ কর্ণাট-বঙ্গালঃ শৃঙ্গারে টক্কবংশজঃ ।। ৩৩০

**টক্ক লক্ষণমাহ—**

নাট-কর্ণাটয়োর্যোগে টক্করাগো নপুংসকে ইতি ।। ৩৩১

**মূর্ত্তিস্তু বঙ্গালবৎ**

**অথ দেশী—**

* রেবগুপ্তোদ্ভবা দেশী প্রযুক্তা গ নি বিস্তরা।
নি ন্যাসাংশ-গ্রহা প্রোক্তর্গেয়া করুণ-শান্তয়োঃ ।। ৩৩২

**মূর্ত্তিস্তু ( রত্নমালায়াং )—**

গজপতি-গতি বেণী ( বেশী ) লোচনেন্দীবরাঙ্গী
পৃথুলতরু (র) নিতম্বা লগ্নী বেণী ভুজঙ্গী।

---

**কর্ণাট বঙ্গাল-গী** মরমদি গীত-প্রকাশ অমসুং সঙ্গীত-সারদা য়েংগদবনি। মাগী মশক্তি ( লক্ষণ )—অংশ, গ্রহ, ন্যাসনা গান্ধারনি, ষড়্জপঞ্চম য়াওরোই। মসি টক্ক-বংশদা পোকপনি, শৃঙ্গারদা শকনি। কর্ণাট-বঙ্গালদি মসিনি ।। ৩৩০

হুন্দোক 'টক্ক' হায়বসিগী মশক হায়রি—

টক্ক—মসি নাট-কর্ণাট অনিনা তিন্নহুনা থোকপনি। নিপানুপী থত্তদবা নপুংসকনি। মূর্ত্তিদি বঙ্গালগা অমত্তনি ।। ৩৩১

দেশী—রেবগুপ্তদগী পোকপনি, গ নি অনিমক বিস্তার ( শন্দোকপা ) তৌগনি, ন্যাস, গ্রহ, অংশনা নিষাদনি। করুণ অমসুং শান্ত রসতা, অয়ুক্তা মসি শকনি ।। ৩৩২

রত্নমালাদা হায়বা মাগী মূর্ত্তিদি—শামু শাজং ওমজবী, মিৎনা থম্বাল অশংবা মানবী, কুচু শংবানবা, নিঙজোন ফজবী, মচু য়োনা বেনীনা লিন মান্না মাহবী, শাবান

---

* রেবগুপ্তোদ্ভবা দেশী রি গ্রহান্তা প বর্জিতা।
গ্রহরাভ্যন্তরে গেয়া শান্তে চ করুণে রসে ।। ইতি পাঠান্তরং

অর্থ—রেবগুপ্তদগী পোকপনি, গ্রহ, ন্যাসনা রিনি, প য়াওরোই। অহানবা যুথক অমগী মনুংদা শান্ত অমসুং করুণদা শকনি।

তনুবর তনুবল্লী পীতকৌস্তুভবাসা
ইয়মুদয়তি দেশী বাঙ্গিনী চারুহাসা ।। ৩৩৩

**অথ ধন্নাসি—**

ষাংশ ধন্নাসিকা জাতা শুদ্ধ-কৈশিক-মধ্যমাৎ ।
ষড়্জ গ্রহমধ্যমান্তা রি হীনা বিজয়ে সদা ।। ৩৩৪

(১) সদা—সর্ব্বকালেষু গেয়েত্যর্থঃ ।

**মূর্ত্তিস্ত—**

দূর্ব্বাদল শ্যামতনুম'নোজ্ঞা
কান্তং লিখন্তী ফলকে বিদগ্ধা ।
বালাগলল্লোচন বারিবিন্দু
(২) নিষ্যন্দ-ধৌত-স্তন-হৃদ্ধনাসী ।। ৩৩৫

**অথ কোলাহলা—**

(৩) ষড়্জন্যাস গ্রহা কোলাহলা টক্ককুলোদ্ভবা ।
মধ্যমাংশ পহীনা চ কোলাহল গমোৎকটা ।। ৩৩৬

---

ভোংগানবী, কুসুমলৈ মচু ফিজেৎনবী, চহি নৌরিবী, মীনোক নিঙথিবী অদূবু 'দেশী' হায়না কৌই ।। ৩৩৩

**ধন্নাসি**—শুদ্ধমধ্যম-কৈশিকদগী পোকপনি, অংশ গ্রহনা ষড়্জনি, ন্যাসনা মধ্যমনি, রি য়াওরোই । মসি লানজম্বা মতমদা মতম পূম্বদা শকনি ।। ৩৩৪

মূর্ত্তিদি—তিংথৌ মনাঙুম কুচ্ শংবানবী, পাং-মথক্কা মাগী চান্নবগী শক্তম য়েক্লিবী, চায়ক্নংদা চেক্ষ্রকপা মিংকী পি মরিক্কা থবাক অমদি থম্মোই ফাওবা চোৎপী, চহি নৌরিবী, পূক্নিঙ হূনবগী মশক ওইবী অদূবু ধনাসী হায়না কৌই ।। ৩৩৫

**কোলাহলা**—ন্যাস গ্রহনা ষড়্জনি, টক্কবংশদা পোকপনি, অংশস্বরনা মধ্যমনি, প য়াওরোই, গ, ম দা কলহনগনি ।। ৩৩৬

---

(১) রসে বীরে চ শৃঙ্গারে গাতব্যা সর্ব্বদা বুধৈঃ —পাঠান্তরং—

অর্থ—অথঙ্ নশিংনা মসিবু মতম পূম্বদা বীর শৃঙ্গারদা শকনি ।

(২) প্রস্যন্দ ধৌতস্তনযুগ্মনাসা—পাঠান্তরং

(৩) কোলাহলা চ ককুভা স গ্রহাংশা প বর্জ্জিতা ।
ধ ম মন্দ্রা ম বিস্তারা কলহে গমকান্বিতা ।। —পাঠান্তরং

অর্থ—কোলাহলা অমসুং ককুভাগী অংশ গ্রহনা স নি, প য়াওদে, ধ ম না মন্দ্রনি, ম না বিস্তার তৌগনি । গমক য়াওনা থৎন-চৈনবদা শকনি ।

মূর্ত্তিস্তু—

উন্মত্তপুংস্কোকিল-বৃন্দরম্য
নাদপুরং গায়তি কৃষ্ণগাথাঃ।
রসী সদা সর্ব্বপুরঃ প্রবর্ত্তি
কোলাহলোঽয়ং তরুণোঽসিতাঙ্গঃ।। ৩৩৭

নচ পূর্ব্বমস্য স্ত্রীলিঙ্গত্বমিহ পুংলিঙ্গত্বমিতি কেয়ং সঙ্গতি-রিতি বাচ্যং। দৃশ্যতে নৈব কুত্রাপি রাগাণাং লিঙ্গনির্ণয়ঃ।। ইতি সর্ব্বগ্রন্থকারসম্মতং। এবমন্যত্রাপি দ্রষ্টব্যং।।

অথ বল্লালী—

হিল্লোলান্বয়-সম্পন্না বল্লালী ষড়্জগ্রহাংশকা।
শৃঙ্গারাখ্যেচ মন্দ্রাচ রি হীনা ন্যাস ষড়্জিকা।। ৩৩৮

মূর্ত্তিস্তু নিবন্ধান্তরে—

সখ্যা প্রবোধ্যমানাপি কান্তরোষং ন মুঞ্চতি।
পরাবৃত্তমুখী শ্যামা বল্লালী প্রৌঢ়নায়িকা।। ৩৩৯

মূর্ত্তিদি—ময়াই শায়বা কোকিল লাবা মপৈনা খোংবতনা ইনিন নিনবত্তম শ্রীকৃষ্ণগী গুণ শকচবা, নহা ওইরিবা, কুচু-ঙৌবা, রস-চেনবা, মতম অয়াম্বদা মফম অয়াম্বদা ইথুং মথুংবা অদুবু 'কোলাহল' হায়না কৌই।। ৩৩৭

হান্নদি নূপী ওইনা হায়খ্রগা হুজিক মসিতদা নিপা নিপা ওইনা হায়রকপসি নাত্তে চাদে হায়গনি। অদুবু অশেংবদি রাগ হায়বসি কৈ(?)দৌডৈদসু লিঙ্গ নির্ণয় তৌবা উদে। হায়রিবসি গ্রন্থকার অয়াম্বগী মতনি। অসিগুম্বসি অতোপ্পা মফমদসু থেংনয়কথিগনি।।

বল্লালী—হিল্লোলদগী পোকই, গ্রহ, অংশ, ন্যাসনা ষড়্জনি, মন্দ্রদা রি য়াওদনা শক্তনি, শৃঙ্গার রসনি।। ৩৩৮

অতোপ্পা লাইরিক্তা হায়বা মাগী মূর্ত্তিদি—মতাশিংনা থেমজিল্লবমক্তদসু মপুরোয়বু শাওবা কত্তবী, মমায় হুৎ হুৎ নৈথোকপী, কুচু শংবানবী, চহি খরা লিয়বী—প্রৌঢ়নায়িকাগী মশক ওইবী অদুবু 'বল্লালী' হায়না কৌই।। ৩৩৯

**অথ দেশাখ্যা—**

* গান্ধারপঞ্চমাজ্জাতা দেশাখ্যর্ষভ বর্জিতা ।

গান্ধারাংশ-গ্রহ-ন্যাসা শান্ত-শৃঙ্গারয়োঃ প্রগে ।। ৩৪০

প্রগে—প্রাতর্গেয়েত্যর্থঃ ।

**মূর্ত্তিস্তু —**

আস্ফোটনাবিষ্কৃত রোমহর্ষো

নিযুদ্ধ সন্নদ্ধ বিশাল বাহুঃ ।

প্রাংশু প্রচণ্ডদ্যুতি হেমগৌরো

দেশাখ্য রাগঃ সহি মল্লরাজঃ ।। ৩৪১

**অথ শাবরী—**

শাবরী ধৈবতান্তা চ গ তারা মন্দ্র মধ্যমা ।

স গ্রহাংশাল্প ষড়্জা চ প হীনা করুণে মতা ।। ৩৪২

**মূর্ত্তিস্তু কলাঙ্কুর নিবন্ধে—**

শ্রীখণ্ডশৈলশিখরে শিখিবর্হবাসা

মাতঙ্গমৌক্তিক কৃতোত্তম হারযষ্টিঃ ।

আকৃষ্য চন্দনতরোঃ শাবরী ভুজঙ্গ-

মাবধ্নতী কলয়মুজ্জ্বল নীলকান্তিঃ ।। ৩৪৩

---

**দেশাখ্যা**—গান্ধারপঞ্চমদগী পোকপনি, ঋষভ য়াওদে, অংশ, গ্রহ, ন্যাসনা গান্ধারনি, শান্ত অমসুং শৃঙ্গার অনিমক্তা অযুক্তা শকনি ।। ৩৪০

মূর্ত্তিদি—মফৈদা খুৎনা ফুবদা মশাদা তুজুংবা পোকপা, শাংলবা মপান্বোমনা লানগী-দমক্তা শেম শাবা, বাং চাউবা, সনাগী কুচুশুম মঙান চাউবা, অথোইবা 'মল' গী মশক ওইবা অসিবু 'দেশাখ্য' হায়না কৌই ।। ৩৪১

**শাবরী**—গ্রহ, অংশনা স নি, ষড়্জ য়ামদে, ন্যাসস্বরনা ধৈবতনি, প য়াওদে, গ-না তারাগ্রামনি, মধ্যমনা মন্দ্রনি—মসি করুণ রসতা শকনি ।। ৩৪২

কলাঙ্কুর-নিবন্ধদা হায়বা মসিগী মূর্ত্তিদি—

মলয়-পর্ব্বতকী চৌংদোন্দা লৈবী, বাহোং মতু মানবা ফিনা লৈতেংবী, গজমুক্তানা লীক ওইনা শিবী, কুচু-লংনা-শংবানবী, লিন মওঙগী খুজো শিবী, চন্দন মশা লামলিবী অদুবু 'শাবরী' হায়না কৌই ।। ৩৪৩

---

* রি হীনাংশ-গ্রহন্যাসা তার-গান্ধার ভূষিতা ।

গান্ধার পঞ্চমোদ্ভুতা দেশাখ্যা স্যাৎ সমস্বরা ।। পাঠান্তরং

অর্থ—রি য়াওদে, অংশ গ্রহ ন্যাসনা তার-গান্ধারনি, গান্ধার পঞ্চমদগী পোকই, সমস্বরসি, মসিবু দেশাখ্যা হায়না কৌই ।

**অথ খম্বাবতী—**

ধৈবতাংশ গ্রহন্যাসা সান্দোলা মণিমণ্ডিতা।
খম্বাবতী গ হীনা চ শৃঙ্গারে নিশি গীয়তে ॥ ৩৪৪

**মূর্ত্তিস্তু তত্রৈব—**

বাসোবসানা শরদভ্র শুভ্রং
বিরিঞ্চি-দেবী পরিকর্ম্মদক্ষা।
কুন্দাবদাভা চতুরাননস্য
খম্বাবতী লব্ধ সমৃদ্ধসেবা ॥ ৩৪৫
খমাচিত্রীতি পশ্চাত্য ভাষায়াং ॥

**অথ হর্ষপুরী—**

জাতা হর্ষপুরী ষড়্জ মন্দ্রা মালব কৌশিকাৎ।
* ষড়্জাদ্যন্তা তারমধ্যা ধ হীনা বিজয়ে মতা ॥ ৩৪৬

**মূর্ত্তিস্তু নিবন্ধান্তরে—**

নিপত্যতল্পে সুদৃঢ়ানুরাগাৎ
কান্তং রতিশ্রান্তমবেক্ষ্য মুগ্ধা।
প্রৌঢ়াঙ্গনা পৌরুষমাচরন্তী
মনোহরা হর্ষপুরীপ্রদিষ্টা ॥ ৩৪৭

---

**খম্বাবতী**—অংশ, গ্রহ, ন্যাসনা ধৈবতনি, মধ্যম অমসুং নিষাদ অনিমক নিক্না হাইনা শকনি. গ যাওদে, অহিংদা শৃঙ্গার রসতা শকনি ॥ ৩৪৪

মূর্ত্তিদি—অঙৌবা-শরদ-লৈচিনগুম-পানবা-ফিনা লৈতেংবী, ব্রহ্মাগী নূপী সাবিত্রী দেবীবু চঙখোন্না সেবা তৌজবী, ব্রহ্মাগী সেবাসু মরাংকায়না ফংজবী, কুন্দ-লৈগুম মথাগী কুচু ঙৌবী অদুবু 'খম্বাবতী' হায়না কৌই ॥ ৩৪৫ নোংচুপ-লমগী লোন্দদি মসিবু 'খমাচিত্রী' হায়না কৌনৈ।

**হর্ষপুরী**—ষড়্জ মন্দ্র ওইবা মালব কৌশিকদগী পোকপনি, গ্রহ, ন্যাসনা ষড়্জনি, মধ্যম তার ওইগনি, ধ যাওদে, বিজয়গী মতমদা শকনি। (শা-সান শুমগী মতমদা) ॥ ৩৪৬

অতোপ্পা লাইরিক্তা হায়বা মাগী মূর্ত্তিদি—

হিপ্নকমদা হিগলিবী, নিপাগী মতৌ তৌবী, চহি লিতক তৌরবী—মপুরোয়বনা রতিক্রিয়াদা বাবা মতৌ উবদা ঙকলবী, পূক্নিঙ হূনবগী মথক ওইবী অদুবু 'হর্ষপুরী' হায়না কৌই ॥ ৩৪৭

---

* ষড়্জাদ্যন্তা ধৈবতান্তা প হীনা বিজয়ে মতা।—ইতি পাঠান্তরং

**অথ মল্লারী—**

পঞ্চমাংশ গ্রহন্যাসা প হীনা মন্দ্রমধ্যমা।

শৃঙ্গারে দুদ্দিনে গেয়া মল্লারী পরিকীর্ত্তিতা ।। ৩৪৮

অয়মেব মাধবাদিরুচ্যতে—ইতি গীতগোবিন্দ টীকাকারঃ।

**মূর্ত্তিস্তু—**

বিস্পষ্ট কৃষ্ণাজিন মধ্যবর্ত্তী

কান্তঃ পরিতঃ স্থবিরোঽতি গৌরঃ।

কুর্ব্বন্ কথাং তুম্বুরু নারদাভ্যাং

শ্রীমাধবাদিঃ কথিতো মুনীন্দ্রৈঃ ।। ৩৪৯

গৃহ্নন্ করে কেতকিকুন্তযষ্টিং—ইতি গ্রন্থান্তরে পাঠঃ ।।

**অথ হুঞ্চিকা—**

* আন্দোলিত প সা ধাতু গ্রহা মধ্যম বর্জ্জিতা।

গেয়া যামদ্বযাদূর্দ্ধং ( যামত্রয়াৎ ) শৃঙ্গারে হুঞ্চিকা বুধৈঃ ।। ৩৫০

**মূর্ত্তিস্তু নিবন্ধান্তরে—**

দূর্ব্বাদল শ্যামরুচি ( তনু ) বিবস্ত্রা

বলাদ্বিশন্তী দয়িতোরুমধ্যে।

কক্ষান্তরে প্রেরিত দক্ষহস্ত

ধৃতস্তনান্তা কিল হুঞ্চিকা স্যাৎ ।। ৩৫১

---

**মল্লারী**—অংশ, গ্রহ, ন্যাসনা পঞ্চমনি, প য়াওদে, মন্দ্র মধ্যমনি, নুমিৎ মশক উদবা মতমদা ( নোং মংবা মতমদা ) শৃঙ্গার রসতা শকনি ।। ৩৪৮

গীতগোবিন্দগী টীকাকারনদি মসিবু 'মাধবাদি' হায়না কৌই।

মূর্ত্তিদি—তরু তরুনা শবেং মউন্দা কম্বা, কুচু পানবা, মঙান চাউবা, অহল ওই-শিনরুবা, নাকন্দা লৈবা তুম্বুরু অমদি নারদ অনিমক্তা ঊশৈনচিংবা তথা-তাকপি তৌবা অহুবু মুনিশিংনা 'শ্রীমাধবাদি' হায়না কৌনৈ ।। ৩৪৯

লাইরিক অমদদি মখুত্তা কেতুকি মথোক ( চৈ ওইনা ) পায় হায়না ইরি।

**হুঞ্চীকা**—প, সা অনিদা হাইনা শকনি (আন্দোলন), ধা না গ্রহনি, মধ্যম য়াওদে। যুথক অনি হৌব্রবদা শৃঙ্গার রসতা শকনি ।। ৩৫০

অতোপ্পা লাইরিক্তা হায়বা মাগী মূর্ত্তিদি—

কুচু শংবানবী, কি-শেত্তবী, রতিক্রিয়া মতমদা মপুরোয়বগী কৈবোম কারক্তা মথা চিংমা লৈবী, মপুরোয়বগী শেগ্রাক্তা মখুৎ থিন্দোকথিহুনা চায়ববু মথবাক য়েৌনা লাকশিনরুকপী—অসিবু 'হুঞ্চিকা' হায়না কৌই ।। ৩৫১

---

* আন্দোলিত সা মা ধান্ত গ্রহা পঞ্চম বর্জ্জিতা—ইতি পাঠান্তরং

**অথ শ্রীকণ্ঠিকা—**

গেয়োৎসবে গ রহিতা ধাস্তা শ্রীকণ্ঠিকামতা ॥ ৩৫২

**মূর্ত্তিস্তু নিবন্ধান্তরে—**

কান্তস্যকুন্তলশ্রেণীং শেষয়ন্ত্যঞ্জনদ্যুতিং।
কণ্ঠং সুবর্ণ বলয়াবলিঃ শ্রীকণ্ঠীকামতা ॥ ৩৫৩

**অথ ভোলী—**

পোজ্ঝিতাংশ গ্রহা ভোলী প্রাগুর্গৈয়াস্বরন্ততৌ ॥ ৩৫৪

**মূর্ত্তিস্তু নিবন্ধান্তরে—**

নিধায়াস্ফোটনৈরঙ্কে লালয়ন্তী সুতং মুহুঃ।
(১) কুর্ব্বন্তী বিবিধালাপং ভোলী মৌলী মনোহরা ॥ ৩৫৫

**অথ তারা—**

(২) তারা দিবা রতৌযুদ্ধে নিষাদাংশা ম বর্জিতা ॥ ৩৫৬

---

**শ্রীকণ্ঠিকা**—ন্যাসস্বরনা ধৈবতনি, গান্ধার য়াওদে, কূইস্ম ফিয়োংদা শকনি ॥ ৩৫২

অতোপ্পা লাইরিক্তা হায়বা মাগী মূর্ত্তিদি—

কাঁজলগুম-মূরবা-মপুরোয়বগী শম্লাংবু কংহন্নবা হোৎনরিবা, খুজেংদা শিবা সনা খুজিনা হুংশিবা মখোল থোকপী অদুবু 'শ্রীকণ্ঠিকা' হায়না কৌই ॥ ৩৫৩

**ভোলী**—প য়াওদে, অংশ গ্রহনা (স) নি, অয়ুক লাই থুক্রপা মতমদা শক্লে ॥ ৩৫৪

অতোপ্পা লাইরিক্তা হায়বা মাগী মূর্ত্তিদি—

মথাদা কোম্নিবা মচাবু হম্মা হন্না থেম্নিবী, কোকী লৈতেং নিঙথিজবী, ময়েক য়াওদনা ঈশৈ শংবী অদুবু ভোলী হায়না কৌই ॥ ৩৫৫

তারা—অংশ স্বরনা নিষাদনি, ম য়াওদে। অয়ুক হুংখিন্দা মতিলীলা অমদি শাকম লানক্ষমদা শকনি ॥ ৩৫৬

---

(১) নিধায়াং সপত্তেরঙ্কে লালয়ন্তৌ সুতংমুহুঃ —ইতি পাঠান্তরং

(২) তারা গেয়া দিবারাত্রি যুদ্ধে স্বংশা ম বর্জিতা—পাঠান্তরং

**মূর্ত্তিস্তু নিবন্ধান্তরে—**

অঙ্গহারান্ শিক্ষয়ন্তী কুমারান নৃত্যমন্দিরে।
(১) তারামারাঙ্গনা কারা নাট্যাটোপ বিদাম্বরা ॥ ৩৫৭

**অথ সালগ গৌড়ঃ—(মালব গৌড়ঃ ?)**

মাংশঃ প হীনো বীরে চরন্তৌ সালগ গৌড়কঃ ॥ ৩৫৮

**মূর্ত্তিস্তু—**

বীণা বিনোদ প্রতিপন্ন পাণিঃ
গৃহ্নন্ কথাং নারদ-সংপ্রয়োগাৎ।
শ্যামো যুবা বিপ্রকুল প্রসূতঃ
স সালগো নাট্যমুনি প্রণীতঃ ॥ ৩৫৯

**অথ আভীরী—**

ধান্তাভীরী ( ধাংশাভীরী ) ধৈবতজা রিহীনাচ শুচৌ প্রগে ॥ ৩৬০

**মূর্ত্তিস্তু কলাঙ্কুরোক্তা—**

বাচাল কঙ্কণ বিভূষিত বাহুবল্লী-
কন্নিদ্র চম্পক মনোহর গাত্রযষ্টিঃ।

---

অতোপ্পা লাইরিক্তা হায়বা মাগী মূর্ত্তিদি—

অঙ্গোইশঙদা নিপামচাশিংবু জগোই শাথেক তম্বীরিবী, নিঙথিবা নাট্য শন্দোকপা হৈবশিংগী মনুংদা রত্তিগুম্না থোইদোকপী অসিবু তারা হায়না কৌই ॥ ৩৫৭

সালগ গৌড়—অংশ স্বরনা মধ্যমনি, প য়াওদে, বীর অমসুং শৃঙ্গার রস ( রতি-ক্রিয়া ) তা শক্তনি ॥ ৩৫৮

মূর্ত্তিদি—বীণা থোংবদা মথুৎ শিংবা, নারদদা ঈশৈ তম্বা, ব্রাহ্মণ-শাগৈদা পোকপা কুচু শংবানবা, পাখংগী মতৌ ওইরিবা, অদুবু নাট্য-হৈবা মুনিশিংনা 'সালগ গৌড়' হায়না কৌবৈ ॥ ৩৫৯

আভীরী—ন্যাসনা ধৈবতনি, ধৈবতদগী পোকই, রি য়াওদে, শৃঙ্গার রসতা অযুক্তা শক্তনি ॥ ৩৬০

কলাঙ্কুরনা হায়বা মাগী মূর্ত্তিদি—

মখোল সুংশিনা থোকপা খুজীনা পুস্থম তাবী পাম্বোমগী লৈতেং ওইনবী, মখা-পুন্নক-য়োমচুনা-শাংপী-লৈহাউ-পাম্বীগুম শাবান নিঙথিজবী, গজ-মুক্তা অনিনা নাতোন

---

(১) তারা মার বলাঙ্করা নাটাদ্ধা তড়িদম্বরা—পাঠান্তরং

শ্রীখণ্ডশৈলশিখরে গজমৌক্তিকে দ্বে
আভীরীকা বিদধতি স্রজমিন্দু শুভ্রাং ।। ৩৬১

নিবন্ধান্তরেত্বন্যথা দৃশ্যতে—

দধিমন্থন শিঞ্জান মেখলাঙ্গদ কঙ্কণা।
স্বেদাদ্র (সু) বদনা-স্তোজাভীরী গোপালবল্লভা ।। ৩৬২

অথ মধুকরী—

ধাংশ গ্রহা মধুকরী গ হীনা করুণাদ্রকে ।। ৩৬৩

* আতাম্রনেত্রা চম্পক গৌরী কৃতরতারম্ভা।
মুখমধু লুব্ধান ভ্রময়ান্ মধুকরী করোত্বোষা ।। ৩৬৪

অথচ্ছায়া—

ষড়্জ গ্রহা ম রহিতাচ্ছায়া শৃঙ্গার-বীরয়োঃ ।। ৩৬৫

---

শ্যামাঙগী লৈত্তেং ওইনবী, খা-গুম্না কুচু পানবী—লৈ পরেং শিবী অদুবু 'আভীরী' হায়না কৌই ।। ৩৬১

অতোপ্পা মত অমদদি মওঙ অমা ওইনা লৈবা উই মচুদি—মাখন চিংবদা থুজী অমদি খুঙ্গোয় পরেংদা সুংশিবা মখোন থোকহনবী, মায়খোং খম্বালদা হমাংনা লৈত্তেংবী, গোপগী চান্নবী ওইবী অদুবু (গোপী) 'আভীরী' কৌই ।। ৩৬২

মধুকরী (কিরী ?)—অংশ, গ্রহনা 'ধ' নি, গ য়াওদে, করুণদা, অঙ্গংবা মতমদা শক্তনি ।। ৩৬৩

মূর্তিদি—লৈহাউ লৈরেনগুম কুচু তোবী, মিৎ ঙাঙলেনবী, রতি ক্রিয়াদা হৈশিংবী, মাপী-চীনবান-খোইহী-মিতাবা-খোইমুশিংবু মখুৎনা কঙ্খোকতুনা তাঙ্খোকপী অদুবু 'মধুকরী' হায়না কৌই ।। ৩৬৪

ছায়া—গ্রহস্বরনা ষড়্জনি, ম য়াওদে, শৃঙ্গার, বীর অনিমক্তা শক্তনি ।। ৩৬৫

---

* পুষ্পাঢ্যমৌলিনেত্রা চম্পক গৌরী করতলরম্যা—পাঠান্তরং

মূর্ত্তিস্তু নিবন্ধান্তরে—

* সূর্য্যপ্রিয়া সূর্য্য মমুখদূনা
হ্লাদয়ন্তী পথিকান স্বকান্ত্যা।
করে দধানারুণপদ্মমালাং
ছায়া প্রদিষ্টেয়মনঙ্গরূপা ॥ ৩৬৬

অথ নীলোৎপলা—

নীলোৎপলা ধৈবতজা গ হীনা, বীভৎস রৌদ্রেষু সদৈব গেয়া ॥ ৩৬৭

মূর্ত্তিস্তু নিবন্ধান্তরে—

কৃপান-খর্পরে-পাণ্যোর্বিভ্রাণামুক্তমূর্দ্ধজা।
নীলোৎপলা ঘনশ্যামাভা ধনাঢ্যাদিগম্বরা ॥ ৩৬৮

---

## অথ ঔড়বা উচ্যন্তে

তেখ্যাতা ঔড়বা যেহি জায়ন্তে পঞ্চভিঃ স্বরৈঃ ॥ ৩৬৯

---

অতোপ্পা লাইরিক্তা হায়বা মাগী মূর্ত্তিদি—

সূর্যাদেবগী চান্নবী, নুংশাগী মৈশানা লাকহৎলবা-বায়বা লম্বীচৎপশিংবু মশাগী মঙান্দ পোথাহনবী, মখুত্তা থম্বাল অঙাঙবা পরেং পায়বী, কামগী মশক ওইবা অদুবু 'ছায়া' হায়না কৌই ॥ ৩৬৬

নীলোৎপলা—ধৈবতদগী পোকপনি, গ য়াওদে। বীভৎস অমসুং রৌদ্র রসতা মতম পুম্নমক্তা শকপা য়াই ॥ ৩৬৭

অতোপ্পা লাইরিক্তা হায়বা মাগী মূর্ত্তিদি—

থাঙ-চুঙোম-পায়বী, শম থাদোকপী, কুচ্না অমংবা নোংগুম্বী, মঙাল চাউবী, লন চেনবী, মফি শেত্তবী অদুবু 'নীলোৎপলা' হায়না কৌই ॥ ৩৬৮

হন্নীক ঔড়বকী মরম হায়রি—

স্বর মঙানা শাবা রাগবু 'ঔড়ব' হায়না কৌই ॥ ৩৬৯

---

* সূর্যাপ্রিয়া সূর্য্যমণি বিভ্রাণামুক্তমূর্দ্ধজা
নীলোৎপলদলশ্যামা ভীষণার্চদিগম্বরী—পাঠান্তরং

অর্থ—নুমিৎকী চান্নবী, সূর্যাকান্তমণি শিবী, মশম থাদোকপী, থম্বান অশংবা কুচু মানবী, অকিবগী মশক ওইবী, মফি শেত্তবী অদুবু ছায়া কৌই।

**কে তে ইত্যাহ—**

* মধ্যমাদিশ্চ মল্লারো দেশকারীস্তিয়স্তথা।
মালব হিল্লোলশ্চৈব ভৈরবীশ্চ নাগধ্বনী ॥ ৩৭০
গোণ্ডকীরিশ্চ ললিতাচ্ছায়াতোড়ী বেলাবলী।
তদনন্তর সৈন্ধবী তথা দ্বিতীয় সৈন্ধবী ॥ ৩৭১
ইত্যাদ্যা ঔড়বা প্রোক্তা রাগ জনমনোহরা
আদি পদেন তুরস্কগৌড়াদয়োঽপি গৃহ্যন্তে ॥ ৩৭২

**তদুক্তং সঙ্গীতসারে ঔড়বগণনে—**

তুরস্ক-গৌড়ো-গান্ধারাঃ পুলিন্দ-মেঘরঞ্জকঃ ॥ ৩৭৩

**ফলমাহ কোহলঃ—**

ব্যাধিনাশে শক্রনাশে ভয়শোক বিনাশনে।
ঔড়বাস্তু প্রগাতব্য গ্রহ শাম্যার্থ কর্ম্মনি ॥ ৩৭৪

## ক্রমেণৈষাং লক্ষণমাহ

**অথ মধ্যমাদি—**

মধ্যমাদির্ম্গ্রহাস্তো মধ্যম গ্রাম গোচরঃ।
অয়ং সায়ন্তু গাতব্যঃ শৃঙ্গারে রি ধ বর্জ্জিতঃ † ॥ ৩৭৫

ঔড়বকী মথলদি—মধ্যমাদি, মল্লার, দেশকারী, মালব, হিল্লোল, ভৈরবী, নাগধ্বনী, গোণ্ডকিরী, ললিতা, ছায়াতোড়ী, বেলাবলী, সৈন্ধবী দ্বিতীয় সৈন্ধবী—অসিনচিংবা রাগশিং অসিবু 'ঔড়ব' রাগ হায়না কৌই, মথোয় অসি মীগী পূক্নিঙ হূবা ওাক্কনি। অসিনচিংবা হায়বসিদা 'তুরস্ক-গৌড়' নচিংবসু য়াওয়ে খঙনগনি॥ ৩৭০-৩৭২

সঙ্গীত-সারনা ঔরবকী মথল থাবদা লৌখৎলম্বদি—তুরস্ক গৌড়, গান্ধার, পুলিন্দ অমসুং মেঘরঞ্জক মথোয় অসিসুনি ॥ ৩৭৩

কোহলনা হায়বা মতুং ইন্না ঔড়বকী শান্নবা হায়রি মস্তদি—মসি লায়থুং কোকহনবদা, য়েক্কবা মাঙহনবদা, অকি অথং মঙ্গেং তাহনবদা শীজিন্নগনি। অসিগুম্বা ঔড়ব অসিবু গ্রহগী দশা কোকহন্নবগীদমকসু শীজিন্নগনি ॥ ৩৭৪

মথং মনাউ কায়দনা মথোয়গী লক্ষণ হায়রি মতুদি—

* মধ্যমাদিশ্চ মল্লারো দেশপালী চ মালবঃ। হিন্দোলো ভৈরবী নাগধ্বনির্গৌণ্ডকৃতি স্তথা।
ললিতা চ ততশ্ছায়াতোড়ী বেলাবলী তথা। প্রতাপপূরবিকা প্রোক্তা দ্বিতীয়া সৈন্ধবী তথা ॥
ইতি—পাঠান্তরং

† রিপোজ্ঝিতঃ

মূর্ত্তিস্তু চন্দ্রিকায়াং—

অতি তরুণবয়ঃ শ্রীঃ কুন্দকর্পূর কান্তি (ঃ)।
যুবতি ভজনদক্ষঃ ক্রৌঞ্চ চাটুক্তি ভাবঃ ॥
অরুণজলদনেত্রঃ স্কন্ধ সংন্যস্তবীণঃ
স্মিত মধুরবদনী ( বচস্কো ) রাজতে মধ্যমাদিঃ ॥ ৩৭৬

অথ মল্লারঃ—

* ধাংশ-ন্যাসঃ পগ্রয়ঙ্ক্রো ( পঞ্চমজো ) মল্লারঃ ষ ধ বর্জিতঃ।
সদা বর্ষাস্বিষ্টরসে গমন্দ্রস্তারঃ সপ্তমঃ ॥ ৩৭৭

মূর্ত্তিস্তু—

শঙ্খবদাভং পতিতং দধানঃ প্রলম্বকর্ণঃ কুমুদেন্দুবর্ণঃ।
কৌপীনবাসঃ শুচিহারধারী মল্লাররাগঃ কথিতস্তপস্বী ॥ ৩৭৮

---

মধ্যমাদি—গ্রহ অমসুং ন্যাসস্বরনা মধ্যমনি, মধ্যম গ্রামদা লৈগনি, রি, ধ য়াওরোই, মুমিৎ তাপ্রবদা শৃঙ্গার রসতা শরুগনি ॥ ৩৭৫

চন্দ্রিকাদা হায়বা মাগী মূর্ত্তিদি - কুন্দ অমদি কর্পূরগুম কুচু ভোবা, নহা ওইবা, শক ফজবা, নুপীদ-মোইবেম তৌবা হৈগনবা, বাঙাঙ হৈশিংবা, মিৎনা থম্বাল-অঙাঙব-লৈকা মানবা, লেংজুমদা বীণা থোংবা, নুংশিনা মোমোন নোকপনা মাগী ওইবা অদুগুম্বা 'মধ্যমাদি' কৌবা রাগনা ভাম্লোইরি ॥ ৩৭৬

মল্লার—অংশ ন্যাসনা ধৈবতনি, পঞ্চমদগী পোকই, স ধ য়াওদে, গ মন্দ্রনি, সপ্তমদা তার লৈগনি। নোংজু থাদা মতম পূম্নমক্তা অপাম্বা রস অমদা হেক্তমক শকপা য়াই ॥ ৩৭৭

মূর্ত্তিদি—পোক হৌবনা মোইবুংগুম মকোক ভৌরবা, মনা লাকথরবা, থরো অঙৌবা মচুনা মথাগী কুচু ওইবা, কৌপীন শেৎপা, শুক্রিক পরেং শিবা, লাইনিঙবগী মথক ওইবা অসিবু 'মল্লাররাগ' হায়না কৌই ॥ ৩৭৮

* মল্লারঃ স প হীনোঽয়ং সঞ্জাতঃ পঞ্চমান্বয়ে। ধৈবতাংশ গ্রহন্যাস্তো গ মন্দ্রস্তার সপ্তমঃ ॥
শৃঙ্গারে চ রসে গেয়ঃ পয়োদাগমনে বুধৈঃ ॥ —ইতি—পাঠান্তরং

অর্থ—স প য়াওদে, পঞ্চমদগী পোকই, অংশ গ্রহ ন্যাসনা ধৈবতনি, গ না মন্দ্রনি, সপ্তমদা তার লৈ। মসি শৃঙ্গারদা নোংজুপাম্বাদা শকনি।

**নারদ সংহিতায়াস্ত্বন্যথাদৃশ্যতে—**

* বিহারশীলোঽপ্যতি নীলদেহো গভীরবাক্যঃ প্রিয়কামিনীযুং (যু)।
কামাতুরঃ পিঙ্গলনেত্রযুগ্মোঃ মল্লাররাগোঽখিলমোহনশ্চ ॥ ৩৭৯

**অথ দেশপালঃ—**

† ন্যংশ ন্যাস-গ্রহো দেশপালঃ সান্দোল ষড়্জকঃ।
বীর শৃঙ্গাররে়ঃ সায়ং টক্কবংশো রিপোজ্ঝিতঃ।। ৩৮০
ইত্যয়মেব দেশকারীত্যুচ্যতে ॥

**মূর্ত্তিস্তুনারদ সংহিতায়াং—**

সার্দ্ধং সখীভির্বিজনে লসন্তী বিচিত্রবক্ষোজযুগক্ষতানি।
নিরীক্ষমাণা মণিদর্পণেষু সা দেশকারী কথিতা গুণজ্ঞৈঃ ॥ ৩৮১

---

নারদ সংহিতাদদি অতোপ্পা মওঙ অমা অমুক উই মতুদি—

শংবানবা কুচুনা লময়োবা, রতিক্রিয়াদা পূক্কিঙ লূপ্পা, বাহৈ খোনফম লুম্বা (শূকপা), চাম্নবীগা লৈমিন্নবা, নূপী পামগনবা, মিৎ পিঙ্গলা থুংবা, ভাইবঙবা ঙক্লবা ওইবা অদুবু মল্লাররাগ হায়না কৌই ॥ ৩৭৯

**দেশপাল**—অংশ গ্রহ ন্যাসনা নিষাদনি, টক্কবংশদা পোকই, ষড়্জদা হাইনা হুম্না, রাচঙবদা বীর, শৃঙ্গার অনিমক্তা শক্তনি, রি, প য়াওদে ॥ ৩৮০

মসিবু 'দেশকারী' হায়নসু কৌনৈ।

নারদ সংহিতাদা হায়বা মাগী মূর্ত্তিদি—

অচীকপদা মতাশিংগা লৈমিন্নবী, নিঙথিবী মখবাক্তা লৈবা খুজীন মফমু মণিগী মিংশেল্দা য়েংবী অদুবু মগুণ লৈবশিংনা 'দেশকারী' হায়না কৌনৈ ॥ ৩৮১

---

* বিহারশীলোঽতিসুকান্তদেহঃ কান্তাপ্রিয়োধার্ম্মিক শীলযুক্তঃ।
কামাতুরং পিঙ্গলনেত্রযুগ্মঃ মল্লাররাগো প্রিয়কৃৎসুবেশঃ ॥ —পাঠান্তরং

অর্থ—নূপীবু লূনা তৌবা, শকচু নিঙথিজবা, লমচৎ ফজবা অমসুং ধর্ম্ম চেনবা, কামনা লাকহৎপা, রতিক্রিয়াদা থবায় লূপ্পা, মিৎ-পিঙ্গলা থুংবা অসিবু 'মল্লার' রাগ হায়মা কৌই।

† টক্কান্বয় সমুদ্ভূতো দেশপালী রি পোজ্ঝিতঃ।
সান্দোল ষড়্জকলিতঃ নিন্যাস গ্রহাংশকঃ।
রসে বীরেচ শৃঙ্গারে গেয়া সায়মিয়ং বুধৈঃ ॥ —ইতি পাঠান্তরং

অর্থ—টক্কবংশদা পোকই, ন্যাস, গ্রহ, অংশনা 'নি' নি, রি প য়াওদে, ষড়্জদা হাই হমনা শকনি, অথঙবশিংনা মসিবু বীর-শৃঙ্গার অনিমক্তা শক্লে।

য়েংগদবা—দেশপাল, দেশপালী অমসুং দেশকারী অহম অসি অমত্তা ওইনা উৎলি।

অয়মেব কেদার উচ্যতে ইতি গীতপ্রকাশকারঃ তথা সত্যং মূর্ত্তিভিন্না।

তদুক্তং চন্দ্রিকায়াং—

মূর্ত্তিস্তু—

চিরপ্রবাসী জলদাবলোকো বিচিন্তয়ন্নীলসরোরুহাক্ষীং।
কামী যুবাগীতকলাভিলাসী কেদারস্তরুণোঽরুণাভঃ।। ৩৮২

অথ মল্লাবঃ—

* রিগহীনষ্টক্কবংশ্যো গ ভূরিঃ ষ ধ কম্পিতঃ।
নিন্যাসাংশ-গ্রহঃ সায়ং নিশিবা মালবঃ শুচৌ।। ৩৮৩

মূর্ত্তিস্তু—

নিতম্বিনী চুম্বিতবক্ত্রপদ্মঃ শুকদ্যুতিঃ কুণ্ডলবান্ প্রমত্তঃ।
সঙ্গীতশালাং প্রবিশন্ প্রদোষে মালাধরো মালব রাগরাজঃ।। ৩৮৪

---

গীত প্রকাশকারনদি মসিবু 'কেদার' হায়না কৌই। মাগী মূর্ত্তিদি তোপ তোপই, রসচন্দ্রিকানা হায় মতুদি—

লংখৈদা কুইনা লৈরবা, অমংবা নোং উবদা, মিংস্না-থম্বাল-মানবী-মশাগী-চান্নবীবু-নিঙশিংলকপা, নূপীদা পূক্নিঙ লুপ্পা, শাথং ওইরিবা, অঁশে য়াম্না শামজবা কুলৈ কুচু ঙমজবা অদুবু 'কেদার' রাগ হায়না কৌই।। ৩৮২

মালব—টক্ক বংশনি, রি, গ য়াওদে, গান্ধার মরাং কায়না শীজিন্নগনি, ষ, ধ কম্পন তৌগনি, ন্যাস, গ্রহ, অংশনা 'নি' নি, য়াচঙবা নত্রগা অহিংদা শৃঙ্গারদা শকনি।। ৩৮৩

মূর্ত্তিদি—কুচুনা তেনবা মানবা, মায়থোংনা থম্বাল ঙমজবা, নাপদা কুণ্ডলনা লৈত্তেংবা, লৈ পরেং শিবা, মমশিন্নরুবদা জগোইশঙদা চঙদুনা মন্নাই কাবগা লোয়ননা নিঙজোল ফজবী নূপীবু চুপ্পা অদুবু রাগগী নিংথৌ 'মালব' হায়না কৌই।। ৩৮৪

---

* টক্কাম্বয় সমুৎপন্নোমালবোঽপি রিপোজ্ঝিতঃ। নিষাদাংশ গ্রহন্যাসো গভূরিঃ
স ধ কম্পিতঃ। বীর শৃঙ্গারয়োর্গেয়োদিনান্তে নিশি বা বুধৈঃ —ইতি পাঠান্তরং

অর্থ—মসিদনা রি প য়াওদে, অতৈদি অমত্তনি।

**অথ হিন্দোলঃ—**

ষড়্জন্যাস-গ্রহাংশোঽয়ং হিন্দোলোরিপবর্জিতঃ।

অধৈবত্যার্ষভী জাতো বীরশৃঙ্গারয়োঃ সদা ॥ ৩৮৫

ধৈবতীমার্ষভীং বিনা অন্যজাত্যুৎপন্নং ইত্যর্থঃ। সদা সর্ব্বেষু কালেষু ॥

**মূর্ত্তিস্তু—**

( নিতম্বিনী ) মন্দতরঙ্গিতাষু

দোলাসু খেলাসুখ মাদধানঃ

খর্ব্বঃ কপোতদ্যুতি কুর্ব্বরশ্রীঃ-

হিন্দোলরাগঃ কথিতো মুনীন্দ্রৈঃ ॥ ৩৮৬

**নারদ সংহিতায়াস্তু—**

লীলা বিলাসেন পতন্ পৃথিব্যা-

মুত্থাপিতস্তৎ প্রিয়কামিনীভিঃ।

উল্লাসধা গীতরসৈর্বিদগ্ধো

হিন্দোলরাগঃ কথিতো রসজ্ঞৈঃ ॥ ৩৮৭

**অথ ভৈরবী—**

ষড়্জন্যাস সমুৎপন্নো ভৈরবোঽপি রিপোজ্‌ঝিতঃ।

স গ্রহাংশো মধ্যমান্তো গেয়ো মঙ্গল কর্ম্মণি ॥ ৩৮৮

ইয়মেব ভৈরবী।

---

**হিন্দোল**—ন্যাস গ্রহ অমসুং অংশ স্বরনা ষড়্জনি, রি, প য়াওদে। ধৈবত ঋষভ নত্তবা অতোপ্পা জাতি অমদগী পোকপনি, বীর শৃঙ্গার অনিমক্তা মতম পুম্নংক্তা শরুবা য়াই ॥ ৩৮৫ ( মত অমদা মসিবু 'হিন্দোল' হায়নবসু য়াওই )।

মূর্ত্তিদি—মথিক-নেম্বা, কুচুনা লমথুনু মানবা, নিঙংজোন ফবী নূপীনা তপ্পা তপ্পা হাইবা দোল তোংহনা নুংহাইনা শাম্নবা অদুবু মুনিশিংনা 'হিন্দোল' হায়না কৌই ॥ ৩৮৬

নারদ-সংহিতাদা হায়বদি—

শায়বদগী লৈমায়থক্তা তুয়বদা মাগী চান্নবীশিংনা কোনখৎপিদুনা হয়াউহন্দবা, ঈশৈগী রস মুম্না খঙবা অদুবু 'হিন্দোল রাগ' হায়না রস খঙবশিংনা কৌনৈ ॥ ৩৮৭

ভৈরবী—ষড়্জন্যাসতগী থোকপনি, ভৈরব রাগদা রি, প য়াওদে, গ্রহ, অংশনা স নি, ন্যাসনা মধ্যমনি, মঙ্গলগী থবক্তা শক্নে ॥ ৩৮৮

মসিবু 'ভৈরবী' সু হায়নৈ।

**তদুক্তং দামোদরে—**

ভৈরবী কৈশিকী চৈব ভৈরবঃ স ইহ বল্লভ ইতি

**মূর্ত্তিস্তু—**

সরোবরন্থে স্ফটিকস্য মণ্ডপে সরোরুহৈঃ শঙ্করমর্চয়ন্তী।

তালপ্রয়োগেচ প্রবন্ধগীতা * গৌরীতনুর্নারদ-ভৈরবীয়ং ॥ ৩৮৯

**অথ নাগধ্বনিঃ**

টক্কাস্বয়ভবো নাগধ্বনী রিধ বিবর্জ্জিতঃ।

ষড়্জন্যাস-গ্রহাংশোঽয়ং গেয়ো বীররসেদিবা ॥ ৩৯০

**মূর্ত্তিস্তু নিবন্ধান্তরে—**

নাগধ্বনিঃ সমারূঢ় গজো হিঙ্গুল সন্নিভঃ।

সিতবাসাঃ কুন্তকরো যুবা রাজকুলোদ্ভবঃ ।৩৯১

**অথ গোণ্ডকিরী—**

ষড়্জন্যাস গ্রহাংশৈষা গোণ্ডকিরী পরিস্কৃতা।

রিধহীনা দিনান্তেচ গাতব্যাষ্টরসেবুধৈঃ ॥ ৩৯২

**মূর্ত্তিস্তু—**

রক্তোৎ ( ত্ত্যুৎ ) সুকা কান্তপথ প্রতীক্ষা

মাপাদয়ন্তী মৃদু পুষ্পতল্পে।

---

দামোদরনা হায়—ভৈরব হায়বসি ভৈরবী, কৈশিকী অনিমকী চান্নবনি।

মূর্ত্তিদি—ঊশিং ময়ায়দা লৈবা মণিগী মাণ্ডোপতা থম্বালতনা মহাদেববু পূজা তৌজবী কুচু-ত্তৌবী, তাল থাদুনা প্রবন্ধ গীতপু শকলিবী অদুবু 'ভৈরবী' হায়না কৌই ॥ ৩৮৯

নাগধ্বনি—টক-বংশনি, রিধ য়াওদে, ন্যাস, গ্রহ, অংশনা ষড়জনি, অয়ুক-নুংথিন্দা বীর-রসতা শকনি ॥ ৩৯০

অতোপ্পা লাইরিক্তা হায়বা মাগী মূর্ত্তিদি—

শামু তোংবা, কুচুনা হিঙ্গো ন মানবা, ফীভৌ শেৎপা খুত্তা লাংশোই পায়বা, পাখং ওইরিবা, নিংথৌ-শাগৈদা পোকপা অদুবু 'নাগধ্বনি' হায়না কৌই ॥ ৩৯১

গোণ্ডকিরী—গ্রহ, অংশ, ন্যাসনা ষড়্জনি, রি ধ য়াওদে, নুমিৎ তাপ্লবদা রস মখল ৮ মক্তা শকপা য়াই ॥ ৩৯২

মূর্ত্তিদি—ত্তিয়নিঙবা ঊথক্তা লাঙতক্লবী, মপুরোয়বগী লম্বী য়েংদুনা লৈবী,

---

* গৌরীতনুর্ভৈরবীকা সতীয়ং—পাঠান্তরং

ইতস্ততঃ প্রেরিত দৃষ্টবার্ত্তা ( দৃষ্টিবার্ত্তা )
শ্যামাঙ্গিকা গোণ্ডকিরী প্রদিষ্টা ॥ ৩১৩

**অথ ললিতা—**

টক্কান্বয় সমুদ্ভূতা ললিতা ললিতস্বরা।
ষড়্‌জন্যাস-গ্রহাংশাচ ষমন্দ্রা রিপবর্জ্জিতা ॥
শৃঙ্গার-বীরয়োর্গেয়া নিশান্তে চ দিনান্তকে ॥ ৩১৪

**মূর্ত্তিস্তু—**

প্রফুল্ল সপ্তচ্ছদ মাল্যভাবী (১)
যুবাতিগৌরোহলস-লোচনশ্রীঃ।
বিনিঃসৃতো বাসগৃহাৎ প্রভাতে
(২) বিলাসবেশো ললিতঃ প্রদিষ্টঃ ॥ ৩১৫

**অথ ছায়াতোড়িনী—**

ছায়াতোড়ী রিপত্যক্তা সংযাতা ধাবতান্বয়ে ( ষাড়বান্বয়ে )।
মৃদুকম্পস্বরামাংশ-গ্রহা জ্ঞেয়া ( গ্রহন্যাসা ) দিবাত্তমী ॥ ৩১৬

---

অথোৎপা লৈগী কম্মুংদা মমিৎ লৈনা লৈনা য়েংবী, কুচু শংবানবী অদুবু 'গোণ্ডকিরী' হায়না কৌই ॥ ৩১৩

**ললিতা**—খোংথাক মুংশিবী ললিতা হায়বী রাগিনী অসিদি টক্ক শাগৈদা পোকপীনি।

মাগী ন্যাস, গ্রহ, অংশদি ষড়্‌জনি, মনা মন্দ্রনি, রি প য়াওদে, অহিং মমৈ নত্রগা মুমিৎ তারকপদা শৃঙ্গার, বীর অনিমক্তা শকনি ॥ ৩১৪

মূর্ত্তিদি—শামুয়াথিন কৌবা লৈগী পরেং শিবা, ঈনথংলকপা শাবান ওইবা, মুচু ভৌরোক ভোবা, উইক্রম উইক্রম ভোবা নিঙথিজবা মিৎনা মাগী ওইবা, কেনা কিজেৎ লৈতেংদুনা অহুক্তা ময়ুমদগী থোরকপহুবু 'ললিত' কৌই ॥ ৩১৫

**ছায়াতোড়ী**—রি প য়াওদে, ধৈবতদগী পোকই, অংশ গ্রহনা ম নি অমেতত্রা কম্পন স্বরনি, মুংথিম্বা শকনি ॥ ৩১৬

(১) প্রফুল্ল সপ্রচ্ছদ মানভাবী—পাঠান্তরং

(২) প্রফুল্ল গণ্ডস্থল মাল্যভারা স্নিগ্ধাতি গৌরালস-লোচন শ্রীঃ। বিনিঃসৃতা বাস-গৃহাৎ বিলাসি বেষং বসানা ললিতা প্রদিষ্টা ॥

অর্থ—চায়রুং পোঙ্‌বী, লৈপরেংনা তেকথবী, অচীকপা শকফম ওইবী, মুচু শানবী, মিৎ উইক্রম ভৌবী, কেনা ফিজেৎ লৈতেংদুনা ময়ুমদগী থোরকপী অদুবু ললিতা হায়না কৌই।

মূর্ত্তিস্তু—

তোড়ীতুল্যা, পূর্বরাগমধ্যে উক্তা।

অথ প্রতাপ বেলাবলী—

ককুভস্য কুলে জাতাপোরব ( ল ) জা ( পপদা ) দিবা।

গেয়া বেলাবলী তজ্জৈর্গ্রহাস্তা রিপোজ্ঝিতা॥ ৩১৭

মূর্ত্তিস্তু—

বেলাবলীতুল্যা॥

অথ সৈন্ধবী—

ষড়্জন্যাস-গ্রহাংশান্যা সৈন্ধবী নি ( রি ) গ বর্জিতা।

মৃদুকম্পস্বরা জ্ঞেয়া ( গেয়া ) জাতা মালব কৌশিকাৎ॥ ৩১৮

মূর্ত্তিস্তু—

পূর্ণসৈন্ধবীবৎ।

অথ দ্বিতীয় সৈন্ধবী—

* দ্বিতীয়সৈন্ধবী ভিন্ন ষড়্জান্দোলিত সুস্বরা।

ধৈবতাংশ গ্রহন্যাসা শৃঙ্গারে রিপবর্জিতা॥ ৩১৯

মূর্ত্তিস্তু—

পূর্ণসৈন্ধবীবৎ॥

---

মূর্ত্তিদি—তোড়ীগা মান্নে, মছু পূর্ণরাগ তাকপদা হায়খ্রে। ( লামায় ৫৭ য়েংউ )॥

প্রতাপবেলাবলী—ককুভ শাগৈদা পোকপা, গ্রহ, ন্যাসনা ধ ওইবা রি প য়াওদবা, ময়েক শেংনা কন্না আলাপ তৌবা, অমুক নুংথিন্দা শকবা অদুবু 'প্রতাপ-বেলাবলী' হায়না কৌই॥ ৩১৭

মূর্ত্তিদি—বেলাবলীগা অমত্তনি। ( লাঃ ৬১ য়েংউ )

সৈন্ধবী— ন্যাস-গ্রহ-অংশনা ষড়্জনি, নি-গ য়াওদে, মালব-কৌশিকদগী পোকপনি, তপ্না মেত্তবা কম্পন স্বরদা শকনি॥ ৩১৮

মূর্ত্তিদি—পূর্ণ-সৈন্ধবীগা অমত্তনি ( লাঃ ৫৯ )

দ্বিতীয়-সৈন্ধবী—মসিগীদি ভিন্ন-ষড়্জনি, খোয়োক নুংশি, হাইনা হুম্না শকনি। অংশ-গ্রহ-ন্যাসনা ধৈবতনি। রি প য়াওদে, শৃঙ্গারদা শকদবনি॥ ৩১৯

মূর্ত্তিদি—পূর্ণ-সন্ধবীগা মান্নে।

---

* দ্বিতীয় সৈন্ধবী ভিন্না সকম্প ললিতা স্বরা— পাঠান্তরং

**অথ তুরস্কগৌড়ঃ—**

বীরেচ রৌদ্রেচ তুরস্কগৌড়ো
নিষাদাংশো রিপ বর্জ্জিতশ্চ ॥ ৪০০

**মূর্ত্তিস্তু নিবন্ধান্তরে—**

* তুরস্ক গৌড়ো আরূঢ় হয়ঃ পর্কেষ্টকারুচিঃ।
শর চাপধরশ্চণ্ড উষ্ণীষ-কবচাবৃতঃ ॥ ৪০১

**অথ গান্ধার—**

গান্ধারকো মধ্যম (জ) শ্চ মান্তঃ।
সপোজ্ঝিতঃ (শ্চ) স্যাৎ করুণে সদৈব ॥ ৪০২

**মূর্ত্তিস্তু—**

জটাং দধানঃ কৃতভূরিভূষঃ কাষায়বাসাস্তনুদেহ যষ্টিঃ।
সযোগপট্টঃ কৃতনেত্রমুদ্রো গান্ধাররাগঃ কথিতস্তপস্বী ॥ ৪০৩

**অথ পুলিন্দী—**

গপোজ্ঝিতা ষড়্জভবা সদা স্যাৎ
পুলিন্দিকা-ভীষ্টরসেষু ধাস্তা ॥ ৪০৪

---

তুরস্ক গৌড়—অংশস্বরনা নিষাদনি, রি প যাওদে, বীর অমসুং রৌদ্র অনিমক্তা শকনি ॥ ৪০০

অত্তোপ্পা লাইরিক্তা হায়বা মাগী মূর্ত্তিদি—মূয়া ইকনবা চেক মচুনা মাগী কুচু ওইবা, শগোল তোংবা, লীরুং-তেন পায়বা, লুহুপ উপ্পা, কবচ ধরণ তৌবা ( য়োৎশী কুরিৎ-নচিংবা লিৎপা ), অশাউবগী শকক্ম ওইবা অদুবু 'তুরস্ক-গৌড় হায়না কৌই ॥ ৪০১

গান্ধার—মধ্যমদগী পোকপনি, ম না ন্যাসনি, স, প যাওদে, করুণরসতা মতম 'পুম্বদা শরুবা য়াই ॥ ৪০২

মূর্ত্তিদি—কোক্তা জটাপুবা, চেংমচ ফিজেৎনবা, মখল মখলগী লৈতেংনা লৈতেংবা, ফিংখাওন ইনবা, মিৎ হম্বনা য়েংবা, লাইনিঙ্‌বগী শকক্ম ওইবা অদুবু 'গান্ধার' রাগ হায়না কৌই ॥ ৪০৩

পুলিন্দী— গপ যাওদে, ষড়্‌জদগী পোকই, ন্যাসস্বরনা বৈবতনি, শক্তি বা মুক্তদা অমসুং অপাম্বা রসতা হেক্তমক শকপা য়াই ॥ ৪০৪

---

* তুরস্কগৌড় আরুহ্য হয়পৃষ্ঠেংরুণদ্যুতিঃ।
শম্ব ঘণ্টাপনীত সোষ্ণীষঃ কবচাবৃতঃ ॥ —পাঠান্তরং

অথ—শংগোল তোংবা কুচু ভাও লৈননা ( কুলৈকুচু ), শম্ব অমসুং শরীক পায়বা, লুহুপ উপ্পা, অমসুং কবচ ধারণ তৌবা অদুবু 'তুরস্কগৌড়' হায়না কৌই।

মূর্ত্তিস্তু নিবন্ধান্তরে—

(১) গুঞ্জা পুঞ্জল সম্ভূষা পল্লবৈঃ সংকৃতাম্বরা।

(২) কণ্ঠেনারীণাং দধতী পুলিন্দীন্দীবরচ্ছ্যতিঃ ॥ ৪০৫

অথ মেঘরঞ্জী—

ধ পোজ্ঝিতা ষড়্জভবা চ গাস্তা।

দিবাচ বীরে কিল মেঘরঞ্জী ॥ ৪০৬

মূর্ত্তিস্তু—

শ্রুতৌ দধ'না নবকর্ণিকারমারামণা কেশরপুষ্প-কাঞ্চী।

অধ্যাপয়ন্তী স্বকরস্থ শারীং শ্রীরামরামেতি চ মেঘরঞ্জী ॥ ৪০৭

ইত্যোড়বাঃ।

---

## অথ সংকীর্ণাঃ

তত্র হরিনায়কঃ—

এষামন্যোন্য সংসর্গাদ্রাগাণাং বহু শোভিতাঃ।

তত্র কেচিত্তু সংকীর্ণাঃ কথ্যন্তে শ্রুতি শোভনাঃ ॥ ৪০৮

---

অতোপ্পা লাইরিক্তা হায়বা মাগী মূর্ত্তিদি—থরো অশংবা কুচু মানবা, গুঞ্জামালানা লৈতেংবা, উনামমোন মচু ফিজেৎনবা, নূপীগী মঙক্তা কোনবা অদুবু 'পুলিন্দী' হায়না কৌই ॥ ৪০৫

মেঘরঞ্জী—ধ প য়াওদে, ষড়্জদগী পোকই, ন্যাসনা গান্ধারনি, অমুক চুংথিন্দা বীররসতা শরুনি ॥ ৪০৬

মূর্ত্তিদি—কর্ণিকা কৌবা থম্বাল লৈরীক মান্না শেম্বা নাপকৈংকংনা লৈজেংবী থম্বাল লৈরীক মচুনা খ্যাঙোয় ওইনবী, রামগী নামতবু শকচ-শোঙ্গবী, মখুবাক্তা তোংলিবী ময়না কৌবী উচেক্তা 'শ্রীরাম' হায়না শোনবা খোরুবা ভমীরিবী অদুবু 'মেঘরঞ্জী' হায়না কৌই ॥ ৪০৭

মতাং অসিদা ঔরবকী মথল তাকপা লোইরে।

হুজীক সংকীর্ণগী মরম হায়রি—

হরিনায়কনা হায়—ঔড়ব, ষাড়ব অনিনা ভিন্নরগা থোকপা—তাবদা পেন্নবগী মশক ওইবা রাগ মথল কয়ামুক লৈ—মখোয় অদুবু 'সংকীর্ণ' হায়না কৌই। হুজীক মচুগী মথল থরদংগী বা হায়রকে ॥ ৪০৮

---

(১) মুক্তা, (২) কণ্ঠোলবাণা

**অথ পৌরবী—**

দেশাখ্যায়াশ্চ'থ মল্লারিকায়াঃ
স্যাদংশাভ্যাং পৌরবীয়ং প্রদিষ্টা ॥ ৪০৯

**অথ কল্যাণী —**

বরাটাখ্যা নাট-কর্ণাটকেভ্যঃ
সম্ভূতেয়ং মঞ্জুল কল্যাণিকাখ্যা ॥ ৪১০

**অথ সারঙ্গঃ—**

সারঙ্গঃ স্যাত্তোড়ীধানসিকাভ্যাং ॥ ৪১১

**অথ গৌড়ী—**

শ্রীরাগাদেগৌড়রাগাচ্চ গৌড়ী (রী) ॥ ৪১২

**অথ নট্টমল্লারিকা—**

জাতা নাটস্যাথ মল্লারকস্য
স্যাদংশাভ্যাং নট্টমল্লারিকা চ ॥ ৪১৩

**অথ বল্লরী—**

দেশাখ্যা সাবরী যোগাৎ বল্লরী পরিকীর্ত্তিতা ॥ ৪১৪

**অথ কর্ণাটিকা—**

(১) কর্ণাটতো ভৈর-তোংশকাভ্যাং
কর্ণাটিকাখ্যা গদিত সকম্পা ॥ ৪১৫

---

পৌরবী—দেশাখ্যা, মল্লারিকা অনিশী শরুক্তা তিন্নরগা 'পৌরবী' থোকই ॥ ৪০৯

কল্যাণী—বরাটী, নাট অমসুং কর্ণাট—অহুম্না তিন্নহনা কন্নবা 'কল্যাণী' হায়বসি ওই ॥ ৪১০

সারঙ্গ—তোড়ী, ধানসী অনি তিন্নহনা 'সারঙ্গ' থোকই ॥ ৪১১

গৌড়ী—শ্রীরাগ অমসুং গৌড় অনি তিন্নরগা 'গৌড়ী' হায়বসি ওই ॥ ৪১২

'নট্টমল্লারিকা'—নাট অমসুং মল্লার অনিশী শরুক্তা তিন্নরগা 'নট্টমল্লারিকা' হায়বসি ওই ॥ ৪১৩

বল্লরী—দেশাখ্যা-সাবরী তিন্নরগা 'বল্লরী' থোকই ॥ ৪১৪

কর্ণাটিকা—কর্ণাট-ভৈরব অনিশী শরুক্তা তিন্নরগা 'কর্ণাটিকা' থোকই। কম্পন তৌহনা শরুনি ॥ ৪১৫

---

(১) কর্ণাট ভৈরবতোংশাভ্যাং— খুৎইদদি অশুদ্ধ নৈ।

**অথ মুখরাবরী ( সুখাবরী ? )**

সৈন্ধবী-তোড়িকা-যোগাৎ সমুৎপন্না মুখরাবরী ।। ৪১৬

**অথ আশাবরী—**

মল্লারী-সৈন্ধবী-তোড়ী যোগাদাশাবরী ভবেৎ ।। ৪১৭

**অথ রামকেলিঃ—**

গুজ্জরী-দেশিকা-সঙ্গাদ্রামকেলিরজায়ত ।। ৪১৮

অন্যেঽপি সন্তি ভূয়াংসো রাগাঃ সংকীর্ণ লক্ষণাঃ ।
যে যে কথাশ্রুতা দেশে জ্ঞেয়াস্তে তে (তু) তথা বুধৈঃ ।। ৪১৯

ইতি সংকীর্ণাঃ ।

**( অথ প্রয়োজনমাহ )**

মালবঃ শ্রীশ্চ মল্লারো হিল্লোলস্তদনন্তরং ।
গীয়ন্তে গায়কৈর্বীরৈরানন্দাংশে চতুষ্টয়ং ।। ৪২০
বসন্তরাগঃ কর্ণাটদ্বয়ং বীরে ভবেদ্রসে ।
ইত্যেবং ষট্‌রাগেণ বীরানন্দ ইতি স্মৃতঃ ।। ৪২১
ধানসী মানসী চৈব ভৈরবী মাধবী তথা ।
সুভগা পঞ্চমী নাটী বেলোয়ারী চ গুজ্জরী ।। ৪২২

---

**মুখরাবরী**—সৈন্ধবী-তোড়ী তিন্নদুনা 'মুখরাবরী' থোকই ।। ৪১৬
**আশাবরী**—মল্লারী-সৈন্ধবী-তোড়ী তিন্নদুনা 'আশাবরী' ওই ।। ৪১৭
**রামকেলী**—গুজ্জরী-দেশী তিন্নদুনা 'রামকেলি' থোকই ।। ৪১৮

---

দেশ দেশকী চৎনবী মতুংইন্না অথঙ্ অহৈশিংনা শরুবা অতৈ অতোপ্পা সংকীর্ণগী মথক্সু য়াম্না লৈরি ।। ৪১৯

মতাং অসিদা সংকীর্ণগী মরম তাকপা লোইরে ।

**হৌজিক রাগশিংগী শীজিন্নফম থঙ্নবা হায়রি—**

হরাউত্তমামদা—মালব, শ্রী, মল্লার, হিল্লোল—মরি অসি ঊশৈ হৈবশিংনা হরাউ-তয়ামগী থবক্তা শক্লে ।। ৪২০

বায়রসতা—বসন্ত অমসুং কর্ণাট অনি অসি বীররসতা শক্লে । বীর ( অকল অথোয়বা মরম ) অমসুং আনন্দ ( হরাউ তয়াম ) অনিমক্তা শরুবদগী রাগ ৬ অসিবু 'বীরানন্দ' হু কৌই ।। ৪২১

হরাউত্তয়ামদা শকদবা রাগিণীশিংদি—

ঊশৈহৈবশিংনা মথাগী রাগিণী ২০ অসিমু হরাউকুম্মেদা শক্লে মত্তদি— ধানসী,

কামোদা চাপি কল্যাণী কোড়া কেদারিকা তুড়ী।
কৌমারী মায়ুরী চৈব দেশকারী চ সিন্ধুরা ॥
রামকেলী চ ভূপালী রাগিণ্যেষা চ বিংশতিঃ।
আনন্দাংশে ইতি প্রোক্তা গীয়ন্তে গান কোবিদৈঃ ॥ ৪২৪
পূরবী কানুরা (কানড়া) গৌরী রামকেরী চ দীপিকা।
আশাবরী বিভাষাচ বরাড়ী চ গড়া তথা ॥ ৪২৫
এতাশ্চ নবরাগিণ্যো বীরাংশে গানমুত্তমং।
বেলোয়ারী চ গান্ধারী ললিতা পঠমঞ্জরী ॥ ৪২৬
বৈরাগী রাগিণী চাপি মারহাটী চ পাহিড়া।
করুণাংশে বিজানীয়াৎ সপ্তৈতা রাগ যোষিতঃ। ৪২৭
রাগেণ রসভাগেন ষট্‌ত্রিংশদ্রাগিণীতি চ।
করুণানন্দ-বীরত্ব জ্ঞাপনার্থমিদং ত্রয়ং ॥ ৪২৮

ইতি শিবনারদ সম্বাদে সঙ্গীত-দর্পণে ষড্রাগাণাং (ষট্) ত্রিংশদ্রাগিণীনাং চ ভাব নিরোপণং।

মানসী, ভৈরবী, মাধবী, সুভগা, পঞ্চমী, নাটী, বেলোয়ারী, গুজ্জরী, কামোদা কল্যাণী কোড়া, কেদারিকা, তুড়ী, কৌমারী মায়ুরী, দেশকারী সিন্ধুরা, রামকেলী, ভূপালী ॥ ৪১২-৪২৪

বীররসতা শরুদবা রাগিণীশিংদি মথাগী ৯ অসিনি—

পূরবী, কানুরা ( কানড়া ? ), গৌরী, রামকেরী, দীপিকা, আশাবরী, বিভাষা বরাড়ী, অমসুং গড়া ॥ ৪২৫

করুণরসতদি মথাগী রাগিণী অসি শরুনি—

বেলোয়ারী, গান্ধারী, ললিতা, পঠমঞ্জরী, বৈরাগী, মারহাটী, পাহিড়া—অসুম অসি করুণগীনি ॥ ৪২৬-২৭

অসুম তোনা রস খেন্নবা মতুং ইন্না রাগ ৬ অমসুং রাগিণী ৩৬ অসিবু বীর, করুণ অমসুং হরাউকুম্মে মওমদা শরুগদবনি হায়বসি খঙ্ননবা অহম থোক্না তাক্লবসিনি ॥ ৪২৮

সঙ্গীত-দর্পণ কৌবা লাইরিক্তা লৌখংলম্বা, শিব-নারদ অনিনা তাঙ্নখিবা রাগ পুরুষ ৬ অমসুং রাগিণী ৩৬ কী মরমদি হায়রবসিনি।

অথ দাসাঃ—

মঙ্গলঃ স্বানকশ্চৈব কন্দর্পঃ পরজস্তথা।
ঝল্লারশ্চৈব হামীর এতে দাসা প্রধানতঃ ।। ৪২৯

দাসপত্নীঃ—

সারঙ্গী সুহয়ী কাকী সুরসেনী তথৈব চ।
জয়ন্তী জয়হিন্দোলা এতা মঙ্গল যোষিতঃ ।। ৪৩০
দেবাগরী গণ্ডকিরী ভাটিয়ারীচ বালিকা।
বিহাগঃ শঙ্করাভরণ এতাঃ স্বানক যোষিতঃ ।। ৪৩১
আড়ালী ঝঞ্জুতির্বালা শক্তিচ ভীমসেনিকা।
ব্রহ্মাণী চেতি সং প্রোক্তাঃ কন্দর্পস্য প্রিয়া ইমাঃ ।। ৪৩২
আহীর ( কস্তথা ) করথাচৈব ধামারিরিমনস্তথা।
বঙ্গালী চাপি ভৈরোথী এতাঃ পরজযোষিতঃ ।। ৪৩৩
নরায়ণী তথা গাজী নর্ত্তকী চাপি অগ্রজা।
বেহাতী বিহনাভী চ ঝল্লারস্যৈব যোষিতঃ ।। ৪৩৪
কালী কান্তিস্তথা ভ্রান্তি নর্ম্মদা পিচ হিঙ্গুরী।
নটক্রান্তায়ণীহ্যেতা হামীরস্যৈব চাঙ্গনাঃ ।। ৪৩৫

কে কস্যদাসঃ—

মালবে মঙ্গলো দাসো মল্লারে স্বানকঃ সদা।
শ্রীরাগে পরজশ্চৈব কন্দর্পশ্চ বসন্তকে ।। ৪৩৬

রাগণী মনাইশিং—রাগ-পুরুষ ৬ কী অথোইবা মনাই ৬ নি মতুদি—মঙ্গল, স্বানক, কন্দর্প, পরজ, ঝল্লার, হামীর ।। ৪২৯

মখোয়গী রাগিণীশিং ( মীনাইশিংগী নুপী )—

মঙ্গলগী – সারঙ্গী, সুহয়ী, কাকী, সুরসেনী, জয়ন্তী, জয়হিন্দোলা।

স্বানক-কী—দেবাগরী, গণ্ডকিরী, ভাটিয়ারী, বালিকা বিহাগ, শঙ্করাভরণ

কন্দর্পগী—আড়ালী, ঝঞ্জুতি, বালা, শক্তি, ভীমসেনী, ব্রহ্মাণী ।।৪৩০-৩২

পরজগী—আহীর, করথা, ধামারী, ইমন, বঙ্গালী, ভৈরোথী ।।

ঝল্লারগী—নারায়নী, গাজী, নর্ত্তকী, অগ্রজা, বেহাতী, বিহনাভী ॥

হামিরগী- কালী, কান্তি, ভ্রান্তি, নর্ম্মদা, হিঙ্গুরী, নটক্রান্তায়ণী ॥ ৪৩৩-৪৩৫

হিল্লোলদাসো ঝল্লারঃ কর্ণাটে হামীরস্তথা।
এতে ষড়থ দাসাশ্চ রাগাণাং সেবকাঃ সদা।। ৪৩৭

## অথ ধ্যানং

পুনর্বক্ষে বালবোধার্থমেবয়ং। যন্নামবতি রাগাণাং তৎ পত্নীনাঞ্চ বনিতং।।

## অথ রাগরাগিণীধ্যানং

**অথ মালবঃ—**

নিতম্বিনী চুম্বিতবক্ত্র-পদ্মঃ
শুকদ্যুতিঃ কুণ্ডলবান্ প্রমত্তঃ।
সঙ্গীত-শালাং প্রবিশন প্রদোষে
মালাধরো মালবরাগরাজঃ। ৪৩৮

**অথ ধানসী—**

নীলোৎপলং কর্ণযুগে বহন্তী
শ্যামা সুকেশী কৃশমধ্যভাগা।
ঈষৎসুহাস্যাম্বুজ বক্ত্ররম্যা
সা ধানসী পদ্মসুচারুনেত্রা।। ৪৩৯

**অথ মানসী—**

করে বিধৃত ম্বুজযুগ্মরম্য
ইতস্ততশ্চারুবিলোকয়ন্তী।
কণ্ঠেস্ফুরন্মৌক্তিক রত্নহারা
সা মানসী সংকথিতা বিচিত্রা।। ৪৪০

---

মথক্তা হায়খ্রিবা রাগ ৬ অসি কনানা কনাগী মনাইনো খঙনবা হায়রি মতৌদি—

মালবকী মনাইনা মঙ্গল, মল্লারগীনা স্বানক, শ্রীরাগগীনা পরজ, বসন্তগীনা কন্দর্প, হিল্লোলগীনা ঝল্লার, কর্ণাটগীনা হামীর- মখোয় অসিনি ।। ৪৩৬-৩৭

### রাগধ্যান

ভমখৎলকপা অঙাংশিংনা লায়না খঙননবা, রাগপুরুষ ৬ অমসুং মখোয়গী রাগিনী পুম্নমক্কী ধ্যানথাক্তা অমুক উৎাল মতৌদি—

**মালব**—অর্থাদ লামায় ১৯, শ্লোক ৩৮৩ য়েংউ ।। ৪৩৮

**ধানসী**—কুচু শংবানবী, শমলাং নিঙথিবী, থরো অশংথনা নাকোঙ অনিমক্তা চিনবী, থ্বাঙমেংবা, মিৎম্না থম্বাল-লৈকা ঙমজবী, নিঙথিবী মায়থোংদা মোমোন মীংমোকপী অদুবু 'ধানসী, হায়না কৌই ।। ৪৩৯

**মানসী**—লামায় ৫৮, শ্লোক ২৯৩ য়েংউ। মালব-শ্রীগা থাহৈ থম্মদং থেম্নবতনি, চপমান্নৈ ।। ৪৪০

**অথ রামকিরী—**

প্রতপ্ত চামীকর চারুবর্ণা
কর্ণাবতংসং কমলং বহন্তী।
পৌষ্পং ধনুঃ পুষ্পশরান্ দধানা
চন্দ্রাননা রামকিরী প্রদিষ্টা ।। ৪৪১

**অথ সিন্ধুড়াঃ—**

সদিন্দ্রনীলদ্যুতিরম্বুজাক্ষী
প্রবাদয়ন্তী কবি (পি) লাস যন্ত্রং।
বিচিত্ররত্নাভরণাস্তকেশী
সা সিন্ধুড়া কান্তসমীপসংস্থা ।। ৪৪২

**অথ আশাবরী—**

জবাপ্রসূনদ্যুতিরিন্দুবক্ত্রা
সুনীল পদ্মং করয়োর্দধানা।
ক্ষৌমাংশুকাচ্ছাদিত গাত্রযষ্টি-
র্মগ্না বিদগ্ধ কথিতাশাবরী (১) ।। ৪৪৩

**অথ ভৈরবী—**

সরোরুহস্থা স্ফটিকস্য মণ্ডপে
সরোরুহৈঃ শঙ্করমর্চয়ন্তী।
তালপ্রয়োগ-প্রতিবদ্ধ গীতি-
গৌরীতনুর্ভৈরবীকা সতীয়ং ।। ৪৪৪

**রামকিরী**—কুচনা-সন-ফৃদোংলবা মানবী, থম্বালনা নাপ-লৈতেংনবী, লৈশী-লীরুং-তেন পায়বী, মায়থোংনা থা মানবী অদুবু 'রামকিরী' কায়না কৌই ।। ৪৪১
( লামায় ৬০, শ্লোক ২০২ দস্ত অতোপ্পা মশক অমা উপনি )

**সিন্ধুড়া**—লামায় ৫৯ শ্লোক ২৯৭ য়েংউ ।। ৪৪২

**আশাবরী**- কুচনা জবা-কুসুম অপোম্বা মানবী, মায়থোং থা মানবী থুং অনিমক্তা থম্বাল অশংবা পায়বী, নিঙথিবা শাবানদা মুপা ফিনা লৈতেংবী, শৃঙ্গার রসতা চঙখোনবী অদুবু 'আশাবরী' হায়না কৌই ।। ৪৪৩

**ভৈরবী**-লামায় ৮১ শ্লোক ৩৮৯ য়েংউ, ময়েক থৈনবতনি অর্থ মাইমৈ ।। ৪৪৪

(১) আশাবরী প্রদিষ্টা, আশাবরী রত্নগতাবিদগ্ধা—পাঠান্তরানি

**নারদ সংহিতায়াঞ্চ—**

চন্দ্রপ্রভা চারুমুখী সুনেত্রা
বিদ্যাধরা ( বিদ্যাধরা ) নৃত্যকলাং ( চারুকলাং ) বহন্তী
পিকস্বরাতীব মনোহরন্তী
সা ভৈরবীয়ং চ শিবং দদাতু (নামবুধৈঃ প্রদিষ্টা) ।। ৪৪৫

**অথ মল্লারঃ—**

বিদ্বান্ সুশীলোঽতিসুকান্তদেহঃ
কান্তাপ্রিয়ো ধার্ম্মিকশীলযুক্তঃ ।
কামাতুরঃ পিঙ্গলনেত্রযুগ্মো
মল্লাররাগঃ কুসুমপ্রিয়শ্চ ।। ৪৪৬

**নারদ সংহিতায়াঞ্চ—**

বিহারশীলোঽপ্যতিনীলদেহো
গম্ভীরবাচা প্রিয়কামিনীষু ।
কামাতুরঃ পিঙ্গলনেত্রযুগ্মোঃ
মল্লাররাগো গজবাহনোঽয়ং ।। ৪৪৭

**অথ বেলাবলী—**

সঙ্কেতিতোৎফুল্ল লতানিকুঞ্জে
কৃতস্থিতিঃ কান্তসমাগমায় ।
বেলাবলী চম্পকদাম মৌলী-
* বিচিত্ররত্নাভরণানিযুক্তা ।। ৪৪৮

নারদ সংহিতাদা হায়বদি—থাগী [illegible]ভানগুম চৎবী, নিঙথিজবী, খজি মিৎতা তাবী, গন্ধর্ব-জগোইদা হৈশিংবী ( চীনবান্না ভয়াল ওমজবী ) খোঞ্জেলনা .কাকিলগুম পুক্নিঙ হুনবা ওইবী অসিগুম্বী ভৈরবী অসিনা মঙ্গল ওইবা পীনবীসনু ।। ৪৪৫

মল্লার—ল[illegible]ইরিক হৈবা, লমচৎ-শাজং নিঙথিবা, মশক মচু [illegible]বা, মাগী নুপীনা নুনা তৌজবা, ধর্ম্ম চেনবা, নৈ-য়াম্না পামজবা, কামগী বাধন্দা পুক্নিঙ [illegible]কচিনবা, মমিৎ [illegible]াংতক তৌবা অদুবু 'মল্লার রাগ' কায়না কৌই ।। ৪৪৬

নারদ সংহিতাদা হায়বদি—( লামায় ৭৮ শ্লোক ৩৭০ য়েংউ—"তাইবঙনা ওক্নবা ওইবা" হায়বগী মহুত্তা 'শামু তোংবা' হায়গদবর্তন । )

বেলাবলী—লামায় ৬১ শ্লোক ৩০৯ য়েংউ ।। ৪৪৮

* নানাবিচিত্রাভরণানিরুক্তা—পাঠান্তরং

**অথ পূরবী—**

রহঃ স্বকান্তক্রিয়মাণ পত্রাবলিং বহন্তী কুচকুম্ভযুগ্মে ।
দূর্ব্বাদল শ্যামতনুঃ সকামা প্রাণাধিক সা পূরবী প্রদিষ্টা ॥ ৪৪৯

**অথ কানড়া—**

অশোক বৃক্ষস্যতলে নিষণ্ণা
বিয়োগিনী বাষ্পকণাঞ্চিতাক্ষী
বিভূষিতাঙ্গী জটিলৈকবেণী
সা কানড়া প্রেম-সতেব তন্বী । ৪৫০

**অথ মাধবী—**

সংগ্রন্থ্য সংগ্রন্থ্য গলে দধানা
প্রসূনমালাং দয়িতস্য গৌরী ।
স্বকান্ত কান্তানন চুম্বিতাস্যা
সা সুন্দরী মাধবিকা নিকুঞ্জে ॥ ৪৫১

**নারদ সংহিতায়াঞ্চ—**

তড়িৎ প্রভা চারুবিলোলনেত্রা
মাতঙ্গিনী সা প্রমদা স্বকান্তং ।
সংচুম্বমানা প্রিয়কামিনীয়ং
সা মাধবী মাধবীকা নিকুঞ্জে ॥ ৪৫২

**পূরবী**—মথবাক্তা মাগী চান্নবনা উনা পবেং য়েক্কনা লৈতেংবীরিবী, কুচু শংবানবী, কামগী মশক ওইবী, মপুরোয়বগী মথবায় শকচবী, অদুবু 'পূরবী' হায়না কৌই ॥ ৪৪৯

**কানড়া**—অশোকপাম্বী মখোঙদা কায়না মৈম্বি লাংচুনা মখরায় নুংঙাইতনা, মিংতা পিগী ঈরা হৌদ্রনা ফমজিবী, সনাগী উরীগুম থ্বাঙ চেংত্রিক চেংবী, ফিজেৎ-লৈতেংস্রবী, কোকী বেনীম্ম ইপুন পূল্লবী অদুবু 'কানড়া' হায়না কৌই ॥ ৪৫০

**মাধবী**—উরীগী কুঞ্জদা লৈচুনা লৈ-পরেং লেংল-লংলগা চায়বগী ভক্ত হুকচবী কুচু-পানবী শকলেনবী, অদুবু 'মাধবীকা' হায়না কৌই ॥ ৪৫১

নারদ সংহিতাদা হায়বদি—কুচুনা নোংথাঙ মানবী, মিংথেং তথকপী, শাজৎনা শামু লমশা মানজবী, চায়বগা মনিঙ তৌনা শান্নজবী, চায়ববু চুপচবী, চায়বনা-জুনা চায়া তৌজবী, মাধবী-কুঞ্জদা লৈবী অদুবু 'মাধবী' হায়না কৌই ॥ ৪৫২

অথ কোড়া—

স্থ (সৎ) কচ্ছপীং বাদয়ন্তঃ স্বর্ভতুঃ

(১) তাংসান্ সমভ্যসতি সম্মুখেন।

সদৈব তালাবহিতা চ বালা

(২) কোড়া করালস্তন যুগ্মরম্যা ॥ ৪৫৩

নারদ সংহিতায়াঞ্চ—

প্রণর্ত্তিতা লাস্যকলা বিলাসা

পবিত্রদেহা কুটিলেক্ষণাচ।

কান্তস্য বামে বরকামিনীসা

কোড়া বিহারেষু অতীব দক্ষা ॥ ৪৫৪

অথ কেদারিকা—

স্নাত্বা সমুত্তীর্ণবতী সুদেহা

কেশাগ্রনিষ্যু (স্য) ন্দিত বারিবিন্দুঃ।

নিষ্পীড়য়ন্তীস্তিমিতাংশুকান্তং

কেদারিকা বাক্ত-পয়োধর শ্রীঃ ॥ ৪৫৫

নারদ সংহিতায়াঞ্চ—

স্নানাবরুদ্ধাংশুক হীনদেহা

কেশাদ্বিনিষ্যন্দিত বারিবিন্দুঃ।

কোড়া—নিঙখিবা কচ্ছপী কৌবা বীণা খোংজনা মপুরোয়বগী মাঙদা তাল ময়াম অভ্যাস তৌরিবী, মতম পুম্নমক্তা তালদা পুক্লিঙ লুপচবী, থবাক অনিময় কল্লিবী, নহা ওইবী অদুবু 'কোড়া' হায়না কৌই ॥ ৪৫৩

নারদ সংহিতাদদি—নিঙখিনা লাস্য-জগোই শাবী, মিংবেং খোইখোয়বী, মখা তরু-তচেনবী, মপুরোয়বগী ওয়দা লৈবী. কামগী বাখলা লুপচবী রতি-লীলাদা চঙখোয়া হৈথোই শিংখোইবী অদুবু 'কোড়া' হায়না কৌই ॥ ৪৫৪

কেদারিকা—ইরুজবদগী কাররুপী, শমদোন্দগী ইশিং মরীক মরীক তারিবী, শাবান কজবী, অচোংপা ফীজিবু শুমলিবী, ইশিংনা চোংপদগী নিঙখিবী থবাক মকাকপা উরিবী অদুবু 'কেদারীকা হায়না কৌই ॥ ৪৫৫

নারদ সংহিতাদা হায়বদি—ইরুজবদা মথাদা ফি নপশিপ্তবী, মথমনগী মচুম মরীক

(১) তানান্?

(২) কোড়া কলা তানবতী মতা সা—পাঠান্তরং

স্নিগ্ধা মনোজ্ঞ চ জগত্রয়াণাং
কেদারিকা বাঙ্কুপয়োধর শ্রীঃ ।। ৪৫৬

অথ শ্রীরাগঃ—

লীলাবিহারেণ বনান্তরেষু
চিন্বন্ প্রসূনানি বধূ-সহায়ঃ ।
বিলাসবেশোহসিতদিব্যমূর্ত্তিঃ
শ্রীরাগ এষঃ কথিতঃ পৃথিব্যাং । ৪৫৭

অথ গান্ধারী—

* সন্ধ্যাকালে বেশ্মনি প্রাণবন্ধোঃ
স্কন্ধেবীণাং বাদয়ন্তী দধানা ।
ধীরাধীরা ধাতুচিত্রা চিতাঙ্গী
শ্রীগান্ধারী গন্ধমাল্যানিধত্তে ।। ৪৫৮

নারদ সংহিতায়াঞ্চ—

সংগীত-নৃত্যানুরতা দিনান্তে
কান্তস্য কণ্ঠে প্রণিধায় পাণিং ।
বীণাং দধানাতিবিচিত্রিতাঙ্গী
গান্ধারিনী গন্ধবিনোদিনী চ । ৪৫৯

---

মরীক তাবিবী, অচৈংবা শকক্ম ওইবী, মরোল অহন্মক্কী পূক্নিঙ হুনবা ওইবী, ইকোং কোংনা থীক-খা উবিবী অদুবু 'কেদারিকা' হায়না কৌই ॥ ৪৫৬

শ্রীরাগ—লামায় ৪৮, শ্লোক ২৮০ য়েংউ ॥ ৪৫৭

গান্ধারী—মপুরোয়বগী য়মদা য়াচঙবা মতমদা মরেংবাম্দা বীণা থোংহনা থোংলিবী, ধীরা ধীরা (য়োম্থকবী) হায়বী নায়িকাগী মতৌ ভৌবী, চন্দন চিংবনা মশাদা লৈতেংবী, মনম মুংশিবা লৈ পরেং শিবী, পূক্নিঙ হূনবগী মশক ওইবী অদুবু 'শ্রীগান্ধারী' হায়না কৌই ॥ ৪৫৮

নারদ সংহিতাদদি—মুমিৎ তারবদা জগোই ঈশৈ তৌবা পামজবী, বীনা থোংবী, মপুরোয়বগী মচক কোয়বী, মশাদা য়েকপা-খোংপা ভৌহনা লৈতেংবী, মুংশিবা মনম-নচিংবদা খোয়দাজবী অদুবু 'গান্ধারী' হায়না কৌই।। ৪৫৯

---

* সন্ধ্যাসু কালে গৃহমধ্যদেশে প্রবাদয়ন্তীহ পিনাকযন্ত্রং ।
ধরাধরা ধাতু বিচিত্রিতাঙ্গী গান্ধারিকা গন্ধস্রজং নিধত্তে ॥

অর্থ—য়াচঙবদা ইমুং লময়ায়দা পিনাক-বীনা থোংলিবী, চাংগী লৈঙাউনচিংবনা মশাদা য়েক-থোঙনা লৈতেংবী, মনম নুংশিবা লৈ পরেং শিবী অদুবু "গান্ধারিকা" হায়না কৌই ।

অথ সুভগা—

রস পদার্থ-বিবেচন কৌতুকং
বিদধতী নিজকোবিদ সংসদি।
সুকবিতামৃত ভাবন তৎপরা
ভগবতী সুভগা সমুদীরিতা।। ৪৬০

নারদ সংহিতায়াঞ্চ—

নানারস পদার্থানি চিন্তয়ন্তী সকৌতুকা।
কথিতা ভাবসম্ভোগভারতী সুভগা মতা।। ৪৬১

অথ গৌরী—

পুষ্পোদ্যানে সার্দ্ধমালীকলাপৈঃ
ক্রীড়ন্ত্যায়ং কোকিলা কাকলীভিঃ।
বামা শ্যামা সদ্গুণ গ্রাম সীমা
গৌরী গৌরী গৌরবেশোপদিষ্টা।। ৪৬২

নারদ সংহিতায়াঞ্চ—

প্রসাদমানা শিবভাবিনী সা
প্রগায়ন্তী কোকিল কাকলীভিঃ।
শ্যামা রসজ্ঞা কৃশদেহমধ্যা
গৌরী গভীরা বিধিনোপসৃষ্টা।। ৪৬৩

সুভগা—লাইরিক হৈবা পণ্ডিতশিংনা শেম্বা মশাগী সভাদা রস অমদি তোঙান তোঙানবা পদগী অর্থ নৈনবদা নুংঙাইজবী, নিঙথিবা শৈরেং ইবদা পুক্নিঙ লুপচবী, ইকাই খুম্নবগী মশক ওইবী অদুবু 'সুভগা' হায়না কৌই ॥ ৪৬০

নারদ সংহিতাদদি—মথল মথা অয়াম্বা রস অমদি পদশিংগী মরম নিঙথিনা নৈনবী, ভাব অমদি সম্ভোগকী মরম ভাক্লিবী, লাইরিক হৈবী অদুবু 'সুভগা' হায়না কৌই ॥ ৪৬১

গৌরী—মালীগা লোয়নননা লকোন্দা কোয়না শান্নবী, কোকিলনা খোংবা মতৌ তমলিবী, শকহেনবী, শ্যামা জাতি ওইবী, অথোইবা গুণ-পুম্নমক্না ভিনবী, কুচু পানবী, ফিজেৎসু ভোবী অদুবু 'গৌরী' হায়না কৌই ॥ ৪৬২

নারদ সংহিতাদদি—কৃপা ফংজনিঙহন্না শিববু নিঙজবী, কোকিল খোল্লেনগুম মুংশিনা ঊশৈ শকপী, শ্যামা-শ্রীগী লক্ষণনা তিনবী, রস চেনবী, খাঙজেংবী, বিধিনা শেমলকপদা চাংজেম্বী অদুবু 'গৌরী' হায়না কৌই ॥ ৪৬৩

অথ কৌমারিকা—

অট্টালিকায়াং স্ফুট কৌমুদীভিঃ
প্রকাশিতায়াং রজনীবিহারৈঃ।
সহায় কান্তেন সমং বসন্তী
কৌমারিকা কামকলাং বহন্তী।। ৪৬৪

নারদ সংহিতায়াঞ্চ—

মুখ্যা প্রদিষ্টাস্ফুট কৌমুদীভিঃ
বিরাজমানা স্ববিলাসবেশা।
গৌরীপদাম্ভোরু (রূ)হ মর্চ্চয়ন্তী
কৌমারিকা সৈব মহানুভাবা।। ৪৬৫

অথ বেলোয়ারি—

গৌরী পদাম্ভোরূহ মর্চ্চয়ন্তী
সা গহ্বরে শ্রীমতি রত্নসানৌ।
নানাদ্রব্যোপচারৈর্ভক্তিবাবৈ—
বেলোয়ারী কথমানো ( কণ্ঠমালো ) দিত্তেয়ং।। ৪৬৬

নারদ সংহিতায়াঞ্চ—

বেণীং বরাং কঞ্চুলিকাং বহন্তী
লাবণ্য স্নিগ্ধা বর গাত্রযষ্টিঃ।
বিনোদিনী রত্নকলাপহারা
সা বেলোয়ারী পরিতঃ প্রচারা।। ৪৬৭

কৌমারী—থাবল-ফবা অহিংদা দলান মথক্তা শান্নবী, মপুয়োয়বনা মাগী মনাক্তা ক্মহনবা, কাম-কলাদা হৈশিংবা অদুবু 'কৌমারিকা' হায়না কৌই।। ৪৬৪

নারদসংহিতাদদি—নিঙথিনা ফিজেৎ লৈতেংহনা হরাউমথোই কানা থাবন্দা ওাংথোইবা, দুর্গাগী মখোঙ-থম্বাল লাৎচবা। অসিগুম্বী মগুণ চাউবা অসিবু 'কৌমারিকা' হায়না কৌই।। ৪৬৫

বেলোয়ারী—মণি-মুক্তা থোকপা চীংদোনগী অশূকপা গুহাদা, পূজাগী পোৎলম খিবীক্লা ভক্তিগা লোয়ননা দুর্গাগী মখোঙ থম্বালদা কংলিবা অদুবু 'বেলোয়ারী' ( বেলাবলী ) হায়না কৌই।। ৪৬৬

নারদ সংহিতাদা হায়বদি—নিঙথিবা বাণানা লৈতেংবা, ফজবা থাথুম পুনবা, কুচু লংবা অতুমদি ওইরগা মশক উবদা তখিঙ তম্বিঙবা, শাবান ফজবা, তনৌ তহেনবা, মণিমুক্তানা মশাগী লৈত্তেংনবা অদুবু 'বেলোয়ারী' হায়না কৌই।। ৪৬৭

**অথ বৈরাগী—**

উল্লাসয়ন্তী ধম্মিল্লং রহঃস্থা প্ৰাণবন্ধুনা।
মালতী-কুসুম-স্রগ্‌ভি বৈরাগী রাগীণীস্মৃতা ॥ ৪৬৮

**নারদ সংহিতায়াঞ্চ—**

সুলক্ষ্মণী মানরতা প্রতাপিনী
নিঃশ্বাসযুক্তা স্থিরদৃষ্টি ভূতা।
বৈরাগিণী রাগমতা প্রদিষ্টা
(১) বিদগ্ধ ভূমিঃ কিল দেবরূপা ॥ ৪৬৯

**অথ বসন্তঃ—**

চূতাঙ্কুরৈরেব কৃতাবতংসো
বিঘূর্ণমানারুণনেত্রপদ্মঃ।
পীতাম্বরঃ কাঞ্চন চারুদেহো
বসন্তরাগো যুবতি প্রিয়শ্চ ॥ ৪৭০

**অথ তুড়ী—**

সুনৃত্যমানাভি সুনীলযুক্তা
মুক্তালতা কল্পিত হারযষ্টিঃ।
চূতাঙ্কুরং পাণিযুগে বহন্তী
যবারুনাঙ্গী কথিতা তুড়ীয়ং ॥ ৪৭১

**অথ পঞ্চমী—**

সঙ্গীত-গোষ্ঠীষু গরিষ্ঠভারং ( ভাবং )
সমাশ্রিতা গায়ন্-সম্প্রদায়ৈঃ।

---

**বৈরাগী**—অয়োনবা মকমদা লৈহুনা চান্নবনা মাপী শমজিদা মালতী পরেংনা লৈতেংবীবদা হয়াউ মথোই কাজবী অদুবু 'বৈরাগী' হায়না কৌই ॥ ৪৬৮

নারদ সংহিতাদদি—নিঙথিবা লক্ষণনা তিনবী, প্ৰতাপ চাউবী, শোর ফুরনা হোনবী, মিংকম হোংদনা য়েংবী, মীরমলেন অসিদা লাইনুপীওয়া ফাওবিবী অদুবু 'বৈরাগী' হায়না কৌই ॥ ৪৬৯

**বসন্ত**—লামায় ৫১ শ্লোক ২৭০ দা য়েংউ।

**তুড়ী**—অগোই শাবদা হৈশিংবী, মুক্তাপরেং শিবী, মথুং অনিনা হৈনৌ মপান-শায়বী, লমচৎ নিঙথিবী, কুচু হুতাং তঙ্গাংবী অদুবু 'তুড়ী' হাইনা কৌই ॥ ৪৭১

**পঞ্চমী**—পুং-জৈশ-অগোই হৈবশিংগা লোয়ননা সঙ্গীত-সভাদা অথোইবা শরুক

---

(১) বিদগ্ধবৃন্দৈঃ কিল সুন্দরীভিঃ—পাঠান্তরং

ঝর্ঝ্বা ঝনন্নূপুর পাদযুগ্মা
সা পঞ্চমী পঞ্চমবেদবিদ্যা ॥ ৪৭২

**নারদ সংহিতায়াঞ্চ—**

সংগীতবিদ্যা সুবিশারদা চ বিহারভাবা বরকামিনীয়ং।
প্রদীপ্তভাবা সুরসা সুবেশা শ্রীপঞ্চমী পঞ্চম-বেদবিদ্যা ॥ ৪৭৩

**অথ ললিতা—**

উষসি কেশস্য (সু) সংযমমাত্মনো
বিদধতী শায়নোত্থিতবত্যসৌ।
বিলুলিতালক বল্লিবৃতাননা
সুললিতা ললিতা কথিতা বুধৈঃ ॥ ৪৭৪

**নারদ সংহিতায়াঞ্চ—**

উষসি কেশমুখ সংযমঞ্চ
করোতি লীলা রতিভাব ধীরা।
চন্দ্রাননা লোহিত-নেত্রপদ্মা
সংপূজিতা তু ললিতাবরস্ত্রী ॥ ৪৭৫

---

য়ারিবী, মরেপ নেমতক তৌবী, থোঙ অনিমক্তা নূপুর মথোল থোকহনবী, পঞ্চম-বেদ হৈবী ( সঙ্গীত-শাস্ত্র খঙবী ) অদুবু 'পঞ্চমী ' হায়না কৌই ॥ ৪৭২

নারদ সংহিতাদা হায়বদি—সংগীতবিদ্যা চঙখোয়্না হৈবী, মথোন কারকপী, শৃঙ্গারগী শায়বদা হৈশিংবী, রসকী মশক ওইবী, অরুবা রাখল খলহৈবী, ফিজেৎ লৈতেং নিঙথিবী, পঞ্চমবেদ খঙবী অদুবু 'শ্রীপঞ্চমী' হায়না কৌই ॥ ৪৭৩

**ললিতা**—অয়ূক অঙনবদা হৌগৎলগা মশম মনা শেমজিল্লিবী, চোইথরকপা শম্নাংনা মায়থোং কূপলিবী, তনৌ তহেনবী অদুবু পণ্ডিতশিংনা 'ললিতা' হায়না কৌই ॥ ৪৭৪

নারদ সংহিতাদদি—অয়ূক অঙনবদা হৌগৎলগা মমায় অমদি মশম মনা শেমজিনবী রতি-লীলাদা ধীরা হায়বী নায়িকাগী মশক ওইবী, মায়থোং-থা-মানবী, তঙাংবী মিৎয়েনা থম্বাল লৈকা ঙমজবী, নায়ক মথৈনা থাগৎনবী, থোইদোক হেন্দোকপী অদুবু 'ললিতা' হায়না কৌই ॥ ৪৭৫

অথ পঠমঞ্জরী—

* সখী কলাপৈঃ পরিহাসশীলয়া
কচিৎ স্বসখিভিঃ পরিপূরয়ন্তী।
পত্রং মসীং সংকলমম্বহন্তী
মঞ্জুক্তি শীলা পঠমঞ্জরীয়ং ।। ৪৭৬

কর্ণোৎপলালম্বি মধুব্রতানাং
সং শৃন্বতী মঞ্জুল কূজিতানি।
কান্তান্তিকং গন্তুমনাঃ প্ৰদোষে
সা গুজ্জরী বেশকলাঞ্চিতাঙ্গী ।। ৪৭৭

অথ বিভাষা—

অধ্যাপয়ন্তী নিজশিষ্য-বৃন্দং
সঙ্গীত-শাস্ত্ৰাণি বিবেচনাভিঃ।
মনোহরা হারলতাভিরামা
সমস্তভাষা-কুশলা বিভাষা ।। ৪৭৮

**পঠমঞ্জরী**—মতাশিংগা ফাগি তৌদুনা নোক্রবী, মৃকনা উনাময়থক্তা শাইরিক ইরিবী, মীকৌ-মীয়াম ফজবী, লমচৎ নিঙথিবী অদূবু 'পঠমঞ্জরী' হায়না কৌই ।। ৪৭৬

**গুজ্জরী**—লামায় ৫৭ শ্লোক ২২১ নারদ সংহিতাগী মত য়েংউ। অৰ্থ থেয়দে। অহানবা পরেংদা 'অম্বি' গী মহুত্তা 'অম্বি' হায়বতনি ।। ৪৭৭

**বিভাষা**—শিষ্যমথেবু সঙ্গীতশাস্ত্ৰ তম্বীরিবী, যাথল চেনবী নিঙথিবা লীক-কোয়া লৈতেংবী, শক ফজবী অমসুং লোন পূন্নমক শু-: পঙবী অদুবু 'বিভাষা' হায়না কৌই ।। ৪৭৮

* সখী কলাপৈঃ পরিহাসমনা
সুরূপিনী কাম্যবিনোদিনী চ।
পীনস্তনী চৈব ধরাপ্রসুপ্তা
শ্যামা সুকেশী পঠমঞ্জরীয়ং ।। —পাঠান্তরং

অর্থ—মতাশিংগা ফাগি তৌনদুনা নোক্নবী, শকহেনবী, মপুরোযগা কায়নবদা য়ারবী, থবাক-ভানফম নিঙথিজবী, লৈমায়দা হিপলিবী, শ্যামাঙ্গী ওইবী, মশম শাংবী অদুবু 'পঠমঞ্জরী' হায়না কৌই ।।

**অথ হিল্লোলঃ—**

লীলা বিলাসেন পতন্ পৃথিব্যাং
উত্থাপিতস্তৎক্ষণ মালিবৃন্দৈঃ
উল্লাসয়ন্ গীতরসৈর্বিদগ্ধান্
হিল্লোলরাগঃ কথিতো রসজ্ঞৈঃ ।। ৪৭৯

**অথ মায়ূরী—**

* ময়ূরকেকা শ্রবণোল্লসন্তী
ময়ূরিকাং বীক্ষ্য-মুদং বহন্তী ।
ময়ূরবর্ণাভরণং দধানা
মায়ূরিকা সা কথিতা রসজ্ঞৈঃ । ৪৮০

**অথ দীপিকা—**

প্রদোষকালে গৃহ দেহলীষু
প্রদীপহস্তারুণ গাত্রবস্ত্রা ।
সীমন্ত সিন্দূর বিরাজমানা
সুরক্তমাল্যা কিল দীপিকেয়ং । ৪৮১

**অথ দেশকারী—**

সার্দ্ধং সখীভির্বিজনে বসন্তী (ল)
বিচিত্রবক্ষা নখরক্ষতাঙ্গী ।

---

**হিল্লোল**—লামায় ৮০ শ্লোক ৩৮৭ তা য়েংউ । থেন্নবদি 'চান্নবীশিংনা হায়বগী মহুত্তা 'মালিশিংনা' হায়বত'ন ।। ৪৭৯

**মায়ূরী**—বাহোং মখোল তাবদা পেঙ্গবী, বাহোংবু চুম্না য়েংঙবতনস্থ হরাউজবী, নাপ-লৈতেংস্থ বাহোং মতুনা ওইনবা অদুবু রস খঙবশিংনা 'মায়ূরীকা' হায়না কৌই ।। ৪৮০

**দীপিকা**—ফিজাঙ্ক শেংপী সিংগ্রেপ্ত সিন্দূর চাইবী, অঙাঙবা লৈ পরেং শিবী, থাউমৈ পায়রুনা থোঙজাব্দা লেপ্পী অদুবু 'দীপিকা' হায়না কৌই ।। ৪৮১

**দেশকারী**—লামায় ৮ শ্লোক ৩৮১ য়েংউ । 'দেশপাল'গী মথক তারপদা য়াওগ্রে । ৪৮২, ৪৮৩ অনি অসিস্থ অর্থ অমত্তান । অহানবগীদনা 'মখিগী মিংথেল' 

---

* ময়ূরকেকা শ্রবণানুরাগা ময়ূরিকাং বীক্ষ্যমুদং বহন্তী
ময়ূরবৃন্দৈঃ সহ নৃত্যমানা মায়ূরিকেয়ং কথিতা গুণজ্ঞৈঃ —পাঠন্তরং
অর্থ—মথক্তা হায়বগা অমত্তান । থেন্নবদি 'নাপ-লৈতেংস্থ ... ওইনবী' হায়বগী মহুত্তা 'বাহোংশিংগা পান্নমিন্নে' হায়বতনি ।

নিরীক্ষমাণা মণিদর্পণেষু
সা দেশকারী কথিতা মুনীন্দ্রৈঃ ।। ৪৮২

নারদ সংহিতায়াঞ্চ—

সার্দ্ধং সখীভির্বিজনে বহন্তী
বিচিত্রবক্ষোজ নখ ক্ষতানি
নিরীক্ষমাণামলদর্পণেষু
সা দেশকারী কথিতা গুণজ্ঞৈঃ ।। ৪৮৩

অথ পাহিড়া—

ভর্ত্তুর্দধানা চরণারবিন্দং
নিষেধয়ন্তী পয়দেশযানং ।
প্রকামদাম্পত্যসুখেনমুগ্ধা
সা পাহিড়া সংকথিতা কবীন্দ্রৈঃ ।। ৪৮৪

অথ বরাড়ী—

কর্ণেদধানা সুরপুষ্পযুগ্মং
সুবৃত্তবক্ষোজ মনোহরাঙ্গী ।
স্মেরাননা চারুবিলোলনেত্রা
গৌরাঙ্গ-যষ্টিঃ কথিতা বরাড়ী ।। ৪৮৫

নারদ সংহিতায়াঞ্চ—

বিচ্ছেদমনোশ্রুকুলা মদাক্ষী
সা নীলচীরা ধরণীং লুঠন্তী ।

হায়বদা অকোনবনা 'মক্তু্বা মিংশেল' হায়রবতনি । অর্থ য়ায়বদা ময়েক থয়া থেম্রবা য়াওবসিদি পূরমক্তা উবা ফংই । মচু অকায়বা নত্তে ।। ৪৮১-৮২

পাহিড়া—লংথৈ চৎকে ভৌবা মপুরোয়ববু মথোঙ পায়না থামজবী, মত্তে মনাউ হকপায়বগী নুংঙাইবদা পঙথবী অদুবু 'পাহিড়া' হায়না কৌই ।। ৪৮৩

বরাড়ী—মামাই ৫৩ শ্লোক ২৮৮ য়েংউ । অকোনবা মত অমিগী অর্থদি—কীবং শেংপী, কায়না মৈনা চাকপী, অশাউবা মিৎয়েংদা পি শিহবী, লৈমায়দা ওয়া থোইনা থাঙবী, মপুরোয়ববু কাউবা লৈতনা নিঙশিংবী, ময়াঙ কংথয়বী অদুবু 'বরাড়ী হায়না কৌই ।। ৪৮৪-৪৮৫

মায়হাটী—মশাগী অহাননা ময়ালমক্তদা বারোশ্রবা মপুরোয়ববু অচুবা অশোংবা

প্রিয়ানুরাগং সততং স্মরন্তী
কৃশাঙ্গ-যষ্টিঃ কথিতা বরাড়ী ।। ৪৮৬

**অথ মারহাটী—**

উৎপন্নমাত্রে প্রথমাপরাধে
মানং রহঃ কর্ত্তুমনাশ্চিরেণ।
ঋজু-স্বভাবা নিয়তং বদন্তী
সা মারহাটী হঠকেলিজুষ্ট' (যু)। ৪৮৭

**অথ কর্ণাটঃ—**

কৃপাণপাণিস্তুরগাধিরূঢ়ো
ময়ূরকণ্ঠোপম কণ্ঠকান্তিঃ।
সুবেষ্টিতোষ্ণীষধরঃ প্রয়াতি
কর্ণাটরাগো হরিণং বিতন্তং ।। ৪৮৮

**অথ নাটিকা—**

চিরং নটন্তী শুভরঙ্গমধ্যে
(১) বিচিত্ররত্নাভরণা সুমধ্যা।
সঙ্গীত ( সুগীত ) তালেষু কৃতাবধানা
নাটী সুশাটী-পরিধান শীলা ।। ৪৮৯

**অথ ভূপালিকা—**

স্বনায়কং পুষ্পলতাধিরূঢ়ং
সমুন্মুখী তং সমুদীক্ষমাণা।
প্রয়াচ মানা কুসুমানি শশ্বৎ
ভূপালিকা সা কথিতা সুধীভিঃ ।। ৪৯০

---

বাহৈনা হন্না হন্না ভাকপিনবা হায়জন্না খুদক্তা শান্নমিন্নবা থেমজরিবী অদুবু 'মারহাটী' হায়না কৌই ॥ ৪৮৭

**কর্ণাট**—লামায় ৪৯ শ্লোক ২৬৫ য়েংউ। মোমোন নোকপশী মহুত্তা শূহপ উন্নী হায়বতনি ॥ ৪৮৮

**নাটিকা**—খ্বাঙজেংবী, নিঙথিবা মণিমুক্তানা লৈতেংনবী, কীজোন ফজবা শেৎপী, জগোইশঙদা মতম কুইনা জগোই শারবী, তাল-লয় নিঙথিনা থঙবী অদুবু 'নাটী' হায়না কৌই ॥ ৪৮৯

**ভূপালিকা**—লৈশী উরীদা কাখৎপ্রবা চায়ববু মমায় হংগৎনা য়েংন্না মথুৎ তিং-থোক্না লৈ নিজরিবী অদুবু পণ্ডিতশিংনা 'ভূপালী' হায়না কৌনৈ ।। ৪৯০

---

(১) সং প্রাপ্তরক্তী নটনং বসন্তং—পাঠান্তরং

**নারদ সংহিতায়াঞ্চ—**

স নায়কা পুষ্পগণং সৃজন্তী

সুবেশমালা বরকামিনীয়ং ।

উল্লাসিতা প্রেমাকুলামদাক্ষী

ভূপালিকা সা কথিতা রসজ্ঞৈঃ ॥ ৪৯১

**অথ রামকেলী—**

অধ্যাপয়ন্তী শুকসারশারীঃ (? ?)

শ্রীরামরামেতি সুবেশ লক্ষ্মীঃ ।

বামস্তনার্দ্ধ স্খলিতাংশুক-শ্রীঃ

শ্রীরামকেলিঃ কথিতা বিদগ্ধৈঃ ॥ ৪৯২

**নারদ সংহিতায়াঞ্চ—**

শ্রীরামরামেত্যনিশং জপন্তী

পূজারতা পুষ্পচয়ৈঃ সুবাসাঃ ।

সানন্দরূপা করুণাদ্রদেহা

শ্রীরামকেলিঃ কথিত বিদগ্ধৈঃ ॥ ৪৯৩

**অথ গড়া—**

বিশেষ বিদগ্ধবতী সমস্তা (স্তাং ?)

কলাবিলাসেন বিমোহয়ন্তী ।

বৃহন্নিতম্বা পরিপুষ্টদেহা

গড়া প্রগল্ভস্তনভার ভব্যা ॥ ৪৯৪

নারদ সংহিতাদদি—চায়বগা লোয়ননা লৈগী লৈতেং লমজারবী, ফিজেৎ নিঙথিবী, নূপীলক্তগী অথোইবী, ময়াই কায়বী, হরাউজবা, নুংশি মিংয়েংনা য়েংজবী অদুবু মস খঙবশিংনা 'ভূপালী' হায়না কৌনৈ ॥ ৪৯১

**রামকেরী** (লী)—চোঙা স্তেনবামগাশিংদা শ্রীরাম রাম হায়না শোনবা থোক্লবা শুগীরিবী, ফিজেৎ নিঙথিবী, লন চেনবী, ওয়গী থবাক্তগী কি নাম্বরিবী শকলেনবী অদুবু পণ্ডিতশিংনা 'শ্রীরামকেলী' হায়না কৌই ॥ ৪৯২

নারদ সংহিতাদদি—অতৎপা লৈতনা শ্রীরামগী নাম লোঙবী, লৈগী মপেনা পূজা কচবী, ফিজেৎ নিঙথৌবী, নুংঙাইথোকপা লৈবী, থোজালহৈবী অদুবু অখঙবশিংনা 'শ্রীরামকেলী' হায়না কৌনৈ ॥ ৪৯৩

**গড়া—**কামগী লীলাদা চঙথোক্না লৈবা মশাগী মতৌদা মথন্তা ওকচবী, নিঙজোন কনবী, মশা নোয়বী, থবাক হৌকথরবী অদুবু 'গড়া' হায়না কৌই ॥ ৪৯৪

**নারদ সংহিতায়াঞ্চ—**

বিশেষ বিদগ্ধবতী সমন্তাৎ
কলাবিলাসেন বিমোহয়ন্তী।
বৃহন্নিতম্বা কৃশমধ্যভাগা
পীনস্তনী সৈব গড়া প্রদিষ্টা ।। ৪৯৫

**অথ কামোদী—**

ভর্ত্রা সমং চাম্ভসি সঞ্চরন্তী
পয়োবিহারেণ সরোরুহানি।
বিচিন্বতী সৌরভ মোদমানা
কামোদরাগিন্যুদিতা মুনীন্দ্রৈঃ ।। ৪৯৬

* **অথ কল্যাণী—**

ব্যাধুতা নটন পরিশ্রমেণ বালা
লীলাভিঃ সদসিকৃতাদরা নটেন।
কল্যাণী কলয়তি হস্ত হাবহেলং
প্রস্থানোন্মুখরিত কিঙ্কিণী কলাপং ।। ৪৯৭

ইতি শ্রীকৃষ্ণরস-সঙ্গীত-সংগ্রহে ইত্যাদি লীলাপুরুষোত্তম শ্রীনন্দনন্দন-রূপনাম-গুণাদি-গান-হেতুকং প্রয়োগোত্তমারত্নমালা (রাগমালা) নির্ণয়বিরচনংনাম তৃতীয়-প্রকরণং ।।

নারদ সংহিতাদদি—মথকী পরেং অনিদি অমত্তনি মথাগী অর্থদি—খ্বাইজেংবী, থবাক মত্তোন তুখী অসিবু 'গড়া' হায়না কৌই ।।

**কামোদী**—মামায় ৫৪ শ্লোক ২৮১ য়েংউ।

**কল্যাণী**—হাইনা ছম্না অমদি কে-না, যানা জগোই শাবদা মীয়াম্না পেয়বী, ঈশৈ শক্না শক্না মথুংনা অভিনয় তৌবী, লেঙবা ওৎপদা খ্বাঙ্গোয় মখোল নিঙথিনা খোকহনবী অদুবু 'কল্যাণী' হায়না কৌই।। ৪৯৭

অসুম্না শ্রীকৃষ্ণরস সঙ্গীত সংগ্রহ কৌবা লাইরিক্তা লীলা-পুরুষোত্তম ওইবা, শ্রীনন্দ-নন্দন-কৃষ্ণগী-নাম-গুণনাচিংবা শকপা খোনবগী মরীদা শীজিন্নগদবা স্বর অমসুং "রাগ রাগিণী পরেং লেংশিনবা" হায়না কৌবা অহুম শুবা মতাং অদু লোইরে ।।

* স বাসকে নৃত্যাতি বেশশীলা
লাবণ্য লীলা কলীতাঙ্গশোভা।
কেয়ূরকং নূপুর কিঙ্কিণী গণং
কল্যাণিকেয়ং পরিবাদয়ন্তী ।। —পাঠান্তরং

অথ—মিঙথিনা ফিজেৎ লৈতেংবী, কেবা-মোবা হৈবী, মশাগী যুমদা জগোই শাবী, পাম্বোম ফাবী-নূপুর অমদি কিঙ্কিণী মখোল খোকহনবী অদুবু 'কল্যাণী' হায়না কৌই।

# অথ চতুর্থপ্রকরণং

## অথ পুনস্তালাঃ

তালস্য নানাত্বং তজ্জ্ঞান প্রকারঞ্চ (শ্চ) সঙ্গীত-দর্পণস্য তালাধ্যায়োক্তং সংক্ষেপেণ লিখামি ।।

তৌর্য্যত্রিকন্তু মন্তে ভস্তালস্তস্যাঙ্কুশংবিদুঃ ।
ন্যূনাধিক প্রমাণস্তু প্রমাণং ক্রিয়তে যতঃ ।। ৪৯৮
কালঃ ক্রিয়াচ মানং চ সম্ভবন্তি যথা সহ ।
তথা তালস্য সংভূতিরিতি জ্ঞেয়ং বিচক্ষণৈঃ ।। ৪৯৯
কালঃ ক্ষণাদিকো জ্ঞেয়স্তালয়োর্ঘটনং ক্রিয়া ।
ক্রিয়য়োরন্তরং যত্তু বিরামো মানমুচ্যতে ।। ৫০০

অথা চ শিবকিঙ্করঃ—

কালো লঘ্বাদি মিতয়া ক্রিয়য়া সাম্মিতোমিতিম্ ।
গীতাদেবিদধত্তালঃ স চ দ্বেধা বুধৈঃ স্মৃতঃ ।। ৫০১

মথংদা তালগী মরম হায়রি

মথল মথা অয়াম্বা তালগী মশক অমসুং মদুবু থওনবগী ময়মশিং অছু সঙ্গীত-দর্পণগী তাল-অধ্যায়দা তাকপা মতুং ইন্না শন্নপা ইরি মতদি—

তৌর্য্যত্রিক ( পুং-ঈশৈ-জগোই ) হায়বসি ময়াই কায়বা শামুনি, তাল হায়বসিনা মদুবু লাক্কবা কাত্তিনি । অসিগুম্বা তাল অসিনা ঈশৈনচিংবগী অথোই অহেন ওয়নবা মচাংনি ।। ৪৯৮

কাল ( মতম ), ক্রিয়া, মান ( মচাং )—পুন্নমক অসিবু মতম অমত্তদা পাঙথোকহনবা য়ানবা শেমবা মওঙ অচুদগী 'তাল' হায়বসি থোকখিবনি হায়বদি অথঙ-অহৈশিংগী মতনি থওনগনি ।। ৪৯৯

ক্ষণনচিংবগী মশক ওইনা থওনয়িবচু 'কাল' ( মতম ) নি । অসিগুম্বা মতমসু থায়-যোক্লিবা নত্রগা তিমহান্নিবা মওঙ অদুনা 'ক্রিয়া' নি । ক্রিয়া অনিগী মরক্তা লৈবা অয়নবা মতম অদুবুনা 'মান' ( মচাং ) কৌই ।। ৫০০

শিবকিঙ্করনা হায়—লঘুনচিংবনা মচাং থওহনবা ক্রিয়ানা অমুক মচাং ওইনা ঈশৈনচিংববু ওনথদা চঙবা কাল অদুবু 'তাল' কৌই । মসিবু পণ্ডিতশিংনা মথল অনি ওই হায় ।। ৫০১

**অথা চ হরিভট্টঃ—**

তালঃ কাল ইতি খ্যাত আবাপাদি ক্রিয়ান্বিতঃ।
প্রাণৈস্তু দশভির্যুক্তস্ত্রৌর্যাত্রয়ন্বিতো ভবেৎ ॥ ৫০২

**(তথা চ বিনোদঃ)—**

হস্তদ্বয়স্য সংযোগেঽসংযোগে বাপি বর্ত্ততে।
ব্যাপ্তিমাত্রো দশপ্রাণৈঃ স কালস্তাল সংজ্ঞকঃ ॥ ৫০৩
মার্গ-দেশী গতত্বেন তালোঽসৌ দ্বিবিধো মতঃ।
শুদ্ধ সালগ সংকীর্ণস্তালভেদাঃ ক্রমাস্মৃতা ॥ ৫০৪

## অথ দশপ্রাণাঃ

কালো মার্গঃ ক্রিয়াঙ্গানি গ্রহ (গ্রহো) জাতিঃ কলালয়াঃ।
যতিঃ প্রস্তারকশ্চেতি তাল প্রাণাদশস্মৃতাঃ ॥ ৫০৫
ক্ষণাদিরূপো যঃ কালঃ স প্রাণত্বেন কীর্ত্ত্যতে।
গীতাদেস্তু মিতিং কুর্বন্ এব যাতি তালতাং ॥ ৫০৬
ক্ষণাদি রূপকস্তালঃ ক্ষণং নেতুং ন শক্যতে।
অনুদ্রুতং সমারম্ভা তালকালোঽত্র কথ্যতে ॥ ৫০৭

হরিভট্টনসু অসুম্না হায়—*আবাপনচিংবা ক্রিয়াশিংনা মচাং ওইনবা মতম অদুবু 'তাল' হায়বনি। মসিগী প্রাণ ১০নি। মসিনা পূং-ঈশৈ-অগোইগী ওয়নবা থুংলায়নি ॥ ৫০২

বিনোদনা হায়—খুৎ অনিগী তিন্নবা অমদি হাইদোকপগী মনুং চনবা অচুপা প্রাণ ১০না তিনবা অচুগুম্বা মতম 'তাল' কৌই ॥ ৫০৩

অসিগুম্বা তাল অসি অনি শুই মচুদি 'মার্গ' অমসুং 'দেশী'। মখোয় অমমমগী অমুক ০/৩ থোকলি মচুদি - 'শুদ্ধ', 'সালগ' অমসুং 'সংকীর্ণ' ॥ ৫০৪

### তালগী প্রাণ ১০

তালগী প্রাণ ১০ শুই মচুদি—কাল, মার্গ, ক্রিয়া, অঙ্গ, গ্রহ, জাতি, কলা, লয়, যতি অমসুং প্রস্তার ॥ ৫০৫

ক্ষণনচিংবগী মথক তাকপা অচুগুম্বা মতমগী মথক অদুবু 'প্রাণ' কৌই। ঈশৈনচিংববু ওল্লিবা মথক অচুনা তাল কৌই ॥ ৫০৬

ক্ষণনচিংবগী মথক ওইবা তালনা মতমগী মচাং লেপ্পা ওমদবদগী অনুদ্রুতদগী হৌদুনা তালগী মতম হায়রি। দ্রুতনচিংবনা মচাং ওনবা ( মমিং থোন্নবা ) অচুগুম্বা মতম

* ক্রিয়া প্রাণদা য়েংউ।

তালঃ কাল ইতি প্রোক্তঃ সোঽবচ্ছিন্নো দ্রুতাদিভিঃ।
গীতাদি মানকর্ত্তা স্যাৎ স দ্বেধা কথিতো বুধৈঃ।। ৫০৮
শিবশক্ত্যাত্মকং পুণ্যং যশস্যং ভুক্তি-মুক্তিদং।
দশপ্রাণাত্মকং তালং যো জানাতি স তত্ত্ববিৎ।। ৫০৯
দশপ্রাণ পরিজ্ঞানে প্রবীণস্তাল ধারকঃ।
নৃত্যাদিষু প্রশস্তং স্যাদিতরস্তু মৃতোপমঃ।। ৫১০

* অথ কাল প্রাণঃ—

পদ্মপত্রশতৈকৈকচ্ছেদনকালঃ ক্ষণঃ স্মৃতঃ।
একভেদেন সূচ্যগ্রে ক্ষণ ইত্যভিধীয়তে।। ৫১১
লবঃ ক্ষণৈরষ্টভিঃ স্যাৎ কাষ্ঠা স্যাদষ্টভির্লবৈঃ।
স্যান্নিমেষোঽষ্ট কাষ্ঠাভিঃ নিমেষৈরষ্টভিঃ কলা।। ৫১২
কলাদ্বয়ী চতুর্থাঙ্গঃ (র্ভাগঃ) স এব ত্রুটিরুচ্যতে।
অমু (চতু) র্ভাগদ্বয়েনৈব বিন্দ্বর্ধং (দ্ধং) পরিকীর্ত্তিতং।। ৫১৩
অণুদ্বয়ী দ্রুতঃ প্রোক্তো দ্রুতদ্বয়ী লঘুঃ স্মৃতঃ।
লঘুদ্বয়ী তু বক্রঃ স্যাল্লত্রয়েণ প্লুতো মতঃ।। ৫১৪

অদুবু 'তাল' কৌই। মসিনা ঈশৈনচিংববু মচাং ওয়ৈ, মসিগী মখল অনিনি।। ৫০৭-৫০৮

তাল হায়বসি শিব অমসুং শক্তি (দুর্গা) গী মশক্তি। পুণ্য, মিংচৎ, মখল মখলগী অপাম্বা (ভোগ) অমদি মোক্ষ (অবা অনা কোকহনবা) পীনহৈবনি।। ৫০৯

অসিগুম্বা তালগী প্রাণ ১০ অসিবু মুম্না মখক খঙবা, তাল মনিঙ ভৌনা শিজিন্নবা ওম্বা অহুওম্বা মীশিং অহুতনা জগোইনচিংবদা থাগৎনিংঙাই ওই অহুগা মসিবু খঙদ্রবা মীওইশিং অহুদি অশিবগা পাংখক ওই।। ৫১০

হৌজীক কাল কৌবা প্রাণ অহুগী মরম হায়রি—

থবাল মনা চামবু মথং মথং লোন্নরগা য়েত্থ্ম মতোন্না অমুক্তদা পুন্না কাওনবা থিনবদা চঙবা মতম অদুবু 'ক্ষণ' হায়না কৌই।। ৫১১

ক্ষণ ৮ না লব অমা, লব ৮ না কাষ্ঠা অমা, কাষ্ঠা ৮ না নিমেষ অমা, অমসুং নিমেষ ৮ না কলা অমনি।। ৫১২

কলা অনিনা চতুর্ভাগ অমনি, মদুবু 'ত্রুটি' হায়না খঙনৈ। চতুর্ভাগ অনিনা বিন্দ্বর্দ্ধ অমনি।। ৫১৩

অণু অনিনা দ্রুত অমা, দ্রুত অনিনা লঘু অমা, লঘু অনিনা বক্র অমা (গুরু), লঘু অহুমা প্লুত অমা ওই।। ৫১৪

* সঙ্গীত শাস্ত্র লামায় ২২০

ইতি কালগতিঃ প্রোক্তা তালজ্ঞৈঃ পূর্ব্বসূরিভিঃ ॥ ৫১৫
ইতি কালঃ প্রথমঃ প্রাণঃ ॥

## অথ মার্গ প্রাণঃ—

### ( তথাচ রত্নাকরঃ )

মার্গাঃ স্যুস্তত্র চত্বারো ধ্রুবশ্চিত্রশ্চ বার্ত্তিকঃ।
দক্ষিণশ্চেতি তত্রস্যাৎ ধ্রুবকে মাতৃকা কলা ॥ ৫১৬
ইত্যাদি মত ( দেশ ) ভেদানুচ্চার্য্য স্বয়মাহ।
সর্ব্বেষাং মতমাশ্রিত্য মার্গা দ্বাদশধা কৃতাঃ ॥ ৫১৭
তেষাং ( তু ) মার্গ ভেদানাং কলাভেদাৎ প্রচক্ষ্মহে।
তদর্দ্ধার্দ্ধ প্রভেদেন শাস্ত্রতঃ সাম্প্রদায়তঃ ॥ ৫১৮
তত্র দক্ষিণমার্গেতু মাত্রাষ্টকমুদা হৃতং।
বার্ত্তিকে তু চতুর্মাত্রশ্চিত্রমার্গো দ্বিমাত্রকঃ ॥ ৫১৯
একমাত্রা চিত্রতরে দ্রুতশ্চিত্রতমে মতঃ।
তত্র ( অতি ) চিত্রতমে মার্গেঽনুদ্রুতঃ পরীকির্ত্তিতঃ ॥ ৫২০
চতুর্ভাগে তদর্দ্ধা স্যাৎ কলা সকলিতা কৃতিঃ।
ত্রুটিস্তদর্দ্ধভাগঃ স্যাদনুত্রুটি তদর্দ্ধকং ॥ ৫২১

মওঙ অসুম্না থায়নগী তালহৈবা পণ্ডিতশিংনা কালগী খোঙচৎ তাকপিয়ম্মী। মতাং অসিদা অহানবা 'কাল' কৌবা তালগী প্রাণ (থবায়) অদু তাকপা লোইয়ে। ৫১৫

মার্গপ্রাণগী মরম হায়রি—

( রত্নাকরনা হায় )—মার্গ প্রাণ মখল মরিনি মদুদি—ধ্রুব, চিত্র, বার্ত্তিক অমসুং দক্ষিণ। ধ্রুব মার্গদা মাত্রা অমগী কলা লৈগনি ॥ ৫১৬

অসিনচিংবা লৈবাক লৈবাক্কী খেন্নবা অপুম্বগী মত লোন্থনা বিচার তৌরগা মার্গবু মখল ১২ থোক্না থায়দোক্লম্মী। অতোপ অতোপ্পা মার্গগী ভোঙান ভোঙানবা কলা লৈ, মদু শাস্ত্র অমসুং সম্প্রদায় ( গুরু পরম্পরা ) খেন্নবা মতুংইন্না অমগা অমগা ভংথায় অমমম খেন্নে ॥ ৫১৭-১৮

দক্ষিণ মার্গদা মাত্রা ৮ গী কলা লৈ, বার্ত্তিক-তা মাত্রা ৪গী কলা, চিত্র মার্গদনা মাত্রা ২গী কলা লৈ। চিত্রতমদদি দ্রুত কলানি হায়বদি মাত্রা ভংথায়নি। অতিচিত্রতমদদি অনুদ্রুত (১/৪) কৌখয়ে ॥ ৫২০

চতুর্ভাগতনা মসিগী কলা ভংথায় অমনি (১/৮), ত্রুটিদনা অমুক মসিগী কলাগী মাত্রা ভংথায় অমনি (১/১৬), অনুত্রুটিদনা অমুক মসিগী ভংথায় (১/৩২), ঘর্ষণদনা অমুক মসিগী

তদর্দ্ধং ঘর্ষণং চ স্যাত্তদর্দ্ধং চানুঘর্ষণং।
এতদর্দ্ধস্বরে প্রোক্তং সূক্ষ্মতত্ত্বার্থ বেদিভিঃ ॥ ৫২২
একাবৃত্তির্দ্দক্ষিণে স্যাত্ততো দ্বৌ দ্বৌ প্রয়োজয়েৎ।
যদা লক্ষণ-সহিতং কমনীয়ং তদাভবেৎ ॥ ৫২৩

ইতি মার্গাঃ দ্বিতীয়প্রাণাঃ ॥

**অথ ক্রিয়াপ্রাণঃ—**

নিঃশব্দা শব্দযুক্তা চ কলা ( ক্রিয়া ) চ দ্বিবিধা মতা।
নিঃশব্দা চ কলাপ্রোক্তা চতুর্দ্ধা সা প্রকীর্ত্তিতা ॥ ৫২৪
অবাপাদি প্রভেদেন তল্লক্ষণ মথোচ্যতে।
অবাপশ্চাথ নিষ্ক্রামো বিক্ষেপশ্চ প্রবেশকঃ ॥ ৫২৫
নিঃশব্দেতি চতুর্দ্ধোক্তা সশব্দাপি চ চতুর্বিধা।
ধ্রুবঃ শম্পাস্তথা তালঃ সন্নিপাত ইতীরিতঃ ( ১ঃ ? ) ॥ ৫২৬
ঘাতঃ ( পাতঃ ) কলাচ সা জ্ঞেয়া তাসাং লক্ষ্মাভিধীয়তে।
অবাপস্তত্র হস্তস্যোত্তানস্যাপ্রসৃতাঙ্গুলে ( স্যাঙ্গুলিকুঞ্চনাৎ ) ॥ ৫২৭
(১) নিষ্ক্রামস্তুগ্রহস্তস্যোত্তানস্য প্রসৃতাঙ্গুলে ॥ ৫২৮

তংখায় (ভাঁ), অনুঘর্ষণদনা অমুক মসিগী তংখায়নি (১ঁ৮), স্বরদসু মসিগী তংখায়নি (২ঁ৮)। তাঙ্গী অকুপ্পা তত্র খত্তবশিংনা মওঙ অস্নুম্না বর্ণণ তৌরম্মী ॥ ৫২১-২২

দক্ষিণ মার্গদা বৃত্তি অমা, অতুগা মথং তাবনা অনি অনি ওইগনি। মসিদা লক্ষ-লক্ষণনা অমুক তিল্লবদি পূক্লিত হূনবা মশক ওইরকই ॥ ৫২৩

অনি শুরকপা মার্গ কৌবা প্রাণদি মসিনি ॥

হুজীক ক্রিয়াপ্রাণগী মরম হায়রি ( তাম্বাগী মওঙ )—ক্রিয়া অনিনি—নিঃশব্দ অমসুং সশব্দ ( মখোল খোক্তবা অমসুং খোকপা )। নিঃশব্দবু কলাসু কৌই—মসি মথল মরি শুই। 'অবাপ' হায়বনাচংবা খেন্নবা লৈবদগী মখোয় অতুগী মশক তাকলি মতুদি—অবাপ, নিষ্ক্রাম, বিক্ষেপ, প্রবেশক—অসুম হায়না নিঃশব্দগী মথল মরিনি ॥ ৫২৪-৫২৫

অসিগুমতুনা সশব্দগীসু মথল মরিনি মতুদি—ধ্রুব, শম্পা, তাল অমসুং সন্নিপাত। সশব্দ কলাবু ঘাত ( পাত ) হায়নসু খঙৈ। মখোয়গী মওঙ মতৌ হায়রি—

অবাপ—খুৎ লোংখোক্লগা খুৎচা পূমমক কোনশিল্লবদি মতু অবাপ কৌই ॥ ৫২৬-৫২৭

নিষ্ক্রাম—অবাপকী খুৎ অতুনা তিংখোক্লবদি 'নিষ্ক্রাম' কৌই।

(১) নিষ্ক্রামোঽধস্তলস্য স্যাদঙ্গুলীনাং প্রসারনাৎ।
ক্ষেপো দক্ষিণ পার্শ্বস্থোত্তানস্য প্রসৃতাঙ্গুলেঃ ॥
প্রবেশোঽধস্তলস্য স্যাদ্বিক্ষেপোঽঙ্গুলিকুঞ্চনং। —পাঠান্তরং

বিক্ষেপোঽধস্তলঃ স স্যাৎ প্রবেশোঽস্তি নিকুঞ্চনং।
ধ্রুবো হস্তস্য ঘাতঃ ( পাতঃ ) স্যাচ্ছোটিকাশব্দ পূর্ব্বকঃ।। ৫২৯
শম্পাদ্দক্ষিণ হস্তস্য কা ( তা ) লো বাম করস্যতু।
উভয়োঃ সন্নিপাতঃ স্যাত্তাসাং মার্গবশ্যান্বিত (বশান্বিতিঃ) ।। ৫৩০
ইত্যষ্টৌ ক্রিয়য়াঃ তৃতীয় ( ক্রিয়া ) প্রাণঃ।

* অথ অঙ্গপ্রাণঃ—

অনুদ্রুতো দ্রুতশ্চেতি দবিরামো লঘুস্তথা।
লবিরামো গুরুশ্চেতি প্লুতশ্চেতি যথাক্রমং।। ৫৩১
সপ্তাঙ্গানি ক্রমাস্তালে জ্ঞাতব্যাস্ত ( নি ) সদাবুধৈঃ।
অনুদ্রুতো বাতজাতো দ্রুতশ্চ জল সম্ভবঃ।। ৫৩২
সমীর-জল সম্ভূতো দবিরামো হি কথ্যতে।
লঘুরগ্নিভবঃ প্রোক্তো লবিরামো জলাগ্নিনা।। ৫৩৩
গুরুরাকাশ-সম্ভূতো দীপ্তো ধরণি সম্ভবঃ।
অনুদ্রুতে চন্দ্রদেবো দ্রুতে শম্ভুর্বিধীয়তে।। ৫৩৪
দবিরামে কুমারঃ স্যাল্লঘৌ দেবী স্মৃতা বুধৈঃ।
লবিরামে স্মৃতো জীবো গুরৌ গৌরীযুতঃ শিবঃ।। ৫৩৫

---

**বিক্ষেপ**—খুৎচা তিংথোক্লবা খুৎনা উপশিন্নবদি 'বিক্ষেপ' নি।
**প্রবেশক**—অউপ্পা খুৎকী খুৎচা কোনশিনববু 'প্রবেশক' কৌই।
**ধ্রুব**—মখোল থোক্না খুৎকাপ্পি কাপ্পবু কৌই।। ৫২৯
**শম্পা**—য়েৎকী খুৎনা ওয়গী খুত্তা ফুরবদি মদু 'শম্পানি'।
**তাল**—মথকী অসিগুম্না ওয়না য়েৎতা ফুয়বদি 'তাল' কৌই।
**সন্নিপাত**—চপ মান্নয় চঙশিন্নদুনা খুৎ অনিমক খুবাক থুরবদি মদুবু 'সন্নিপাত' কৌই।
মখোয় পুম্নমক অসি মার্গগী মতুংইন্না মচাং লেপকনি।। ৫৩০
অহুমশুবা ক্রিয়াপ্রাণগী ক্রিয়া ৮ গী মথক্তি মসিনি।

**অঙ্গপ্রাণ**—অনুদ্রুত, দ্রুত, দবিরাম, লঘু, লঘুবিরাম, গুরু অমসুং প্লুত হায়না মথং মনাউ নাইনা অঙ্গ তরেৎ থোক্না থায়দোক্লগা অশিংবশিংনা মদুবু তালদা শীজিন্নৈ।

মখোয়গী থোক্লককমদি—অনুদ্রুতনা নুংশিতগী, দ্রুতনা ঈশিংদগী, দবিরামনা ঈশিং-নুংশিং অনিমক্তগী, লঘুনা মৈদগী, লবিরামনা মৈ অমসুং ঈশিংদগী পোকই। গুরুনা অতিয়াদগী, দীপ্ত নত্রগা প্লুতনা পৃথিবীদগী পোকই।। ৫৩১-৫৩৪

মখোয় অসিগী লাইশিংদি—অনুদ্রুতগীনা চন্দ্র (থা), দ্রুতগীনা শম্ভু ( মহাদেব ),

---

* অতোপ্পা লাইরিকশিং থয়দদি 'কাকপদ' য়াওরগা অঙ্গপ্রাণ নিপান ওই।

দীপ্তে ত্রয়ো বিরিঞ্চাদ্যা দেবতা মুনিভিঃ স্মৃতাঃ।
তিত্তিরশ্চটকশ্চৈব বকশ্চাতককোকিলাঃ ॥ ৪৩৬
বায়সঃ কুক্কুটশ্চৈব ক্রমাদুচ্চারয়ন্ত্যমী।
(১) অস্ত্যাদ্যাক্ষরৈর্জ্ঞেয়ং সন্তি সংজ্ঞান্তরাণ্যপি ॥ ৫৩৭
অনুদ্রুতশ্চার্দ্ধচন্দ্রঃ করজশ্চার্দ্ধ বিন্দুকং।
অর্দ্ধদ্রুতং চাণুসঙ্গং সাঙ্কুশং ধনুসংজ্ঞকং ॥ ৫৩৮
(২) অনাবেতানি নামানি কথিতানি বিপশ্চিতা।
বিন্দুকং (৩) ব্যজনং শূন্যং ( দ্রুঃ ) দ্রুতঞ্চার্দ্ধমাত্রিকং ॥ ৫৩৯
সুবৃত্তঞ্চ তথাজ্ঞেয়মাকাশঞ্চ ততোত্তমং।
খং কূপং বলয়ং জ্ঞেয়ং দ্রুতনামান্যনুক্রমাৎ ॥ ৫৪০
ব্যাপকঃ সরলোহ্রস্বঃ শরোদণ্ডো লমাতৃকঃ।
লঘৌ মেরুরিমঃ সংজ্ঞা বাণাখ্যাঃ সর্ব্বসম্মতাঃ ॥ ৫৪১
দীর্ঘো বক্রো দ্বিমাত্রঃ স্যাৎ পূজ্যো গোঽথকলাভিধঃ।
কেয়ূর নূপুরৌ হারস্তাটঙ্কঃ কঙ্কণো গুরুঃ ॥ ৫৪২
গুরোশ্চ যানি নামানি গুরুত্বাত্তান্যপি ধ্রুবং।
ত্রিমাত্রং সামজং শৃঙ্গী প্লুতো দীপ্ত লঘু ( প্লুতো ) ভবেৎ ॥ ৫৪৩

দবিরামগীনা কার্ত্তিক, লঘুগীনা দেবী ( দুর্গা ) নি ॥ লবিরামগীনা বৃহস্পতি, গুরুগীনা শিব-পার্ব্বতী অনিনি। দীপ্ত (প্লুত) গী লাইদি ব্রহ্মা-বিষ্ণু-মহেশ্বর অহুমকনি—অসুম্না মুনিশিংনা হায় ॥

মখোয় অসিগী খোঙ্হোক্না মায়বদি মথংশিংনা—তিত্তির ( উরেম্বী ), চটক ( শেন্দ্রাং ), বক ( উরোক ), চাতক ( নোংগোবী ), কোকিল, বায়স ( কাক ), কুক্কুট ( য়েনবা )—মখোয় অসিনি ॥ ৫৩৪ ৫৩৭

অগুনচিংবা অসিগী খঙনবা মমিং অতৈস্থ লৈরি মদুদি—অনুদ্রুত, অর্দ্ধচন্দ্র, করজ, অর্দ্ধবিন্দু, অর্দ্ধদ্রুত, অণু, অঙ্কুশ অমসুং ধনু—মখোয় অসি অণু ( অনুদ্রুত ) গী খঙনবা মমিং মক্তনি ॥ ৫৩৮

অসুম ভোনা 'দ্রুত' গীনা—বিন্দু, ব্যজন, শূন্য, দ্রু, দ্রুত, অর্দ্ধমাত্র, সুবৃত্ত, আকাশ, উত্তম, খ, কূপ অমসুং বলয় ॥ ৫৩৯-৫৪০

'লঘু'-গীনা—ব্যাপক, সরল, হ্রস্ব, শর, দণ্ড, ল, মাতৃক, মেরু অমসুং বাণ হায়বদি তেন খঙনবা সংস্কৃত শব্দ—তীর, শর অসিনচিংবা বাহৈ পুন্নমক ॥ ৫৪১

গুরু-গীনা—দীর্ঘ, বক্র, দ্বিমাত্র, পূজ্য, গ, কলা, কেয়ূর, নূপুর, হার, তাটঙ্ক, কঙ্কণ, গুরু অমসুং বৃহস্পতিগী মমিং খঙনবা অতৈ বাহৈ পুন্নমক গুরুগী মমিং ওইনা খঙবৈ ॥

(১) অথাদ্যক্ষরকৈ (২) অনৌএতানি (৩) ব্যঞ্জনং

(১) অঙ্গং সামোদ্ভবং জ্ঞেয়ং তা(তা)রস্থানং প্লুতে মতং।
(২) অনুক্রতোনাতি সূক্ষ্মে ঘাতে ( যোজ্যো বিচক্ষণৈঃ ) ॥
( সূক্ষ্মঘাতে ) দ্রুতং পূর্ণঘাতে লঘুরিহোদিতঃ।
ঘাতক্ষেপে গুরুর্জ্ঞেয়ো দীপ্তে ঘাতঃ করভ্রমঃ ॥ ৫৪৫
অত্যল্পঘাতেঽণুর্জ্ঞেয়ঃ শূন্য( সূক্ষ্ম )ঘাতে দ্রুতোমতঃ।
পূর্ণঘাতে লঘুঃ প্রোক্তো ঘাত ক্ষেপে গুরুর্মতঃ ॥
ঘাতাৎ করভ্রমো যত্র প্লুতো জ্ঞেয়ো বিচক্ষণৈঃ ॥
বিনা তালেন গীতাদে-র্গীতশুদ্ধির্ন জায়তে ॥
কর্ণধারং বিনা নাব ইবাতস্তান্ প্রচক্ষ্মহে ॥ ৫৪৬
তালস্তল প্রতিষ্ঠায়ামিতি ধাতোর্ঘঞঃ স্মৃতঃ ॥
গীতং বাদ্যং তথা নৃত্যং তাত্তিতালে প্রতিষ্ঠিতং ॥ ৫৪৭
তকারে শঙ্করঃ প্রোক্তো লকারে পার্ব্বতী স্মৃতা।
শিবশক্তি সমাযোগাত্তাল ইত্যভিধীয়তে ॥ ৫৪৮
প্রত্যক্ষরে বিরামশ্চেৎ সর্ব্বতালাদি সম্ভবঃ।
একতালঃ স কথিতো দেবৈরাত্তমুদাহৃতং ॥ ৫৪৯

---

প্লুত – ত্রিমাত্র, সামজ, শৃঙ্গী, প্লুত, দীপ্ত, ত্র্যঙ্গ, সামোদ্ভব, তারস্থান—মথোয় অসি প্লুতগী মমিংশিংনি।

ঘাট ( তাম্বা )– অনুক্রতগী তাম্বাদি য়ায়া হেন্না কূপকনি, দ্রুতগীনা চুম্না থুগনি, লঘুগীনা মপূম ফাগনি। গুরুগীনা অথাবা অমগা হাইদোকপা অমগা ওইগনি। প্লুত ( দীপ্ত ) গীনা থারগা থুৎ কোয়না লৈগনি। ( মথাগী পরেং অহুম অসিগী অর্থ অমত্তনি ) ॥ ৫৪২-৫৪৫

তালগী মওঙ—তাল য়াওদবা ঈশৈদি হিনাউশাবা য়াউদবা হিগুম্না কৈদোউৈদম্নু অশেংবা ঈশৈ ওইদবদগী 'তাল' হায়বসি লেপ্লম্বনি। অসিগুম্বা তাল হায়বা বাহৈ অসি 'তল' ধাতুদা 'ঘঞ' প্রত্যয় তোদ্বনা থোকপনি। পুং, ঈশৈ, জগোই অহুম্মকী য়ুম্ফমদি তালনি। 'ত' হায়বা ময়েক্লা শঙ্করনি, 'ল' হায়বা ময়েক্লা পার্ব্বতীনি। অম্মুম্না শিব-শক্তি অনি তিম্নদ্বনা 'তাল' হায়বসি থোকখিবনি ॥ ৫৪৬-৪৮

( ত, ল, ময়েক অনি অসি মথংশিংনা মহাদেবগী 'তাণ্ডব', অমদি দুর্গাগী 'লাস্য' গী অহান অহানবা ময়েক লৌদ্বনা 'তাল' থোকখিবনি—সঙ্গীত দামোদর )।

হৌজিক তালগী মওঙ মতৌ হায়রি

একতাল—ময়েক থুদিগুমকী অরনবা লৈহম্না হায়বদি গুাইদ্বনা থাবনু 'একতাল' কৌই। মসিনা তাল পূম্নমকী মকোক্নি ( অহানবনি ) ॥ ৫৪৯

---

(১) ত্র্যঙ্গং (২) অনুক্রতশ্চাতিসূক্ষ্মঘাতে—পাঠ

**অথ বসুতালঃ—**

আদৌ গুরুর্লঘুশ্চাথ চরণে চরণে ভবেৎ।
গায়কানাং মনোহারী বসুতালস্তদা ভবেৎ ॥ ৫৫০

**অথ যতিতালঃ—**

আদৌ গুরুর্লঘুদ্বন্দ্বং চরণে চরণে ভবেৎ।
যতিতালঃ স কথিতো নৃত্যভূমৌ গুণীশ্বরৈঃ ॥ ৫৫১

**অথ তালান্তরৈরেব—**

তালস্য মানং নিয়মেন ঘাতং
তালাশ্চ শূন্যার্ত্তু গুণ প্রচারাঃ।
ভদ্রঃ সুভদ্রশ্চ তথাতিভদ্রো
নিনাদ (য়) তালান্ দিবিথর্ত্তু চন্দ্রান্ । ৫৫২

একাধি(ক)শতাং স্তালান্ বিশ্বভদ্রো মহাতলে।
গুণিনামুপকারায় সর্ব্বত্রৈব প্রচারয়েৎ ॥ ৫৫৩
অষ্টোত্তরশতং স্বর্গে পঞ্চমে ( পাঞ্চালে ) পঞ্চমং (কং) তথা।
দক্ষিণে পঞ্চ লঙ্কায়াং সপ্ত সপ্ত চ সিংহলে ॥ ৫৫৪
পূর্ব্বে পঞ্চ সমাদেয়মুত্তরে পঞ্চম তথা।
পূর্ব্বভাগে চোত্তরে চ ক্রমেণৈব বিভাগিতং ॥ ৫৫৫
প্রচরন্তি চ তে তালা গৌড়েম্বষ্টাদশ ক্রুবং ৫৫৬

**বসুতাল**—পদ খুদিঙ্গদা গুরুনা হান্নপা মথং কোয়দদি মদুদু ঋৈথ লকপশিংগী পৃক্নিঙ্গ হুনবা ওইবা 'বসুতাল' কায়না কৌনৈ ॥ ৫৫০

**যতিতাল**—পদ খুদিঙ্গদা গুরুনা হাঙ্গদা লঘু অনি লাক্রবদি অদুগুম্বা তালবু অথোইবা গুণ চেনবশিংনা নর্ত্তন শাস্ত্রদা 'যতিতাল' কায়না কৌনৈ ॥ ৫৫১

**তালগী মরম হায়রি—**

নিয়ম মাইনা থাহুনা তালগী মচাং খণ্ডকলি। পুম্না তাল ৩৬০ নি। ভদ্র, সুভদ্র অমসুং অতিভদ্র কৌবা ভয়ঙ্গকী মচা অহুম্না স্বর্গদা তাল ১০০ খক পুথি অদুগা বিশ্বভদ্রনা পৃথিবীদা তাল ১০১ খক মগুণ লৈবশিংগী কান্নবনবা পুথরকথি। স্বর্গদা ১০৮, পঞ্চালদা ৫, দক্ষিণদা ৫, লঙ্কাদা ৭, সিংহলদা ৭, নোংপোক লমদমদা ৫, অথাং মায়কৈদা ৫ অসুম তৌহুনা নোংপোক অমদি অথাংদা মথং মথং য়েন্থোকখি। অদুগা গৌড় দেশক্তনা ১৮ খক চৎনথি ॥ ৫৫২-৫৬

বাদ্যাশ্চতস্রস্তু কলা লয়েতু
কলাদ্বয়ং পূরণকেচ বাদ্যং।
কলাদ্বয়ং স্যাদথ ঘাতিনীষু
পূর্ব্বাক্ষরং স্যাদ্‌গুরুরেব তস্মাৎ ॥ ৫৫৭

কলাষ্টতো যত্ত্বধিকা কলা স্যাৎ
সা বাদনীয়ৈ বলয়ে বিদগ্ধৈঃ।
ন পূরণেনাপি চ ঘাতিনীষু
(১) চেত্ত্বান্বত (নচো) স্যাপি লয়ে বিধেয়া ॥ ৫৫৮

শীঘ্রং গুরুর্ঘাত যুগং ত্রয়শ্চং (ত্রিঘাতঃ)
প্লুতঃ (তথা) স্যাল্লঘুরেক ঘাতঃ।
বিরামযুক্তঃ প্লুত একঘাতো
ধ বৈঃ কলানাং নিরুক্তঃ ॥ ৫৫৯

**অথ ধরণঃ—**

যতিতালে যদান্তস্থে ধৃত (তে) গুণমুনীশ্বরৈঃ।
তদা ধরণ নাম্নৈব প্রসিদ্ধা গুণি সংসদি। ৫৬০

**অথ ছোটঃ—**

প্লুতস্ত্রিমাত্রিকঃ শম্ভুর্দৈবতঃ স্যাৎ পদে পদে।
আদি মধ্যাবসানে (ষু) চ ছোটকিলঃ স উচ্যতে ॥ ৫৬১

কলা

লয়দা কলা ৩ য়ৈগনি, 'পুরণক' দদি কলা ২ য়ৈগনি। অস্থম ভোঙ্গনা 'ঘাতিনী' দা কলা ২ য়ৈগনি। মরম অতুন অহানবা ময়েক্কা গুরু ওই। কলা ৮দগী হেনগ্রবদি অখঙবশিংনা মচ বলয়' হায়বসিদা য়ৈগদবনি ॥ অতুগা 'পুরণ' অমদি 'ঘাতিনী' দদি য়ৈরোইদবনি, উন্নত (অচেনবা) লয়দমু থক য়ৈরোইদবনি ॥ ৫৫৭-৫৮

গুরুদা ঘাত অনি থুনা থাগনি, প্লুতদা অহুম্নক, লঘুদা অমুক থাগনি। বিরাম নাইবা (অয়নবা) প্লুত ওইরবদি অমুক্তমক থাগনি। পণ্ডিতশিংনা কলাগী মরমদা অসুম্না হায়রম্মী ॥ ৫৫৯

ধরণ—যতিতালনা তালগী মথক্তা লৈরবা মতমদদি মদুবু মুনিশিংনা 'ধরণ' হায়না খঙনরম্মী। মরম অসিদগী মগুণ লৈবশিংগী সভাদা 'ধরণ' হায়না কৌহ্না অহুম্মক শীজিন্নখি ॥ ৫৬০

ছোট—প্লুতগী মাত্রা অহুমনি, মগী দেবতানা শম্ভুনি, পদগী মকোক, ময়াম অমসুং অরোইবদা মশিবু 'ছোটাকল' হায়না কৌহ্না শীজিন্নে ॥ ৫৬১

(১) চেন্ন ানতা

**অথ গন্দলঃ—**

দ্রুতদ্বয়ং লঘুশ্চৈক তালে গন্দল নামা।

**অথ বিষমঃ—**

ভত্তদ্দ্রু ( চতুদ্রু´ ) তানিচ লঘুর্ভবেদ্বিষম তালকে ॥ ৫৬২

**অথ যুগ্মকঃ—**

দ্রুতদ্বয়ং লঘুশ্চৈক চরণে ভবেৎ যুগ্মকং।

**অথ ষট্‌পদী—**

দ্রুতদ্বয়ং লঘুঃ (১) প্লু্তশ্চেত্তালঃ ষট্পদীভবেৎ ॥ ৫৬৩

**অথ বিষমসন্ধিঃ—**

আদাবন্তে লঘুদ্বন্দ্বং গুরুর্মধ্যে যদাভবেৎ।

তদা বিষমসন্ধিঃ স্যাত্তালো ভরত সম্মতং ॥ ৫৬৪

**অথ হরগৌরী—**

দ্রুতদ্বয়ং লঘুশ্চৈকো (২) গুরুর্লঘুর্যুগপদা।

হরগৌরীতি তালঃ স্যাৎ দ্বৌ প্লুতাবন্ততো যদি ॥ ৫৬৫

**অথ যমকঃ—**

গুরুদ্বয়ং লঘুত্রয়ং ততঃ প্লুতো গুরুর্লঘুঃ

চরণে চরণেহপ্যেবং স তালো যমকো ভবেৎ ॥ ৫৬৬

**গন্দল**—দত অনিগা লঘু অমগা তাল অমত্তদা লৈরবদি মদুবু 'গন্দল' হায়না কৌই।

**বিষম**—পদ অমত্তদা দ্রুত ৪, লঘু অমা লৈরবদি 'বিষম' তাল হায়না কৌই ॥ ৫৬২

**যুগ্ম**—পদ অমদা দ্রুত অনি লঘু অমা লৈরবদি মদুবু 'যুগ্ম' তাল হায়না কৌই।

**ষট্‌পদী**—দ্রুত অনি অমসুং লঘু প্লুত অমমম য়াওরবদি মদুবুনা 'ষট্‌পদী' হায়না কৌই ॥ ৫৬৩

**বিষমসন্ধি**—অহৌবা অরোইবদা লঘু ২/২, ময়ায়দনা"গুরু ওইরবদি মদুবু 'বিষম-সন্ধি' হায়না কৌই—মহ ভরতনস্থ য়াবল্মী ॥ ৫৬৪

**হরগৌরী**—দ্রুত অনি, লঘু অমা, গুরু অমা, লঘু অনিনা হৌরগা মথৈদা প্লুত অনি অমুক লাক্লবদি মহ হরগৌরী হায়বত্ত ওই ॥ ৫৬৫

**যমক**—পদ খুদিংদা গুরু অনি, লঘু অহুম, প্লুত অমা, গুরু অমা লঘু অমা অম্মা লাক্লবদি 'যমক' তাল হায়বসি ওই ॥ ৫৬৬

---

(১) প্ল ভশ্চ তালঃ  (২) গুরুলঘুর্যুগং তদা—পাঠ

## অথ দেশকৌশিকী—

গুরুদ্বয়ং লঘুদ্বয়ং প্লুতো লঘুঃ পরং ভবেৎ ।
চরণে চরণে যত্র স তালো দেশ কৌশিকী ।। ৫৬৭

## অথ কুন্দশেখরঃ—

প্লুতো গুরুস্ততঃ প্লুতো গুরুস্ততঃ ( প্লুতো ) লঘুঃ ।
চরণে চরণেঽপ্যেবং স তালঃ কুন্দশেখরঃ ।। ৫৬৮

## অথ আটনী—

গুরুদ্বয়ং প্লুতো গুরুস্ততঃ প্লুতস্ততো গুরুঃ ।
আদৌ গুরুর্লঘুদ্বয়ং লঘুস্ততোঽপরো মতঃ ।। ৫৬৯
যদি চাষ্টকলাতোঽপি ন্যূনত স্যাৎ পদে পদে ।
আটনীনাম তালঃ স্যাত্তদা সর্ব্ব মনোহরঃ ।। ৫৭০
ইতি সঙ্গীত-শাস্ত্রঞ্চ যো জানাতি প্রমাণতঃ ।
পরমানন্দরূপোঽসৌ বিষ্ণুলোকে মহীয়তে ।। ৫৭১
মার্গ দেশীয় (বি)ভেদেন তালোঽপি দ্বিবিধো মতঃ ।
তত্র দেশস্থ যা রীত্যা যৎ স্যাল্লোকানুরঞ্জকং ।। ৫৭২
দেশে দেশেতু তত্তালং তদ্দেশীয়মিতীর্য্যতে ।
অতোহি গৌড়দেশীয় তালান্যেব প্রচক্ষ্মহে ।। ৫৭৩

দেশ কৌশিকী—পদ খুদিঙগী গুরু অনি, লঘু অনি, প্লুত অমা, লঘু অমা অসুম তৌনা শারবদি মদুবু 'দেশ কৌশিকী' হায়না কৌই ।। ৫৬৭

কুন্দশেখর- প্লুত গুরু, প্লুত গুরু, প্লুত লঘু অসুম্না পদ খুদিঙগী শারবদি মদুবু কুন্দ শেখর' হায়না কৌই ।। ৫৬৮

আটনী—গুরু অনিনা হৌরগা মথংদা প্লুত গুরু, প্লুত গুরু লাক্লবদি নত্রগা অতোপ্পা মত অমদনা গুরুনা হৌরগা মথংদা লঘু অনি, মথংদা লঘু অমুক লাক্লবদি অদুগা পদ খুদিঙদা কলা চদগী তারবদি মঙ পূক্নিঙ হুরবা 'আটনী' কৌবা তাল অদু ওইরকই ।। ৫৬৯-৫৭০

অসিগুম্বা লেঙবা-য়াদবা-প্রমাণনা-পুনবা সঙ্গীত শাস্ত্র হৈবা মীশিং অদুদি লোইবা নাইদবা নুংঙাইবা ফংই, বিষ্ণুলোক লাওবদা মাবু পূজা তৌনৈ ।। ৫৭১

মার্গ দেশী হায়না খায়দোকপা মতুংইন্না তালসু মথল অনি শুই । দেশ দেশকী চৎনবী মতুংইন্না মফম অদুগী মীশিংবু নুংঙাইবা পীবা অদুগুম্বা তালশিং অদুবু 'দেশী তাল' হায়না কৌই । মরম অদুনা 'গৌড়দেশকী তাল' হায়বা মমিং নৈরমশিবনি ।। ৫৭ - ৫৭৩

**অথ গৌড়তালাঃ—**

আদাবষ্টৌ তথারুদ্র ব্রহ্মেন্দ্রাশ্চ চতুর্দ্দশঃ।
(১) প্রবন্ধগানে নাট্যেচ দশাবতার বর্ণনে ।। ৫৭৪
সম্যক্ সংগীতগানে চ তালমালা ভবেৎ পরং।
সংগীত গীত (২) মানঞ্চ হ্রস্বদীর্ঘাদিভির্যথা ।। ৫৭৫

**অথ অষ্টৌ তালাঃ—**

(৩) অডোদোজস্তথা (৪) জ্যোতিস্তৎপরশ্চন্দ্রশেখরঃ।
গঞ্জনঃ পঞ্চতালশ্চ রূপকঃ সমতালকঃ ।। ৫৭৬
একস্তালস্তথা শূন্যং যুগলং তালিকং (কা) পরে।
সংগীত প্রথমে সারঃ (৫) আডতালঃ প্রকীর্ত্তিতঃ ।। ৫৭৭
একতালঞ্চ শূন্যঞ্চ ক্রমেণ ত্রিবিধো ভবেৎ।
শেষ শূন্যং কলাভেদে দোজাখ্যোহ্য (হি) ভবেৎ পৃথক্ ।। ৫৭৮
প্রথমে যুগলং তালমেকস্তেকস্তথা পরে।
কলাভেদে তাল ভেদো যো (জ্যো) তিশ্চ পরিকীর্ত্তিতঃ ।। ৫৭৯

**গৌড়তাল**—হন্নাক গৌড়তালগী মখক লেপলি মচুদি অহানবদা অষ্টতাল, রুদ্রতাল, ব্রহ্মতাল, ইন্দ্রতাল, চতুর্দ্দশ তাল মখোয় অমিনি। মথংদা—প্রবন্ধগান, নাট্য, দশাবতার বর্ণন, মিঙথিনা শকপা ঈশৈ, মসিগী মথংদনা তালমালা, সংগীত অমসুং গীতকী মচাং হ্রস্ব-দীর্ঘনচিংবগী মখক লেপ্পনচিংবগী মরম হায়রক্নি ।। ৫৭৪-৭৫

হন্নাক অষ্টতাল-গী মরম হায়রি

**অষ্টতাল**—অড, দোজ, জ্যোতি, চন্দ্রশেখর, গঞ্জন, পঞ্চতাল, রূপক অমসুং সমতাল—নিপাল অসি অষ্টতালগী মখলনি ।। ৫৭৬

**আড়তাল**—অহানবদা একতাল, মথংদা শূন্য অনি, মথংদা তাল অমা অমুক লাকপা ঈশৈগী মতমদা তাল পুম্নমক্কী মচি ওইবা অহানবা তাল অসিবু 'আড' তাল হায়না খঙনৈ ।। ৫৭৭

**দোজ**—একতাল অমগা শূন্য অমগা অকুপ্পক হপ্পিল্লবদি অড়গা অতোপ্পা কলাদনা অরোইবা শূন্য ওইরবদি মদুবু 'দোজ' কায়না কৌই ।। ৫৭৮

**জ্যোতি**—অহানবদা তাল অনি ওইরগা মথংদা অমমম অমুক লাক্রবদি অদুগা কলা খুদিঙমক্কী থেম্নবদা তালস্থ থেম্নরবদি মদুবু 'জ্যোতি' তাল হায়না কৌই ।। ৫৭৯

(১) দশাবতার বর্ণনাদি নৃত্যনাট্যং ততঃ পরং। (২) গানঞ্চ
(৩) আড়োদোজ (৪) যোতি (৫) আড়তালঃ

চন্দ্রশ্চন্দ্রস্তথা যুগ্মং তথা চন্দ্রস্তথা পরে ।
ষট্তালঞ্চ ভবেচ্চৈব চন্দ্রশেখর ভাষিতং । ৫৮০
একতালং ভবেচ্ছ্রেষ্ঠং ক্রমেণাপি চতুষ্টয়ং ।
শেষ শূন্যং গঞ্জনঞ্চ সর্ব্বতো মুনিভাষিতং ।। ৫৮১
প্রথমং যুগলং তালং ( একতালং ) তথাপরে ।
শেষে যুগ্মং তথা শূন্যং পঞ্চতালঃ প্রকীর্ত্তিতঃ ।। ৫৮২
প্রথমে যুগলং তালং তৎপরং শূন্যমেব চ ।
শেষঞ্চ যুগলং তালং রূপকঃ পরিকীর্ত্তিতঃ ।। ৫৮৩
একতালং তথা শূন্যং ক্রমেণ হি দ্বিধা ভবেৎ ।
শেষঞ্চ যুগ্মতালঞ্চ সমতালো ভবেৎ পরঃ ।। ৫৮৪
ইত্যষ্ট তালঞ্চ সংগীতসারং শূন্য-কলা-ভেদেন পারং ।
সর্ব্বোপরীহচাষ্ট বিধাবিধানং দেবর্ষির্গায়ত্যপি দেব দেবং ।। ৫৮৫

## অথ রুদ্র তালঃ

বীরবিক্রমঃ সমুদ্রঞ্চ বিষমং ধবলং (ধরণং) তথা ।
বীরদশকং (ঃ) মণ্ডুকঞ্চ কন্দার্পং ডাসপাহড়ঃ । ৫৮৬

**চন্দ্রশেখর**—চন্দ্র অনিগী তুংদা চন্দ্র অনি লৈরগা মথংদা চন্দ্র অনি অমুকসু লাক্রবদি অহুগুম্বা ৬না শাবা তাল অদুবু 'চন্দ্রশেখর' হায়না কৌই ॥ ৫৮০

**গঞ্জন**—মরু ওইনা একতাল মরিরক থাম্নগা মথংদা শূন্য অমা লৈরবদি মদুবু মুনিশিংনা 'গঞ্জন' হায়না কৌই হায় ॥ ৫৮১

**পঞ্চতাল**—যুগলনা চাল্লগা একতাল লাক্কনা মমৈদা যুগল অমসুং শূন্য অমুক লাক্রবদি মদুবু 'পঞ্চতাল' হায়না কৌই ॥ ৫৮২

**রূপক**—অহানবদা যুগল, মথংদা শূন্য অরোইবদা অমুক যুগল লাক্রবদি মদুবু 'রূপক' হায়না কৌই ।। ৫৮৩

**সমতাল**—একতাল অমগা শূন্য অমগা অনিরক চল্লগা অরোইবদা যুগল অমুক লাক্রবদি মদুবু 'সমতাল' হায়না কৌই ।। ৫৮৪

তাল পূম্নমক্কী অথোইবা, মচি ওইবা অসিগুম্বা তাল মথল নিপান অসিনা শাস্ত্রনা তাকপা লম্বী মতুং ইন্না শূন্য, কলানচিংববু খায়দোক্লনা দেবর্ষি নারদনা লাই পূম্নমক্কী মপু ওইবা ভগবান-নারায়ণগী মগুণ শকথি ।। ৫৮৫

## রুদ্রতাল

বীরবিক্রম, বিষম-সমুদ্র, ধরণ, বীরদশক, মণ্ডুক, কন্দপ, ডাসপাহড়, ধ্রুবচরণ, দশ কোষী, গজেন্দ্রগুরু, ষট্টক—তাল তরামাথোই অসিবু 'রুদ্রতাল' হায়না খঙনৈ ।। ৫৮৬-৮৭

ধ্রুবচরণো দশকোষী চ গজেন্দ্রগুরু ষট্টকৌ।
ইত্যেকাদশ তালশ্চ রুদ্রাখ্যাঃ পরিকীর্ত্তিতঃ ।। ৫৮৭
একতালং তথা শূন্যং ক্রমেণ ত্রিবিধং ভবেৎ।
তৎপরং যুগ্মতালঞ্চ ইত্যেবং বীরবিক্রমঃ ।। ৫৮৮
যুগ্মতালং তথা শূন্যং তৎপরং দ্বয়তালকং।
শেষঞ্চ যুগলং চৈব সমুদ্রবিষমো ভবেৎ ।। ৫৮৯
যুগ্ম তালঞ্চ শূন্যঞ্চৈক তালঞ্চ তৎপরে।
শেষৈকত্র ত্রিশূন্যঞ্চ বিষমং ধবলং (ধরণং) ভবেৎ ।। ৫৯০
একতালং তথা শূন্যং ক্রমেণাপি ত্রিধাভবেৎ।
যুগলং যুগলং পশ্চাৎ বীরদশক উচ্যতে ।। ৫৯১
(১) প্রথমমেক তালঞ্চ একং শূন্যঞ্চ তৎপরং।
শেষৈকত্র ত্রিতালেতি (লক্ষ্য) মণ্ডুকস্য গতির্যথা ।। ৫৯২
সমতালে যথা দৃষ্টস্তথা কন্দর্পকঃ স্মৃতঃ।
সমতালে ভবেচ্ছূন্যং কন্দর্পেনাপি শূন্যতা । ৫৯৩
পঞ্চতালাৎ পরং শূন্যং শ্রেষ্ঠকোডাস পাহিড়ঃ ।। ৫৯৪

---

**বীরবিক্রম**—তাম্থা অমগা শূন্য অমগা অনিনা অহুম্নক হল্লগা যুগল তালনা অমুক লোইশিল্লবদি মদুবু 'বীরবিক্রম' হায়না কৌই ।। ৫০৮

**সমুদ্রবিষম**- অহানবদা যুগল মথংদা শূন্য, মথংদা তাম্থা অনি, অরোইবদা যুগল অমুক লাক্লবদি মদুবু 'সমুদ্রবিষম' হায়না কৌই ।। ৫৮৯

**বিষমধরণ**—যুগলগী মথংদা শূন্য লাক্লগা একতাল অমুক লাক্লবা তুংদা মথং মথং শূন্য অহুম অমুক লাক্লবদি মদুবু 'বিষমধরণ' হায়না কৌই ।। ৫৯০

**বীরদশক**—একতাল, মথংদা শূন্য—মওঙ অসি মথং মথং অহুম্নক থায়গা মথংদা যুগল অনি অমুক লাক্লবদি মদুবু 'বীরদশক' হায়না কৌই ।। ৫৯১

**মণ্ডুক**—অহানবদা একতাল, মথংদা শূন্য অমা, মথৈদনা তাম্থা অহুম লাক্লবদি হঙোইনা চোংবগুম্বা হায়রুনা মদুবু 'মণ্ডুক' হায়না কৌই ।। ৫৯২

**কন্দর্প** - সমতালদা য়াওগ্রবা শূন্য অদু নত্তনা অতৈদি সমতালগা অমত্তনি ।। ৫৯৩

**তাসপাহিড়** তাম্থা মঙাগী মতুংদা শূন্য অমা লাক্লবদি 'তাসপাহিড়' হায়না কৌই ।। ৫৯৪

(১) প্রথমংত্বেকতালং চ—পাঠান্তরং

অত্যুদ্দণ্ডো ( অত্যূর্দ্ধ'চ ) ভবেৎত্রস্তঃ সংগ্রামস্য গতির্যথা।
একতালস্তথ' শূন্যং ক্রমেণাপি দ্বিধা ভবেৎ।
শেষৈকত্র ত্রিতালঞ্চ ধ্রুপদং মুনিভাষিতং ॥ ৫৯৫
একতালমেকশূন্যমিত্যেবঞ্চ ভবেৎ ক্রমে।
বিরাম একতালঞ্চ বাদ্যেন ( বাগ ভেদে ) দশকোষিকী ॥ ৫৯৬
যুগলং যুগলং-চৈব একতালঞ্চ তৎপরং।
শেষঞ্চ যুগ্মশূন্যঞ্চ গজেন্দ্রগুরুভাষিতং ॥ ৫৯৭
যুগ্ম শূন্যং বিরামেচ একতালং ভবেৎ ক্রমে।
ছট্টকাখ্যো মহাধীরঃ সঙ্গীতেচ প্রবীণকঃ ॥ ৫৯৮
একাদশস্তাল রুদ্রাখ্য বীরঃ কথিতঃ সর্ব্বৈঃ কিলগুহ্য তালঃ।
যে বাদয়ন্তি জনচিত্তরম্যং তে মানবা ধন্যতমা ভবন্তি ॥৫৯৯

## অথ ব্রহ্মতালঃ

ব্রহ্মতালান্তরে তালো ( ব্রহ্ম ? ) বিরাম ব্রহ্মতালকঃ।
ষট্‌কলা সপ্তমাত্রা চ ব্রহ্মতাল ইতীর্যাতে ॥ ৬০০

---

ধ্রুপদ—তানগী খোঙচৎকুম য়াম্না বাংবা অর্মদি অথুকপা অকিবা ফংনা য়ৈবা—একতাল অমগা শূন্য অমগা অনিরক হল্লগা মথংদা তাল্লা অহুমথক অমুক পুন্না য়ৈবা অদুবু 'ধ্রুপদ' ( ধ্রুবচরণ ? ) হায়না কৌই ॥ ৫৯৫

দশকোষী—একতাল, মথংদা শূন্য লাক্লগা বিরাম অমসুং একতাল অমুক লাক্লবদি মদুবু 'দশকোষী' হায়না কৌই ॥ ৫৯৬

গজেন্দ্রগুরু—যুগল অনিরক হল্লগা একতাল লাক্কুনা মমৈদা শূন্য অনি অমুক লৈরবদি মদুবু 'গজেন্দ্রগুরু' কৌই ॥ ৫৯৭

ছট্টক—শূন্য অনিনা হৌরগা বিরামদা একতাল ওইরবদি ঈশৈগী মতমদা মদুবু কজরবা 'ছট্টক' হায়বদু ওই হায়না পণ্ডিতশিংনা হায় ॥ ৫৯৮

অসিগুম্বা থুপ্পা লৈখ্রবা পুক্নিং চুরবা বীরনচিংবা রুদ্রতাল মথল তরামাথোই অসিবু য়ৈজবা মীশিং অহুদি পুণ্য চেনবগী মশক্নি ॥ ৫৯৯

## ব্রহ্মতালঃ

ব্রহ্ম, বিরাম-ব্রহ্ম, ষট্‌কলা, সপ্তমাত্রা, মরি অসি ব্রহ্মতালগী মনুংদা লৈবা তাক্তনি ॥ ৬০০

* একাদশে মে কিল রুদ্র তালাঃ সর্ব্বে ময়া সং কথিতাশ্চ গুহ্যাঃ।
যে বাদয়ন্তে জনচিত্তরম্যান্ তে মানবা ধন্যতমা ভবন্তি ॥ —পাঠান্তরং

যুগ্মং সত্রস্ত' প্রথমৈব (ক) তালং
কিঞ্চিদ্বিরামেতু পুনরেকতালঃ।
ব্রহ্মাখ্য তালঃ স সঙ্গীতমধ্যে
কপোতবৎ ব্রহ্ম করোতি শব্দং ॥ ৬০১
যুগ্ম তালো ভবেৎত্রস্ত (ঃ?) একতালঞ্চ তৎপরে।
শেষে দ্বিতীয় শূন্যঞ্চ বিরাম ব্রহ্মতালকঃ ॥ ৬০২
প্রথমমেকতালঞ্চ যুগ্ম-শূন্যং তথাপরে।
* শেষেতুহ্যেকতালশ্চ ষট্‌কলা খলু কথ্যতে। ৬০৩
আদৌ যুগ্মং তথা যুগ্মং ত্রিতালঞ্চ তথাপরে।
সপ্তমাত্রা ভবেদাখ্যা ব্রহ্মতালান্তরে শুভা ॥ ৬০৪

## অথ ইন্দ্রভাবঃ (তালঃ)

দেবসারো দেবচালী মদনদোলা তথৈবচ।
শুক্রগন্ধর্ব্বঃ পঞ্চ (চা) লী ইন্দ্রভাব ইতার্য্যতে। ৬০৫
বিরামেতু ত্রিতালং চ এক শূন্যস্তথ' পরে।
শেষকেতু ত্রিতালশ্চ দেবসার ইতার্য্যতে। ৬০৬

মখোয় অসিগী লক্ষণ'দি—

ব্রহ্ম—যুগলগী মথংদা অথবা একতাল অমা লাক্লগ ঙাইহাক বিরাম লৈরবা তুংদা একতাল অমুক লাক্লবদি মদুবু 'ব্রহ্ম' হায়না কৌই। মসিগী খোঙ্গোক্তি থুম্ন মখোল মানগনি ॥ ৬০১

বিরামব্রহ্ম—ফিংনা থাবা যুগলগী মতুংদা একতাল লাক্লগা অরোইবদা শূন্য অনি লৈরবদি মদুবু 'বিরামব্রহ্ম তাল' হায়না কৌই ॥ ৬০২

ষট্‌কলা—অহানবদা একতাল, মথংদা শূন্য অনি, অরোইবদনা তাম্বা অহম পুন্না থারবদি মদুবু 'ষট্‌কলা' হায়না কৌই ॥ ৬০৩

সপ্তমাত্রা—যুগল অনিগী তুংদা তাম্বা অহুম লৈরবদি মদুবু 'সপ্তমাত্রা' হায়না কৌই। ব্রহ্মতালগী মনুংদা মসিদি মঙ্গল পীনহৈবনি ॥ ৬০৪

## ইন্দ্রতাল

দেবসার, দেবচালী, মদনদোলা, শুক্রগন্ধর্ব্ব, পঞ্চালী (পঞ্চচালী) অমসুং ইন্দ্রভাব—তক্লক অসি 'ইন্দ্রতাল' মকুনি ॥ ৬০৫

দেবসার—বিরামগী মথংদা তাম্বা অহুম, শূন্য অমা, অরোইবদা অমুক তাম্বা অহুম লৈরবদি মদুবু 'দেবসার' হায়না কৌই ॥ ৬০৬

* শেষৈকত্রত্রিতালক—?

দ্বিতীয় শূন্যং বিরামেতু ত্রিতালঞ্চ ততঃ পরং ।
শেষে দ্বিশূন্যমিত্যেবং দেবচালী নিগদ্যতে ।. ৬০৭
প্রথমং যুগ্মকং তালং তৎপশ্চাদেকশূন্যকং ।
(বিরামেহ্যেকতালশ্চ শূন্যমেব বিরামকে)
শেষে যত্র ত্রিতালঞ্চ মদনদোলা সমীরিতা ।। ৬০৮
যুগ্মতালং সমারভ্য পঞ্চতালং ক্রমাত্ততঃ ( দ্যদা )
(১) অত্যুদ্দণ্ড সত্রস্তশ্চ গুরুগন্ধর্ব্ব ঈর্য্যতে ( ঈরিতঃ ) ।। ৬০৯
শ্রাবণস্য যথা ধারা তথা তালো ভবেৎ ঘনঃ ।
পঞ্চতালান্তরে নীতঃ পঞ্চচালী প্রকীর্ত্তিতঃ ।। ৬১০
চৌতালঞ্চ ( চতুস্তালং ) বিরামেতু ত্রিতালং শূন্যমেব চ ।
মেঘারম্ভে যথা (২) পিকরবঞ্চ ইন্দ্রভাষিতঃ ।। ৬১১
(৩) ঐরাবতারূঢ় কুলিশঃ স্তা নিরন্তরঃ ভাষিত ব্রহ্মবার্ত্তঃ ।
(৪) পুরন্দর নাম সংগীতমধ্যে গানঃ প্রসিদ্ধঃ সুরতা (লা ?) স্তরেঃ সঃ ।৬১২

---

**দেবচালী**—শূন্য অনিনা বিরাম ওইরগা তাল্‌গা অহুম লাক্লনা অমুক শূন্য অনিনা লোইশিল্লবদি মদুবু 'দেবচালী' হায়না কৌই ।। ৬০৭

**মদনদোলা** - অহানবদা তাল্‌গা অনি, মথংদা শূন্য অমা লৈরগা মমৈদা তাল্‌গা অহুম লাক্লবদি মদুবু 'মদনদোলা' হায়না কৌই ।। ৬০৮

**গুরুগন্ধর্ব্ব** - যুগলনা হৌরগা মথং মথং তাল্‌গা মঙাগুক থারবদি মদুবু 'গুরুগন্ধর্ব্ব' হায়না কৌই । মসিগী মথোল হৌগনি অমসুং তকিং তকিংগনি ।। ৬০৯

**পঞ্চচালী**—ইঙেনগী নোংহৌগুম, অকুংবা অহৌবা তাল ওইবা অতগা তাল মঙানা থাবা অতুগুম্বা তাল অদুবু 'পঞ্চচালী' হায়না কৌই ।। ৬১০

**ইন্দ্রভাষ**—তাল্‌গা মরিগী মথংদা বিরাম লৈরগা তাল্‌গা অহুমগা শূন্য অমগা অমুক লাক্লবদি, নোংজুথাদা থোংবা কোকিল ( মত অমদা যাহোং ) খোঞ্জেল মানবা অতুগুম্বা 'ইন্দ্রভাষ' হায়বা তাল অতুনি থায়বা খঙনগনি ।। ৬১১

**ইন্দ্রতাল-গী** মগুণ—থাদু ঐরাবত তোংবা, বজ্র পায়বা, অতৎপা লৈতনা বেদ উচ্চারণ তৌবনা মথাগী লৈকেং ওইনবা অসিগুম্বা মথক অসিনা মসিবু লাইগী নিংথৌ ইন্দ্রমকী মথক্তি হায়না সঙ্গীত শাস্ত্রনা লৌথংলি । মসিদি লাইগী তালনি ।। ৬১২

---

(১) অতূর্দ্ধং চ তথা জস্তং (২) কেকা রূপস্তু চেন্দ্রভাষিতঃ
(৩) ঐরাবতস্থঃ কুলিশংদধানো, (৪) সংগীতমধ্যেচ পুরন্দরেতি নাম্না

ইতি শিবনারদ সম্বাদে সংগীতদামোদরমতমাশ্রিত্য গৌড়দেশীয় তালাঃ।

---

শিব নারদ অনি ওাওনখিবা সংগীত দামোদরদা হায়বা গৌড় দেশকী তালগী মরম অহু মসিদা লোইরে।

য়েংগদবা—গৌড়তালগী মশক তাক্লকপদা য়াওবা ইকোন কোনবা 'চতুর্দ্দশ' তাল হায়বা অসিমদি থুংই লাইরিক্তা যাওবমন্ত্রে। অইনা মীনা কবিগীদমক হাপলমদবনো থওদে। অহুমকপু অরাৎপা অসি মেনশিনবনা ফগত্রা থন্দুনা মশাগী তোঙানবা শ্লোক মশীং থাহুনা অমসুং অহোবা অবোইবদা ব্রেকেট তোহ্নুনা মথাদা উৎলি মহুদি—

## অথ চতুর্দ্দশতালঃ

( চিহ্নশ্চ চন্দ্রমাত্রা চ দেবমাত্রার্দ্ধ জ্যোতিকা।
স্বর্গসারঃ ক্ষমাষ্টশ্চ তথৈবচ ধরাধরা॥
বসন্তবাক্ কাককলা কীরশব্দাথ তাণ্ডবী।
হর্ষধারা তথা ভাষা চাদ্ধমাত্রা চতুর্দ্দশী॥
একতালঞ্চ শূন্যঞ্চ ক্রমেণ ত্রিতয়ং ততঃ।
শেষে চতুষ্টয়ং ত্রস্তং চিহ্নতাল ইতীর্য্যতে॥ ১
একচন্দ্রস্তথা যুগ্মং তালং প্রত্যেকতস্ত্রয়ং।
শেষে ত্রীণিচ শূন্যানি চন্দ্রমাত্রা ভবেৎ পরা॥ ২
প্রথমং ষট্কতালঞ্চ অত্যার্দ্ধং চ ভবেৎ ক্রমে।
শেষে যুগ্মং তথা শূন্যং দেবমাত্রা চ সোচ্যতে॥ ৩
চন্দ্রশূন্যং ত্রিতালঞ্চ বিরামেণ ক্রমেণ তু।
অত্যার্দ্ধং তু ভবেত্যেবমর্দ্ধজ্যোতির্বিভিহ্নিতিঃ॥ ৪

হৃজীক চতুর্দ্দশ তালগী মশক তাকলি

চিহ্ন, চন্দ্রমাত্রা, দেবমাত্রা, অর্দ্ধজ্যোতিকা, স্বর্গসার, ক্ষমাষ্ট, ধরাধরা, বসন্তবাক্, কাককলা, কীরশব্দা, তাণ্ডবী, হর্ষধারা, ভাষা, অদ্ধমাত্রা—তবামদি অসিহু চতুর্দ্দশতাল কৌই॥

চিহ্ন—একতাল অমগা শূন্য অমগা মথং মথং অহুমক [illegible] অপুনা তাম্বা ৪ অমুক মমৈদা লাক্লবদি 'চিহ্নতাল' কৌই॥ ১

চন্দ্রমাত্রা—চন্দ্র অমসুং যুগল অমমমদা তাম্বা ৩৩ লক পীগা মমৈদা মথং মথং শূন্য অহুম অমুক লেংথরবদি মদুব্ 'চন্দ্রমাত্রা' হায়না কৌই॥ ২

দেবমাত্রা—তৌনা তাম্বা তরুকথক মথং মথং যৈরগা মমৈদা যুগলগা শূন্য অমগা অমুক লাক্লবদি মদুব্ 'দেবমাত্রা' হায়না কৌই॥ ৩

অর্দ্ধজ্যোতি—চন্দ্র, শূন্য অমসুং তাম্বা অহুম মথং মথং বিরামগা লোয়ননা লেংহুনা হৌনা যৈরবদি মদুবু 'অর্দ্ধজ্যোতি' হায়না কৌই॥ ৪

ঐকৈক তালান্তর যুগ্মতালাৎ
শূন্যত্রয়ং তৎপরমেকতালং
কলাভিদা শূন্যভিদা সমাখ্যা
স স্বর্গসারাখ্য নবীনতালঃ ॥ ৫

যুগ্মশূন্যং বিরামেণ দেবতালমিতি ক্রমাৎ।
ক্রমাষ্টাখ্যোহন্তরে শূন্যমিতি সর্বত্র ভাষিতং ॥ ৬

নবাম্বুদে দামিনী শীঘ্রযানং
তথা সুসম্বদ্ধ সুতালভানম্।
যুগ্মং সমস্তং ক্রমতশ্চ তালং
শেষে ত্রিতালং চ ধরাধরাখ্যা ॥ ৭

একতালঞ্চ শূন্যঞ্চ ক্রমেণাপি চতুষ্টয়ং।
ক্রমাত্তালত্রয়ঞ্চৈব কথিতোহি বসন্তবাক্ ॥ ৮
সবিরামং দ্বয়ং তালং যুগ্মতালং তথাপরে।
শেষৈকত্র ত্রিতালঞ্চ ভবেৎ কাককলেতি সা ॥ ৯
ত্রিশালঞ্চ ভবেৎত্রস্তং তৎপরং চৈকতালকং।
শেষে সদা ত্রিতালং স্যাৎ কীরশব্দা তদাভবেৎ ॥ ১০
যুগ্মং যুগ্মং তথা যুগ্মং তালমেকং ক্রমাদ্ভবেৎ।
শেষশূন্যং কলাভেদে তাণ্ডবীতি ভবেৎ পৃথক্ ॥ ১১

স্বর্গসার—তাল অমমমগী মরক্তা মথল লাক্লগা শূন্য অহুম অমুক লাক্তুনা একতালনা লোইশিন্নবদি অহুগা কলা থেন্নগা মথং ইন্না শূন্যগী মওগুম থেন্নবদি 'স্বর্গসার' হায়বনা কৌবা তাল অহু ওই ॥ ৫

ক্রমাষ্ট—বিরাম লোয়নন শূন্য অনি ওইবদি মদু দেবতালনি অহুগা শূন্য অমনা মরক্তা লৈবা অহুবুনা 'ক্রমাষ্ট' হায়না কৌই ॥ ৬

ধরাধরা—অনৌবা নোংহৈনা মথা নোংগাওগুম খোঙচেৎ থুনা নিঙথিবা তালনা তিনবা হায়বদি অথুবা যুগল থাবগা একতাল অমা লাক্নুনা অমুক তাম্বা অহুম থাবদি মদুবু 'ধরাধরা' হায়না কৌই ॥ ৭

বসন্তবাক—একতাল অমগা শূন্য অমগা মথং মথং মরিবক হল্লগা তাল অহুম অমুক থারবদি মদুবু 'বসন্তবাক্' হায়না কৌই ॥ ৮

কাককলা—বিরাম লোয়নবা তাম্বা অনিগী মথংদা যুগল অমুক লাক্লগা অমুক তাম্বা অহুমা লোইশিন্নবদি মদুবু 'কাককলা' হায়না কৌই ॥ ৯

কীরশব্দা—অথুবা তাম্বা অহুমগী মতুংদা একতাল অমা থাবগা তাম্বা অহুম্না লোইশিন্নবদি মদুবু 'কীরশব্দা' হায়না কৌই ॥ ১০

তাণ্ডবী—যুগল অহুমগী তুংদা একতাল লৈবগা কলা থেন্নবা মতুং ইন্না মমৈদা শূন্য লৈববদি মদুবু 'তাণ্ডবী' হায়না কৌই ॥ ১১

# অথ নাট্যমাহ

## তত্রাদৌ নাট্যবেদোৎপত্তিমাহ—

ইহানুশ্রূয়তে ব্রহ্মা শক্রেণাভ্যর্থিতঃ পুরা।
চকারাকৃষ্য বেদেভ্যো নাট্যবেদঞ্চ পঞ্চমং ॥ ৬১৩
ভরতায়দদৌ পূর্ব্বং নাট্যবেদং চতুর্মুখঃ।
স নাট্য নৃত্যনৃত্তানি শম্ভোরগ্রে প্রযুক্তবান্ ॥ ৬১৪

## তত্রচ—

নর্ত্তনং ত্রিবিধং নাট্যংনৃত্যংনৃত্তমিতি ক্রমাৎ ॥ ৬১৫

## তত্র নাট্যং যথা—

যোঽয়ং স্বভাবো লোকস্য নানাবস্থান্তরাত্মকঃ।

চুঙীক নাট্যগী মরম হায়রি—

অহানবদা নাট্য হৌরকপগী মরম হায়রি—

মথং মথং গুরু পরম্পরানা হায়দুনা তানবা কংলকই মতুদি—থায়না মমাঙৈদা ইন্দ্রনা ব্রহ্মাদা চত্ত না হায়জক্লবদগী ব্রহ্মানা অসিগুম্বা মওাগুবা নাট্যবেদ অসি শেমখি। ব্রহ্মানা নাট্যবেদ শেম্লগা মতু ভরততা ইকান হান্না পীখি। ভরতনা নাট্য নৃত্য অমসুং নৃত্তগী শীজিন্নবা মওং অদু শিবগী মাঙদা উৎখি ॥ ৬১৩-৬১৪

অগোই মথক অহুমনি মতুদি—নাট্য, নৃত্য অমসুং নৃত্ত ॥ ৬১৫

নাট্য—অগোই মথক অহুম অসিগী মনুংদা 'নাট্য' হায়বা অসিগী মখক্তি—

সবিরামং দ্বয়ং তালং যুগ্ম-শূন্যঞ্চ তৎপরং।
শেষোর্দ্ধং তু ত্রিতালঞ্চ হর্ষধারা প্রকীর্ত্তিতা ॥ ১২
চন্দ্রশূন্যং বিরামেণ দ্বয়ং তালং ভবেৎ ক্রমাৎ।
অন্ত্যার্দ্ধং তু ভবেৎ ত্রস্তং ভামাখ্যতাল উত্তমঃ ॥ ১৩
অন্ত্যার্দ্ধং তু ত্রিতালঞ্চ দ্বয়ং তালং বিরামকং।
ইত্যর্দ্ধমাত্রা সংগীতশাস্ত্রে প্রোক্তা বুধৈর্ব্বা ) ॥ ১৪

হর্ষধারা—বিরাম লোয়নবা তাল্লা অনিগী তুংদা শূন্য অনি লৈরগা অরোইবদা তাল্লা অহুমথক হৌনা থারবদি মদুবু 'হর্ষধারা' হায়না কৌই ॥ ১২

ভামা—বিরাম লোয়নবা চন্দ্র শূন্যগী মতুংদা থুনা অমদি হৌনা তাল অনি থারবদি মদুবু 'ভামা' হায়না খঙনৈ ॥ ১৩

অর্দ্ধমাত্রা—যাম্না হৌনা তাল অহুমগী মতুংদা বিরাম লোয়নবা তাল অনি লৈরবদি মদুবু পণ্ডিত-শিংনা সঙ্গীত শাস্ত্রদা 'অর্দ্ধমাত্রা' হায়না খঙনৈ ॥ ১৪

(১) সোতুঙ্গাভিনয়ৈর্যুক্তো নাট্যমিত্যুচ্যতে বুধৈঃ ।। ৬১৬

**অপরঞ্চ —**

নাটকস্থিত বাক্যার্থ পদার্থাভিনয়াত্মকং ।

(২) তদাদ্যং ? ভরতেনোক্তং রসভাব সমন্বিতং ।

নাটকাদিষু তন্নমুপযুক্তং মুনীশ্বরৈঃ ।। ৬১৭

**অথ নৃত্যং—**

দেশরীত্যা প্রতীতো যস্তালমান লয়াশ্রিতঃ ।

স বিলাসাঙ্গ বিক্ষেপো নৃত্যমিত্যুচ্যতে বুধৈঃ ।। ৬১৮

**বিলাসো যথা—**

নায়কা লোকনাদৌচ বিশেষোহি ক্রিয়াসু যঃ ।

(৩) শুদ্ধাবচেষ্টা সহিতো বিলাসঃ স নিগদ্যতে ।। ৬১৯

**নৃত্তমাহ—**

গাত্রবিক্ষেপমাত্রন্তু সর্ব্বাভিনয় বর্জ্জিতং ।

আঙ্গিকোক্ত প্রকারেণ নৃত্তং নৃত্তাবিদো বিদুঃ ।

এতৎত্রয়ং দ্বিধাপ্রোক্তং মার্গদেশীতি ভেদতঃ ।। ৬২০

মীওইবনা, হকচাং শাথেক্কী অভিনয়না মশাগী ওইবা তোঙান তোঙানবা অবস্থা ( ফিবম) গী মওঙ ফোংদোকপা অদুবু 'নাট্য' হায়না কৌই ॥ ৬১৬

অসিমন্থু নৈ মতংদি – রূপ, রস অমসুং ভাবনা তিনবা নাটক-কী মনুংচনবা বাহৈগী নত্রগা বাহৈ পরেংগী অর্থ ফোংদোক্লিবা অভিনয়গী মশক অদুবু ভরত মুনিনা 'নাট্য' হায়না থোল্লম্মী। অথোইবা ঋষীশিংনসু নাটক-নাচংবদা মসিবু তত্তনা শীজিন্নরকখি ॥ ৬১৭

নৃত্য—দেশ দেশকী চৎনবী মতুংইন্না তাল, মান অমসুং লয়চৎকী মথা পোনবা বিলাস ( কেবা ) কা লোয়নবা হকচাংগী ইপোম অমাদি শাথেক্কা কোন্নবা মওং অদুবু অথক্তবশিংনা 'নৃত্য' হায়না কৌনৈ ।। ৬১৮

মথক্তা য়াওরিবা বিলাস হায়বসিগী মশক্তি—নায়কপু উরবদা ( নুংশিবা মশক উরবদা ) মশানা ওইজরকপা নুংশি-নুংওন মতৌগী তোপ তোপ্পা ( নূপীগী ) ফিবম অদুবু 'বিলাস' হায়না কৌই ॥ ৬১৯

নৃত্ত—অভিনয় য়াওদবা হায়বদি অর্থ ফোংদোক্তবা, হকচাংগী লেঙবা ওৎপতমক তৌবা অদুওম্বা অগোই মথল অদুবু নর্ত্তন শাস্ত্র হৈবশিংনা 'নৃত্ত' হায়না কৌই।

মথক্কী মথল অহুম অসিবু 'মার্গ' অমসুং 'দেশী' হায়না মথল অনি অনি থোক্লা অমুক থায়দোক্লি ॥ ৬২০

---

(১) সত্তঙ্গাভিনয়ৈ ?, (২) তদাদ্যভরতেনোক্তং ?

(৩) শৃঙ্গারচেষ্টা

তত্র মার্গমাহ—

ব্রহ্মাদ্যৈর্মাগিতং শম্ভোঃ প্রযুক্তং ভরতাদিভিঃ।
গান্ধর্ব্বং বাদনং নৃত্যং যৎ স মার্গ ইতি স্মৃতঃ॥ ৬২১

দেশীমাহ—

দেশে দেশে নৃপাদীনাং যদাহ্লাদকরং নরং (পরম্)।
গানং বাদ্যং তথা নৃত্যং তদ্দেশীত্যুচ্যতে বুধৈঃ॥ ৬২২

নারদ সংহিতায়ান্তু—

পুং নৃত্যং তাণ্ডবং প্রোক্তং স্ত্রীনৃত্যং লাস্যমুচ্যতে॥ ৬২৩

ইতি সাধারণোনোক্তং॥

ভরত কোহলাদি প্রাচীনাচার্য্যৈরঙ্গীকৃতং বহুবিধং নৃত্যং।
জনানুরঞ্জনাদ্ধেতোর্ময়াত্তদপি কথ্যতে॥ ৬২৪

তৎ যথা—

অষ্টাভির্গোপনারীভিরষ্টভিঃ কৃষ্ণমূর্ত্তিভিঃ।
(১) কাষ্ঠা-নৃত্যং প্রভবতিকৃত স্বস্তিক মঙ্গলং॥ ৬২৫

ইতি কাষ্ঠা নৃত্যং

ইতি প্রকার নাট্যানি প্রোক্তান্যাধুনিকৈঃ পুনঃ।
দেশে দেশেহপ্যেবমেব দেশী নৃত্যং তথোচ্যতাং॥ ৬২৬

**মার্গ**—ব্রহ্মানচিংবা লাইশিংনা উৎপিরম্বা লধা মতুং ইম্না ভরতনচিংবনা শিবগী মাঙদা উৎখিবা, গন্ধর্ব্ব-পুংলোন য়েতুনা শাখিবা অদুগুম্বা জগোই মথল অদুবু 'মার্গ' হায়বনি॥ ৬২১

**দেশী**—তোঙান তোঙানবা লৈবাক্কী নিংথৌশিংগী নুংঙাইনবা পেমখিবা—মফম মফম অতূগী চৎনবী পুং-ঈশৈ-জগোই অদুবু 'দেশী' হায়না কৌই॥ ৬২২

**তাণ্ডব, লাস্য**—নারদ সংহিতাদা হায়রি মতুদি—নিপা জগোইবু 'তাণ্ডব' অতূপা নুপী জগোইনা 'লাস্য' কৌই। মসিনা অচম্বা মওঙদা হায়বনি। ভরত কোহলনাচিংবা আচার্য্যশিংনা জগোইগী মথল মথেন কয়ামুক শায়দোক্লম্মী। মীনা পাম্বা মওঙদা লেবনা মদুস্থ ঐনা হায়রক্কে মতুদি—

কাষ্ঠানৃত্য—গোপী নিপানগা কৃষ্ণগী মূর্ত্তি নিপানগা তিম্নতুনা পুম্না শামিন্নবা স্বস্তিক-মঙ্গলগী মশক ওইবা জগোই অদুবু 'কাষ্ঠা' নৃত্য হায়না কৌই॥ ৬২৪-২৫

মওঙ অসুম্না আধুনিক পণ্ডিতশিংনা লৌখৎনবা নাট্যগী মথল মতুংইম্না দেশ দেশতা চৎনরিবা অসিগুম্বা জগোই অসিবু 'দেশীনৃত্য' হায়না কৌই॥ ৬২৬

---

(১) কোষ্ঠী, কাষ্ঠী—পাঠান্তরং

তদুক্তং কৌমুদ্যাং—

যস্মিন্ দেশেচ যারীতির্যাচ ভাষা মনোহরা।
তথাপি নৃত্যং ভবতি প্রভূনাং চিত্তরঞ্জনং।। ৬২৭
ইতি সংক্ষেপঃ।

অথ নৃত্যহস্তাঃ

চতুরস্রাবথোদবৃত্তৌ হস্তৌ তলমুখাভিধৌ।
স্বস্তিকৌ বিপ্রকীর্ণাবপ্যরাল খটকামুখৌ।। ৬২৮
আবিদ্ধবক্ত্রৌ সূচ্যাখ্যৌ রেচিতাবর্দ্ধরেচিতৌ।
নিতম্বৌ পল্লবৌ কেশবন্ধাবুত্তান বঞ্চিতৌ।। ৬২৯
লতাখ্যৌ করিহস্তাখ্যৌ (হস্তৌচ) পক্ষবঞ্চিতকাভিধৌ।
পক্ষপ্রদ্যোতকৌ দণ্ডপক্ষৌ গরুড়পক্ষকৌ।। ৬৩০
উর্দ্ধমণ্ডলিকৌ(নৌ) হস্তৌ পার্শ্বমণ্ডলিকাবপি।
উরোমণ্ডলিকৌ(নৌ) স্যাতামুরঃ পার্শ্বার্দ্ধ মণ্ডলৌ।। ৬৩১
মুষ্টিক স্বস্তিকাবন্যৌ নলিনী পদ্মকোষকৌ।
অলপদ্মাবুল্বণৌচ বলিতৌ ললিতা বিতি।। ৬৩২

মসিগী মরমদা কৌমুদীনস্থ হায়রি মস্থদি—লৈবাক অদুগী নিঙথিজবা চৎনবীনা অমদি পুক্নিঙ হরবা মশাগী মরোম্না (ঈশৈ শকুনা) অগোই শারবদি মখোয়গী নিংথৌ-শিংবু হৱাউহনবা ওম্মী অসুম্না শম্না হায়রম্মী॥ ৬২৭

হৃজীক নৃত্যহস্তগী মখল হায়রি—

চতুরস্র, উদবৃত্ত, তলমুখ, স্বস্তিক, বিপ্রকীর্ণ, অরালখটকামুখ, আবিদ্ধবক্ত্র, সূচাখ্য, রেচিত, অর্দ্ধরেচত, নিতম্ব, পল্লব, কেশবন্ধ, উত্তানবঞ্চিত, লতা, করিহস্ত, পক্ষবঞ্চিত, পক্ষপ্রদ্যোতক, দণ্ডপক্ষ, গরুড়পক্ষ, উর্দ্ধমণ্ডলী, পার্শ্বমণ্ডলী, উরোমণ্ডলী, উরঃপার্শ্বার্দ্ধমণ্ডলী, মুষ্টিকস্বস্তিক, নলিনী-পদ্মকোশ, অলপদ্ম, উল্বণ, বলিত, ললিত—অসিগুম্বা নৃত্যহস্ত মখল কুহ্র। অসিদি 'নৃত্ত' ভদা শীজিনগনি॥ ৬২৮-৩২

---

য়েংগদবা—হান্নগী খুৎই লাইরিক্তা 'হস্তভেদ' গী শরুক য়াওরমদে। মসি লৈবাক অসিদা চৎনদবদগী লোৎথললমদবরা করিননো মরম অমদি লৈরব্দা তাই, ময়েক খরতমক মতেবনা চিথ নাহ্নবদি ওইবা য়াদে। থিজিনবীনিডবা মীনা সংগী চ-সার-সংগ্রহদগী উবাগনি।

নৃত্যহস্তা মতাস্ত্রিংশদ্ নৃত্তমাত্রোপযোগিনঃ। (১)
বরদাভয়দা বদ্ধ চতুরস্রৌরিতি দ্বয়ং ।। ৬৩৩
অন্যৎ শিরোমণিঃ প্রাহ এতে ( ভত্তে ) দ্বাবিংশদীরিতাঃ।
(২) সমান কূর্পরস্কন্ধৌ বক্ষসোষ্টাঙ্গুলান্তরৌ ।। ৬৩৪
প্রাঙ্মুখৌ খটকাবক্ত্রৌ চতুরস্রাভিধৌ করৌ।
মুক্তাহার স্রগাদিনামেতাবাকর্ষণে মতৌ ।। ৬৩৫
ইতি চতুরস্রৌ
সমাভ্যাং হংসপক্ষাভ্যামুত্তানো যো ব্রজত্যধঃ।

অহুগা শিরোমণিনা হায়বা 'বরদাভয়দা' অমদি 'বদ্ধচতুরস্র' হায়বা অনি অসিস্থ হাপচিন্নবদি পুন্না মথল ৩২ থক তুই ॥ ৬৩৩-৩৪

হুন্নাক নৃত্ত-হস্তগী লক্ষণ তাকলি মহুদি—

চতুরস্রহস্ত—খুৎ অনীমক্কী খুৎচানা খটকামুক শারগা থবাক্কগী খুদোল নিপাল লাপ্না ইশাগী মাঙদা খুৎ অনি ওনশিন্নহুনা লৈহল্লবদি অহুগা খুনিঙ অনিমকপুনা লেং-জুমগা হাংবা মান্নহন্না থমলবদি মদুবু 'চতুরস্রহস্ত' হায়না কৌই। মসিদি মুক্তাপরেং-নচিংবা শিজিনবা অমদি লোথোকপদা শীজিন্নগদবনি ॥ ৬৩৫

উদ্বৃত্তহস্ত—( চতুরস্রগী খুৎথম অহুদা ) খূৎ অনিমক্না 'হংসপক্ষ'গী মওঙ শারগা

(১) এতামভিনয়েহপ্যাহুঃ শাস্ত্রতঃ সম্প্রদায়তঃ। লতাখ্যোহি মুনির্বক্তি নৃত্তাভিনয় গোচরৌ ।।
সূচ্যাস্তেহস্তে সাহচার্য্যাত্তেনাভিনয় গোচরাঃ।

অর্থ—অসিগুম্বা হস্তক মথল ৩০ অসিবু চুম্নগী পুংলোন জগোইতদা শীজিন্নবা ওইনা মথল থাই-দোক্লম্নবস্ ভরতনচিংবনা উৎলম্বা মতুং ইন্না মসিবু অভিনয়গী মতমদস্ অহুম্মক শীজিন্নে। খুদমগী মশক ওইনা ভরতনা 'লতাহস্ত'বু অভিনয়দস্ শীজিন্নগদবনি হায়রম্মী। মরম অহুনা অতৈ অসিস্ কান্নবা মতাংদদি অভিনয়দা অহুম্মক শীজিন্নবা য়াই।

(২) অনামিকা কনীয়স্থাবুৎক্ষিপ্তে বক্রিতে মনাক্।
বিরলে চেৎ কপিথস্থ তদা স্যাৎ খটকামুখঃ ।।

পরশুরাম সংহিতায়ান্তু করাভ্যাস প্রকরণেঃ—
তর্জ্জনী মধ্যমামধ্যে পৃষ্ঠীহঙ্গুষ্ঠেন পীড্যতে।
তস্মিন্ননামিকা যোগাৎ স হস্তঃ খটকামুখঃ ।। ইতি—
উত্তানোহসৌ যুগাদৌস্যাৎ বস্ত্র চামর ধারণে ।।
কুসুমাবচয়েত্যাদৌ।

মথক্কী (২) অসি খুৎইগী লা-পান্দা য়েক্লম্বা মওঙনি। অর্থদি—কপিথহস্তগী খুৎনিঙথৌ, খুৎমাউবী অনিমক মতোন থরা কোনশিন্নগা অমদি ফাক্তোক্লনা ভিংখৎনা লৈরবদি মদুবু 'খটকামুখ' হায়না কৌই।
অহুগা পরশুরাম সংহিতাগী করাভ্যাস-প্রকরণদা হায়বদি—খুৎয়ায়-খুদোম্বী অনিগী ময়ায়দা খুৎপী-মক্না নম্নবদি অহুগা খুৎনিঙথোগস্ থেংনরবদি মদুবু 'খটকামুখ' কৌই। য়ুগ হোবা ফি অমদি চামর পায়বা অমদি লৈ থক্লোক-থক্লিন তৌবদা মসিবু লোংথোক্লগা শীজিন্নগনি।

যদাস্তোঽধোমুখো বক্ষস্তদোদ্বৃত্তৌ করৌ স্মৃতৌ ॥ ৬৩৬

(১) তালবৃন্তাবাহুরেকে তালবৃন্ত নিরোপণৌ ( নিরূপণৌ )।

প্রাঙ্মুখৌ হংসপক্ষৌচ ব্যাবর্ত্ত পরিবর্ত্তিতৌ ॥ ৬৩৭

(২) উদ্‌বৃত্তৌ মেনিরে কেচিজ্জয়শব্দে প্রয়োজয়েৎ ॥ ৬৩৮

ক্ষর (শর ?) মোক্ষণে ॥

## অথ দোষ বিচারঃ

অসংযুক্তোঽপি সংযোগে হ্রস্বদীর্ঘব্যতিক্রমে।

(৩) ভবত্যোতেন দোষায় সংস্কৃতে প্রাকৃতেঽপিচ ॥ ৬৩৯

বারদ্বয়াধিকং গীতে পৌনরুক্ত্যেতু দোষভাক্ ॥ ৬৪০

সংগীত সারেঽপ্যেবমেবোক্তং—

সংস্কৃত প্রাকৃতয়োস্তু তত্তল্লক্ষণ হীনত্বং দোষএব ॥ ৬৪১

দুষ্টংপদং শ্রুতিকটু ইত্যাদি দোষাঃ কাব্য প্রকাশাদিভ্যো জ্ঞাতব্যাঃ ॥

---

খুৎ নামনা লোংখোকৃতুনা মখাদা পুথগনি অদুগা নামনা খবাক্তা খুৎ উপনা লৈহৌগনি —মদুবু 'উদ্‌বৃত্তহস্ত' কৌই ॥ ৬৩৬

কনাগুম্বগী মত-তা হংসপক্ষবু 'তালবৃন্ত'স্ন কৌনৈ, কোনা হুমাই হুমদা শীজিন্নৈ। অসিগুম্বা মতমদদি হংসপক্ষহস্তবু ব্যাবর্ত্ত, পরিবর্ত্তিত ওইহনগনি হায়বদি লোংখোক লোংশিন তৌগনি ॥ ৬৩৭

উদ্‌বৃত্তহস্তগী কান্নবদি—মসি জয়শব্দ খঙহনবদা অমদি তেন কাপ্পদা শীজিন্নগনি ॥৬৩৮

ছন্দোক্তি ঈশৈগী দোষ বিচার-গী মরম হায়রি—

তোঙান্নবা ময়েকপু অমত্তা ওইনা তপশিন্দুনা, হ্রস্ববু দীর্ঘ অমদি দীর্ঘবু হ্রস্ব ওইনা ওন্ন-তৈননা সংস্কৃত অমদি প্রাকৃত লোন্দা ঈশৈ শক্লবদি মদু দোষনি হায়না লৌনৈ। অনিরক্তগী হেন্না হংগ্রুপ্লবদি মদুসু হঙ্গিনমনবগী দোষ লৈ ॥ ৬৩৯-৪০

সংগীত সারদসু অস্নমা হায়রি—সংস্কৃত অমদি প্রাকৃত লোন্দা মাগী মাগী ওইকম থোকপা লক্ষণ অদু বাৎলবদি মদু দোষনি ॥ ৬৪১

বারেং ফজদবা, তাবদা নুংঙাইহন্দবা অসিনচিংবগী দোষতি কাব্য-প্রকাশনচিংবা লাইরিক য়েংলগা খঙগনি ॥

---

(১) তর্জন্যাদ্যাঃ পতাকস্য তিস্রঽঙ্গুল্যো নতাঃ সমাঃ।
ঊর্দ্ধ্বাকনীয়সী যত্র হংসপক্ষঃ স উচ্যতে ॥

হংসপক্ষ হস্ত—পতাকহস্তগী খুদোনবীনচিংবা খুদোল অহুমক চপমান্ননা হাইথরগা খুৎমাউবীদং মথক্তা হাইগৎতুনা লৈববদি মদুবু 'হংসপক্ষ' হায়না কৌই ॥ মসিমু লাপান্দগীনি।

(২) মসি খুৎই অহুমগী মনুংদা অনিথক্তি যাওবমদে, অমদা য়াওই। সংগীত সার সংগ্রহদনা মমৈগী 'ক্ষব মোক্ষণে' অসি য়াওদে।

(৩) ভবত্যেতেন ?

## অথ গুণিনো নটাঃ

দ্বারকামাশ্রিতাঃ ( কেচিৎ ) কেচিদ্ভোজপুরেস্থিতাঃ ।
কেচিৎ প্রাচ্যামুদীচ্যাঞ্চ দক্ষিণস্যাং তথা পরে ।। ৬৪২
প্রাচ্যাং প্রায়েণ গুণিনো নানাগীতবিশারদাঃ ।
রাগাণাং সংস্থিতা যে তু তে নটাঃ পরিকীর্ত্তিতাঃ ।। ৬৪৩
যে গায়ন্তি সুগীতানি নৃত্যন্তি চ বিচক্ষণাঃ ।
জিতেন্দ্রিয়াঃ সদাচারাস্তে নটাঃ পুনরুত্তমাঃ ।। ৬৪৪
নানা শাস্ত্রঞ্চ ( কাব্যঞ্চ ) কুর্ব্বন্তি কথয়ন্তি বা ।
রঞ্জয়ন্তি সভাঃ সর্ব্বাস্তে নটাঃ পুনরুত্তমাঃ ।। ৬৪৫
পারম্পর্য্যেণ বিদিতো নটবংশো মহাগুণঃ ।
স্বর্গে মর্ত্ত্যেচ পাতালে সংগীতং প্রাচরত্ততঃ ।। ৬৪৬
যে নটাঃ পুণ্যকর্ম্মাণঃ স্বধর্ম্মস্থা জিতেন্দ্রিয়াঃ ।
গ্রহ্যাস্তৈবৈ প্রিয়ৈঃ সর্ব্বৈঃ বিপ্রৈগুণৈ মহাত্মভিঃ । ৬৪৭

## অথ গায়ক-লক্ষণমাহ

গায়কস্তু ত্রিধা প্রোক্ত উত্তমো মধ্যমোঽধমঃ ।

হৃদ্দীক নট-গী মগুণ হায়রি—

নট থয়না দ্বারকাদা লৈ, খয়না ভোজপুরদা, খয়না নোংপোক লমদা, খরনা অবাংন্সোমদা, খয়া অমনা খা-মায়ৈগদা লৈ—অস্তুমা থওনৈ ॥ ৬৪২

নোংপোক মায়কৈগী নটশিংদি অয়াম্বনা ঈশৈ য়াম্না হৈনৈ। রাগ রাগিণীগী মরম নিঙথিনা খঙই। অসিগুম্বা মীওইবু 'নট' হায়না কৌই ॥ ৬৪৩

ঈশৈ নিঙথিনা শকপা, জগোই শাবদা হৈশিংবা, ইন্দ্রি থূত্তম চনবা, লমচৎ ফজবা মখোয় অতু অথোইবা নটনি ।। ৬৪৪

অয়াম্বা শাস্ত্র অমদি কাব্য শেম্বা ওম্বা, ভাঙ্‌বা হৈবা, সভা পূম্নমক্কী পুক্নিং হুহনবা গুম্বা অতুগুম্বা নট অতুনা অথোইবনি ।। ৬৪৫

স্বর্গ মর্ত্ত্য অমস্তুং পাতালদা সংগীতপু প্রচার তৌরকপা অতগুম্বা নটবংশদা পোকপা অথোইবা গুণ পূম্নমক মশাদা অতন্মক চেন্নকপা, পুণ্যগী থবক তৌবা, মশাগী লথীদা চেৎনা থাজবা ( আচার ঙাকপা ), ইন্দ্রি লাকপা ওম্বা অতুগুম্বা পুক্চেন চাউবা ব্রাহ্মণ-নচিংববুসু মশাগী মগুণশিং অতুনা মরম ওইত্তুনা মহাক অদুবু ইশাগী চায়বা অমা ওইনা নিঙথিনা লোয়নগদবনি ।। ৬৪৬-৪৭

হৃদ্দীক ঈশৈ শকপগী লক্ষণ হায়রি—

ঈশৈ শকপা মথক অহুমনি —উত্তম, মধ্যম অমস্তুং অধম। মখোন মুংশিবা, শাবান

মৃষ্টধ্বনিঃ সুশারীরো নানারাগ প্রভেদবিৎ ।। ৬৪৮

(১) গ্রহমানলয়ো পেতস্তালজ্ঞো বিজিত শ্রমঃ ।

ত্রিস্থান স্পর্শগমকেষ্বনায়াস লসদগতিঃ ।। ৬৪৯

প্রবন্ধগানকুশলঃ সাবধানঃ ক্রিয়াপরঃ ।

আয়ত্তকণ্ঠঃ স্থায়িজ্ঞো নির্দ্দোষো ধারণান্বিতঃ ।। ৬৫০

উত্তমো মধ্যমঃ প্রোক্তো গুণৈঃ কতিপয়ৈরিতঃ ।

গুণযুক্তোঽপি দোষাঢ্যো যস্তুসোঽধম উচ্যতে ।। ৬৫১

সোঽপি পঞ্চধা ।।

তদুক্তং—

শিক্ষাকারেঽনুকারশ্চ রসিকো রঞ্জকস্তথা ।

ভাবকশ্চেতি গীতজ্ঞাঃ পঞ্চধা গায়কং জগুঃ ( বিদুঃ ) ।। ৬৫২

অন্যান শিক্ষণেদক্ষঃ শিক্ষাকারো মতঃ সতাং ।

অনুকার ইতি প্রোক্তঃ পরভঙ্গ্যনুকারকঃ ।। ৬৫৩

---

ফজবা, রাগ মখল অয়াম্বা খঙবা, গ্রহ, মান, লয় অমসুং তাল মুন্না খঙবা, অন্নাবনা লাকহৎপা শুমদবা, মন্দ্রনচিংবা মকম অহুম খোকনা ঈশৈ শকপা, ঈয়ায় লায়না গমক-কী খাজং থম্বা ঙম্বা, প্রবন্ধগী শৈশক্তা কৈশিংবা, চেকশিনবা, তৌরিবা থবক্তা পূক্নিঙ চঙবা, খোঞ্জেল মনিঙ তৌবা, স্থায়ী মশক খঙবা, দোষ লৈতবা, হৈগ্রবা অমদি খঙগ্রবা হিয়ম কাউদনা লৈবা অসিগুম্বা মীওইবু 'উত্তম গায়ক' ( অথোইবা শৈশকপা ) হায়না কৌই। অসিগুম্বা গুণশিং অসিদগী খরদং হন্থবা অদুবুনা 'মধ্যম গায়ক' ( ময়ায় ওইনা কবা ) কৌই অদুগা মগুণ লৈদুনসু দোষনা মপুং ওইগ্রবদি মহাক অদুবুনা 'অধম-গায়ক' ( অতোনবা শৈশকপা ) হায়না খংনৈ ।। ৬৪৮ ৫১

মসিগী মখল মঙা অমসু অমুক লৈরি মতুদি—শিক্ষাকার, অনুকার, রসিক, রঞ্জক অমসুং ভাবক—মসি গীতশাস্ত্র হৈবশিংনা হায়রনি ।। ৬৫২

১ । শিক্ষাকার—মপুং ফানা তম্লতনা মপূক্নিঙ থুংলবা ঈশৈ শকপা অদুবু খঙনৈ ।

২ । অনুকার—অতোপ্পগী খাজং খাথেক মতৌ তম্বু খঙনৈ ।

৩ । রসিক—রসতা লুপ্পা ঈশৈ শকপা অদুবু খঙনৈ ।

৪ । রঞ্জক—অতাবা মীগী পূক্নিঙ হূবা ঙম্বা অদুবু কৌই ।

(১) মসিদা খুদম তৌবগা লাপান্দা ইনম্বশিং—

তালবিশ্রামকারিত্বান্মানং তাল সমাপ্রকৃৎ । গীতবাদ্যপদন্যাস ক্রিয়াণাং সমতামিথঃ ।

তথাক্রিয়াতালযোবালয ইত্যাচাতে বুধৈঃ ।। ইতি বাচস্পতিঃ ।

হরিনায়কস্তু—ক্রিয়ান্তরেণ বিশ্রান্তির্লয় ইত্যভিধীয়তে ।।

রসাবিষ্টস্তু রসিকো রঞ্জকঃ শ্রোত্ররঞ্জকঃ।
গীতস্যাতিশয়াধানো ভাবকঃ পরিকীর্ত্তিতঃ ॥ ৬৫৪

## অথ গায়কবিভেদমাহ

একলো যমলো বৃন্দো গায়কশ্চেতি স ত্রিধা ইতি ॥ ৬৫৫
[ এক এবতু যো গায়েদসাবেকল গায়নঃ।
স দ্বিতীয়স্তু যমলঃ স বৃন্দো বৃন্দ গায়নঃ॥ ]

## অথ গায়কদোষমাহ

ভীতোঽব্যক্তপদঃ শিরোবিচলিতঃ ফূৎকারকো বিস্বরঃ।
স্যাৎ সন্দষ্টরদো নিমীলনয়নো গ্রামাব্যবস্থস্তথা ॥ ৬৫৬
গায়ন্ বক্রগলঃ স্বরাল্প বহুলঃ স্যাদ্রাগসংমিশ্রকঃ।
কম্পাঙ্গোঽনবধানকো বিরসকৃৎ কাকস্বরঃ সঘ্বরঃ ॥ ৬৫৭
( ভীতো-ভয়ান্বিতঃ। ঝর্ঘরধ্বনিরব্যক্তে উচ্যতে গীতবাদিভিঃ।
ইতরেষাং চ রাগাণাং মিশ্রকো ভূরিমিশ্রণাৎ। ইতি রাগসংমিশ্রকঃ।
স্থায্যাদিষ্বধানেন নির্মুক্তোঽনবধানকঃ। কাকস্বরঃ-ক্রুররবঃ। )

কিঞ্চ—

বিতালকো গীততন্ত্র প্রসারকঃ করালকোচ্ছাগগলোঽব্যবস্থিতঃ।

---

৫। ভাবক—ঈশৈ শকপদা মাবুতা তোপ তোপ খঙহনবা ঙম্বা অদুবু খঙনৈ।
৬৫৩-৫৪

অতোপ্পা মওঙগী মখলশিংসু অমুক হায়রি মতুদি 'একল', 'যমল' অমসুং 'বৃন্দ'— অসুম হায়না ঈশৈ শকপা মখল অহুমসু লৈরি। মতুদি—মথন্তা ঈশৈ শকপা মী অদুবু 'একল'; পাম্বা অমগা তূমা শকপবু 'যমল' অহুপা ময়াম তিন্নহুনা শকপবু 'বৃন্দ' হায়না কৌই ॥ ৬৫৫

হুন্দীক ঈশৈ শকপগী দোষ হায়রি—

ভীত ( কিগনবা ), অব্যক্তপদ ( ময়েক শেংদবা ), শিরোবিচলিত (মকোক হাইবা), ফূৎকারক ( কামগনবা ), বিস্বর স্বর চুমদবা ), সন্দষ্টরদ ( ময়া চীকপা ), নিমীল-নয়ন ( মমিৎ উইশিনবা ), গ্রামাব্যবস্থ ( গ্রামগী বিচার খঙদবা ), বক্রগল ( মঙক লৈবা ), স্বরাল্পবহুল ( স্বরগী চাং কষ্টমনবা নত্রগা কেনমনবা ), রাগ সংমিশ্রক ( রাগ মিশ্র তৌবা হায়বদি য়ানশিন্নবা ) কম্পাঙ্গ ( মশা নিকপা ), অনবধানক ( স্থায়িনচিংবদা থৌ-রা পাদবা ), বিরসকৃৎ ( রস কায়হনবা ), কাকস্বর ( কাক খোঞ্জেল মানবা ), সঘর ( ইকিং ফিংবা ),—মথল ১৬ অসি ঈশৈ শকপগী দোষনি ॥ ৬৫৬-৫৭

অমুকসু হায়রি মতদি—তালকায়বা, কান্নদনা ঈশৈগী মশা চাউথোকহনবা, অকিবা

উৎফুল্ল গণ্ডস্তুম্বুনাসিকঃ স্যা-দেবং হি তুষ্টঃ কিলগায়ন স্যাৎ ।।৬৫৮
( বিতালস্তালবিচ্যুতঃ । করালো ঘটিতাননঃ । গায়ন্নাসিকয়া গীতং গায়কস্তুম্বুনাসিকঃ ।। )
সন্ত্যন্যে বহবো দোষানোক্তা বিস্তর শঙ্কয়া ।
গ্রন্থান্তরেভ্যস্তে ( স্তজ্ ) জ্ঞেয়া অনুক্তা গুণ দোষকাঃ ।। ৬৫৯

অথ বাগ্‌গেয়কার লক্ষণং—

বাঙমাতুরুচ্যতে গেয়ং ধাতুরিত্যভিধীয়তে ।
বাচং গেয়ং চ কুরুতে যঃ স বাগ্‌গেয়কারকঃ ।। ৬৬০
ব্যাকার-কাব্যালঙ্কারাশেষ কোষ বিচক্ষণঃ ।
স্মৃত্যাগম পুরাণাদিচ্ছন্দঃশাস্ত্র প্রভেদবিৎ ।। ৬৬১
অশেষ দেশ-ভাষাজ্ঞঃ সর্ব্ব-প্রাকৃত কোবিদঃ ।
নীতিশাস্ত্র কলাশাস্ত্র শিক্ষাশাস্ত্র বিশারদঃ ।।
নানা ধাতু বিবেকজ্ঞো (১) লয় তালাদি তত্ত্ববিৎ ।। ৬৬২
ইতি গীতনির্ণয়ঃ ।।

ফংনা মচীন মখা পৈবা, হামেঙ-মখোন মানবা, নিয়ম কায়বা, থজাই পোঙখোকপা, নাখাঙদা ঈশৈ শকপা—মখোয় অসিসু ঈশৈ শকপগী দোষনি ॥ ৬৫৮

অসি নত্তবা দোষ অতৈসু য়ায়া নৈরি, মকম অসিদদি মচু পূন্নমক চাউমনখি-গদবদগী হায়দ্রে। মরম অদুনা লায়রমদবা দোষ গুণগী মশকশিং অতদি অতোপ্পা লাইরিক্কী থঙবিয়ু ॥ ৬৫৯

হৌজীক বাগ্‌গেয়কারগী লক্ষণ হায়রি—

বাহৈবু 'মাতু' অদুগা ঈশৈবু 'ধাতু' হায়না কৌই। অসিগুম্বা ধাতু মাতু থঙবা মী অদুবু 'বাগ্‌গেয়কার' হায়না কৌই ॥ ৬৬০

অসিগুম্বা বাগ্‌গেয়কার অসি ওইবা তারবদি—ব্যাকরণ, কাব্য, অলঙ্কার-শাস্ত্র, শব্দকোষ, ধর্ম্মশাস্ত্র, স্মৃতী, আগম, পুরাণ অমদি ছন্দঃশাস্ত্রগী মথল পূন্নমক হৈবা—লৈবাক পূন্নমক্কী লোন থঙবা, প্রাকৃত-লোন পূন্নমকসু হৈবা, নীতি শাস্ত্র, কলাশাস্ত্র, শিক্ষা-শাস্ত্র পূন্নমক থঙবা, ধাতু অয়াম্বগী জ্ঞান লৈবা, তাল-লয়নচিংবগী মরম শেংনা থঙবা মীওই ওইগদবনি ॥ ৬৬১-৬২

ঈশৈ শেমবগী মথক তাকপা লোইরে।

(১) লয়তানাদি—পাঠ

## অথ ক্রমপ্রাপ্তং বাদ্যমাহ

ন বাদ্যেন বিনা যস্মাদ্গীতং তালশ্চ শোভতে।
তস্মাত্মাঙ্গল্য মস্মাভির্বাদ্য মাত্র নিগদ্যতে ॥ ৬৬৩
ততমানদ্ধ শুষির ঘনানীতি চতুর্বিধং।
ততংবীণাদিকং বাদ্যমানদ্ধং মুরজাদিকং।
বংশ্যাদিকস্তু শুষিরং কাংস্য তালাদিকং ঘনং ॥ ৬৬৪

তত্র ততং যথা দামোদরে—

অলাবনী ব্রহ্মবীণা কিন্নরী লঘু কিন্নরী।
বিপঞ্চী বল্লকী জ্যেষ্ঠা চিত্রা ঘোষবতী জয়া ॥ ৬৬৫
হস্তিকা কুব্জিকা কূর্ম্মী সারঙ্গী পরিবাদিনী।
ত্রিশরী শততন্ত্রী চ নকুলোষ্ঠী চ কংসরী ॥ ৬৬৬
ঔডুম্বরী পিনাকীচ নিবন্ধঃ পুষ্কলস্তথা।
গদা-বারণহস্তশ্চ রুদ্রোহথ স্বরমণ্ডলঃ ॥ ৬৬৭
কবি(পি)লাসো মধুস্যন্দী ঘোণেত্যাদি ততং ভবেৎ।
সিদ্ধৈষাং ঘটনা লোকে পারম্পর্য্যোপদেশতঃ।
তথাপি বক্ষে দ্বিত্রীণাংলক্ষণং গ্রন্থরীতিতঃ ॥ ৬৬৮

হৃদীক মথং মথং লাকপা বাদ্যগী মরম হায়রি—

বাদ্য (পুং-শেল-করতালনচিংববু বাদ্য কৌই) নত্তনা করিগুম্বা ঈশৈ নত্রগা তালগী ফজবা থক ওইদে। মরম অদুনা মঙ্গলগী মশক ওইরবা অসিগুম্বা বাদ্য অসিগী মশক মওঙনচিংবা খঙনবা ঐনা হোৎনরি ॥ ৬৬৩

বাদ্য মথল মরিনি মদুদি—'তত, আনদ্ধ, শুষির, ঘন'। বীণানচিংবা মরী-পান্দুনা খোংববু 'তত', মুরজনচিংবা শউন তিংদুনা শেম্বা পুংনচিংববু 'আনদ্ধ', বাঁশীনচিংবা মখুল অহোবদা কামদুনা খোংববু 'শুষির', অদুগা শেঙ্গেংনচিংবনা শাবা তাল থানবা করতালনচিংববুনা 'ঘন' হায়না কৌই ॥ ৬৬৪

'তত'গী মরমদা দামোদরনা হায়রি মদুদি—অলাবনী, ব্রহ্মবীণা, কিন্নরী, লঘু-কিন্নরী, বিপঞ্চী, বল্লকী, জ্যেষ্ঠা, চিত্রা, ঘোষবতী, জয়া হস্তিকা, কুব্জিকা, কূর্ম্মী, সারঙ্গী, পরিবাদিনী, ত্রিশরী, শততন্ত্রী, নকুলোষ্ঠী, কংসরী, ঔডুম্বরী, পিনাকী, নিবন্ধ, পুষ্কল, গদা বারণহস্ত, (রাবণহস্ত), রুদ্র, স্বরমণ্ডল, কবিলাস (কপিলাস), মধুস্যন্দী, ঘোণা—অসিনচিংবনা 'তত' বাদ্যগী মখলনি ॥ ৬৬৫-৬৭

মখোয় অসি শাবগী মওঙ-মতৌনচিংবদি গুরুপরম্পরা মথং মথং খঙনররুবদু লাইরিকা হায়বা মতুং ইন্না অনি অহুমদংগী মরমদা অমুক হন্না তাক্লি ॥ ৬৬৮

**অলাবনী যথা—**

কনিষ্ঠকা পরিধ্যর্দ্ধ মধ্যচ্ছিদ্রেণ সংযুতঃ।
দশমুষ্টিমিতো দণ্ডঃ খাদিরো বৈণবস্তথা ।। ৬৬৯
অধঃ করভবানূর্দ্ধে ছত্রাবল্যাভি শোভিতঃ।
নবাঙ্গুলাদধশ্ছিদ্রোপরি চন্দ্রার্দ্ধ সন্নিভাং ।। ৬৭০
নিবেশ্য চুম্বিকাং তত্রালাবুখণ্ডং নিবেশয়েৎ।
দ্বাদশাঙ্গুল বিস্তারং দৃঢ়পর্ব্বা (পর্ব্বে) মনোহরং ।। ৬৭১
চুম্বিকা বেধমধ্যেন দণ্ডচ্ছিদ্রেণ নির্ম্মিতাং।
অলাবু মধ্যং (মধ্যগাং) ডোরীং কৃত্বাস্বল্পাং চ কাষ্ঠিকাং ।। ৬৭২
তথা সংবেষ্ট্য তন্মধ্যে কাষ্ঠিকাং ভ্রাময়েত্ততঃ।
যথাস্যান্নিশ্চলালাবুর্বন্ধশ্চ করভোপরি ।। ৬৭৩
পঞ্চাঙ্গুলানি সংত্যজ্যালাবুং স্বল্পাঞ্চ বন্ধয়েৎ!
কেশাস্তনির্ম্মিতা পট্টময়ীসূত্র কৃতাথবা ।। ৬৭৪
সমাশ্লক্ষ্ণা দৃঢ়া তত্রাদেয়া তন্ত্রী বিচক্ষণৈঃ।
তারে মন্দ্রেচ ঘোরে চ ত্রিস্থানে বিন্দুরিষ্যতে ।। ৬৭৫
বিন্দুনাদ সমোপেতাং তুম্বীং নিক্ষিপ্য বক্ষসি।
মধ্যমানামিকাভ্যাঞ্চ বাদ্যা দক্ষিণ পাণিনা ।। ৬৭৬

**অলাবনী**—খুত্নম ১০ শাংবা কবোথজ্রী নত্রগা যা মকক অমনা মচৈ ( দণ্ড ) ওই-নগদবনি। দণ্ড অসিগী ময়ায়দা থূংনাউবী তংখায় অমা লাওবা মথুল অমা হুৎক-দবনি ।। ৬৬৯

মথাদা—করভগীদি মথক থয়া ওইরপনা ( করভ—তুম্বাগা দণ্ডগা তাইনফম, থূজেং-গুম্বা মফম ) ছত্রাবলীনা লৈতেংগনি। দণ্ডগী মথক্তা থূদোল ৯ থাদোক্লগা ময়ায়গী মথুল অতুগী মথক্তা থা মচেৎ শাবা চুম্বিকা অমা হাপকনি। মফম অত্নদা তুম্বা হাপক-দবনি—মতু থূদোল ১২ না কোয়গদবনি। তাইনফম অতু কণহনগনি। তুম্বাগা ময়ায়গী মথূল অতুগা অনিগী মরক্তা তুম্বাগী ময়ায় চানা লংনচিংবা যেত্ত্না থুন্টি অমা হাই ছুম্বা তৌহন্দনা চেৎনা লৈশিন্দুনা য়ুংগদবনি। মসি করভগী মথক্তা তুম্বা অতু চেৎনা লৈনবগীদমক্তনি ॥ ৬৭০-৭৩

থূদোল মঙা থাদোক্লপা অপীকপা তুম্বা অমসু হাপকদবনি। থম, মুগালং মন্ত্রগা অকনবা লংলানা মরী তিংগনি। তাণ্ডবোম নাইদবা, অথোৎপা অমদি অকুপ্পা লংলানা মরী অসি ওইনগদবনি। তার, মন্দ্র অমদি ঘোর ( তীব্র ) ওইবা মফম অহুমদা বিন্দু মমচুনা থয়শিং অসিগী মফম থণ্ডনবা তৌগদবনি। অসিগুম্বা বিন্দুনাদনা তিন্নবা তুম্বা

তুম্বীমূলং (১) সমুৎপত্য বামাঙ্গুষ্ঠেনধারয়েৎ।
তত্তস্যাভিস্তু সর্ব্বাভিঃ স্বরব্যক্তির্বিধীয়তে ।। ৬৭৭
ত্রিস্বরে। দক্ষিণঃ পাণির্বামস্তত্র চতুঃস্বরঃ।
অলাবল্যাং স্থিতা জ্ঞেয়াঃ সপ্ত ষড়্‌জাদয়ঃস্বরাঃ ।। ৬৭৮
ইয়মলাবনী প্রোক্তা মণঃ শ্রবণ রঞ্জনী ।। ৬৭৯
( প্রত্যক্ষা সারদা দেবী বীণারূপেণ সংস্থিতা )
(২) ইত্যলাবনী।
অন্যাসাং লক্ষণং নোক্তং গ্রন্থ বাহুল্য ভীতিনা।
তজ্‌জ্ঞান গ্রহিনৈর্জ্ঞেয়ং তত্তদ্‌গ্রন্থেভ্য এবহি ।। ৬৮০

অথ আনদ্ধং যথা—
মর্দ্দলো মুরজশ্চৈব ঢক্কা পটহচাঙ্গবঃ।
পণবঃ কুণ্ডলী ভেরী ঘট(ণ্টা)বাদ্যঞ্চ ঝর্ঝরঃ ।। ৬৮১
ডমরুষ্টমকির্মঠো হুড়ক্কা মড্‌ডু ডিণ্ডিমৌ।
উপাঙ্গ দর্দ্দুরা বিত্যাদিকমানদ্ধমীরিতং ।। ৬৮২

অসিবু থবাক্তা থম্লগা খুৎ য়েৎকী খুৎয়ায় অমদি খুৎনিংথৌনা থোংগদবনি। তুম্বাগী মরুদা (মূল) ওয়গী খুৎপীনা বীণাবু থাংগত্তনা পায়গদবনি। মথং তাবদদি খুৎচা অপুম্বনা থোংগনি ।। ৬৭৬-৭৭

য়েৎকী খুৎনা স্বর অহুম থোকহল্লি, ওয়গী খুৎনা স্বর মরি থোকই। অসুম তৌনা অলাবনী-বীণাদা ষড়্‌জনচিংবা স্বর তরেৎ থোকই। অসিগুম্বা অলাবনী কৌবা বীণা অসিদি পুক্নিং অমসুং নাকোং অনিমকপু পেনহল্লি ।। ৬৭৮-৭৯ ( সরস্বতীমক্তা বীণাগী মশক লৌদুনা লৈরিবনি )। অলাবনীগী মরমদি তাকলিবসিনি।

অহেনবা বীণা অতৈগী লক্ষণনচিংবদি লাইরিক চাউমনখিগদবদগী মকম অসিদা হায়দ্রে। মসিগী মরম থঙবিনিঙবশিংনা অতোপ অতোপ্পা লাইরিক্তগী য়েংনবিগনি ।। ৬৮০

হুজীক আনদ্ধবাদ্যগী মমম হায়রি—

আনদ্ধবাদ্যগী মথক্শিংদি— মর্দ্দল, মুরজ, ঢক্কা, পটহ, অঙ্গব, পণব, কুণ্ডলী, ভেরী, ঘণ্টাবাদ্য, ঝর্ঝর, ডমরু, টমকি, মঠ, হুড়ক্কা, মড্‌ডু, ডিণ্ডিম, উপাঙ্গ, দর্দ্দুর—মথোর অসি আনদ্ধগী মথক মক্তনি ।। ৬৮১-৮২

(১) সম্মুপেত্য—পাঠ
(২) অলাবনী অসি খুৎইদদি অলাবনী হায়না লৈ।

আনদ্ধে মর্দ্দলঃ শ্রেষ্ঠস্তস্যাত্তল্লক্ষণং ব্রুবে।
( তদুক্তং সঙ্গীত দামোদরে )—
মর্দ্দলঃ খাদিরঃ শ্রেষ্ঠো হীনঃ স্যাদন্যদারুজঃ॥ ৬৮৩
রক্তচন্দনজো রম্যো গম্ভীরধ্বনিরুচ্চকৈঃ।
সার্দ্ধহস্ত প্রমাণস্তু দৈর্ঘ্যমস্যাভি(বি ?)ধীয়তে॥ ৬৮৪
ত্রয়োদশাঙ্গুলং বামমথবা দ্বাদশাঙ্গুলং।
দক্ষিণঞ্চ ভবেদ্ধীনমেকেনার্দ্ধাঙ্গুলেনবা॥ ৬৮৫
করণানদ্ধ বদনৌ মধ্যেচৈব পৃথুর্ভবেৎ।
করণং নাম ষন্মাস মৃতবৎস চর্ম্ম।

তদুক্তং—

ষাণ্মাসিকো মৃতো বৎসস্তচ্চর্ম্ম করণং মতং॥ ৬৮৯
ইতি॥
মৃত্তিকা নিম্মিত শ্চৈষঃ মৃদঙ্গঃ পরিকীর্ত্তিতঃ।
পাতয়েৎ খরলিং বাদ্য বাদনার্থঞ্চ মর্দ্দলে॥ ৬৯০
খরলির্নাম লেপ বিশেষঃ।

তদুক্তং—

বিভূতির্গৈরিকং ভক্তং কেন্দুকেন চ সংযুতং।
যদ্বা চিপিটকং দেয়ং জীবনী সম্বমিশ্রিতং॥
জীবনী—হরিতকী।

আনদ্ধবাদ্যগী মরক্তা মর্দ্দলনা অখোইবা ওইবনা মতুগী লক্ষণ তাকলি—সঙ্গীত দামোদরনা হায়, মর্দ্দল শাবদা করোখজী উনা খ্যায়দগী ফবা হেন্নি, অতোপ্পা উনা শাবদি কত্তে॥ ৬৮৩

রক্তচন্দননা শায়গা য়েংবদা নিঙথিজৈ, মখোল লুম্মী, হৌই। মসি খুদুপ অমা-ঙথায় শাংনা শাগদবনি। মরু ( পুংমায় ) দা খুদোল ১৩ নত্রগা ১২ পাক্তনি, য়েৎথংবা মনাউগী লক্রক মসিদগী খুদোল অমা নত্রগা খুদোন তংখায় অমা হুহ্হনগনি। করণনা পুংমায় তিংগনি, ময়ায়দা থাগৎহনগনি। করণ কৌবদি থা তরাক্তমক ডায়রিবা অশিবা যম্নাউ মচাগী মউনবু হায়বনি॥ ৬৮৪-৮৯

মৃদঙ্গ—লৈপাক্না শাবা পুংবু মৃদঙ্গ কৌই। মর্দ্দলবু য়ৈবা য়ানবা 'খরলি' কৌবা পোৎ অদু তৈগনি হায়বদি গাব থাগনি॥ ৬৯০

খরলিগী মথক্তি—উৎ, চোং-লৈবাক, চাক, অদুগা গাব পাম্বী ( খে পাম্বী ) গী মখোম—পুন্নমক অাঁল তিন্নরগা মনাহি মকুপকা অমুক তিন্নহনা মসি শেমগদবনি। চাককী

সর্ব্বমেকত্র পিষ্টং তল্লেপঃ খরলিকচ্যতে ।। ৬৯১

লেপস্তু দক্ষিণ পুটেদেয়ঃ ।।

যদুক্তং—

বামাস্যে পূরিকাং দত্বা লেপং দত্যাচ্চ দক্ষিণে ইতি ।

পুরিকানাম ভক্তলাজচিপিটকানামন্তভস্মেন জলপিষ্টং ভস্ম ।

আধুনিকাস্তু—

ওদনং ছাগবিড় ভস্মচাপি ভস্ম (ভস্ম) পুরাতনং ।

লোহবিড় মূষয়োশ্চূর্ণং সমভাগং সুপেষয়েৎ ।।

লেপয়েদ্দক্ষিণ পুটে লেপোহয়ং বজ্র ঈরিতঃ ।। ৬৯২

পুরাতনং ভস্মেতি বহুদিনমেকত্রস্থিতংযৎকিঞ্চিদ্ভস্ম ।

মুষা-ইতিবাতি তাম্রাদ্যা বর্ত্তন পাত্রং ।

তত্র মর্দ্দল মুরজয়োর্ভেদমাহ বিশ্বকর্ম্মা—

ত্রয়োদশাঙ্গুলো বামে মুখে স্যাদ্দ্বাদশাঙ্গুলঃ ।

দক্ষিণেতু মুখে ধীরৈমর্দ্দলঃ পরিকীর্ত্তিতঃ ৬৯৩ ।।

মুরজোষ্টাঙ্গুলো বামে দক্ষে সপ্তাঙ্গুলোমুখে ।

অঙ্ক্যোর্দ্ধকালিঙ্গাভেদাৎ সত্রিধা পরিকীর্ত্তিতঃ ।। ৬৯৪

মহুত্ত চেঙপাক মকুপ্পসু শিনবা য়াই। পোৎলমশিং অসি তিন্নহনা শেম্ববু 'খরলি' কৌই ॥ ৬৯১

মসিনা য়েৎকী পুংমায় ( মনাউ ) দা তৈগদবনি ।

অসুম্না হায়রি মহুদি—ওয়থংবা পুংমায় ( মক ) দদি পুরিকা তৈরগা মনাউদনা পাব তৈগদবনি। পুরিকা হায়বদি—চাক, কবোক অখিঙবা নত্রগা চেঙপাকপু ঈশিং য়ান্দুনা তকথায়রবদি মদূবু 'পুরিকা' হায়না কৌই।

হুন্দীক চৎনরিবদি—চাক, হায়েঙ মথৌগী উৎ, মতম কুইনা পৈশিনবা উৎ, য়োৎথী, কোরী নত্রগা পীশ্লাইনচিংব ধাতু হৈননবা কোন্দ—পুম্নমক অসি চাং মাম্না য়াম্নহনা তকথায়নরগা য়েৎকী পুংমায় ( মনাউ ) দা তৈরবদি মদুবু 'বজ্র' হায়না কৌই ।। ৬৯২

মর্দ্দলগা মুরজগা খেন্নবগী মরমদা বিশ্বকর্ম্মানা অসুম্না হায়রম্মী মহুদি—ওয়গী পুংমায়দা খুদোল ১৩ অমগা য়েৎকী পুংমায়দনা খুদোল ১২ পাক্রবদি মদুবু পণ্ডিতশিংনা 'মর্দ্দল' হায়না খঙৈ ॥ ৬৯৩

অমগা ওয়গী পুংমায়দা খুদোল ৮, য়েৎকী পুংমায়না খুদোল ৭ পাক্রবদি মদুবুনা 'মুরজ' হায়না কৌনৈ। মসিগী মখলদি অহুমনি মহুদি—অঙ্ক্য, আলিঙ্গ্য অমসুং উর্দ্ধক ॥ ৬৯৪

তত্রুক্তং ভরতেন—

হরীতক্যাকৃতিস্ত্বস্থ্যো যবমধ্যস্তথোর্দ্ধকঃ।
আলিঙ্গ্যশ্চৈব গোপুচ্ছ সদৃশঃ পরিকীর্ত্তিতঃ॥ ৬১৫

## অথ বাদনমার্গঃ

বাদনস্য চতুর্মার্গা ঈরিতাশ্চন্দ্রমৌলিনা।
ঘষ্টিথ্যা ( ঘট্টিতা ) বিপ্রকৃষ্টা চ গোমুখ্যালপ্তিকা তথা॥ ৬১৬

উদ্দেশক্রমেণ লক্ষণমাহ—

ঘষ্টিতা ( ঘট্টিতা ) করমূলস্য বিকুষ্টাঙ্গুলমূলতঃ।
গোমুখীচাগ্রহস্তস্য চালনেন প্রদর্শিতা॥ ৬১৭
করমূলস্য চালনেন ঘষ্টিতা প্রদর্শিতেত্যাশয়ঃ।
কনিষ্ঠাঙ্গুলি সংযোগে সর্ব্বাঙ্গুলি বিবর্ত্তনাৎ।
আলপ্তিকা সমাখ্যাতা নন্দিনে চন্দ্রমৌলিনা॥ ৬১৮

অথ ত্রিপ্রকারং প্রহারমাহ—

নিগৃহীতার্দ্ধনিগৃহীতামুক্তাখ্যং চ মৃদঙ্গকং।
প্রহারং ত্রিতয়ং প্রোক্তং নন্দিনে চন্দ্রমৌলিনা॥ ৬১৯
নিগৃহীতাখ্যমর্দ্ধনিগৃহীতাখ্যঞ্চেত্যর্থঃ।

---

ভরতনা হায়—অঙ্কা হায়বসিদি মনাহী মওঙ মানগনি, উর্দ্ধকনা যব ( কৌগী জাৎ ) কুম্না মন্নায় পোঙগনি অমুগা আলিঙ্গ্যনা যণ মমৈ মানগনি॥ ৬১৫

হন্নীক য়েবগী মওঙ তাকলি—

চন্দ্রমৌলি ( মহাদেব ) না য়েবগী মওঙ মরি থোক্না হায় মহুদি—ঘট্টিতা, বিপ্রকৃষ্টা, গোমুখী অমস্মুং আলপ্তিকা॥ ৬১৬

মখোয়গী লক্ষণদি—খবাক মকুনা য়েববু ঘট্টিতা, খুৎচা মকনা য়েববুনা 'বিপ্রকৃষ্টা' খুদোল মতোন্না য়েবনা 'গোমুখী' অমুগা খুৎচা পুম্নমক মচা তাহল্লগা খুৎনাউবীনা শোক্ল-বদি মদুবুনা 'আলপ্তিকা' কৌই হায়না নন্দিকেশরদা মহাদেবনা তাকপিখি॥ ৬১৭-১৮

য়েবগী মওঙ অহুম—

মৃদঙ্গ য়েবগী মওঙ অহুমনি মহুদি—নিগৃহীত, অর্দ্ধনিগৃহীত অমস্মুং মুক্ত।

মখোয় খুদিংমক্কী লক্ষণদি—

নিগৃহীত—খুৎ অনিমক্কী খুৎচা পুম্নমক কন্নোক্তনা পুল্লপ য়েববু 'নিগৃহীত' হায়না কৌই।

প্রত্যেক লক্ষণমাহ—

করয়োঃ পুটযোগেন নিগৃহীতমুদাহৃতং।
তদর্দ্ধ নিগৃহীতন্তু করস্যৈকস্য মোক্ষণাৎ ॥ ৭০০
উভয়োশ্চ পরিত্যাগাৎ তথৈবান্তরধা (ঘা ?) ভজঃ ॥
ক্ষণে ক্ষণে কলাসশ্চ মুক্তাখ্যঃ স উদাহৃতঃ ॥ ৭০১
কলাসো—বাদনবিশেষঃ ॥
স চ কলাসোঽর্দ্ধ কলাসশ্চ টীকিনীত্যাদি ভরতোক্তঃ।
অন্যেচ ভরতোক্তা যে প্রকারো বাদ্য পাঠয়োঃ।
সন্ত্যোবাত্র ন বাহুল্যাস্তীত্যানেন ময়োদিতা ॥ ৭০২
স্ত্রী-পুং-নপুংসকত্বং চান্যৈরুক্তং মর্দ্দন (ল) ধ্বনেঃ।
তদপ্যলেখি ন ময়া প্রায়ো বাহুল্য ভীতিতঃ ॥ ৭০৩

### অথ মার্দ্দঙ্গীক লক্ষণং

ধীরো বাদ্যবিশারদঃ প্রবচনঃ পাঠাক্ষর (১) ব্যঞ্জকঃ।

---

অর্দ্ধনিগৃহীত—খুৎ নামনা হাইদোক্লগা নামতনা যৈববু 'অর্দ্ধনিগৃহীত' হায়না কৌই ॥

মুক্ত—'কলাস' কী মওঙদা যৈবগা ময়ক্তা ওাইহাক লৈতনা খুৎ অনিমক হাই-দোকৃপবু 'মুক্ত' কৌই। 'কলাস' হায়বদি যৈবগী মওঙ অমনি ॥ ৬৯৯-৭০১

কলাস, অর্দ্ধকলাস, টীকিনী—অসিনচিংবগী বাবমদি ভরতমুনিনা হায়রম্মী। অসিদস্থ নত্তনা ভরতনা যৈবগী মওঙ অমদি ময়োলনচিংবগী মরমদস্থ মখক য়ায়া তাক্লম্মী। চাউমনখিগদবদগী মক্ষম অসিদদি মত্ত পূয়মক অত্ত ঐনা বর্ণন তৌদ্রে ॥ ৭০২

মর্দ্দলগী পুংখোল অসিবুস্থ নিপা, নূপী অমদি নিপাস্থ নূপীস্থ নত্তবনচিংবা মখল কয়ামুক থোক্লা অমুক খায়দোকপা লৈরি, মদুগী ময়ম অদুস্থ চাউমনগদবদগী ঐনা নৈনদ্রে ॥ ৭০৩

হজীক পুং-যৈবা মীগী মখক তাকলি—

চীংলেম্বা, লাইরিক হৈবা, যৈবগী ময়ম নিঙথিনা খঙবা অতুগা মদুগা ময়ী লৈনবা বায়ম পূয়মক মখোঙ শেংনা তাকপা ঙম্বা, নিঙথিনা পুংলোন শেংনা থোকহনবা ঙম্বা তাল ওয়াইবদা পূক্লিঙ লুপ্পা, গমক পূয়মক্কী ময়ম শেংনা ফোংদোকপা ঙম্বা, পুং মখল

---

লাপান্দা ইরম্বা পাঠাক্ষরগী ময়ুনাদি—

(১) তাধিক তাধিক দ্রিমি দ্রিমি ধো গো ইত্যাদি পাঠাক্ষরাণি।

যথা শ্রীগোবিন্দলীলামৃতে—তাধিক্ তাধিক্ দিগি তিনি নাদং কুর্ব্বন্ রাসে মদমুরজোঽয়ং লাস্যৈরাসাযতিশয়তুষ্টো নিন্দত্যস্যাঃ সুরবনিতাঃ কিং ॥

তালাভ্যাসরতঃ সমস্তগমক প্রৌঢ় প্রকাশক্ষমঃ ।।
নানাবাদ্য বিবর্ত্তন ( বিবর্ত্তনর্ত্তন ? ) পটুঃ স্বভ্যস্ত গীতক্রমঃ ।
সন্তুষ্টো মুখবাদকো দ্রুতকরো মার্দ্দঙ্গিকঃ কীর্ত্তিতঃ ।। ১০৪
অন্যেষাং লক্ষণং বিস্তরভয়ান্নোক্তং ।

## অথ শুষিরং

**দামোদরে—**

বংশোঽথ পারী (মধুরী) তিত্তিরী শঙ্খ কাহলাঃ ।
ডোরহী ( তোড়হী ) মুরলী বুক্কা শৃঙ্গিকা স্বরনাভয়ঃ ।। ১০৫
(১) শৃঙ্গং কাপালিকং বংশশ্চর্ম্মবংশস্তথা পরঃ ।
এতে শুষিরভেদাস্তু কথিতাঃ পূর্ব্বসূরিভিঃ ।। ১০৬

**বংশলক্ষণমাহ—**

মঞ্জুলঃ সরলশ্চৈব পর্ব্বদোষ বিবর্জিতঃ ।
বৈণবঃ খাদিরোঽপি স্যাদ্রক্তচন্দনজোঽথবা ।। ১০৭
শ্রীখণ্ডজোঽথ সৌবর্ণো দন্তিদন্তময়োঽথবা ।

---

পূরমক শীজিয়বা শুম্বা, চোলোম হৈবা, ঈশৈশী মতুং ইন্না য়েঁবদা হৈশিংবা, মায়থোং মকা-য়াম্বা, চানবুং য়েঁবদা হৈশিংবা, থুং-থং থুবা— অসিগুম্বা গুণ চেনবা মীবু অশেংবা পুংয়েঁবা কৌই। অতোপ অতোপ্পা পুং অতৈ য়েঁবগী লক্ষণদি চাউমনগদবনা ইত্রে।। ১০৪

তৃতীয় শুষির ( কামতনা খোংবা যন্ত্র ) গী মরম হায়রি—

দামোদরনা হায়—বংশী, পারী, (মধুরী), তিত্তিরী, শঙ্খ, কাহল, ডোরহী তোড়হী), মুরলী, বুক্কা, শৃঙ্গিকা, স্বরনাভি, শৃঙ্গ কাপালিক, বংশ, চর্ম্মবংশ—মখোয় অসি শুষিরগী মখলমক্তনি হায়না মথক্কা মুনিশিংনা তাকপিরম্মী ।। ১০৬

**বাঁশীগী মশক—**

ফজবা মতৃম তাবা, মতাং অমত্তমক পানবা বা, কবোখজি নত্রগা রক্তচন্দন ঊনা নত্রগা বা-চন্দন নত্রগা লনানা, শামু মযানা শাগনি। ( লুপা, কোয়া, য়োং, পীথ্রাই,

(১) শৃঙ্গং য়াপিক বংশ—থুংইদা লৈরম্বা মওঙ

(১) [ রাজতস্তাম্রজোবাপি লৌহজঃ (পৈত্তলো) স্ফটিকোঽথবা ]॥ ৭০৮
কনিষ্ঠাঙ্গুলি তুল্যেন গর্ভরন্ধ্রেণ শোভিতঃ।
শিল্পবিদ্যা প্রবীণেন বংশঃ কার্য্যো মনোহরঃ॥ ৭০৯
(২) [ বংশেনৈব মতোঽপীতি মতঙ্গমুনিনোদিতং।
ততোঽন্যেঽপি তদাকারা বংশা এব প্রকীর্ত্তিতাঃ ]॥ ৭১০
তত্রত্যক্তা শিরোদেশাদধো নিশ্মিত ( দ্বিমিত ) মঙ্গুলং॥ ৭১১
ফুৎকাররন্ধ্রং কুর্ব্বীতমিতমঙ্গুলি পর্ব্বণা।
পঞ্চাঙ্গুলানি সংত্যজ্য তার রন্ধ্রাণি কারয়েৎ॥ ৭১২
কুর্য্যাত্তত্রা ( তথা ? ) স্যরন্ধ্রানি সপ্ত সংখ্যানি কৌশলাৎ।
বদরী বীজতুল্যানি সংত্যজ্যার্দ্ধার্দ্ধমঙ্গুলং॥ ৭১৩
প্রান্তয়োর্বন্ধনং কার্য্যং স্বর্ণাদ্যৈর্নাদ হেতবে॥
সিক্থকেন কলাদেয়া তেন সুস্বরতা ভবেৎ। ৭১৪
কলা—কলনা
স্বর্ণাদি মুখবন্ধস্থিরীকরণং সিক্থকেন সম্পাদনীয়মিতিভাবঃ।
অয়মুক্ত প্রকারো বংশো নাম্না পঞ্চাঙ্গুলঃ।
এবং ফুৎকাররন্ধ্রাৎ যাবন্তাঙ্গুলানি পরিত্যজ্য

রাং, লীকলি অসিনচিংবনস্থ শানৈ )॥ ৭০৭-৮

মসিদা থুংনাউবী মতোনমুক চাউবা মথুল হুৎকনি, থুং-শা য়াম্না কৈবা মীনা অসুম্না পুক্কিও হয়বা বাঁশী অসিবু শাগনি॥ ৭০৯

( মতঙ্গ মুনিনা হায়— বাঁশী কায়বসিদি থা-তনা শাগদবনি। অদুবু উনা শায়বস্থ মওঙ মতৌ মান্নবদগী মদুবুস্থ 'বাঁশী' অতম্মক হায়নৈ॥ ৭১০

বাঁশীগী মথক্তা থুদোল অনি থাদোক্লম্লগা থুংকী তাং অমা শাংবা কান্ধম শেমগনি। মসিদগী থুদোল মঙা চথরগা তাররক্ত হুৎকনি। মথংদা থুদোল তংখায় অমমনগী চাং থম্নহন্নগা মথং মথং মথুল তরেৎ তুনবা চেকশিন্না হুৎকনি। মথুলশিং অসি বরই মকমুক লাওগনি॥ ৭১১-১৩

মখোল সুংশিহন্নবগীদমক মংকোক মতোন অনিমক্তা সনা য়োমগনি, খোইক্লনচিংবা নপ.তুনা মখোল শেন্নবদি খোংোক সুংশিবা হেন্নি হায়বদি সনানচিংবনা মচীন শেবা য়েনবা অমদা খোইক্লনচিংবস্থ শীংজঃগান ওায়বনি॥ ৭১৪

অসিগুম্বা মথক্তা তাক্লিবা বাঁশী মখল অসিবু 'পঞ্চাঙ্গুল' হায়না কৌই। মওঙ অমুম তৌনা কায়নবা মথুল অগুদগী তাররক্ত কাওবদা লাম্নরিবা থুদোল মনীং মনীং অগুগী

---

(১), (২) ব্রেকেট তৌরিবশিং অসি থুংইদা চিথরবদগী লৌখত্ত না হাম্মনি।

তারবন্ধ্রাণি কারয়েৎ, তানি তন্নামানি ভবন্তি।

যথা—

ষড়ঙ্গুল ত্যাগে ষড়ঙ্গুল নাম বংশ ইত্যাষ্টাদশ পর্য্যন্তং ॥

তদুক্তং—

পঞ্চাঙ্গুলোঽয়ং বংশস্যাৎ একৈকাঙ্গুল বর্দ্ধিতঃ।
ষড়ঙ্গুলাদি নাম্না স্যাদ্‌যাবদষ্টাদশাঙ্গুলং ॥ ৭১৫
ফুৎকারান্তার রন্ধ্রস্য যাবদঙ্গুল মন্তরং।
তদেব নাম বংশস্য বাংশিকৈঃ পরিকীর্ত্ত্যতে ॥ ৭১৬

### অথ ত্যাজ্যাঙ্গুলমাহ

একাঙ্গুলোদ্ব্যাঙ্গুলশ্চ ত্র্যাঙ্গুলশ্চতুরঙ্গুলঃ।
অতিতারতরত্বেন বাংশিকৈঃ পরিকীর্ত্ত্যতে ( সমুপেক্ষিতঃ ) ॥ ৭১৭
ত্রয়োদশাঙ্গুলো বংশোঽপরঃ পঞ্চদশাঙ্গুলঃ।
নিন্দিতো বংশতত্ত্বজ্ঞৈস্তথা সপ্তদশাঙ্গুলঃ ॥ ৭১৮
ফুৎকার রন্ধ্রাদে তাবদঙ্গুল ত্যাগেন তাররন্ধ্রং ন কার্য্যমিত্যর্থঃ।
তত্রাপ্যঙ্গুল বিশেষত্যাগেন শ্রেষ্ঠমাহ ( দামোদরে )—
মহানন্দস্তথা নন্দো (১) বিজয়স্তু জয়স্তথা।
চত্বার উত্তমাবংশা মতঙ্গমুনি সম্মতাঃ ॥ ৭১৯

---

মতুংইন্না বাঁশীগী মমিংসু তোংডাল্লি মহৃদি—খুদোল তরুক লাপ্পরবদি 'ষড়ঙ্গুল' হায়না খঙনৈ। মওঙ অসুম্না খুদোল ১৮ লাপ্পবদগী মমিং 'অষ্টাদশাঙ্গুল' কৌবনচিংবসু মথং মথং লৈরি।

অসুম্না হায়রি মহৃদি—খুদোল মঙা থাদোকপা ( পঞ্চাঙ্গুল ) হায়বা বাঁশী অসিনা অহানবনি। অতে মথলগীনা অসুম অসুম খুদোল অমমম লাপথোকপা হেনগৎলক্কনি হায়বদি 'ফুৎকার-রন্ধ্র' ( কাক্ষম ) দগী তাররন্ধ্র ফাওবদা লাপ্পবা খুদোল মশীং অদু অসুম অসুম হেন্থরক্কনি, অদুগা হেন্থরক্লিবা মশীং অদুগী মতুং ইন্না বাঁশীগী মমিংসু খঙনগনি হায়না বাঁশীগী মরম খঙবশিংনা হায় ॥ ৭১৫-১৬

অদুগা কাক্ষমদগীনা তাররন্ধ্র কাওবগী লাপ্নবা অসি খুদোল ১৩, ১৫ অমসুং ১৭ ওইকনবযুম্নু মরম খঙবশিংনা নিন্দা তৌনৈ। অদুগা দামোদরনা অথোইবা ওইনা লৌখৎলম্বা থরদি—

মতঙ্গ মুনিনা হায়—অথোইবা বাঁশী মথম মরিনি মহৃদি—'মহানন্দ, নন্দ, বিজয় অমসুং জয়' ॥ ৭১৭-১৯

---

(১) বিজয়োঽথ—পাঠ

তত্র কথমেষাং মহানন্দাদি সংজ্ঞা ইত্যাহ—

দশাঙ্গুলো মহানন্দো নন্দ একাদশাঙ্গুলঃ।
দ্বাদশাঙ্গুল মানস্তু বিজয়ঃ পরিকীর্ত্তিতঃ॥
চতুর্দ্দশাঙ্গুলমিতো জয় ইত্যভিধীয়তে॥ ১২০
এতেন দশৈকাদশ দ্বাদশ চতুর্দ্দশাঙ্গুলাঃ শ্রেষ্ঠা ( ইত্যর্থঃ )।
পঞ্চাদি নবাঙ্গুলান্তা মধ্যাঃ। এক দ্বি ত্রি চতুস্ত্রয়োদশ
পঞ্চদশাঙ্গুলাঃ নিন্দিতা ইত্যর্থঃ।

## অথ বাংশিকগুণাঃ—

( দামোদরে ) —

সুস্থানত্বং সুস্বরত্বমঙ্গুল(লি)-সারণ ক্রিয়া।
সমস্ত গমক-জ্ঞানং রাগ রাগাঙ্গ বেদিতা॥ ১২১
ক্রিয়াভাষা-বিভাষাসুদক্ষতা গীত বাদনে।
সুস্থানে চাপি দুঃস্থানে (১) নাদনির্ম্মাণকৌশলং॥ ১২২
গাতৄণাং স্থানদাতৃত্বং ছন্দোষাচ্ছাদনং তথা।
বাংশিকস্য গুণা এতে ময়া সংক্ষিপ্য দর্শিতাঃ॥ ১২৩
গাতৄণাং স্থানদাতৃত্বং—গায়কানাং নাদবিরতৌ তৎপূর(ক)ত্বং।

মখোয় মরি অসিগী মশক মওঙশিংদি—কান্দমদগী খুদোল ১০ থারগা তারবক্কু, লৈববু 'মহানন্দ', খুদোল ১১ থাববুনা 'নন্দ' ১২ থাবনা 'বিজয়' অদুগা ১৪ থাববুনা 'জয়' হায়না কৌই। হায়বদি খুদোল ১০, ১১, ১২, ১৪ থাবনা অখোইবনি। খুদোল ৫দগীনা মাপন কাওবা থাদোকপনা য়াইমনি, খুদোল ১, ২, ৩, ৪, ১৩, ১৫—মখোয় অসিদি ফত্তে॥ ১২০

হুজীক বাঁশী খোংবগী মগুণ তাকলি—

দামোদরনা হায়—মফম চানা, খোঙ্গোক মুংশিনা খুৎখৎপা ওস্না গমক পুম্নমক্কী জান নিংথিনা লৈবা, রাগ অমসুং মখোয়গী অঙ্গ পুম্নমক খঙবা, খোঙবগী ময়মসু মুন্না খঙবা, মরোনসু মীয়োনসু তুনা লৈবা, ঈশৈ খঙবা অমদি খোংবদা লৈশিংবা, মফম অকবদসু ফত্তবদসু মতিক চাবা খোঙ্গোক শীজিন্নবা ওবা, ঈশৈ শকপা মীগী পুদোং চাবা কংহনবা, ঈশৈগী দোষ কুপাশিনবদা হৈশিংবা অসিনচিংবা বাঁশী খোংবদি মগুণ থরদি লৈনা শমপংবা হায়রবসিনি। ঈশৈ শকপগী খুদোং চাবা কংহনবা হায়বদি ঈশৈগী মরক সুনজিলহনবা হায়বনি॥ ১২১-২৩

(১) বাদনির্ম্মাণ—পাঠ

অথান্য দোষাঃ—

বহুফুৎঃ শিরঃকম্পঃ স্বস্থানাপ্রাপ্তিরেবচ।
মুধা প্রয়োগ বাহুল্যমল্পতা গীতবাদনে।
এভির্দোষৈর্যুতোঽতীব নিন্দিতো বাংশিকো মতঃ॥ ১২৪

অথ রক্তবাংশিক লক্ষণং—

(১) স্থানকাদিলয়াভিজ্ঞো গমকাঢ্যঃ স্ফুটাক্ষরঃ
শীঘ্রহস্তঃ কলা(ভি)জ্ঞোবা বাংশিকো রক্ত উচ্যতে॥ ১২৫

(অথাঙ্গুলি গুণাঃ)—

প্রযুক্তিরর্দ্ধ যুক্তিশ্চ যুক্তিশ্চেত্যাঙ্গুলের্গুণা॥ ১২৬

অথ ফুৎকৃতিগুণাঃ—

(২) নৈবিড্যং প্রৌঢ়তা বাপি সুস্বরত্বং চ শীঘ্রতা।
মাধুর্য্যমপি পঞ্চামী ফুৎকৃতেষু গুণাঃ স্মৃতাঃ॥ ১২৭

ফুৎকারেষু দোষমাহ—

সীৎকারবহুলঃ স্তব্ধো বিস্বরঃ স্ফুরিতো লঘুঃ।

---

চঙ্গোক বাঁশী খোংবগী দোষ হায়রি—

চন্না চন্না মকোক চাইবা, মখাগী লেপকম য়োদনা তোকপা, অরেম্বদা হেনমন্না খোংবা, চৈশৈগী শরুক য়ায়া খোংদবা—অসিগুম্বা মওঙগী বাঁশী খোংবশিং অসিদি য়ায়া নিন্দা তৌনিংঙাই মখক্তি॥ ১২৪

চঙ্গাক্তি 'রক্ত' কৌবা বাঁশী খোংবগী লক্ষণ হায়গে—

স্থানক-নচিংবা লয়গী (মত অমদা অভিনয়গী) মখক থঙবা, গমক-কী জ্ঞান লৈবা, ময়েক শেংবা, মখুং য়াঙবা, খোংবগী কলা নিঙথিনা থঙবা অসিগুম্বা অখোংবা মীবু 'রক্ত' হায়না কৌই॥ ১২৫

(খুৎকী মগুণ)

খুৎকী মওঙ মখল অহুমনি মদুদি—'কন্না নম্বা, তংখায় নম্বা, য়াংনা নম্বা' অসিনি॥ ১২৬

কাম্বগী মগুণ

কাম্বগী মওঙনা মঙানি মদুদি—কন্না কাম্বা, মখোন লুমহনবা, মখোন শেংহনবা, অথুবা অমসুং অথুম্বা (খোঞ্জেল থুমহনবা) মঙা অসি কাম্বগী মগুণনি॥ ১২৭

কাম্বগী দোষ অমুক হায়রি মদুদি—

খোনশি য়ায়া য়াওবা, চেক লেপথোকপা, স্বর চানদবা, নিকমনবা, তয়াং-তয়াংবা,

---

(১) স্থানকাভিনয়াভিজ্ঞো—পাঠান্তরং

(২) নৈবিঢ্যং—পাঠ

অমাধুর্য্যাঞ্চ বিজ্ঞেয়া ষড় দোষা কুংকুতেঃ ক্রমাৎ ।
নোক্তং লক্ষণমন্তেষাং বাহুল্যাচ্চ প্রসিদ্ধতঃ ।। ১২৮

অথ ঘনং—

(১) করতালঃ কাংস্তবলো জয়ঘণ্টাশ্চ ( ঘৌড়্থ ) শুক্তিকঃ
কম্পকা ঘটবাদ্যঞ্চ ঘণ্টাতোদ্যঞ্চ ঘর্ঘরং ।। ১২৯
ঝঞ্জা ( গ্লা ) তালশ্চ মঞ্জীরঃ কর্ত্তর্য্যাঙ্কুর এব চ ।
দ্বাদশৈ তে মুনীন্দ্রেণ কথিতা ঘন সংজ্ঞকাঃ ।। ১৩০

তত্র করতাললক্ষণং—

ত্রয়োদশাঙ্গুল ব্যাসৌ শুদ্ধ কাংসবিনির্ম্মিতৌ ।
মধ্যমুখৌ স্তনাকারৌ তম্মধ্যে রজ্জুগুম্ফিতৌ ।। ১৩১
পদ্মিনীপত্রসদৃশৌ করাভ্যাং রজ্জু-যন্ত্রিতৌ ।
করতালাবুভৌ বাদ্যৌ পাটে বিঝমকটৈরিতি (২) ।। ১৩২
প্রকারান্তরমপ্যাহু ( ঃ ? )- তৎ যথা—
ত্রয়োদশ-যবব্যাসং বক্ত্রপিণ্ডং যবোন্মিতং ।
যবপঞ্চকগম্ভীরং মধ্যেচ যব সপ্তকং ।। ১৩৩

খোম্বোক মুংশিনবা—তন্নক অসি কাস্বগী দোষনি। অহেনবা লক্ষণ অতৈ অতৈদি ইথঙযক থঙনরবা ওইবনা লৌখংত্রে ।। ১২৮

ঘনবাদ্যগী মরম হায়রি—

ঘনবাদ্য মথল তরানিথোইনি মদুদি— করতাল, কাংস্তবল, জয়ঘণ্টা, শুক্তিকা, কম্পকা ( কম্বিকা ), ঘটবাদ্য, ঘণ্টাতোদ্য, ঘর্ঘর, ঝঞ্জাতাল, মঞ্জীর, কর্ত্তরী অমসুং অঙ্কুর ।। ১২৯-৩০

হৌজিক করতালগী লক্ষণ হায়রি—

ব্যাস ( অকোয়বগী মরাক ) থুদোল ১৩ পাকপা, অশেংবা শেঞ্জেংনা শাবা, ময়ায়দা মরী পানকম মথুল হুংপা, খোম শাবা, পদ্ম মওঙ মানবা, মরী পালগা থুং অনিনা অমমম পায়তনা খিঙবা অদূব 'করতাল' হায়না কৌই। বিঝমকট হায়বনচিংবনা মসিগী খোম্বোক ময়োলনি ।। ১৩১-৩২

---

(১) সংগীত সার সংগ্রহদদি মথাগী শ্লোক অসিনা অহৌবনি—
দামোদরে—অনুরক্তং বিরক্তঞ্চ দ্বিবিধং ঘনবাদ্যকং ।
গীতানুগমনুরক্তং বিরক্তং তাল সংশ্রয়ং ।।
অর্থ—দামোদরনা হায়—ঘনবাদ্য মথল অনিনি—'অনুরক্ত' 'বিরক্ত'। ঈশৈগা ঈয়োয়নবু 'অনুরক্ত' অমুগা চুমগী তাল থাবদা শীজিন্নবু 'বিরক্ত' কৌই।

(২) বিরামকটেবিতি
পাটের্নটকৈরিতি—পাঠান্তরাণি

বিস্তৃতং বর্ত্তুলং নিম্নং যবত্রয়মিতং ততঃ।
পৃষ্ঠতো মধ্যদেশে চ শিবলিঙ্গ সমাকৃতিঃ ।। ১৩৪
মধ্যে গুঞ্জাসমচ্ছিদ্রং পট্টসূত্রাদি গুম্ফিতং।
অতাম্র-পৈষ্টিনির্দগ্ধ শুদ্ধকাংস্য বিনির্ম্মিতং ।। ১৩৫
কাশ্মীরাদি সমুদ্ভূতং তালমাহুর্মনীষিণঃ।
সুনাদং দক্ষিণং তালং ততো হীনং চ বামকং ।। ১৩৬
কুর্ব্বীত তদ্বয়ং (১) ধার্য্যং তর্জ্জন্যঙ্গুষ্ঠ যোগতঃ।
বামহস্তস্থ তালস্য (২) মধ্যমীবর্য্য নামিতং ।। ১৩৭
তির্য্যগদক্ষিণ তালস্য পরিধ্বং (ধ্যং)শেন তাড়য়েৎ।
তালাদ্বৈর্বাদয়েচ্চৈব প্লুত দীর্ঘ লঘুদ্রুতৈঃ ।। ১৩৮

ইতি করতালঃ

ইতরেষাং লক্ষণং বিস্তরভয়াদুপেক্ষিতং ।।

কিঞ্চ—

ততং বাদ্যং চ দেবানাং গন্ধর্ব্বানাঞ্চ শৌষিরং।
আনদ্ধং রাক্ষসানাঞ্চ মানবানাং ঘনং বিদুঃ ।। ১৩৯

ইতি বাদ্যনির্ণয়ঃ।

মসিগী অতোপ্পা মওঙ অমা অমূক হায়রি মতৃদি—মমায়দা যব ১৩ পাকপা, মমায়গী অথাবনা যব অমগী পান্দম ওইবা, ময়ায়দা যব ৫ লুৎখিবা, মতৃগী পাকপনা যব ৭ ওইবা, কোইরপ কোয়বা মমুং লুথবা, মনমগী ময়াইদা শিবলিঙ্গ মওঙ মানবা, মথাদনা যব অহুম পাকপা ময়ায়দা মরী লেংফম হোবা, ন্নগা লংনা মরী পানবা, হেন্না শীনবা মহীদা লাক্ত্না মখৌ শঙবা, অখেংবা খেঙ্গেংনা শাবা, কাশ্মীরনচিংবা লৈবাক্তগী থোকপা —মখোয় অসিবু পণ্ডিতশিংনা 'তাল' হায়না কৌনৈ। য়েৎ থংবনা মখোল মুংশিবা হেনগনি, ওয়দ পায়বনা হংগনি। অনিমক খুৎপী-খুদোঙ্গীনা পায়গদবনি। ওয়থংবা তালগী ময়ায়থংবা শরূক অত্র খজীক্তং নেমথনা পায়গনি অহুগা মতুদা য়েৎথংবা তালগী মচেক্লা থাগনি। অম্নুম্না প্লুত, দীর্ঘ, লঘু, দ্রুতনচিংবা তানচৎ মতুংইন্না খিঙ্গনি ॥ ১৩৩-৩৮

করতালগী মওঙদি মসিনি। অতৈ অতোপ্পগী মওঙ মতৌনচিংবদি চাউথোক-মনখিগদবদগী ইত্রে।

কনানা করম্বা বাদ্য শীজিন্নৈ? —লাইগীনা 'তত' (মরী তিংবা), গন্ধর্ব্বনা শুষির (মথুল হুৎপা), হিংচাবগীনা 'আনদ্ধ' (শউন তিংবা), মীগীনা 'ঘনবাদ্য' (করতালনচিংবা) শীজিন্নগনি। বাদ্যনির্ণয়দি মসিনি ॥ ১৩৯

(১) কার্য্যং—পাঠ (২) মধ্যমীষচ্চ—পাঠ

ইতি শ্রীকৃষ্ণ-রস-সঙ্গীত সংগ্রহ(হে) ইত্যাদি তাল নাট্যাদি নিরোপণং নাম চতুর্থ প্রকরণং ॥

# অথ পঞ্চমং প্রকরণং

শ্রীরাধাকৃষ্ণাভ্যাং নমঃ ॥

বন্দে বৃন্দাবনাধীশৌ প্রিয়বর্গ সমন্বিতৌ।
তল্লীলাকৃষ্ট চিত্তভাস্তদ্ভক্তেভ্যো নমো নমঃ ॥ ৭৪০

প্রাচীন বাচঃ সুবিচার্য্য সোঽহং
অজ্ঞোঽপি গীতামৃত লেশ লিপ্সুঃ।
(১) তদেব লক্ষ্যং পুনরেব বক্তুং
সন্তুঃ ক্ষমধ্বং শরণাগতোঽস্মি ॥ ৭৪১

গীতবেদার্থ বিস্তারে প্রবৃর্ত্তো যং কৃপাশয়া।
তমীশং পরমা ভক্ত্যা প্রণমামি মহাশয়ং ॥ ৭৪২

শ্রীকৃষ্ণরস সঙ্গীত সংগ্রহদা তাল-নাটানচিংবগী মথক শেপ্পা হায়না কৌবা মরিগুবা মতাং অদু লোইরে ॥

## মঙ্গালবা তাংকক

শ্রীরাধাকৃষ্ণ অনিমকপু থুকমচৈ

বৃন্দাবনগী মপু ওইবা, চান্নবা সনাশিংগা লোয়ননা ত্তাংন্থাইবীরিবা, অদুগুম্বা ইবুংঙো মাবু থুকমচৈ ; অদুগা মাগী লীলাদা পুক্কিঙ লূপ্নবিবা অদুগুম্বা ভক্তশিংবুসু চম্না চম্না থুকমচৈ ॥ কবি খঙজব্রবমকসু ঈশৈগী মথক ওইরবা অমৃত মরীক অমত্তং কংজনিঙদুনা মাঙলমচংকী গুরুশিংনা তাৎপিরম্বা য়াথং পূম্নমকপু কূপ্না নৈনজরগা ঐনা অমুক চন্না হায়দুনা খঙজনবা হোৎনবা অসিদা পুকচেল চাউবশিংনা ঐবু ঙাকপিনবা চঙজরি ॥ ৭৪০-৪১

মাগী থৌজানদুনা মরম ওইদুনা ঈশৈগী মথক ওইরবা বেদগী অর্থ শন্দোক্নবা হোৎনগে হায়না খল্লবা শারিবা ঐনা অদুগুম্বা পরমেশ্বরবু অহেনবা ভক্তিনা থুকমচৈ ॥ ৭৪২

(১) তদৈব ?

**অথ পূর্ব্বোক্তলক্ষণস্যগীতস্য ভেদানাহ—**

**( অথ প্রবন্ধাঃ )—**

অনিবদ্ধং নিবদ্ধঞ্চ দ্বিধা গীত মুদীরিতং।
আলপ্তিরনিবদ্ধং স্যাদ্রাগালাপন রূপিণী॥ ১৪৩
আলপ্তির্বন্ধহীনত্বাদনিবদ্ধনিতীরিতমিতি।
রাগস্য আলাপনং প্রকটীকরণং।

**হরিনায়কস্তু—**

বর্ণালঙ্কার সংযুক্তা গমকস্থান চিত্রিতা।
আলপ্তিরুচ্যতে তজ্জ্ঞৈভূর্রি ভঙ্গী মনোহরেতি॥ ১৪৪
এতেন অন্তালানাং সর্ব্বেষামালাপে প্রবেশঃ।
বর্ণালঙ্কারস্তু নিরর্থক হুঁকারাদি শব্দঃ
সঙ্গীতোক্ত ষ ঋ গমেত্যাদি বর্ণালঙ্কারশ্চ।
আলপ্তের্বহুধা ভেদা ন প্রপঞ্চভিয়োরতঃ॥ ১৪৫

**নিবদ্ধমাহ—**

বদ্ধং ধাতুভিরঙ্গৈশ্চ নিবদ্ধমভিধীয়তে।
শুদ্ধং ছায়ালগং ক্ষুদ্রামাত তচ্চ ত্রিধামতং॥ ১৪৬
তৎনিবদ্ধং।

---

ছন্দীক মথক্তা হায়প্রবা ঈশৈগী মথলশিং অতুগী মরম হায়রি।

প্রবন্ধ ঈশৈ মথল আনান মতুদি—'অনিবদ্ধ' অমসুং 'নিবদ্ধ'। আলাপকী শরুকপু 'অনিবদ্ধ' কৌই। মসিদা রাগশিংগী আলাপতমক লৈগনি। অসিগুম্বা আলাপ আসদদি ময়েক মশোন য়াওদবনা ম'সবু 'অনিবদ্ধ' হায়বনি। রাগ-আলাপ হায়বদি রাগশী মশক খঙহনবা হায়বনি॥ ১৪৩

হরিনায়কনা অসুম্না হায় মতুদি—বর্ণালঙ্কারনতিনবা, গমকস্থানশিংদা অঙকপা ফংবা, পূক্নিঙ-হূবা, তোঙান তোঙানবা মশক ঙাক্তনা তিনবা অদুবু 'আলাপ' হায়না কৌই। মদু 'অনিবদ্ধ' নি॥ ১৪৪

অসিগুম্বা আলাপ আসদদি করিগুম্বদসু তাল য়াওদে। অসিগুম্বা তাল য়াওদবা শৈহেক-শৈদানা থম্না য়াওবা মশক অসিদ আলাপতদা ওইগদবনি। অর্থ য়াওদনা শীজিন্নরিবা হুংকারনচিংবা বাকৈশিং অদুবু অমসুং স রি গ ম অসিনচিংবা ময়েকপুসু 'বর্ণালঙ্কার' হায়না কৌই॥ আলাপ মথল য়াম্মী, মদু পূম্নমক্কি চাউমনগদবনা মথা লৌথত্রে॥ ১৪৫

**নিবদ্ধ—ধাতু অমদি অঙ্গশিংনা পুন্দুনা থম্বা ( শেম্বা ) অদুবু 'নিবদ্ধ' হায়না কৌই। মসিগী মথল অহুম তাই মতুদি—'শুদ্ধ, ছায়ালগ অমসুং ক্ষুদ্র' ॥ ১৪৬**

তত্র শুদ্ধমাহ—

(১) আলাপোধাতুভিশ্চাঙ্গৈ (২) সংযুক্তো শুদ্ধমুচ্যতে।
আলাপোঽত্র সার্থকপদৈরেবেতি সাম্প্রদায়িকাঃ ॥ ৭৪৭
হরিনায়কস্তু—
আলাপো গমকালপ্তিরক্ষরৈর্বর্জিতা মতা ইত্যাহ ॥ ৭৪৮

সঙ্গীতদর্পণেচ—

অন্যোপজীবিতাশূন্যঃ শুদ্ধোঽন্যস্তু জীবনাৎ।
সালগঃ সতুবিজ্ঞেয়ঃ সংকীর্ণোদ্বয়জীবনাদিতি ॥ ৭৪৯

সঙ্গীত-সারেতু—

শুদ্ধ-সালগ-সংকীর্ণভেদাদগীতং ত্রিধা মতং।
তত্র ক্ষুদ্রগীতমেব সংকীর্ণশব্দেনোচ্যতে ॥ ৭৫০
তচ্চ স্যাৎ ত্রিবিধন্তু শুদ্ধকমিদং ছায়ালগং ক্ষুদ্রকমিতি
(৩) তেনৈবোক্তত্বাৎ দামোদরোক্তং কথয়িষ্যতে।

হরিনায়কস্তু—

সংজ্ঞাত্রয়ং নিবদ্ধস্য প্রবন্ধো বস্তুরূপকং।

---

শুদ্ধগীতকী মশক্তি—আলাপ, ধাতু অমদি অঙ্গশিংনা তিনবদু শুদ্ধ কৌই। সার্থকপদশিংনা (অয়েবা ওইদবা পদশিংনা) মসিগী আলাপ তৌগদবনি হায়না সম্প্রদায়গী মীশিংনা হায়নৈ ॥ ৭৪৭

হরিনায়কনা হায়বদি—আলাপ হায়বসি'দ গমক-তনা শেমগদবনি, ময়েক্তি য়াওয়োইদবনি—অসুম্বা হায় ॥ ৭৪৮

সঙ্গীত দর্পণদা হায়—অতোপ্পগী মতেং লৌদবহ্ 'শুদ্ধ' নি, মতেং লৌবনা 'সালগ' অহুগা অতোপ্পগী মতেংস্থ লৌবা, মশামকস্থ অতোপ্পদগী লোক্লকপা অহুনা 'সঙ্কীর্ণ' নি ॥ ৭৪৯

সঙ্গীতসারনা ঈশৈ মখল অহুম খোক্লা থায়দোকই মহুদি—শুদ্ধ, সালগ অমসুং সঙ্কীর্ণ। মসিদা হায়রিবা সঙ্কীর্ণ অসিগা ক্ষুদ্রগীত হায়বসিগা অমত্তনি। মরমদি মহাক্না হায়া হায়খি মহুদি—ঈশৈ হায়বসিমক্তবু শুদ্ধ, ছায়ালগ অমসুং ক্ষুদ্রক হায়বা মখল অহুম অসিনা শাবনি ॥ ৭৫০

দামোদরগী মত হায়গে—

হরিনায়কনা হায়—নিবদ্ধ মখল অহুমনি মহুদি—প্রবন্ধ, বস্তু অমসুং রূপক।

---

(১) আলাপৈর্ধাতুভিশ্চাঙ্গৈঃ (২) সংযুক্তং— (৩) তেনোক্তত্বাৎ—পাঠ

চতুর্ভির্ধাতুভির্বদ্ধস্বঙ্গৈঃ ষড়্ভিশ্চ কল্পিতঃ।

প্রকৃষ্টে যশ্চ বন্ধঃ স্যাৎ স প্রবন্ধো নিগদ্যতে॥ ৭৫১

এতেন শুদ্ধগীতমেব প্রবন্ধ ইত্যুচ্যতে।।

ত্র্যাত্মকৈ ( ত্র্যাদিভিঃ )র্ধাতুভিশ্চাঙ্গৈঃ পঞ্চভির্বস্তু কথ্যতে।

( ত্র্যাদিরিতি পাঠে আদি শব্দঃ স্বরূপার্থঃ। তেন ত্রিসংখ্যাত্মকৈরিত্যর্থঃ )॥

দ্বিধাতুকং তথা দ্ব্যঙ্গং রূপকং পরিকীর্ত্তিতমিতি॥ ৭৫২

**অথ ধাতুমাহ** ( হরিনায়কস্তু )—

প্রবন্ধাবয়বো ধাতুঃ (১) স চতুর্দ্ধা প্রকীর্ত্তিতঃ।

উদ্গ্রাহক মেলাপক ধ্রুবাভোগা ইতিক্রমাৎ॥ ৭৫৩

উদ্গ্রাহঃ প্রথমোভাগস্ততো মেলাপকঃ স্মৃতঃ।

ধ্রুবত্বাচ্চ ধ্রুবঃ পশ্চাদাভোগস্ত্বন্তিমো মতঃ॥ ৭৫৪

প্রবন্ধাবয়বো ধাতুঃ স ত্রিধেতি গীত প্রকাশকারেনোক্তং।

উদ্গ্রাহ ধ্রুবাভোগরূপেণ ত্রিধেতি ভাবঃ।

**তদুক্তং শিরোমণৌ—**

উদ্গ্রাহঃ প্রথমঃ পাদঃ কথিতঃ পূর্ব্বসূরিভিঃ।

ধাতু মরি, অমদি অঙ্গ তরুক্তা তিন্দুনা শেম্বা তোপতোপ্পা মশক অদুবু 'প্রবন্ধ হায়না কৌই॥ ৭৫১

মসিদগী খঙ্বা ভমদো মগুদি—শুদ্ধগীতপু প্রবন্ধ হায়বনি।

ধাতু অহুমগা অঙ্গ মঙাগনা শেম্বুনা 'বস্তু' কৌই। অদুগা ত্র্যাদিভি হায়বা বাহৈগী আদি শব্দ অসিদি মশক খঙ্নবা হায়বনি, ধাতু অহুমতবু হায়বনি খঙ্নগনি। ধাতু অনি, অঙ্গ অনিনা শাবুনা 'রূপক' হায়না কৌই॥ ৭৫২

হরীক ধাতুগী মশক তাক্লনি—হরিনায়কনা হায়—প্রবন্ধগী মওঙ মতৌবু 'ধাতু' কৌই। মথং মনাউ মাইনা মসিগী মথল মরিনি মগুদি—উদ্গ্রাহক, মেলাপক, ধ্রুব অমসুং আভোগ॥ ৭৫৩

হৌশেংগী অহানবা শরুক অদুনা 'উদ্গ্রাহ' নি, অনিশুবনা 'মেলাপক', অহুমশুবনা 'ধ্রুব' অদুগা অরোইবা শরুক্তা 'আভোগ' নি॥ ৭৫৪

গীত-প্রকাশকারনা হায়—প্রবন্ধগী মশক ওইবা ধাতু অসিগী মথল অহুম শুই মগুদি—উদ্গ্রাহ, ধ্রুব অমসুং আভোগ। শিরোমণিদা হায়রি—মথকী গুরুশিংনা তাকপিরম্মী মগুদি—হৌশেংগী অহানবা পাদনা 'উদ্গ্রাহ', ধ্রুবগী ময়ামদনা অনিশুবা ধ্রুব, অদুগা

(১) অবয়বো ভাগবিশেষঃ।

ধ্রুবত্বাচ্চ ধ্রুবোমধ্য আভোগস্ত্বন্তিমঃ স্মৃতঃ ॥ ৭৫৫

ধ্রুবত্বান্নিশ্চলত্বাৎ পুনঃ পুনরুপাদানাদিত্যর্থঃ।

(১) এবমুক্তং সঙ্গীত দর্পণে—

ধাতুঃ প্রবন্ধাবয়বঃ সচোদ্‌গ্রাগাদি ভেদতঃ।

চতুর্দ্ধা কথিতো ভাগস্ত্বাদ্য উদ্‌গ্রাহ সংজ্ঞকঃ ॥ ৭৫৬

আদাবুদ্‌গৃহ্যতে গীতং যেনোদ্‌গ্রাহ স উচ্যতে।

মেলাপকো দ্বিতীয়স্তুদ্‌গ্রাহ ধ্রুবক মেলনাৎ ॥ ৭৫৭

ধ্রুবত্বাৎ ধ্রুব সংজ্ঞস্তু তৃতীয়ো ভাগ উচ্যতে।

আভোগস্ত্বন্তিমো ভাগো গীতপূর্ণত্বসূচকঃ ॥ ৭৫৮

যত্তু হরিনায়কেনোক্তং—

ধ্রুবাভোগান্তরে (মধ্যে) জাতো ধাতুরন্যোঽন্তরাভিধঃ।

স তু সালগ সূড়স্থ(ঃ)রূপকেষ্বেব দৃশ্যতে।

মেলাপকান্তরাখ্যৌতু ন ভবেতাং কচিৎ কচিৎ ॥ ইতি ৭৫৯

দামোদরেতু—

উদ্‌গ্রাহং প্রথমং গীত্বা ধ্রুবং গায়েত্ততঃ পরং।

---

অরোইববুনা 'আভোগ' হায়না কৌই ॥ ধ্রুব হায়বদি লেপ্তদবনি, মসিনা হন্না হন্না লাকই হায়গনা মারু 'ধ্রুব' হায়বনি ॥ ৭৫৫

সঙ্গীত-দর্পণনা হায়বদি—প্রবন্ধগী মশকপু ধাতু হায়বনি। উদ্‌গ্রাহনচিংবা মসিগী মথম মরি গুই। অহানবা ঈশৈ লোঁবা মশক অদুনা 'উদ্‌গ্রাহনি, উদ্‌গ্রাহগা ধ্রুবগা তিমজনা থোকপনা 'মেলাপক' নি। মসিনা অনিশুবনি। মশক কোংদনা হন্না হন্না লাকপদগী ধ্রুবনা অহুম শুবনি। অডুগা ঈশৈগী অরোইবা বডোৎপবা শক্লক অদুনা 'আভোগ' নি ॥ ৭৫৬-৫৮

হরিনায়কনা হায়—ধ্রুব অমসুং আভোগ অনিগী মরক্তা 'অন্তরা' হায়না কৌবা ধাতু অমহ লৈরি। মসি সালগসূড় অমদি রূপক—মখোয় অনিদা য়াওবা উই। অডুগা করি কারিগুম্বদনা মেলাপক অমসুং অন্তরা হায়বা মশক অনি অসিমক য়াওদবসু লৈ ॥ ৭৫৯

---

(১) শ্লোক ৭৫৬, ৭৫৭, ৭৫৮ অসুম অসি অকোনবা মংবা পুথিংগী লা-পাক্কা ইদুনা য়াওরম্মী। অহানবগী অনিদা য়াওরমদে। অসিগুমা মতাং অমা অনিদা অকোনবা পুথই অসিনা হেন্দোক্লবনা মসিনা অহানবা ওইগনি খনি।

ততোঽন্তরা ধ্রুবস্তস্মাদাভোগ-ধ্রুবকস্ততঃ ॥ ১৬০
উদ্‌গ্রাহঃ প্রথমঃ পাদঃ কথিতঃ পূর্ব্বসূরিভিঃ।
গীত্বা পূর্ব্বপদং ন্যাসো যত্র স ধ্রুবকো মতঃ ॥
যত্রৈব কবিনাম স্যাৎ স আভোগ ইতীরিতঃ ॥ ১৬১

অত আভোগে কবিনাম দাতব্যং, নতু যত্র কবিনাম স আভোগ ইতি ॥

তদুক্তং—

আভোগে কবিনামস্যাত্তথা নায়ক নাম চ ইতি ॥ ১৬২

## অথাঙ্গান্যাহ—

প্রবন্ধস্য ষড়ঙ্গানি স্বরশ্চ বিরুদঃ পদং।
তেনকঃ (১) পাটতালৌচ স্বরাঃ ষ ঋ গমাদয়ঃ ॥ ৬১৩
গুণোল্লেখস্তথা (২) যদ্বৎ বিরুদঃ পরিকীর্ত্তিতঃ।
অতোন্যবাচিকং যত্তু তৎপদং সমুদাহৃতং ॥ ১৬৪
তেনেতি শব্দস্তেনঃ স্যাৎ মঙ্গলার্থঽবধারিতঃ।
ধাং ধাং ধুপ ( গ ) ধুগেত্যাদ্যাঃ পাঠা (টা) বাদ্যাক্ষরোৎ
করাঃ (টাঃ) ॥ ১৬৫

দামোদরনা অস্নুম্না হায়—'উদ্‌গ্রাহ' হায়না শরুগা মথংদা 'ধ্রুব' শরুনি, মথংদা 'অন্তরা' শরুগা অমুক ধ্রুব লাকনি। ধ্রুবগী মথংদা 'আভোগ' অদুগা মথংদা অমুক 'ধ্রুব'—অস্নুম্না লেংগনি ॥ ১৬০

মথক্কী ওজাশিংন' হায়বনি—উদ্‌গ্রাহনা অহানবা পাদনি। অহানবা 'পাদ' অসি শরুগা 'ন্যাস' লাকপা মফম অদুবু 'ধ্রুব' কৌই ॥ অদুগা কবিগী মিং পাম্লিবা মফম অদুবুনা 'আভোগ' হায়না কৌই। মসিদগী খঙ্‌গদবদি—'আভোগ' হায়বা উপৈগী শরুক অসিদা কবিগী মমিং হাপকদবনি। অদুবু কবিগী মিং হাপ্লগা হেক্তমক আভোগ ওই হায়বদি নত্তে। আভোগ হায়বসিদা কবিগী মমিং হাপকদবনি হায়বতনি। অসিগুম্না নায়ক-কীসুনি ॥ ১৬১-১৬২

তুঙ্গীক অঙ্গগী মশক খওনবা তাকলি—

প্রবন্ধগী অঙ্গ তরুকনি মচদি—"স্বর, বিরুদ, পাদ, তেনক, পাট অমসুং তাল।" স রি গ ম নাচিংবনা স্বরনি। গুণ-বর্ণন তৌববু 'বিরুদ', মসি নত্তবা অতৈ বর্ণনবুনা 'পদ'

(১) পাঠতালৌচ (২) তদ্বৎ

আদি-যত্যাদিকাস্তালাস্তালঃ স কথয়িষ্যতে ।। ৭৬৬
দামোদরস্তুঙ্গমধ্যে পদ পরিত্যাগেন গমকমাহ ।
কিন্তু গীতগুণমধ্যে গমকঃ পূর্ব্বাচার্য্যৈর্লিখিতঃ ।
নত্বঙ্গতয়া অস্মাদগমকশব্দোঽত্র পদবাচক ইত্যেব জ্ঞেয়ং (১)

## সঙ্গীত পারিজাতে—

পদতাল স্বরঃ পাটাস্তেনো বিরুদ নামকঃ ।
ইতি গীতে ষড়ঙ্গানি কথিতানি মনীষিভিঃ ।। ৭৬৭
পদানি বাচকাঃ শব্দাস্তালাশ্চঞ্চৎপুটাদয়ঃ ।
স্বরাঃ ষড়্জাদয়স্তেস্যুঃ পাটোবাদ্যোদ্ভবাক্ষরং ।। ৭৬৮
তেনঃ স্যান্মঙ্গলঃ শব্দো বিরুদো ( দং ) গুণ নামযুক্ ।। ৭৬৯

### অথ জাতিমাহ—

জাতয়ঃ স্যুঃ প্রবন্ধানাং পঞ্চৈব মুনি সম্মতাঃ ।
মেদিনী নন্দিনী দীপি(প)ন্যথ স্যাং পাবনী তথা ।। ৭৭০
তারাবলী তথৈ তাসাং লক্ষণং প্র তপাদ্যতে ।

কৌই । অদুগা তেন হায়বা শব্দ অসিদি মঙ্গল থড়নবা 'বর্ণন'বু হায়বনি । ধাং ধাং ধুপ, ধুগ-নচিংবা পুংলোন থিবিকপুনা 'পাট' ( পাঠ ) হায়না কৌই । অসিদ, যতি অসিনচিং-ববুনা 'তাল' হায়না কৌই, মদুগী মখা তুংগী তাক্লগনি ॥ ৭৭০-৭৬৬

দামোদরনা অঙ্গগী মথক লেপ্লদা পদগী মহুত্তা 'গমক' হায়বা অঙ্গ অমগু লৌথং-লম্মী, অদুগা গুরুশিংনদি গমক হায়বসি অঙ্গগী মথক্তনি হায়রমদে । মসিবু ঈশৈগী গুণ থড়নবা মথক অমনি হায়না লৌরম্মী । মরম অদুনা 'গমক' হায়বসিনা অঙ্গগী মথক ওইনা লৈবা তাম্নবদি মদুবু 'পদ' অমা ওইনা থড়নগদবনি ॥

সঙ্গীত-পারিজাতনা হায়—'পদ, তাল, স্বর, পাট ( পাঠ ), তেন, বিরুদ' হায়না ঈশৈগী অঙ্গ তরুকনি ।। ৭৬৭

ঈশৈগী অর্থ থড়হল্লিবদুনা 'পদ' নি, 'চঞ্চৎপুট' নচিংবা মসিং থড়নরিবশিং অদুনা 'তাল' নি । ষড়জ, পঞ্চমনচিংবনা স্বরনি অদুগা পুংলোনদগী 'পাট' হায়না থড়নৈ । 'তেন' হায়বশিনা মঙ্গল থড়হনবা বাহৈনি—মাস ঈশৈগী শৈথেংদা নীঙ্গখৈ । গুণ-মপেং-নচিংববু বর্ণন তৌরিবদুনা 'বিরুদ' হায়না থড়নৈ অমুম্মা হায় ।। ৭৬৮-৭৬৯

চল্লোক জাতিগী মরম হায়রি—

মুনিশিংনা হায়—প্রবন্ধগী জাতি মঙানি মদুদি—'মেদিনী, নন্দিনী, দীপিনী, পাবনী

(১) গেয়ং—পাঠান্তর

ষড়ঙ্গা মেদিনী প্রোক্তা পঞ্চাঙ্গা নন্দিনী তথা ॥ ১৭১
দীপি(প)নী চতুরঙ্গা স্যাৎ পাবনী ত্র্যঙ্গিকা মতা।
দ্ব্যঙ্গা তারাবলী প্রোক্তা পুরাণৈর্গীত বেদিভিঃ ॥
এতেনৈকাঙ্গঃ প্রবন্ধো ন ভবতীতি প্রতিপাদিতং ॥ ১৭২

**পারিজাতে—**

(১) প্রবন্ধজাতয়ঃ পঞ্চ বর্ত্তন্তে তাঃ ক্রমেণ চ।
ষড় ভিরঙ্গৈর্মেদিনী স্যান্নন্দিনী পঞ্চভির্ভবেৎ ॥ ১৭৩
চতুর্ভির্দীপনী প্রোক্তা ত্রিভিরঙ্গৈস্তু পাবনী।
দ্বাভ্যাং তারাবলী ( জাতি ) রঙ্গাভ্যামুপজায়তে ॥ ১৭৪
ভেদঃ শুদ্ধ প্রবন্ধানামানন্ত্যাদেক এবহি।

**তত্রাপি—**

তালেনৈকেন বা দ্বাভ্যাং ত্রিভির্বা বহুভিস্তথা।
প্রবন্ধান্ সুকবির্নুনং যথেচ্ছ মুপকল্পয়েৎ ॥ ১৭৫

**(কিঞ্চ)—**

বহুতালৈঃ প্রবন্ধাস্তু রাগৈর্বহুভিরেবচ।
একরাগেণ বা কল্প্যাঃ পাটাদীনাং বিধানতঃ ॥ ১৭৬

---

অমনুং তারাবলী। মপোদগী অঙ্গশিং অঙ্গ তরুক্তা থাবদু 'মেদিনী', মঙানা থাবনা 'নন্দিনী' কৌই। মওদ অঙ্গা মরিগীনা 'দীপিনী', অহুমগীনা 'পাবনী', অনিগীনা 'তারাবলী' কৌই হায়না মখক্তা ইৈশ চৈরখিংনা হায়রম্মী। মসিদগী খুত্তই মতুদি অঙ্গ অমত্তগী প্রবন্ধ দ থক দৈতে ॥ ১৭০-১৭২

পারিজাতনা হায়বদি—প্রবন্ধগী জাতি মঙানি মতুদি—অঙ্গ তরুক্তা তিনবদু 'মেদিনী জাতি', মঙাগীনা 'নন্দিনী', মরিগীনা 'দীপনী' অহুমগীনা 'পাবনী' অতুগা অনিনা শাবদুনা 'তারাবলী' জাতিনি হায়। শুদ্ধ প্রবন্ধগী মখলশিং অতুদি মশীং লাকতমদবদগী অমথক্তংগী মথক তাকলি—

অঙ্কাওবা কবিশিংনা তাল অমা অনি, অহুম নত্রগা মযাম্না তিন্দুনা প্রবন্ধ শেমবৈ ॥ ১৭৩-১৭৫

অমাখা তাল খিৎকি তিন্দুনা, রাগ যাম্না মাওহন্দুনা নত্রগা রাগ অমত্রমক ওই-

(১) প্রবন্ধ জাতয়ঃ পঞ্চ ইতি প্রোক্তা ক্রমেণ চ।
ষড়্ভিরঙ্গৈর্মেদিনী স্যাৎ নন্দিনী পঞ্চভির্ভবেৎ ॥
চতুর্ভির্দীপিনী জাতি স্ত্রিভিরঙ্গৈঃ পাবনী।
দ্বাভ্যাং তারাবলী জাতিরিতি সুধীবিনির্ণয়ঃ ॥

আদি মধ্যান্ত বিন্যাসাৎ পাটাদীনাং বিধানতঃ ।
ভেদা বহুতরাস্তেষাং কস্তান্ কাৎস্নে'ন বক্ষতি ।। ৬৭৭

তদুক্তং—

ন রাগাণাং ন তালানাং ন বাদ্যানাং বিশেষতঃ ।
নাপি প্রবন্ধ গীতানাং নাস্তে' (১) জগতি বিদ্যতে ।। ইতি ।। ৭৭৮

তৎপ্রকারমাহ—

অত্রাভোগে কবের্নাম তথা নায়ক নামচ ।
একতালীং নিবধ্নীয়াদালাপান্তরে তথা ।। ৭৭৯

(২) ইদানীন্তনানান্ত আলাপাভোগয়োরেকত্র কবি নায়কয়োর্নাম কুর্ব্বন্তি, তত্রমূলং ন পশ্যামঃ ।।

কিঞ্চ—

অত্র (৩) প্রথম মতস্তালো (৪) গীয়তেযন্ত তেনবৈঃ ।
গীতাবসানে দাতব্যং মানং গান সমাপ্তয়ে ।। ৭৮০
শক্তিবর্ণা বিশেষেণ নামান্তেষ'ঞ্চ কারয়েৎ ।

হন্দুনা নিংথিবা পাটনচিংবা শেমনিঙবদ শেম্নবা মখীং লাকতুমদনা থোকপা প্রবন্ধগী মথল মৎেন ময়াম অদুবু কনানা মপু' ফানা বর্ণন তৌকবা ঙমগদগে ॥ ৭৭৬-৭৭

রাগ, তাল, বাদ্য অমদি প্রবন্ধ গীতকী মথলদি তাইবংপানবা অসিদা ঙমবৈ লৈতনা য়ামথ্রে ।। ৭৭৮

হুজীক অঙখিংগী মওঙ তাকলি—আভোগদা কবিগী অমদি নায়ক-কী মমীং লৈগনি, আলাপকী মতুংদা একতাল থাগনি । হজীকা মতমদা আলাপ নত্রগা আভোগ-দা কবি অমদি নায়ক-কী মমিং হাপনিংবা অমদা হেক্তুমক হাপ্নরিবসিদি মক ওইবা প্রমাণ কয়িন্নু উবা লৈতে ।। ৭৭৯

তাল হায়া থকপা মী অতনা চৈংথগী অরোইবদা লোইখিনবা থডনবা 'মান' হায়বদি থক্কদবনি । শক্তি অমদি বর্ণন তৌগদৌরিবা ফিরম অতুগী মতুংইন্না মমিং থোনগনি । শক্তিগী মতুংইন্না মমিং থোনবগী থুদমদি—'অ' দগী হৌবনা 'ক্ষ' ফাওবগী ময়েক মখেবু মথং মনাও নাইনা অসুম বিন্যাস তৌরবদি মদুবু মাতৃকা প্রবন্ধ হায়না কৌই । স, রি, গ, ম মচিংবা স্বরগী মমিংনা তোপতোপ্না বিন্যাস তৌরবদি অদুগা মতুনা কোংদোক্লিংবা অর্থ অদু কোংদোক্রবদি মদুবুনা 'স্বরার্থ প্রবন্ধ' হায়না কৌই ।।

(১) গীতানামন্তো, (২) ইদানীন্তনান্ত
(৩) প্রথমতস্তালো (৪) গীয়তেযৈস্ত—পাঠান্তরং

শক্তিবিশেষেণ যথা—

অকারাদি ক্ষকারান্তাক্ষর বিন্যাসান্মাতৃকা প্রবন্ধঃ ॥ ৭৮১

কিঞ্চ—

স ঋ গ মেত্যাদি স্বরানামাক্ষরবিন্যাসবিশেষবশাৎ।
বাঞ্ছিতার্থ প্রকাশনেন স্বরার্থ প্রবন্ধ ইতি।

বর্ণ্যবিশেষেণ যথা—

বিষ্ণুবর্ণনে বিষ্ণু প্রকাশক প্রবন্ধ ইতি।

কিঞ্চ --

আদি যত্যাদিকৈস্তালৈর্দশভির্নবভিঃ পুনঃ।
সপ্তভির্বাপি কল্ল্যান্তে প্রবন্ধা রাগরঞ্জিতাঃ ॥ ৭৮২
অত্র বাহুল্যভয়াদুদাহরণানি নোপন্যস্তানি।

( হরিনায়কমতেন প্রবন্ধ নামানি )—

এলাদ্যঃ দুষ্করাঃ সন্তি প্রবন্ধা মুনিভাষিতাঃ।
তেভ্যঃ ষড়্‌বিংশতিঃ প্রোক্তা হরিনায়ক সূরিণা ॥ ৭৮৩
কথ্যান্তে ক্রমশস্তে চ নাম মাত্রেণ কেবলং।
পঞ্চতালেশ্বরো বর্ণস্বরশ্চৈবাঙ্ক (ঙ্গ) (১) চারিণী ॥ ৭৮৪
স্বরার্থ মাতৃকা চৈব তথা রাগ কদম্বকঃ।

---

অদুগা বর্ণন তৌগদৌরিবা হিরবগী মতুংইন্না মমিং থোনবা হায়বদি খুদমওইনা বিষ্ণুগী বর্ণন তৌববদি মদুবু বিষ্ণু-প্রকাশ-প্রবন্ধ অসুম্না খঙনগনি।

আদি, যতিনচিংবা তাল ১০, ৯ নত্রগা ৭ না শেম্বা প্রবন্ধদি রাগ পূর্ণ ওই। শন্দোকমনগদবনা মকম অাসদাদ মদুগী থুদমনচিংবা অদুদি পীত্রে ॥ ৭৮০-৮২

( হরিনায়ক-কী মত-তাদ প্রবন্ধগী মমিংশং অসি অসুম্না তৌই মহুদি )—

মুনিশিংনা হায়, 'এলা' নাচংবা প্রবন্ধদি শকপদা য়াম্না লুনা থোকপনা হরিনায়কনা মথোয়গী মরক্তা লৌথংলম্বা ২৬ থক্কী মমিং মমিংদং মথং মনাউ নাইনা হায়রকলি মহুদি —পঞ্চতালেশ্বর, বর্ণস্বর, অঙ্কচারিণী, স্বরার্থ মাতৃকা, রাগকদম্ব, তালার্ণব, শ্রীরঙ্গ, শ্রীবিলাস, পঞ্চভঙ্গী, পঞ্চানন, উমাতিলক, সিংহলীল, ত্রিভঙ্গী, হংসলীল, হরিবিলাস, সুদর্শন, স্বরাঙ্গ, শ্রীবর্দ্ধন, হর্ষবদ্ধন, বীর, শ্রীমঙ্গল, লাহড়ী, নবরত্ন, শরভলীল (শরভশীল) অমসুং কণ্ঠাভরণ—২৬ অসিনি ॥

অসিগী তুংদা 'চন্দ্রপ্রকাশ' হায়বনচিংবা ৬ অমম্ম লৈরি অদুবু হুজাকী মীয়োল

---

(১) তারিণী

স্বরান্ত করণং (১) বর্ত্তন্যথ তালার্ণবস্তথা ॥ ১৮৫
শ্রীরঙ্গঃ শ্রীবিলাসশ্চ পঞ্চভঙ্গীস্ততঃ পরং ।
পঞ্চাননোমাতিলকৌ সিংহলীলস্তথাপরঃ । ১৮৬
ত্রিভঙ্গী হংসলীলশ্চ তথা হরিবিলাসকঃ ।
সুদর্শনঃ স্বরাঙ্গঃ শ্রীবর্দ্ধনো হর্ষবর্দ্ধনঃ ॥ ১৮৭
বীরঃ শ্রীমঙ্গলশ্চৈব লাহড়ী চ প্রকীর্ত্তিতঃ ॥
নবরত্নাভিধঃ প্রোক্তস্তথা (২) শরভলীলকঃ ॥ ১৮৮
কণ্ঠাভরণ নামা চেত্যোক্তে ষড় বিংশতির্মতাঃ ।
চন্দ্রপ্রকাশকাদ্যাশ্চ বিদ্যন্তে (৩) ষট্ তথা পরে ॥ ১৮৯
সম্প্রত্যেতেতু সুকরাঃ কবিভির্ন ভবন্তি হি ।
এষু যে সুকরাঃ পঞ্চষান্তানেব প্রচক্ষ্মহে ॥ ১৯০

**(কায়বালঃ)—**

এভ্যোহন্যঃ কায়বালাখ্যঃ স এবাদৌ নিরুচ্যতে ।
যত্তস্তালঃ প্রকাশ্যন্তে পাঠ (টঃ) মাত্রেণ কেবলং ।
পদানাং কল্পনাভোগে কায়বালঃ স ঈর্য্যতে ॥ ১৯১
উদাহরণন্তু গীতপ্রকাশে দৃশ্যং ।

**স্বরার্থঃ—**

স্বরৈঃ পাঠৈঃ ( পাটৈঃ ) পদৈস্তু তৈ রচনা বাঞ্ছিত ক্রমাৎ
যস্য স্যাত্তেনকৈন্যাসঃ স বর্ণস্বর উচ্যতে ॥ ১৯২

---

অসিদি কবিশংদদি মতু য়াম্না লুনা থোকপনা মখোয় অসিগী মনুংদা লায়না থোকপা মথল ৫, ৬ কী মমিংদং চায়রি ॥ ১৮৩-৯০

**কায়বাল**—কায়বাল হায়না কৌবা মসকগী তোপংকপা অমথক লৈ, মতুনা অহানবনি। মসিদাদি পুংলোন্না তালবু থম্নবা অতগা আংশগদা পদগী রচনা লৈবা অদুগুম্বা মথক অদুবু 'কায়বাল' হায়বনি। মসিগী খুদমাদ গীতপ্রকাশকতা য়েংগদবনি ॥ ১৯১

**স্বরার্থ**—স্বর, পাট ( পুংলোন ), পদ, তাল— মখোয় অসিনা অপাম্বা মতুং ইন্না মথং মনাউ নাইনা লেপ্না 'তেন' নচিংবনসু ন্যাস তৌবা অদুবু 'বর্ণস্বর' হায়না কৌই। মখোয় খুদিংমকপু স্বরনচিংবগী মমাঙ মমাঙদা থম্নগা মথল মরিথক থোক্লকই মতুদি— স্বরাদি বর্ণস্বর, পাটাদি বর্ণস্বর, পদাদি বর্ণস্বর, অমসুং তেনাদি বর্ণস্বর।

হৃদীক বর্ণস্বরগী মরম হায়রি—স্বর ময়েকশিংনা অপাম্বা অর্থ কোংদোকপা অদুবু

---

(১) বর্ত্তন্যথ, (২) লীলকঃ (৩) বিধত্তে

স্বরাদেবাদি বিন্যাস-ভেদাদেষশ্চতুর্ব্বিধঃ।
স্বরাদি বর্ণস্বরঃ পাটাদি বর্ণস্বরঃ পদাদি বর্ণস্বরঃ
তেনাদি বর্ণস্বরশ্চ ।।

**বর্ণস্বরঃ—**

(১) যত্রস্বরাক্ষরৈরেব বাঞ্ছিতার্থোঽভিধীয়তে।
স স্বরার্থোভবেদ্দ্বেধা শুদ্ধমিশ্র প্রভেদতঃ ।। ৭১৩
স্বরাক্ষরৈঃ স ঋ গ ম প ধ নিভির্যথেচ্ছং।
বাঞ্ছিতার্থোঽভিধীয়তে চেত্তদা স্বরার্থঃ ।।
ইতি স্বরার্থ।

**মাতৃকা—**

একৈক-মাতৃকা-বর্ণ-পূর্ব্বকানি পদানি চেৎ।
ক্রমেণ যত্র গীয়ন্তে মাতৃকা সা ত্রিধা মতা।। ৭১৪
দিব্যা চ মানুষী দিব্যমানুষী চেতি তত্রতু।
দিব্যা সংস্কৃতয়া বাচা মার্গতালৈশ্চ গীয়তে ।। ৭১৫
মানুষী প্রাকৃতগিরা দেশীতালেন নির্ম্মিতা।
দ্বয়োর্মিশ্রয়ণাদুক্তা মাতৃকা দিব্যমানুষী ।। ৭১৬
তালেনৈকেন রাগেণ বহুভির্বা প্রয়োগতঃ।

---

'স্বরার্থ' হায়না কৌই। মসিগী মখল অনিনি মতুদি—'শুদ্ধ' ( অশেংবা ) অমসুং 'মিশ্র' ( শেংদবা ) ॥ ৭১২-১৩

স, রি, গ, ম, প, ধ, নি—অসিনচিংবা স্বরময়েকশিং অসিনা অপাম্বা অর্থ কোং-দোক্লবদি 'স্বরার্থ' হায়বদা ওই ॥

**মাতৃকা**—'অকার অমদি 'ককার' নচিংবা মরু ওইবা ময়েকশিংনা মথং মনাই কায়দনা পদ অমা শাৱবদি অদুগুম্বা প্রবন্ধ অদুবু 'মাতৃকা' হায়না কৌই। মসু মখল অহুম ওই মদুদি—দিব্য, মানুষী, অমদি দিব্যমানুষী। সংস্কৃত লোন্না মার্গ তালদা শক্লবদি মদুবু 'দিব্য' হায়না কৌই। প্রাকৃত লোন্না দেশী তালদা শক্লগনা মদুবু 'মানুষী' হায়না কৌই। অদুগা অনিমক অসিনা তিন্নদুনা থোকপনা 'দিব্যমানুষী' হায়বা মাতৃকা অদু ওই ॥ ৭১৪-১৬

তাল অমনা অমদি রাগ অমনা রাগ-তাল ময়াম পোকহন্দুনা শীজিন্নবদি মদু মত্র

(১) স্বরাক্ষরৈরেব—

সর্ব্বমন্ত্রময়ী হ্যেষা সর্ব্বসিদ্ধি প্রদায়িনী ।। ১৯৭
মার্গদেশী তালৌ বক্ষ্যেতে । তয়োর্মধ্যে যেন কেনচিন্নিম্মিতেত্যর্থঃ ।
ইতি মাতৃকা ।

**স্বল্পরাগকদম্ব—**

(১) অল্পরাগ-কদম্বোঽস্তি রাগাণামেব দর্শনাৎ ।
অস্ত ( অস্য ? ) রাগকদম্বস্য ভাষাদেনিয়মো নহি ।। ১৯৮
অন্যস্তু দুষ্করস্তাম্রলিখিতঃ ।।
( ইতি ) স্বল্পরাগকদম্বকঃ ।।

**(তালার্ণবঃ)—**

তালার্ণবো (বে ?) ভূরিতালো ভবেৎ সংস্কৃতভাষয়া ।
যোগাৎ গদ্যস্য পদ্যস্য স দ্বিধা পরিকীত্তিতঃ ।। ১৯৯
( ইতি ) তালার্ণবঃ ।

**(শ্রীরঙ্গঃ)—**

তালৈরাগৈশ্চতুর্ভিঃ স্যাৎ শ্রীরঙ্গোঽন্তে পদান্বিতঃ ।
(২) পদৈঃ সুপ্তিঙন্তৈরন্তে প্রান্তেম্বিতঃ ঘটিতঃ ।
( ইতি ) শ্রীরঙ্গঃ

---

পুন্নমক্তা মথক ওইবী অমদি অম্বাম্বা সিদ্ধি পীনবৈবীগী মথক ওইরকই ॥

মার্গ অমসুং দেশী তালগী মরক্তা করম্বনা ক'য় শাবগে শায়বগী মরম অতৃদি কোয়া নৈনয়কাখিগনি । মতাং অসিদা মাতৃকাগী মরম তাকপা লোইরে ।। ১৯৭

**স্বল্পরাগকদম্ব—** অল্পরাগ কদম্ব কৌবা প্রবন্ধ অদুদি রাগশং যাওবনা লোইরে । মসিদা লোনগী নত্রগা করিগুম্বা অমগী নিয়ম কারিসু যাওদে । মসিগী মথল অতৈদি দুমনবদগী ইত্রে ॥ ১৯৮

**তালার্ণব—** সংস্কৃত লোন্দা লেংবা, অয়াম্বা তালগী মথল যাওবা, গদ্য অমসুং পদ্য হায়না অ'নি লোকপা অদুবু 'তালার্ণব' কৌই ॥ ১৯৯

**শ্রীরঙ্গ—** তাল অমদি রাগ মরিনা শেম্বা মমৈদনা বিভক্তি যাওবা সংস্কৃত লোন ভারকপা অদুবু 'শ্রীরঙ্গ' হায়না কৌই

---

(১) অন্যো
(২) পদৈঃ—সুপ্তিঙন্তনা লোম্বা । সুপ—সু ঔ যস্নচিংবা ।
তিঙ—তিপ্ তস্ আন্তনচিংবা । মসিনা মথৈদা নৈবা হায়বদি করিগুম্বা বিভক্তি অমনা লোম্বু 'পদ' হায়না কৌই ।

**(শ্রীবিলাসঃ) —**

স্বরান্তঃ শ্রীবিলাসঃ স্যাত্তালৈ রাগৈশ্চ পঞ্চভিঃ ।। ৮০০
স্বরাঃ স ঋ গ মাস্তা অন্তে দেয়া ইত্যর্থঃ ।
( ইতি ) শ্রীবিলাসঃ ।

**(পঞ্চভঙ্গীঃ) —**

তেনকান্তঃ পঞ্চভঙ্গী ।
শ্রীবিলাস এব তেনাশব্দান্তঃ স্যাচ্চেত্তদা পঞ্চভঙ্গী ভবতি ।।
( ইতি ) পঞ্চভঙ্গী ।

**(পঞ্চাননঃ)—**

পাঠৈঃ (টৈঃ) পঞ্চাননোঽন্তগৈঃ ।। ৮০১
আদ্যাবান্তে পাটশেচদ্দীয়ন্তে (১) তদা পঞ্চাননঃ ।
( ইতি ) পঞ্চাননঃ

**(সিংহলীলঃ) —**

স্বরৈঃ পাঠৈ(টৈ)শ্চ বিরুদৈস্তেনকৈর্যোবিরচ্যতে ।
সিংহলীলেন তালেন সিংহলীলঃ স উচ্যতে ।। ৮০২

**তালস্য চূড়ামণৌ —**

সিংহলীলো লঘোরন্তে (২) দত্রয়ং পরিকীর্তিতঃ ।।
ইতি সিংহলীলঃ ।।

---

**শ্রীবিলাস** - রাগ মঙা অমসুং তাল মঙানা শেম্বা, অরোইবদনা স, রি, গ, ম মচিংবা স্বর থিবীক লৈবা মথক অদু 'শ্রীবিলাস' হায়না কৌই ॥ ৮০০

**পঞ্চভঙ্গী** — শ্রীবিলাসকী মমৈদা 'তেনক'না লোইশিনবা প্রবন্ধ অদুবু 'পঞ্চভঙ্গী' হায়না কৌই ।

**পঞ্চানন** অহুম্‌গা মথক্কী অসিগী মমৈদা পাটাক্ষর হাপচিল্লবদি মদুবুনা 'পঞ্চানন' হায়না কৌই ।। ৮০১

**সিংহলীল**—স্বর, পাট, বিরুদ অমদি তেনক—মরি অসিনা শেম্বা 'সিংহলীল' কৌবা তালনসু তিনবা অদুগুম্বা প্রবন্ধ অদুবু 'সিংহলীল' হায়না কৌই ॥ সিংহলীল-তাল হায়বদি লঘু অমগা দ্রুত অহুমগা তিন্নরনা শাবনি হায়না 'চূড়ামণি'দা মঙ্গী লক্ষণ তাকলি ।। ৮০২

---

(১) পাটাশেচ্চীয়ন্তে—পাঠ
(২) পদত্রয়ং—বা পাঠ

**(হংসলীলঃ)—**

স্বনাম তালকো হংসলীলোঽজ্ঘ্রীপদ পাঠ(ট)জো ॥

স্বনাম তালকঃ হংসলীলতালেন ঘটিতঃ। অজ্ঘ্রীপদপাঠ(ট)জো

কোঽর্থঃ? এক পদ (পাদ?) পদৈর্নির্ম্মিতঃ।

একস্ত পাঠৈ(টৈ)রিত্যর্থঃ ॥

**তালস্তু রত্নমালায়ং—**

হংসলীলো বিরামান্তং লঘুদ্বয় মুদাহৃতং ॥

(ইতি) হংসলীলঃ।

**(লাহড়ী)—**

যত্র বীররসেনস্যাৎ সংগ্রামস্য (১) সংস্তুতিঃ।

বহুভিশ্চরণৈশ্চৈব (২) লাহড়ী পরিকীর্ত্তিতা ॥ ৮০৪

নাত্রোক্তা হুক্করাঃ কেচিৎ পঞ্চতালেশ্বরাদয়ঃ।

ঈষৎস্বরাঙ্কুরা অপ্যুমাতিলকাদয়ঃ ॥ ৮০৫

অতো গীতপ্রকাশকারেনোক্তমেতেষাং লক্ষণাদিকং নাত্রবর্ণিতমুক্তপ্রকার নির্বিশেষাদিতি ॥

**কিঞ্চ—**

সূড়প্রবন্ধোঽপি শুদ্ধগীতমধ্যে বহুভির্লিখিতঃ।

**তল্লক্ষণস্তু—**

তালা ন বাদিকা যত্র পাঠা(টা)দি রহিতা যদি।

---

**হংসলীল**—হংসলীল কৌবা তাল-দগী থোকপা অতুগা পদ অমসুং পাটনা মতুগী চরণ ওইনবা (চরণ—শ্লোকী ½) অদুবু 'হংসলীল' হায়না কৌই। মসিগী চরণ অমনা পাদ ময়াম্না অতুগা চরণ অমনা পাট খিবোক্না শাগদবনি।

বিরামগী তুংদা লঘু অনি লাক্লবদি মদুবু 'হংসলীল' কৌই। মসিগী ময়াম্না রত্নমালাদাইরি। হংসলীলগী মশক্তি মসি- ॥ ৮০৩

**লাহড়ী**—বীর-রসনা হিনবা, অকনবা লাল-ওই অমদি লান্মী-ভোংগোলনচিংবগী বর্ণন য়াম্না তৌবা, চরণ য়াম্না য়াওবা অদুবু 'লাহড়ী' হায়না কৌই ॥ ৮০৪

মসিদগী হেন্দোকপা 'পঞ্চতালেশ্বর'নচিংবদি শেম্বদা য়াম্না লুখ্রবা প্রবন্ধমক্তনি। অতুগা 'উমাতিলক'নচিংবা প্রবন্ধশিংসু খরতমক থেন্নবনা মদুসু য়াম্না লুনা থোকই।

---

(১) চরিতস্তুতিঃ (২) বলৈশ্চৈব

সূড়-প্রবন্ধঃ কথিত একরাগ নিষেবিতঃ ইতি ॥ ৮০৬
( ইতি ) লাহড়ী ।

**অথ ছায়ালগমাহ—**

শুদ্ধস্য লগতিযত্তচ্ছায়াং (১) ছায়ালগং বিদুঃ ।
রঞ্জকং তদ্ভবেত্তালৈর্বাদ্যাদ্যৈঃ (২) সূড়কল্পিতং ॥ ৮০৭
বহুনাং তালানামেকত্র গুম্ফনং সূড়ং ছায়াং লগতি
ইত্যনেন শুদ্ধস্য যৎ কিঞ্চিল্লক্ষণেনেদং ভবতীত্যুক্তং ॥

(তদুক্তং)—

উক্তানামেব ভাবানাং ছায়ামাত্রং ভবেৎ যদি ।
ছায়ালগঃ সবিজ্ঞেয়ো মুনিভির্ভরতাদিভিঃ ॥ ৮০৮
অস্য সালগমিতি নামান্তরমপি ॥

**তদুক্তং হরিনায়কেণ—**

অথচ্ছায়ালগো যস্তু সূড়ঃ স এব সালগঃ ইতি ॥ ৮০৯
অস্যতু মতভেদাদ্বহুত্বং—

---

ময়ম অদুনা গীত-প্রকাশকারনা হায়বা মদুগী লক্ষণনচিংবদু মকম অসিদদি লৌখৎলুদ্রে । মথক্তা হায়রিবা মওঙ অসিদগী কব্বিগুম্বা থেইদোক্লা খেন্নবা অমা মদুদা লৈতে ॥ ৮০৬

সূড়—সূডপ্রবন্ধসু অয়াম্বনা 'শুদ্ধগীত'কী মনুং চলহন্নব্রম্মী । মদুগী লক্ষণদি অসিনি—তাল অমদগী লৌদুনা মথল য়াম্না য়াওবা অদুগা 'পাট'নচিংবদি লৈতবা, রাগ অমত্তনা শেম্বা অদুগুম্বা প্রবন্ধ অদুবু 'সূড প্রবন্ধ' হায়না কৌই ॥ মতাং অসিদা লাহড়ী তাকপা লোইরে ॥ ৮০৬

**ছায়ালগ**—হুদ্দীক ছায়ালগগী মথক তাকলি মদুদি—

শুদ্ধপ্রবন্ধগী মমি থরা তাবা অদুবু 'ছায়ালগ' কৌই । মসি সূড়দগী শেমগদবনি । তাল য়াম্না য়াওবনা মসি পূক্নিঙ্ হুনবা মথক ওই । বাদ্যগী মরমদসু মসুম তৌগনি ॥ ৮০৭

অয়াম্বা তালবু অমত্তা ওইনা লেংশিনববু 'সূড়' কৌই । ছায়ালগতি হায়বদি শুদ্ধগী মমি থরা তাবা হায়বনি । অসুম্না হায়রি—মথক্তা হায়খ্রবা লক্ষণশিং অসিগী মমি থরতবু তাববদি ভরতনচিংবা মুনিশিংনা মদুবু 'ছায়ালগ' হায়না কৌনরম্মী । মসিগী অতোপ্পা মমিং অমনা 'সালগ' হায়না কৌ'ন ।' ৮০৮

হরিনায়কনা হায়—'ছায়ালগ-সূড়' হায়বগুম্না মদুবু 'সালগসুড়'সু হায়নৈ ॥ ৮০৯

(১) লগতিচ্ছায়াং (২) বাদ্যৈর্যঃ

তথা চ দামোদরে-পঞ্চমসার সংহিতায়াং (তয়োঃ)—

ধ্রুবকো মণ্ঠকশ্চৈব প্রতিমণ্ঠো নিঃসারুকঃ।
রাসকঃ প্রতিতালশ্চ তথান্যাচৈকতালিকা॥ ৮১০
যতিশ্চ ঝুমরী চেতি সালগসূড়মীরিতং॥ ৮১১

ধ্রুবকাদিনাং ভেদমাহ

ধ্রুবকাঃ ষোড়শ প্রোক্তা মণ্ঠকাঃ ষট্ প্রকারকাঃ।
প্রতিমণ্ঠাশ্চ পঞ্চৈব সপ্তধাত্ত নিঃসারুকাঃ॥ ৮১২
চত্বারো রাসকাঃ প্রোক্তাশ্চত্বারঃ প্রতিতালকাঃ।
একতালী চ ত্রিবিধা চতস্রো যতয়ো মতাঃ॥ ৮১৩
একৈব ঝুমরী চেতি সালগাঃ কথিতা ইমে।
কেপ্যাহুশ্চচ্চ (ঞ্চ ?) রীকাদ্যাঃ সপ্তাদশ সালগাঃ॥
ঊনবিংশতিরেবং তে ভবন্তি ভুবি সালগাঃ॥ ৮১৪

হরিনায়কেঽপি—

আদ্যো ধ্রুবস্ততো মণ্ঠঃ প্রতিমণ্ঠক এব চ।
অড্ডতালঃ (১) প্রতীবাস একতালীতাসৌ মতঃ॥ ৮১৫
অয়ন্তু সূড়ঃ প্রাক্সিদ্ধঃ শার্ঙ্গদেবস্য সম্মতঃ।
ইত্যাদি সালগানাস্তু লোকে সিদ্ধির্যতো (২) নহি॥ ৮১৬

মত তিন্নদবদগী মসিগী মথলসু য়াম্না নৈংগ্রে। দামোদর অমসুং পঞ্চমসার সংহিতাদা মসিগী মথল অসুম্না খায়দোক'ল মতুদি—ধ্রুব, মণ্ঠ, প্রতিমণ্ঠ, নিঃসারুক, রাসক, প্রতিতাল একতালিকা, যতি, ঝুমরী—মখোয় অসি 'সালগসূড়' মরুনি॥ ৮১০—১১

ধ্রুবনচিংবগী মথল হায়রি—

ধ্রুবকা মথল ১৬ নি অতুগা মণ্ঠনা মথল তরুকনি। প্রতিমণ্ঠনা মঙা, নিঃসারুক-না তরেৎনি॥ ৮১২

রাসক-না মথল মরি, প্রতিতালসু মরি, একতালগীনা অহুম, যতিনা মথল মরিনি। ঝুমরীনা মথল অমত্তনি। সালগগী মথলদি মখোয় অসিনি॥ ৮১৩

কনাগুম্বগী মহ-দা 'চচ্চরীকা (চঞ্চ)' হায়বনচিংবা সালগ-গী মথল তরা অমসু লৈ হায়। মসিগা কাপচিল্লবদি পুম্না সালগ ১৯ থক তুই॥ ৮১৪

হরিনায়কনসু হায় - অহানবদা ধ্রুব, মপংদা মণ্ঠ, প্রতিমণ্ঠ, অড্ডতাল, প্র(পূ)তীবাস, একতালী হায়বা সূড়গী মথলশিং অসিদি হান্নদগী অতুমক থগুনরক্লবা ওাক্তনি

(১) পূতীবাস—পাঠান্তরং (২) সিদ্ধির্মতো

ছুক্করস্বাত্তমময়া লক্ষণৈস্তৈঃ প্রকীর্ত্তিতাঃ।
প্রযুজ্যন্তে সম্প্রতি যঃ সূড়ো রম্যঃ কবীশ্বরৈঃ ॥
স এব সম্প্রত্যস্মাভিলিখ্যতে লোকসিদ্ধিতঃ ॥ ৮১৭

তত্রচ—

আদি যতির্নিঃসারুশ্চাড্ডতালস্ত্রিপুটস্তথা।
রূপকো ঝম্পকো মঠঃ একতালীতি কীর্ত্তিতাঃ ॥ ৮১৮
এভিস্তু নবভিস্তালৈঃ (১) কল্পিতঃ সূড় উচ্যতে।
ইত্যেষ রঞ্জকঃ সূড়ো গানে বাদ্যেচ নর্ত্তনে ॥ ইতি ৮১৯
নস্যাৎ প্রায়োহড্ডতালোহত্রেত্যাহ দামোদরঃ স্বয়ং।
কেচিৎ কুড়ক্কোপাড্ডৌ চাত্রাহুস্তেন ভবেদয়ং ॥ ৮২০
অপ্যেকাদশ তালাত্মা স ইদানীং বিবিচ্যতে।
প্রাগাদির্যতির্নিঃসারু মঠাদীনাং যথাক্রমং।
গানমস্তে চৈকতাল্যাহ ইত্যেষ নিয়মঃ ক্বচিৎ ॥ ৮২১

কিঞ্চ—

আদিতালো ভবেদাদাবন্তে স্যাদেক-তালিকা।
অন্যেষাং নিয়মাভাব এবমাহুশ্চ কেচনে (২) ॥ ৮২২

---

অমসুং শার্ঙ্গদেবনসু য়ারম্লবনি। অসিগুম্বা সালগশিং অসি লুমনবদগী মীরমলেন অসি-দদি চৎনাখিত্রবনা ঐনা মখোয় মখোয়গী লক্ষণ তাকতুনা নৈনত্রে। হুজৌকা মতমদা অকাওবা কবিশিংনা শাজম্লবা মশুং ইন্না নিংথিজরবা সূড় থরগী নরমদা মীনা থজনবা নৈনবি মহুদি—মসিগী মওংদি—আদি, যতি, নিঃসারু, অড্ডড, ত্রিপুট, রূপক, ঝম্পক, মঠ, একতালী—মখোয় মাপল অসিনি ॥ ৮১৪-৮১৮

অসিগুম্বা তাল ৯ অসিনা শাবসু 'সূড়' হায়না কৌই। অসিগুম্বা 'সূড়' অসিবু পুং-ঈশৈ-জগোইদা শীজিন্নবদি থোইদোক্না পুক্নিং হুনবা মশক ওই। দামোদরনা হায়—মসিদাদি 'অড্ডতাল'গী মশক অড়ক হাক্না য়াওদে। মী খরনদি মসিদা 'কুড়ক্ক', 'উপাড্ড' কৌবা তাল অনি অসিসু য়াওই হায়নৈ। মরম অসিদগী মসিবু তাল ১১গী মশক্তি হায়না লৌনৈ। অহানবদা আদি, যতি, নিঃসারু, মঠ—অসিমচিংববু শরুপা মমৈদনা একতালগী ঈশৈ তাগনি হায়বা মত অসিসু করি করিগুমদা নিয়ম ওইনা লৌনৈ ॥ ৮১৯-২১

অহানবদা আদিতাল, অরোইবদনা একতাল থম্লগা লোইরে মরক্তদি অতোপ্পা

---

(১) কথিতঃ (২) কেচন

অথৈতেষাং ধ্রুবমঠ-লক্ষণদ্বমাহ—
অথৈতেষ্বব তালেষু কেচিৎস্যুর্ধ্রুব লক্ষণাঃ।
( মঠলক্ষণকাঃ কেচিৎ কেচিচ্চোভয় লক্ষণাঃ ॥ ৮২৩

(তদুক্তং)—
ধ্রুবাদ্যৌ (১) যতিনিঃসারৌ-মঠান্ত্যৌ মঠলক্ষণৌ।
অন্ত্যএকতালী
আদিরূপক ঝম্পাড্ড ত্রিপুটাঃ স্যুদ্বিলক্ষণাঃ ॥ ৮২৪
দ্বিলক্ষণাঃ ধ্রুবলক্ষণা মঠ লক্ষণাশ্চ ॥
কুড়ক্কো মঠলক্ষ্মা স্যাদ্বিলক্ষ্মোপাড্ডতালকঃ ॥

সারে তু—
চঞ্চৎপুটশ্চাচপুটঃ সিংহবিক্রীড়িতস্তথা।
সিংহনন্দন-মুখ্যা যে তেঽপিস্যুর্মঠ লক্ষণাঃ ॥ ৮২৬

তত্র ধ্রুব লক্ষণমাহ—
জ্ঞেয়ঃ স ধ্রুব লক্ষণো যদি ভবেদুদ্গ্রাহ এব ধ্রুবঃ।
তুচ্চৈঃ খণ্ডমিহ দ্বিধাতু গদিতং দ্বিঃগীয়মেবোচ্চকৈঃ।
দ্বিধাতু=দ্ব্যবয়বং। প্রথমখণ্ডাপেক্ষয়া(দ্বিতীয়)খণ্ড উচ্চৈর্গেয়ঃ
দ্বিত্রি মাত্রাধিকঃ প্রথমখণ্ডসমমাত্রো বা ইতি কেচিৎ ॥

করিগুবা নিয়ম অমা লৈত্তে হায়বা মী থরনদি হায়নবসু ময়াওই। হন্দীক ধ্রুব অমসুং মঠগী লক্ষণ হায়রি—তালশিং অসিদা ধ্রুবলক্ষণ থরা মঠ লক্ষণ থরা ওই, অনুগা লক্ষণ অনিমক পুন্না থরা য়াওবসু লৈ ॥ ৮২২-২৩

ধ্রুব লক্ষণ—ধ্রুব, যতি, নিঃসারু অনুগা মঠগীনা মঠ অনুগা অরোইবদা একতালী অসিনি।

আদি, রূপক, ঝম্প, অড্ড, ত্রিপুট—মখোয় অসি উভয় লক্ষণনি, মসিদা ধ্রুব, মঠ অনিমকী লক্ষণ পুন্না য়াওই। কুড়ক্কনা মঠ লক্ষণনি অনুগা উপাড্ডনা ওন্না তৈনবা লক্ষণনি ॥ ৮২৪-২৫

সঙ্গীত সারদা হায়রি—চঞ্চৎপুট, চাচপুট, সিংহবিক্রীড়িত, সিংহনন্দন কৌবা অথোইবা মরি অসি মঠ লক্ষণ মক্তনি ॥ ৮২৬

ধ্রুবলক্ষণগী মখক হায়রি—উদ্গ্রাহনা ধ্রুব ওইরগা মথংদনা ধাতু অনিনা শাবা খণ্ড অমা হেনগৎনা কন্না য়াংনা ঐশৈ শকপা য়াহনগদবনি। ধাতু অনি হায়বদি 'অবয়ব অনি' হায়বনি। অহানবা খণ্ডদগী অনিশুবা খণ্ডনা মাত্রা ২।৩ হেন্না য়াংথৎনা

(১) যতিনিঃসারু-মঠান্ত্যো মঠলক্ষণঃ —পাঠ

**উদাহরণং যথা—**

আদিতালেন মল্লার রাগেণ—

জয় জয় সুন্দর নন্দতনুজ দয়িতা(১)ঞ্জননিভ জনরঞ্জন আরে।
কমলদলেক্ষণ গোকুল বল্লভ গোপসুতাধৃতি ভঞ্জন আরে॥
ইতি প্রথম খণ্ডঃ।

যমুনা পুলিন-বিভূষণ রসময় বেণু ( বাদ্য ) রত নৃত্যগুরো।
মুরহর গোবর্দ্ধনধর অভ্রমুপতি(মদ)মর্দ্দন তি আই আই আরে॥
ইত্যুচ্চ খণ্ডঃ।

অত্র খণ্ডদ্বয়মপি দ্বির্গেয়ং। প্রথম খণ্ডাপেক্ষয়া দ্বিতীয় খণ্ডউচ্চৈর্গেয়ঃ।

**( অথ ) ধ্রুব—**

মধুরানন মানদ মুদবর্দ্ধন মধুসুদন ভববন্ধ্য (২) বিভো।
(৩) শরণাগতরক্ষকবরকরুণাময় নরহরি ইতি গায়তি আরে॥

উদৈশ শরুনি। ( অবয়ব—পোৎ অমা শানবা মচাক, খণ্ড—মতাং শরুক )। নত্রগা অহানবা খণ্ডগা মাত্রা চপ মান্নহনগনি অত্নমদি ওইরগা যাংনদি শরুদবনি।

খুদমদি—আদিতাল, মল্লারা রাগ।

হে নন্দগী মচা ইবুংঙো, হে নিঙথিজবা, চান্নবী নুপীশিংগী মমিৎকী কাজলগুম কুচু শংবানবা, তাইবঙ পৃক্কীং হুংঙাইহনবীবা, মিৎন্না থম্বাল লৈকা মানবা, গোকুলগী মবুংঙো, গোপীগী অখাঙ কনবা মঙোবু মাঙহনবাবা হে ভগবন! মসিনা অহানবা খণ্ডনি।

যমুনা মপানগী লৈতেং ওইবা. রসগী মশক ওইবা বেণু খোংবদা খোম্নজঙবা, হে নৃত্যগুরু! মুর কৌবা হিংচাববু মাঙহনবা, গোবর্দ্ধন ধারণ তৌবা, অভ্রমু কৌবী মান্নগী ঙাকপী শামু অমোম অঙগী মপুরোন্নবগী মতিক মন্নাই চমহনবীখিবা হে—('তি আই আইঃ' অসিনচিংবদি রাগ মপূং ফানবা হাপচিনবা বাহৈনি)। মসিনা অবাংবা খণ্ডনি।

অসিগুম্না খণ্ড অনিমক অহানবদগী অকোনবনা হেন্না যাংখৎহন্না অনিরক হন্না শরুদবনি।

মথংদা ধ্রুবগী মশক তাকলি মত্নদি—মান্নথোং নিঙথিবা অতোপ্পবু ঈকাই খুম্নবা পীনহৈবা, হেন্না হুংঙাইহনবীবা, মধু হিংচাববু হাংখিবা, তাইবঙপানবা পুম্নমকপু খুডম চম্নবীম্নিবা ( খুক্কমজনকম ওইবা ), পুম্নমক্তা শীনবা থুংবও হে ভগবন! চঙজববু কনবীবা

---

(১) দয়িতাঞ্জননিভ
য়েংগদবা—খুদম ওইনা পীরিবা ঈশৈশিং অসিগী মৈতৈলোন ওন্থোক্তনা উৎলিবসিদি চুন্নগী ভাব খঙনমবগী মথৈঙনি। চপ চাবা ছন্দ থম্বদি নত্তে।

(২) ভবরন্ত (৩) অহানবা ফংবা থুৎই লাইরিক অনিমক্তা মতাং অসিদগীনা মঠ লক্ষণগী অরোইবা ফাওবা মথক মথা ওন্নরম্মী। অকোনবা ফংবা থুৎইদদি চুমা ইরম্মী।

তত্তস্তি আই-আই আরে আরে ইত্যাদয়োনিরর্থকাঃ।
সতালগীত ললিত্যর্থং প্রযুজ্যন্তে গায়কৈঃ। নেদং লক্ষণং প্রবিষ্টং।
কেচিত্তু ধ্রুব লক্ষণস্য চাতুর্বিবধত্বমাহুঃ। তদুক্তং—
ধ্রুব-লক্ষ্মা চতুর্দ্ধাঽয়ং বিনোদো বরদস্তথা।
নন্দকঃ কঞ্চুকশ্চেতীতি ··· ···।। ৮২৭

স চ সারে—

আলাপাদি ধ্রুবোঽয়ং মত ইহ করুণে গীয়তে কঞ্চুকাখ্যে।
আলাপান্তে ধ্রুবো যো বরদ ইতি মতো দেবতানাং স্তুতৌ সঃ।।
উদ্‌গ্রাহাদি দ্বিধত্তো যদি ভবতি তথালাপকাদিঃ সনন্দো,
গায়েত্তং চোৎসবেষু স্ফুটমথ কুতুকে স্যাৎ বিনোদোঽপিতদ্বৎ।। ৮২৮
লক্ষণব্যতিক্রমস্তু ছন্দোঽনুরোধাৎ।।

অথ মণ্ঠলক্ষণমাহ—

স স্যান্মণ্ঠকলক্ষণো যদি সমাবুদ্‌গ্রাহকাভোগকাবুদ্‌গ্রাহাৎ।
দ্বিগুণোঽথ সার্দ্ধ গুণকোবা স্যাৎ ধ্রুবস্তত্র চ।। ৮২৯
উদ্‌গ্রাহাভোগয়োরপেক্ষয়া ধ্রুবৌ দ্বিগুণ মাত্রাবিত্যর্থঃ।

---

হে বোঁজাল পীনহৈবও—ননাই নরহায়না অসুম্না নওগী নগুণ শকচার।। মথংদা লাক্লিবা 'আই আই আই' হায়বাসিদি অর্থ য়াওদবা তাল অমদি ঈশৈগী ফজনবা চুম্না হাপচিন-বনি। লক্ষণগী মসুং চনবা নত্তে।

কনাগুম্বা মীনা ধ্রুব-লক্ষণ মরি ওই হায় মতুদি—বিনোদ, বরদ, নন্দক অমসুং কঞ্চুক।। ৮২৭

কঞ্চুক হায়বা ধ্রুব অসিদি অহানবদা ধ্রুব, মথংদনা আলাপ লৈগনি। মসি করুণ রসতা শক্লে। অতুগা আলাপকী তুংদা ধ্রুব লাবগনা 'বরদ' হায়না কৌই। মসিনা লাইগী স্তুতি তৌবদা শীজিনৈ।।

অহানবদা ধ্রুব, মথংদা আলাপ অমসুং উদ্‌গ্রাহনচিংবা থও অনি লাক্লবদি মদুবু 'নন্দ' কৌই। মসিনা উৎসবনচিংবদা (হয়াউকুম্মে) শীজিনৈ। অসুম্না বিনোদসু হয়াউকু শৈয়দা শীজিন্নগনি।। ৮২৮

হৌজিক মণ্ঠগী লক্ষণ হায়রি—উদ্‌গ্রাহগা আভোগ-গা অঙ্গ অনি অসি মান্নবা অতুগা ধ্রুবনা উদ্‌গ্রাহদগী শরুক অনি হেল্লবদি মদু 'মণ্ঠলক্ষণ' ওই। উদ্‌গ্রাহ, আভোগ-তগী ধ্রুবনা মাত্রা অনি হেনবনি, অতুগা মথোয় অনিমা মাত্রা ভংথায় অমমমতনি। আভোগ, উদ্‌গ্রাহ অনিমা মান্নবা হায়বদি মাত্রা (মাতৃকা) মান্নবা হায়বনি।

(১) সার্দ্ধক গুণমাত্রোবেত্যর্থঃ। সমৌ সমমাতৃকৌ ॥

তদুক্তং হরিনায়কেন—

সাম্যং যত্রতু (২) মাত্রয়োরুদ্‌গ্রাহাভোগয়োরথ ॥ ইতি ॥ ৮৩০

উদাহরণং—

আদিতালো মল্লাররাগেণ—

কৃষ্ণকৃপাময় মঙ্গল বিগ্রহ বিশ্বভয়াপহ দেব হরে।

(৩) গোপকুলোৎসববর্দ্ধন মাধব গোবর্দ্ধন ধর তি আই আই আরে।

ইত্যুদ্‌গ্রাহঃ।

শ্রীবৃন্দাবন ভূপতি আ আ।

রাধামুখ সরসীরুহ মধুকর নন্দতনুজ রসকন্দ তি আরে ॥

ইতি সার্দ্ধিক গুণমাত্রো ধ্রুবঃ ॥

পীতাম্বর সুরবন্দ্য গদাগ্রজ সুন্দর নটবর শৌরে।

কংসরিপো মুরমর্দ্দন মাধবঘনশ্যাম ইতি (৪) আরে ॥

ইত্যাভোগঃ ॥

এতেষাং সালগাদন্যত্র প্রায়িকত্বমিত্যাকে (৫)

হরিনায়কনা হায়—উদ্‌গ্রাহ আভোগ অনিনা অসুম্না মাত্রা মান্নরবদি মদুবু 'মঠ-লক্ষণ' হায়না কৌই ॥ ৮২৯-৩০

খুদমদি—আদিতাল মল্লার রাগ—

চানবীহৈবা, মঙ্গলদি মশক ওইবও হে কৃষ্ণ! হে তাইবঙ পানবগী অকিবা কোক-হনবীবা, শক্লাইবাবও হরে—। গোপ শাগৈবু হরাউ মথোই কাহল্লিবা, গোবর্দ্ধন থাংগৎপা হে লক্ষ্মীগী মবুংঙো!—মসিনা উদ্‌গ্রাহনি।

শ্রীবৃন্দাবনগী মপু ওইবা, রাধা মায়থোং থম্বালগী খোইমু ওইবা, রসকী হৌফম ওইবা—হে নন্দকুমার—। মসিনা মাত্রা অমমখায়গী ধ্রুবনি।

সনাফীগে খোনবা, লাই পূম্নমক্না খুরুম্নবা-বিষ্ণুগী মশক ওইবও হে শকহেনবা, নটবর ওইবা হে অথোবা! (শূর শাগৈদা পোকপা), কংসগী য়েক্লবা, মুরহিংচাববু মাহেনবা, লক্ষ্মীগী মবুংঙো ওইবা, ফুয়না হৌবা নোংগী কুচু ভবজবও হে—ইবুংঙো নঙগী নগুণবু শকচরি ॥ মসিনা আভোগনি।

---

(১) সার্দ্ধগুণক মাত্রোবা ইত্যর্থঃ —। (২) মাত্রায়ারুদ্‌গ্রাহা

(৩) গোকুলোৎসব

(৪) গায়তি আয়ারে ॥

(৫) প্রায়িকত্বমিত্যেকে—পাঠান্তরং

তদুক্তং কৌমুদ্যাং—

অমী উক্ত প্রবন্ধেষু বাহুল্যেনস্থিতাঃ পুনঃ।
সালগে নিয়তা এভির্বিনা তৎ সম্ভবো নহীতি ॥ ৮৩১

উদাহরণানিতু গ্রন্থান্তরে দ্রষ্টব্যানি ময়াতু প্রপঞ্চভিয়ান্নোক্তানি।

ননু—

উক্তো দ্বিখণ্ড উদ্গ্রাহ আভোগোঽপি দ্বিখণ্ডকঃ।
মণ্ঠলক্ষ্মানুসারেণ ধ্রুবকে খণ্ডকল্পনা ॥ ৮৩২
ইত্যুক্তত্বাৎ—

উদ্গ্রাহাভোগয়োর্দ্বিদ্বিখণ্ডাত্মকে সিদ্ধে উক্তোদাহরণে কথং বহবঃ খণ্ডাদৃশ্যন্তে। উচ্যতে—উদ্গ্রাহদীনাং দ্বিখণ্ডত্বেপি প্রতিখণ্ডমবান্তর-খণ্ডকল্পনৈবেব নির্দেশ্যং। অতো যাবদ্ভিরবান্তরখণ্ডৈঃ রঞ্জকতা ভবতি, তাবন্তএব খণ্ডা উদ্গ্রাহাদি খণ্ডে নিবেশনীয়াঃ ॥

তদুক্তং—

এক দ্বি ত্রি চতুঃ খণ্ডৈস্তালেষু বিবিধেষু চ।
উদ্গ্রাহাদেঃ কল্পনাস্তু যথা লালিত্যমাচরেদিতি ॥ ৮৩৩

অত্র খণ্ডাদি লক্ষণং বাহুল্যভয়ান্নোক্তং ॥

---

নিয়ম পূন্নমক অসি 'সালগ' তা .লপ্পমক ওই। অতোপ্পদদি নিয়ম অসি য়াওদে। কৌমুদীনদি—মথক্তা হায়রিবা প্রবন্ধশিং অ'সদা মসিনা নম্না য়াওই হায়, অতুমদি ওইরগা 'সালগ' তদি অরেপ্পা মথক অমা লৈ, মতু নত্রবদি 'সালগ' থক ওইবা য়াদে ॥ ৮৩১

মসিগী খূদমদি অতোপ্পা লাইরিক্তা য়েংনগদবনি, চাউমনগদবনা ঐনদি নৈনদ্রে।

অসুম্না চিংনবা য়াই মতদি—উদ্গ্রাহগী খণ্ড অনি, আভোগ-গীসু খণ্ড অনিনি অতুগা ধ্রুবগী খণ্ডসু মণ্ঠ-লক্ষণগী মতুং ইন্না কল্পনা তৌনৈ—অসুম্না লাইরিক্তা হায়বনা উদ্গ্রাহ অমসুং আভোগ অনিমক্তা খণ্ড ২।২ লৈগনি হায়বসিম' অচুম্বনি—অসুম্না হায়রবদি হায়খ্রিবা খূদমশিং অসিদা খণ্ড ময়াম থোক্লা উঙ্খ্রিবসিদি ক'রদগীনো?—মসিগী পাউ-খুমদি মসিনি মতদি—খণ্ড ২।২ না উদ্গ্রাহনচিংবা প্রবন্ধগী মথক ওই হায়বা অসিমদি লৌগনবনি, অতম ওইজুনসু খণ্ড খুদিংমক্তা অমুক খণ্ড মচা মচা লেংজনা হাপচিনগদবনি।

ময়ম অসিনা খণ্ড মচা মচা কাপ্লগা কঞ্জবা লেললংবিবা অতুপকী মথেদি উদ্গ্রাহন-চিংবদা মতু হাপচিনগদবনি। হিরম অসিদা অসুম্না হায়রি মতাম—খণ্ড অমা, অনি, অহুম নত্রগা মরিনা অমসুং মথল মথলগী তাল ময়াম্না নিঙথিবা, কঞ্জবা, অমদি লুংঙাইবা ওইনবা, হায়রিবা উদ্গ্রাহনচিংবসিবু শেমগদবনি ॥ ৮৩২-৩৩

খণ্ডমচিংবগী বর্ণনদি চাউমনগদবনা নৈনদ্রে।

# অথ তালাঙ্গ পরিভাষা

(১) অত্র ছন্দোরত্নাকরে—

মস্ত্রিগুরুস্ত্রিলঘুশ্চ নকারো ভাদি গুরুঃ পুনরাদি লঘুর্যঃ।

(২) জোগুরুমধ্যগতোরলমধ্যঃ সোঽন্তগুরুঃ কথিতোঽন্তলঘুস্তঃ ॥ ৮৩৪

গুরুরেকো গকারশ্চ লকারো লঘুরেককঃ।

প্লুতঃ পকার ইত্যেবং ভো ভূতশ্চ প্রকীর্ত্তিতঃ ॥ ৮৩৫

অনুদ্রুতো দ্রুতশ্চৈব লঘুর্গুরুস্ততঃ পরং।

প্লুতশ্চৈব(২) ক্র' ৈণব(ং)তালাঙ্গানি চ (তু) পঞ্চধা ॥ ৮৩৬

অনুদ্রুতং বিনান্যেষাং সংজ্ঞা দলগপাত্মিকাঃ ॥ ৮৩৭

অথ মাত্রানিয়মমাহ—

লঘ্বেকমাত্রঃ তু গুরুর্দ্বিমাত্রঃ প্লুতস্ত্রিমাত্রো দ্রুতমর্দ্ধমাত্রং।

অনুদ্রুতংতু দ্রুতকার্দ্ধমাত্রং বিরাম ইত্যস্য ভবেচ্চনাম ॥ ৮৩৮

অথৈষাং বিন্যাসপ্রকারমাহ—

তির্য্যগ্রেখানুদ্রুতাঙ্গং শূন্যাকারং দ্রুতং স্মৃতং।

লঘুর্ঋজ্বাত্মিকা রেখা রেখাধোবক্রিতা গুরু (গুরো) ॥ ৮৩৯

প্লুতং গুরোমূর্দ্ধরেখা তির্যাক্ চেদক্ষ পার্শ্বগা ॥ ৮৪০

তালাঙ্গ—ছন্দঃরত্নাকরনা হায়—মগণদা গুরু অহুমনি, নগণদনা বর্ণ অহুম্মক লঘুনি, ভগণদনা অহানবদা গুরু, মথংদা লঘু অনিনি। যগণদনা অহানবা ময়েক অহু লঘুনি, জগণগীনা ময়ায়দা গুরু, রগণদনা ময়ায়দা লঘু, সগণগীনা অরোইবা গুরু অদুগা তগণগীনা অরোইবদা লঘু লৈগদবনি ॥ ৮৩৪

'গ' না গুরু, 'ল' না লঘু, 'প' না প্লুত হায়বনি খঙনগনি ॥ ৮৩৫

তালগী অঙ্গশিংদি মথং মনাউ নাইনা—অনুদ্রুত, দ্রুত, লঘু, গুরু অমসুং প্লুত মখোয় মঙা অসিনি ॥ ৮৩৬

অনুদ্রুত মাগুদনা অতৈ মরি অসিবু অশথীদা দ, ল গ, প—অমুয়মসু খঙৈনৈ ॥ ৮৩৭

তুঙীক মাত্রাগী নিয়ম খঙনবা হায়রি—

লঘুগী মাত্রা অমা, গুরুগী ২, প্লুতগী ৩, দ্রুতগীনা মাত্রাগী তংখায় (১/২) অদুগা অনুদ্রুতগীনা মরি থোকপগী অমনি (১/৪)—মসিবু (অনুদ্রুত) 'বিরাম'সু কৌনৈ ॥ ৮৩৮

মখোয় অসিগী মশক খঙনবা থূদমশিংদি—

অনুদ্রুতগীনা অখোয়বা রেখা (৺), দ্রুতগীনা শূন্য (•), লঘুগীনা চৈথৈ মওঙ (।),

---

(১) তত্র ছন্দঃ রত্নাকরে— (২) যোগুরু

এতেষাং ঘাতস্থানাদিমত্র নোক্তং।

**অথ সূড়াঙ্গতালানাহ যতঃ—**

তৌর্যত্রিকস্তুগতে ভস্তালস্যাঙ্কুশং বিদুঃ।
ন্যূনাধিকং প্রমাণন্তু প্রমাণং ক্রিয়তে যতঃ॥ ৮৪১
বিনাতালেন গীতাদেগীত শুদ্ধির্ন জায়তে।
কর্ণধারং বিনা নাব ইবাতস্তান প্রশস্যতে॥ ইতি ৮৪২
স্থিতেষ্বপাস্য তালেষু প্রবন্ধাঙ্গতয়া পুনঃ।
(১) আদ্যাদ্যেকাদশান(১)ঞ্চ তালানাং লক্ষণং ব্রুবে॥ ৮৪৩
আদিরেকেন লঘুনা রাসোঽয়ং কৈশ্চিদুচ্যতে।
তালানাং ধ্রুবলক্ষণাদিকমুক্তং।
জয় সুনায়ক বাঞ্ছিত দায়ক ইতি। ৮৪৪

**অথ যতি—**

লঘু দ্বন্দ্বাং দ্রুতদ্বন্দ্বং যতিরিত্যুচ্যতে বুধৈঃ।

শুরুগীনা মথা খোয়বা লৈই (৮), প্লুতগীনা শুরুগী থুদম মথক্তা অচুম্বা লৈই অমা লৈগনি ($\frac{1}{S}$)॥ ৮৪০

মখোয় অসিগী যৈক্তম থাক্তমচিংবগী মরমদি মতাং অসিদা লৈনদ্রে।

চঙীক সুড় অঙ্গশিংগী তালগী মরম হায়রি—

তৌর্যত্রিক (পুং ঈশৈ জগোই) হায়বসিগী অপুনবা মশক্তি অঙাওবা শামুগুম্মী। 'তাল' হায়বসিনা মসিবু লাকুনবা 'শাম কাত্তি' গী মশক্তি। অসিগুম্বা তাল অসিনা অতেল অথাং ওল্লনবা অথোইবা থুংলাইনি॥ ৮৪১

তাল য়াওদনা কৈদৌউঙৈদস্তু অশেংবা ঈশৈ ওইবা য়াদে। তাল য়াওদবা ঈশৈদি হিনাউশাবা য়াওদবা হিগুম্বা খোকপনা অচুম্বা তাল অচুগী মথক খঙনবা হায়রি॥ ৮৪২

তাল হায়বসিগী মথল মখেনদি য়ংম্নখিবনা চঙীক প্রবন্ধতগী অঙ্গ ওইবা (ময়ী লৈনবা) 'আদি তাল' নচিংবা মথল ১১ তগী মরম হায়গে॥ ৮৪৩

আদিতাল—মসি লঘু অমনা শাবনি। মসিবু 'রাস' তালসু হায়নবা য়াওই।
তালশিংগী ধ্রুব-লক্ষণনচিংবগী খেম্নবদি হান্নবা হায়খ্রে।
"পূয়মক্তগী হেনবা, নিঙবা শিবীক থুংহনবীবা,—ইবংঙো নহাক্তা জয় ওইরি।"

যতিতাল—লঘু ২, দ্রুত ২বু 'যতি' কৌই। সম্প্রদায় খেন্নবা মতুং ইন্না মসি মথল অনি শুই মগুদি 'শুদ্ধ' অমসুং 'সত্রিপুটান্তরা'। ত্রিপুট হায়বা তাল অচুনা ময়ুক খন্নবদি

(১) আদ্যেকাদশ

সাচার দ্বিবিধা প্রোক্তা শুদ্ধা সত্রিপুটান্তরা ॥ ৮৪৫

ত্রিপুটস্তাল বিশেষাঃস্তুরে পদমধ্যে যস্যাঃ

অয়ং গীতমধ্যে ন প্রবিশতি ॥

তৎ শুদ্ধা যথা—

জয় জয় নরক-নাশন দুষ্টসঙ্ঘ বিহিত শাসনরে।

ত্রিপুতান্তরা যথা—

নৌমি কৌশিক যাগ হিংসকং তাড়কাসুত নাশকং।

ত্রিপুটঃ—

(১) সাস্‌সা সা, রি, গ, ম, প, ধ, প, ম, ধ, নী সাস্‌সা সাস্‌সা সা।

অথ যতিঃ—

দণ্ডকান্তর চারি মুনিপর দেব রাক্ষস শাসকং।

শারদাম্বুজ মঞ্জুমুখমখিলামরেশ্বর বন্দিতং ॥

ত্রিপুটঃ—

(২) ত্রা তা থা রি কুকুদি মিকি ঝেংকুণ থোংকিট নাংকিট তাত্তা তা।

অথ যতিঃ—

অখিল জ হৃদি মোদবর্দ্ধন দেবকীসুত পাহিমাং।

---

মদুবু 'সত্রিপুটান্তরা' হায়না কৌই। মাস ঈশৈগী মরক্তদি চঙবা যাদে॥ ৮৪৫

শুদ্ধগী মশক্তি—নরকাসুরবু হাৎপা, ফত্তবশিংবু লাকশিনবীবা হে ভগবন, নহাক্না জয় ওইরি।

ত্রিপুটান্তরা-গী মশক্তি—তাড়কা হিংচাবীগী মচানিপা সুবাহু হিংচাববু হাৎপা হে রাম! ইবুংঙো নহাকপু থুরুমহৈ।

ত্রিপুট-গী পাটাক্ষরদি—সাসসা সা রি গ ম প ধ প ম ধ নী সাস্‌সা সাস্‌সা সা।

যতি—দণ্ডকবনদা লৈবা, মুনশিংগী থুরুমফম ওইবা, হিংচাবশিংবু লাকশিনবীবা হে ভগবন। মায়থোংনা শরৎ-থাগী থম্বালবু ভমজবা, লাইনিংথৌ ইন্দ্রগী থুরুমজনফম ওইবা ইবুংঙো। নঙগী নগুণবু শকচৈ।

ত্রিপুট-গী পাটাক্ষর-ত্রা তা থা রি কুকুদি মিকি ঝেংকুণ থোংকিট নাংকিট তাত্তা তা।

যতি—তাইবঙ মী পুম্নমক্কী থম্মোইদা কেন্না নুংঙাইবা ফংহনবীবা, দেবকিগী মচা ওইবা অদুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণনা ঐবু কনবীসনু।

---

(১) সা সৃসা সা রি গ ম রি গ ম পধ পম ধনী ধনি সা সৃসা সা—পাঠান্তরং

(২) তাত্তা ……।

**অথ নিঃসারুঃ—**

সবিরাম দ্রুতদ্বন্দ্বান্নিঃসারৌ তু (১) লঘু দ্বয়ং ।। ৮৪৬

যথা—

বিবুধাধিপ ভয়ভঞ্জন পাহি নিখিল জনরঞ্জনরে ।

নিঃসারুঃ ষড়্‌বিধেত্যয়ং কুন্দনামা ।

**অথাড্ডতালঃ—**

ষড়্‌বিধোঽড্ডস্তত্র শঙ্কুশীলৌ খ্যাতৌ ব্রবীমিতৌ ।

(২) লঘোর্দ্রুতদ্বয়েন স্যাৎ শঙ্কুঃ শৃঙ্গার বীরয়োঃ ।। ৮৪৭

**( তদুদাহৃণং )—**

শান্তেশীলো বিরামান্ত দ্রুতদ্বন্দ্বাল্লঘুমতঃ ।। ৮৪৮

যথা—

জয় জনার্দ্দনবিভো ভবভয়াপহ হরে ।

ইদং দ্বয়োরপ্যুদাহরণং ।।

**অথ ত্রিপুটঃ—**

(৩) দ্রুতত্রয়ং বিরামান্তং ত্রিপুটঃ পরিকীর্ত্তিতঃ ।। ৮৪৯

হন্দীক 'নিঃসারু'গী মরম হায়রি—

বিরামগা লোয়নবা দ্রুত ২, লঘু ২ নি । মতুদি—হে লাই পুম্নমক্কী মবুংঙো ! অকিবা কোকহনবীবা, তাইবঙ মী অপুম্বগী পেম্ননবা তৌবীবা কে ইবুংঙো ! ৮৪৬

নিঃ সারু অসিগী মখল ৬ শুবনা মসিবু 'কুন্দ' হায়না কৌই ।

**অড্ডতাল**—অড্ডতাল মখল ৬ নি । মসিগী মরক্তা লোইদোকপদি 'শঙ্কু' অমুগা 'শীল' অনি অসিনি । শঙ্কুনা শৃঙ্গার অমসুং বীর অনিমক্তা চৃশিনৈ ।। অমুগা 'শীল' হায়বা অড্ডতাল অসিনা শান্তরসতা শীজিন্নৈ । মখোয়গী মওঙদি—শঙ্কুগীনা লঘু অমগী তুংদা দ্রুত অনি লাক্নবদি মত শঙ্কু হায়বসি ওই অমুগা দ্রুত অনি, দ্রুতবিরাম অমা, লঘু অমা মসিনা শীল-গীনি ।। ৮৪৭-৪৮

অনিমক অসিগী অপুনবা খুদমদি—তাইবঙ পানবগী অকিবা কোকহনবীবা বিষ্ণুগী মশক ওইবও হে হরে । —অসিনি ।

ত্রিপুট—দ্রুত অহুমগী তুংদা বিরাম লৈরবদি মদুবু 'ত্রিপুট হায়না কৌই । খুদমদি—হে গোকুলগী বা ওইবা, কংসবু নোইহংপা হে কৃষ্ণ, হে কেশব, ননাইবু ঙাকশীনু ।। ৮৪৯

---

(১) নিঃ সারেতু (২) লঘু দ্রুত

(৩) দ্রুতদ্বয়ং—পাঠান্তরং

( যথা )—

কৃষ্ণ কেশব কংসমর্দ্দন পাহি গোকুলচন্দ্র হে ।

অথ রূপকঃ—

রূপকংতু বিরামান্তঃ দ্রুতদ্বন্দ্বমুদাহৃতং ।। ৮৫০

যথা—

নন্দতনুজ মঞ্জুল মুখ মঙ্গলময় পাহিমাং ।

অথ ঝম্পঃ—

ঝম্পঃ কোলো—দ্রুতদ্বন্দ্বাৎ সবিরামাদিতীতরে ।। ৮৫১

যথা—

গোপেন্দ্রতনুজবর পাহিমাং মোদকর ।

অথ মণ্ঠকঃ—

সগণাদ্ঘবোঽশব্দাশ্চত্বারো মণ্ঠকে স্মৃতাঃ ।। ৮৫২

অশব্দাঃ—শব্দরহিতাঃ ।

যথা—

গোপীকুল দুকুল চোর নন্দতনয় জয়কিশোর ।

অথ একতালি—

( দ্রুতৈনৈকনৈকতালী ) সা ত্রিধা পরিকীর্ত্তিতা ।

বিপুলা চন্দ্রিকা রামা তত্রাপি বিপুলোচ্যতে ।। ৮৫৩

রূপক—দ্রুত ২, দ্রুত ববম অমবু 'রূপক' কোৎ ॥

খুদমদি মায়থোং নিঙথিবা, নন্দগী মচা ইবুংঙো, মঙ্গলগী মপক ওইবও হে ইবুংঙো ননাইবু কনবীয়ু ॥ ৮৫০

ঝম্প—মাসদু 'কোল'সু কৌই । দ্রুত অনি মথংদ দ্রুতবিরাম ।

খুদম—গোপনি-থৌগী মজাইবুংঙো, হে ফুংঙাই য়াইফবা পীনহৈবও, ননাইবু কনবীয়ু ॥ ৮৫১

মণ্ঠক—সগণ অমসুং মখোল খোক্তবা লবু মায়না 'মণ্ঠক' হায়বসি শাই ।

খুদম—গোপীশিংগী ফিজেৎ হুয়ানবা, নন্দগী মচা ওইবা, কৈশোর বয়স ( পাথং মপুং ফাদ্রিবা, চহি ১১-১৫ ফাওবগী মরুংদা লৈবা ) ওইরিবা হে ইবুংঙো, নঙনা জয় ওইরি ॥ ৮৫২

একতালী—দ্রুত অমবু 'একতালী' কৌই । মসি মখল অহুম—বিপুলা, চন্দ্রিকা অমসুং রামা ।

বিপুলা—আলাপকা লোয়নবা উদগ্রাহবু 'বিপুলা' কৌই । মসিদি হুংঙাইবগী

ধ্রুবমাত্রেণ তিরস্বায়োক্তে (১) অত্র তথোত্তরে।
আলাপ পূর্ব্বকোদ্‌গ্রাহা বিপুলানন্দদায়িনী ॥ ৮৫৪
আলাপং গীত্বা তত্রোদ্‌গ্রাহং গায়েদিত্যর্থঃ।
অতএব একতালাং (২) পূর্ব্বমালাপ গানমেতন্মূলকমেব।

(উদাহরণং) যথা—

গোবর্দ্ধনধর মাধব মুরহর।

মতান্তরে তথোচ্যতে কুড়ুক্কোপাড্ডতালকৌ।
দ্রুতদ্বয়ানুবন্ধং কুড়ুক্কঃ পরিকীর্ত্তিতঃ ॥ ৮৫৫

যথা—

গোপোৎসব ( কর ) রক্ষসুরেশ্বর।

উপাড্ডমাহ—।

উপাড্ডতালমেকেন দ্রুতেন পরিকীর্ত্তিতং ॥ ৮৫৬

যথা—

নমঃ কমলনাভতে।
নয়বশাদেকতালীতোভিন্নং।
এবং তু নবভিঃ সূড়ঃ ক্বচিদেকাদশৈরপি ॥ ৮৫৭

মশকি। আলাপনা হাল্লগা মথংদা উদ্‌গ্রাহ শক্তদবনি। মময় অহুনা একতালগী মমাঙদা আলাপ হাল্লা শক্তদবনি। ধ্রুবতদা খেন্নবনা অতৈগী মরমদি হায়ত্রে ॥ ৮৫৩-৫৪

খুদম—গোবর্দ্ধন ধারণ তৌবা, মুর হিংচাবগু লানবিথিবও হে, ননাইবু কনবীয়ু।

অতোপ্পা মতকী মতুংইন্না 'কুড়ুক্ক' অমসুং 'উপাড্ড' কৌবা তাল অনিগী মশক তাকলি মথদি—

কুড়ুক্ক—দ্রুত অনি লমু অনিনা শাই ॥ ৮৫৫

খুদম—গোপ শাগেগী হয়াউমথোই কানবা ওইবা হে লাই পুন্নমকী মপু ওইব ও, ভগবন, ননাইবু কনবীয়।

উপাড্ড—দ্রুত অমখক্তা উপাড্ড হায়বসি শাই ॥ ৮৫৬

খুদমদি—খোয়দৌদা থবাল শাংপা ইবুংঙো নঙবু খুরুমজৈ। একতালগীমু কত অমনা শাবনি অদুবু লয়চংতি খেন্নে।

মশুঙ অসুমা সুড়গী মথম ১০ থক তাই। কয়িগুম্বদনা ১১ থকসু লৈ। মখোয়গী খুন্নশিংনচিংবদি সঙ্গীত-কৌমুদী, গীতপ্রকাশনচিংবদা য়েংগদবনি। চাউমনশিগদবনা ঐনদি ইত্রে ॥ ৮৫৭

---

(১) তত্র—পাঠান্তরং (২) একতালীতঃ —পাঠান্তরং

অনয়োরুদাহরণংতু সঙ্গীতকৌমুদী গীতপ্রকাশাদৌ দ্রষ্টব্যং।
মযাতু প্রপঞ্চভিয়ান্নলিখিতং ॥

## (অথ তালস্ত প্রয়োগো যথা)—

তাল প্রয়োগানর্হা যেনোক্তাঃ (১) নৈকং শতং বুধৈঃ।
তেহপ্যত্র তদ্বিদাং প্রীত্যৈলিখ্যান্তে লক্ষ লক্ষণৈঃ॥ ৮৫৮
চঞ্চৎপুটে তগ্ন প্লুতৌ চ তগৌ চাচপুটেস্মৃতৌ।
পলগা গলপাশ্চৈব(ং)ষট্পিতাপুত্রকে মতঃ॥ ৮৫৯
গত্রয়ং স্যাৎ (সা) প্লুতাস্তস্তং (১) সম্পাকেষ্টক নামনি।
তালে গত্রয়মুদ্ঘট্টে আদৌতু লঘুরেককঃ॥ ৮৬০
রাসোহয়মুচ্যতে কৈশ্চিদ্দর্পণে দদযাদগুরুঃ।
একান্তর বিরামাত্যৈশ্চর্চ্চরী ষোড়শ দ্রুতৈঃ॥ ৮৬১
নো দো দোলঃ সিংহলীলে কন্দর্পে দৌ লঘুগুরুঃ।
গুরু ত্রয়ান্নপগল-প্লুতাঃ স্যাৎ সিংহবিক্রমঃ॥ ৮৬২
সদৌ প্লুতৌ চ শ্রীরঙ্গঃ রঙ্গলীলেতু লৌ গুরু।
রঙ্গতালে দ্রুতৌপশ্চ দ্বৌ দ্রুতৌ মঃ পরিক্রমে॥ ৮৬৩
প্রত্যঙ্গ সংজ্ঞকে তালে মগণাৎ স্যাল্লঘুদ্বয়ং।

---

তালশিংগী প্রয়োগ ( শীজিন্নবা ) হায়রি—

অথওবশিংবা হায়নবা, শীজিন্নবদা লুবা তাল মশীং ১০১ পী মশক মওওনচিংবা অদু তাল মশক থওবশিংগী মুংওাইনবপীদমক হায়রক্নে॥ ৮৫৮

চঞ্চৎপুটদা—তগণ অনস্থং প্লুত। চাচপুটদা—তগণ, গুরু। ষট্পিতাপুত্র—প্লুত লঘু গুরু গুরু লঘু অমস্থং প্লুত। সম্পকেষ্টক—প্লুত গুরু গুরু গুরু প্লুত। উদ্ঘট্টদা—গুরু গুরু গুরু। আদিত'লদা—লঘু অমা। দর্পণদা—দ্রুত দ্রুত গুরু। মসিমু কলাওথনজি 'রাস' সু কৌনৈ। চর্চ্চরী—বিরাম অমনা মরক থনবা—অহুওবা দ্রুত ১৩ মা থাই। সিংহলীল—নগণ, দ্রুত দ্রুত দ্রুত লঘু। কন্দর্প—দ্রুত অনি, লঘু অনি গুরু। সিংহবিক্রম—গুরু অহুম, ল, প, গ, ল, প॥ ৮৫৯-৬২

শ্রীরঙ্গ—সগণ, ল, প, প। রঙ্গলীল—লঘু অনি গুরু অনি। রঙ্গতাল—দ্রুত অনি, গুরু। পরিক্রম—দ্রুত অনি অমুগা মগণ। প্রত্যঙ্গ—মগণ, লঘু অনি। গজলীল—লঘু মরি লবিরাম। ত্রিভিন্ন—নগণ, প্লুত, দ্রুত। গৌরীশবিক্রম—লঘু অনি, দ্রুত অনি। হংসলীল—লঘু, লঘুবিরাম। বর্ণলীল—দ্রুত অনি, লঘু গুরু।

---

(১) নৈকং—পাঠ
(১) সম্পর্কে—পাঠ

গজলীলে বিরামান্তং জ্ঞেয়ং লঘুচতুষ্টয়ং ।। ৮৬৪
তালে ত্রিভিন্নে ন পদাঃ লৌ দৌ গৌরীশবিক্রমে ।
বিরামে লৌ হংসলীলে বর্ণলীলেতু দৌ লগৌ ।। ৮৬৫
রাজচূড়ামণৌ তালে দ্রুতৌ লশ্চ দ্রুতৌ লগৌ ।
রঙ্গদ্যোতে মো লপৌচ রাজ্ঞি গৌ দৌ গুরুর্লপৌ ।। ৮৬৬
রাজ্ঞি—রাজতালঃ ।।
ললপা (১) গোল গৌলশ্চ সিংহবিক্রীড়িতে লগৌ ।
চতুর্দ্রুতা (নি) লৌ দৌ চ গুরুঃ স্যাৎ বনমালিনী ।। ৮৬৭
বর্ণতালে গলৌ দৌপঃ মিশ্রতালে দলৌ গপৌ ।
রঙ্গপ্রদীপে তগপাঃ হংসনাদে লপৌ দদপাঃ (২) ।। ৮৬৮
লভৌগঃ সিংহনাদে স্যাল্লৌদৌ লৌমল্লিকাদিকে ।
লশ্চ দশ্চ লঘু স্যাতাং তালে শরভলীলকে ।। ৮৬৯
তাগপৌ রঙ্গাভরণে দৌলস্তুরগলীলকে ।। ৮৭০
অয়মেব হয়লীল ইতি কেচিৎ ।
গুরুদ্বয়ং লঃ প্লুতো লো গুরুর্দৌ তঃ প্লুতো লঘুঃ ।
প্লুতো গুরুর্লৌ নিঃশঙ্কাশ্চতুর্ণাং সিংহনন্দনে ।। ৮৭১
জোলগৌ বিজয়শ্রী বিজয়ানন্দে লঘুর্যগৌ ।
লৌ দ্রুতৌ প্রতিতালে চ দ্রুতৌ লশ্চ দ্বিতীয়কে ।। ৮৭২

---

**রাজচূড়ামণি**—দ্রুত অনি, লঘু, দ্রুত অনি, লঘু, গুরু । **রঙ্গদ্যোত**—মগণ, লঘু, প্লুত । **রাজতাল**—গুরু অনি, দ্রুত অনি, গুরু, লঘু, প্লুত, লঘু অনি, প্লুত, গুরু, লঘু, গুরু অনি, লঘু ।। ৮৬৩-৬৫

**সিংহবিক্রীড়িত**—লঘু গুরু । **বনমালা**—দ্রুত চার, লঘু অনি, দ্রুত অনি গুরু । **বর্ণতাল**—গুরু লঘু, দ্রুত অনি গুরু । **মিশ্রতাল**—দ্রুত লঘু, গুরু, প্লুত । **রঙ্গপ্রদীপ**—তগণ, গুরু, প্লুত । **হংসনাদ**—লঘু, প্লুত, দ্রুত দ্রুত প্লুত (মত অমদা দ্রুত প্লুত) । **সিংহনাদ**—লঘু, তগণ, গুরু । **মল্লিকা**—লঘু অনি, দ্রুত মনি । **শরভলীল**—লঘু, দ্রুত, লঘু । **রঙ্গাভরণ**—তগণ, লঘু, প্লুত । **তুরগলীল**—দ্রুত অনি, লঘু । শী শরনদি মসিব 'হয়লীল' হায়নবন্থ যাওৎ ।। ৮৬৭-৭০

**সিংহনন্দন**—গুরু অনি, লঘু প্লুত লঘু গুরু, দ্রুত অনি, তগণ প্লুত, লঘু অদ্রুতা বিঃশব্দদা প্লুত গুরু লঘু লঘু মরি অসি । **বিজয়শ্রী**—নগণ, লঘু, গুরু । **বিজয়ানন্দ** লঘু, যগণ গুরু । **প্রতিতাল**—লঘু অনি, দ্রুত অনি । **দ্বিতীয়ক**—দ্রুত অনি লঘু ।

---

(১) ললপা (২) দপৌ

মকরন্দে দ্রুতদ্বন্দ্বং কীর্ত্তৌ লপগলপ্লুতাঃ।
প্লুতান্তস্তো গো বিজয়ে ললতা জয়মঙ্গলে ॥ ৮৭৩
লঘুগুরু দ্রুতৌ তালে রাজবিদ্যাধরাভিধে।
সগণাল্লঘবোঽশব্দাশ্চত্বারো (১) মণ্ঠকে পুনঃ ॥ ৮৭৪
জয়তালেতু ভগণাৎ দ্বৌ লঘু দ্বৌ দ্রুতৌ প্লুতৌ।
সুদুর্ব্বলে দৌলঘুচ নিঃসারো লাৎ বিরামিলঃ ॥ ৮৭৫
দ্রুতাদ্বিরামিদং ক্রীড়া ত্রিভঙ্গিস্তু লঘু গুরু।
কোকিলপ্রিয়ে গুরুলপাঃ শ্রীকান্তে তগণাল্লঘুঃ ॥ ৮৭৬
চত্বারস্তু দ্রুতা গুর্ব্বোমধ্যে স্যুর্ব্বিন্দুমালিনী।
সমে লৌদৌদং বিরামি নন্দনে লৌ দ্রুতৌ প্লুতঃ ॥ ৮৭৭
উদীক্ষণে (লৌ) গুরুশ্চ মল্লিকা গদ্বয়াৎ প্লুতং।
ঢেঙ্কিকা রগণো বর্ণমণ্ঠিকা লাদলা দ্রুতৌ ॥ ৮৭৮
লৌ দৌ গুরুশ্চাভিনন্দেঽন্তরক্রীড়া বিরামিদাঃ।
লঘু তালে চতুর্ণাঃ স্যুঃ দৌ লৌ গৌ দীপকে স্মৃতৌ ॥ ৮৭৯
লঘুঃ প্লুতো ভঃ সগণো যত্র সোঽনঙ্গ ঈর্যাতে।
বিষমেঽষ্টৌ দ্রুতা মধ্যে প্রান্তে চ সবিরামকাঃ ॥ ৮৮০
লদৌদলৌ গুরুর্নান্দী তালোঽয়ং ভরতোদিতঃ।
লচতুষ্কাদ্‌গুরুঃ কুন্দে মুকুন্দে লদদা লঘুঃ ॥ ৮৮১

মকরন্দ—দ্রুত অনি। কীর্ত্তি—লঘু, প্লুত, গুরু, লঘু, প্লুত। বিজয়—গুরু, প্লুত গুরু। জয়মঙ্গল—লঘু লঘু ভগণ। রাজবিদ্যাধর—লঘু, গুরু, দ্রুত দ্রুত। মণ্ঠক—সগণ অনসুং নিঃশব্দ এইবা লঘু মরি ॥ ৮৭১-৭৪

জয়তাল—ভগণ, লঘু অনি, দ্রুত অনি, প্লুত অনি। সুদুর্ব্বল—দ্রুত অনি লঘু অরি। নিঃসার—লঘু লঘুবিরাম। ক্রীড়া—দ্রুত, দ্রুতবিরাম। ত্রিভঙ্গী—লঘু গুরু। কোকিলপ্রিয়—গুরু লঘু প্লুত। শ্রীকান্ত—তগণ, লঘু। বিন্দুমালিনী—গুরু, দ্রুত মরি। সম—লঘু অনি দ্রুত অনি, দ্রুত বিরাম। নন্দন—লঘু অনি, দ্রুত অনি, প্লুত। উদীক্ষণ—লঘু অনি, গুরু। মল্লিকা—গুরু অনি, প্লুত। ঢেঙ্কিকা—রগণ। বর্ণমণ্ঠিকা—লঘু, দ্রুত, লঘু, দ্রুত অনি ॥ ৮৭৫-৭৮

অভিনন্দ—লঘু অনি, দ্রুত অনি, গুরু। অন্তরক্রীড়া—দ্রুত অনি, দবিরাম। ঘুলতাল—লঘু মরি। দীপক—দ্রুত অনি, লঘু অনি, গুরু অনি। অনঙ্গ—লঘু,

(১) মণ্ঠকে—পাঠান্তরং

দ্রুতৈনৈকেনৈকতালী কথিতঃ পূর্ব্ব সূরিভিঃ ।
চতুর্ব্বিধস্তু কঙ্কালঃ (১) পূর্ণঃ খণ্ডঃ সমোঽসমঃ ॥ ৮৮২
ত্রিদ্রুতৈর্দলগৈঃ পূর্ণঃ খণ্ডে দ্বাভ্যাং গুরুদ্বয়ং ।
সমে লঘুগুরুদ্বন্দ্বাৎ বিষমে লাৎ গুরুদ্বয়ং ॥ ৮৮৩
চতুস্তালে দত্রয়াল্লো কেচিৎ গদচতুষ্টয়ং ।
বিরামাদি বিরামান্তং লচতুষ্কং চ খংখুড়ৌ । ৮৮৪
অভঙ্গে ল প্লুতৌ রাজঝঙ্কারে রগণাৎ দ্রুতৌ ।
একেন সবিরামেণ লঘুনা লঘুশেখরঃ ॥ ৮৮৫
প্লুতাৎ প্রতাপশিখরে বিরামান্তং দ্রুতদ্বয়ং ।
(২) ( জগঝম্পে গুরুস্তেকো বিরামান্তং দ্রুতত্রয়ং ) ॥ ৮৮৬
(৩) ( চতুর্মুখা ভিধে তালে জগণো লঃ প্লুতো ভবেৎ )
পৌ লৌ গৌ লৌশ্চতুর্ব্যোম প্লুতঃ তু যগণস্তথা ॥ ৮৮৭
দ্রুতংদ্বন্দ্বং সমুদ্দিষ্টং তালে ঝঙ্কারকে বুধৈঃ ।

প্লুত, তগণ, লগণ, । **বিষম**— অহানবদা দ্রুত নিপান, অহুম্না ময়াম্ন অমসুং মৈমদনা দ্রুতবিরাম লৈগনি। **নান্দী**—লঘু দ্রুত দ্রুত লঘু, গুরু। মসি ভরতনা হায়বনি। **কুন্দ**—লঘু মরি গুরু। **মুকুন্দ**—লঘু দ্রুত দ্রুত লঘু। **একতালী**— দ্রুত অমনা শাই—মসি মথঙ্কী পণ্ডিতশিংনা হায়বনি। **কঙ্কাল**—মখল মরি গুই মতাদ—পূর্ণ, খণ্ড, সম অমসুং অসম ॥ ৮৭৯-৮৮২

**পূর্ণ**—দ্রুত অহুম, দ্রুত লঘু গুরু। **খণ্ড**—দ্রুত অনি গুরু অনি। **সম**—গুরু গুরু লঘু। **বিষম** ( অসম )—লঘু গুরু গুরু। **চতুস্তাল**—দ্রুত অহুম লঘু ; মসি মী খরনদি গুরু মরি দ্রুত মরিনা শাই অসুম্না হায়নবা লৈ। **খংখুড়া** - লবিরাম, লঘু মরি, লবিরাম। **অভঙ্গ**— লঘু প্লুত। **রাজঝঙ্কার** - রগণ দ্রুত অনি। **লঘুশেখর**—লঘু, লঘুবিরাম। **প্রতাপশিখর**—প্লুত, দ্রুত দ্রুত, দ্রুত বিরাম। **জগঝম্প**— গুরু দ্রুত দ্রুত দ্রুত দ্রুতবিরাম ॥ ৮৮৩-৮৬

**চতুর্মুখ**—জগণ, লঘু, প্লুত। **চতুর্ব্যোম**—প্লুত অনি, লঘু অনি, গুরু অনি, লঘু অনি, প্লুত যগণ। **ঝঙ্কার**—দ্রুত অনিনা শাই, মাস অখণ্ডবাশিংনা হায়। **প্রতিমণ্ঠ**—সগণ, ভগণ, মী খরনদি মসিবু 'মগণ অমসুং লঘু' নি অসুম্না হায়। **তৃতীয়**—দ্রুত দ্রুত,

---

(১) পূর্ব্বখণ্ডঃ —পাঠ

(২) জগঝম্পে বিধে তালে জগলোলপ্লতোভবেৎ—মসিনা থুৎইগীনি, মথঙ্কী অসিনা সংগীত সার সংগ্রহ ছাপাদগীনি। ঐথোয়না ফংবা সার সংগ্রহ থুৎইদা য়াওবনা "বিরামাদি বিরামান্ত ভিধে তালে জগলোল প্লতো ভবেৎ" অসিনি। মরম অসিদগী য়েৎনবা খরা য়াওবদগী ছাপাগী মওঙ লৌবনি।

(৩) মসিসু স্বামী প্রজ্ঞানন্দগী সং সাঃ সংগ্রহ ছাপাদগীনি।

প্রতিমণ্ঠে সভগণৌ (১) কৈশ্চিন্মাল্ল ইতীর্য্যতে ॥ ৮৮৮
স্যাৎ তৃতীয়াভিধে তালে বিরামান্তং দ্রুতদ্বয়ং।
বসন্তে নগণাদ্যঃ স্যাল্লালিতে দদ্বয়াল্লগৌ ॥ ৮৮৯
শিবতালে লাদ্গুরুশ্চ করশাখা চতুর্দ্রুতাঃ।
ষট্তালাখ্যো বিন্দুষটকং বর্দ্ধনে দদ্বয়াল্লপৌ ॥ ৮৯০
দৌ দৌ চতুর্বর্গৌবর্ণযুতৌ রাজনারায়ণে দ্রুতৌ জগৌ।
দ্রুতদ্বন্দ্বং লঘুশ্চৈকো মদনে পরিকীর্ত্তিতঃ ॥ ৮৯১
পার্ব্বতীলোচনে দৌ দ্বৌলদদা ভজজা ক্রমাৎ।
(১) সারঙ্গতালং কথিতো বিরামান্তং চতুর্দ্রুতং ॥ ৮৯২
শ্রীনন্দীবর্দ্ধনে ভাৎপং লীলাতালে দলপ্লুতাঃ।
বিলোকিতে লগৌ দৌপঃ (৩) সাল্লগৌ ললিতপ্রিয়ে ॥ ৮৯৩
জনকাভিধতালে স্যাৎসসাশ্চ প্লুতো গুরুঃ।
দ্রুতদ্বয়ং বিরামান্তং লক্ষ্মীশে লৌ প্লুতস্ততঃ ॥ ৮৯৪
বিন্দুদ্বয়ং বিরামান্তং দপ্লুতৌ রাগবর্দ্ধনে।
উৎসবঃ কথিতঃ প্রাজ্ঞৈর্ল্লঘোঃ পূর্ব্বং প্লুতো যদি ॥ ৮৯৫
এবমেকাধিকশতমুক্তাস্তালা মনীষিভিঃ।
দামোদরাদাবেতেষাং কেষুচিদ্দৃশ্যতেঽন্যথা

দ্রুতবিরাম। বসন্ত—নগণ, মগণ। ললিত—দ্রুত অনি লঘু, গুরু। শিবতাল—লঘু গুরু। করশাখা—দ্রুত মরি। ষট্তাল—দ্রুত তরুকনা শাই। বর্দ্ধন—দ্রুত অনি, লঘু, প্লুত। বর্ণযতি—লঘু অনি, দ্রুত অনি। রাজনারায়ণ—দ্রুত অনি, জগণ অনি। মদন—দ্রুত অনি, লঘু অমা ॥ ৮৮৯-৯১

পার্ব্বতীলোচন—দ্রুত অনি, লঘু দ্রুত লঘুদ্রুত, ভগণ জগণ জগণ। সারঙ্গ—দ্রুত মরি, দ্রুতবিরাম অমা। শ্রীনন্দীবর্দ্ধন—ভগণ প্লুত। লীলাতাল—দ্রুত লঘু প্লুত। বিলোকিত—লঘু গুরু অনি দ্রুত অনি প্লুত। ললিতপ্রিয়—সগণ লঘু গুরু। জনক—নগণ, সগণ সগণ, প্লুত গুরু। লক্ষ্মীশ—দ্রুত অনি, দ্রুতবিরাম, লঘু অনি, প্লুত। রাগবর্দ্ধন—দ্রুত অনি, দ্রুতবিরাম, দ্রুত, প্লুত। উৎসব—প্লুত, লঘু। (সংদাঃনদি লঘু, প্লুত) ॥ ৮৯২-৯৫

মওঙ অসুম্না পতিতশিংনা তাল ১০১ নি হায়রম্মী। দামোদরনচিংবদদি তাল

---

(১) কৈশ্চিন্মাল—পাঠ

(২) লাইন অসি অকোনবা থুৎইদা য়াওদে, মথকীদা লৈ (৩) সান্দগৌ—পাঠ

ঋষীণাং (১) মত বাহুল্যাৎ বিকল্পাস্তেষু কাংক্ষতি ইতি ॥ ৮১৬

অথোদাহরণমাহ—

চঞ্চৎপুটঃ—

ভগৌ চঞ্চৎপুটঃ প্রোক্তঃ ॥

যথা—

নন্দতনুজ কঞ্জনয়ন মামব করুণানিধে।

অয়মষ্টকলঃ ॥

ভগৌ চাচপুটে স্মৃতৌ।

যথা—

গোকুলরমণীসমূহ ভাবয়ে ॥

অয়ং ষট্‌কলঃ ॥

পলগা গলপাশ্চৈব ষট্‌পিতা পুত্রকে মতাঃ ॥ ৮১৭

যথা—

কৃষ্ণচৈতন্য ( চন্দ্র ) প্রভো দেববৃন্দৈকবন্দ্য প্রাণনাথ ভো পাহিমাং

অয়ং দ্বাদশকলঃ ॥

অপরেষাং বাহুল্যভয়ান্নোক্তং ॥

থরগী মশক মমিং মায়দবা য়াওবা উই। ঋষিশিংগী মত য়ায়া লৈবদগী মসিগী মায়দবা নত্রগা থেয়বা অসিবু লৌখৎনিংঙাই ওই ॥ ৮১৬

খুদম— চঞ্চৎপুটদা ভগন অমসুং প্লুতগনি।

অসুমা হায় মতুদি—নন্দগী মচাইবুংঙো, থোঙানগী সমুদ্র ওইবা, মিৎমাথম্বাল মানবও হে—ননাইবু কনবীয়ু। মসি 'অষ্টকল'নি।

চাচপুটগীদি—ভগণ গুরুনি। মতুদি,

খুদম—গোকুলগী নিংথিবী গোপীশিংবু ঐনা নিংশিংবৈ। মসিনা 'ষট্‌-কল'নি।

ষট্‌পিতাপুত্রদনা—প্লুত, লঘু, গুরু, গুরু লঘু প্লুতনি ॥ ৮১৭

খুদম—থাগুমা হুংঙাইবা পীনবৈবা, লাই খিবীকী খুমখম ওইবা, থবাগীসু মবুংঙো ওইবও হে শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য প্রভু ননাইবু কনবীয়ু। মসিনা 'দ্বাদশকল'নি।

অতৈ অতোপ্পা খুদমশিংদি চাউমনখিগনি খন্দুনা পীত্রে।

(১) মতবাহুল্যাধিকল্পেষু—পুথইগী মতম

## অথ ক্ষুদ্রগীতমাহ

তালধাতু যুতং বাক্যমাত্রং ক্ষুদ্রমিতীর্য্যতে।
ব্যহুল্যোনেয্যতেহত্র ধ্রুবমণ্ঠাদি লক্ষণং ।। ৮৯৮
ন খণ্ডাক্ষর মাত্রাদিবন্ধোঽপি পরিগণ্যতে।

কিঞ্চ—

আদি নিঃসার মণ্ঠৈশ্চ বর্জিতং ক্ষুদ্রগীতকং ।। ৮৯৯
ইতি সঙ্গীতসারে গীতপ্রকাশেঽপি দৃশ্যতে।
তত্রমূলং ন পশ্যামঃ ।।
সর্ব্বো যে'জ্ঞোঽপ্যনুপ্রাসস্তেষ্বন্ত্যস্যৈব নিশ্চয়ঃ।
অন্ত্যস্যান্ত্যানুপ্রাসস্য।

তদুক্তং—

পজ্‌ঝটিকায়াং বিরুদাবল্যাং (চ) ক্ষুদ্রগীতাদৌ।
অন্ত্যানুপ্রাসোঽয়ং নিবেশনীয়ো বিশেষজ্ঞৈরিতি ।। ৯০০

স চ যথা দর্পণে—

ব্যঞ্জনং চেৎ যথাবস্থং পূর্ব্বস্বর সমন্বিতং।
আবর্ত্ততেঽন্ত্যযোজ্যত্বাদন্ত্যানুপ্রাস উচ্যতে ।। ৯০১

### হুজীক ক্ষুদ্রগীতকী মখক তাকলি

তাল অমসুং ধাতুনা তিনবা, চুম্নগী শৈরেংতমক ওইবা মখক অদুবু 'ক্ষুদ্রগীত' হায়না কৌই। মসিদা ধ্রুব-মণ্ঠগী লক্ষণনা নয়া লৈগনি। খণ্ডমরেক অমদি মাত্রানচিংবনা নিয়ম খখগী অরেপ্পা লৈতে। অমদি—আদি, নিঃসার মণ্ঠ—মখোয় অসি য়াওদববু 'ক্ষুদ্রগীত' কৌই হায়না সঙ্গীত-সারনা হায়রি। গীত প্রকাশতসু অসুম্না লৈবা উই। মসিদা মরু ওইবা প্রমাণদি উবা লৈতে। মসিদা অনুপ্রাস পূম্নমকসু লৈহনবা য়াই অতুমদি ওইরগা মথেগী মরেক মান্নহনবদি অরেপ্পনি (অন্ত্যানুপ্রাস) ॥ ৮৯৮-৯৯

পজ্ঝটিকাদা অমসুং বিরুদাবলীদদি অসুম্না হায় মতুদি—হেয়া খঙবশিংনদি 'অন্ত্যানুপ্রাস' (১) (মথেগী মরেক মান্নবা) অসিবুদি থমগদবনি ॥ ৯০০

সঙ্গীত-দর্পণদা অন্ত্যানুপ্রাসকী মওঙ তাকলি মতুদি—মথকী স্বর লোয়ননা চরণ (পদ) গী মথেদা লাকপা ব্যঞ্জনন। মখংগী পদদসু অতুম্মক লাক্লবদি মদুবু অমোইবদা লৈ হায়তুনা 'অন্ত্যানুপ্রাস' হায়না কৌবনি। প্রবন্ধনচিংবা তন্দগীতশিংদদি মসি থোওইনা

---

(১) অনুপ্রাস—শৈরেংদা ব্যঞ্জনবর্ণ অমত্রু হম্না হম্না হাপ্পনা শেব্বা অলঙ্কার মথল অমনি। স্বরবর্ণদা থেম্নবসু ব্যঞ্জন বর্ণতত্রু মান্নরবদি মদুবু 'অনুপ্রাস' কৌই ॥

প্রবন্ধাদৌ শুদ্ধগীতে বাহুল্যেনাস্য সংস্থিতিঃ ॥ ১০২

অস্যাস্ত্যানুপ্রাসস্য ॥

এতেন শুদ্ধ-সালগয়োরেবাক্ষরমাত্রাদি নির্ণয় ইত্যুক্তং ভবতি ।

**ক্ষুদ্রগীতস্য ভেদানাহ—**

তচ্চতুর্ব্বিধমেব স্যাত্তত্র চিত্রপদাগ্রিমা (১) ।

চিত্রকলা ধ্রুবপদা পাঞ্চালীতি প্রভেদতঃ ॥ ১০৩

**অথ চিত্রপদামাহ—**

কেবলং পদমাত্রেণ বৈচিত্র্যং যত্রদৃশ্যতে ।

ন ধাত্বাদৌ বিচিত্রত্বং জ্ঞেয়া চিত্রপদেতি সা ॥ ১০৪

পদবৈচিত্র্যন্তু অকঠোরানুপ্রাস প্রসাদাদি গুণযুক্তত্বমিতি ।

উদাহরণং শ্রীজগন্নাথবল্লভনাটকে—

(২) গুণ্ডকিরী রাগেণ—

কলয়তি নয়নং দিশি দিশি বলিতং ।

পঙ্কজমিব মৃদুমারুত চলিতং ॥

কেলিবিপিনং প্রবিশতি রাধা ।

হাপ্নে । মসিদগী খঙনবা ঙম্মী মতুদি—শুদ্ধ সালগ·তনু ময়েক অমসুং মাত্রানচিংবগী মরমদা নিয়ম লৈ ॥ ১০১-২

ক্ষুদ্রগীতশিংগী মখল হায়রি—

মসিগী মখল মরি শুই মতুদি—চিত্রপদা, চিত্রকলা, ধ্রুবপদা অমসুং পঞ্চালী ॥ ১০৩

**চিত্রপদা**—ধাতুনচিংবদদি অঙকপা ফজবা লৈতবা, পদগী শব্দক্তদা ফজহনববু 'চিত্রপদা' হায়না কৌই । পদ ফজহনবা হায়বদি অরুবা ময়েকী অনুপ্রাস য়াওদবা, হেক পাবদা অর্থদি লায়না খঙবা, লোন্দা ফজবা অদুগুম্বা মশক অদুবু হায়বনি ॥ ১০৪

থুদমদি—শ্রীজগন্নাথবল্লভ নাটক-তা য়াওবা ।

গুণ্ডকিরী রাগদা—

মিৎয়েং তথক তথকপী মায়কৈ শীন্না য়েংজবা

নামিবনা হুন্নবী থম্বালগুম্না নিঙথিবী

চঙশিল্লক্লি শ্রীরাধা উমংনুংদা শৃক্লবা ।

থোৎনা নৌবা খোঙথক্তা কামগী চৈনা ফাওবনা

(১) চিত্রপদাভিদা—পাঠ

(২) পুণ্ডকিরী—মূলদা

প্রতিপদ সমুদিত মনসিজবাধা ।। ধ্রু
বিনিদধতি মৃদু মন্থরপাদং ।
রচয়তি কুঞ্জরগতিমনুবাদং ।।
জনয়তু রুদ্রগজাধিপ মুদিতং ।
রামানন্দরায় কবি ভনিতং (১) ।। আভোগঃ

ধ্রুবে সমমাত্রিকত্বাম্মণ্ঠ-লক্ষণা যোগেন নেদং সালগ গতিঃ ।
তত্রহি ধ্রুবেতু দ্বিগুণা সার্দ্ধৈকগুণা বা স ইতি লক্ষণাৎ ।।

(২) অথ চিত্রকলামাহ—

উদ্গ্রাহাভোগয়োর্মাত্রা সমা ন্যূনা ধ্রুবে যদি ।
ত্র্যাদ্যাষ্টাবধি পদাঢ্যা জ্ঞেয়া চিত্রকলা হি সা ।। ১০৫
ত্রিপদা চতুষ্পদা যাবদষ্টপদাঃ চিত্রকলায়া ভেদাঃ ।

যথা গীতগোবিন্দে গুর্জরী রাগেণ—

হরিরভিসরতি বহতি মৃদুপবনে ।
কিমপরমধিকসুখং সখিভবনে ।।
মাধবে মা কুরু মানিনি মানময়ে ।। ধ্রু

থাগদবা কিভয়ে মোম্না তপ্না থাংলক্লে ॥ ধ্রু ॥
থোক্থোং থুদিঙ্ নিঙথিরি শামু শাজং মতৌনি
পেলহনবীরি য়াইশাবু রুদ্র কৌবা শামুবু
শৈহেকচরি কবিনা রামানন্দ কৌবনা ॥ আভোগ

ধ্রুবনা মায়বা মাত্রাগী ওইরবদি মড 'সালগ-গীত' নত্রে, মরমদি মড়দা মণ্ঠগী লক্ষণ য়াওত্রে । মণ্ঠ-লক্ষণদদি—ধ্রুবদা মশীং শরুক অনি নত্রগা অমগা তংখায়দি লৈগদবনি ।

চিত্রকলা-গী লক্ষণদি—উদ্গ্রাহ, আভোগগী মাত্রানা মায়বগা ধ্রুবদনা হন্থরবদি অড্রগা পদ মশীংনা ৩ দগীনা ৮ ফাওবা ওইরবাদ মদুবু 'চিত্রকলা' হায়না কৌই ॥ ১০৫

চিত্রকলাগী মখল য়াম্মী মড়দি—ত্রিপদা, চতুষ্পদা, অষ্টপদা অসিনচিংবা হায়বদি পদ অহুম্না শাববু ত্রিপদা, মরিনা শাববু চতুষ্পদা হায়বনচিংবনি—শারিবা পদ মশীং অদুগী মতুং ইন্না মমিং থোনবনি ।

থুদম—গীত গোবিন্দদা য়াওবা গুর্জরী রাগনা শকপা—

শ্রীহরিদি লেঙলক্লে শীৎলি মুংশিং নামিনা ( উদ্গ্রাহ )
করি হেন্না মুংঙাইরি ইতা ইমুং কাচিন্দা ,,

(১) গদিতং
(২) চিত্রফলা, চিত্রপদা—পাঠান্তরং

ইত্যাত্মন্তরং—শ্রীজয়দেব কবেরিদমুদিতং ॥
সুখয়তু সুজনজনং হরিচরিতং ॥ আভোগঃ ॥

অথ ধ্রুবপদামাহ—

ধ্রুবং গীত্বা ভিন্নধাতুর্যত্রাভোগস্তু গীয়তে।
উক্তয়োর্লক্ষণযুতা সৈকা ধ্রুবপদা মতা ॥
ভিন্নধাতুভিরুদ্গ্রাহধ্রুবাভোগৈঃ পরাদ্বিধা ॥ ১০৬

ধ্রুবপদা দ্বিধেতি সম্বন্ধঃ। উক্তয়োশ্চিত্রপদা চিত্রকলয়োঃ। তত্রৈকা-ধ্রুবেণাভোগেন চ পদদ্বয়বতী।

(১) ধ্রুবগানান্তরমেকাভোগ গানমিতি তাৎপর্য্যং। ভিন্নধাতুরত্রতাল বিশেষ ইতি গীত প্রকাশে। একস্মিন্ ভাগে ভঙ্গ্যা অন্যথা গানমিতি কেচিৎ।

অথ প্রথমায়া উদাহরণং—

মারবীরাগেণ রূপক তালেন—
সুজন বদ মধুরিপু নাম।
দুষ্কৃতমপহায় যাহি দুর্লভ হরিনাম ॥ ধ্রু ॥

---

ওইনয়ন্ হৌগৎলু শাউক্তগন্ মাধবপু ॥ ধ্রু ॥

অসিগী তুংদা আভোগ লাক্কনি মন্থদি—
(শ্রী) জয়দেব কবিনা হরিগী গুণ শকচবা
সাধুশিংনা পেনসন্ ॥ আভোগ।

মথংদা ধ্রুব-পদগী লক্ষণ হায়রি—

ধ্রুব শরুবা তুংদা অতোপ্পা ধাতু অমনা আভোগ শরুবদি অহুগা মথক্তা হায়প্রবা চিত্রপদা চিত্রকলা লক্ষণ অনিমক অদুম্ মাওয়বদি মদুম্ ধ্রুবপদগী মথল অমা ওই। অহুগা উদ্‌গ্রাহ, ধ্রুব অমদি আভোগনা তিনবা অহুগা তোঙানবা ধাতুনা শৈশরুবা, মহুনা অমুক অতোপ্পা মথল অমনি ॥ ১০৬

ধ্রুবপদা মথল অনিনি। ধ্রুব অমসুং আভোগ—অসুম্না অনি গুম্বদি 'পদদ্বয়বতী' হায়বসি ওই। মসিদা ধ্রুব হায়া শরুগা আভোগ অমা কোয়া শকদবনি। 'অতোপ্পা ধাতু' হায়বদি তাল মথল অমগী বাফমনি হায়না গীতপ্রকাশকায়না হায়। অহুগা কনাগুম্বনদি অতোপ্পা শরুক অমদা শেয়েংগী তোঙানবা শৈশক অমা লৈগনি হায়।

অহানবগী খুদমদি—মারবী রাগ, রূপক তালদা শকনি—
হে সাধু, মধু হিংচাবগী য়েক্লবা শ্রীহরিবু শোক্লৌ।
পাপ মাঙহন্‌, কংডরুবা হরিগী ধাম কংলৌ ॥ ধ্রু ॥

(১) ধ্রুবগান্তরমেবাভোগগান—পাঠ

পুত্রমিত্র বান্ধবগণমিহ ন কলয় সত্যং।
পুরুষোত্তমমিশ্রগদিতমনু-ভাবয় নিত্যং ।। আভোগঃ ।।
ইয়মেব পাশ্চাত্যভাষায়াং ছুটিকিলেতি বদন্তি। পরা অন্যে ধ্রুবপদেত্যাহুঃ। *
পদচতুষ্টয়োদাহরণং যথা— গীতাবল্যাং
ধানসী রাগেণ, নন্দন তালেন—
ন কুরু কদর্থনমত্র শরণ্যাং।

ইচা ইশূ মরুপ মপাং অচুম্বনি খল্লনু।
পুরুষোত্তম মিশ্রনা হায় খল্ল, হে মীওইবা॥ আভোগ ।।
মসিবু নোংচুপলমগী লোন্দা 'ছুটিকিলা' হায়না খঙনৈ।
অনিশুবা ধ্রুবপদ মখল অনিনি।
পদচতুষ্টয় (পদ মরিনা শাব) গী খুদম—গীতাবলীদা য়াওবা
ধানসী রাগ নন্দনতাল—
খকচানবা হে কৃষ্ণ! ঐবু সতী ওইবীনি হায়বা খঙনা খঙনা, হুজীক কনবীনবা

---

* মসিগা থংনবদা থূৎই অঙম্মক্তা মথাগী শরুকশিং অসি য়াওরমদে। মরী লৈনবদি ওইবনা মহু মফম অসিদা তোপ্পা লৌথৎলি মহুদ (সংগীত সার সংগ্রহদগী)—
ইয়মুদ্গ্রাহ ধ্রুবাভোগরূপেণ পদত্রয়বতী।
অত্রোদাহরণং—গুর্জরী রাগেণাদিতালেন—
অর্থ—মসি উদ্গ্রাহ, ধ্রুব অমসুং আভোগ—পদ অহুম অসিনা শাই। খুদমদি—গুর্জরী রাগ আদি-তাল—
কেশব কমলদলেক্ষণ কামদকান্ত মুরান্তক কলিত সুবেশ।
নন্দতনুজ জনরঞ্জন ভবভয়-ভঞ্জন কঞ্জচরণ কমলেশ ।।
ইতি উদ্গ্রাহঃ ।।
জয় জয় গোপবধূবদনাম্বুজ মত্তমধুপ মকরধ্বজ ভূপ।
পীতাম্বর বয়নাগর রসময় মণ্ডল ভুজ দলিতাঞ্জন রূপ ।। ধ্রুবঃ ।।
পরমানন্দ কন্দ মথুরাধর-মুরলীবাদ্য ধুরন্ধর-ধীর।
নরহরিমব মধুসূদন মাধব গোবর্দ্ধনধর গোকুলবীর ।। আভোগঃ
মিৎশ্রা-লৈকা-মানবা হে কৃষ্ণ। নিঙজনবু পীনহৈবও হে নিঙথিবা। হে ফজবা—
লাইগী নিংথৌ ইন্দ্রমক্তা ননাই ওইবা হে ভগবন। নন্দগী মচা ওইবা, মী পুম্নমকপু পেলহনবীবা, সংসারগী অকিবাকোকহনবীবা, নখোঙ থম্বাল মানবও হে লক্ষ্মীগী মবুংঙো—মসিনা উদ্গ্রাহনি।
গোপী-মায়থোং-লৈহৌ-চৃম্পা থোইমুও হে কামদেবগী মবুংঙো। সনা ফীগে থোনবা, নাগর অথোইবা, রসকী মশক ওইবা, পাম্বোম মতা ফজবা, নিঙথিবা কাজলগুম চাক্না ঈংবও হে কুচু শংমুনবা। ধ্রু।
অথোইবা নুংঙাইবগী মশক ওইবও হে—। মপা লৈতনা ফজবা চীনবান্না মঙগী ওইবা, মুরলী খোংবদা খ্বায়দগী থোইদোকপা মথু হিংচাবশু হাৎথিবা, লক্ষ্মীগী মবুংঙো, গোবর্দ্ধন থাংগৎপা—গোকুলগী অকনবও হে—ননাই নবহরিমু ঙাকপীয়ু। আভোগ।
(য়েংগদবা—'ইয়মুদ্গ্রাহ' হায়বা শ্লোক অসি মতুংদা 'হরিনামস্তুতি'গী মথংদদি মূল ওইনা অহুমক লৌথৎলম্মী। মহু মমৈদা থেংনবিরকনি)।

মামবলোক্য সতীমশরণ্যাং ॥
চঞ্চল মুক্ত পটাঞ্চলভাগং ।
করবাণ্যধুনা ভাস্করবাগং ॥ ধ্রুবঃ ॥
ন রচয় গোকুলবীর বিলম্বং ।
বিদধে বিধুমুখ বিনতি কদম্বং ॥
রহসি বিভেমি বিলোল দৃগন্তং ।
বীক্ষ্য সনাতনদেব ভবন্তং ॥ আভোগঃ
আসামন্যোন্য সাঙ্কর্যাদ্ভেদা বাহুতরা মতাঃ ।
গ্রন্থবাহুল্যভীতেন ময়াত্রেনেহ বর্ণিতাঃ ।
তত্র চেদাগ্রহো গীতগোবিন্দে বহুবীক্ষ্যতাং ॥ ১০৭

তথাচ—

শ্রীজগন্নাথ বল্লভনাটক, গীতাবল্যাদৌ (১) বিশেষোঽপি দ্রষ্টব্যং

অথ পাকা(ঞ্চা)লীমাহ—

অতি বিস্তীর্ণ (২) পদতাপঙ্ক প্রোক্তা মনীষিভিঃ ।

হরিনায়কেনাস্য নির্ব্বচনং (নিরুক্তি) কৃতং—

(৩) পাঞ্চালৈর্বহুভিঃ পাদৈঃ দ্বিবিধা স ধ্রুবাধ্রুবা ॥ ১০৮

কনাসু লৈভবা উহুনা কীখি পায়বা থাদোকউ, ঐদি হখাক নুমিৎপু পূজা কৎকে লাকচবনি ॥ ধ্রু ॥

হে গোকুলগী অকনবা, মায়থোং থা মাম্না ফজবা, নহুনা ঐগী ইথোদা অপনবা পীবিগনু । হম্না হম্না নিজরি, ঐবু থাদোকপিয়ু । অচিকপা মফম আসদা থকচানরবা নঙগী মিৎয়েং অহু উবদা ঐ কিজবনা লোইয়ে ॥ আভোগ ॥

মথোয় অসি অমগা অমগা য়ানশিন্নহুনা মথল অতৈসু য়াম্না থোকহনবা য়াই । মহু পুয়মক লাইরিক চাউনবগি হন্দুনা ঐনদি বর্ণন তৌদ্রে । মহুগী থোইদোকপা থওবিনিঙলবদি গীতগোবিন্দদা মথাং কায়না উবীগনি । অহুত্তমা শ্রীজগন্নাথ বল্লভ নাটক অমসুং গীতাবলীদসু তোপ তোপ্পা মওঙ উগনি ॥ ১০৭

হখাক পাঞ্চালীগী মওঙ তাকনি—

পঙ্ক হায়বসিগী অর্থ মকম অসিদদি শন্দোকপা হায়বনি । ময়ম অহুনা পদদা য়াম্না শন্দোক-চাউথোকপনা মসিগী লক্ষণনি হায়না পণ্ডিতশিংনা হায় । হরিনায়কনা মাসগী মশক তাক্লী—মসি অচৌ অচৌবা পদশিংনা শেম্মনি । ধ্রুব য়াওবা, ধ্রুব য়াওদবা হায়না মসিগী মথল অনি ওই ॥ ১০৮

(১) বিশেষমপি (২) বদতাপক (৩) পঞ্চালৈর্বহুভিঃ—পাঠান্তরং

ধ্রুব সহিতা ধ্রুব রহিতা চ।

**উদাহরণং সুলভং—**

অস্যাএব গৌড়ে পাঞ্চালীতি (১) প্রসিদ্ধঃ।
এবং ভাষান্তরে জ্ঞেয়ং গীতং গীতবিশারদৈঃ॥ ১০৯

**তদ্যুক্তং—**

দিব্যঞ্চ মানুষঞ্চৈব গীতং স্যাদ্দিব্যমানুষং।
দিব্যং সংস্কৃত-সম্পন্নং মানুষং প্রাকৃতোত্থিতং॥ ১১০
সংস্কৃত-প্রাকৃতোত্থঞ্চ দিব্যমানুষমুচ্যতে।
কেচিদ্দেশবিশেষোত্থ ভাষয়া মানুষং বিদুঃ॥ ১১১
অঙ্গ-বঙ্গ-কলিঙ্গাদ্যা (ঃ ?) দেশভাষাদি হেতবঃ ( বঃ )
যেষু যেষু চ দেশেষু যা ভাষাশ্চৈক বল্লভাঃ।
(২) তাস্তু তজ্জনালাপাদাহৃত্য প্রতিযোজয়েৎ॥ ১১২

কোহলীয়েতু কশ্চন বিশেষ উক্তঃ। স যথা—

সমমর্দ্ধসমঞ্চেতি বিষমং গীতকং ত্রিধা।
পাদৈঃ সমানমাত্রৈস্তু চতুর্ভিঃ সমুচ্যতে॥ ১১৩
তৃতীয় প্রথমৌ পাদৌ (৩) সমৌতু দ্বিচতুর্থকৌ।

---

থূদমদি মায়া লৈখ্রে—( মরম অতুনা অমুক তাক্নে ) মসিগী মমিং অমনা 'গৌড়-পঞ্চালী' হায়না কৌই। ঈশৈ হৈবশিংনসু অতোপ্পা লোন অমদবু ওইরবসু মসিগী থেরবা মথক অসিবুদি মূল্লা থঙবিগদবনি॥ ১০৯

অসুম্না হায়রি মদুদি—ঈশৈ মথম অহুমনি—'দিব্য, মানুষ, অমসুং দিব্যমানুষ'। সংস্কৃত লোন্দা ইববু 'দিব্য', প্রাকৃতনা লেংববু মানুষ', লোন অনি অসি তিল্লহনা শেম্বা ঈশৈবুনা 'দিব্যমানুষ' হায়না কৌই। অতুগা মী থরনদি, অকক্লবা লৈবাক থরগী লোন্দা ইবা ঈশৈবু 'দিব্যমানুষ' নি হায়॥ ১১০-১১

অঙ্গ, বঙ্গ, কলিঙ্গনচিংবা লৈবাক লৈবাক্কী লৈনরিবা মাগী মাগী মরোল্লা হেন্না পাম্ন-ফম থোকপনা মথোয় মথোয়গী চংনবী মরোল অতুনা শেমহনা মসি শীজিন্নগদবনি॥১১২

কোহলনদি তোপতোপ্পা অতৈ থরগী বাসু হায়রি,মতুদি—

ঈশৈ মথম অহুমনি—'সম. অর্দ্ধসম অমসুং বিষম'। মশীং চপ মান্নবা মাত্রানা থাবা অহুগুবা পদ মরিনা তিল্লবদি মদুবু 'সম' কৌই। অতুগা অহানবগা অহুম শুবগা অনিশুবগা মরি শুবগা মান্নবদি মদুবুনা 'অর্দ্ধসম' হায়না কৌই। অতুগা পাদ মরিমক

---

(১) প্রসিদ্ধিঃ
(২) তাসু (৩) প্রথমপাদৌ

জায়তে যস্য গীতস্য তদর্দ্ধ সম-মীরিতং ॥ ৯১৪

চত্বারোঽপি পৃথক্ পাদাযস্ত মাত্রাস্থ সংখ্যয়া।

তদ্গীতং বিষমং প্রাহুর্মুনয়ো ভরতাদয়ঃ ॥ ৯১৫

ইদং সঙ্কর গীত বিষয়মিব প্রতিভাতি। অপরেঽপি বিশেষা (ঃ ?) হরিনায়কাদিভির্লিখিতাঃ সন্তি। ময়া তু তেঽনাতিপ্রয়োজনত্বাদুপেক্ষিতাঃ ॥

**অথ গীত গুণাঃ—**

গীতস্যাথ গুণা গ্রহো লয়-যতীমানস্য বৈচিত্র্যকং।

স্যাদ্ধাতোঃ (১) পুনরুক্ত তালবলবত্বংতেতি নৈকার্থতা।

গীতৌ (২) রাগস্বরম্যভাথ গমকশ্চার্থস্য নৈর্ম্মল্যকং।

(৩) তত্বানাং স্বরপাঠ (ট)য়োশ্চ বিবিধাকারেণ সংযোজনং ॥ ৯১৬

**কিঞ্চ—**

এবুসর্ব্বেষ্বপি গুণেষ্বাবশ্যকসমং (৪) স্থিরং।

গুণালঙ্কার রসবদ্বাক্যস্য গ্রহণং যতঃ ॥ ৯১৭

**অথ গ্রহমাহ—**

তালো গীতগতে (ঃ) সংমাকারৌ তস্য গ্রহাশ্রয়ঃ (৫)।

---

মাত্রা মশীং অমত্তসু মায়ত্রবদি মদুনা 'বিষম' হায়না কৌই। অস্থুমা ভরতনচিংবা থায়নগী মুনিশিংনা হায়রম্মী ॥ ৯১৩-১৫

অদুবু বাকম অসিদি সঙ্কর ওইবা ঈশৈগী বানি চায়না খল্লি। হরিনায়কনচিংবনা অহেনবা অতৈগী থাবমস্থ হাযবা লৈ, অদুবু মদুগী পোইনা কায়না লৈতবনা ঐনা লৌথংদ্রে ॥

হজীক ঈশৈগী গুণ খঙনবা হায়রি—

গ্রহ, লয়, যতি, মান—মখোয় অসিগী মথল মথল অনক হায়বা থাতুশিং, অকক্নবা নিয়ম নাইবা, হমা হমা যাওবা, অখোংপা অনৌবনা তিনবা পদশং ; অর্থ য়াম্না থোকপা, নিঙথিবা রাগনা মাগী ওইবা, গমকনা লৈতেংনব, লায়না অর্থ থঙবা, তেন, স্বর অদুগা পাটাক্ষর ( পুংলোন ) মথল মথল য়াওবা—মখোয় অসিবু ঈশৈগী গুণ কৌই ॥ ৯১৬

অসিওবা গুণশিং অসিগী মনুংদা গুণালঙ্কার অমদি রস চেনবা বাকৈ য়াভানা থোইদোকপনি ॥ ৯১৭

হজীক গ্রহগী মরম হায়রি –

তালগ্রহ—তালনা ঈশৈগী থোঙচংপু মান্ননা থমবা থুংলাইনি। অসিওবা তাল

---

(১) পুনরুক্ততা মবনবত্বংকেতি (২) গাতৌ (৩) তেয়ানাং (৪) ক্রমং
(৫) গ্রহাশ্রয়ঃ

অনাগত সমাতীত সঙ্গা (ংজ্ঞা ?) সর্ব্বত্র তে মতাঃ ॥ ২১৮

**অনাগতমাহ—**

গীতাবস্তাদ্‌যদা পূর্ব্বং সমুচ্চার্য্যাক্ষরদ্বয়ং ।

তালস্য ন্যসনাদুক্তস্তদৈবানাগত গ্রহঃ ॥ ২১৯

অত্র গীতাদৌ যদক্ষরমধিকং গৃহ্যতে তদনাগতং তালাভ্যন্তরে ন প্রবিষ্টং । যথা

জয় জয় কমলাকুচ-চন্দন-মণ্ডন-বক্ষস্থল

দুর্জ্জনখণ্ডন (১) ষণ্ডাসন দণ্ডন পণ্ডিত

পুণ্ডরীকলোচনাম্বুজা ।

অত্র নিঃসারুতালে 'জয় জয়েত্যক্ষর চতুষ্টয়ং (২) তালবাহ্যমেব । কমলে-ত্যারভ্য তালঃ পততি ।

**সমমাহ—**

গীতোচ্চারণ মাত্রেণ যদা তালস্য সংগতি (ঃ) ।

তদা সমগ্রহঃ প্রোক্তঃ সমকাল সমুদ্ভবাৎ ॥ ২২০

যথোদাহৃতাদি (৩) মঠ্যাদৌ ।

**অথাতীতমাহ—**

কলা যাতু পতিষ্যন্তী পশ্চাৎ সা প্রথমে যদি ।

অসিগী গ্রহ অহমনি মতৌদি—'অনাগত', 'সম' অমসুং 'অতীত' ॥ ২১৮

**অনাগত**—ঈশৈগী মমাঙদা ময়েক অনিগী তাল হান্না থাব্রবদি মত 'অনাগত গ্রহ' নি । ঈশৈগী মমাঙদা হান্না পুখৎলক্নপা, তালগী মতুং চনবদি নত্তবা অহেনবা ময়েকশিং অদুবুনা 'অনাগত' কৌই ॥ ২১৯

খুদম—'লক্ষ্মীগী খবাক্তা হৈবা চন্দন-শকপনা-নিঙথিরবা থবাক্তা নঙগী ওইবা, কন্তববু লাকশিনবা, শা-বণগুম্না মথোউ চাদ্রবা মীওইবু দণ্ড পীবদা হৈশিংবা—মিৎনা থম্বাল মানবও হে—'

মথক্কী সংস্কৃত অসিদা য়াওরিবা 'জয় জয়' হায়বা ময়েক মরি অসি নিঃসারু তালগী মতুং চলহন্দনা মথক্তা থম্নগা 'কমলাকুচ' হায়বদা (তাল) থাগদবনি ।

**সমগ্রহ**—ঈশৈ কোম্নবা থামিন্নবা তালবু 'সমগ্রহ' কৌই । মসিগী খুদম্নচিংবদি মঠ-নচিংবদা য়াওগ্রে ॥ ২২০

**অতীতগ্রহ**—ঈশৈনা হান্নগা কোম্না থাবা তালবু 'অতীতগ্রহ' হায়না কৌই ।

(১) খণ্ডানন (২) তালবাহ্যমেব (৩) উদাহরণাদি

বিরুস্য গীয়তে তালস্তদাতীত গ্রহঃ স্মৃতঃ ॥ ১২১
লক্ষণ মতিক্রম্য গৃহ্যতে ইত্যতোগ্রহঃ (১)।

যথা গোপ গোবিন্দে—

শিশির শীতল মঞ্জু বঞ্জুল মৃদুল কিশলয় সঙ্কুলং ।
ইত্যাদি যতিতালেন গীয়তে ॥

অত্রহি প্রথমং লঘুদ্বয়ং পশ্চাৎ দ্রুতদ্বয়ং। অত্রতু প্রথমে দ্রুতদ্বয়ং পততি পততি প্রান্তে লঘুদ্বয়মেব ॥

এবং সর্ব্বেষু তালেষু ত্রিবিধো গ্রহ ইষ্যতে ।
কেচিত্তু কেষুচিত্তাল বিশেষেষু চিরেগ্রহং (২) ॥ ১২২

যথা সঙ্গীত সারে—

কুড়ক্কাদি তালেম্বতীত গ্রহঃ স্যাৎ। তথৈবাহুত্র যত্যাদিকেহ্নাগতশ্চ ॥
সমাখ্য-নিঃসারকাদৌচ কেচিৎ। তথানাগতাতীতয়োর্বৈপরীত্যং ॥
তু অনাগতগ্রহে অতীত গ্রহলক্ষণমতীত ( গ্রহেহ্নাগত ) গ্রহ লক্ষণং মাহুরিত্যর্থঃ ॥

উক্তঞ্চ—

অতীতাক্ষর সংযুক্তস্তালঃ স ন্যস্যতে যদি ।
... .. তদাতীতগ্রহঃ প্রোক্তঃ ইতি ॥ ১২৩

মসিগী লক্ষণদি লাল্লগা থাবা হায়বনি ॥ ১২১

গোপগোবিন্দ ( গীত গোবিন্দ ? )দা মসিগী খুদম পীরি—"লৌক্লা-চোত্না ঈংলবা অথোংপা অনৌবা য়েঙ্গিতনা থল্লবা—" অসিনচিংবসি 'যতিতাল'দা শক্তদবনি।

মসিগী অহানবনা লঘু অনি, মথংদনা দ্রুত অনিনি। অময়োমদা অহানবদা দ্রুত অনি অরোইবদনা লঘু অনিনা শাবসু লৈ ॥

মওৎ অসুম্না তাল পুম্নমক্তা গ্রহ অহুম অহুম লৈপনি। কনা কনাগুম্বা গুরুশিংনা তাল থরদা 'চির গ্রহ' হায়বা অমা থম্নবসু য়াওই ॥ ১২২

সঙ্গীত-সারদা হায়রি—কুড়ক্কনচিংবা তালদা শোয়দনমক অতীত গ্রহ লৈপনি। অসিগুম্না 'যতিতাল' নচিংবদনা 'অনাগত গ্রহ' লৈপনি। অদুগা 'সম' অমদি 'নিঃসারু-মচিংবদনা মী থম্নবা অতীত অমসুং অনাগতবু ওন্না লৈননা লৌনবসু য়াওই। অনাগতগী লৈকমদা অতীত, অতীতকী মফমদনা অনাগত অসুম্না লৌই ॥

হায়রি—ঈশৈ ময়েক হায়বা লোইরবদা তাল থাবা হৌরবদি মদুবু 'অতীতগ্রহ' হায়না কৌই ॥ ১২৩

(১) ইত্যতীতগ্রহঃ (২) চিরগ্রহং

**অথ লয়ঃ—**

গীতবাদ্য-পদ-ন্যাস-ক্রিয়াণাং সমতামিথঃ।
তথা ক্রিয়াতালয়োর্বা লয় ইত্যুচ্যতে বুধৈঃ ।। ১২৪
ইতি বাচস্পতি ।।

**হরিনায়কস্তু—**

ক্রিয়ান্তরেণ বিশ্রান্তির্লয় ইত্যভিধীয়তে ।। ইতি
স ত্রিধা কথিতঃ প্রাজ্ঞৈরিতি (১) (দ্রুতোমধ্যো বিলম্বিতঃ) ।। ১২৫

**যতিমাহ—**

লয় প্রবর্ত্তনস্যৈব নিয়মোঽসৌ যতির্ভবেৎ।
স ত্রিধেতি।
(২) ( স্রোতোবহা সমা গোপুচ্ছিকেতি ত্রিবিধৈব সা ) ।। ১২৬

**মানমাহ—**

বিশ্রান্তিকারিণী কাল (২) ক্রিয়ামানমিহোচ্যতে।
তাল বিশ্রামকারিত্বান্মানং তাল সমাপ্তকৃৎ । ইতি ১২৭
তস্য ভেদোদ্বিধেতি।
অথ (৩) ধাতুঃ পুনরুক্ততাং—গীতাবয়বস্য পুনঃ পুনর্গানং।
নবনবত্বঞ্চ—বারং বারং গীয়মানমপি রঞ্জনাতিরেকেণ

লয়—পূং-ঈশৈ অমসুং খোঙচৎ খোঙথাংনচিংবা থবকশিং অনিগা তালগা অমগা অমগা চপচপ মান্নরবদি মদুবু 'লয়' কৌই হায়না বাচস্পতিনা হায় ॥ ১২৪

হরিনায়কনা হায়বনা—ক্রিয়ানা ময়ক্তা লৈবা অহাঙবা শরূক অদু 'লয়' নি। মসিগী মথল অহুমনি—( দ্রুত, মধ্য, বিলম্বিত ) ।। ১২৫

যতিগী লক্ষণ তাকনি—লয়গী লৈকম তাক্লবা নিয়ম অদুবু 'যতি' কৌই। মসিগীসু মথল অহুমনি ( মদুদি—স্রোতোবহা, সমা অমসুং গোপুচ্ছিকা ) ।। ১২৬

মানগী মরম হায়রি—পোথাবা নাইহনবা তাল ক্রিয়া ( কাল ক্রিয়া ) বু 'মান' কৌই। অনিগুবা মান অসিদা তালবু পোথাবা নাইহনবনা মসিনা ( মান ) তালগী লোইশিনবা থগৎলি ।। ১২৭

মসিগী মথল অনিনি।

ধাতুগী পুনরুক্ততা ( হন্জিনবা ) হায়বদি শক্লিবা ঈশৈবু হন্জিন হন্জিন শকপবু থগৎলৈ।

(১) ব্রেকেট মনুংগী অসি থুংইদা রাওদে, সং সাঃ সংগ্রহদগীনি।
(২) তালক্রিয়া—পাঠান্তর
(৩) ধাতোঃ —পাঠ

নবনবমিব প্রতীয়মানত্বং ।

মাতোর্বাকস্য নৈকার্থতা—একার্থং বাক্যং ভঙ্গ্যন্তরেণ

প্রযোজ্যমিত্যর্থঃ। ধাতুমাতু লক্ষণমুক্তং।

রাগস্যরম্যতামাহ—

কর্ণপ্রিয়ং যত্তিষ্ঠং স্যাৎ ভঙ্গ্যাযুক্তং সুখাবহং।

মন্দ্রমধ্যমতারাখ্যং রাগরম্যত্বমীরিতং ॥ ১২৮

গমকমাহ—

স্বরস্য কম্পো গমকঃ শ্রোতৃচিত্ত সুখাবহঃ।

তস্য প্রভেদাঃ পঞ্চদশেতি ॥ (১) ১২৯

এতদভ্যাস প্রকারস্তু—

মাঘ-পৌষ-নিশায়াস্তু শেষপ্রহর মাত্রকে।

সাধকঃ সলিলেস্থিত্বা গমকান্ সাধয়েদিমান্ ॥ ১৩০

নবনবত্ব—হন্না হন্না শক্লবদসু অতম্মক সুংঙাইহনবা, শক্লিমথৈ পেন্দবা, ইনৌত্তা নৌদূনা লৈবা মণক অদুবু হায়বনি।

মাতুদা য়াওরিবা বাহৈশিংগী অর্থ তোঙান তোঙায়বা হায়বদি অর্থ অমত্তগী বাহৈ শইয়বদসু শৈরেং ওয়োক্‌না শকদবনি। ধাতু মাতুগী লক্ষণদি হায়না তাকখ্রে।

নিঙথিবা য়াগগী মণক—তাবদা নুংঙাইবা, যাত্তিদা তোংবা, শৈরেং ফজবা, ইপেন পেনহনবা, মন্দ্র, মধ্য, তারদা শকপা আসঙবা য়াগদি পূক্নিঙ হনবা মশাক্তি ॥ ১২৮

স্বরগী গমক—গমক হায়বদি স্বরগী খোন্নীকপু হায়বনি। মসিনা অতাবা মীগী পূক্নিঙ নুংঙাইহন্নি। মসিগী মথল ১৫নি ॥ ১২৯

মসিগী অভ্যাস মওঙদি—

মসি সাধন তৌবা মীনা পোইন্নু নত্রগা হাকচাং থাদা অহিং লোংঙানগদবা য়ুথক অমা মাংখাইতৈদা ঈশিংদা কুমথুনা লেপ্লগা মাসি শাম্নগদবনি ॥ ১৩০

---

(১) থুৎইশিংদা গমক মথল ১৫ অদুগী মমিংদি লোখৎলমদে। খুদোং চানবা মথু লোখৎলা মথুদি—

তস্য প্রভেদাস্তিরিপঃ স্ফুরিতঃ কম্পিতস্তথা।

লীন আন্দোলিত বলি ত্রিভিন্ন কুরুলাহতা ॥

উল্লাসিতঃ প্লাবিতশ্চ হুম্ফিতো মুদ্রিতস্তথা।

নামিতো মিশ্রিতঃ পঞ্চদশেতি পরিকীর্তিতাঃ ॥

অর্থ—মসিগী মথলশিংদি—তিরিপ, স্ফুরিত, কম্পিত, লীন, আন্দোলিত, বলি, ত্রিভিন্ন, কুরুল, আহত, উল্লাসিত, প্লাবিত, হুম্ফিত, মুদ্রিত, নামিত, মিশ্রিত—তরামঙা অসিনি।

মথোয়গী লক্ষণদি সং সার-সংগ্রহদা লৈ)।

কেচিত্তু—

স্বরস্য কম্পো গমকঃ স্বরভেদাৎ স সপ্তধা ॥ ১৩১

ইতি সপ্তস্বরভেদেন সপ্তপ্রকারো ভবতি ইত্যর্থঃ।

ইদং তু নারদ সংহিতায়াং (১) দৃশ্যং।

অথার্থ নৈর্ম্মল্যং—

উচ্চারণেন বাক্যস্য সম্যগর্থাববোধনং।
সুখতা দোষ-রস-যুগর্থ নৈর্ম্মল্যমেব তৎ ॥ ১৩২
তেন পাট স্বরাণাঞ্চ বৈচিত্র্যেণ নিবেশনং।
পাটস্বরান্তে তেনস্য প্রয়োগো নাদিতঃ কচিৎ ॥ ১৩৩

কবি সম্প্রদায়েন স্বরপাটানন্তরমেব তেনস্য প্রয়োগো ন প্রবন্ধাদাবিত্যর্থঃ।

কিঞ্চ—

প্রস্তারনষ্টোদ্দিষ্টাদি বর্গ গ্রহগণাংশকাঃ।
প্রকৃতানুপকারিত্বাদ্বহুত্বান্ন ময়োদিতাঃ ॥ ১৩৪
গণাদ্যভাবে যে দোষা উক্তাস্তেষামনিত্যতা।
নিত্যদোষা বুধৈরুক্তা য উচ্যন্তেঽত্রতে ময়া ॥ ১৩৫

---

কনাগুম্বনা হায়বদি—অনিকপা স্বরবু 'গমক' কৌই। স্বর থেম্রবা মতুং ইন্না মসি মথল ৭ ওই। অসুম্না স্বর হয়েংকী তোঙান তোঙানবা মওঙদা মসিমু অমমমগী তোপ্পা তোপ্পা লৈ হায়বনি। মসিগী মরমদি নারদ সংহিতাদা য়েংশদবনি ॥ ১৩১

**অর্থ নৈর্ম্মল্যং** ( লায়না অর্থ খঙবা )—

হেক হায়দোকপদা বাহৈগী অর্থ খঙবা, নুংঙাইবা পোকপা, দোষ লৈতবা, রস চেনবা—অসিগুম্বা মওঙবু 'অর্থ-নৈর্ম্মল্য' হায়না কৌই। ১৩২

তেন, পাট, স্বরনচিংবগী বিশেষ ওইনা শীজিন্নবদি অসিনি—পাট অমসুং স্বরগী মতুংদা তেন শীজিন্নে, মমাঙদা থক শীজিন্নরোই। কবি সম্প্রদায়না স্বর পাটকী মতুংদা তেন শীজিন্নৈ। প্রবন্ধগী মমাঙদদি শীজিন্নদে ॥ ১৩৩

অদুগা, প্রস্তার, নষ্ট, উদ্দিষ্ট, বর্গ, গ্রহ, গণ, অংশ—অসিনচিংবা মথল কয়া অমসু লৈরি অদুবু মথোয় অদুদি হায়রিবগিদমক অসিগা মরী লৈনদবগা, য়াম্মনখিবগনা, মকম অসিদা লৌখত্রে। ১৩৪

গণ-নচিংবা য়াংশনা ওইবা দোষ অদুদি অনিত্য দোষনি। মরম অদুনা পণ্ডিত-শিংনা হায়বা দোষকী অয়েক্পা মথক অদু খঙনবা হায়রকে। ১৩৫

---

(১) দৃষ্টং—পাঠান্তর

যথা—

তালহীনে কায়রোগো ধাতুহীনে ধনক্ষয়ঃ।

ধাতু-মাতুপদং যত্র নাস্তি তদ্গীতকং রিপুঃ ॥ ১৩৬

অথ গীতদোষানাহ—

গীতেষু দোষাঃ স্খলনাদি বাত্যা ( ধ্যা ? )—

স্তালাত্যভাবেন নিবন্ধনঞ্চ।

(১) স্যাদ্ধাতু মাত্বাদি হতিঃ কটূক্তিঃ।

রসাদি হানিঃ শ্রবণাপ্রিয়ত্বং ॥ ১৩৭

ইত্যাদি দোষা গীতেষু বহবো যদি সন্ত্যাপি।

নোক্তাস্তে চেদ্গ্রহস্তেষাং (২) জ্ঞানে তত্ত্বদ্বিলোক্যতাং ॥ ১৩৮

যদ্যপি হরিনায়কেন—

গীতে দীর্ঘো ভবেৎ হ্রস্বো হ্রস্বো দীর্ঘঃ ক্বচিৎ ক্বচিৎ।

একত্বে চ ক্বচিৎ দ্বিত্বং দ্বিত্বৈনকত্বমেবচ ॥ ১৩৯

শ্লিষ্টে বিশ্লিষ্টতা কাপি ক্বচিদ্রেকস্য বৈকৃতং।

---

তাল কায়রবদি হকচাংদা লায়থুং পাম্নি, ধা তুহীন ( মশক কায়বা ) ওইরবদি মচাক মরল মাঙই, অদুগা ধাতু-মাতু অমদি পদ য়াওদবা ঈশৈ অদুদি য়েক্লবগুম মাঙহন-তাকহল্লি ॥ ১৩৬

হন্জীক ঈশৈগী দোষ খঙনবা হায়রি—

ঈশৈগী অহানবা দোষশিং ময়েক নাস্থবা ( শায়বা, বাৎপা, শেংনা হায়দোক্তবা ), তাল য়াওদবা শেরেং ওইবা, ধাতু মাতুনচিংবগী মশক বাৎপা, থোস্থোক ফজদবা, রস চেন্দবা, নাকোঙদা তানিঙদবা পোকপা—অসিনচিংবনি।

অসিনচিংবা দোষ অতৈসু য়াম্মা লৈ। পুম্নমক্কী মরমদি ঈশৈ অদু তারগা হেক্তমক খঙনগদবা লৈবনা ঐনদি নৈনত্রে ॥ ১৩৭-৩৮

অদুমদি ওইরগা হরিনায়কনা দোষ থরদি ঈশৈদা য়াবা ওইনা বর্ণন তৌই হায়-বদ্রি দোষ অদুবু থোইনা উনদে মদুদি—

আলাপকী মতুংইন্না দীর্ঘবু হ্রস্ব, হ্রস্ববু দীর্ঘ ওইনা উচ্চারণ তৌবা অসিগুম্বসিদি করি করিগুম্বদসু মচৎনৈ। অনত্তং হায়গদবদা অনিরক হায়বা, অনিগী মহুত্তা অমুক্তমক হায়রগা তোকপা, তপ্নবা ময়েকপু থুগায়দুনা তোপ্না তোপ্না হায়বা, করিগুম্বদা য়েকলা' য়াওদবা, করিগুম্বদনা অকনববু অথোৎপা ওইনা, অথোৎপবুনা অকনবা অমদি অয়াকপা

(১) স্যর্ধাতু (২) গানে

ক্বচিৎ কোমলতা গাঢ়ে গাঢ়তা কোমলে ক্বচিৎ ॥ ৯৪০

ইত্যাদ্যবিশেষেণোক্তং তথাপি ভাষাগীত বিষয়মেবেদং ।

তদুক্তং—গীতপ্রকাশ-দামোদরয়োঃ —

পৌনরুক্তং ন ভাষাঢ্যে গীতেদোষোঽভিজায়তে ।
শীঘ্রোচ্চারে চ বর্ণানাং তথাচৈব প্রসারণে ॥ ৯৪১
(১) লিঙ্গান্যত্বে বিসন্ধৌ চ সংযুক্তাক্ষরমোক্ষণে ।
অসংযুক্তোঽপি সংযোগে হ্রস্বদীর্ঘ ব্যতিক্রমে ॥ ৯৪২
ভবন্ত্যেতে নদোষায় সংস্কৃতে প্রাকৃতেঽপিচ ।
বারদ্বয়াধিকং গীতে পৌনরুক্ত্যোতু দোষভাক্ ॥ ৯৪৩

সঙ্গীত-সারেঽপ্যেবমেবোক্তং—সংস্কৃত প্রাকৃতয়োস্তু তত্তল্লক্ষণহীনত্বং দোষ এব । দুষ্টপদং শ্রুতিকটু ইত্যাদি দোষাঃ কাব্য-প্রকাশাদিভ্যো জ্ঞাতব্যাঃ ॥

( সভ্যলক্ষণং )

গীত বাদিত্র নৃত্যাদের্ভত্রাভত্র বিবেচকাঃ ।
সভামধ্যেস্থিতা যে তু সভ্যাস্তে পরিকীর্ত্তিতঃ ॥ ৯৪৪

---

ওইনা উচ্চারণ তৌবা—অসিগুম্বা অথন্নবা দোষশিং অসিদি প্রাকৃতকা মরী লৈনবা ঈশৈশেতদা ওইবনি ॥ ৯৩৯-৪০

গীতপ্রকাশ অমসুং দামোদরনসু মসিগী মরমদা হায়রি মদুদি—ভাষাগী ঈশৈশদদি (প্রাকৃত) ঈশৈ হক্তিনবসি দোষ ওইনা লৌনদে। তপ্পা হায়গদবনা থুনা হায়দোকপা, অসিগুমদুনা অতপ্পা খোম্থোকপু অমুক্তা হেন্না কোথহনবা (শাংদোকহনবা) দীর্ঘবু মূত ওইনা অদুগা হ্রস্ববুনা শাংনা হায়বা, লিঙ্গ ওন্থোকপা, সন্ধি থুগায়বা, তপ্পববু তপ্পদবগুম হায়বা, সন্ধি লৈতববু সন্ধি হেক তৌশিনবা—অসিনচিংবা অসি সম্কৃত অমসুং প্রাকৃত অনিমক্তা দোষকী মশক ওইদে। অনিরক্তুগী হেন্না হঞ্জিল্লবদি মহ্ দোষ ওই ॥ ৯৪১-৪৩

সঙ্গীত-সারদসু অসুম্না অহুম্মক হায়। অহুম্মক ওইদূনসু সংস্কৃত প্রাকৃত তদি অহু অহুগুম্বা লক্ষণশিং অদুবু লৈত্রবদি মহ্ দোষনি হায়না লৌনৈ। অহুগা পদ অমসুং পদগী অর্থগী দোষ অমদি তাবদা নুংঙাইতবনচিংবা অহেনবা অতৈ দোষ ময়ামগী মরমদি 'কাব্য প্রকাশ' নচিংবা লাইরিকগী থংগদবনি।

সভ্য-গী লক্ষণ—পুং-ঈশৈ-জগোইগী অফ-ফত্ত থওবা ওবা, সভাদা য়াওবা ( ভাবক ওইনা লৈবদা য়াওবা ) অহুগুম্বা মী অদুনা 'সভ্য'নি ॥ ৯৪৪

(১) লিঙ্গান্যত্বে—থুংইদা

ইতি শ্রীকৃষ্ণ-রস-সঙ্গীত-সংগ্রহে ইত্যাদি গীতভেদ ধ্রুবষষ্ঠকান্তর্গত নানা তাল কিঞ্চিৎ সোদাহরণাষ্টোত্তরশততবিশেষ তাল গীত-নির্ণয়নাম পঞ্চমপ্রকরণং ॥

## অথ ষষ্ঠং প্রকরণং

এবাং কিঞ্চিদুদাহরণছেন প্রবন্ধগানাদি জ্ঞানার্থং কবিরাজ রসিকরাজ শ্রীগোবিন্দদাস কৃত গীতেন শ্রীকৃষ্ণবন্দন মঙ্গলমাচরন্তি—

(১) শ্রীরাগঃ কন্দর্প তালঃ —

ধ্বজ বজ্রাঙ্কুশ পঙ্কজ কলিতং
ব্রজ বনিতা কুচ কুঙ্কুম ললিতং ।
বন্দে গিরিধর পদ কমলং
কমলাকর-কমলাঞ্চিতমমলং ॥ ধ্রু ।
মঞ্জুল মণি-নূপুর রমণীয়ং
অচপলকুলরমণী কমনীয়ং ।

শ্রীকৃষ্ণ-রস-সঙ্গীত-সংগ্রহদা ঈশৈগী মথল, ধ্রুব, মঠনচিংবগী লক্ষণ, মতুগী মমুং চনবা মথল মথা অয়াবা তালশিংগী মরমদা থূদম লোয়নন' থরদং উৎপা অতুপা অথোইবা তাল ১০১ গী মথক অমদি ঈশৈগী মথক লেপ্পা 'তাল-গীত-নির্ণয়' হায়না কৌবা মতা তুবা মতাং অহু লোইরে ॥

### তরুকশুবা তাংকক

প্রবন্ধগানগী মথক থগুননবা, মথোয়গী থূদম থরদং পীননবগীদমক কবি অথোইবা, রসিক ওইবা শ্রীগোবিন্দদাসনা লেংবা ঈশৈনা শ্রীকৃষ্ণবু থূকমজদূনা মঙ্গলাচরণ তৌজরি—

শ্রীরাগকন্দর্প তাল—

ধ্বজ বজ্র অঙ্কুশ থম্বালগী মম্নি ফাওবা
ব্রজ গোপীগী থবাক্তা তৈবা-কুঙ্কুমনা লৈতেংবা
থম্বাল-থূত্তা পায়বী লক্ষ্মীনা লেবা তৌজবা
অদুগুম্বা গিরিধরগী খুয়া থম্বানবু থূকমতৈজ ॥ ধ্রু
মক্কুবা মণি-নূপুরনা পূক্নিঙ হূকনবা
পূক্নিঙ চেংপী নুপীশিংনা মিতানজবা
ঙাংশঙ্‌ ঙাঙবা পোৎনা অঙাঙবা মঙাল চেনবগুম

(১) শ্রীরাগকন্দর্প তালৌ—থূৎইদা

অতিলোহিতমতি রোহিতভাসং।
মধু মধুরীকৃত গোবিন্দদাসং॥

## ( অথ কুঞ্জবিহার্য্যষ্টকং )

নমঃ কুঞ্জবিহারিণে—

অবিরত রতিবন্ধু-স্মেরতা-বন্ধুরশ্রীঃ
কবলিত ইব রাধা-পাঙ্গ-ভঙ্গী-তরঙ্গৈঃ।
মুদিত-বদনচন্দ্রশ্চন্দ্রকাপীড়ধারী
মুদির মধুরকান্তির্ভাতি কুঞ্জবিহারী॥ ১
তত শুষির-ঘনানাং নাদমানদ্ধভাজাং
জনয়তি তরুণীনাং মণ্ডলে মণ্ডিতানাং।
তটভুবি নটরাজ-ক্রীড়য়াভানুপুত্র্যা
বিদধদতুলচারী-র্ভাতি কুঞ্জবিহারী॥ ২
শিখিনি কলিত-ষড়্জে কোকিলে পঞ্চমাঢ্যে
স্বয়মপি নববংশোদ্দাময়ন্ গ্রামমুখ্যং।
ধৃতমৃগমদগন্ধঃ সুষ্ঠুগান্ধার-সংজ্ঞং
ত্রিভুবনধৃতিহারী ভাতিকুঞ্জেবিহারী॥ ৩

থুয়া-থম্বাল-লৈচৌদা ময়াই কাবা খোইমুগুম
গোবিন্দদাসনা থুরুমজৈ ইবুংঙো মাগী চরণবু॥

## কুঞ্জবিহারী অষ্টক

কুঞ্জবিহারী ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু থুরুমজে—
অচৎপা লৈতবা রতিলীলাদা কামগী মীনোক্পা লৈতেংবা
নিঙথিবী রাধা মিংয়েং উথক্তা মায়থোং থানিন লুপহনবা
অমংবা নোংগী মচুগুম অমেঙবা কুচুনা শংবামবা
শাক্লে অসিগুম্বা কৃষ্ণনা কুঞ্জবনদা ভাঙ্গোইরি॥ ১
নকা ওইবীশিংনা কোয়রি মণিগুম্বা লৈতেংলি
বীণা বাঁশী খোংলি পুং-পেন-যন্ত্রসু যৈরি
যমুনা মপানগী নিঙথিবা-বুঞ্জদা নটরাজনা শাক্লরি॥ ২
লৈহেকলি বাহোংনা ষড়্জদা কোকিলনা খোংলি পঞ্চমদা
( মপামক্তা ) গান্ধার গ্রামদা লৈহেকলি নুংশিবা মুরলী খোংহাঙদা
কস্তুরী মনমনা হারবা মরোল অচমবু শুঙ্ধৎপা
ভাক্লি কুঞ্জনুংদা কৃষ্ণনা॥ ৩

অনুপম-করশাখো পাতুরাধাঙ্গুলীকো
লঘু লঘু কুসুমানাং পর্য্যটন্ বাটিকায়াং ।
সরভসমনুগীতশ্চিত্রকণ্ঠীভিরুচ্চৈঃ
ব্রজনবযুবতিভির্ভাতিকুঞ্জবিহারী ॥ ৪
অহিরিপুকৃতলাস্যে কীচকারব্ধবাদ্যে
ব্রজগিরিতটরঙ্গে ভৃঙ্গসঙ্গীতভাজি ।
বিরচিত-পরিচর্যাশ্চিত্র-তৌর্য্যত্রিকেণ
স্তিমিতকরণ-বৃত্তির্ভাতি কুঞ্জবিহারী ॥ ৫
দিশি দিশি শুক-শারী-মণ্ডলৈর্গূঢ়লীলাঃ
প্রকটমনুপঠদ্ভির্নির্ম্মিতাশ্চর্য্যপূরঃ ।
তদতিরহসি বৃত্তং প্রেয়সীকর্ণমূলে
স্মিত মুখমভিজল্পন্ ভাতিকুঞ্জবিহারী ॥ ৬
তবচিকুরকদম্বং স্তম্ভতে প্রেক্ষ্যকেকী
নয়নকমল-লক্ষ্মীর্বন্দতে কৃষ্ণসারঃ ।

খুজীন মচ্চায়া ভানবা নিঙ্থিবা মাপী মথুক্তা
রাধিকানা পায়জবা নিঙথিবা লৈকোল মনুংদা
তকিং তকিং চৎলিবা—গোকুলগী নহা ওইবীনা
অঙকপা নিঙথিবা ময়দা মগুণ শকপদা লূপচবা
অতুগুম্বা কৃষ্ণনা কুঞ্জনুংদা ভাম্বোইরি ॥ ৪
কালিন্দী যেরুবা কৃষ্ণনা গোপীগা জগোই শামিন্নৈ
মুংশিংনা পেংবদা খোক্লকপা বাঁশী মখোলনা তাম্বাদৈ
গোকুল-চীংয়া-নাপোমদা মুংশিনা ভংলি খোইমুনা
অঙকপা জগোই ঊৈধনা কৌয়োয় ঈম্মা থোগদৈ
করণ-বৃত্তিনা নিঙথিরি কুঞ্জনুংদা ভাম্বোইরি ॥ ৫
( অর্থ অমদা, জগোই য়েংবশিংগী ইন্দ্রিবু পঙথহল্লি )

মায়দৈ মায়দৈ থৃদিঙ্দা চোঙ্গা-তেনবা মথৈনা অপুন্ন লীলা শায়রি। মমিংনা উরিবা মবুংহোগী নিঙথিবা রূপ অদুবু মরোল শেংনা বর্ণন তৌনরি। অমুম তৌনা মাপী মপুক্কসু অঙকপা মঙলৈবাক শেম্লিবা, কনাবু খঙহনবা তৌদনা চায়খোইবগী নাপদা যোমোন নোকপা মায়খোংনা অরোনবা বা হায়রিবা অসিগুম্বা কৃষ্ণনা কুঞ্জনুংদা ভাম্বোইরি ॥ ৬

"নঙগী শখুন উবদা যাহোং অমোমনা তথক তথক ঙকচানরি ; মিংনা থম্বাল অহু উবদনা শখি মথৈনা খুরুমজরি—নিঙথিজবী নঙগী শম্নাং মতোনশিং অসিবু ঐনম্ন

(১) অবিরলমলকান্তং নৌতি পশ্যেতি রাধাং
স্বমধুরমনুশংসন্ ভাতিকুঞ্জেবিহারী ॥ ৭
মদনতরলবালা-চক্রবালেন বিষ্বক্
বিবিধ-বরকলানাং শিক্ষয়া সেব্যমানঃ।
স্খলিতচিকুরবেশো (২) স্কন্ধদেশে প্রিয়ায়াঃ
(৩) প্রহিত পৃথুলবাহুর্ভাতি কুঞ্জেবিহারী ॥ ৮
ইদমনুপম-লীলা-হারিকুঞ্জেবিহারী
স্মরনপদমধীতে তুষ্ট ধীরষ্টকং যঃ।
নিজগণ বৃতয়া শ্রীরাধয়ারাধিতস্তং
নয়তি নিজপদাব্জং কুঞ্জসদ্মাধিরাজঃ ॥ ৯
ইতি শ্রীরূপগোস্বামিকৃত কুঞ্জবিহার্য্যষ্টকং ॥
বৃন্দাবন বিহারেতু কৃষ্ণঃ কৈশোর বিগ্রহঃ।
অন্যারণ্যেষু স্থানেষু বাল্য-পৌগণ্ড-যৌবনং ॥ ৯৪৫

ইতি শ্রীবরাহ সংহিতোক্তেগীতমালাস্ত্রিধা প্রোক্তা চিত্রিকা (৪) মালিকা পরা।

## ইতি গীতপ্রকাশকারোক্তেঃ—

গীতমালিকায়া দিগদর্শনার্থমষ্টকালীয়াং হরের্দৈনন্দিনলীলাস্মরণ সনৎকুমার তংত্রোক্তং (৫) পদ্যমেকং লিখামি --

থুক্রমথৈ"—অসুম্মা শ্রীরাধাদা অথুম্বা নুংশিবা বা ওাঙলিবা কুঞ্জবিহারীনা কুঞ্জমুংদা চাল্লি-বদে যেংজো।। ৭

কামগী মৈনা শোদোক্রবী নোঙরিবীশিংনা, অঙকপা নিঙথিবা কলা পূম্নমকপু তমজনিঙদূনা মায়কৈ পুম্নমক্তগী কোয়শিন্নদূনা মাগী সেবা তৌনজারিবা, শমজোইনা লেং-পাক্তা চোইনা ছাবী চানখোইবীগী লেংবান পায়ঙনা নত্রগা মপুম মথৈ মান্নরবা পাম্বোম্না কোনশিনবীম্নিবা অসিগুম্ব কুঞ্জবিহারীনা ঙাম্বোইরি ॥ ৯

চাংদন্নিঙ ঙাই লৈত্রবা লীলাবু বর্ণন তৌবা অসিগুম্বা কুঞ্জবিহারাষ্টক অসিবু হয়াউনা খকচদূনা লীলা খিবীকপু নিঙশিংজরিবা অদুগুম্বা ভক্ত অতদি সখিশিং-লোয়ননা-শ্রীরা-ধানা-আরাধন-তৌজব-কুঞ্জ-সঙ্গাইশিংগী-মবুংঙো-ওইবা-শ্রীকৃষ্ণনা মাগী মথোঙ খঙ্গাল য়োনা চিংশিনবী। শ্রীরূপ-গোস্বামীনা লেংবা শ্রীকুঞ্জবিহারীগী অষ্টক—মসিদা লোইরে।

**শ্রীকৃষ্ণগী লীলা বয়স**—শ্রীকৃষ্ণনা বৃন্দাবনদা শান্নবা মতম অসি কৈশোর অবস্থা-দনি ( চহি ১০দগী ১৫ কাওবগী মনুং )। অদুগা অতোপ্পা বনশিংদা শান্নখিবা মতমনা বাল্য, পৌগণ্ড অমদি যৌবন অবস্থাদনি ॥ ৯৪৫

---

(১) অলিরল (২) বেশে (৩) প্রথিত
(৪) প্রোক্তাশ্চিত্রিকা ; (৫) পদ্যৈকং—পাঠ

কুঞ্জাদ্গোষ্ঠং নিশান্তে প্রবিশতি কুরুতে দোহনান্নাশনাদ্যং।
প্রাতঃ সায়ঞ্চ লীলাং বিহরতি সখিভিঃ (১) সঙ্গবে চারয়নুগাঃ॥
মধ্যাহ্নে (২) চানক্তং বিলসতি বিপিনে রাধয়াদ্ধা পরাহ্নে।
গোষ্ঠং যাতি প্রদোষে রময়তি সুহৃদো যঃ স কৃষ্ণোহবতান্নঃ॥ ১৪৬

( অথ নায়িকা ভেদাঃ )—

অথাভিসারিকা বাসকসজ্জাপ্যুৎকণ্ঠিতা তথা।
বিপ্রলব্ধা খণ্ডিতা চ কলহান্তরিতা পরা॥ ১৪৭
প্রোষিত প্রেয়সী প্রোক্তা তথা স্বাধীন ভর্ত্তৃকা।
ইত্যষ্টৌ নায়িকা ভেদা রসতন্ত্রে প্রকীর্ত্তিতাঃ॥ ১৪৮

( অথ শৃঙ্গার ভেদাঃ )—

পূর্ব্বরাগস্তথা মানঃ-প্রেমবৈচিত্ত্যমিত্যপি।
প্রবাসশ্চেতি কথিতো বিপ্রলম্ভশ্চতুর্ব্বিধঃ॥ ১৪৯

**নিত্যলীলা**—শ্রীবরাহ সংহিতাদা হায়রি—গীতমালা মখল অহমনি—'চিত্রিকা, মালিকা, পরা' অসুম্না গীতপ্রকাশকায়না হায়। মতুগী চাউরাকপা মখক উৎননবা নোংমগী মতমবু নিপান থোক্না খায়দোক্নুনা শেষা শ্রীহরিগী, হৃমিৎ খুদিঙ্ত শান্নবা লীলাবু বর্ণন তৌবা পম্ব অমত্তং সনৎকুমার-তন্ত্রদা হায়বা মতুং ইন্না লৌখংলি মদু দ—

**অষ্টকাল**—অহিং মমৈদা কুঞ্জদগী গোষ্ঠ (গোকুল) দা লেঞ্জলকপা মথং মথং শংগোম তুখা, লুক হাবনচিংবা তৌই। অযুক অমসুং নুংমদাং বাইরম অনিমক্তনা সখিশিংগা লীলা শাই। অযুক থয়া থেঙ্খরগনা মন শেল্লি। নুমিৎ নুংবা অমদি সন্ধ্যা-য়াচত্তবা মতমদনা রাধাগা বন-দা শান্নমিনৈ। নুমিৎ থেংগৎরক্লপা (নুমিদাংবাই যৌদ্রিডৈ, নুংথিলগীদি মখা) গোকুলদা হনগায়কই। অহিংগী অহানবা য়ূপক্তনা মরূপ-মপাংগা বারীবাতাই শামিন্নবনচিংবা তৌডনা লেলহল্লি। অসিগুম্বা শ্রীকৃষ্ণনা ঐখোয় থিবীকপু ঙাকপিসনু॥ ১৪৬

**হুদীক নায়িকাগী মখল হায়রি**—

নায়িকা মখল নিপাননি মহুদি—অভিসারিকা, বাসক-সজ্জিকা, উৎকণ্ঠিতা, বিপ্রলব্ধা, খণ্ডিতা, কলহান্তরিতা, প্রোষিত-প্রেয়সী, স্বাধীন-ভর্ত্তৃকা—অসুম্না রসতন্ত্রদা হায়রি॥ ১৪৭-৪৮

**শৃঙ্গারগী মখল**—পূর্ব্বরাগ, মান, প্রেমবৈচিত্ত্য, প্রবাস—মরি অসি বিপ্রলম্ভগী

(১) বৎসৈ? (২) চাথনক্তং—পাঠান্তর

চতুর্ব্বিধাৎ বিপ্রলম্ভাৎ (১) সম্ভোগোঽপি চতুর্ব্বিধঃ।
(২) তস্মাৎ সংক্ষিপ্তঃ সংকীর্ণঃ সম্পন্নাখ্যঃ সমৃদ্ধিমান্॥ ১৫০
যদ্যপ্যয়ং বহুবিধং (ধো)বিভর্ত্ত্যঙ্গং তথাপি যৎ।
ব্রজলীলা স্বাদনার্থমুট্টঙ্কেনৈব কীর্ত্তিতং॥ ১৫১
তদ্বিশেষ (৩) জিজ্ঞাসাচেৎ শ্রীবিদগ্ধমাধবোজ্জ্বলনীলমণ্যাদিকং দৃশ্যং॥

## অথ মহানিশায়াং কুঞ্জরাসঃ

**শ্রীগোবিন্দ লীলামৃতে—**

অথ প্রবন্ধগানং স নানাতালৈঃ (লঃ) পৃথগ্বিধং।
কর্ত্তুমারভতে তাভির্বিদগ্ধাভিঃ স নর্ত্তনং॥ ১৫২
শ্রীরাধয়া নৃত্যতি কৃষ্ণচন্দ্রে
গায়ন্ত্য আসন্ ললিতাদয়স্তদা

মথলনি। বিপ্রলম্ভ মথল মরি ওইবনা সম্ভোগসু মথল মরি তই মতুদি—সংক্ষিপ্ত, সংকীর্ণ, সম্পন্ন অমসুং সমৃদ্ধিমান॥ ১৪৯-৫০

মসিগী মথলমথেন য়াম্না শৈরবসু ব্রজলীলা আস্বাদন তৌনবগীদমক হেক তথমথৈ শূপচিন্না খরদং ওইনা হায়রবনি॥ ১৫১

হেন্না খঙ্‌নিঙবনা বিদগ্ধমাধব, উজ্জ্বলনীলমণিনচিংবদা য়েংবীগদবনি।

**কুঞ্জরাস**—হৃজাক মহানিশাদা কুঞ্জরাস শান্নবগী বর্ণন তৌরি—শ্রীগোবিন্দ-লীলামৃতদা হায়রি—

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা গোপীশিংগা অয়াম্বা তালদা অয়াম্বা জগোয় মথল মথেন শাবগা লোয়ননা প্রবন্ধ-গান শ কপা হৌরক্লে॥ ১৫২

শ্রীরাধাগা কৃষ্ণগা জগোই শামিন্নবা মতমদা ললিতানচিংবী সখিশিংনা ঈশৈ শকই

---

(১) খুৎই লাপান্দা ইবম্বা সম্ভোগকী মওঙ—
দ্বয়োর্মিলিতয়োর্ভোগঃ সম্ভোগ ইতি কীর্ত্ত্য।
কিঞ্চে, অন্যচ। দর্শনালিঙ্গনাদানাম (নু)কুল্যান্নিষেবয়া।
যূনোরুল্লাসমারোহন্ ভাবঃ সম্ভোগ ইতীর্য্যতে। (ঈর্য্যতে)
যথা পদ্যাবল্যাং—পরমানুরাগপরয়া পরিরম্ভকৌশলবিকাশিতাবয়া। সতয়া
সহস্মরসভাজনোৎসবং নিরবাহয় শিখিশিখণ্ড শেখরঃ॥

(২) ক্রমাৎ

(৩) জিজ্ঞাংসা—খুৎইদা

চিত্রাদয়োঽন্যাঃ কিলতাল ধারিকা
বৃন্দাদয়ঃ সভান্তরা ব্যবস্থিতাঃ ॥ ১৫৩

কৃষ্ণে নৃত্যভোকলে রাধিকাদ্যা (:)
গায়স্তিস্মাশ্চর্য্য-তালৈস্তু রূঢ়ৈঃ।

তস্মিন্ সভ্যো রাধিকাদ্যাঃ ক্রমেণা-
শ্চর্য্যং নৃত্যং সাঙ্গহারং ব্যধুস্তাঃ (১) ॥ ১৫৪

রঙ্গে ক্রমাচ্ছ্রেণিতয়াস্থিতানাং
অন্তঃ পটত্বং নটতাং গতানাং।

বীণাদি বাদ্যাবলি ধারিকানাং
নানা প্রবন্ধাদিক গায়িকানাং ॥ ১৫৫

তত-ঘন-শুষিরাদ্যানদ্ধ-কণ্ঠস্বরৌঘে
মৃদু বিবিধগতস্তেঽপ্যোক্যমাপ্তেঽঙ্গনানাং।

তদনুগপদতালৈর্ভ্রূকরাঙ্গাক্ষিচালৈ-
র্নৃতুরিহ সকৃষ্ণাস্তাঃ প্রবিশ্য ক্রমেণ ॥ ১৫৬

অদুগা চিত্রানচিংবী অতোপ্পী সখিশিংনা তাল থানৈ। বৃন্দানচিংবী সখি অতৈ অমনা ভাবক ওইনা কৃষ্ণৈ য়েংলি ॥ ১৫৩

শ্রীকৃষ্ণনা নায়তোম জগোই শাবা মতমদা শ্রীরাধানচিংবী সখিশিংনা অকৎবা তালগী অঙকপা ঈশৈ হেক হেক শকখি অদুগা কৃষ্ণনা ভাবক ওইনা কৃষ্ণৈ য়েংদুনা লৈগ্রবদনা রাধিকানচিংবী সখিশিংনা নিঙখিবা অঙ্গহার (শাখেক) লোয়ননা অঙক অঙকপা জগোই মথং মথং শাখি ॥ ১৫৪

জগোই শাকমদা পরেং শানা মথং মথং লেপ্তুনা জগোই শানরি, বীণানচিংবা বাদ্য মখল মরি গুনা পায়বীশিংনা মরক্তা থনবা য়ুথলগুম লেপ্তুনা প্রবন্ধনচিংবা ঈশৈ শক্করি ॥ ১৫৫

মরী তিংবা যন্ত্র, করতালনচিংবা খিঙনবা মখল, বাঁশীনচিংবা মখুল-হোবা যন্ত্রশিং অমদি শউন তিংবা নৈনবগী মখল—মখোয় পুন্নমক অসিগী মখোলগা গোপীশিংগী খোং-জেঙগী থোয়কপা মগা ভিন্নখিদুনা অনেখা অবাংবা ঈশৈ মখল মখল শক্কুরবসু নূপী পুন্নমক অদুনা চপ মান্ননা মর অমতদা পুন্না শকমিন্নবগুম ঊরি। অদুগা মদুগা চান্ন চান্ননা খোঙনা তাল থানরি, মতিক চানবা (চুনবা) মিৎয়েং মায়েংনা অমদি খুৎনা-শানা অভিনয় তৌনৈ। অসুম্না মথং মথং চঙদুনা মখোয় পুন্নমক কৃষ্ণগা জগোই শামিন্নৈ ॥ ১৫৬

(১) ব্যাধুস্তাঃ

যুগ্মকং—

তে নানাশব্দ (১) বন্ধেন স সৃজুর্গায়নী জনাঃ ।
ষ ঋ গ ম প ধন্যাখ্যৈঃ স্বরৈ রাগান্নবান্ নবান্ ।। ৯৫৭
জাতয়ঃ শ্রুয়ো যাশ্চ মূর্চ্ছনা গমকাশ্চয়ে ।
নোচ্চরন্তি বিনাবীণাং কণ্ঠে তাস্তাংশ্চ তা জগুঃ ।। ৯৫৮
তাধিক্ তাধিক্ ধিগি তিনি নাদং
কুর্ব্বন্ রাসে বরমুরজোহয়ং ।
লাস্যে রাসা মতিশয়তুষ্টো
নিন্দত্যস্যা'ঃ সুরবনিতাঃ কিং ।। ৯৫৯
ইত্যাদি জ্ঞেয়ং সংক্ষেপেন নাট্যং ।

## অথ বসন্তদিবারাস

সঙ্গীত-মাধবে—

তত্তদ্বিচিত্র রতি কেলিভিরলসন্তী
স্মিত্বা কদ'. দন্তি কান্তমুবাচ রাধা ।

---

টৈশে থকপী গোপীশিং অদূনা মথল মথা অয়াবা শৈয়েংদা স রি গ ম নচিংবা স্বরবিন্যাস তৌদুনা অনৌ অনৌবা রাগ-ময়াম শরুখি ॥ ৯৫৭

জাতি, শ্রুতি, মূর্চ্ছনা, গমক অসিনচিংবদি বীণাদা নত্তনদি চুয়া কোঙদোকপা ওমদবনা অতুওম্বা বীণা অচপী মতুং ইয়া মখোয়না হায়রিবা মখলশিং অসি শরুখি ॥ ৯৫৮

গোকুল-নুপীশিংনা, অসুয়া রাস শান্নখিবা মতমদা মুরজনচিংবা অখোইবা পুংশিংনা 'তাধিক তাধিক ধিগিতিনি' অসুয়া মখোল খোকপত্ত তাবদা মখোয় অতুনা গোপীশিংগী লাস্য-অগোই অদুবু উবদা স্বগগী লাই-নুপীশিং মকপুস্থ থানদবা মতৌ উৎপত্তম নিঙলি হায়বদি গোপীশিংগা য়েংনবদা মখোয় অতুদি কবিস্থ লৈতে হায়হুনা 'তাধিক তাধিক' হায়রিবত্তম নিঙলি ।। ৯৫৯

দিবারাস—

সঙ্গীত-মাধবতা হায়বা মতুংইয়া—

হুজীক বসন্ত মুংথিন্দা শান্নবা রাসকী তা হায়বকে—

অতু অতুগুম্বা অঙকপগী মশক ওইরবা রতিক্রিড়া শান্নবগী মুংঙাইবনা হয়াউজরবী রাধানা মথবায়গী মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণদা হায়জয়কই –'ইবুংঙো ! মুংশিবা মুরলী-মখোলনা

---

(১) পদ্য

আকৃষ্য বেণু বিরুতৈর্ব্রজসুকিশোরী—
মধ্যে সখীর্বিরচয় প্রিয়রাসগোষ্ঠীং ॥ ১৬০

অথ গায়তি মাধবেভুজং দয়িতাংসে বিনিধায় বেণুনা।
পরমাদ্ভুত দর্শনোচ্ছলং কুতুকেন প্রিয়মাহ রাধিকা ॥ ১৬১

ললিত রাগেণ গীয়তে—

নবহতি সরিদপি সহজবেন
স্থগতি শশীদিবি নিজবিভবেন।
প্রিয়গানরসে তব বেণুনা ॥ ধ্রু ॥
দ্রবময় বপুরিহ ধৃতমুপলেন
জনয়তি বিস্ময়মতি কঠিনেন।
সকল ভুবনমিদমমৃতময়েন
ভবতি (১) ভবিতমিব মধুরতরেণ (২) ॥
তবপদ সরসিজকৃত ভবনেন
চলতি গৃহং নহি যুবতি জনেন।
ধৃত তৃণ-কবল মুকুলনয়নেন
লসতি বনং তব সুরভিগণেন ॥

---

মথোন-কাবী-গোকুল-নুপীশিংবু চিংশিনবীড়না মথোয় অদুগী ময়ায়দা রাস.লীলা শান্নবা তৌবীয় ॥" ১৬০

মথংদা, ঈশৈ-শক্লিবা মাধবকী লোংবান্দা থৃং থম্নগা অড়কপা বাঁশী-মথোল অমদি ঈশৈ তাবদগী হয়াম্ভ মথোই কাজরবী রাধানা লাঙতকনা হায়রকই ॥ ১৬১

ললিত রাগদা শকদবনি—

নঙ.গী বাঁশী মথোনদা যমুনা ঈচেল লেপথরে
নোংদোন.থকী থানিনসু চপ লেপ্তুনা লৈবরে
নঙগী বাঁশী মথোনদা নুং ফাওবনা পেৎলিং!
কয়াগী মতিক ওকলিবা ॥
অমৃত ঈচেলনা তাউথোক্লে তাইবঙ মালং হরাউরে
নঙগী নথোঙ থবালনা চঙজকমনি থম্মুনা
নুপীশিংনা মিতারি যুমদা হনসে থরক্রি।
মরাদা নাপী চাক্লগা যগগী শন্নপ মথৈনা

---

(১) ভাবিতমিব (২) রসেন

বিস্ফুরতি কলকমতুলরসেন
প্রমদ খগাবলিরলমলসেন।
স্থিরচরমিহ ভবতি চ কলনেন
পরমসুখামৃত হৃদিমিলনেন॥
পরপদরত মুনির (1) লপনেন
ɔতি কৃতী তব পদনয়নেন।
মুদিত সরস্বতী গীতমুখেন
বিগত মহিম্নি হরে স্ব সুখেন॥

অন্যোন্যাবদ্ধহস্তৈরধিকৃত-বলয়ৈর্গোপবালা কদম্বে।
কালিন্দীয়ে (১) বিরাজং সুবিপুল পুলিনে মন্দসদগন্ধবাহে॥
একৈকস্যাঃ স একোঽপ্যাতি চতুরতয়া কণ্ঠ সংশ্লেষিবাহুঃ।
মধ্যে মুগ্ধঃ স রাধারতি রভস পরস্তত্র রাসে ননর্ত্ত॥ ৯৬২

মমিং ঊইরুম তৌনরি — খজীক চাবা তোক্লরি
তুমক তুমক লেপ্পরি — বনগী ফজবা হেলহল্লি।
হরাউ মথোই কাজবা — নুংঙাইবনা নুংবঙবা
বনগী চেক্লা মথৈনা — ঊহৈ চাবা তোক্ন্না
মুরলী মনাক নক্লরি।
অচৎ-চত্ত'পৃষনা — নুং'শিবা বাঁশী মথোনদা
অমৃত ঈপাক্ত লুপ্পরি — নুংঙাইবা ইপান লাংনরি।
মুরলীগী আলাপতা — ধ্যান কায়রবা মুনিনা
মরাইবক কৈ খল্লৈ — নখোঙ খস্নাল য়েংনৈ—
আত্মানন্দগী নুংঙাইবা — করি লৈত্তে খন্দুনা
নঙগী ঈশৈদা লুপ্পরি — ওমথৈ লৈতনা হরাউরি।

পাক্লবা যমুনা মপানগী লৈঙোই-শেক্লা মথক্লা হৈনম লৈনম চেল্লবা ঈংলবা ভুং'শি'না জিরি-খোঙদোয় হুদি, গোপীশিংনা মহৈ মহৈ খুৎখয়দুনা কোয়না লেপলি, অদুগা শ্রীকৃষ্ণদি অনি শুদবা ওইদুনসু অংকপা জগোইগী হৈশিংবনা গোপী খুদিঙমক্কী মঙক কোন্দুনা জগোই শামিন্নরি অদুগা ময়ায়দসু রতি ঈরাংদা লুপ্পবা ভগবাননা শ্রীরাধাগা লোয়ননা রাসতা নিঙথিবা জগোই শা'মন্নরি॥ ৯৬২

শ্রীরাধাগী সখী নত্তবী কনাগুম্বী গোপী অমদি (রাধাকৃষ্ণগী শাম্নবা মতৌ অদু উবদা)

(১) বিরাজত—থুৎইদা

একাপোপী রাধিকা সখ্যহীনা
তত্রারব্ধা তৎক্ষণোর্দ্ধ স্তিভার্ত্তিঃ।
সিদ্ধা রাধামাধব-ধ্যান যোগাৎ
রাসে (১) দিষ্ট্যা নির্গতাথৈব (২) মুচে ॥ ১৬৩

বসন্তরাগেণ গীয়তে—

বাদয়তে মণি বেণুমুদারং
বিগলিত-মধুরব নবরস সারং।
নৃত্যতি হরিরিহ মোহনরাসে
রসিক যুবতিততি চিত্তবিলাসে।
দর্শয়তে বহুহস্তকভেদং
চলতি ললিতগতি চিত্রমখেদং।
মধ্য-বিলম্বিত-দ্রুতপদচালং
কলয়তি গীত পদোচিত তালং।
রত্নখচিতপট বলয়কটীরং
ভ্রময়তি নবঘন শ্যামশরীরং।
সহ নর্ত্তক রাধা মুখবিম্বং
চুম্বতি চারু রচিত পরিরম্ভং।

থম্বনবা বাথলনা ওত্‌না কয়ক-কপ্তাউবগী মতোদা রাধাকৃষ্ণ অনিবু অস্নম অন্নম ধ্যান তৌবতদা সিদ্ধ ফংখি অমসুং রাস থাদোক্ত না চৎপ্রগা অসুম্না কায়রকই— ॥ ১৬৩

বসন্ত রাগদা শক্তদবনি—

শ্রীহরিনা; মণি থাম্লবা বেণু খোংলি—মরম অতুনা শুঙ্গৎনবগী মথক ওইরবা রাস অমিদা মুংশিবা মখোলতনা অমৃত ঊথক হোৎম্নি। রসনা থল্লবী মথোন-কাবী নূপী-শিংগী থম্মোইদা হয়াউবা ইপোম লাংচন্দুনা শ্রীহরিনা পূক্নিঙ হয়বা রাস শাম্লরি।

নিঙথিবা খুৎথেক কয়া উৎনরি, অঙকপা ফংনা নিঙখিজয়বা শাজং শাথেক কয়ানা য়েংবদা পূক্নিঙ হুনরি। মধ্য, বিলম্বিত অমসুং দ্রুত তালদা, শক্লিবা ঈশৈগা চাননা খোঙনা তাল থানরি।

মণি মুক্তা কৎপা নিঙথিবা ফি মথৈ খাঙদা য়েৎশিম্নরগা ফূয়না তৌরকপা নোংগী কুচু ওমজবা শ্রীকৃষ্ণবু কোয়শিন্দুনা লেপ্নরি। অগোই শাযিম্নরিবা নিঙথিবী রাধাবু কোমগা মায়থোং থম্নান্দা (শ্রীহরিনা) চুপলি।

---

(১) দখ্যৌ (২) মুচে

ললিতাপিত তাম্বুল খপূরং
রসয়তি বিহিত প্রিয়ামুখপূরং।
গীত বিচিত্র কলাগত পারং
কিমপি প্রসংস তব রতমুদারং।
মধুর সরস্বতী গীতমুদারং
জনয়তি রসিকজন হরিরস সারং ॥ ইতি

## নিশা বসন্তরাসঃ

**মানুষং গীতং কল্যাণ রাগঃ—**

ঋতুপতি রাতি রসিক রসরাজ (১)
রসময় রাস রভস (২) রসমাজ।
রসবতী রমণী রতন ধনিরাই
রাস-রসিক সহ রস অবগাই ॥ ধ্রু ॥
রঙ্গিনিগণ সব রঙ্গহি নটঈ
রনরনি কঙ্কণ কিঙ্কিনি-বটঈ।
রহি রহি রাগ রচয়ে রসবন্ত
রতিরত-রাগিণী-রমণ বসন্ত।

ললিতানা কংশিল্লকপা কর্পূরনচিংবনা মনম মুংশিহল্লবা পানা শায়রগা মাগী চান্নবীদা ইনবীহনা পানা কাবগী অশেংবা মচাউ অত্ত ফংনবা তাল্লি।

অসিগুম্বা অঙকপনা থল্লবা, মখল মখা অয়াম্বা কলাগী অরোইবা ভুমথৈ অসিবু উয়গা মপান মাইত্রবা অসিগুম্বা অগোই অমদি রতি-লালাবু স্তুতি তৌজৌ।

মপান নাইত্রবা-অর্থন'-তিনবা অসিগুম্বা নিঙ'থব'-স্বরগী থুম্নবা ঈশৈ অসিনা রসিক ওইবা ভক্তশিংগী থম্মোইলকাদা শ্রীকৃষ্ণগী মপুং ফারবা রসকী অপাম্বা পোকহল্লি।

**অহিংগী বসন্তরাস**—হৌক বসন্তগী অহিংদা শান্নবা রাসকী মরম হায়রি—

মানুষ-গীত, কল্যাণ-রাগদা শক্কদবনি—

বসন্তগী অহিংদা রসিক-রসরাজ শ্রীকৃষ্ণনা রসকী মশক ওইরবা রাস-রসতা লুপ্পনা হয়াউ মথোই কারি। রসকী মশক ওইবী নুপীলক্তগী থোইদোকপী শ্রীমতী রাধিকাসু রসরাজ গোবিন্দগা লোয়ননা রসতা লুপমিন্নে। গোপী অতৈসু হয়াউনা অগোই শামরি, খুজি অমদি কিঙ্কিণী (খাং-শরীক) গী মুংশিবা মখোল থোক্করি।

বসন্তগী রতিরস কাওহম্নবগী মশক ওইরবা অনৌ অনৌবা রাগ অমসুং রাগিণী মরামহ হম্না হম্না শেম্নরি। রবাব, মহতিবীণা অমসুং কপিলাস কৌবা বাদ্যশিংসু

(১) বসরাজ (২) রসমাজ—পুৎহৈদা

ব(র)টতি রবাব মহতি কপিলাস
রাধারমন কর মুরলি-বিলাস।
রসময় বিদ্যাপতি কবি ভান
ভূপনারায়ন ভূপতি জান। (১)

**বেলোয়ারী রাগঃ—**

( বাজে তাত্রিগি ত্রিগি থো দৃমি দৃমিয়া )
বাজত দৃগি দৃগি থো ত্রিমি ত্রিমিয়া।
নটতি কলাবতী শ্যাম সঙ্গে মাতি
করে করতাল প্রবন্ধ ধ্বনিয়া।। (ধ্রু)।।
ডগ মগ ডম্ফ ত্রিমিকি ত্রিমি মাদল
রুণু ঝুণু রুণু ঝুণু মঞ্জির রোল।
কিঙ্কিণী রণরণি বলয়া (২) কনয়া মণি,
নিধুবনে রাস তুমুল উতরোল।
বীণা রবাব মুরুজ স্বরমণ্ডল
স ঋ গ ম (প) ধ নি স বহুবিধ ভাব।
ঘোটিস্তা ঘেটিস্তা মৃদঙ্গ গরজনি

খোংনরি। রাধাগী-মবুংঙোনা নিঙথিবা মুরলী খোংলি। রস খঙলবা কবি বিদ্যা-পতিনা হায়—ভুপনারায়ণ কৌবা নিংথৌনা চঙঈজ (?)।

বেলোয়ারী রাগদা শকনি—

( তাত্রিগি ত্রিগি থো দৃমি দৃমিয়া ) দৃগি দৃগি থো ত্রিমি ত্রিমিয়া হায়না পুং য়েরি। জগোই-ঈশৈগী কলাদা চঙখোন্নবী গোপীশিংনা শ্যামগা লোয়ননা জগোই শামিয়বদা ময়াই কানরি। খুত্তা করতাল পায়দুনা প্রবন্ধগী ঈশৈ শক্লরি, ‘ডগ মগ ডম্ফ ত্রিমিকি ত্রিমি’ হায়না মর্দ্দলসু য়েরি, রুণু ঝুণু রুণু ঝুণু হায়না নূপুরস্থ খিঙলি, কিঙ্কিণী অমদি খুজি-মাপিশিংসু মুংশিবা মখোল থোক্লরি—অসুম ত্তৌনা রাস শায়বগী ইনিস্তনা নিধুবন পূরমক পূমনিন নিল্লি। বীণা, রবাব, মুরুজ, অমদি স্বরমণ্ডলনচিংবা যন্ত্র মখল অয়াবনা স, রি, গ, ম, (প) ধ, নি, স অসিনচিংবা স্বর মখল কয়াদা খোংলি, মৃদঙ মখোলনা ঘেটিস্তা ঘেটিস্তা হায়না ওংলি—অসুম ত্তৌনা রাস মণ্ডল পূরমক ইনিল অমত্তগী মখোলনা পূমলাও লাওলি। জগোই শাবদা হক্লবী গোপীশিংগী নিঙথিজবী শমুন কায়ত্তনা

(১) ঈশৈ অসিগী ময়েক অসি ‘বিদ্যাপতির পদাবলী’ কৌবা লাইরিক অদুদগী চুমথোকপনি। মৈথিলী ওইবনা বানান মওঙ অমা ত্তৌই।

(২) কলয়া—খুৎই

চঞ্চল সবমণ্ডল একুরাব
শ্রমভরে গলিত-ললিত কবরী
যুত মালতী মাল বিথারল মোতি।
সময় বসন্ত ( রাস ) রস বর্ণন
বিদ্যাপতি ( মতি ) ক্ষোভিত হোতি।

**শ্রীরাগঃ—**

বৃন্দাবন রম্যস্থান কোটিচিন্তামনি ধাম।
রত্নমন্দির মনোহর।
আনন্দে কালিন্দী জলে রাজহংস কেলি করে
কনক কমল উত্পল।
তারমধ্যে হেম-পুষ্প অষ্টদল বেষ্টিত
অষ্ট সখী প্রধান-নায়িকা।
তারমধ্যে রত্নাসন বসিলেন দুইজন
শ্যাম-গোবিন্দ রাধিকা।। ধ্রু।।

চোইনা তারি, মালতী পরেংগা মুক্তা পরেংগা য়েংশিন্নদুনা অগোইগী লেশুবা ওৎপদা হাই-হমলি, অসিগুম্না বসন্ত মতমগী রাসরস অসিবু বর্ণন তৌজকুবদা বিদ্যাপতিগী থম্মোইসু ঈরাও হৌজরি।

শ্রীরাগ

চিন্তামণি-কোটি-ধাম লিঙখিজবা বৃন্দাবন
রত্নমন্দিরনা পুক্লিগু হুই।
কালিন্দীগী ঈশিংদা কাংগশিংনা শান্নরি
অঙাঙবা অশংবা ঘম্বালসু শাৎলি।
অথোইবী সখী নিপান্না নৈরা নিপান ওইদুনা
সনাগী লৈসু শাৎলিদো।
লৈয়েনুংদা থায়িবা মণিগী তাঙবন মথক্তা
রাধা গোবিন্দনা তাম্মোইরি।
ফজবা শক-কী তুংকমনি অমৃত-ঈরীক-খিকথরি
মীনোক হাইনোক য়াঙাঙদা।

(১) কলয়া—খুৎই

ওরূপ লাবণ্যরাশি অমিয়া পড়িছে খসি
হাস পরিহাস সম্ভাসনে।
নরোত্তমদাস কয় নিত্যাই সুখময়
সদাই স্ফুরু মোর মনে।

## অথ ঝুলনা লীলা বসন্তোচ্ছবশ্চ

বৃন্দাবনং লৌকিকবহ্ন্যদীদং (১) তথাপি লোকোত্তর লোকহারী।
রাজ্ঞো যথাত্যন্ত বিলাসিনঃ স্যাদারাম রম্যাত্বমতি প্রসারি । ৯৬৪
যন্নামতূনাং পৃথগেব সংচেৎ পদানি তত্তৎ স্বগুণৈঃ স যত্র।
বৃন্দাবনেন্দুঃ প্রতিবাসরং তং সর্বর্ত্তু লীলানুভবং তনোতি । ৯৬৫
তথাপি সর্বোত্তর এবনিত্যং বৃন্দাবনেঽস্মিন্ প্রণয়ন্তি সেবাং।
যেষাং প্রসূনৈঃ কৃতভূষণাস্তাঃ বৃন্দাবনেন্দুং প্রণয়ন্তি গোপ্যঃ । ৯৬৬

ফুংঙাইবা পীনবীহৈবা নিতাই কোবা ইবুংঙো
নরোত্তমনা নিজরি
থম্মোইনুংদা লানবীয়ু।

### ঝুলনলীলা, বসন্ত উৎসব—

ঙরী বারীগী কুঞ্জ অমদি লৈ-গু শাৎপা অচম্বা তাইবং মীরমলেংগী মতৌনা তিল্লবন্থ লাইরমলেনগী অঙকপা মীওইশিং ফাওবগী মপূক্কিঙ গুক্ষংপা অদুগুম্বা বৃন্দাবননি। কেবা হৈবা নিংথৌগী লৈকোনগুম মসিগী মায়কৈ পূইমক্তা ফুংঙাইবা পোকহনবা অসিগুম্বা তাইবঙ পানবগী মতৌঙনা পূক্কিঙ হূবা ওইরবসু বৃন্দাবন অসি মীয়মলেনগী ওইবা পোৎতি নত্তে। মসিগী তোঙান তোঙানবা মফম তক্কখক্তা ঋতু তরুকী লেঙদবা মফম লৈ, মফমশিং অসিদা মাগী মাগী মশক মগুণ তোপ্পা তোপ্পা লৈনবনা তোঙান তোঙানবা নুংঙাইবা কংহল্লি। বৃন্দাবনগী থা ওইবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অসিগুম্ব ঋতুশিংগী তোঙান তোঙানবা নুংঙাইবা অত্থ হুমিৎ থুদিঙগী ওইনা বৃন্দাবন অসিতদা পূন্না থোকহল্লি।

অসিগুম্বা বৃন্দাবন অসিদা পুন্নপ লৈমিন্নরুনা ঋতুশিং অসিনা মতম পূম্নমক্তা লাইরমলেনগী নুংঙাইবা অত্থ পীদুনা সেবা তৌই। অসিগুম্বা তোঙান তোঙানবা ঋতুশিং অসিদা শাৎপা লৈ-ভনা লেংথংনবী গোপীশিংনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু থুক্কমজখি ।। ৯৬৪-৬৬

(১) লৌকিকবহ্ম্যাদীদং

বৃন্দাবনেন্দোঃ সকল প্রিয়ানাং বৃন্দাবনেঽস্মিন্ বিলসন্তি কুঞ্জাঃ।
ব্রহ্মানুভূতী(তে ?)রপি মোচয়ন্তি যেষাং দ্যুতিনাং কলয়াপি পুঞ্জাঃ ।। ১৬৭
স কল্পবৃক্ষস্তদধো নিকুঞ্জঃ তন্মন্দিরাণ্যপ্যতি চিত্রকানি ।
যাবন্মুকুন্দ প্রিয়য়োপি সন্তানি ভবন্তি তাবন্তি ন তা বিদন্তি ।। ১৬৮
গোবিন্দভূমীতি পুরাণগীতং যৎ যোগপীঠাখ্যমপীহ তন্ত্রে ।
শ্রীরাধয়া শ্রীপ্রিয়বন্ধুযোগধাম নিকুঞ্জরাজং নিগদাম নাম ।। ১৬৯
যদ্দক্ষিণে রাজতি রাজকেলি দোলস্থলী যাঽতি বিচিত্র শিল্পা ।
আনন্দবৃন্দাবন এবযস্যাঃ স্বরূপ শোভাতিশয়েন যস্যঃ ।। ১৭০
শ্রীকবিকর্ণপূর গোস্বামিকৃতানন্দবৃন্দাবনচম্পূনাম মহাকব্যে চ
শ্রীবৃন্দাবন এব কাপি বলতে (১) দোলোৎসবস্থস্থলী
যং প্রান্তে সমারোহপিতেব পরিতঃ কল্পদ্রুমানাং ততিঃ ।
শাখাগ্রৈরতিরেতবং সমপরিষ্বক্তেব লেখান্বিতা
কাণ্ডানাম্ঋজুদীর্ঘ-বৃত্তবপুষাং মধ্যেষু শূন্যান্তরা ॥ ১৭১

---

বৃন্দাবনচন্দ্র শ্রীকৃষ্ণগী চান্নথোইবী নায়িকা পুন্নমক্তী তোপ্পা তোপ্পা লৈবা কুঞ্জ অমময়া বৃন্দাবন অসিনী নিংথিবা হেনহল্লি। ময়াম অসিগী অপূনবা শুঞ্জ ( কুঞ্জ ময়োন ) অমসু লৈ। মদুগী মঙাল্দি থোইদোক্না নুংঙাইবগী মশক্নি। মতুগী কনা অমত্তনসু সচ্চিদানন্দগী মশক ওইবা বন্ধগী মশক শঙবা ঙম্মী। মফম অসিদা হৌবা কল্পবৃক্ষগী মখাদা নিকুঞ্জ-সঙ্গাই লৈ অদুগা ভগবাননা নুপী কৌজবী গোপীমকুসু শঙদবা অসুক্কী মতিক অঙকপা ফংবা অতৈ মন্দির কয়া কয়া অমসু লৈরি ॥ ১৬৭-৬৮

পুরাণশিংনা হায়—মসি গোবিন্দগী ভূমিনি। মফম অসিদা 'যোগপীঠ' হায়না কৌবা পীঠ অমা লৈ, মদুব শ্রীরাধাকৃষ্ণ অনিমক্কী ধামনি অসুম্না হায়। মদুব 'কুঞ্জরাজ' হায়নসু কৌনৈ। মসিগী মখা থংবদা 'রাজকেলি দোলস্থলী' কৌবা মফম অমা লৈ। মসিদা অঙকপা ফংনা খুং শা হৈবগী থবক তৌরি। মসিগী ফজমনবা মতৌতনা বৃন্দা-বন পুম্নমকপু নুংঙাইবতনা পূমথন থলহনবগুম তৌরি ॥ ১৬৯-৭০

শ্রীকবিকর্ণপূর গোস্বামীনা লেংবা 'আনন্দ বৃন্দাবন চম্পূ' হায়না কৌবা মহাকাব্যদা অসুম্না হায়রি মতুদি—করিগুম্বা যাহৈ অমত্তনা বর্ণন তৌবদা য়োঙমত্রবা অতুগুবা দোল-শান্নফম অমনা বৃন্দাবন অসিদা ঙাল্লি। মদুগী অকোয়বদা কল্পবৃক্ষমক্তগী পয়েং পয়েং হৌরি। মখোয়গী মউশিং অদু চুমথ্রিঙ চুমথ্রিঙ চুম্মী, শাংই অমসুং যাংই—মপূম ময়ৈ মায়ৈ। অনি অনিগী লোম্নবদা লৈবা অহাঙবা মফমশিং অদু অমগা অমগা অয়াও অথু চপ চপ মায়ৈ। অদুগা মথক্তনা মহৈ মহৈ মখা ময়েং লোনশিন্নৈ, য়েংবদা অয়েকপা লাইগুম নিঙথিজৈ ॥ ১৭১

(১) দোলোৎসবীয়

কিঞ্চ—

মহা হরিম্মণি চত্বঃ প্রাচীরতাং গচ্ছতাং
চঞ্চচ্চামর-চীন-চেল-সকল-প্রালম্ব মুক্তাস্রজাং।
নানারত্ন-ফল প্রসূন-বিহগ-শ্রেণীজুষামন্তরে
প্রাংশুঃ কাচন কাঞ্চনেন রচিতা বেদিশ্চতুষ্কোণিকা ॥ ১৭২
যৎ কোণেষু চতুর্ষু চারুবিটপৈরন্যোন্য সংসর্গিণ-
শ্চত্বারো হরিচন্দনাঃ প্রসরিণঃ সৌন্দর্য্য-সারশ্রিয়ঃ।
যৈঃ শাখাভিরকারি কশ্চন চতুর্দ্বারশ্চতুঃ সম্ভবান্
ভাস্বদ্রত্ন চতুচ্ছদিঃ প্রসৃমরস্তম্ভো মণিমণ্ডপঃ ॥ ১৭৩
যচ্ছাখাগ্র বিলম্বিনীভিরনতিস্থূলাভিরান্দোলিনী
বদ্ধা কাঞ্চন রজ্জুভির্বিজয়তে প্রেঙ্খোল খট্টা হরেঃ।
যা প্রাগ্দক্ষিণ পশ্চিমোত্তরগতে তুল্যে সমস্তাঙ্গুলে
সর্ব্বাভিমর্ম সম্মুখীভি ককুভা লক্ষ্মীভিরালোক্যতে ॥ ১৭৪
দ্বয়োর্দ্বয়োঃ স্কন্দ (স্কন্ধ) বিলম্বিনীভি-
র্বদ্ধা দৃঢ়ং কাঞ্চন শৃঙ্খলাভিঃ।

মায়কৈ মরিমক্তা অথংবা মণিগী চেকপম্না কোয়শিল্লি—মতুগী মথক্তনা অপাবা নিঙখিবা কিনা মুখল ওইনা য়াঙুরি, চামরসু হাইরি, মুক্তা পরেং পরেংসু য়াম্বুরি। মথল মথা অয়াম্বা হৈ-লৈনা ইথন থল্লি, উচেক্তা পরেংনা নিঙখিজল্লি, মদুগী ময়ায়দনা চিংেক মরি নাইবা সনানা শাবা বেদী (পুং) অমা লৈ। অসিগুম্বা সনাগী বেদী অসিগী চিথেক মরিমক্তা অমগা অমগা মথা য়েৎশিন্নদুনা অা-চন্দন পাম্বী মরিথক হৌরি—মথোর অদু য়েংবদা অঙকপা অমদি ফজবা পূম্নমক্কী মচিগুম নিঙখিজৈ। পাম্বী মরি অসিগী মথা মরেংতনা বেদী অসিগী মথক্তা খঙ্কিন্দুনা অবাংবা মাঙোপ অমা মালহল্লি অদুগা মায়কৈ মরিমক্তগী মথামরেংশিং মতুনা খাঙ মরিথকসু কাংলি। মসিগী মায়কৈ মরিমক্তা মণিতনা ইঙান ওাল্লি ॥ ১৭২-৭৩

উশিং অদুগী অবাংবা মথাদগী য়াঙ্গুরকপা খোইনা চাউদবা সনাগী থৌরীনা পুন্দুনা শ্রীহরিগী তোংকম দোল (কম্পাক) অদু য়াল্লি। নোংপোক নোংচুপ অমদি খা-ঙাং মায়কৈ মরিমক্তা অরাও-অথু চপ মান্নবা ময়ায় চানা দোল অদু লৈবনা মায়কৈ ওাকপী লাইরেম্বীগুম কোয়না লেপ্পুনা য়েংলবী গোপীশিং অদুনা মাগী মাগী মমাঙদা অদম্মক উনবা ওমথি ॥ ১৭৪

উপাল অনি অনিগী মথাদা য়ানবা, সনাগী য়োংজীনা (থৌরী) কন্না পুনবা, অমগা

সমানারেখাবদ্ধমুচ্চনীচাঃ
প্রেঙ্খোলিকানাং শত যশ্চতস্রঃ ।। ৯৭৫
বৃন্দারণ্যভুবঃ প্রণাম বিধিনা (১) দিক্ষু ভ্রমাৎ বিশ্লথাৎ
মুক্তা কঞ্চুলিকাঃ স্থিরেণ মরুতা ধার্য্যাস্তু এতাঃ কিমু ।
স্বস্বস্থান সমীপতঃ কিমথবা তদ্দর্শনার্থং মুদা
পৌর্বাপর্য্যমপাস্য সাদর মধস্তারাবলির্লম্বতে ।। ৯৭৬
তদ্দূরেণু লিলিপ্সয়েব নভসঃ শ্রীণাং রসজ্ঞাকুলৈঃ-
স্বঞ্চচ্চঞ্চল চারু চীনসকলৈরান্দোলবল্লির্বৃতা ।
মন্দস্যন্দি মরুদ্বিধূনন মৃদুপ্রেঙ্খোলমুক্তামণি
প্রোৎস্বাচল কিঙ্কিণীকুল কলস্বানৈঃ শ্রবঃ প্রেয়সী । ৯৭৭
পর্য্যান্তেষু সমান চামর চয়ৈর্জ্যোৎস্না তাড়া গোদরাৎ
উড্ডীতৈরিব হংসকৈর্গগণাজ্জঃ কিম্বা সিতাম্ভোরুহৈঃ ।
মালানামপি খণ্ডকৈস্তত ইতো নানা প্রসূনোজ্জ্বলৈঃ

অমগা পরেং মাম্নবা, অমাও অথূ মাম্নবা, অনেম-অৱাংস্নু মাইদবা পোৱী ( হোৱী ) বান্দোং-পরেং পরেংস্নু মারক মরিমক্তা লৈরি ॥ ৯৭৫

হোৱী-বান্দোংশিং অদুবু যেংবদা, বৃন্দাবন ভূমি অসিবু খুরুমজনবা লাক্লবী মায়কৈ-ঙাকপী-লাইরেম্বীশিংগী-মণি-মুক্তা-থামজনা শাবা থবাক-য়েৎ মথৈনা মাগী মাগী মফমদগী নাম্থনখিদূনা মচু মইহৈ চপ মান্নমন্না মুংশিংনা মখোয়বু লেঙহন্দনা লমখাঙদা য়ান্দূনা থম্বা ওইনা অমদি থবান্নিচাক পরেং পরেংনা ভগবানবু খুৱয়জনিঙদূনা মাগী মাগী মফম থাদোক্লরমজনা মাঙ-তুং অনিমক থাদোক্লগা ( পরেং মথমনা ) অরেপ্পা মাগী মাগী মফম অমমম কন্নদূনা য়াম্না লুনা মখাদা য়ান্দূনা লৈনরবগুম উরি ॥ ৯৭৬

বৃন্দাবনগী উকূললক্তা তিন্দুনা মদূগী নুংঙাইবা অদুবু ফংজনিঙবনা লাওতক্লরবী— তফিং তফিংনবদগী ফাজি ফানা পূমক ফর ফর হাইবা—নিংথিজবা অপাবা ফীজোমা লৈতেংনবী অদুগুম্বী লাইরেম্বীশিংগী লৈতেংগী মথক ওইবা, চপ্পা শিৎপা নুংশিৎনা হাই হমহনবা-মণি মুক্তাগী লৈতেং মখোনাগুম অমদি থাঙদা য়াম্থরিবা কিঙ্কিণীগুম মুংশিবা মখোল খোকহনবা অদুগুম্বা 'দোলস্থলী' নি ॥ ৯৭৭

অসিগুম্বা বৃন্দাবন অসিগী মায়কৈ মরিমক্তা—থাবলগী মথক ওইরবা পুথ্রী ময়ায়-দগী লাইথৎনরকপা মথক চপ মান্নবা উবোক পরেংগুম, আতিয়া-পুথ্রীদা শাৎপী থবাল অঙৌবা মপৈগুম, পরেং চানা লেংবা অংৎপা লীক্লাং মতং মতৎকুম অমদি উমংলাই-

(১) দিকসুভ্রমাৎ—থূৎইদা

স শ্রদ্ধং বনদেবতা পরিষদা সঞ্চস্করে সা পুনঃ ॥ ১৭৮

ধূপৈরাগুরবৈর্মহাস্বরভিভিঃ সক্কুযলেখোল্লসৎ
কর্পূরস্য সরেণুভিদিগবলা লোমাবলী সন্নিভৈঃ।
চোত্তর্দ্রুমকরন্দবিন্দুনিকরৈঃ (১) কল্লক্রমাশৈর্মুহুঃ
(২) সৌরহশ্চাভিশয়ং বিশিষ্য গমিতৈঃ সাধূপিতাসীৎস্থলী ॥ ১৭৯

শ্রীগোবিন্দ লীলামৃতে—

পর্যাঙ্কস্থৈঃ প্রিয় পরিজনৈশ্চারু দোলায় মানৌ
বৃন্দাত্যাভির্জয় জয় জয়েত্যুচ্চমানৌ সমন্তাৎ।
লীলা লোলং স্বয়মপি মুদা কেলিধূলীঃ কিরন্তৌ
রাধাকৃষ্ণৌ যুবতি নিকরৈ রেজতুঃ কীর্যামানৌ ॥ ১৮০
ভিন্দোলিকায়াং সহ সালিবৃন্দৈরান্দোলিতায়াং বলবচ্চলন্ত্যাং।
উদ্বল্লিতাঙ্গী চকিতাক্ষি (৩) পদ্ম সালিঙ্গ্যকান্তং ললনাললমে ॥১৮১
তয়োঃ ভ্রশ্যৎ কেশং (৪) মিথঃ ইব (৫) চলং কুন্তলযুগে
তথা চঞ্চৎকাঞ্চীস্তবকপটলং তৎসমুদয়ে।

শিংনা মকম অসিবু মথল মথা অয়াম্বা লৈ পরেং ময়াম্না লৈতেংলম্বগুর—চামর মপৈ মপৈনা নিঙথিরি ॥ ১৭৮

অসিগুম্বা শান্নকম অসিদা মনম হুংশিরবা অগুরু চন্দনগী-ধূপকী-মৈথু মমীনা মকম থদিঙ শীনবং-থংবনা মায়কৈ ডাকপী লাইদেম্বীশিংগী মশাদ, হোৌবা তু গী পরেংগুম নিঙথিজরি। অতগা কল্পবৃক্ষশিংনা অতংপা লৈতনা অমুংগী মশক গুইবা লৈহী খীকথরকপনা দোলস্থলী অদুবু হেন্না মনম হুংশিলবগুম নিঙলি ॥ ১৭৯

শ্রীগোবিন্দলীলামৃতদা হায়রি—

চান্নবী সখিশিংনা নাকল অনিমক্তা লেপ্তু না শ্রীরাধাকৃষ্ণবু দোলগী মথক্তা কাইরি। বৃন্দানচিংবী সখিশিংনা খোঙ্গেল হাংনা মায়কৈ মখিদগী জয় জয়কার লাউনরি অতুগা অময়া শান্নবদা পুক্নিঙ লুপ্লবা শ্রীরাধাকৃষ্ণনা অকোয়বদা লৈরিবী সখিশিংদা মনম হুংশিরবা চন্দনমকূপ চাইশিলি, সখিমপৈ অদুনসু রাধাকৃষ্ণদা চন্দনমকুপ্নচিংবা চাইশিলি। অসুম হোৌড়না গোকুল-নুপী মপৈ অদুগী মরক্তা শ্রীরাধাকৃষ্ণনা ঙাল্লোইরি ॥ ১৮০

সখিশিংনা কয়া কয়া দল হাইরকপগা লোয়ননা মশাসু কাইরক্লবদা ওকপা কিবদগী মিৎন্না উথক উথক্রবী শ্রীরাধানা মবুংডো শ্রীকৃষ্ণদা চেৎনা কোনশিন্নরক্লে। অসুম্না কয়া কয়া হাইরক্লবদা অনিমক্কী শমজোই চাইথোক্লরক্লে, খাঙ্গলাক মচানগী চামর মত্তোনসু

---

(১) কল্লক্রমেভ্যো (২) সৌরভাতিশয়ং—পুৎইদা লৈবা মওঙ (৩) কিলচঞ্চলাক্ষী
(৪) কৈশ্যং (৫) ইহ

পরিম্লায়ন্মাল্যদ্বয়মপি চলৎ কঙ্কণ রবৈঃ (৬)
দৃঢ়া(৭) দোলান্দোলে সতি সপদি সন্দানিতমভূৎ ।।১৮২

গীতাবল্যাঞ্চ— আশাবরী রাগঃ—

নিপতন্তি পরিতো বন্ধন পালী
তং দোলয়ন্তি মুদা সুহৃদালিঃ ।
বিলসতি দোলোপরি বনমালী
তরল সরোরুহ শিরসি যথালিঃ ।। ধ্রু ।।
জনয়তি গোপীজন করতালী
কাঽপি পুরো নৃত্যতি পশুপালী ।
অয়মারণ্যজ মণ্ডল (১) শালী
জয়তি সনাতন রস পরিপালী ।

কর কর হাইরক্লে, খুজি-নাশি মখোল তারক্লে অচুপ অনিমক্তা শিনরিবা লৈ-পরেং মখৈস্ত নুংশিৎনা হুমদোক্তনা অমগা অমগা কন্না য়েৎশিন্নরক্লে। (গোবিন্দ-লীলামৃত ছাপাহদি মযেক থেন্নবনা অর্থসু খরা মায়দবগুম তৌই) ॥ ১৮১-৮২

গীতাবলীদা অমন্না বর্ণন তৌরি মহুদি - (আশাবরী)

দোলগী থক্তা ভাহৌহৈরি বনমালীনা
থাপ্না বাংনা হাইরি থৌরীবান্দোংনা
হেন্না কন্না হাইরি সখিশিংনা চৎলাউরি
নোমনোম্বী থম্বাহ্‌কী খোইমুগুম
ভাল্লিয়ে শংবানবা (শ্রী) কৃষ্ণনা।
নোমনোম তৌবী থম্বালগী
লৈকা মানবা সখিনা
খুবাক ভাম্বা হরাউরি।
কনাগুম্বী সখিনা
মাওদা জগোই শানরি।
বনগী লৈনা লৈতেংবা
সনাতনগী মবুংভো
রসরাজনা জয় ওইরি।
(রসকী মশক ওইরবা সনাতন ভগবাননা জয় ওইরি)।

(৬) রবে (৭) দৃঢ়ান্দোলান্দোলে (১) মণ্ডল

* হরিবোল কুটিরগী উঃ নীঃ টীকাদদি অহানবগী লাইন অসি 'ধৃতচন্দ্রাবলি'না হৌবা লাইন অসিগী মথংদা লাকই।

# অথ বসন্তোৎসবঃ

## বসন্তরাগঃ—

**মধুরিপুরত্ববসন্তে—**

* খেলতি গোকুল যুবতিভিরুজ্জ্বল পুষ্পসুগন্ধ দিগন্তে ।। ধ্রু ।।
প্রেম করম্বিত রাধাচুম্বিতমুখবিধুরুৎসব শালী ।।
ধৃত চন্দ্রাবলি-চারুকরাঙ্গুলিরিহ নবচম্পকমালী ।
নবশশিরেখালিখিত বিশাখা তনুরথ ললিতা সঙ্গী ।
শ্যামলতাশ্রিত বাহুরুদঞ্চিত-পদ্মাবিভ্রমরঙ্গী ।।
ভদ্রালম্বিত শৈব্যোদীরিতরক্তরজোভর ধারী ।
পশ্যসনাতনমূর্ত্তিরয়ং ঘনবৃন্দাবনরুচিকারী ।

(২) বিহরতি সহ রাধিকয়া রঙ্গী *
মধু মধুরে বৃন্দাবন রাধসি হরিরিহ হর্ষতরঙ্গী ।। ধ্রু

**হুজীক বসন্ত উৎসব কী ( কৃষ্ণে ) মরমদা হায়রি—**

**( বসন্তরাগ ) ঃ—**

ফৃগায়না শাৎলবা নিংথিবা লৈগী লৈনমনা মায়কৈ তরামক শীনবা থুংলবা অহুগুবা বসন্তদা ঙসি, মধুরিপু ( মধু হিংচাবগী য়েকবা ) শ্রীকৃষ্ণনা মখোনকাবা গোকুল-নূপীশিংগা শায়রি। প্রেমনা থল্লবী-হরাউ ভুজুংলবী রাধানা শ্রীকৃষ্ণবু চুম্বন তৌহনবদগী কৃষ্ণগী খাজ-মায়থোং অদুম্ব হরাউবনা মকারামাখ। পোমশাংনবী লৈহাউ-লৈরেন মানবী মথৎনা চন্দ্রাবলীনা শ্রীকৃষ্ণগী খুৎ পায়তরি। তনৌ তনৌয়বা থাগী মশেক্না মথা অপুম্বহ শারবপগুবী বিশাখানা ললিতা লোয়নন। কৃষ্ণগী নাক্তা থোগনি। শ্যামসুন্দর ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী লমচৎ মতুং ইন্না পদ্মানাথিস্ব অনৌবা উরী-মানবী মপাথোমনা অতিনম তৌদুনা থোগনি। মনম নুংশিরবা আবেরনচিংবগী মহীনা থল্লবা পাত্র অমা ভদ্রা কৌবী সখিনা পায়রগা শৈব্যা সখিনা কাপাশিল্লকপা মনম নুংশিররা অতাংবা মহী অহুনা অমুক হেন্না শ্রীকৃষ্ণগী নিংথিবা ওইহনি। শুক্রবা বৃন্দাবন অসিবু মচু মবেবনা অমুক্তা হেন্না নিংথৎহল্লিবা, অদুগুম্বা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী সনাতন মূর্ত্তিবু য়েংজো॥

| | |
|---|---|
| হুংজাইবা ঈপাক্ত তাউরি | কাংখেলদা লুপলি |
| বসন্তদা নিংথিরি | রাধিকাগা লোয়নরি |
| নিংথিবী মতুনা মপান্দা | শ্রীহরিনা শায়রি ।। ধ্রু |

---

হরিবোল-কুটিরনা কোংবা উঃ নীঃ গী টীকাদদি (১) (২) থারিবা অহুমা মথক মথা ওজা লৈ

* সঙ্গী—গীতাবলী

**বসন্তরাগ এব—**

(১) বিকিরতি যা'ন্তরিতমঘবৈরিণিরাধা কুঙ্কুমপঙ্কং
দয়িতামযমপি সিঞ্চতি মৃগমদরসরাশিভিরবিশঙ্কং।
ক্ষিপতিমিথোযুবমিথুনমিদং নবমরুণতরং পটবাসং
জিতমিতি জিতমিতি মুহুরপি জল্পতি (১) কল্পয়দতনু বিলাসং॥

(২) সুবলো রণয়তিঘনকরতালীঃ জিতবান্ জিতবানিতি বনমালী
ললিতা বদতি সনাতনবল্লভমজয়ৎ পশ্যমমালী॥
এবমহরহরহো রহো বিলাসাম্বুধেস্তস্যনিত্যভূতঃ
প্রকটাপ্রকট ভয়ৈব সমুজ্জ্বলস্তুতেস্য।
ন তস্যাস্তে শক্তির্ন হি ভবিতুমীদৃক্ প্রভবতো
ন সিদ্ধাদেৰ্ভেদান্বকমল দৃশস্তাশ্চ বিবিধাঃ॥
ন বৃন্দারণ্যাস্থাহ'িত ন খলু তস্যাঃ প্রকটতা

---

**বসন্তরাগ—**

রাধানা পিচকারী পা'য়রনা ইন্দ্রবু মায়থ'বা পীব' ঙম্বা শ্রীকৃষ্ণদা কুঙ্কুমনচিংবা মনম হুংশিন্নবা আবের মঠী কাপশিল্লি। গোকুলগী গোপীশিংনা ঈথন থম্না লৈগ্রবসু রাধানা, চিংনবা লৈতনা অসুম্ন কস্তুরীনচিংবনা মনম হুংশিহন্নবা মঠী কাপশিললি। অসুম তৌদুনা রাধ কৃষ্ণ অনিনা পিচকারীনা মহৈ মহৈ অত্তাতবা মচু কাপশিন্নরি, অদুগা নিঙ'থজবী মায়থোংনা রাধ'না 'ঐনা ঙমলে, ঐনা ঙমলে' হায়না লাউরি। হৌনা থুবাক খুদনা সুবলনসু লাউরি—'বনমালীনা জয় ওইরে, জয় ওইরে' হায়না। ললিতানসু লাউরি—'সনাতনগী মবুংঙো (ক'বগী মবুংঙো) বুমু ঐগী ইতানা ঙমলে, ঙমলে' হায়না।

মতৌ অসুম তৌনা নিত্তি হুনিং থুনিঙগী অঙকপা থৌওঙনা তিন্নবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী অসিগুম্বা বসন্ত-লীলা অসি কবুন শাইন্নে। কবিগুম্বদনা ঈফোং কোংনা অহগা কবিগুম্বদনা লোম্না থুপ্না। অসুম তৌবা মপান নাইদবা শকলোন-ময়াম পুথোকপা ঙম্বগী পাংগল লৈতবা নত্তবা, মিরম্না থম্বাল মানবী নিঙথিজবী মথোন-কাবী-নুপীগী মথল কয়া কয়া থোক্না লেম্বা ঙম্বগী সিদ্ধি বাত্তনা লৈতবা নত্তবা, অদুগা অসুম তৌনা বৃন্দাবনদা ঈকোং কোংনা শাম্নবা ঙম্নবগী শক্ত লৈতবসু নত্তবা অদুগুম্বা শ্রীহরিনা শাম্নববু করিগী হুনিং থুনিঙগী ওইব' য়াদকম লৈবগে?

অসুম তৌনা বসন্তনাচিংবা ঋতু পুম্নমক্তা শাম্নবা হোলিনচিংবা হয়াউ কুম্মৈ, হিন্দোল লীলানচিংবনা অহিং মুংথিল পুম্নমক থলহন্দুনা অসিগুম্না শাম্নবা— মপাল নাইত্রবা লীলা

---

(১) কল্পিত (২) সুবল—পাঠ

কথংতস্মিন্নিত্যং ন ভবতু হরেঃ কেলি ললিতং ॥

এবং বসন্তাদিষ্বপি হোলিকোচ্ছ্বদানাদি হিন্দোল'দি লীলাযুক্তমন্তর্গত রাত্রিন্দিবানন্তলীলং যদেব বর্ষং যাতি তদ্দেববর্ষং পুনঃ পুনরায়াতি। তে কৃষ্ণস্য তদেব কৈশোরমাদিমমন্তিমং বা স্থিরমেব তন্মাত্রাদীনামপি ক্বচিৎ দ্বৈবার্ষিকঃ ক্বচিৎ ত্রৈবার্ষিকঃ পাঞ্চবার্ষিকাষ্টবার্ষিক এব কৃষ্ণ ( ইতি ) যোগমায়য়ৈব প্রত্যায়নমিতি ॥

অথ প্রপঞ্চাগোচরলীলাস্পদস্য বৃন্দাবন প্রকাশস্য নিত্যত্বে প্রমাণানি দর্শ্যন্তে যথা—

রুদ্রযামলে রুদ্রগৌরী সম্বাদে—

বীথ্যাং বীথ্যাং নিবাসেঽধরমধু সুবচস্তত্র সন্তানকানা-
মেকেরাকেন্দুকোট্যা উপবিশদ করাস্তেষু চৈকৈক মস্তে।
বামে রাত্রেবিরামে সমুদিত তপন-জ্যোতি সিন্ধুপমেয়ঃ
রত্নাঙ্গানাং সুবর্ণাচিতমুকুরকচাস্তত্ভা এবেক্রমেয়ঃ ॥ ১৮৩
যৎ কুসুমং যদা মৃগাং যৎ কলঙ্ক বরাননে
তত্তদেব প্রসূয়ন্তে বৃন্দাবন সুরদ্রুমাঃ ॥ ১৮৪

অদি লাইগী চহি ( দৈববর্ষ ) চুপ্পনি। অসিগুম্বা মওঙ অসি হন্না হন্না অহুম ওন্দুনতা লোইবা নাইরকত্রিবনি।

তোঙান তোঙানবা লীলাদা ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী অঙাং ওইবা, পুংকক চাউবা, অমদি অরোইবা মতমগী অবস্থা— অসিনচিংবা চহি মতাং মতাং অদু লীলা লীলাশিং অদু শাম্নবা থুদিঙদা অচুম্মক তেক তেক লেঙদনা লৈ। মমা ইবেম্মা যশোদানাচংবনসু হায়-বিবসিগী মতুং ইন্না কবিগুম্বদা চহি অনিগী, করিগুম্বদনা চহি অহুমগী, চহি মঙাগী, নিপানগী ওইনা হেক হেক উই। মসিগী মরমদি যোগমায়াতনা থোকহনবনি।

মীয়ম্লেনগী মত্তৌ নত্তবা হায়বদি অরোনবা ( কোংদোক্তবা ) ওইবা, মীনা খঙঙম-দ্রবা লীলাশিং অসিনা বৃন্দাবন্দা শান্নদুনতা লৈ হায়বসিগী মরমদা রুদ্রযামল কৌবা লাইরিক্তা রুদ্রগৌরী সংবাদ ওইনা ইদুনা প্রমাণ তৌরি মতৌদি—

বৃন্দাবনগী লম্বী লমতুপ থুদিঙদা পুর্ণিমা থানিন কোটি অমদগী হেন্না অহিংদা মঙাল চাউবা, নোংঙাল্লগনা সমুদ্রগুম-পাক চাউরবা-মুমিৎকুম ঈরা ঈরং লংবা, মণিগী-মশক-ওইরবা-সনাগী-উকমদা-হাপ্না অদুগুম্বা মণিগী শকয়েং-মিংশেলগুম্না মঙাল চাউবা 'সন্তান' হায়না কৌবা অথোইবা কল্পবৃক্ষশিং অদু হৌরি। অসিগুম্বা কল্পবৃক্ষশিং অসিনা অপাম্ব অপাম্বা মতমদা থুদক থুদক্তা হৈ-লৈনচিংবা হেক্তমক কংহল্লি ॥ ১৮৩-৮৪

অর্থশ্চ—

হে অধরমধুবচঃ—অধরমধুতুল্যানি সুবচাংসি যস্যা-
স্তথাভূতে গৌরি। তত্র শ্রীবৃন্দাবনে রত্নাঙ্গানাং সন্তান-
কানাং মধ্যে একে ক্রমেন্দ্রারাকেন্দু-কোট্যা উপবিশদকরাঃ॥
হে বামে তেষু সন্তানকেষু একে রাত্রেবিরামে সমুদিত
তপনদ্যোতি সিন্ধূপমেয়াঃ কমন্তে বিরাজন্তে তেভ্যস্তানপ্য-
তিক্রম্য এইককমন্তে ॥ কথম্ভূতাঃ—
সুবর্ণাচিত মুকুরকং ইতি (ইব)। তত্র চ যদা যংকুসুমং
মৃগ্যং ভবতি ফলং বা তত্তদেব বৃন্দাবনেষু সুরদ্রুমা এব প্রসূয়ন্তে।

এবং নারদ পঞ্চরাত্রে চ শ্রুতিবিদ্যা সম্বাদে—

অহো (১) বৃন্দাবনে তত্র কেলি বৃন্দাবনানি চ।
বৃক্ষাঃ কল্পদ্রুমাশ্চৈব চিন্তামণিময়ীঃ স্থলী ॥ ৯৮৫
ক্রীড়া-বিহঙ্গ-লক্ষঞ্চ সুরভীনামনেকশঃ।
ননাচিত্র বিচিত্র শ্রীরাসমণ্ডল ভূময়ঃ ॥ ৯৮৬
কেলিকুঞ্জ নিকুঞ্জানি নানা সৌখ্যস্থলানি চ
প্রাচীরছত্ররত্নানি যথাঃ শেষস্যভাস্যাহো ॥ ৯৮৭

অর্থদি—মহাদেবনা পার্ব্বতী য়েংতনা হায়রকই—'হে হাঙাঙ নিঙথিবী। অসিগুম্বা বৃন্দাবনদা হৌরিবা 'সন্তান' হায়বা উপালশিং অসিগী ময়ক্তা খয়দি পুর্ণিমাগী মপুং ফারবা থানিন কোটি কোটিগী মন্থান চেল্লি। নোং ঙাল্লগনা নুমিৎ থোকপগুম্বা সমুদ্র-মক্তুগীস্থ কেন্না পাকথোক চাউথোক্না সনাগী উফমদা হাপ্পা শকয়েং-মিংশেন-মঙানগুম অথকপা অরংবা মঙান্না তিল্লি। অসিগুম্বা উপানশিং অসিনা অপাম্বা খুদক্তা হৈ-লৈন-চিংবা পুম্নমক বাত্তনা হেক্তমক ফংহল্লি।

মওঙ অসুম্না 'নারদ পঞ্চরাত্র'দসু শ্রুতিবিদ্যা সংবাদ ওইনা ইরি মতুদি—

অঙকপগী মশক ওইরবা বৃন্দাবন অসিদা মথল মথা অয়াম্বা বন থিবীক শেমদুনা লৈ। উপাল পুম্নমক কল্পবৃক্ষমক্তনি, মফম পুম্নমক অদুনা চিন্তামণি (থোকহল্লিঙবমখৈ থোকহনবা মণি মথল অমা)গী মশক্নি; মনিঙ তৌনা শাম্নবা উচেক লখা লখাগী চাক্তাফমনি, কামধেনুশিংগীস্থ তুংনফম্নি। অঙকপা নিঙথিবা-মচু মমেন্না তিনবা শ্রীরাস-মণ্ডলগী মশক্নি। শাম্নবা, নিঙথিবা উয়াগী কুঞ্জ নিকুঞ্জ কয়া লৈ, হুংঙাইরবা মফম কয়া কয়াসু শেমলি। মণিগী চেকপন-মথক্তা-থিল্লিবা-ছত্র মতোন্দা-থাম্বা-মণিশিং অদুনা অনন্তগী মতোক্তা লৈবা মণি ময়ামগুম নিঙথিজৈ ॥ ৯৮৫-৮৭

(১) বৃন্দাবনং—থুংইদা

যচ্ছিরোরত্ন (১) বৃন্দানামতুল্যচ্ছাতি বৈভবং।
ব্রহ্মৈব রাজতে তত্ররূপং কো বক্তুমর্হতি ইতি ॥ ১৮৮
এবঞ্চ প্রপঞ্চাপ্রপঞ্চয়োর্দ্ধয়োরপি লীলয়োঃ
স বিশেষয়োরেব নিত্যত্বং ব্যবস্থাপিতং ॥

ইতি শ্রীকৃষ্ণ-রস-সঙ্গীত-সংগ্রহ ইত্যাদি তৎকরণ ফল-ভূত তদুদাহরণরূপ ব্রজলীলারসাদি দিক্ সন্দর্শনতঃ নিত্যত্ব স্থাপনং নাম ষষ্ঠপ্রকরণং ॥

## সপ্তমং প্রকরণং

বেদে রামায়ণে চৈব পুরাণে ভারতে তথা
আদৌ চান্তে চ মধ্যেচ হরিঃ সর্ব্বত্র গীয়তে ॥ ১৮৯

ইতি স্মরণাৎ অন্তে যথাক্রমং লীলা-গুণ-নাম-কীর্ত্তন রূপং মঙ্গল মারব্ধং শ্রীগুরুং বন্দতে। যথা—

শ্রীরাধিকামাধবয়োরপারমাধুর্য্য-লীলাগুণ-রূপ নাম্নাং
প্রতিক্ষণ স্বাদন লোলুপস্য বন্দেগুরোঃ শ্রীচরণারবিন্দং ॥ ১৯০

অসিগুম্বা অনন্তগী-মতোঙ্কী-মণি মপেগুম মঙান মথা চাউরবা শ্রীবৃন্দাবন অসিদা স্বয়ং পরব্রহ্মমরুপা ঙাম্মোইবীরবা অদুদদি মদুবু কনানা শীংথাকবা ঙম্ফম থোকপগে ? ॥ ১৮৮

মতৌ অসুম তৌনা ফোংদোকপা অমদি ফোংদোক্তবা মথল অনিমক্কী লীলা পুম্নমক মশক তোপ্পা তোপ্পা উৎলবস্থ মদু নিতনি হায়বা অসিমদি অঙম্বক দিক ওই।

শ্রীকৃষ্ণরস-সঙ্গীত-সংগ্রহদা মত সংগ্রহ তৌবগী ফল অদুগা থুদম্মচিংবগী মশক, ব্রজলীলারসনচিংবগী চাউখ্রাকপা মশক অমা তাকপা অমদি মতগী নিত্য ওইবগী মরম থঙহনবা হায়বা তরূক শুবা তাংকক অদু লোইরে ॥

### তরেৎশুবা তাংকক

বেদ অমসুং ভারত-রামায়ণনচিংবদা, পুরাণশিং অহৌবদা, ময়ামদা অমদি অরোই-বদা মকম পুম্নমক্তা শ্রীহরিগী গুণতমক শকে। মসি নিঙশিংদুনা অরোইবদা মথং মনাউ নাইনা লীলা-গুণ-কীর্ত্তনগী মশক ওইনা মঙ্গলাচরণ তৌজনবগীদমক অহানবদা শ্রীগুরুবু থৌনা থুরুমজৈ ॥ ১৮৯

শ্রীরাধা-মাধবকী মপান নাইদনা থুমলবা লীলা-গুণগী মশক ওইরবা নামনচিংবগী বর্ণন তৌবা মিৎকুপ থাদণ্ডমক্তা মদুগী রস চুপনিঙবনা লাওতরুবা অদুগুম্বা শ্রীগুরুগী খুয়া-থাম্বাবু থৌনা থুরুমজৈ ॥ ১৯০

(১) বৃন্দানামতুল্যোচ্ছাতি—থুংই

প্রবন্ধগানস্যোদাহরণ-মেন শ্রীকৃষ্ণলীলা সম্পচ্ছিরোমণি রাসবিহার সংগ্রহো লিখ্যতে—

## অথ রাসঃ

রাসোল্লাসতন্ত্রে—

একৈক গোপীকা পার্শ্বে হরেরেকৈক বিগ্রহঃ।
সুবর্ণগুটিকা যুগ্মে মধ্যে মারকতো যথা ।। ৯৯১
হেমকল্পলতা-গোপীবাহুভিঃ কণ্ঠমালয়া।
তমাল-শ্যামলঃ কৃষ্ণো ঘূর্ণতে রাস লীলয়া ।। ৯৯২
কিঙ্কিণী নূপুরাদিনাং ভূষণানাঞ্চ শিঞ্জিতৈঃ।
মাধবো রাধয়া সার্দ্ধং গোপীভিঃ সহ মোদতে ।। ৯৯৩
রাধা কৃষ্ণেতি সংগীতং গোপ্যো গায়ন্তি সুস্বরং।
রাধা কৃষ্ণো নরীনর্ত্তি হস্তকানুপদ ক্রমৈঃ ।। ৯৯৪

উজ্জ্বলনীলমণৌচ—

হরির্নবঘনাকৃতিঃ প্রতিবধূদ্বয়ং মধ্যতঃ পদং-(১)
স-বিলসদ্ভুজো ভ্রমতি চিত্রমেকোঽপ্যসৌ।

---

শ্রীকৃষ্ণ-লীলাগী মনুংদা থ্বায়দগী হেন্না মগুণ চেন্নবা অদুগুম্বা রাস-বিহারগী সংগ্রহবু প্রবন্ধগানগী খুদম ওইনা ইজরকে—

### রাসকী বর্ণন

রাস উল্লাসতন্ত্রদা হায়বা—

সনরীক অনি অনিগী মরক্তা থনবা মনি অশংবা অমমমগুম গোপী অমমমগী মনাক মনাক্তা শ্রীহরিগী মুং অমমমনা ওাল্লি। তমাল পাম্বীগুম কুচু শংবাম্নবা শ্রীকৃষ্ণগী ওক-শমদা সনা মচু মানবী গোপীশিংগী পাম্বোম উর্বীনা কোন্দুনা ( য়েৎশিন্দুনা ) অসিগুম্বা রাস লীলা অসিদা কোয়না জগোয় শারি ॥ ৯৯১-৯২

কিঙ্কিণী-নূপুরনচিংবা লৈতেংগী নুংশিয়বা-মখোলতনা নিম্নবা অ'সগুম্বা রাস শামকম অসিদা রাধা অমদি গোপীশিং লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণনা ওাম্বোইরি ॥ ৯৯৩

নুংশিবা খোঞ্জেলনা গোপীশিংনা রাধাকৃষ্ণগী নাম শোঞ্জরি. রাধাকৃষ্ণ অনিনা থুংকী অভিনয় অমদি নিঙথিবা খোঙথাংনা হয়া হয়া জগোই শামিম্নরি ॥ ৯৯৪

উজ্জ্বল-নীলমনিদা হায়রি—

ফুয়না হৌরকপা নোংগী কুচুগুম শংমুনবা অমত্তা ওায়বা শ্রীকৃষ্ণনা গোপী অনি

---

(১) ভদংসখিলসদ্ভুজো—থুংই

বধূশ্চ তড়িদুজ্জ্বলা প্রতি-হরিদ্বয়ং মধ্যতঃ।
সখীধৃত-করাম্বুজা নটতিপশ্য রাসোৎসবে ॥ ১১৫

গীতাবল্যাঞ্চ—ধানশ্রী—

কোমলশশিকর-রম্যবনান্তর-নির্ম্মিত-গীতবিলাস।
তূর্ণসমাগত-বল্লবযৌবত-বীক্ষণকৃত-পরিহাস ॥ ১
জয় জয় ভানুসুতাতট-রঙ্গমহানট-সুন্দরনন্দকুমার।
শরদঙ্গীকৃত-দিব্যরসাবৃত-মণ্ডলরাসবিহার ॥ ধ্রু
গোপী চুম্বিত রাগ-করম্বিত মানবিলোকনলীন।
গুণগর্বোন্নত-রাধাসঙ্গত-সৌহৃদসম্পদধীন ॥ ২
তদ্বচনামৃত-পানমদাহৃত বলয়ীকৃত-পরিবার।
সুরতরুণীগণ-মতিবিক্ষোভণ খেলন বল্গিত হার ॥ ৩
অম্বুবিগাহন নন্দিত-নিজজন মণ্ডিত-যমুনাতীর।
সুখসম্বিদ্ঘন পূর্ণসনাতন নির্ম্মল নীলশরীর ॥ ৪

অনিগী মরক থন্দুনা, খুৎ অমদি খোঙগী নিঙথিবা অভিনয় উত্না জগোয় শানা শানা কোয়রি ॥ কুচুনা নোংথাঙ মানবী গোপীশিংসু কৃষ্ণ অনি অনিগী মরক্তা লৈদুনা কৃষ্ণগী খুৎ থবাল পায়ন্দুনা রাসতা জগোয় শারি ॥ ৯৯৫

গীতাবলীদনা অস্নয়া হায়রি—ধানশ্রী—

মেঙলবা থাবন মচান্না পুক্নীং চুম্লবা নিঙথিজবা বনগী মফমদা, নহাক্না শকপা সুংশিরবা ঈশৈ তাবদগী থুদক্তা তিল্লবী অমসুং নঙগী থাজ মায়থোংবু পেঙবা লৈতনা য়েংনজরবী নহা ওইবী গোপ-নিংথৌশিংবু ফাগি জুগাই তৌদুনা (লঙনবীদুনা) হয়াউমথোই কাহনবীবা, অদুগা মুমিৎ কৌবা লাইগী মচানুপী—যমুনাগী তোর্ব্বান মশক ওইবা লীলা শায়ফমদা নিঙথিবা জগোই শারিবা হে—কজবা, নন্দগী মচাইবুংঙো! নহাক্তি অপোইবা নটগী মশক্তি। শরৎ ঋতুগী মকত্রবা থাবলনা ঈরং লংহন্নবা নিঙথিবা লৈমায় মথক্তা মঙলগী মশক ওইরবা রাস শান্নবিরিবা হে ভগবন। ইবুংঙো নঙনা জয় ওইবীয়ু ॥ ধ্রু

অমৃতগুম থুম্লবা নঙগী নবাইহ নয়াথংবু থকচবগী মন্নাইনা তিল্লরিবী নঙগী চায়রবী-শিংনা ঈকোয় কোয়শিল্লিবা—নহা ওইবী লাইরেম্বীশিংমক্তা উবদা ঙকুনা মপূক্তিও লাঙনবা মশক ওইহল্লিবা—লীলা শান্নবা মতমদা থোক্লিবা লৌক-কোয়চিংবা লৈতেং-শিংনা চাইনা চুম্না নিঙথিরিবা—নহাক্না যমুনাগী ঈশিংদা স্নান তৌবাবদগী মাগী তোর্ব্বানবু ফজবা হেনগৎহনবীবা—চিন্ময় আনন্দগী মশক ওইবা, নিত্যস্বরূপ ওইবা, অবাংপা কৌবা লৈতবা, মকত্রবা অপাংবা কুচুনা লৈতেংবীবা হে কৃষ্ণ! ইবুংঙো নঙনা জয় ওইরি ॥

**অষ্টাদশচ্ছন্দঃ সূচ—**

(১) পরিস্ফুরন্তি সুন্দরং চরিত্রমত্র লক্ষ্মীপতেঃ
তথা ভুবন-নন্দিনস্তদবতারবৃন্দস্য চ।
হরেরপি চমৎকৃতি প্রকরবর্দ্ধনঃ কিন্তু মে
বিভর্ত্তি হৃদি বিস্ময়ং কমপি রাসলীলারসঃ॥ ৯৯৬
শারদবিধু-বীক্ষণ মধুবর্দ্ধিত মদ পূর।
ইষ্টভজন বল্লভ-জনচিত্তকমল সূর॥
ইত্যাদি ললিত-ভৃঙ্গচ্ছন্দসা বর্ণিতস্তবান্তে॥

সংধৃতনয়-নন্দতনয়-সুন্দর-জয়বীর।
যামুন তটমণ্ডলনট রাস রচন ধীর॥
পাপিনির্ম্ম দুর্গতিজয়ি পাদভজনলেশ।
ধেহি করুণদৃষ্টিমরুণলোচন নিখিলেশ॥

রত্নোৎকরনিকুরম্ব নির্ভর শরীরস্তেন লঙ্কৃতাতেঃ
বিভ্রাণস্য তড়িৎকদম্ববিলসৎ কাদম্বিনী বিভ্রমং॥

---

লক্ষ্মীগী মবুংঙো ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী নিঙ্গংখিরবা অসিগুম্বা চরিত্র অমদ মাগী তোঙান তোঙানবা নিঙথিবা শকলোন ময়াম্না অমদ অহৌকপগী মশক ওইরবা মাগী রাস-লীলা-রস অসিনা ঐগী পুক্নিঙদদি কন্নিগীদমক্তা চায়কম খঙদনা মুংঙাইবা চায়বদু ওইত্রিবনো, ওষ্ঠোকপনি॥ ৯৯৬

শরৎ-থানিনবু উবদা ময়াই কাদুনা হরাঙ মংথাই কানফমবু (মুংঙাইনফম) শেখিবা মাব নিঙজবদা মুংঙাইজবা অদুগুম্বা অচানবা মনাই ভক্তগী থম্মোই লকা থম্বালবু নোম-হম্লিবা-মুমিৎকী মশক ওইবা অসুম তৌনা ললিত-ভৃঙ্গ-ছন্দদা স্তুতি তৌরগা মথংদা—

হে শাবৎ নিঙথিবা, ফজবা, অকনবা। হে নন্দগী মচাইবুংঙো নঙতনা জয় ওইরি। যমুনা মপানগী রঙ্গ ভুমিদা লগোই শাবও, হে রাস শান্নবদা হৈখোই শিংখোইবও ইবুংঙো! শম-না অমত্তং নখোঙ থম্বালবু নিঙজবতনসু অদা অনা পুম্নমকপু কোকপিহৈবা হে মিংম্না ঙাঙ্গানবা, পুম্নমক্কী মপু ওইবও! —শাপনা থল্লবা ননাই ঐবু শাকানগী মিৎয়েংনা য়েংবীয়ু। মকৈনা লফু-নেত্রা মানবী অদুগুম্বা গোপীশিংবু চেংনা কোনশিন-বীদুনা মখোয়গী নিঙথিবা হেনগৎহনবীরিবা—নোংখাঙ-মপে-মরক্তা অমংবা নোংঙম্না গোপীগী মরক্তা ঙানবীরিবা—পুম্নমক্তা শীনবা থুংবও হে কৃষ্ণ! শাম্নবঙম্না হিংচাবশিংবু

(১) পরিস্ফুরতু—থুৎই

ক্রীড়াড়ম্বরধৃতজম্ভমথন (১)স্তম্ভেরমোরুশ্রিয়ো
রাসারম্ভ-রসার্থনস্তব বিভোবন্দে পদাম্ভোরুহং ॥ ৯৯৭

অন্যত্র চ তৈরেব বর্ণিতোঽস্তি যথা—

শারদ শশধর বীক্ষণহৃষ্টঃ পরমবিলাসালিরভি মৃষ্টঃ
বল্লবরমণীমণ্ডলভাব-প্রোল্লাসক-কলমুরলীরাবঃ ॥ ৯৯৮
অথ সকলাভির্মদবিকলাভিনিশি পরিভূয়ঃ স্বজনান্ ভূয়ঃ।
অবি (ব)রুবতীভির্বযুবতীভির্বিহিতোদ্দেশঃ সুন্দরবেশঃ ॥ ৯৯৯
মিলিতমৃগাক্ষী-বাঞ্ছিতসাক্ষী.কৃতপরিহাসঃ স্ফীতবিলাসঃ।
তদমলবাণীমিশিতকুপাণী-দলিতনিকারঃ কলিতবিকারঃ ॥ ১০০০
প্রমদোত্তরলিত-বল্লবনারী-মুখচুম্বন-পরিরম্ভণকারী।
উন্নতমনসাংস্থ দৃশাং (২) মানপেক্ষণতঃ কলিতান্তর্দধানঃ ॥ ১০০১

ঈরায় ঈরায় লায়না মাঙহনবীখিবা, ময়াই কাবা শামুগুম নিঙথিজবা রাস শাম্নবা হৌরকপমক্তদা নুংঙাইবীবনা মপূং ওইবা কে কৃষ্ণ! নখোঙ থম্বালবু ঐনা খুরুমজে ॥ ৯৯৭

অতোপ্পা মফম অমদস্থ মদুগুম্না অমুক বর্ণন তৌরি মদুদি—

শরৎ-ঋতুগী থানিনবু উবদা হরাউ মথোই কাম্নবা, মপা লৈতেনা কেজ-মৌজম্নবা সখিশিংনা আলিঙ্গন তৌনজবা, নুংশিবা মুরলী মখোলনা গোপীশিংগী থম্মোই-লকা-নুংদা হরাউবা-ইপোম শাংহনবীবা অদুগুম্বা ইবুংঙো নহাকনি। ময়াই কাবমক্তনা মশাগী কিবম কায়রবী নহা ওহবী গোপীশিংনা গুরুচরণশিংবু নংথাক তৌরমলগা ফজেৎ লৈতেংগী নুংশিবা মখোলগা লোয়ননা লাক্নুনা, নিঙথিবা ফজেৎ লৈতেংনা হেন্না নিঙ-থিরবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণদা মথল্লায় হকচাং কথোক্লরখি ॥ ৯৯৮-৯৯

তিন্নরিবী শজি-মিৎতা-তাবী-নূপীশিং অদুগী নিঙজবা খিবীক থঙবি উবীবা কাগি-জুগাইনা নুংঙাইহনবীবা, শাজৎ শাবেক অমদি মিংয়েং নায়েংনচিংবা মতৌ নিঙথিজবা অদুগুম্বা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মক্নবা ময়াথংনা অথোবা শাংলেন ওইদুনা ঈকাই-ঈকি-দোষ পুম্নমক মাঙহনবীদুনা পূক্লীঙদা অশেংবা প্রেমগী মতৌ ফাওহনবীরি ॥ ১০০০

কামগী ময়াইনা-লাকৎলবী-গোকুল-নিঙোলশিংবু নুংশিনা চান্না মুখ-চুম্বন তৌদুনা কোনবীরি, মপূক্নিঙ থাংথৎলক্নুনা মশাদা নাপল। চল্লকবী নিঙথিজবী নূপীশিংগী নাপলগী ময়াই উবদগী মরক্তা খায় হেক মাঙবিখি। মাবু কাম্নবদা বারবী—মাগী মতৌ উমদুনা মপূক্নিঙ ফানবা হোৎনজবী গোপীশিংনা যমুনা-মপান-থুংনা থিরবমক্তদস্থ অমুম্না উহন্দনা মরৈবীপ্রবদা—বনগী উপাল-থাপালশিংদা হংজরবা ফাওবদসু মাগী অরেপ্পদি

(১) স্তবে—উঃ নীঃ
(২) মানতঃ—খুৎই

অন্তর্কৃতচরিতঃ পুলিনে পরিতস্তরুষু চ পৃষ্টঃ কাপি ন দৃষ্টঃ।
যুবতিচমূভিস্তরিতমমূভির্মুহুরনুগীতঃ কুতুক পরীতঃ ॥ ১০০২
কাকুভিরাভিঃ প্রার্থিতসঙ্গঃ প্রকটিতমূর্ত্তির্ধৃত-রতিরঙ্গঃ।
কিমপি নিগূঢ়রুষা পরিপৃষ্টঃ কলিতোত্তর বিধিরলমুপবিষ্টঃ ॥ ১০০৩
করুণাশীলঃ খণ্ডিতপীলঃ স্তবকিতশীলঃ কুবলয়নীলঃ।
ধৃতমৃদুহাসঃ প্রেমবিলাসঃ ততনুবাসঃ কল্পিতরাসঃ ॥ ১০০৪
অথপরিকল্পিত মণ্ডলবন্ধঃ কুসুমশরাসন-বিভ্রমকন্দঃ।
যুবতি যুগযুগ গুম্ফগস্কন্ধন্যস্ত-দসন্নুজদণ্ডদ্বন্দ্বঃ ॥ ১০০৫
অলি পরিবীতে মারুতশীতে বরসঙ্গীতে ভুবনাতীতে।
ভূষণভারধ্বনি-পরিসারক্রান্তবনান্তে-শশিরুচিকান্তে ॥ ১০০৬
মধ্যগ মধ্যগ মধুপবিরাজি স্ফুটচম্পকততি বিভ্রমভাজি।
রাসেকৃতরুচিরস্তঃ স্থায়ী বেণুমুখাধর-পল্লবদায়ী ॥ ১০০৭

খঙজবা ঙমখিদে। অসুমা উপায় লৈত্রবদা মথোন কাবী নুপী-লাম্মীশিং অদুনা মপুক্কিঙ লাঙতক্লনা মমৈদদি মাপী মগুণবু হয়া হন্না শকচ শোঞ্জ তৌনরকখি। মথংদা গোপী-শিংনা অহাবা তেংথারোয়া তিন্নজনিঙবা কোংদোক্লরক্লবদা ইকোং কোংনা চোংথোক-পিরক্লনা রতিরঙ্গনা থল্লবা লীলা শান্নবিখি। গোপীশিংগী অরোনবা ( অক্লবা, অথুপ্পা ) অশাউবা বাহংগী মতিক চাব, পাউথুম পীবিদুনা, ভাব তাহন্নবা হোৎনবিদুনা মপুং ফানা লাইখায় তাত্রিবা ফাওবা মকম অদুদা অংম্মক লেঙদনা ফমদুনা লৈবীখি ॥ ১০০১-৩

থৌজানগী মশক ওইবা, নাপল মাঙহনবা, নিঙথি নিঙথিবা লীলা-শায়বা, থবাল অশংবগী কুচু মানবা, শোংনা নৌবা মীনোক্লা লৈতেংবা, প্রেম-লীলা শান্নবদা পুক্কিঙ লুপ্পা, নিঙথিনা ফিজেৎ লৈতেংবা, রাস শান্নবদা হৈশিংবা, মণ্ডলী শেমদুনা কোয়না জগোই শাবা অমদি লৈগী লাক্লং হেয়া থুংলাই-ওইনবা-কামদেবমক্তা-মপান-নাইদনা ওক্লবা ওইবা—অদুগুম্বা শ্রীভগবানগী মতোন। নিঙথিবী নুপী অনি অনিগী তনৌ তনৌবী মরেংবান্দা খয়ৌ-হেয়াগুম মপুম মরৈ কায়বা পাখোম থমলি। মায়কৈ মরিমক্তা খোইমুনা ওস্তনা ওংলি, ঈংলবা হুংশিং শিংলি, তাবদা মরোল অহুম্মক্তা ওক্লবা ঈশৈ শক্লরি, মেঙলবা খাবল মঙায়া মকম থুদিঙ শীনবা থুংলি অমদি ফিজেৎ লৈজেংনচিংবগী মথোলনা হৌবা ওসুম হেনগৎলি—অসুমা মমাম অসিগী হৌবা অসুম হেনগৎলকপা অপূনবা খোজেলনা বনগী বাংমা লায়া ফাওদোকখ্রি ॥ ১০০৪-৭

পোম শাংনবী শৈহাউ লৈরেন পরেংগী ময়ক ময়ক্তা খোইমুনা তোংবগুম গোপী-শিংগী ময়ক ময়ক্তা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা খল্লগা রাসকী জগোই শাবদা পুক্কিঙ লুপ্পা লোয়ননা চীনবান্দা মুরলী খোন্দুনা ওয়াহোইরি। অঙকপা জগোই উবদা অমদি

স্তম্ভিতরাকাপতি-রবিকারানপি স্মরদারাম্বদস্নানাৎ (১)।
কুতুকাকৃষ্টৈশ্চিরমভিবৃষ্টঃ সপদি বিলূনৈঃ স্মরতরুসূনৈঃ ॥ ১০০৮
অথ কল্পীকৃত রজনিবিহারী খংস্থসুরাসুর-বিস্ময়কারী।
নিজনিজনিকটস্থিতিবিজ্ঞান-প্রমুদিত রমণী (২) কৃত সম্মানঃ ॥ ১০০৯
নিজদৃগ্ভঙ্গী-ক্ষুভিতকুরঙ্গী-নয়না মণ্ডল গুরুকুচ সঙ্গী।
কেলিবিলোলঃ প্রচলনিচোলঃ স্বেদজলাঙ্কুর চারুকপোলঃ ॥ ১০১০
কুমুদযুতায়াং তরণিসুতায়াং সলিলবিনোদঃ প্রবলিত মোদঃ।
যুবতিনিকায়-প্রেক্ষিত কায়ঃ শিথিলিতমানঃ (৩) পুলককরালঃ ॥ ১০১১
অথ বনমালী বরবিপিনালী কুঞ্জনিকেতন বীক্ষণশালী।
জয়তি বিহারী নিশিমণিহারা ব্রজতরুণীগণ মানসহারী ॥ ১০১২

---

মুংশিবা ঊথৈ তাবদা পূর্ণিমা থানিননা আতিমা মকোয়দা চৎপা তোক্কনা চপ লেপনি, লেঙবা ৎপা কাউরবী লাই-নূপীশিং মথৈসু মুংশিবা মথোল অসি তাবদা ইঙাও ঙাওনরি, লাইশিংনা অতংপা লৈতনা কল্পবৃক্ষগী অনৌবা মপালমথৈ চাইথরক্লি। অহিংগী মতমবু কপ অমা শাংদোকহন্দুনা (ব্রহ্মাগী অহিং মুংথিল অমা—চহি ৪,৩২,০০,০০,০০০ না ব্রহ্মাগী অহিং অমনি অদুগা মুংথিনগী শরুকমু মদুগুম্বা অমনি) রাস শাবরবা উবদা স্বর্গগী লাই হিংচাবা মথৈবু কাওবা ঙকহল্লি। নূপী থৃদিঙমক্তা, মাগী মাগী মনাক্তা শ্রীকৃষ্ণনা লেঙদনা লৈবীরি হায়না মথবায় মুংঙাইজদুনা ইবুংঙো মাগী সেবা তৌনজরি ॥ ১০০৭-৯

শ্রীকৃষ্ণগী নিঙথিজবা মিৎয়েং নায়েংদা ঙাওরবী শজি-মিৎতা তাবী-গোপীশিংগী কোইরপ কোয়বা থবাক্তা মাগী মথুং থম্বাল থম্বীচুনা লৈতেং ওইহনবীরি, রাস শাবদা পূক্লিঙদা ঈথক-ঈরাং হৌনরি, মশাদা শেৎপা-ইনবা কি হীকথনরক্লি, হমাংগী মরোক্তা মথোয়গী চাযক্রং অনিমকপু হেন্না নিঙথিজহল্লি। মুমিংনা পোকপী যমুনাগী ঈশিংদা, অহিংদা-থম্না-শাৎপা-থম্বালগুম শাম্নরি অমসুং হয়াউ মথোই কানরি। মথোন কায়কপী নৌজরিবী গোপীশিংনা মাগী মশক উবদা মশাগী নাপল পূরমক মাঙনরি অমসুং মশা অপূম্বা তুজুং মানজুংনরি।

অদুগী তুংদা বনমালা থোনবা শ্রীকৃষ্ণনা বনগী লমদমদা লৈরিবা কুঞ্জ সদাই পূরমকপু কোয়না চৎলা মিৎয়েং তারি। অসুম তৌনা শাম্নচনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অহিং অচুম্বা মণিমুক্তাগুম নিঙথিজরবী গোকুলগী নহা ওইবী নূপীশিং অদুগী থম্মোই লকা পূরমক মঙোন্দা লোইনা চিংশিনবীথি ॥ ১০১০-১২

(১) শারাৎ (২) যুবতি
(৩) শিথিল তমালঃ

নতজনবন্ধো জয়রসসিন্ধো বদনোল্লসিত শ্রমজলবিন্দো।
ত্বমখিলদেবাবলিকৃতসেবা সন্তুতিরধমা বয়মিহকে বা ॥ ১০১৩
জয়জয়কুণ্ডলযুগরুচিমণ্ডলবৃত-গণ্ডস্থল দমিতা খণ্ডল।
ধৃতগোবর্দ্ধন গোকুলবর্দ্ধন দেহি রতিং মে ত্বয়ি মুরমর্দ্দন॥ ইতি ১০১৪

**পদ্যাবল্যাঞ্চ—**

লক্ষ্মী(?) মধ্যগতেন রাসবলয়ে বিস্তারয়ন্নাত্মনা।
কস্তুরীসুরভীবিলাস-মুরলী বিন্যস্তবক্ত্রেন্দুনা।
ক্রীড়া তাণ্ডবমণ্ডলেন পরিতোদৃষ্টেন তুষ্যদ্দৃশা (শ ?)
বাং হল্লীসক শঙ্কুসঙ্কুল-পদো পায়াদ্বিহারী হরিঃ ॥ ১০১৫

**অলঙ্কার কৌস্তুভে—**

বৃন্দাবনে চন্দনবাতশীতে সচন্দ্রিকায়াং নিশিসুন্দরীভিঃ।
কলিন্দকন্যাপুলিনেহতিরম্যে সরাসলাস্যোৎসব মাততান ॥ ১০১৬

---

চণ্ডরকপা ননাই'শংগী অখোইবা মরূপ ওইবা, রসকী সমুদ্রগুম্বা, অগোই শাবগী য়াখনা মায়খোংদা হমাং মরীক্না লৈতেংবা অসিগুম্বা হে কৃষ্ণ ভগবন—ইবুংঙো নঙনা জয় ওইরি। লাই পুম্নমক্কী মপৈমক্না নখোঙ থম্বালবু ঈড়াংনয়িবা অদুগুম্বা ইবুংঙো নহাকনি, অসিগুম্বা কিতমদা ঐগুম্বাদ কনানি হায়দুনা শীংখানক্ফম লৈবগে! মণি-কুণ্ডল-অনিগী-অয়ংবা-মঙালনা চায়রুং অনিগী মিঙথিবা হেলহল্লিবা, ইন্দ্রবু মায়থীবা পীবিখিবা হে ভগবন; ইবুংঙো নঙনা জয় ওইবীরি। গোবর্দ্ধন-চীংজাউ থাংগৎলুনা গোকুলগী য়াইফনবা শীনবিখিবা, মুর কৌবা হিংচাববু হাৎখিবদগী 'মুরারি' হায়না খঙনখিবা হে কৃষ্ণ! ননাইগী পুক্নিঙদা নঙবু পামজবা পোকহবীয়ু॥ ১০১৩-১৪

পদ্যাবলীদদু হায়রি—অসিগুম্বা রাসমণ্ডল ময়ায়দা ডাংহোইরিবা মনম হুংশিন্নবা কস্তুরী-চন্দননা লৈতেংবা, মায়খোং থম্বালদা মুরলী খোনবনা অমুক্ত হেন্না মকায়রাবা, নিঙথিবা তাণ্ডব অগোই শাবদা পুক্নিঙ চঙবা, কোয়না মণ্ডলীদা লেপলিবী গোপী পুম্নমক্না পুক্নিঙ পেন্ন-পেন্ন য়েংনজবা, ময়ামগী ওইবা অপুনবা 'হল্লীসক' কৌবা অগোইদা নিঙথিনা খোঙ থাংলিবা—অসিগুম্না শান্নবদা খোয়জঙলবা শ্রীহরিনা নখোয় পুম্নমকপু ঙাকপিসনু ॥ ১০১৫

অলঙ্কার-কৌস্তুভদা অসুম্না হায়রি –
চন্দন পাম্বী ময়রুংগী শীৎলকপা ঈংলবা অমদি মনম মুংশিরবা হুংশিৎনা-খোগনবা বৃন্দাবনদা, থাবলনসু কীঙৌ ফোয়বা অহিংদা নিঙথিরবা কালিন্দী যমুনা মপান্দা নিঙথিজবা গোপীশিং লোয়নন্না রাস শান্নবদা মন্নাই কান্নি। কনানা বীণা, কনানা পুং, কনা অমনা মুরলী, কনানা তাল অসুম তোদুনা পুং-শেলনচিংবা মথল মন্নিমকপু থম্বাল

কাচিদ্বীণাং মুরজমপরাকাপি (১) বংশী দধানা।
কাচিত্তালং করকিশলয়ে তালধারিত্বমাপ্তা।
চক্রে সঙ্গীত কবিরচনাং রাসমাসাদ্য কাচিৎ।
রাগং (২) নানাস্বরপরিমলামোদমাবিশ্চকার॥ ১০১৭
অথাস্য(৩)রাসোৎসবস্য বীজরূপাণি শ্রীভাগবতপদ্যানি কতিচিল্লিখ্যন্তে-
রাসোৎসবঃ সংপ্রবৃত্তো গোপীমণ্ডল মণ্ডিতঃ।
যোগেশ্বরেণ কৃষ্ণেন তাসাং মধ্যে দ্বয়োর্দ্বয়োঃ॥ ১০১৮
প্রবিষ্টেন গৃহীতানাং কণ্ঠে স্বনিকটংস্ত্রিয়ঃ।
যং মন্যেরন্ নভস্তাবদ্বিমান-শতসঙ্কুলং॥ ১০১৯
দিবৌকসাং সদারাণামত্যৌৎসুক্যভৃতাত্মনাং।
ততো দুন্দুভয়ো নেদুর্নিপেতুঃ পুষ্প বৃষ্টয়ঃ॥ ১০২০
জগুর্গন্ধর্ব্বপতয়ঃ সস্ত্রীকাস্তৎ যশোঽমলং।
বলয়ানাং নূপুরাণাং কিঙ্কিণীনাঞ্চ যোষিতাং॥ ১০২১

মানবী মথুৎ-মথুৎনা পায়দুনা মথবায় লুপ্না য়েন-খোংনরক্রবদা কনাগুম্বী অমনা বাসতা চঙক্রগা নিঙথিজবা মথল মথা অয়াম্বা স্বরদা নুংশিবা ঈশৈ (রাগ) শকপা হৌরক্লে॥ ১০১৬-১৭

অসিগুম্বা রাস লীলাগী মরমদা ভাগবতকী পম্বনা মক্ক ওইবা প্রমাণ খরদং ইবি মথুদি—

ব্রজ-গোপীশিংনা নিঙথিজনা কোয়না লেপলগা যোগেশ্বর শ্রীকৃষ্ণনা পয়েং অহুদা লৈরিবী গোপী অনি অনিগী মথক্তা চঙদুনা, মখোয় পুম্বনকী মঙক কোন্দুনা রাস শাম্বা হৌরক্লে॥ ১০১৮

গোপী খুদিঙমক্না খল্লে—'ঐগী ইনাক্তগী হেন্নোক্ক্না কৃষ্ণ অসি অতৈ কনাগী মনাক্তস্থ লৈতে।' মতম অসিমক্তদা রাস-লীলা য়েংনিঙলবা, মাগী মাগী নুপী লোয়ননা লাক্লবা অদুগুম্বা লাইশিংগী বিমান চামা চামনা থাত্তিয়া মকোয় থনখরে, মথংদা মখোয়না পুং-লেল থিনগৎলক্লে অমসুং লৈ চাইথবা হৌরক্লে; অদুগা গন্ধর্ব অখোইবশিংসু মাগী মাগী নুপীশিং লোয়ননা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী মক্ত্বা গুণ-শকপা-শোনবা হৌনরক্লে। শক্লোন মরাম পুখোক্লবা-শ্রীকৃষ্ণগা-লোয়নবী-গোপী চামা-চামগী খুজী, নূপুর অমদি কিঙ্কিণী-নচিংবগী অপূনবা মখোল অমা হৌনা থোরক্লে॥

অসিগুম্বা রাস মণ্ডল অসিদা ফুরনা হৌবা-নোংগী-কুচু-ঙমজবা-ভগবান দেবকী-

(১) বংশীং
(২) গানং (৩) অথাত্র

সপ্রিয়াণামভূচ্ছব্দস্তমুলো রাসমণ্ডলে ।
তত্রাতিশুশুভে তাভির্ভগবান দেবকীসুতঃ ।। ১০২২
মধ্যে মণীনাং হৈমানাং মহামারকতো যথা ।
পাদন্যাসৈর্ভুজবিধুতিভিঃ সস্মিতৈর্ভ্রূবিলাসৈঃ ।। ১০২৩
ভজ্যন্মধ্যৈশ্চলকুচপটৈঃ কুণ্ডলৈর্গণ্ডলোলৈঃ ।
স্বিদ্যন্মুখ্যঃ কবররসনাগ্রন্থয়ঃ কৃষ্ণবধ্বো ।। ১০২৪
গায়ন্ত্যস্তং তড়িত ইব তা মেঘচক্রে বিরেজুঃ ।
উচ্চৈর্জগুর্নৃত্যমানা রক্তকণ্ঠ্যো রতিপ্রিয়াঃ ।। ১০২৫
কৃষ্ণাভিমর্ষমুদিতা যদ্গীতেনেদ মাবৃতং ।
কাচিৎ সমং মুকুন্দেন স্বরজাতীরমিশ্রিতাঃ ।। ১০২৬
উন্নিন্যে পূজিতা তেন প্রীয়তা সাধু সাধ্বিতি ।
তদেব ধ্রুবমুন্নিন্যে তস্যৈ মানঞ্চ বহ্বদাৎ ।। ১০২৭
কাচিদ্রাসপরিশ্রান্তা (১) পার্শ্বস্থস্য গদাভৃতঃ ।

নন্দননা সনা-অহিংবা-কুচু-মানবী গোপীশিংগী মরক মরক্তা সনা মচু মানবা মণিগী লীক্লাং পরেংদা মণি অথংবনা মরক মরক্তা থনবগুম নিঙথিজরি ॥ ১০২১-২২

শ্রীকৃষ্ণগী চায়খোইবী ব্রজবালাশিংনা মকোক্কী শম পুনশিন্দুনা অমদি খুৎতদা কি চেৎনা য়েৎশিন্নদুনা, নিঙথিবা খোঙথাং অমদি খুৎথেক লোয়ননা মোমোন নোকপী মায়থোংদা পীশুম খোইখোয় তৌহন্দুনা কৃষ্ণগী গুণ শকচবা তৌরক্লে। মখোয়গী খবাক্তা য়েংলবা থাখুম হীকথরক্লে, চায়রুংদা নাইয়া ঊরং ঊয়ং লংনা হাইরক্লে অমসুং থখাল মানবী মায়থোংশিং অড হুমাংতনা লৈতেংনরক্লে ॥ মতম অসিদা মখোয়না শ্রীকৃষ্ণগী নাক নাক্তা লৈনদুনা অমংবা নোংলক্তা কুপ্পা নোংথাঙগুম নিঙথিজরক্লে ॥ ১০২৩-২৫

রতি-লীলা পামজবী, মখোয়েল সুংশীবী গোপীশিংনা অয়া অনা পূয়মকপু-কাউহনবা মুক্তি-পীনহৈবা-শ্রীকৃষ্ণগী-শ্রীঅঙ্গবু-শোকচবা ফংলুবদগী অমুক হেন্না চয়াউ মখোই কাখিদুনা জগোই শানা শানা অমাংবা স্বরদা চংশিনা ঈশৈ শকপা হৌনরক্লে। মখোয়গী ঈশৈ অদু তাইবঙ পানবা পূয়মক্তা খোস্থাঙ হৈয়রক্লে। রাসমণ্ডলদা লৈবী কনাগুম্বা গোপীনা মুক্তি পীনহৈবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা য়ায়া শেংনা স্বর, জাতি আলাপ তৌবা হৌয়রক্লে। মদু তাবদা পেনবিরবা শ্রীকৃষ্ণনা গোপী অদুবু 'সাধু সাধু' হায়না থাগৎপিরক্লে। অসুম্না মপুক্লিঙ থোগৎপিরবী গোপী অদুনা মাগী স্বর-জাতি আলাপ অদু ধ্রুব তালগা লোয়ননা শক্লক্লে। তাবদা অমুকসু হেন্না পেনবিরবা কৃষ্ণনা অমুক হন্না গোপী অদুবু হন্না হন্না থাগৎলক্লে ॥ ১০২৬-২৭

জগোই শাবদা, শিরিবা-খুজী-মকম লেঙলবী অমদি মকোক্তা য়েৎপা মল্লিকা

(১) পার্শ্বস্থাহস্ত—খুৎই,

জগ্রাহ বাহুনা স্কন্ধং শ্লথদ্বলয়মল্লিকা ॥ ১০২৮

তত্রৈকাংসগতং বাহুং কৃষ্ণস্যোৎপল সৌরভং।

চন্দনালিপ্তমাঘ্রায় হৃষ্টরোমা চুচুম্ব হ ॥ ১০২৯

কস্যাশ্চিন্নাট্যবিক্ষিপ্ত-কুণ্ডলত্বিষমণ্ডিতং।

(১) গণ্ডং গণ্ডে সংদধত্যাঃ প্রাদাত্তাম্বূল (২) চর্ব্বিতং ॥ ১০৩০

নৃত্যন্তী গায়তী কাচিৎ কূজন্নূপুর মেখলা।

পার্শ্বস্থাচ্যুতহস্তাব্জং শ্রান্তাধাৎস্তনয়োঃ শিবং ॥ ১০৩১

গোপ্যোলব্ধ্বাচ্যুতং কান্তং শ্রিয় একান্তবল্লভং।

গৃহীতকণ্ঠাস্তদ্দোর্ভ্যাং গায়ন্ত্যস্তং বিজহ্রিরে ॥ ১০৩২

কর্ণোৎপলালক বিটঙ্কংকপোল ঘর্ম্ম—

বক্ত্রশ্রিয়ো বলয়নূপুরঘোষ বাদ্যৈঃ।

গোপ্যঃ সমং ভগবতা ননৃতুঃ স্বকেশ-

স্রস্তস্রজো ভ্রমরগায়ক রাসগোষ্ঠ্যাং ॥ ১০৩৩

* গোপ্যঃ স্ফুরৎপুরটকুণ্ডল-কুন্তলত্বিড়্

---

পরেংস্থ কোমথরক্রবী কনাগুম্বী গোপীনা বারদুনা মনাক্তা লৈরিবা বংশীধারী শ্রীকৃষ্ণগী লেংবান পায়দুনা মাঙ্গরক্লে। কনাগুম্বী গোপীনা মাগী মরেংবান্দা থম্লিবা—থবাল মনম চেনবা, চন্দনা লৈতেংবা কৃষ্ণগী পাখোম অদুবু মনম নমজদা মথা পুমমক তুজুং মানুজুংলি। তগোই শাবদা হাই-হল্লবা-মণি-কুণ্ডল-মড়াম্না চায়রুং ঈবং লংলবী কনাগুম্বা গোপীনা শ্রীকৃষ্ণগী চায়রুংদা মথাগী চায়রুং নপশিল্লরবদা শ্রীকৃষ্ণনা মতোম্না অথাম্বা পানা ইনবীরি॥ ১০২৮-৩০

নূপুর অমদি খ্বাঙ্গোম মখোল লোয়ননা তগোই শানা শানা ঈশৈ শকপী কনাগুম্বী গোপীনা বায়রুবদা মনাক্তা লৈবা শ্রীকৃষ্ণগী খোৎলবা শ্রীহস্ত অদু পায়দুনা মথাগী থবাক্তা হাপচরি। শ্রীকৃষ্ণবু মপুরোয়বা ওইনা কংজবী কনাগুম্বী গোপীনা পাখোম অনিনা মহাকী মতম্তা চেৎনা কোনশিল্লহুনা মাগী মগুণ শক্না শক্না তগোই শাজরক্লে। মতৌ অসুম্না গোপীশিংনা মনাদা চিনবা থবাল অড়াগুবনা মমাম মায়পোৎপী লৈতেং ওইহল্লনা অমদি শমজোইনা চায়রুং কুপশিন্দুনা অমসুং হমাং মমাক মমীক কাইনা, শমজিরৈ মাহুক্লুনা শ্রীভগবানগা লোয়ননা তগোই শামিল্লবা মতমদা খোইমুশিংনা ঈশৈ শকখি অমসুং খুজী অমদি নূপুর মখোলশিংনা পুং যৈখি॥ ১০৩১-৩১

অসুম তৌদুনা শ্রীকৃষ্ণগী অদবু খোজ শায়তরবদগী মপা লৈতনা হয়াউজবনী, মনাগী

---

(১) গণ্ডেগণ্ডং—খুৎই (২) আদাৎতাম্বূল

• রাসতদি মসিগী মথক্তা অতোপ্পা শ্লোক মড়াখক লৈ। অদুবু লৈরিবা মতম অসিদি হরিবোলকূটরগী টঃ বীঃ বা মাওবগদি চপ মাট্রে।

গণ্ডশ্রিয়া সুধিতহাসনিরীক্ষণেন।
মাধ্যংদধতা খবতস্য জগুঃ কৃতানি
পুণ্যানি তৎকরকহস্পর্শ প্রমোদাঃ ॥ ইতি ১০৩৪

**শ্রীগোবিন্দ লীলামৃতেচ—**

গীতং বাদ্যঞ্চ নৃত্যং বিধিশিব রচিতং যচ্চ বৈকুণ্ঠলোকে।
যল্লক্ষ্মীকান্ত লক্ষ্মীচয়ন (১) রচিতাংস্বেন যৎ যৎ প্রণীতং।
অস্ত্যাগম্যং যদাভিব্রজবরললনা নর্ত্তকীভিশ্চ সৃষ্টং।
রাসে কৃষস্তদেতন্মুহুরিহ কুতুকী সর্ব্বমাভির্বৈত্তানী ॥ ১০৩৫

**শ্রীরাসোল্লাসাধ্যাপমে—**

শ্রীরূপগোস্বামিমতে পূর্ব্ব পুর্ব্ব লীলাক্রমঃ শ্রেষ্ঠঃ।
অন্যেষাং মতে উত্তরোত্তরঃ।
(২) বিদগ্ধানাং মিথো লীলাবিলাসেন যথা সুখং।
ন তথা সংপ্রয়োগেন স্যাদেবং রসিকা বিদুঃ ॥ ১০৩৬

---

কুণ্ডলনা হাই রুমদা চায়কং ঊরং লংলবী অমসুং নিঙখিবী খম্লাংনা লৈতেংবী গোপীশিংনা অথুবা যাদৈ বাতানা অমদি মুংশিবা মিৎয়েং-নায়েংনা ভগবানগী মুংঙাইবা হেনগৎহল্লুনা মাগী মক্ত্‌বা চরিত্রগান তৌজরক্রে ॥ ১০৩৪

গোবিন্দলীলামৃতদা হায়রি –

ব্রহ্মা অমদি মহাদেবনা শেমখিবা বৈকুণ্ঠমক্তদা কাওব্রবা পুং-ঈশৈ লগোইগী মথক পূরমক অমু লক্ষ্মীগী মবুংঙো ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা লক্ষ্মীবু শেলহনবীনবগী দক্তা অহানবা ওইনা শেখিবিবনি। অতোপ্পনদি থওবা ভক্তব্রবা অসিগুম্বা পুং-ঈশৈ-জগোই অসিবু ভাকপি তম্বীহুনা পুম্না মুংঙাইমিন্নখিবী অমুগুম্বী গোপীশিং অমুদগী ১সিবু ফোংদোকহনখি। ১০৩৫

রাসউল্লাস-তন্ত্রদা হায়বা শ্রীরূপ গোস্বামীগী মত মতুং ইন্না মথক-মথক্কী লীলা-ক্রমনা অথোইবনি হায়না বর্ণন তৌরি অমুগা অতৈ আচার্য্যশিংনদি মথং মথংদা লাকপা লীলাক্রমশিংনা অথোইবনি অমুম্না হায়।

রসিক ওইবশিংনা মহৈ মহৈ লীলা শাম্নবদা পোক্নবা নুংঙাইবা মথম অমু 'সম্প্র-য়োগ' (শাম্নবা মথম অমা) হায়বা রস অসিদদি মদুগী নুংঙাইবা অমু কাওদে। মসিনা প্রমাণ তৌই মমুদি—রস শত্ত্বশিংনা অমুম্না সিদ্ধান্ত তৌনৈ হায়বদি মথোয়গী অনুভব অমুতনা প্রমাণনি ॥ ১০৩৬

(১) রচিতং
(২) উঃ নীঃ মাঃ ৫৫১

রাসাবতার বিস্তারং বংশীবদন সুন্দরং।
রতিকাম মদাক্রান্তং রাধাকৃষ্ণং ভজাম্যহং ॥ ১০৩৭
ভ্রমন্তং রাসচক্রেণ নৃত্যন্তং তাল সিঞ্জিতৈঃ।
গোপীভিঃ সহ গায়ন্তং রাধাকৃষ্ণং ভজাম্যহং ॥ ১০৩৮
রাসমণ্ডল মধ্যস্থং প্রফুল্লবদনাম্বুজং।
অন্যোন্যস্য হৃদয়াসক্তং রাধাকৃষ্ণং ভজাম্যহং ॥ ১০৩৯
বিদ্যুৎ গৌরী ঘনশ্যামং প্রেমালিঙ্গন তৎপরং।
পরস্পরোরুমধ্যাঙ্গং রাধাকৃষ্ণং ভজাম্যহং ॥ ১০৪০
রাধিকা রূপিণং কৃষ্ণং রাধাং মাধব রূপিণীং।
(১) রাসজো(যো) গানরাগেণ রাধাকৃষ্ণং ভজাম্যহং ॥ ১০৪১
(২) পুষ্পিত-মাধবী-কুঞ্জে পুষ্পতল্পে পরিস্থিতং।
বিপরীত রসাসক্তং রাধাকৃষ্ণং ভজাম্যহং । ১০৪২
সুরতানন্দ হিল্লোলং জগন্মোহন মোহনং।

---

রাস-লীলাবু শন্দোকপা, মুরলী খোংবদা খোইদোক পুক্নিঙ হুনবা মশক ওইবা, রতি অমদি কামগী ময়াইবু লাকহৎলবা (নত্রগা রতিকামদগী লাহোক্লবা—য়াওরবা) অহুঙবা রাধাকৃষ্ণবু ঐনা ভজন তৌজৈ ॥ ১০৩৭

নিঙথিবা তালদা চুংশিবা মখোল লোয়ননা রাসচক্রদা কোয়না জগোই শাবা—গোপীশিংগা পূন্না ঈশৈ শকমিন্নবা অহুঙবা রাধাকৃষ্ণবু ঐনা ভজন তৌজৈ ॥ ১০৩৮

ফুনায়না শাংপা থম্বালগুম মায়থোং মকায়রম্বা রাসমণ্ডল ময়ায়দা চাহোইরিবা অমগা অমগা থৌনা পায়রবা রাধাকৃষ্ণ অনিবু ঐনা ভজন তৌজৈ ॥ ১০৩৯

চেৎনা আলিঙ্গন তৌনবদা হকচাং অমত্তা ওইশিনরুবা নোংথাঙ কুচু মানবী রাধাগা ক্রয়না হৌবা নোংহৌ মচু ওমলবা শ্রীকৃষ্ণগা অনিগী অমত্তা ওইবা শককমবু ঐনা ভজন তৌজৈ। ১০৪০

রাস শায়রবা মতমদা রাধাগী শককম লৌবা কৃষ্ণ অমগা কৃষ্ণগী শকম পুবী রাধা অদুওম্বা রাধাকৃষ্ণ অনিবু ঐনা ভজন তৌজৈ ॥ ১০৪১

অশাংবা হপালনা য়োম্রবা মাধবী-লতাগী থাংপোক মনুংদা নিঙথিবা লৈগী শয্যাদা চাহোইরিবা অমদি ওয়থেনবা রসাস্বাদনদা পুক্নিঙ লুপ্পরিবা অদুওম্বা রাধাকৃষ্ণবু ঐনা ভজন তৌজৈ ॥ ১০৪২

রতিলীলাগী আনন্দদা লুপ্পা, তাইবংপানবগী পুক্নিঙ হুবা পুন্নমকীসু চথৎনবা ওইবা,

---

(১) রাসজয়ানুরাগেণ—পুথই (২) পুষ্পিতে

পূর্ণরাস-রসোদ্বোধং রাধাকৃষ্ণং ভজাম্যহং ।। ১০৪৩
রাসক্রীড়া পরিক্রান্তং মধুপান পরায়ণং ।
তাম্বুলমুখপূর্ণেন্দুং রাধাকৃষ্ণং ভজাম্যহং ।। ১০৪৪
রাসোল্লাসকলাপূর্ণং গোপীমণ্ডল ভূষিতং ।
শ্রীরাধিকারাধিকাখ্যং কৃষ্ণচন্দ্রমুপাস্মহে ।। ১০৪৫
শ্রীরাধাকৃষ্ণদাসোঽহং প্রার্থয়েজ্জন্ম জন্মনি ।
রাধাকৃষ্ণ সুধাসিন্ধু রাসগঙ্গাঙ্গসঙ্গমে ।
(১) অবগাহ্য মনোহংসং বিহরন্তং যথাসুখং ।। ১০৪৬

## অথোজ্জ্বললীলাক্রমঃ

ভেতু সন্দর্শনং জল্পঃ স্পর্শনং বর্ত্মরোধনং ।
রাস বৃন্দাবনক্রীড়া যমুনা নন্থাম্বুকেলয়ঃ ।। ১০৪৭

---

মপুংকাবরা রাস-রস-বু আস্বাদন তৌবাগিবা অদুগুম্বা শ্রীরাধাকৃষ্ণবু ঐনা ভজন তৌগে ।। ১০৪৩

রাস শাম্নবদা বাঙবদগী, অমৃতথকপদা ময়াই কাম্নবা অমদি পানা হাবদা পূর্ণিমাং থানিনতম-নিংথিজম্নবা-মাম্নথোংনা-তিন্নবা অদুগুম্বা রাধাকৃষ্ণ অনিবু ঐনা ভজন তৌগে ।। ১০৪৪

মথোই কাম্নবা রাসকী-কলানা লৈতেংনবী গোপীশিংনা কোয়না থোগনবী রাধানা নিঙজম্নিবা অদুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রবু ঐনা উপাসনা তৌগে ।। ১০৪৫

ঐনা প্রার্থনা তৌজম্নিবদি—শ্রীরাধাকৃষ্ণ অনিমক্কী লৈলাগী মথক ওইরবা-সমুদ্রদা চেনশিন্নকপী-রসকী-মথক ওইবী-গঙ্গাগী তাকম অচৌদা ঐগী পুক্নিংগী মথক ওইরবা কাংশা অনিনা হুংঙাইনা লুপ্তুনা অমদি কোয়না তাউদুনা শাম্নবহ মপোক মপোক খুদিংদা কংবা ওইবা যনিতনি ।। ১০৪৬

মথংদা উজ্জ্বল-লীলাগী মথং মনাও তাকনি—

অহানবদা মিংকা মিংকা উম্নবা, মথংদা বাম্নী-বাতাই শাম্নিবা, হকচাং শোক্ন-শম্নবা, লমী থংলা, বৃন্দাবনদা রাস শাম্নবা, যমুনাগী ঈশিংদা শাম্নবা, হি তোংদুনা শাম্নবা, লীলাদা হুম্নানবী শাম্নবা, যমুনা মপানগী থাংলোক্তা কেকু-লোৎপী শাম্নবা, অমৃত

---

(১) যদ্বতে প্রাহমানাহং বিহরন্তো যথাসুখং—পাঠান্তরং

নৌখেলা-লীলয়া চৌর্য্যং ঘট্টকুঞ্জাভিলীনতা।
মধুপানং বধূবেশধৃতিঃ কপট সুপ্ততা ॥ ১০৪৮
দ্যূতক্রীড়া পটাকৃষ্টিশ্চুম্বাশ্লেষৌ নখার্পনং।
বিম্বাধরসুধাপান সংপ্রয়োগাদয়ো মতাঃ ॥ ১০৪৯

**তত্র বৃন্দাবন ক্রীড়য়া উদাহরণং কুঞ্জবিহার্য্যষ্টকং—**

'অবিরত রতিবন্ধু স্মেরতা বন্ধুরশ্রীরিত্যাদি সম্যক্ লেখ্যং। শ্রীকৃষ্ণলীলা হৃদয়ং পুনাতু বো। লীলাচ যা প্রেমরসানুভাবিণী

রসশ্চ কান্তা (১) পরিশীলিতোঽস্য।
কান্তা চয়া গোকুল যৌবতাগ্রণীঃ ॥ ১০৫০

যদ্যপি গুণকীর্ত্তনস্যাপি (২) লীলান্তর্গতং তথাপি (৩) শাসনেন পৈছেকে-নৈকাক্ষরাদিভিবিবিধ চিত্রকাব্যেন তদ্গুণ বর্ণনং যথা—

নিনূম্নানোননং নূনং নানূনোম্নানোঽমুনিঃ (নৌ)।
নানে নানাং নিম্নুম্নেনং নানৌ ননা ননো নম্ন ॥ ১০৫১

থক্পবা, নূপীকিজেৎ শেৎপা, তুমশিন্নবা, চৌবম্ম শান্নবা, ফি-চিংবা, চুম্বন তৌবা, আলিঙ্গন তৌবা, খুজীয়া খোৎপা, তন্নান মানবী চীনবান্দা চুপ্পা, অয়োইবদনা সম্ভোগনচিংবা ॥ ১০৪৭-৪৯

বৃন্দাবনদা শান্নবগী খুদমশিংদি—'কুঞ্জবিহারীঅষ্টক' য়েংগদবনি মদুদি—''অতৎপা নৈতবা রতিলীলাদা কামগী মীনোক্না নিঙথিবা' অসিনচিংবা (লামায় ২০১-০ দা য়েংউ)।

অসিগুম্বা শ্রীকৃষ্ণগী লীলানা নখোয় পুম্নমক্কী পুক্নিঙবু শেংদোকপিবা ওইসনু। প্রেমরস কাওহনবা অমদি মদুগী মথক থঙহনবা অদুবু লীলা হায়না কৌই। অদুগা পুক্নিঙ অমত্তা ওইনবী নিঙথিজবী নূপীগা আলিঙ্গন-নচিংবা তৌনবদা পোক্নিবা নুংঙাইবা মথল অদুনা রসনি। নিঙথিজবী নূপী হায়রবদি গোকুল-নূপীশিংগী মকোক থোংবী অদুবু হায়রবনি ॥ ১০৫০

গুণ-কীর্ত্তনসু লীলাগী মনুং চঙলিদি হায়রবু মসিগী মথল-মথেল্দি য়ায়া নৈত্রে— স্তুতি একাক্ষরপত্ত অসিনচিংবনি। মথল মখা অমাখা চিত্র-কাব্যশিংনা গুণ বর্ণনগী খুদমনি মহুদি—'নিনূম্নানোননং নূনং—অসিনচিংবা। (মসি ময়েক অমত্তনা শাবা ভগবানগী গুণ কীর্ত্তন তৌবা চিত্রকাব্য মথল অমনি) ॥ ১০৫১

(১) পরিশীলিতোঽত্রিষঃ—পুথই (২) রপি (৩) সমসনেন—পুথই

## কিঞ্চ—ধানশ্রী—

যদপি সমাধিষু বিধিরপি পশ্যতি ন তব নখাগ্রমরীচিং।
ইদমিচ্ছামি নিশম্য তবাচ্যুত তদাপি কৃপাদ্ভুতবীচিং।
দেব ভবন্তং বন্দে। মন্মানস-মধুকরমর্পয়নিজপদপঙ্কজমকরন্দে ॥ ধ্রু
ভক্তিরুদঞ্চতি যদ্যপি মাধব ন ত্বয়ি মম তিলমাত্রী
পরমেশ্বরতা তদপি তবাধিক দুর্ঘট ঘটনাবিধাত্রী ॥
(১) বয়মবিলোলতয়াদ্য সনাতন কলিতাদ্ভুতরসভারং।
নিবসতু (২) নৃত্যমিহামৃতনিন্দিনি বিন্দন্মধুরিম সারং ॥

কৃপৈকসাধ্যো ভগবত্তোলাভো।

ন শক্যঃ স ত্বয়া দ্রষ্টুমস্মাভির্বা বৃহস্পতে।
যস্য প্রসাদং কুরুতে স বৈ তং দ্রষ্টুমর্হতি ॥ ১০৫২
ইতি নারায়ণীয়শ্রুতৌ বস্বাদি বচনাৎ
তথাপি তে দেবেত্যাদিকাৎ শ্রীদশমে ব্রহ্মবাক্যাচ্চ।

ইতি গুণকীর্ত্তনং ॥

অমদি—ধানশ্রী রাগদা—

ব্রহ্মা কৌবা লাইমকসু নঙগী খুজিন মত্তোনগী মঙান ফাওবা উজবা ফংখিদে হায়-বদি ইনাকোঙনা তান,তানমক অঙকপা নঙগী থোঙ্গান ঈথক্রা ঐ:ঙান্দা ময়বিরয়ে হায়না খঙবা শারিবা ঐগী পুক্লিঙ খোইমুবু নখোঙ খয়ালগী লৈহী-চুপ্‌চবা ফংহনবীনবা হে দেব! মনাইনা নঙবু খুরুমজে ॥ ধ্রু

হে মাধব! নংঙান্দা লৈজবা মনাইগী ভক্তি অসিনা শম-না মরুমতগী ওইরবসু ইবুংঙো নফাঙী অপৌবা নত্তিক নগুণনা মতবু শেরায়হনবীথিগনি হায়বা য়াবা ময়ম লৈতে। হে নিত্য ওইবা ভগবন! পুক্লিঙগী লয়াং ভথোইবা থাদোক্লনা খুয়দগী হেন্‌বা অঙকপা য়সকী অমৃতগা মায়না নুংঙাইবা পীনহৈবা অদুগুম্বা নঙগী নিঙথিজবা নর্ত্তনগী তত্ত্ব অদু মমাই ঐঙোন্দা খঙহনবীয়।

ভগবানবু ফংজবা হায়বসি মাগী কৃপাতনা ওইবনি।

নারায়ণীয় শ্রুতিদা বসুনচিংবনা বৃহস্পতিদা হায়খিবা লৈ মত্তদি—নহাকসু ঐখোয়সু কনা অমত্তনা উবা ফংদবা অতগুম্বা ভগবান অদুবু মাগী কৃপা ফংজবা মী অদুনদি হেক্তমক উজবা ফংই। মওঙ অসিমক 'তে দেব' অসিনচিংবনা হৌবা শ্লোকতা দশম স্কন্দা ব্রহ্মানা হায়খিবা লৈ ॥ ১০৫২

গুণ কীর্ত্তনগী মথক্তি মসিনি।

(১) অয়মবিলোলত—খুৎই (২) নিত্য—খুৎই

# অথ নাম

## শ্রীগোপাল ভট্টানাং

ভাণ্ডীরে শশিখণ্ড মণ্ডনবর শ্রীখণ্ডলিপ্তাঙ্গ হে।
বৃন্দারণ্যপুরন্দরস্ফুরদমন্দেন্দীবর শ্যামল ॥
কালিন্দীপ্রিয় নন্দনন্দন পরানন্দারবিন্দেক্ষণ।
শ্রীগোবিন্দ মুকুন্দসুন্দর তনোমাং দীনমানন্দয়ঃ ॥ ১০৫৩
শ্রীকৃষ্ণগোবিন্দ হরে মুরারে গোপাল গোপীনয়নাব্জভানো
নন্দাত্মজানন্দনিধে যশোদাসূনো মতিস্তাৎতব পাদয়োর্মে ॥ ১০৫৪

শ্রীহরিনামস্তুতিঃ—

অঘদমন যশোদানন্দন নন্দসূনো।
কমলনয়ন গোপীচন্দ্র বৃন্দাবনেন্দ্র।
প্রণত করুণ কৃষ্ণাবিত্যনেক স্বরূপে।
ত্বয়ি মম রতিরুচ্চৈর্বর্দ্ধতাং নামধেয় ॥ ১০৫৫
বাচ্যং বাচকমিত্যুদেতি ভবতো নাম স্বরূপদ্বয়ং।
পূর্ব্বস্মাৎপরমেব হন্তকরুণং তত্রাপি জানীমহি।

---

মথংদা মামগী মরম তায়রি—শ্রীগোপাল ভট্টগীনি—

ভাণ্ডীর-বনদা থাবম্না লৈতেং ওইনম্লনা, নিঙ্থিবা চন্দন থোন্দুনা, অয়েংবা-মঙান চেনবা থবাল অশাংবগী কুচুনা তিনবা! যমুনাগী চায়থোইবা, নন্দগী মচা ওইবা! পরমানন্দগী মখক ওইবা, মিংম্না থবাল-লৈকা মানবা বৃন্দাবনগী মপু ওইবা, শকতং-নিঙথিজবও হে গোবিন্দ, হে মুকুন্দ, তোঙবা ননাইবু নানবিয়ু ॥ ১০৫৩

হে কৃষ্ণ, হে গোবিন্দ, হরে মুরারে! গোপ গোপীশিংগী মিৎয়েংনকম ছুমিংকী মখক ওইবও হে নন্দগী মঙাইবুংতো! মুংঙাইবা অপুম্বগী মখক ওইবা হে যশোদাগী মচা ওইবা—ননাইগী পুক্নিঙদা নখোঙ থবালবু কাউদনে; হায়বত পীনবীয়ু ॥ ১০৫৪

শ্রীহরিনামস্তুতি—

হে নামধেয়, হে নাম. নঙদি, অঘাসুরবু হাৎপা, যশোদা অমদি নন্দগী মচা ওইবা, মিংম্না থবাল লৈকা মানবা, গোপী অমদি বৃন্দাবনগী থা ওইবা, চঙজরক্রুবশিংবু চানবী হৈবা—অসিগুম্না নমিং কয়া কয়া থে লগা পেনবিয়িবনি, নঙোন্দা লৈজবা ননাইগী য়তিং ভক্তিবু মথং মথং অয়ম চাউখৎহনবীয়ু ॥ ১০৫৫

হে নাম! নহাক্তি বাচ্য অমদি বাচক-গী মশক্তি। অনিমক নঙতগী নখক মঙনি। মসিদি থোৎনানগী, মশক্তি হায়না ঐখোয়না খঙদে। কনাগুম্বা জীবনা অর্থগী মখক

যস্তস্মিন্ বিহিতাপরাধনিবহঃ প্রাণী সমন্তাদ্ভবেৎ।
নাম্নস্তেনেদমুপাস্য সোঽপি হি সদানন্দাম্বুধৌ মজ্জতি ॥ ১০৫৬

জয় জয় জয় দেব দেব দেব
ত্রিভুবন মঙ্গল দিব্যনামধেয়।
জয় জয় জয় দেব কৃষ্ণ দেব
(১) শ্রবণ মনুনয়নামৃতাবতার ॥ ১০৫৭

গুজ্জরীরাগেণাদিতালেন—

কেশব কমলদলেক্ষণ কামদকান্তমুরান্তক কলিতসুবেশ।
নন্দতনুজ জনরঞ্জন ভবভয়ভঞ্জন কঞ্জচরণ কমলেশ ॥
জয় জয় গোপবধূবদনাম্বুজ-মত্তমধুপ-মকরধ্বজ ভূপ।
পীতাম্বর বরনাগর রসময় (২) মঞ্জুলভুজ দলিতাঞ্জন রূপ ॥ ধ্রু

ওইরবা ভগবানদা মরীং লাকহৌদনা লম্ভজববমু ইবুংঙো মাগী অনিশুবা মথক মতৌ থঙহনবা—থমদী মথক ওইবা অত্তগুবা, 'নাম' অসিগী মনাই ওইজনা অপনচিংবা তৌজববদি অর্থগী মথক ওইবা ইবুংঙো মাগী সচ্চিদানন্দ ওইবা মথক অদুবু ফংদুনা লোইবা নাইদ্রবা নুংঙাইবা ঈপাক্তা লুপচৈ ॥ ১০৫৬

হে মাইগী লাচ ওইবা—নচাক্তী নামশুনা মিৎ-নাকোঙ অমদি পৃক্লিঙদা অমৃতগী মথক ওইহন্দুনা মরেপা অহুপ্নক্তী মঙ্গল ওইবা পীনরেরিবা হে কৃষ্ণ। ইবুংঙো নঙগী জয় ওইসনু ॥ ১০৫৭

গুজ্জরী রাগ, আদি তালদা—

মিৎয়া থম্বাল-লৈক-মানবা, কামদেবগী নাপল মাঙহনবা, হিংচাববু মাঙহনবা (পৃক্লিঙগী অমকপা কোকচনবা), ফিজেৎ লৈতেং নিঙথিবা হে কেশব। তাইবঙ-মী পুম্নমকপু ভজহংপা, মীরমনেনগী অকিবা কোকচনবীবা, নখোঙ থম্বাল মানবা হে নন্দগী মচা ইবুংঙো! গোপী-মায়খোং-থম্বালদা তোংবা ময়াই-কাবা-খোইমুগী মথক ওইবা, সনা ফীগে থোনবা, অথোইবা নায়কগী মথক ওইবা, রসকী হৌফম ওইবা, পাথোম মন্তা কজবা, লৈখায়রবা কাজলগুম্না চীক্লা ঈংবা অথংবা ফুচুনা তিনবা, নুংঙাইবা পুম্নমকী হৌফম ওইবা, নিঙথিবা চীনবান্দা মুরলী থোনবদা মপা লৈতবা, ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমকপু থারণ তৌবীরিবা, মধু হিংচাববু হাৎপিখিবা, গোবর্দ্ধন চীংজাউবু থাংগৎপা, গোকুলগী অকনবা ওইবা হে লক্ষ্মীগী মবুংঙো! মনাই নরহরিবু নঙনা ঙাকপিয়ু।

ঈশৈ অসি উদ্গ্রাহ, ধ্রুব অমদি আভোগ অহুম্নক্তা শেথনি।—

(১) শ্রবণময়নো—পুৎই (২) রঞ্জন—পুৎই

পরমানন্দকন্দ মধুরাধর মুরলীবাদ্য ধুরন্ধর ধার।
নরহরিমব মধুসূদন মাধব গোবর্দ্ধনধর গোকুলবীর ॥
ইরমুদগ্রাহ ধ্রুবাভোগরূপেণ পদত্রয়বতী গীতিঃ।

মনসিজ-ফণি-জুষ্টে লব্ধপাতোঽস্মিদুষ্টে।
তিমিরগহনরূপে হন্তসংসারকূপে।
অজিত নিখিলরক্ষা হেতুমুদ্ধার দক্ষা।
মুপনয় মমহস্তে ভক্তিরজ্জুং নমস্তে॥ ১০৫৮

সমস্ত পুরুষার্থতঃ পৃথুতরাত্ত ভক্তি (২) বিদন্
বদরপি ন যস্তজেৎ স্বদস্ক পাত্র হেতুর্বিতো।
প্রসীদ যমুনাতটে লুঠিত মূর্ত্তিরভ্যর্থয়ে
কৃপাং কৃপণ নাথ হে কৃষ্ণ মুকুন্দ (১) বন্দেমহি ॥১০৫৯

(২) রাসলীলায়াং গুণবর্ণনস্ত সমাহর্ত্তুংস্বাভিলাসং ব্যনক্তি
রসাসারু সুসারোরু রস্তরাম্বিঃ সসারসঃ।
সংসারাসিরসোরাসে স্মরিরিংস্যুঃ সসারসঃ॥ ১০৬০

হে ভগবন! ননাই ঐদি অকিবগী মথক ওইরবা ভাইবঙ কুহাদা তাদুনা লৈরবনি। কামগী মথক ওইরবা লিমন্সু মসিদা শম্না লৈরিবনি। অদুগা অজ্ঞানগী মথক ওইরবা অমম্বা চবুমসু ইত্তক গুক্না মমলবনি। তোঙমদবা লৈত্রবা হে ভগবন! ভাইবঙ পানববু ভাকপি কনবীহৈবা অদুগুম্বা নঙগী ভক্তিগী মথক ওইবা থৌরী অদু থাদবীরক্না ননাইবু কংহনবীনবা (চিংথৎপিনবা) হন্না হন্না থুক্রমজৈ॥ ১০৫৮

পুরুষক্তা শীনব-থুংবও হে ভগবন! ফংওমদবা পুরমক লায়না কংহনবী, লবী পুরমক্তা চুম্না চৎচবা ওমহনবী অসিগুম্বী ভক্তিগী মথক মগুণবু উরবা, তারবা অমদি ইচীম্না শোঞ্জরবা অসিমক্তাদসু নঙোন্দা ভক্তি তৌজত্রিবসিনদি নহাকী কৃপা বাৎপত্তনা ওইবনি। অত্তোনববু চানবীহৈবা হে মুকুন্দ! যমুনা তোঞান্দা ওম্না থোইনা লৈজরবা ননাইবু চানবীয়ু। ১০৫৯

রাসলীলাদা শ্রীভগবানগী গুণ-বর্ণন তৌনবগীদমক মথাদা কবিগী অপাম্বা মওঙ অদু কোংদোক্লি, মদুগী চিত্রকাব্য ওইনা শীবা থুদমদি—'রসাসারু সুসারোরু ... ... অসিনক্লিংবা॥ ১০৬০

---

(১) বন্দেমহি—পুৎই

(২) চিত্রকাব্য লক্ষণম্—"পদ্মাদ্যাকার হেতুত্বে বর্ণানাং চিত্রমুচ্যতে" ইতি সাহিত্যদর্পণে

(১) দ্ব্যক্ষরং চিত্রকাব্যং সর্ব্বতোভদ্রঃ ।

রং'সাবহা হাবসারা সালসা সসলালসা (২)
বলারমা মারলাব হাসমাদদমাসহা ॥ ১০৬১
মুরলীমধুর শ্রুতি রাগপরং ।
স্বরসপ্ত সমন্বিত গানপরং ॥
নব নায়কবেশ কিশোর বয়াঃ ।
ব্রজরাজসুতঃ সহরাধিকয়া ॥ ১০৬২
ইতরেতরবন্ধকরভ্রমণং ।
কুরুতে কুসুমায়ুধ কেলিরণং ॥
অধিকাধিক মাধব রাধিকয়োঃ ।
কৃতরাস পরস্পর মণ্ডলয়োঃ ॥ ১০৬৩
মণিকঙ্কণ শিঞ্জিত তালঘনং ।
হরতে সনকাদিমুনের্ম্মনং ॥
কেলিকদম্বতলে বনমালী ।
নৃত্যতি চঞ্চল চন্দ্রকমৌলী ॥ ১০৬৪

মথক্কী অসিগুম্না 'সর্ব্বতোভদ্র' কৌবা ময়েক অনি অনিনা শাবা চিত্রকাব্যগী গুণ বর্ণন মথলদি—'রাসাবহা হাবসার ... .. ' অসিনচিংবনি ॥ ১০৬১

মুরলীগী হুংশিবা মথোলনা সপ্তস্বরনা তিনবা অয়াবা রাগবু শহেকনি। অনৌবা নায়ক-কী মথক ওইবা, টেনখৎলকপা চহি মতাং ওইবা ব্রজনিংথৌগী মচাইবুংঙো, মতম পুরমক্তা রাধাগতা লোয়নবা,—খুৎ-শম্নদুনা কোয়মিন্নবা মহৈ মহৈ মণ্ডলী শেম্নদুনা রাধা-মাধব অনিমক্তা রাসতা অসুম অসুম মথং মথং হেনগৎলকপা কামগী লীলা-লানকমদা-পুক্কিঙ-লুম্নবা, মণিমুক্তাগী খুজী মখোল লোয়ননা নিঙথিবা তালনচিংবা মখোল থোক-হনবা, সনক-নচিংবা মুনিশিংগী পুক্কিং হুনবা মথক ওইবা, কেলি-কদম মথোঙদা ডান্সোইবা বনমালা থোনবা, কোক্তা বাহোং চূড়ানা ডনিক ডনিক ডানবা, রাধাগা রাস শান্নমিন্নবা, গোপীগী চান্নথোইবা, গোকুলদা লৈবা, থা মানবা মাগী মায়থোং-অমুত্ত রসতবু পুরমক্তা থৌরাংনজবা অদুগুম্না শ্রীকৃষ্ণ অমদি থাব্রাংচাক্তী মতৌগুম জগোই শাবদা মিংম্না ভথক ভথকপী, মণি কুণ্ডলনা নিঙথিবী চায়রুংদা ঈরং ঈরং লংবী, রাস রাসেশ্বরী ওইবী, চন্দ্রমা লৈত্তেংবী, খবাল লৈনম-চেনবী, মাধবকা তিম্নণবদা অসুম অসুম হয়াঙ মথোই কাজবা

(১) দ্ব্যক্ষরঃ চিত্রকাব্যঃ—পাঠান্তরং (২) সসসা সা ;

রাধিকয়া সহ রাসবিলাসী।
গোপবধূপ্রিয় গোকুলবাসী ॥
ক্রীড়তি রাধিকয়া (সহ) কৃষ্ণঃ।
শ্রীমুখচন্দ্র-সুধারসতৃষ্ণঃ ॥ ১০৬৫
নর্ত্তন খঞ্জনলোচন লোলঃ।
কুণ্ডলমণ্ডিত চারুকপোলঃ ॥
রাসরাসেশ্বরী রাজতে রাধা।
চন্দনচর্চ্চিত পঙ্কজগন্ধা ॥
মাধব সঙ্গা বর্দ্ধিতরঙ্গা।
পূর্ণমনোরথ মন্মথ সঙ্গা ॥ ১০৬৬

শ্রীরাধিকা মাধবয়োঃ পদাম্বুজে নির্ম্মায় যৎ কাব্যমিদং ময়ার্পিতং।
তেনৈব তৌ প্রীতহৃদৌ (১) কদাপিমামত্যদ্ভুতাং দর্শয়তো রহঃকলাং ॥ ১০৬৭

প্রভোকৃষ্ণ-চৈতন্য গৌরাঙ্গ-বিশম্ভর-শ্রীশচীনন্দন-প্রেমসিন্ধো।
হরেকৃষ্ণ-গোপাল-গোবিন্দ-নন্দাত্মজ-প্রেষ্ঠ গোপিজন প্রাণবন্ধো ॥ ১০৬৮

অনারাধ্য রাধাপদাম্ভোজরেণুননাশ্রিত্য বৃন্দাটবীং তৎ পদাঙ্কাম্।
অনাভাষ্য তদ্ভাব গম্ভীরচিত্তাংকুতঃ শ্যামসিন্ধো রসস্যাবগাহঃ ॥ ১০৬৯

হেনগৎলকপী, প্রেমগী যাখলনা লাকহৎলবী পূক্নিগুদা মপুং ফানা নুংঙাইজবী শ্রীরাধা—অসিগুম্বা শ্রীরাধা মাধব অনিগী মখোঙ থম্বালদা শৈরেং অসি শেমদুনা কচ্চবা অসিনা ময়ম ওইহনা পেনবিবদগী, মীনা কংনঙমদ্রবা অঙকপগী মখক ওইবা অসিগুম্বা মাগী কলাবু কয়িগুম্বদসু উহনবীরকপা ওইসনু ॥ ১০৬২-৬৭

হে কৃষ্ণ চৈতন্য, হে গৌরাঙ্গ, তাইবঙ পূম্ববু য়োকপি-থাকপিরিবা শচীগী মচা-ইবুংঙো, প্রেমগী সমুদ্র ওইবা হে কৃষ্ণ, হে গোপাল-গোবিন্দ, নন্দগী মচা ওইবা, চান্ন-থোইবী গোপীশিংগী থবাম্নমক শকচবা (ননাইনা থুক্নমজৈ) ॥ ১০৬৮

শ্রীরাধাগী মখোঙ থম্বানদা চেনবা উফূনবু নিঙজবা অদুগা ইবেম্মা মাগী মখোঙনা নেৎপিরমলবা অদুগুম্বা বৃন্দাবনদা চঙবা নত্তনা মহাকী লীলাবু বর্ণন তৌবা হায়বলি অঙকপা অমা ওইরিবনি। মসিবু বর্ণম তৌরুদ্রবদা শ্যাম-সিন্ধু ওইবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী মপান নাইদ্রবা রসদা করম তৌনবু লুপচবা ফংলুগনি ॥ ১০৬৯

(১) লাভৌ—পাঠ

ইতি কলিযুগপাবনাবতার-শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেবোক্তেস্তৎ প্রিয়জন শ্রীরূপ গোস্বামিকৃতোজ্জ্বলরসরাগপদ্ধতি সংগ্রহনলিখন স্মৃতেরপি কাপি শক্তির্মভক্তি-লেশাভাবমহাপরাধি পরম পামর ক্ষুদ্র জন্তুনঃ অতএব বিজ্ঞপ্তিরেষা ॥

শ্রীরূপেণ প্রচুরকরুণাশালিনাদর্শিতং যৎ
মাদৃঙ্মুগ্ধ প্রকৃতিজনিতা শ্রেয়সে রাগবর্ত্ম ॥
তস্মিন্ যেষাং রতিরতিতরাং বর্ত্ততে সারভাজাং
তেষাং পাদাম্বুজনতিমতী কোটিশঃ স্যাজ্জনির্মে ॥ ১০৭০

প্রকৃতমনুসরামঃ—

শ্রীকৃষ্ণরস-সঙ্গীতে মম্মনো (১) যন্ন্যবেশয়ৎ।
তদ্রসাবিষ্ট চিত্তস্তং সঙ্গোঽস্তু জন্ম জন্মনি ॥ ১০৭১
গোবিন্দৈকান্তভক্তত্বাম্‌ নৃপেন্দ্রানাং শিখামণিঃ।
শ্রীযুক্তো জয়সিংহাখ্যো জয়তি ক্ষিতি মণ্ডলে ॥ ১০৭২

---

অসুম তৌনা কলিগী লানবিনবা মশক ওইবা শ্রীকৃষ্ণ-চৈতন্যদেবনা তাকপিখিবা মাথং অমদি মনাই অথোইবা শ্রীরূপ গোস্বামীনা লেংবা উজ্জ্বলরস-রাগ পদ্ধতিবু সংগ্রহ তৌদুনা ইশিনবা শাক্তবসি, শক্তি অমত্তসু মাওত্রবা, ভক্তি মচেৎ অমত্তসু পক্ত্রবা ঐগী ইকমদদি কোকওমত্রবা ইরাল লওশিঞ্জবতনি ; অদুনা ঐ অসিদি অথোইবা-পাপ চেনবা, পীকপদ্ম-পীসু পীক্রবা অদুগুম্বা জীব অমনি। মরম অদুনা পণ্ডিতশিংগী খুম্বাখাদা ঐনা চঙজরিবদি—

শ্রীরূপ-গোস্বামীনা থোইদোক্লা চানবীদুনা, ঐগুম্বা অপঙবশিং অমদি পাপচেনব-শিংগীদমক উৎপিরম্লবা ভক্তিগী লম্বী অসিবু চেৎনা শাজবীদুনা, মদুগী খ্বাইদগী হেন্না কান্নবা মশক অদু লৌবীদুনা-চৎপা অদুগুম্বা মীশিং অদুগী মখোঙ খম্বালদা ইকোক নোঞ্জনবা পূক্নিঙদং পীনবীরবদি ঐ অসি কোটি কোটিরক হন্না মী অদুগী মনাই ওইনা পোকচবা হায়বদু ওইজগে ॥ ১০৭০

হজীক চথরক্লিবা হীরম অদুগী মখা তাজরক্কে—

শ্রীকৃষ্ণরস-সঙ্গীত-তা ঐগী পূক্নিঙ হাপ্লিখিবা, মশামকসু মদুগী রসতা লুপ্লব-থম্লোইবা মাগী ওইবা অদুগুম্বা মহাক অদুগা ঐগা মপোক মপোক থুদিঙগী লোয়নজবা ওইসনু ॥ ১০৭১

শ্রীগোবিন্দদা পূক্নিঙ অনি লোঙদবা ভক্তি লৈবদগী নিংথৌশিংগী কোকী লৈতেং মণিগী মশক ওইখ্রবা, অথোইবা ভক্তিগী লমতনা লল্লোইনখ্রবা, জয়সিংহ হায়না কৌবা অদুগুম্বা নিংথৌনা তাইবঙ পানবদা জয় ওইরি। শ্রীভগবানগী ভজন সাধনদা মরম ওইদুনা মণিপুর কৌবা লৈবাকী মী পুম্নমকপু মুংঙাইহনবীখিবা অমদি 'ভাগ্যচন্দ্র' কৌবা

(১) যোগ্যবেশয়ৎ—খুৎই

যো মণিপুরাখ্য দেশস্থান্ জনান্ সর্ব্বাংশ্চহ্লাদয়েৎ।
ভগবন্তজনেনৈব ভাগ্যচন্দ্রাভিধঃ পরঃ॥ ১০৭৩
শ্রীমান্ গম্ভীরসিংহাখ্যো নৃপতিস্তস্য নন্দনঃ।
অসাধ্যবিক্রমো যস্য দিঙ্মণ্ডল প্রকাশিতঃ॥ ১০৭৪
দানেন যশসা প্রেম্ণা (১) শ্রীনাম্নঃ কীর্ত্তনেন বৈ।
তস্যৈবাজ্ঞাবলম্বেনহ্যজ্ঞেনাপিচ কেনচিৎ॥ ১০৭৫
শ্রীকৃষ্ণরস-সঙ্গীত-সংগ্রহোঽয়ং বিনির্ম্মিতঃ।
বিশ্ববৃন্দস্য হাস্যায় মুগ্ধস্যৈবতু হ্লাদকৃৎ॥ ১০৭৬
পঞ্চভিকুলকং।

কিঞ্চ—

পুলিন্দোখ্যো যথা বহ্নিঃ স্বর্ণ-নির্ম্মলকারকঃ।
তথৈবায়ং মনুষ্যোঽপি বুদ্ধি সংমার্জ্জকো ভবেৎ॥ ১০৭৭
সোঽহং যস্য কৃপামৃতেন সুচিরাৎ পুষ্টঃ সুদুঃসাহসে।
যস্যাজ্ঞা মধুধারয়া চ নিতরাং মৎ (২) প্রবৃত্তোঽত্রহি॥ ১০৭৮
তস্য শ্রীনৃপরাজ সদ্গুণনিধের্গম্ভীরসিংহাকৃতেঃ।

মিংথোলনসু থৈভেংবীথ্রবা অদুগুম্বা নিংথৌমেনবী মচাইবুংথো, মীনা থদবা থবক তৌথ্রনা—পীনহৈবনা, মিংচৎনা, শ্রীভগবৎ-প্রেমনা অমদি শ্রীহরিনাম-কীর্ত্তন তৌবনা মখুম ওইদুনা মায়কৈ পুমনক্তা নিঙথিবা গুণ শন্দোকথ্রবা শ্রীমান গম্ভীরসিংহ কায়না কৌবা মিংথৌবী য়াথংনা থক্তজ্রবমকসু কনাগুম্বা অমনা পণ্ডিতশিংনদি নোক্নগদবা, অপঙবা থক্তদবা মীশিংনদি হরাউনগদবা ওইবা মতংদা শ্রীকৃষ্ণ-রস-সঙ্গীত কৌবা সংগ্রহ অসিবু ঐনা তৌজখিবনি॥ ১০৭২-৭৬

শ্লোক মঙা পুম্নমক্না অর্থ অমা মপুং ফাবদগী মসি শ্লোক মঙাগী 'কুলক' নি।

অমদি—

চণ্ডালগী ময়ুমদগী থোকপা মৈনসু সনাবু শেংদোক্কবা, মাবশুমা তৌব্রবা ঐগী ইবুঙিসু সাধুশিংনা শেংদোকপিরকসু। মাগী কৃপামৃত ফংজদুনা মতম কুইনদগী ঐনা অদোবা তোকচরব্রিবা অদুগুম্বা ইনিঙথৌগী হুক্রবা য়াথংনা-মখম ওইদুনা ইথিক-ইপা মগুবা থবক অসিদা ঐনা থুং থাজক্কবা শাবনি। ১০৭৭-৭৮

শূক্রবা-মোংশাগী মশক ওইবা (গম্ভীরসিংহ), অয়াবা অকবা গুণতনা থৈভেংবা

(১) শ্রীনাম—পুথই (২) মতঃ—ডঃ নীঃ

কর্ণানন্দভবায়হস্ত (১) ভবতাৎ সৈষাহস্মৎ কৃতিঃ ॥ ১০৭৯
অযোগ্যোহপি প্রস্তুত লিখনে তদন্তে সচ্ছক্তিমবগম্যাহং
তস্য চাতিকৃপালুত্বং খ্যাপয়ন্ পুনস্তাস্ত্রেণ গুরুকৃষ্ণ-
প্রার্থনাষ্টকং লিখিত্বা গ্রন্থসমাপনং কুর্য্যাং—
জনোহয়মিতি কাতরে হৃদয়দস্যু লুণ্ঠ্যতে।
তথাপিরত ঘোষণঃ (২) প্রবর কর্ম্ম কুর্ব্বন্নহো ॥
নিগৃহ্য তদিমং কৃপা প্রবর লোকসংঘৈঃ প্রভো।
তথাকুরু যথা ভবত্তজন সদ্মনি প্রাপিমি ॥ ১০৮০
লবার্দ্ধমপি মানসং করুণনৈব ভীতিং ভজেৎ।
কথং ভবদুপাসনা ভবতু মন্দভাগ্যস্য মে ॥
তথা কুরু যথা ভবচ্চরণপদ্ম সদ্বাসনা।

---

অদুগুম্বা নিংথৌরেন অত্তনা তাবদা পেনবীনবগীদমক হোৎনবনা ঐগী অথোইবা পূক্তিগুনি ॥ ১০৭৯

মানা পীনবীদুনা ফংজব ইপাংগন-মচেৎ থয়দং অত্তনা ময়ম ওটদুনা ইতিক নত্রবসু মকসু ইজবা শাকবনি চায়বা বাহৈ অসিনা ইনিংথৌ অত্তনা কয়াগী মতিক থৌজানবী-হৈবগে চায়বত্ত কোঙদোকচত্তনা শূপাচনবা মচি ওইবা মবোল থয়দংনা শ্রীগুরু-কৃষ্ণগী প্রার্থনাষ্টক অমত্তং অমুক জম্না ইকত্তনা লাইরিক অসি লোইশিন্ধরি—

অকিবনা লাকহংলবা, হনাবনা (কাম ক্রোধনচিংবনা) থম্মোই নৈথায়রিয়বা জীবনি। থোইনা অমুক কবিবু হায়রুগদগে, নঙগী মিংলেনবু শোগুবা কোবা খ্যায়দগী হেনবা কর্ম্ম অত্ত তৌন তৌনমক হৃরানবশিং অসিনা ঐবু অত্তম্মক লুট তৌবদি তোকপা নৈদ্রি। ডম্ফদবা নৈত্রবা, অথোইবা গুরুগী মথক ওইবা হে প্রভু! হৃয়ানবশিং অসিবু নহাক্ত ফাবিত্তনা খ্যায়দগী হেন্নবা নঙগী থৌজানগী মিংয়েংনা য়েংবীত্তনা নঙবু নিঙজবগী মথক ওইরবা সুংভাইরবা য়ুম অত্ততনা ঐগী পুন্সীগী অথোইবনি হায়বত্ত খঙহনবীহুনা ননাইবু মপোক অমা পীনবীয় (নৌনা পোকপিয়)। হে দয়াময়! হৃয়ানবশিং অসিবু কিবনা মিৎকুপ মচেৎ অমত্তং ফাগুবা ননাইগী পূক্তিঙ লাঙতক্নবা ওইদনবা, নঙবু উপা-সনা তৌবা গুমজনবগী লাইবক কবদু ফংজনবা মতম পূবদা—নখোঙ অদুতবু সুংভাইরবা য়ুমনি খজত্তনা নৈত্তানা নৈবা ফংজনবা ননাইগী পূক্তিঙ অসিবু চুমথোকপিয়।

নঙদি তৌঙমদবা নৈতবনি, ননাই ভক্তশিংগী মকাদদি মপান নাইত্রবা লাইবক কবগী সমুদ্র ইপাক ওইবীরিবনি। ময়াই-কল্লবা-হুগুয়া অকিবগী মথক ওইরবা রূপ-রস

(১) কর্ণানন্দ ভয়াবহং তু—উঃ নীঃ
(২) পোষণা ?

ভবেদনিশমত্রহি স্বগণ ভাগ্যসিন্ধে (১) প্রভো ॥ ১০৮১
অমন্দ গরলাধিকং বিষয়পুঞ্জ মত্ত্বাশয়া
সুখং বত ভবিষ্যতীত্যনিশমত্র মন্মানসং ॥
ক্ষণং তব পদাম্বুজং স্মরতিনৈব পাপাশয়ং।
তথা কুরু জগদ্গুরো চরণপদ্ম লুব্ধং ভবেৎ ॥ ১০৮২
অগণ্য বরপাপিনামতি গরিষ্ঠ পাপাত্মনঃ।
কুকর্ম্ম-ভবদোষতঃ শমনদণ্ড পাত্রস্যমে ॥
ত্বমেব করুণার্ণবঃ শরণমত্র সংসারিণঃ
প্রকৃষ্ট (২) করুণ প্রভো বিতর যাদবেন্দ্রপ্রিয় ॥ ১০৮৩
প্রসীদময়ি পামরে কুজন মূঢ় (?) পাপাশয়ে।
সমুদ্ধর ভবার্ণবাৎ করুণ কর্ণধার প্রভো ॥

গজনচিংবা সংসারগী বিষয়শিংবু নুংঙাইবনি খল্লুনা, নুংঙাইনিঙবা মরাই অদুতনা মরম ওইদুনা বিষয়দা লুপথ্রবা পূক্নিঙ অসিনা মিৎকুপ অমত্তসু নঙগী নখোঙ খঙ্খালবু নিঙশিং-লুজ্রে, মতম পুম্নমক্তা বিষয়তগী যাথলদা পাপনা লাংগোয় চল্লনখ্রে। মরম অদুনা হে তাইবঙ পানবগী গুরু ওইবা, মপী মপা শক্রবা হে ভগবন! নখোঙ-খঙ্খাল-লৈহী-মিতাঙব -ঙবা অতুগুম্বা পূক্নিঙ অহ্ন ননাইদা পীনবীয়ু।

ননাইগী 'পূক্নিঙদি, তাইবঙ পানবদা লৈরিবা মশীং লাকঙমত্রবা খ্বায়দগী চেনবা মহাপাপ চেনবা পাপীশিং অতুদগীসু চেন্না পাপ চেনবনি। করুবা খবক্তমক তৌরক্লবা, সংসারগী দোষ মখৈনা থল্লবা অদুগুম্বা ঐ অসিদি খ্বায়দগী হান্না যমগী চৈরাক কংজকম খোক্লবনি। মরম অদুনা হে থৌজানবীহৈবা, যত্র শাগৈগী চায়খোইবা হে কৃষ্ণ! ঐগুম্বা—সংসার সমুদ্রদা ঈরাক্লরবা পাপীশিংবুদি থৌজানহৈবা নহাক্তনা তাইবঙ সমুদ্র ঈপাক্তগী লানবীগদবনি। (ঐনা নঙবু কাউজদবা পীনবিয়ু)॥ ১০৮০-৮৩

ননাইগী চায়খোইবও হে জনার্দ্দন! পঙলবা, করুবা মযদি পাপনা থল্লবা ননাইবু চানবীয়ু। হে থৌজানগী সমুদ্র ওইবা, তৌবা ঙমদবা লৈতবা হে প্রভু! কিনাউ শাবা ওইবীহুনা তাইবঙ-ঈপাক্তগী ননাইবু লানবীয়ু। মতম পুম্নমক্তা পাপ লঙশিল্লুনতা লৈরবা, চাউরু-চাউরবা কোকঙমত্রবা দোষতনা য়োমশিনগ্রবা পাপীনি। মরম অদুনা নখোঙ-খঙ্খালগী মশক-ওইরবা অচৌবা কিরেন অদুদা চঙজকম ফংহনবীদুনা তাইবঙ-ঈপাক-ইরেল অসিদগী ননাইবু লানবীয়ু।

নঙদি পীনহৈবনি, অকবা লম্বীদা লমজিংবীবা ঙম্বনি। মরম অদুনা, গোকুলগী-

(১) ভাগ্যসিন্ধো
(১) করুণাং—পুংই

সদৈব পতিতং নিজপ্রবরদোষ সংঘৈরমুং ।
জনং প্রিয়জনার্দ্দন শ্রিতপাদাব্জলাভং ভব ॥ ১০৮৪
সুদৃষ্টমপি মাং জনং সুধয় ভক্তিরঙ্গংপরং ।
স্বকর্ম্মভবদোষতস্তুরিতমত্র দুর্ব্বাসনং ।
ভবেত্তবত্বুপাসনা ভবনভাগ্যদানাৎ প্রভো ;
বদান্যবর সদগতে ব্রজবিনোদ ভক্তপ্রিয় ॥ ১০৮৫
প্রভো নহি তবোজ্জ্বল প্রথিত বর্ত্মসীমামহং ।
কদাপ্যগমমুং পথং প্রগতিশীল পাটচ্চরঃ ॥
নমৎসদৃশমস্তকুং কুমতিরস্তি দেবাবনা ।
বমুং কুরু জনং কৃপাপ্রবল পাশ সংঘাবৃতং ॥ ১০৮৬
দয়া তব সুবিশ্রুত পতিত সংঘনিস্তারিণী ।
(১) জড়াচিদচিদম্বয় (২) প্রকর মুগ্ধ হৃচ্ছাধিনী ।
অতঃ প্রপতিতে ময়ি প্রবরদোষ মূঢ় জনে ।
দয়াং কুরু (৩) প্রভোচ্চরণপদ্ম ভক্তির্ভবেৎ ॥ ১০৮৭

ননাই-ভক্তশিংদা পুক্কিঙ লুপ্পিরিবা হে ভগবন ! নঙগী ভক্তিতবু পামজবা খ্বায়দগী হেন্না তোল্লবা ননাই ঐনি । ঐবু সংসারদা ফত্তবা কর্ম্ম তৌহন্দুনা দোষকী তুংনভম ওইহনবীবসু ইবুংঙো নহাক-তননি, ফত্তবদা পুক্কিঙ চিংশিনহনখিবসু নহাক্তি, মরম অদুনা ঐবু থুনমক থৌজানগী মিৎয়েংনা য়েংবীদুনা নহাকপু নিঙজবা হায়রবা মুংঙাইরবা থুপচকম অদুগী মনুংদা শাইদাংহনবীদুনা ভাইবঙ সমুদ্রদগী লানবীদুনা মুংঙাইহনবীয়ু ॥

হে প্রভু, হে কৃষ্ণ ! মতিক মগুণ চাউরবা নঙগী ভক্তি-মার্গ অসিগী ঙমথৈ ফাওবা খক নকশিন্না লেপচরক্তিবা ননাইনি । অথোইবা, চাওখৎপা পীনহৈবদা খ্বায়দগী হেন্না হৈ-শিংলবা হুন্নানবগী মশক ওইরবা হে প্রভু ! অহকপা মরাল চেনবা—ফত্রবা পুক্কিঙনা মাগী ওইবা অচুগুম্বা ঐগুম্বা মীওইদি পৃথিবী অসিদা অনি থবা অমা লৈত্রবনি । মরম অদুনা কল্লবা-নঙগী-থৌজান-থৌয়ীনা ননাই ঐবু চেৎনা লাকশিনবীয়ু ।

নঙগী থৌজানদি পাপ-চেনবশিংবু লানবিহৈবনি । চিৎ = চৈতন্য = জ্ঞান ; অচিৎ = জড় ওইবা পোৎকী মশক ওইবা অসিগুম্বা অ'ন অসিনা পুল্লপ পূন্না লৈবদগী অজ্ঞানগী অমম্বতনা থল্লবা ( জড়গী মশক ওইরবা ) অমম্বা থম্মোইবু শাস্ত্র-চর্চ্চা তৌবনা কোকহনবা ঙম্বা অদুগুম্বা শাস্ত্রগী মশক ওইবা নহাক্কা থৌজাননি । মরম অদুনা কোকঙমদ্রবা দোষ-মক্তনা মূর্খ ওইরবা, শুদ্ধৎ-লাংদা থুরবা অসিগুম্বা পাপী ঐবু নখোঙ খম্বানদা ভক্তি লৈজবা ঙম্বা পুক্কিঙগী পাংগল পীনবীয়ু ॥ ১০৮৪-৮৭

(১) জড়াচিত (২) প্রকর (৩) প্রভোস্তবচ্চরণ

ইদং হৃদয় বর্দ্ধন প্রথিতমেব পত্মাষ্টকং ।
গুরোশ্চরণ মাধুরীস্মরণ বিক্রিয়ো যঃ পঠেৎ ॥
সত্যাস্থ করুণার্ণবঃ কৃপণ বৎসলো যঃ প্রভুঃ ।
করোতি করুণাং বরাং কলিকৃতাপরাধস্থহি । ১০৮৮

ইতি শ্রীকৃষ্ণরস-সঙ্গীত-সংগ্রহে শ্রীগুরুকৃষ্ণ চৈতন্য নামোচ্চারণাদেবোদ্ভূতে নাম-গুণ-লীলা-লাবণ্যগানবিদ্যা কিঞ্চিজ্জ্ঞান সৌষ্ঠবার্থকৃতে শ্রীগোবিন্দপদার-বিন্দ-মধুপ-পরম চতুর ভাগবতেন প্রভুনাদিষ্টেকৃত সংগ্রহাস্তিক-লীলাদি-কীর্ত্তনাত্মক শংসনং নাম সপ্তমপ্রকরণং সম্পূর্ণং ॥

মকরস্থে রবৌমাঘে পঞ্চম্যাংসিতপক্ষকে । সম্বৎসরে নেত্রপঞ্চশাকে বাজিহিমাংশুকে ॥ ( ১৭৫২ )

(১) আদৌ অন্তে চ মধ্যেচ লীলানামরসাশ্রয়ঃ ।
শ্রীকৃষ্ণরস-সঙ্গীত-সংগ্রহঃ সঙ্গতঃ শুভঃ ॥
শ্রীহরিঃ শরণমস্তু নঃ ॥০॥

ইতি সম্পূর্ণঃ ॥

---

শ্রীগুরুগী চরণবু নিঙশিংজবগী নিঙথিজবা মথক শঙহল্লিবা—পুক্নিঙগী বৃত্তিনা শেশা অসিগুম্বা 'অষ্টক' অসিবু মচীন্দা পাঠ তৌজরবা অদুগুম্বা ভক্তশিং অদুবু, অমদি কলিগী-দোষ-ময়ামনা পোকহল্লকপা মখাগী মরাল খিবীকপু – থৌজানগী সমুদ্র ওইবা, অতোনববু চানবীহৈবা অদুগুম্বা ভগবাননা খ্বায়দগী হেনবা মাগী কৃপানা চানবাহনা ঙাকপি-রিবনি ॥১০৮৮

অসুম তৌদুনা শ্রীকৃষ্ণরস-সঙ্গীত-সংগ্রহদা শ্রীগুরু-চৈতন্যদেবগী নাম খোঙহনা, নাম-গুণ-লীলা অমদি রূপনচিংবগী স্তুতি, জ্ঞান-সৌষ্ঠবনচিংবা বর্ণন তৌদুনা অমদি শ্রীকৃষ্ণ-চরণারবিন্দগী খোইমুগী মথক ওইরবা অদুগুম্বা মনাই সেবক, ভগবৎ-ভক্তিদা চঙখোম্লবা অদুগুম্বা ইনিঙথৌগী ময়াথংনা খোমজিনজখিবা লীলা-গুণ-নাম সংকীর্ত্তন অমদি স্তুতিন-চিংবনা অদুম্মক মমিং ওইনা শঙনরবা তরেংগুম্বা তাংকক অদু মতাং অসিদা লোইরে ॥

লাইরিক অসি শকাব্দ ১৭৫২গী মাঘ শুক্লা পঞ্চমী ( বসন্ত পঞ্চমী ) নোংমাইজীং মুমিত্তা, সূর্য্যনা মকর রাশিদা লৈবা মতমদা ইবা লোইখিবনি ।

অহৌবদা, মরক্তা অমদি অরোইবদা ভগবানগী লীলা, নাম অমদি [illegible] ওইবা রস-নচিংবনা মসিগী অখোইবা বিষয় ওইবদগী শ্রীকৃষ্ণরস-সঙ্গীত-[illegible] অসিগুম্বা মঙ্গলগী মথক ওইরবা লাইরিক অসি সম্পূর্ণ ওইরে ।

শ্রীহরিবু ঐখোয়না নিঙশিংই ।




---

(১) আদৌবান্তে—পাঠঃ

লোইরে ।

# অরানবা চুমথোকপা—সংস্কৃত

| লামায় | লাইন | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ৭ | ১১ | যত্রোভয়শ্চ | যত্রোত্তয়শ্চ |
| ৮ | ৯ | অতিস্মুক্ষ্মধ্বনিং | অতিসূক্ষ্মধ্বনিং |
| ৯ | ৩ | কূর্ম্মশ্চ | কূর্ম্মশ্চ |
| ১২ | ১৪ | তত্রাবি | তত্রাপি |
| ১৫ | ৮ | উর্দ্ধাধাদৃক্ | উর্দ্ধাধোদৃক্ |
| ১৯ | ১ | মূদ্ধি | মূর্দ্ধি |
| ১৯ | ৩ | কণ্ঠমুরস্তালু | কণ্ঠমুরস্তালু |
| ২৩ | ৭ | সুধাবহা | সুধাবহা |
| ৩৬ | ৬ | সীঙ্গতদামোদরে | সঙ্গীতদামোদরে |
| ৩৮ | হেডিং | দ্বিতীয় প্রকরণং | তৃতীয় প্রকরণং |
| ৩৯ | ১৩ | শক্লোতি | শক্লোতি |
| ৪২ | ১৫ | পুরৈব | পুনরেব ? |
| ৪৪ | ৯ | পুংরাগাঃ | পুংরাগাঃ |
| ৪৩ | ১ | নবনী | লবনী ? |
| ৪৬ | ৮ | দক্ষিণাত্য | দাক্ষিণাত্য |
| ৪৬ | ১২ | সম্পূর্ণ্যাঃ | সম্পূর্ণাঃ |
| ৪৮ | ৪ | কনকাঙ্কুর | কনকাঙ্কুর |
| ৪৯ | ১০ | ময়ুরকণ্ঠৌ | ময়ুরকণ্ঠৌ |
| ৫৪ | ১০ | উপবীণয়ন | উপবীণয়ন্ |
| ৫৭ | ১৫ | কৌশকাৎ | কৌশিকাৎ ? |
| ৫৮ | ১৩ | মানসাত্যুচ্যতে | মানসীত্যুচ্যতে |
| ৫৯ | ৯ | শুদ্ধবসন্তঃ | শুদ্ধবসন্তঃ |
| ৬০ | ২ | ভূষণাঢ্য | ভূষণাঢ্যা |
| ৬২ | ১০ | ধুত্তাসিঃ | ধৃতাসিঃ |
| ৬৩ | ৯ | মল্লারাজঃ | মল্লরাজঃ |
| ৭০ | ২ | মণিমণ্ডিতা | ম নি মণ্ডিতা |
| ৭১ | ১৩ | যামদযাদূর্দ্ধং | যামদয়াদূর্দ্ধং |
| ৭২ | ৭ | সুরস্তভৌ | সুরস্তভৌ |
| ৭৪ | ৬ | মধুকরী | মধুকরী |
| ৭৪ | ১০ | ভ্রমরান্ | ভ্রমরান্ |
| ৭৫ | ২ | ময়ুখদুনা | ময়ুখদুনা |
| ৭৫ | ৩ | পথিকান | পথিকান্ |
| ৭৬ | ৯ | গৌড়ে | গৌড় |

| পাতায় | লাইন | অশুদ্ধ | শুদ্ধ |
| --- | --- | --- | --- |
| ৭৬ | ১২ | প্রগাতব্য | প্রগাতব্যা |
| ৭৬ | ১২ | কর্ম্মনি | কর্ম্মণি |
| ৭৭ | ৩ | চাটুক্তি | চাটুক্তি |
| ৭৭ | ১১ | কথিতস্তপস্বী | কথিতস্তপসী |
| ৭৮ | ৯ | বিজণে | বিজনে |
| ৭৯ | ১ | মূর্ত্তিভিন্না | মূর্ত্তিভিন্না |
| ৭৯ | ৬ | মল্লাবঃ | মালবঃ |
| ৮০ | ১৩ | উল্লাসয়া | উল্লাসয়ন্ |
| ৮১ | ১৫ | প্রতীক্ষা | প্রতীক্ষা— |
| ৮৬ | ৬ | সম্ভূতেয়ং | সম্ভূতেয়ং |
| ৮৭ | ৬ | গুজ্জরী | গুজ্জরী |
| ৮৮ | ১৩ | দর্পণে | দামোদরে ? |
| ৮৯ | ৫ | কাকী | কাকী |
| ৮৯ | ৫ | স্তথৈব | তথৈব |
| ৮৯ | ১৩ | নরায়ণী | নারায়ণী |
| ৮৯ | ১৫ | ভ্রান্তি নর্ম্মদা | ভ্রান্তির্নর্ম্মদা |
| ৯১ | ১৫ | কথিতাশ্বাবরী | কথিতাশাবরী |
| ৯২ | ৫ | সা | সা |
| ৯৭ | ১৪ | ভক্তিবাবৈ | ভক্তিভাবৈ— |
| ৯৯ | ১৪ | চন্দ্রানন | চন্দ্রাননা |
| ১০০ | ৭ | মধুব্রতাণাং | মধুব্রতানাং |
| ১০১ | ৩ | স্তংক্ষণ | স্তৎক্ষণ |
| ১০৩ | ৪ | প্রথমাপরাধে | প্রথমাপরাধে |
| ১০৪ | ৯ | বামস্তনার্দ্ধ | বামস্তনার্দ্ধ |
| ১০৫ | ১০ | অথা | তথা |
| ১০৭ | ১ | তথা | তথা |
| ১০৮ | ৬ | প্রশস্তং | প্রশস্তঃ |
| ১১২ | ৯ | তত্তোত্তমং | তথোত্তমং |
| ১১৩ | ৫ | হণুজ্জেয়ঃ | হমুজ্জেয়ঃ |
| ১১৫ | ১২ | ধ রৈঃ | ধীরৈঃ |
| ১১৫ | ১৪ | যদাস্তস্থোধৃত | যদাস্তঃস্থোধৃত |
| ১২২ | ১৪ | বিরামেতু | বিরামস্ত ? |
| ১২৪ | ২০ | অত্যুদ্ধং | অত্যূর্দ্ধং |
| ১২৮ | ১১ | নাদ্ধেস্তো | নাদ্ধেস্তো |
| ১৩১ | ১১ | তত্ত্বক্ষণ | তত্তল্লক্ষণ |
| ১৩৩ | ৮ | গুণযুক্তোঽপি | গুণযুক্তোঽপি |

| পাতায় | লাইন | অশুদ্ধ | শুদ্ধ |
|---|---|---|---|
| ১৩৩ | ১১ | শিক্ষাকারে | শিক্ষাকায়ো |
| ১৩৫ | ১ | কিলগায়ন | কিলগায়নঃ |
| ১৪০ | ৫ | মন্তভমেন | মন্তভমেন |
| ১৪২ | ৮ | পাঠয়োঃ | পাটয়োঃ ? |
| ১৪২ | ১২ | মার্দ্দঙ্গীক | মার্দ্দঙ্গিক |
| ১৪৭ | ৪ | দোষৈর্যুক্তো | দোষৈর্যুক্তো |
| ১৪৮ | ১ | দোষাফুৎকৃতেঃ | দোষাঃ ফুৎকৃতেঃ |
| ১৫০ | ১১ | প্রবৃত্তো | প্রবৃত্তো |
| ১৫১ | ৫ | বদ্ধনিতীরিতং | বদ্ধমিতীরিতং |
| ১৫৪ | ১৩ | কাস্তরাখ্যোতু | কাস্তরাখ্যোতু |
| ১৫৫ | ৫ | করিনাম | কবিনাম |
| ১৫৭ | ৭ | ষড়্ভিরঙ্গৈঃ | ষড়্ভিরঙ্গৈঃ |
| ১৬০ | ৯ | তথা পরে | তথা পরে |
| ১৬৫ | ৫ | সূডকল্পিতং | সূড়কল্পিতং |
| ১৬৫ | ১২ | হরিনায়কেণ | হরিনায়কেন |
| ১৬৬ | ১ | দামোদারে | দামোদর |
| ১৬৮ | ২ | অথৈতেম্বেব তালেযু | অথৈতেম্বেব তালেষু |
| ১৬৮ | ৯ | × | ৮২৫ |
| ১৬৯ | ৪ | লমলদলেক্ষণ | কমলদলেক্ষণ |
| ১৬৯ | ৪ | ভঞ্জনু | ভঞ্জন |
| ১৭২ | ১৩ | তুক্তং | তদুক্তং |
| ১৭২ | ১৪ | স্তালেযু | স্তালেষু |
| ১৭৩ | ৪ | কথিতোহলঘু | কথিতোহস্তলঘু |
| ১৭৩ | ১২ | দ্রুতকার্দ্ধ | দ্রুতকার্দ্ধ |
| ১৭৪ | ১ | ঘাতস্থানাদি | ঘাতস্থানাদিক |
| ১৭৪ | ৮ | ধ্রুবে | ধ্রুবে |
| ১৭৬ | ৭ | শঙ্কুশীলৌ | শঙ্কুশীলৌ |
| ১৭৬ | ১০ | লঘুমতঃ | লঘুর্মতঃ |
| ১৭৭ | ১৬ | একতালি | একতালী |
| ১৭৯ | ১০ | দদয়াদ্ | দদ্যাদ্ |
| ১৮০ | ৯ | গুর্বোমধ্যে | গুর্বোর্মধ্যে |
| ১৮২ | ৬ | খংখুডী | খংখুড়ী |
| ১৮৩ | ১২ | স্যাদ্বযসাশ্চ | স্যাদ্বয়সাশ্চ |
| ১৮৪ | ১০ | সমুহ | সমুহং |
| ১৮৮ | ১১ | উদাহরণং | মুদাহরণং |
| ১৮৮ | ১৪ | হরিনাম | হরিধাম |

| লামায় | লাইন | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ১৮৯ | ৪ | গীতাবল্যাং | শ্রীগীতাবল্যাং |
| ১৯০ | ৭ | বীক্ষ | বীক্ষ্য |
| ১৯০ | ৯ | বর্ণিতাঃ | বর্ণিতাঃ |
| ১৯১ | ৯ | বিশেষোথ | বিশেষোথ |
| ১৯১ | ১৫ | সমুচ্যন্তে | সমমুচ্যন্তে |
| ১৯৪ | ৭ | পণ্ডিত | × ( হেক্লে ) |
| ১৯৮ | ৮ | প্রিয়ঙ্কং | প্রিয়ঙ্কং? |
| ১৯৯ | ৮ | স্তবস্ত্যোস্তে | স্তবস্ত্যেস্তে ? |
| ২০৭ | ১১ | রাস | রাসঃ |
| ২০৭ | ১৪ | কদা…দত্তি | কদাচিদিত্তি |
| ২০৯ | ৬ | -বত্তি | ভবত্তি |
| ২১০ | ২ | জর্জ্ স্তিভার্ত্তিঃ | জর্জ্ স্তিভার্ত্তিঃ |
| ২২৮ | ৪ | বিলাসালিরভি | বিলাসালিভিরত্তি |
| ২২৮ | ১১ | মামপেক্ষণত্তঃ | মানপ্রেক্ষণস্ত |
| ২২৯ | ২ | ময়ূভির্মূহু | ময়ূভির্মূহু |
| ২২৯ | ১০ | পরিসায় | পরিসায় |
| ২৫১ | ৪ | গোকুলবর্দ্ধন | গোকুলবর্দ্ধন |
| ২৩৩ | ৫ | কূচপটৈঃ | কুচপটৈঃ |
| ২৩৪ | ১০ | বিটঙ্কং | বিটঙ্ক |
| ২৩৫ | ৮ | ভিবৈর্ভানী | ভির্ব্যত্তানী |
| ২৩৮ | ৭ | ভাবিণী | ভাবিনী |
| ২৩৯ | ২ | মরাচিং | মরীচিং |
| ২৪৪ | ১২ | মত্ত্যাভুতাং | মত্যাভুতা |
| ২৪৭ | ৫ | কাতরে | কাতরো |
| ২৪৭ | ৫ | দশ্যা | দশ্যানা |

## মৈতৈলোনগী শরূক

| লামায় | লাইন | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ৪ | ১ | সক্ষণ | লক্ষণ |
| ৮ | ৬ | হৈশিংসবা | হৈশিংলবা |
| ৮ | ১৫ | 'ন' | 'না' |
| ১৪ | ১৭ | ৪৭ | ৭৪ |
| ১৭ | ১১ | মধুকূর্ষী | মধুকর্ষী |
| [illegible] | ১ | মন্ত্র | মন্ত্র |
| ১৯ | ১৫ | মধ ম | মধ্যম |

| লামায় | লাইন | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ২০ | ১২ | ঘথং | মথং |
| ২৩ | ৭ | ১৫১ | ১৫২ |
| ২৭ | ১১ | ১৩৮ | ১৩৭-৩৮ |
| ২৯ | ৮ | হজিয়া | হজিয়া |
| ৩০ | ৬ | ৭৫৫ | ১৫৫ |
| ৩২ | ৯ | ১৬৭ | ১৬৬-৬৭ |
| ৩৭ | ১২ | ১৯২ | ১৯১-৯২ |
| ৩৯ | ১৩ | ২০৭ | ২০৬ |
| ৪১ | ৩ | ২১৩-২১৪ | ২১২-২১৪ |
| ৪৭ | ২ | ২৫৫-৪৬ | ২৫৪-৫৬ |
| ৫৩ | ৫ | নিঙ্খিবী | নিঙ্খিবা |
| ৭১ | ৫ | ভগ্না-তাকপি | ভগ্নী-তাকপি |
| ৮৮ | ৯ | ৪২৫-২৭ | ৪২৬-২৭ |
| ৮৯ | ৯ | ৪৩৩-৪৩৬ | ৪৩৩-৩৫ |
| ৯২ | ৮ | X | ৪৪৭ |
| ৯৪ | ১০ | নপশিস্ত্রবী | নপশিশ্রুবী |
| ৯৮ | ৬ | X | ৭০ |
| ১০৫ | ২ | X | ৪৯৫ |
| ১০৫ | ৩ | X | ৪৯৬ |
| ১০৯ | ১২ | ৫২০ | ৫১০-২০ |
| ১১০ | ১৪ | X | ৫২৮ |
| ১১১ | ৬ | পন্নিপাত | সন্নিপাত |
| ১১৬ | ১ | দত | দ্রুত |
| ১১৭ | ১৩ | ৫৭ | ৫৭২-৭৩ |
| ১২৮ | ১১ | ৬২৪-২৫ | ৬২৩-২৫ |
| ১৩৮ | ১৩ | ভিগিম | ভিগিম |
| ১৪০ | ৭ | মথকা | মথকী |
| ১৫২ | ৮ | সজীর্ণ | সঙ্কীর্ণ |
| ১৫৩ | ১ | প্রবন্ধ | প্রবন্ধ |
| ১৫৬ | ১৪ | কাভিগী | জাতিগী |
| ১৫৮ | ১০ | ছায়বসি | ছায়বসি |
| ১৬২ | ১ | পূয়মকা | পূয়মকী |
| ১৬৪ | ৫ | রঙ্গলামাদা | রঙ্গমালাদা |
| ১৬৭ | ৫ | ৮১৪-৮১৮ | ৮১৫-১৮ |
| ১৬৯ | ৩ | মন্নারা | মন্নার |

| লামায় | লাইন | অরানবা | চুম্বা |
|---|---|---|---|
| ১৭৫ | ৪ | স্নবাহ | স্নবাহ্ |
| ১৭৫ | ১০ | খোংকিট | খোংকিট্ |
| ১৭৮ | ১২ | স্নুড়গী | স্নুড়্গী |
| ১৮০ | ২ | দন্ত | দ্রুন্ত |
| ১৮০ | ১২ | প্রতিভাস | প্রতিভাস |
| ১৮২ | ১৩ | ঝঙ্কার | ঝঙ্কার |
| ১৯০ | ১ | হুজাক | হুজীক |
| ১৯০ | ৫ | আভাগ | আভোগ |
| ১৯৮ | ১৩ | অনস্তং | অমস্তং |
| ২০৩ | ৭ | কুঞ্জবিহারাষ্টক | কুঞ্জবিহার্য্যষ্টক |
| ২১৭ | ১ | অর ও | অরাও |
| ২২৪ | ১৩ | খুমলবা | থুমলবা |
| ২২৭ | ১২ | অদূগুম্বা | অদূগুম্বী |
| ২৩৩ | ৩ | খ্বাঙদা | খ্বাঙ্দা |
| ২৩৪ | ৪ | কনাগুম্বা | কনাগুম্বী |
| ২৪০ | ৫ | ভোম্লবা | ভোম্লবা |
| ২৪০ | ১২ | খে ম্লগা | খোম্লগা |
| ২৪৪ | ১০ | বর্ণম | বর্ণন্ |
| ২৪৫ | ৩ | পক্কবা | পক্ক্বা |
| ২৪৬ | ৫ | ঐনা | × ( হেন্নে ) |
| ২৪৭ | ৩ | নম্রবস্থ | নম্রব- |
| ২৪৯ | ১৫ | থ.রবা | থুরবা |
| ২৫০ | ১২ | স্নর্য্যনা | স্নূর্য্যনা |



